রাষ্ট্রীয় সাহিত্য অকাদমী অনুবাদ পুরস্কার ১৯৯৩ অমসুং
তেলেম ইন্দুবালা মনা ১৯৯৭ (হন্দোকপগী) ফংলবা।

# চরিত্রহীন



শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা
রঘুমণি শর্ম্মা




থোঙজবী :—
শ্রীমতী এল[illegible] সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর [illegible]বম, ফুড়ামথোঙ।

মথুম য়েকপা—এঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

ব্লোক শাবা—এনঃ মঙ্গি সিংহ এন্দ সন্স

অহানবা থুৎনম :—১৯৯২ ইং

অনিশুবা অমস্থুং শেমদোক্লবা থুৎনম :—১৯৯৭ ইং

কোপী মশীং :—৮০০

মমল লুপা ১৩০/-

ফংকম :—

দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

নম্ফম :—

দেবলা প্রিন্টিং প্রেস
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

---

# য়াইহ খঙদং

য়ারেং ইবদা মমিং চৎলবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী লোন কয়াদা অনুবাদ তৌনখ্রবা, লোন কয়াদা ফিল্ম ওইনা পুথোকখ্রবা, দুরদর্শন দিল্লীনা হিন্দীদা ধারাবাহিক ওইনা পুথোকখ্রবা, খোইদোক্লা মশক নাইরবা উপন্যাস "চরিত্রহীন" (লমচৎ নাইদবা) হায়বা অদুনি অদোমগী মিৎয়েং-মাংদা-লৈরিবা লাইরিক অসি। অসিগুম্বা শকাইবা উপন্যাসকার অমগী থাক য়াংলবা লাইরিক অসি ঐগুম্বা করিস্মু খঙদবা অপঙবনা অনুবাদ তৌনবা হোৎনরুবসি অঙাংমচানা মৈ কৌদবগুম্বনি। মদুগী মথক্তা লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসিমক অশোয়্ব-অঙাম য়াউরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল নাইত্রবা মহাওদু পামজরুবনা মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা পাবিরিবশিংগী নুংশি-মিৎয়েং-মাংদা লাম্থোকচরিবনি। অঙাং ওইনা লুখ্রাবী ওইরক্লবী, মখুম থাদোরক্লবী, বোর্ডিং অমদা মীনাই ওইদুনা হিংলিবী, লমচৎ নাইদববু কত্তুনা খৎত্রবী নুপী কাংলুপ অমগী মরক্তা লৈদুনস্তু মশাগী মান-ইজ্জৎ ঙাক্লা পুন্সি লেনবী, নুংশিজরিবা সতীশকী য়াইফনবগীদমক মশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা মশামকপু মাগী মিৎয়েংদা ওক্লবী লমচৎ নাইদবীগুম উহনবা ভগ্নী, সতীশনা কন্না নারবা মতমদা হোৎখিবা ঈকাইবা নংবনচিংবা কয়াগী নুংঙাইতবা য়াথল খিবিক থাদোক্লুনা মনাক্তা চেল্লক্লগা তুমদ-চাদবমখৈ সেবা তৌখিবী, চৎনা নারিবা উপেন্দ্রবু মবুং শক্লা সেবা তৌদুনা মতুং কোইনা ইনখিবী, নুংশিজরিবা মীশকুবু অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবিবদা নত্তুনা য়ুমদু কোন্দুনা মপুন্সি লেনগনি হায়দা অচেৎপ ঋিরেপ লৌবা ঙমখিবী অদুগুম্বী সাবিত্রী অদুগী অঙকপা কংলবা স্বার্থ-ত্যাগ অদু খল্লুবদা খম্মোয়দা থুক ল.উই। অদুগা লৈখা তারবী নুপীমচা অমগী কনানস্তু খঙবি-উবিত্রবা মঙ্গল ময় ম অদু সাহিত্যকারনা উদুনা অম্মুক মখিক চুন্না ইরম্বা অসিদা নোল্লুক্তবা ঙমদে।

লাইরিক অসি ইরিঙৈ অমস্তুং নম্লিঙৈ মতমদা পুক্লিং থোগৎপিখিবা অদুগা অতোপ অতোপ্পা মওং কয়াদা তেংবাংবিখিবা মরুপ মপাং খ্বাই-পুম্নমক্কী মকমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

অনুবাদক—

## অনিশুবা খুৎলমগী অনুবাদকী ৱারোল

লাইরিক অসি অহানবা খুৎনম লোইখিবা চহি অনি হেল্লে। তাল্লক অসিদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা "তেলেম ইন্দুবালা মনা" (হন্দোকপগী) ১৯৯৭ ইংগী ওইনা ... অসি পীবা হোবা অহানবা চহি অসিমক্তদা লাইরিক অসি হন্দোকপগী দমক ঐঙোন্দা পীবিরকখি। মনা পীবগী থৌবম পাংথোকপা নুমিৎ অতুদা অহল-লমন, ইচে ইচল অমসুং মরুপ-মপাং খ্বাইদগী লাইরিক অসি হংহন্দবগীদমক ঐঙোন্দা ৱারোবা রাহে কয় তাকপীখি অদুগা য়াম্না থুনা অমুক হন্না নম্নবা পাউজাকসু পীবিখি; মতুংগী নতুং ইন্না লাইরিক অসি অমুক হন্না নমথোক্কুন পাবিবশিংগী মিৎয়েং মাংদা লান্থোকচবনি। তান্নগী লাইরিক অদুদা অশোয়-অঙাম য়াউখিবা অদুগা চিৎথ-নাম্থবা য়াওখিবা পূন্নমক য়ারিবমথে শেমদোকচরে।

লাইরিক অসিবু হন্দোকপগীদমক ঐঙোন্দ "রাষ্ট্রীয় সাহিত্য একাদমী অনুবাদ পুরস্কার" '৯৩ গী ওইনা পীবিরকখিবগীদমক সাহিত্য অকাদমী, নই দিল্লীগী মফমদা থাগৎলুকপা অকাইবা থাগৎপা উচ্চারি অমুক হন্না লাইরিক অসিমক্তদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল-না "তেলেম ইন্দুবালা মনা" (হন্দোকপগী '৯০ ইংগী ওইনা পীবিরকপগীদমক নোংমাংপগা লোয়ননা থৌজাল থাগৎপা উচ্চরি।

অনুবাদক—

## অমা

নোংচুপকী অচৌবা সহর অমদা মতম অসিদা নিংথম চংনিং-চংমাং তৌরক্লে। পরমহংস রামকৃষ্ণগী চেলা অমা করিনো সংকর্ম্ম অমগী তেংবাংগী আশাদা ভিক্ষা খোমজিনবা শহর অসিদা লেঙবিরক্লে। মহাকমক্কী বক্তৃতা-সভাদা উপেন্দ্রনা সভাপতি ওইবিগদবনি অমস্মুং মহুগা চানবা মর্য্যাদাগী মতুং ইন্না থৌদাংথু মহাক্কস্মু পাংথোপিগদবনি। প্রস্তাব অসি পুহুনা নোংমা কলেজগী ছাত্র কাংবু অমা লাক্কুনা উপেন্দ্রদা তক্করে।

উপেন্দ্রনা হংলকই, "সংকর্ম্মহুবু করিনো তাসি?"

মখোয়না হায়রকই, "মহু তৌজিকস্মু তাংদাংবা খঙদ্রি। স্বামীজীনা তাকপিরকই, মহুমক মহাক্না কৌরিবা সভা অহুদা শুগায়না ভাব তাননবা হায়গনি, অহুগা সভাগী থৌরাং তৌরিবা অমদি দরকার ওইরিবসি অয়াম্বা মহুমক্কীনি।"

উপেন্দ্রনা অমুক হন্না করিমতা হংদনা য়াররক্লে। মসি মাগী হৈনবীনি। বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাশিংদা অস্মক্কী মতিক নিংথিনা পাস তৌখি, মহুনা ছাত্রগী কাংলুপ্তা মঙোন্দা শ্রদ্ধা অমদি সম্মান ঙমখৈ নাইদনা লৈ। মসি মহাক্না খঙই। অহুনা, থবক থৌরম, অরা-নুংঙাইদা মখোয় হেক লাকপদা মখোয়না হায়জরবা অনদি রাকৎলববু নুংশিবিবদা করিগুম্বা নুমিত্তস্মু থৌওইদনা হলহনখিবা লৈতে। বিশ্ববিদ্যালয়গী সরস্বতীবু থাদোক্কুনা কোর্টতা লক্ষ্মী সেবাদা চংগ্রবা মতুংদস্মু নহারোলশিংগী জিমনাস্টিক্কী লম্পাক্কগী হৌহুনা ফুটবল, ক্রিকেট, ডিবেটিং ক্লবকী অরাংবা মকমহুদা মহৌশাগী মতৌগুম মহাক্না কম্বা তারম্মী।

অহুবু মকম অসিদদি শুপ্নগী তুমিন্না ফমহুনা লৈথোকপনা য়ারোই—রা খরা ঙাংবা দরকার ওই! নুপা অমদা য়েংহুনা হায়রকই, "রা খরদি ঙাংবা তাইদনা। সভাপতি ওইরগা সভাহুগী মরমদা করিমতা শুপখঙ খঙদনা লৈবদি কজনা থোক্লোই—করি হায়নিংবগে নখোয়?"

মসিদি অচুম্বা রাকম্নি। অহুবু মখোয় কনাস্মু করিমতা খঙলমদে। শুমাং মচি অমদ। হৌরিবা জুবাকুশুম অথোনবগী মখোঙদা নহারোলশিংগী কাংবুহুনা কোইশিন্দুনা উপেন্দ্রবু ময়াইদা থমহুনা সংসারগী লৈরিবা চরিত্রহীন

ওইথোকপা-ওইথোক্তবা সংকর্ম্মগী লিস্ট শেম্বদা থৌ চিল্লি, তাঙ্গা অসিদা দিবাকরগী কাদগী মুপ্প অমা মনা-মনিল নাইদনা মল্লামগী মিংয়েংদগী নাম্বোক্তুনা মপালদা থোরকই। উপেন্দ্র দিবাকরগী মামানা পোকপা ময়াম্বনি। অঙাং ওইনা দিবাকর মমা-মপা কায়নতুনা মামাগী মুমদা চাউরকপনি। মপালগী কা মচা অমদা অমুক-নুংথিল্লন্দনা মহাক্কী লাইরিক ঔরাইকম অমসুং অহিংদনা তুক্ষম ওইনৈ। মপাগী চহি তরামাপল্লোম শুরে ; এক এ পাস তৌদুনা বি এ তম্লি।

উপেন্দ্রগী মিৎয়েং মীচেন অদুগী মথক্তা তারুবমক্তদা থোঞ্জেল হৌনা কৌরকই, "সতীশ, তুম্মিন তুম্মিন্না কদায়দনো চেল্লিমাল্লেনে! সোমদা চংলকখো—সোমদা চংলকখো!"

খঙ্গ্রবদুদা সতীশ হঙ্গোইবা মওংদা মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লে। উপেন্দ্রনা হংলকই, "নহালমখৈ উদেনা?"

হঙ্গোইবা ফিজমদু কোকখিদুনা সতীশনা নোকমি নোকমি হায়রকই, "নহালমখৈ সিদা লৈতে উপেনদাদা, এলাহাবাদতা কাকাগী মনাক্তা চৎলুই।"

রাসি মপুংফানা হায়কাৎত্রিবৈদা মকোয় মতেক থাকপা আনোক কৈরেং-তুরেং উপ্পা পাখং অমনা মমিৎ কুপতুনা ময়া খিগৎতুনা থোক হায়রকই, "পুক্লিং নুংঙাইতত্রবনে সতীশ?"

এণ্ট্রান্স পরিক্ষা য়াউনবা হন্দকসু মহাকপু থাগৎত্রে হায়বা পাউ অসি ময়াম পুম্নমক খঙনরবনি, অদুনা রা অসি য়াম্না কজদবা মওং তাদবা ওইনা থোকথ্রে, লৈরিবা মী পুম্নমক্তা ঈকাইদুনা মরু লুকথতুনা মপুক-মপুক্লিংদা অচ্চা অচ্চা হায়নরক্লে। পাখংদুগী করেম্নবা অদুগা ময়া খিগৎপদু কনানসু য়াউশিল্লক্তবদুদা খুদক্তা অদুম মমি শামথ্রে হায়বদি য়াই, অদুবু সতীশনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, ভূপতিবাবু, ঐগোন্দা পুক্লিং হায়বা অমা লৈরম্লবদি পুক্লিংদা নুংঙাইতবা য়াই। পাস তৌবগী আশাদবু হায়বিরো অদুগা পামজবদবু হায়বিরো, ঐনা নিংথিনা জ্ঞান তারকপা মতুংদগী থাদোকপ্রবনি। গুপ্নগী বাবাদননি থাদোকপা ঙমদ্রিবা। অদুনা, পুক্লিং নুংঙাইতত্রুনা কমাগুম্বনা মরৈবাক থাদোকপা তারবদি

মচাক্কা থাদোকপিবনা চুমগনি ; অদুম ওইনমক মহাক্কি বাশক্তা খোঙকম হোংদবনা উকীল ওইখিবনি! অদুবু ফনা হায়রবসু উপেনদাদা, হন্দক্তি মহাকসু মিৎ পাংলে!"

ময়াম হৌদুনা নোক্লকই। নোক্লিংবা রা মসিদা য়াওদে, অদুবু ভূপতিবাবুগী লেমজদন করেম্নখিবদুদা সতীশকী থম্মোয় শোকহনবা ঙমখিদে, মসিমক্কুনা ময়ামদা খোইদোক্কা পেন্নবগুম তৌই।

উপেন্দ্রনা হংলকই, "হন্দক্তি অদু ওইরবদি নঙ থাদোক্লগনা?"

সতীশনা হায়রকই, "ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তা পায়শিল্লরবগে, ঙসি থাদোক্কদৌরিবদি? ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তসু পায়শিল্লুদে উপেনদাদা, লাইরিক্কুনা ঐবু পায়শিন্দুনা থম্মহনি। হন্দক্তি ঐ ইশাবু কঞ্জরগনি। লাইরিক তঙ্কমশঙ ফাওবা লৈতবা অদুগুম্বা লৈবাক্তা লৈরুরগনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুবু করিনো খরদি তৌবা তাইদনা। মীওইবনা তশেংনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্বসু নত্তে, ঙম্বসু চুমদবনি।"

সতীশনা হায়রকই, "নত্তে, তুমিন্না লৈথোক্লোই। এল্লাহাবাদতগী অনৌবা আশা অমা ফংলক্লে। অমুক্তং নিংথিনা হোৎনদুনা য়েঙ্গনি মদু ঙম-লাকপ্রা।"

শন্দোকপা রারোলগী আশাদা ময়াম্না মাগী মাইথোংদা য়েংনরকপা উবদা মহাক্না ঈকাইনা নোক্কুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী খুঙ্গংশিংদা মেলেরিয়ানা নানবগুম্না ওবা-ফাইবা তৌই। খুঙ্গং মঙ্গা-তরুক্তী মনুংদা মতম চানা ডাক্তর অমা ফাওবা ফংনবা নত্তে। ঐ মকমদুদা চৎলগা হোমিওপেথিগী লায়েং হৌরুগনি। ঐগী ইমানা শিল্লিগৈদা লুপা লিশিং কয়া পীবিরম্মী। শেল অদু ঐঙোন্দা লৈ। মদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী য়ুমদুগী ড্রোইংরুমদা ডিসপেন্সরি হাংদোকনি। নোকপিনু উপেনদাদা, ঐনা মসি তৌবা শোয়দনা উখিরক্কখি। বাবাবুসু য়াংলবনি। মঙোন্দা হায়রবনি, থা অমরোমগী মতুংমক্তদা হোমিওপেথিগী স্কুলদা মিং চনগদি হায়বা।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "থা অমরোমগী মতুংদদি করিগীনো?"

সতীশনা হায়রকই, "থবক খরা লৈ। 'মখা লৈকাই অনৌবা জগোই মরুপ' ফায়দুনা মচেৎ অমা থোকথ্রে, ঐখোয়গী বিপিন্না দল অদুগী

লিউঁরনি। টেলিগ্রাফ মনম মনম থাজিল্লক্তুনা ঐবু নমকৌ নমকৌ কৌহুনা লাকহল্লিবনি, মখোয়গী কনসর্ট পার্টিদু মওং তাহল্লবা মতুদদা ঐ অতোপ্পা থবক পায়গনি হায়না লেপপ্রবনি।"

অসি তাবদা ময়াম্না হা হা নোক্লকই, সতীশসু নোক্লকই, ঙাইহাক হৌনা নোক্লম্বদগী নেমথংক্লবদা সতীশনা হায়রকই, "বাঁশী খোংবা অমা রাৎলে, মতুগীদমক ঙসি দিবাকরগী মনাক্তা লাকপনি। করিগুম্বা ড্রামা উৎকদবা অহিংতুমা ঐবু কনবিরবদি অমুক চেম্পোক-চেনশিন তৌনরোই-দবনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করি হায়রকপগেনে মানা?"

সতীশনা হায়রকই, "করিবু হায়রক্কনি— পরীক্ষা নকশিল্লক্লে। মসিদি ঐগী কোক্তা চংবজাৎ নত্তে উপেনদাদা, চহি অনি চংনা লাইখিক তম্লকপগী পরীক্ষা কমদোনা মীনা অহীং অমতং থৌশারুদবদা শোয়রনি হায়রিবসি। ঐনা হায়নিংবদি, শোয়বা তারবা মখোয়তুগীদি শোয়জখিবনা মতিক চাবনি। অশুম্না পাস তৌবগী ইজ্জৎ মখোয়গী লৈরবসু ঐগী ইক্ষমদদি লৈতে। নহাক্কা শাউবিবা ঙম্লোই উপেনদাদা. ঐনা খঙলিবা অসিগী মওং অমা ফাওবা মখোয়না খঙবা নত্তে। জিমনাস্টিক্কী লম্পাক্তগী হৌনা ফুটবল ক্রিকেটতা মতম পূম্নমক্তা নহাক্কী তুং ইল্লক্লবনি, নুমিৎ কয়ানি মওং কয়াদা নহাক্কী মতম মাংখিবা উরক্লবনি, পরীক্ষা কয়া থাবসু উরকপ্রবনি, মতুশিংতুদাতত্তনা স্কোলারসিপ কংতুনা পাস তৌবসু উরকথ্রবনি, অতুবু করিগুম্বা নুমিত্তসু নহাক্কীদি একজামিন শোয়রগনি হায়বা রা তাখিদে।"

উপেন্দ্রনা রান্থ ফুম্বজিনখিননবগীদমক হায়রকই, "ঐদি বাঁশী খোংবা হৈতে সতীশ।"

সতীশনা হায়রকই, "ঐসু মতম অয়াম্বদা রাকম অতুমক থল্লিবনি। সংসারগী পোৎ অসিমদি করিগীনো দাদানা হৈত্রিবা, ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকপগুম তৌই। অতুবু রাকম অসি তোক্লসি— নখোয়গী নুমিৎ মুংবগী মুংশাগী কমিটিসি করিগীনো?"

নিংথমথাগী নুংশাদা নঙল য়াইহুনা কোক্তা ফি কুপতুনা মখোয়গী স্ত্রীকম অসি তশেংনা নিংথিনা চথরি। নুমিৎ অসুক য়াম্না কারে হায়বা

কনানস্থ হন্না য়েংলুদে। সতীশকী রা তাবদা মাইকৈ অদোমদা হন্না য়েংথোকলুবদা ময়াম পূন্নমক অমুক্তদা চিন্তা তৌনা ফুক ফুক হৌগৎ-নরকই। সভা কাম্বনরমদায়দুদা ভূপতিনা হংলকই, "উপেন্দ্রবাবু মদু ওইরবদি ?"

উপেন্দ্রনা হায়বকই, "ঐদি হায়রিবসিনি, ঐগী য়ানিংদবা লৈতে। অদুদি ওইরগা নখোয়গী স্বামীজীগী পান্দমদু করিগুম্বা মাংজোননা খঙলবদি চনিং তানা শোর হোনবা ফংলমগদবনি। থোইদোক্লা অপঙবগী মতৌগুম কদায়দবু ওইরবস্থু চৎপদি নিংকোক নিংকোকই।"

ভূপতিনা হায়রকই, "অদুবু কবিগুম্বা রা অমতা মহাক্লা হায়দোক্তে। থোইদোক্লুম অসুম্না ফাওবা হায়, অরুবা অমদি খঙঙমদবা রাক্ষম অদু মশা-খায়না শন্দোক্লা ময়েক শেংনা ভাব তানবা তাক্লনবা মতম অমদি খুদোংচাবা ফংদ্রিবসখৈ শুপহায় হায়দোক্তবমল্লা হেন্না কৈ। মদুনা অয়াম্বা মতমদা অফবা ফলগী মহুতা ফত্তবা ফলদমক ফংই।"

চৎনা চৎনা রাবী শানরিবনি। হৌজিক মখোয় পূন্নমক মপালদা থোরক্লুনা লম্বী মতায়দা চংশিন্দুনা লেপ্লবে।

সতীশনা থোক ওক্লুনা হায়রকই, "রাক্ষস্থু করিনো উপেনদাদা ?"

উপেন্দ্রবু খামদুনা ভূপতিনা হায়রকই, "সতীশবাবু, অদোমস্থু চান্দাগী খাতাদা সহি তৌবিবা তারে। করিনো হায়বদু, হৌজিক্তি ঐখোয়না অবেপ্পা হায়ব। ঙন্নোইদৌরি। হংচিং নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা কলেজগী হোলদা স্বামীজী মশামক্লা ভাব তানবা তাকপিগনি।"

সতীশনা হায়রকই, "মদু ওইম্ববদি ঐ খঙবা ঙম্নরোই ভূবতিবাবু। হংচিংতি ঐখোয়গী ফুল রিয়ার্সেলনি—ঐ থাদোকপা য়ারোই।"

ভূপতিনা ঙক্লুনা হায়বকই, "মদু করি রানো সতীশবাবু! থিয়েটবগী ইচম চম্বা খরদং মাঙ্গনি হায়বা কীবগীদমক অসিগুম্বা অথোইবা থবক্তা য়াউবিররোইদৌরিব্রা ? মীনা তাগ্রবদি করি হায়গদগে ?"

সতীশনা হায়রকই, "মীনা মনানা তাদ্রবস্থু রা য়াম্না হায়নৈ—মদুগী রাক্ষম নত্তে। ঐনা হায়রিবদি নখোয়গী রানি। করিমতা খঙদনা ফাওবা থোরমদুবু ময়াম্না অথোইবনি হায়না চিংনবা লৈতনা থাজবিরি, ঐনা

করিগুম্বা অদুক হাক্লা থাজরুবা ঙমদবদা ঐঙোন্দা দোষ পীবিগনু। থোইদোক্লদুম্ ঐনা খরমখৈ খঙজবদি, অক-ফত্ত কহিদা ওইবগে ঙইদবগে ইশানা খঙজরিবদুবু থোওইদনা মদুবু মাংহন্দুনা অরেপ্পা খঙদবা অথোইবগী মতুং কোইনা ইন্দুনা লৈরুবা ঐগী ইফমদদি অফবা ওইনা থোক্কে ”

লৈরিবা ছাত্র কাংবুদুগী মরক্তগী ভূপতিনা চহিদা অহলনি অমস্থুং লাইরিক–লাইশুদস্থু খ্বাইদগী হেল্লি হায়দুনা মহাক্লা রা ঙাংলল্লিবনি! সতীশকী রাদা নোক্তুনা হায়রকই, “সতীশবাবু, স্বামীজীগী মতৌগুম্না অথোইবা মীশক্লা অফবা ব্রামক তাকপিগনি, মদুগী পান্দমস্থু অফংদা ওইগনি, মসিবু থাজরুবদি অরুবা নত্তে।”

সতীশনা হায়রকই, “অখন্নবা মীশকী মফমদদি অরুবা নত্তে হায়বা য়াই। অদুবু য়েংবিয়ুদনা, এণ্ট্রান্স পাস তৌবস্থু অরুবা নত্তে, অদুম ওইনমক, পাস তৌবদি থাপ্পা থমখো, চহি অহুম মরিগী মনুংদা ঐনা মদুগী মনাক নকউবা ফাওবা ঙমদে। করে, স্বামীজী অসিবু হান্না করিগুম্বদা উবিগ্রব্রা, নত্রগা মাগী মরমদা করিগুম্বা খরা করিগুম্বদা তাবিগ্রব্রা ?”

কনাস্থু করিস্থু খঙদে হায়বা মখোয় খুদিংমক্লা য়ারে।

সতীশনা হায়রকই, “মসি য়েংবিয়ুদো গেরুবা ফিজোল নত্তনা মাগী অতৈ করিগুম্বা সার্টিফিকেট অমতা লৈতে। অদুম ওইনমক মহাক্লা হুমদুনা পুবদা ময়াম্না য়াবিরি, অদুগা ঐহাক ইশাগী থবক থাদোক্তুনা মাগী বক্তৃতা তারোইদৌরি হায়দুনা ময়াম্না রারৌবিরি !”

ভূপতিনা হায়রকই,“হুম্বদা করিগী য়াদনি সতীশবাবু। গেরুবা ফিজোল শেৎপা নুপাশিংসিনা সংসারদা পোৎ কয়া পীবিরম্মী। মদু ওইনিংবা ওইজরসনু, ঐ রারৌদে, মুংঙাইতবদি পোকই। জগৎকী পোৎ খুদিংমক সাক্ষী-প্রমাণনা মশক তাকপা ঙমদে হায়দুনা ওইদবা ওইনা লৌদুনা থাদোকপা তারবদি অফবা পোৎ কয়া ঐখোয়গী খুত্তগী নাম্থোকখিবা তাবনি। অদোমস্থু খন্দুনা য়েংবিয়ু, সঙ্গীতকী ‘সা-রে-গা-মা’ দা কয়া য়াম্না খঙবা ঙম্বিরবগে ?”

সতীশনা হায়রকই, “ঐস্থু তশেংনা রা অদুমক্কি হায়জরিবসি। সঙ্গীতকী আদর্শ অমা করিগুম্বা ঐগী মাংদা লৈরমদ্রবদি অদুক কন্না

সা রে-গা-মা তম্নেরোইদবনি। উকীলগী থবক্তা শ্রেলগী মনম অদোম্না করিগুম্বা অদুক হান্না ফংবিরমত্রবদি অমুক্তং ফেল ওইদুনা পোথা-বিবম্নগদবনি, হন্না হন্না অসুম্না থরায় খুবাক্তা হাপদুনা আইনগী লাইরিকশিং চিনক্না পুননবা হোৎনবিরম্লোইদবনি। উপেনদাদাসু স্কুলগী ওঝা অমা ওইদুনা অসুক কুইবসি পেম্হোক্তুনা লৈবিরমগদবনি।"

উপেন্দ্রনা নোক্লকই, অদুবু ভূপতিদি মমাই ঙাংলক্লে। কোৎচি অমগী কোৎচি তরানা সতীশনা লমন খুম্লে, মদু লৈরিবা মী খুদিংমক্না ভাব তানখ্রে।

শাউনিংবা ক্সাজিল্লগা ভূপতিনা হায়রকই, "অদোমগা য়েৎনরুবা কান্নদে। পোৎ অমগী অফ যক্তুগী প্রমাণ মওং কয়াদা ওইবা য়াই, মদু অদোম্না খঙবিদ্রমাল্লে।"

রা ঙাংনবদা মখোয় পূম্নমক অসুম অসুম লম্বীগী মতায়দা নিঙ্গাংনা ক্ষমথনখ্রে। সতীশনা হোগৎতুনা লেপ্লগা মখুৎ লোন্নদুনা হায়রকই, "ঙাকপিগনি ভূপতিবাবু। প্রমাণ মখল তরুক অদুগা খুদম মখল কুন্থ্রা-তরুক নৈনবদা য়াক্লবা ঙ্গশ অসিদা খাংঙ্গম্লরেই। মদুগী শরুকপুদি থোইদোক্লদুম সন্ধ্যা মতুংদ বাবাগী ড্রোইংরুমদা লাকপিয়ু, অহিং অথেংবা ফাওবা অরাংবা সঙ্গীতকী মরমদা য়েৎনবিরবা য়াগনি। প্রোফেসর নবীনবাবু, জিলাগী ডিপুটি ম্যাজিস্ট্রেট গোবিনবাবু, মদুদা নত্তনা য়ুম অসিগী ভট্টাচার্য মহাশয় ফাওবা থেংলবা অহিং ফাওবা মরৈ য়েৎনদুনা লৈ। থংনবমক্তদা ঐগী কা লৈ। অওল অওল চাদুনা য়াম্না হৈ-পা শানবা হৌজিক ফাওবসি মুন্দ্রি হায়বা য়াই, অদুবু ঐগী হকচা দদি মচু শংলক্লে। মতম চাদনা মুন্দুনা উখাদা কেন্দুনা হুই লমহুইগী মথয়াত্তা তারুনিংদে। অদুনা মসি নত্তবা অতৈ কবিনো হায়বিনিংবা থরা লৈরবদি হায়বিয়ু, নত্রগা য়াথং পীবিরো, বিদায় লৌজগ্রগে।"

মখুৎ লোন্নরিবা সতীশকী রাঙ্গাং তাবদা ময়াম পূম্নমক নোকথোরক্লে। শাউরিবা ভূপতিদু শরুক অনি হেন্না মৈ হৌরক্লে। অশাউবা কোক্তা মরৈ য়েৎনবগী লংজিন মাংথোকখ্রে অমসুং অসিগুম্বা ক্ষিভমদা মচিন্দা অহানবা থোরকপা রা অদুমক ঙংদুনা হায়দোরক্লে— "অদোম অদু ওইরবদি খঙলে ঈশ্বর ফাওবা থাজবিম্লোই।"

রা অসি থোইদোক্লদুম মরি লৈনদে অমদি অঙাংমচাগী মতৌগুম্বী হায়বা ভূপতি মশাগী মনাকোং ফাওবদা পাল্লি।

সতীশনা ভূপতিগী ঙাংলবা মাইথোংদা অমুক্তং মুন্না য়েংলগা উপেন্দ্রদা য়েংদুনা হো হো নোকথোরক্লে। হায়বকই, "হো উপেনদাদা, ভূপতিবাবু হন্দক্তি কাচিন্দা হোৎচিনখ্রে! ঐগুম্বা হুই তরানা ফাওবা মনাক নকউবা অমুক ঙম্লরোই।" ভূপতিদা য়েংদুনা হায়রকই, "তৌবি-রিবদু অচুম্বমক্তি ভূপতিবাবু, অমাং-কোই তান্নবদা চেনবা ঙমদ্রবদি উখোংতেন পায়হৌবা কৈ।"

করেম্নরকপগী চৈথেংদা মৈ হৌদুনা ভূপতি ফুক হৌগৎলকপদা উপেন্দ্রনা মথুৎ পায়দুনা খামদুনা হায়রকই, "নহাক তুমিন্না লৈয়ু ভূপতি, ঐ নুপাসি লাক্লগে। উখোঙতেন পায়বা, কাচিন্দা হোচিনবা, মসি পূম্নমকসি করিনোনে সতীশ? তশেংনমক নঙদি থাজগন্দবা মীশক্তি, অদুনা থাজদবা য়াই নঙনদি ঈশ্বর ফাওবা থাজদবনিনা।

সতীশনা শাথীনা ঙকপা ফোঙদোক্লুনা হায়রকই, "হে লাইবক! ঈশ্বর থাজদবা? কাহেন্না থাজৈ। ড্রামা তঙ্কমদগী কায়নরক্লুনা অহিং নোংয়াইদা ইথন্দা হল্লকপদা লৈরোন চনকম মপা য়োরকপদা থাজরুবগী পাঙ্গলনা থম্মোয়গী ঈ ঈশিং ওনখি, নখোয়দি য়াইফবা মীগী কাংবুনি, মদুগী মরম কমদৌনা খঙলুগনি! নোকপিরিব্র উপেনদাদা, ভূত-প্রেত থাজরগা ঈশ্বরদি থাজরোইদ্রা?"

মহাক্কী রাসিদা শাউরিবা ভূপতি ফাওবা নোকথোরক্লে। হায়রকই, "সতীশবাবু ভূতপু কীরবদি ঈশ্বর থাজবা হেক্তা ওইরগদ্রা? অদু ওইরবদি অনি অসি অদোমগী মফমদা অমতরা?"

সতীশনা হায়রকই, "তশেংনা অমতনি। থমত্রাংননা থম্লবদি মশক খঙননবা উপায় লৈরোই। শুপ্নগী ঐগী ইফমদদসু নত্তে, উপেনদাদাগী মফমদসু হায়বা য়াই, অদুগা শাস্ত্র লেংলিবা মখোয়গী মফমদসুনি হায়বা য়াই। মদু রাফম অমতনি। থাজদ্রবদি য়াম্না ফরবনি, অদুবু থাজরবদি হিংনিংঙাই অমুক লৈত্রে। অশোক-অপন্দা, খুদোংথীবদা, অরাবদা মাইকৈ কয়াদা মওং কয়াদা খন্দুনা য়েংলবনি, মরৈ য়েৎনবা কয়াসু তারবনি,

অহুবু অমম্বা হায়বসিদি অমম্বনি। নিরাকার ব্রহ্মবু খজিক্কং থাজরুরবা, অদুগা মখোঙ-মখুৎ পানবা লাই কোটি কুম্থ্রা হুমদোই থাজরুম্বা, মদু ওইরবদি করিগুম্বা লৌশিং অমতা হাইজিল্লুবা য়ারোই। পূম্নমক য়োহ্লিং অমতনা পূনবনি। অমতংবু চিংলুরবদি মরি মরি লোইনা লাকনি। স্বর্গ-নরক অদু লাক্কনি, ইহকাল-পরকাল লাক্কনি. অমর আত্মা থুংলগনি, মতমদুদা মোংকমগী লাইয়াম্বু করিনা ইম্থোক্কনা থমলুগদগে? কালীঘাটকী চাক্লি-ফিনিবীগী মতৌ গুম্নরা? মন্তিক করি লৈদুনা নখোয়গী মরক্তগী অমা করিনো খরা লোয়া পীদুনা নাম্থোকহৌবা য়াগত্রা? মিৎকুপকী মনুংদা লৈরি লৈরিবা মক্ষমদা লাক্কুনা কোইশিল্লুনা কারগনি। ঈশ্বর থাজবা, অদুগা ভূততি কীদবা— অদু ওম্নবা উপায় লৈতে ভূপতিবাবু!"

মহাক্লা ওাংলিবা রাঙাংগী মওং-মতৌদুদা ময়াম পূম্নমক হৌনা নোক্লক্লে। খাইদগী নহা ওইরিবা নুপামচা অনি অদুদি নোক-খেবদা নোংমাইজিংগী তল্লবা নুমিৎ য়ুংবগী মতমদা চরাং-চথক্লরক্লে।

উপেন্দ্রগী নুপী সুরবালানা থারকপা মীনাইদু থাপ্লপ্না লেপতুনা ওসাইগখৈ মুক্লম মুরুম শোল্লম্মী, মহাক কাওবা মমাই লৈথোক্লুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরকই।

ভাইহাকী মমাংদা খৎনবগী মংলম্বা লৈছিল্লা লৌরম্বা শক্লোন পূম্নমক অদু নোকপগী নোংলৈ-নুংশিৎনা কদায়দনো ওম্না হুমদোক্লুনা পুখিদুনা মনিল কাওবা লৈখিদ্রে।

কনাসু জ্ঞান ভাখিদ্রে, নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফনা থেংলে অমসুং হৌজিক ইখোল মনুংদা মপুক লাম্নবা মীনাইনুপীশিংগী কাংবুনা মাঙ্গোলদা লেপতুনা চুচা-চুচা তৌনরি অদুগা চাকশঙদা বামোন-ঠাকুরশিংনা অথা থাদোকপগী রাশক হন্না হন্না কোঙদোক্লরি। মন্তৌনা

## অনি

থা অহুমগী মতুংদা কলিকাতাগী বোর্ডিং ... হৌজিক অমুকী করি মিৎকপ থোক্লবদা সতীশনা কমুংদা নাকল অ...

অমুক ওন তৌরম্বদগী খঙহৌদনা শ...কী মতাংদদি সতীশ গুণ চেনবা কাররোই। মহাক হোমিওপ্যাথি...নি। হায়দগী খঙ্গকই। মরম অদুনা

...নি।" অসি

থোকক্লে। অহুবু

চরীত্রহীন 

সক্কল্লনা মহাক্কী থম্মোয়-সুংদা অমৃত থিক্লক্লে অমসুং মিৎকুপকী মনুংদা ওন্থরবা ছকচাংতুদা হৈনিংবা পোকহল্লক্লে। মহাক্লা মাইথোং মকা লাম্না হোৗগংদুনা কল্লগা ছিদাক্কীদমক লাউ থোংলকই।

কা মনুংদা সাবিত্রী চংলকই। মহাক্লা লাপ্তুনা লৈমায় থক্তা কমথরগা নাকমি নোকমি হংলকই, "মিৎকপ থোকপিরব্রা বাবু?"

সাবিত্রি বোর্ডিং অসিগী মীনাইশুপীনি অমসুং য়ুমকোনবীনি। হয়াঙ্গে হায়দুনা থরচকী শেল-থুম পুম্নমক মহাক্কী মথুক্তা শিন্নে। শকওং-শাদা য়াম্না কজে। চহি কুমমাথোই কুনিথোইগী ওকয়ানি, অদুবু মশক উবদদি অমুকসু হেন্না চহি হম্থরমগদ্রা নিংই—সাবিত্রীনা তরু তরুবা ফি শেৎলি অমসুং চিনবান থক-থা অনিদু কা অমদি পান-মসলাগী মহিনা ওঙাং তঙাংহন্দুনা থম্মী। মহাক মোমোন মোমোন নোক্ল রা ঙাংবা হৈবা মতৌ অদুমমক মোকপগী মমলসু মহাক্লা চপ চান্না থংজে। বোর্ডিংদা লৈরিবা ময়ুমগী লুংঙাইবদগী কায়ন-শেৎনরক্লবা মথোয় থুদিং-মকপু মহাক্লা থম্মোয় শেংনা লুনা অমদি সুংশিনা তৌই। অদুম ওইনমক, কনাগুম্বনা থাগৎলক্লবদি মহাক্লা হায়, 'যতন তৌব্রবদি ময়াম্না কৈদৌবগী থম্বিখিগদগেদো বাবু! অদুদা নত্তনা, য়ুমদা হনবিক্লগা ইনর্মথোয়ক্কা নিন্দা ভৌদুনা হায়বিরুগনি, বোর্ডিংদা লৈহৌবী মীনাই সুপী অদুনা পুক থম্না চম্না অম্রিদং কাওবা পীজদে— মিংচৎ থিবা ওদু কঙ্গদবগী শক্লকপুদি ইথৌ থরা তৌবনা কৈ', হায়রম্লগা মাইথোং মকা লাম্না চৎখি। বোর্ডিংদা শুগ্নগী সতীশতনদি মঙোন্দা মমিং পন্দুনা কৌই। অমা অমা হায়দুনা কাগী-করাং তৌই অমসুং মরক মরক্তা বকশিশ পীবি। সতীশপুনা মহাক্লা থরা হেন্দোক-থোইদোক্লা লুমা নিংই। নুমিৎ চুপ্পা থবক-ইথাং মরক্তো মসিগীদমক্তা ওইরম্বা য়াই মমিৎ নাম্মা অমসুং মনা নাম্মা শিংনা মরেপ রাংবা মপাঙ্গল কনবা মশক-মতৌ চংক্লোনবা পাখং অসিগী মাইকৈদা লেংদনা থম্নিবা। বোর্ডিংদা লৈব্বিবা পুম্নমক্লা মহু থঙই, অমসুং কনা কনাগুম্বনা করেম-কথাইনবা ইঙ্গিত তৌদনসু ভোক্লে। সাবিত্রীনা খুম্মুদে, মচিন কাংদনা মোমোন ভৌনা মথোদা অদুম চৎখি।

সতীশনা হায়ম্নকই, "হোয়, মিৎকপ থোক্লে।" হায়রগা মোন মথাকগী লুপা অমা ক্রেং লাওমা হন্দোরকই।

সাবিত্রীনা লুপাহু খুঞ্জিল্লগা হায়রকই, "অয়ুকসিদা করি অমুক্ত পুরকপা তারিবগে ?"

সতীশনা হায়রকই, "সন্দেশ ! অহুবু ঐগীদমক্তা মণ্ডে। হৌজিক্তি থমজিনখো, অহিংদা নহাক্কী বাবুগীদমক লৈরগী পুখো।"

সাবিত্রীনা শাউহুনা লুপাহু কমুংদা খোক হুঞ্জিল্লগা হায়রকই, "লৌশিনবিয়ো অদোমগী শেলহু। ঐগী বাবুদি সন্দেশ চাবা পায়দে।"

সতীশনা লুপাহু অমুক হন্না লংখোকপ্রগা হায়জবগী খোম্বাংদা হায়রকই, "ঐবু হাৎপা পাপ পুজনি সাবিত্রী, শেলহু লৌশিনবা ঐ শুপণ্ডম ওয়োইট, ঐনা তশেংনা নহাক্কী বাবুনা সন্দেশ চাননবা পীবনি।"

সাবিত্রীনা শকক্তম হুঞ্জিন্না হায়রকই, "অদোম্না মুপী-অঙাংগী মতোওম মতম খুদিংমক্তা অহুম্না হেক্তা হায়বি, মসি য়াম্না চুমদবনি। বাবু মুংবু ঐগী লেজদে। ঐগী বাবুদি অদোম্নি—অদোমখোয়নি।"

সতীশনা নোক্কুনা হায়রকই, "করে, শেলহু পীরকও। অহুবু হায়মু, ঐখোয় নত্তবা অভোম্পা কনাগুম্বা বাবু করিগুম্বা লৈরম্বা খোক্লবদি মাবু হাৎকনি হায়না রাশক্লিবসিনি।"

সাবিত্রী নোকখোরক্লে। হায়রকই, "ঐগী বাবুবু অদোমগ লোম্নবা মুক্তম্বীরনে, হাৎকনি হায়হুনা রাশকপিরিবদি ?"

সতীশনা হায়রকই, "ঐনা মাবু হাৎকদৌরিব্রা, নক্লগা মহাক্লা ঐবু হাৎকদৌরিব্রা ? ঐনদি থোইদোক্লহুম মচোহ্দা সন্দেশ পীজমিংলি।"

সাবিত্রীনা মমাই লৈথোক্লুনা নোক্লিংবা থাংলগা খঙহৌদনা শকক্তম হুঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "মীনাই-মীশলদা অহুগুম্বা ঙাংলবদি অভোমবা মীনা উৎশিৎলোই, অহুগা অর্থমু থোক্তে, খমমখৈ ভাব ভানা জাম ভোনা রা ঙাংবিগদবনি বাবু, মহু নক্লবদি মীনহু থীনা ঙাংনগনি।" অসি হায়রগা শেল অহু খুনগৎলগা মহাক কা মমুংদগী থোকক্লে। অহুবু ঙাইহাক্তংগী মতুংমক্তদা শং হুল্লক্লগা হায়রকই, "হৌজিক অমুক্তী করি থোঙ্গদগে ?"

থেং-থাকপগী মরিদা লৈরিবা পূম্নমক্তী মতাংদদি সতীশ গুণ চেনবা মুপা অমনি হায়বগী পরিচয় সাবিত্রীনা হাম্নদগী খঙলকই। মরম অহুনা

ঙুংঙিগী অয়ুক্তা অমুক-মুক লাক্তুনা সতীশকী য়াথং লৌরে, অমসুং মশামক্তা শংদুনা বামোন-ঠাকুরবু পূম্নমক অদু মওং তানা লোইশিলহল্লি। চৈরক অহুদা মীনাইনা হিদাক হান্দুনা থনমে, সতীশনা অমুক শাংনা হিপথরগা হায়রকই, "অপাম্বা খুশি।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "শাউবসু অমুক হনবিদ্রিমাল্লেনে!"

সতীশনা কক্লাংলোমদা মমাই ওনশিন্দুনা হিদাক থক্লা থক্লা হায়রকই, "নুপানিদ্রনা, করিগী শাউবা হৈরোইদগে? ঙসি ঐ চাম্ম চারোই।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "থঙজরে অতোপ্পা মফম কদায়দনো চাকম লৈবিরৈনিনে? অদুবু মদু ওইনিংবা ওইজরসনু সতীশবাবু, স্কুলদি কাবিদবা য়ারোই হায়জহৌরিবসিনি।"

মতম খরদংসিগী মনুংদা চাং নাইনা স্কুল কাবগী য়াকম অসিনা অমুক হন্না সতীশকী মকমদা পোৎলুম ওইনা থোক্লরে, অমসুং লৌশিং কয়া তৌদুনা থোদোক কয়াগী মমিংদা মহাক্লা ছুটি লৈথোকপা হৌরক্লিবদু সাবিত্রীনা কুপ্না য়েংশিল্লক্লিবনি। ঙসি চালাক অদু অমুক হন্না তৌগদবগী মচিন কাংলকপমক্তদা মহাক্লা থঙথ্রে।

সতীশনা ফিংনা হৌগৎতুনা কম্লগা শাউশিন্নবা খোম্থাংদা হায়রকই, "অফবা থবক হৌপৎলকপমক্তদা অপনবা পীরক্নু হায়রিবসিনি।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মদুবুদি হায়বিরক্তনি। অদুবু এণ্ট্রান্স পাস তৌনবা হোৎনবদা চহি কুন্তরুক হৌথ্রে, হৌজিক ডাক্তর পাস তৌনবা হোৎনবদা চহি ছুক্ক মরি হৌথনিয়ে!"

সতীশনা শাউরংনবা মওংদা হায়রকই, "মীনম্বা ঙাংবা নত্তে সাবিত্রী। ঐ এণ্ট্রান্স পাস তৌদে।"

সাবিত্রী নোকথোরক্লে। হায়রকই, "মদু কাওবা তৌবিদবা?"

সতীশনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "তৌদে। মী-কত্তা ওঝাশিংদুনা ঐবু পাস তৌহন্দবনি।"

সাবিত্রীনা হন্দক্তি ফিনা মচিন খুমদুনা নোক্লকই। অদুগী মতুংদা হায়রকই, "অদু ওইরবদি হন্দক্তসি কমদৌবিগদৌরিবগে?"

"করম্বা?"

"ডাক্তর ভম্বা অসিবু?"

সতীশনা ঙাইহাক ভুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "করে, সাবিত্রী, গধাগী মতোৌগুম ময়াম্না একজামিন পাস কমদৌনা তৌরিবনো হায়বা ঙম্বরা ?"

সাবিত্রীনা নোক্লিংবা খাংদুনা হায়রকই, "গধাগী মতৌগুম, অদুবু গধা নত্তে। তশেংনা গধা ওল্লবা মখোয়দুদি পাস তৌব' ঙমদে।"

সতীশনা তৌকম খঙদনা মঙক থাজৎতুনা থোঙগী মপাল্লোমদা অমুক্তং য়েংলকই ; থংনবা মিৎকুপমক্তদা চপ য়ুংনা কয়গা শকক্ষম হাইকেৎ হজিল্লুনা হায়রকই, "কনাগুম্বনা করিগুম্বা তাখিবা থোক্লবদি তশেংনমক নিন্দা তৌগনি। ঐগী ইমাংদা লেপতুনা ঐবু গধানি হায়রি, মরাল অসিদগী নশা ঙাকথোকচনিংঙাই করিমতা লৈররোই।"

ওস্তোকপনি! কর্ম্মগী দোষনা ঙসি সাবিত্রী বোর্ডিংগী মীনাই নুপী ওইরি! অদুনা মহাক্না চৈনাখোল অদুখক্তু খাংলগা হায়রকই, "মদু ওইবা য়াই!" হায়রগা তপ্না তপ্না মপালদা থোকখ্রে।

সতীশ অমুক হন্না অতনবগী মতৌগুম কমুংদা হিপথখ্রে। মহাক্কী থম্মোয়-মুংদা থৌলৈতবা মুমিৎ চুপ্পগী শক্তম অদু তরু-তরুনা উরম্মী, সাবিত্রীগী রাদুগী চৈথেংনা মদুগী অয়াম্বা শরুক মকশিলহনখ্রে অমসুং সাবিত্রী মশানা পুদুনা চংখ্রিবা মৈচাক অদুখক্তুনসু মহাক্কী ছুটিগী নুংঙাইবদু মশা কন্দোকহল্লমখিদ্রে, অমসুং ঙসি ছুটি লৈখোকপগী কান্নবা অমুক ফংলরোই হায়বা মহাক্না মপুক্লিংদা খঙজরবনি, অদুম ওইনমক করিমতা তৌরুদনবগী মীহৌবসু মহাক্না থদৎপা ঙমদদুনা হৈনিংদনা মপুক্লিং রারৌনা কমুংদা তাদুনা লৈখ্রে। অদুবু মতম চানা ঈরুজননবা খঙহল্লরে। সতীশ হৌগৎতে ; হায়রকই, হাথু হাথুরিবা করিগীনো ? ঐ ঙসিদি চৎথোক্লরোই।"

সাবিত্রীনা কাদা চংলক্লগা হায়রকই, "মদু য়ারোই। স্কুলদা চৎপিদবা য়ারোই—চৎপিরো, ঈরু-মাইথজরগা চাক চাথোকপিরো।"

সতীশনা হায়রকই, "নহাকপু ঐগী গার্জিয়ান হাপ্লব্রনে, মওং অম্মুন্না নৈনরিবদি ? ঙসিদি ঐ থোঙফম লেংলরোই।"

সাবিত্রীনা নোককেৎ তৌরকই ; হায়রকই, "চৎপিজ্রবম্ভু ঈরুজদুনা চাক চাথোকপিক্লরো। অদোম্না ভনবদা মীনাই-মীশলশিংদা অরাবা ওইহল্লি হায়বা উব্বিদব্রা ?"

সতীশনা হায়রকই, "মসিবু করম্বা মথলগী মীনাইন্নে পুংমাপল কাওবা তাকাত্রিঙেদা রারিবদি ! নত্তে—বোর্ডিং অসিদগী ঐ হোংলোক-খিবা তারে, মত্থু নত্রবদি হকচাং করোইদৌরি হায়বা উরে।"

সাবিত্রী নোকথোরক্লে, হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐস্থু হোংখিবা তাইদনা।" অদুবু অসি হায়দোকপগা মহাক্না থুনা মাংনা মশাগী রাদু থুপচিন্দুনা হায়রকই, "অদুবু মতম অদু কাওথাদ অদোম্না বোর্ডিং অসিগী নিয়ম ঙাক্না চৎপিবা তাবনি—স্কুলস্থু কাবিগদবনি।" এ, হৌগৎপিরো, মতম থেংল্লে।" অসি হায়বল্লগা সতীশকী ফৈজোম অমস্থুং গমছা ঈরুজকম কাদা থংলুনবা পর-পরপ মপালদা থোকল্লে।

সতীশনা মুংতিগী নিয়ম নাইনা সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌই। ঙসি মহাক ঈরুজরগা পূজাগী আসন্দা যম্বদা কুইনা চংই। সাবিত্রীনা অনি-অহুমক লাক্কুনা য়েংলম্লগা থোঙজিন মপালদগী কৌদুনা হায়রকই, "অমুক্ত করিগীনো, চাক ঈংথ্রনি! স্কুলদা চৎপিরুবনু, থৌজালবিদুনা চথোম অনিদদি হুর্কপিবরো, ঐথোম্বু থাদোকপিরো।"

সতীশ অদুক্তস্থু মিনিট মঙারোম তুমিন্না ফমদুনা লৈথোক্লবা মতুংদা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "পূজা-আহ্নিকী মতমদা ইরাং তৌরবদি করি তৌই খঙব্রা ?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "কুশি-তাম্নি মাংদা থমদুনা তৌশিন্নরবদি করি তৌই খঙবিব্রা ?"

সতীশনা মমিৎ হঙৎনা য়েংলকই, হায়রকই, "তৌশিন্নরিবা। কৈদৌলুংদস্থু নত্তে।"

সাবিত্রীনা করিনো রা অমা হায়গে তৌরম্লগা চপ লেপল্লে। অদুগী তুংদা হায়রকই, "মদুদি অদোমদনা খঙবিরিনি। অদুবু অতৈ নুমিত্তুদি অম্মুক কুইনা চংদে—চৎপিরো, চাক শেম্লবনি।" হায়রম্লগা চৎল্লে।

ঙসি নিংথম-থাগী মধুর চেল্লবা নুমিৎ য়ুংবা মতমসি বোর্ডিংদা মী তাকই অনস্থুং ইচিক চিক্কই। বোর্ডিং অসিদা লৈরিবা মীশিংসি কেরানী ঙাক্কনি। মখোয় ওফিসতা চৎখি। বামোন-ঠাকুর কোইথোকখি, ঝিহারী কৈথেল কাবা চৎখি, সাবিত্রীগীস্থু করিগুম্বা মরা-মপ্লাও অমত্তা তাখিল্লে।

সতিশনা মশাগী কাদা অহানবদা নুংখিল তুমনকা অরেম্বদা হোৎনরম্লগা হৌজিক্তা হৌগৎতুনা কমত্থনা করি করিনো খক্কই। মাগী নুখুম্রোমদা পান্নিকা থোঙনাওদু থিংলি। মতু হাংদোক্লগা মায়োক্লবিবা অহাংবা ছাদলোমদা য়েংলুবা খুদক্তা থোঙনাও থিংজিনখ্রে। ছাদকী মচিঅম্দা কমত্থনা সাবিত্রীনা মশম কংওল্লম্মী অমস্থং করিনো লাইরিক অমা য়েংলম্মী। থোঙনাও হাংবগী মখোল তাবদা মহাক্না ভকচাননা ফিজি চিংখৎতুনা মকোক খুম্নগা তৌগৎতুনা য়েংলুবদা থোঙনাও থিংজিল্লম্মে। ভাইহাক্কী মতুংমক্তদা মহাক্না কাদা চংলক্লগা হায়রকই, "বাবু, কৌবিত্রা ঐবু?"

সতীশনা হায়রকই, "নক্তে, কৌদেনা!"

"কাগা ঈশিংগ পুবকউরা?"

সতীশনা মঙক নোমত্থনা হায়বকই, "পুবকউ।"

সাবিত্রীনা কাগ ঈশিংগা পূম্বক্তুনা যমু ময়াদা থনম্লগা কাহুগী থোঙ থোঙনাও পূম্নমক অমমম ওইনা নিংথিনা হাংদোক্লরে, অদুগা লৈমায়না কমথবগা হাযবকই, "চৎলগে, হিদাক হাল্লুখিগে।"

সতীশনা হাযরকই, "বিহারী কদায়দা লৈ?"

"বাজারদা চৎখি," হাযরম্লগা সাবিত্রী চৎখ্রে অমস্থং ভাইহাক্কী মতুংদা হিদাক হান্দুনা পুবক্লগা হাংত্থনা লৈবিবা থোঙ ময়াদা কমথরগা মাইথোং মকালাম্না হায়বকই, "ঙসি অবেম্বদ ছুটি লৈথোকপিরিবনি।"

সতীশনা হায়রকই, "মত্থমক অচুম্বনি। ঐগী লোনচৎ খরমখৈ মনিং তম্মী, অদুগ মরক মরক্তা মতৌ অম্থম্না তৌত্রবদি নাম্বক্লনি। মক্লদা মত্তমা নিয়ম চুম্না ডাক্তর ওইরুবস্থ পামদে। খজিক-খরাক তম্লগা ঐখোযগী খুঙংগী যুমদা শেল-তৌদবা ডাক্তরখামা তাংলুগনি। লাম্লেংবা রাৎপদগী খুঙংগী লাইর-অরংবশিং ওবা-কায়বদা উজাড় শাই, মখোয়বু লায়েংবিবনা ঐগী পান্দম্নি।"

সাবিত্রীনা হায়বকই, "শেল-তৌদবা লাম্লেংপীদি কক্তজরে নিংথিনা তম্মুবগী দরকাব লৈরিবোইমে? অককা ডাক্তরদি খুঙ্গদগী অচৌ-অশাংগীদমক্তনি, অতুম লাক্লবক্সী ওতোংদদি মতৌ মাকহল্লগা লোইরে।

অদুবু মত্র কমদৌনা ওইখোক্কদগে ? অদোম চৎপিগ্রবদি বিপিনবাবুখোয় ওখোল্লা খুদোং চাহৌরোইদৌরিবনিনে !"

বিপিনবাবু পল্লকপদা সতীশনা ঈকাইদুনা হায়রক্কই, "খুদোং চায়োইদৌরিবনা অমুক করি, ঐগুম্বা মরূপ মাগী অরাৎপা লৈতনা ক্কজনি। অদুদা নত্তনা, মকমদুদা ঐ অমুক চক্রেনা !"

সাবিত্রীনা ওক্কুনা হায়রকই, "চৎপিত্রবা ? অদু ওইরবদি মাবু কনানা অমুক ঈশৈ-নোংমাই ভন্থিরিবগে ?"

সতীশনা য়াম্না শাউনা হায়রকই, "ঈশৈ-নোংমাই—এঃ ঐনা ভন্থিখিবা ?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "কনানা খঙগনি বাবু, মীনদি হায়নৈ।"

"কনানস্থু হায়বা নত্তে—মসি নঙগী শাজিনবা রানি।"

"অদোম্বু বিপিনবাবুগী চুহি মরুপ্নি হায়নৈ ; মসিস্থু খঙলে ঐগী শাজিনবা রানি।"

য়া অসি ভাবদা সতীশ মৈ হোয়রক্লে। মসিগী মরম লৈ। বিপিনগা লুনা তীন্নবসি মপালগী মীনা খন্ন-নৈনবগী মচাক ওইহল্লকবদি খন্ন-নৈনবদুগী কল সাধারণ ওইনা করিদা তারক্কদগে হায়বদু মহাক খঙই। কলিকাতা মচা বিপিনগী ইমুং-মমুংগী ফিভম অমম্থুং মহাকী হুয়াও-মথোই কাননবগী ওমখৈ নাইদবা থোয়াং-লুংলাংগী মরক্তা মীরম-মচা সতীশকী মকমদু মীগী মমিৎতা হম্থনা ঊগনি, সতীশকী থম্মোয়দুংদা লাংতক্করিবা চিংনবদু সাবিত্রীগী ময়া থোরবা রাহৈনা য়াল্লকপদা তশেংনা প্রলয়-মূর্ত্তি লৌদুনা মপালদা থোরক্লে। মমিৎ অনিদু ইরং লংখৎতুনা ঙংলকই, "করি, ঐবু চুহি মরুপ—কনানা হায়বগে হায়য়ু ?"

সাবিত্রীনা মপুক্লিংদা নোক্লগা হায়রকই, "কনাগী মমিং পনগদগে বাবু ? চৎলগে, রাখালবাবুগী মোম্পাকফিদক নুংশাদা ফোদোকউখিগে।"

"মোম্পাকফিদক লৈখিসনু—মমিং হায়য়ু।"

সাবিত্রীনা নোক্কুনা হায়রকই, "কুমুদিনী।"

সতীশনা চঙক্লনা হায়রকই, "মাবু নঙনা কমদৌনা খঙলুরিবনো ?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মহাক্লা ঐবু খবক ভৌহল্লবা কৌহল্লে।"

"নহাকপু ? মথোনা থোইনা লৈতবা নত্তে। নঙনা করি হায়খিবগে ?"

"হৌজিক ফাওবা পাউখুম পীখিদ্রি—খল্লিবনি'। থাগী ভলব য়াম্মী, থবক কোম্মী, অদুনা মীহৌই।"

সতীশকী মমিত্তগী মৈরিক কাপখোরক্লে। মহাক্না হায়রকই, "মসি হিপিনগী খুজিল-খোরাংনি। নহাক্কী মিং মহাক্না তোইনা পল্লি হায়বা য়াই।"

সাবিত্রীনা নোক্লিংবা খাংদুনা হায়রকই, "পনব্রা? মদু ওইরবদি ঐবু মপুক্লিংদা খোইদারম্বা য়াই!"

সতীশনা সাবিত্রীগী মাইখোংদা খানা য়েংদুনা হায়রকই, "খোইদাবা, লুপা চাম্মা ফাইন থিদুনস্থু মীবু ফুরু-খোৎলুবা লৈতে—হৌজিক উরে, ফাইন থিবা তাই! ফরে, নঙ চৎখ্রো!"

সাবিত্রী চৎখ্রে। রাখালগী কমুংগী ফিরোলশিংদু নুংশাদা ফৌদোক-লম্লগা থুনা য়াংনা লাক্লুনা খোঙনাওগী অচোবদা য়েংলরে, সতীশ ফুরিৎ লিৎশিল্লম্লে অমস্থুং উপু হাংদোক্লগা নোট মপুল অমা লোম্না ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লম্লি। সাবিত্রীনা খোঙবা অনিদা পায়দুনা লম্বী থৎদুনা লেপ্লগা হায়রকই, "কদায়দা চৎপিগদোরিবনো?"

"থবক লৈ—লম্বী থাদোকউ।"

"করি থবক্লো হায়বিয়ু?"

সতীশনা শাউদুনা হায়রকই, "হন্দোকউ।"

সাবিত্রী হন্দোক্লে। নোক্লুনা হায়রকই, "ঈশ্বরনা অদোম্বু করিগুম্বা গুণ অমতা ব্রাৎহনবিদে হায়বা উরে। চৈরকসিদা জরিমানা থিবা ফাওবা লোইশিনবিরম্লে।"

সতীশনা পীগুম শুক্লকই, ব্রা ভাংদে।

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মসিদি অদোমগী য়াম্না চুমদবনি! কদায়দবু থবক তৌরবস্থু তৌদ্রবস্থু ঐগী ইনিংনি—অদোম্না কন্নিগীনো মসিদা খৎনবা পাম্বিরিবা?"

সতীশনা হায়রকই, "খৎনবা খৎনদবা ঐগী ইনিংনি, নঙনা লম্বী থৎলিবা করিগীনো?"

সাবিত্রী মখুৎ লোম্নদুনা হায়রকই, "ফরে, ভাইহাক্তা ভাইবিরমখে, ঐ হল্লক্লগা চৎপিগদবনি।"

সতীশ হৌজিল্লক্কুনা কমুংদা কল্লবমক্তদা সাবিত্রীনা মপালদা থোকপ্রগা থোঙ থিংজিল্লগা পুনা ক্রোক পানশিনপ্রে, অদুগা থোঙনাওদগী তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঈংথবিত্রবদি হাংলরোই—মথাদা চৎলে।"

অসি হায়রম্লগা মহাক তশেংনমক মথাদা কুমথপ্রে। মপালদা থোকপা কংত্রহুনা সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না কমদুনা লৈরগা মশাদা লিৎলিবা ফুরিৎতু লোথোক্লগা লৈমায়দা লাক্কুনা হুন্দোকপ্রগা লোংনা তাহুনা লেপ্প্রে।

বিপিনগা মহাক্কা শকথঙনথিবা এলাহাবাদতনি। কলিকাতাদা লাকপদগী মদু ফনা কন্না চৎশিন্নখিহুনস্থ বোর্ডিং অসিদা মহাক্না মতম চাব-চাদবদা চৎথোক-চৎশিন তৌবসি থোইদোক্না কজদনা থোক্লকই, মসি মহাক মশানস্থ খঙজে। ঙসি সাবিত্রীগী রাদা রাফম অদু ময়েক পুমশেং শেংপ্রে। সতীশকী মরুপ্পি অমস্থং অচৌবা মীনি হায়দুনা মহাকপু লুনা-চান্না ভৌবদা হৃদুদনবগী থৌদাং অসি সতীশ মশামক্কা সাবিত্রীগী মথক্তা ননশিনখি। লুনা-চান্না ভৌবা অসিগী খুদোংচাবা বিপিনবাবুনা মপুংফানা লৌই হায়বা পাউ অসি বোর্ডিংদা হল্লকপদা সতীশনা মতম অয়াম্বদা তাবা ফংলম্মী। মশাগী চমজবা ভোররিংবতুপা চাংদম্নরুবদা বিপিনগী লৈথোম-লৈনাং থাংবা মীহৌচাওবদু কাহেন্না তৌবিমল খঙদবগী মতৌগুম ঙসি মাগী থম্মোয়দা য়ুরকই অমস্থং নিমন্ত্রণ-আমন্ত্রণ মক্ত ওইবা, চান্নবা পূন্নমক মিৎকুপকী মন্নুংদা মহাক্কী মকমদা হু ওনপ্রে। মপালথোংদা মহাক তুমিন্না লৈ হায়বদি য়াই, অদুম মপুক্লিং থোইশাউনবদি শাম্বং মন্নুংদা থগ্নিবা হিংসা চাবা শাগী মতৌগুম অশুব অমুম মহাক্কী থম্মোয়-মুংগী চিদায়.অমা ফাওবা থুংপ্রে।

পুং অময়োম.লৈরবা তুংদা হল্লক্লগা সাবিত্রীনা-থোঙনাও মপালদগী তপ্না তপ্না হায়রকই, "শাউবা হনবিরত্রা বাবু ?"

সতীশনা পাউথুম পীদে।

থোঙ হাংদোক্কুনা সাবিত্রী ইমুংদা চংলক্কুনা লেপ্লয়ে; হায়রকই, "ফয়ে, মসি করম্বা মীওৎ-মীনৈনো হায়বিয়ুদনা ?"

সতীশনা করিগুম্বা মাইকৈ অমতদদু য়েৎলুদনা হংলকই, "করিগী মীওৎ-মীনৈনো ?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মী খুদিংমক মশা মশাগী কান্নবা থিনরিবনি। ঐস্ম কদায়দনো করিগুম্না থরা কান্নগদবা থবক ফংবদা অদোম্না মতুদা য়ৈথংপিনিংলিবা করিগীনো ?"

সতীশনা নিংবা কায়বা মওংদা হায়রকই, "কৈদৌবগী য়ৈথংকদৌরি-বনো ? নশানা চৎনিংলবদি চৎখিবদা কৈদৌরুনি ।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদুম ওইরমক, ঐগী অনৌবা মপুতুবু ফু-চৈনবা থৌরাং তৌবিরি ।"

সতীশনা হৌগৎতুনা কম্নগা হায়রকই, "নহাক ওইরবদি করি তৌগদগে সাবিত্রী ? নহাক্কী লন্দু করিগুম্ব। কনাগুম্বনা থেমদোক্কুনা পুগ্রবদি—"

"অদুবু, ঐবু অদোমগী লনলনে ?" হায়রগা সাবিত্রীনা থিক থিক নোকথোরক্লে ।

সতীশনা ঈকাইরতুনা হায়রকই, "হুঁ – মতু নত্তে—অদুবু —"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদুবু হায়বগী কান্নবা লৈতে—ঐ চৎলোই ।" সতীশকী ফুরিৎতু লৈমায়দ গুপ্তেক-নাত্তেক তাদুনা লৈ, সাবিত্রীনা মতু লোথংলগা ফুরিৎখাওদগী নোটশিংদু লৌথোকখ্রে। উপুদা শো পান্দুনা লৈ, নোটশিংদু মনুংদা হাপচিল্লগা শো লোনশিল্লে, অদুগা শোদু মাগী রিংদা হাপচিন হাপচিন্না হায়রকই, "ঐঙোন্দা লৈরসনু। শেলগী দরকার লৈরক্লবদি হায়বিরকউ।"

সতীশনা হায়রকই, "করিগুম্বা হুরানগ্রবদি ?"

সাবিত্রীনা রা অদু তাবদা নোক্কুনা ফিজিদা কিরিবা শো চবুলদু মনঙ্গলদা জ্রেং লাওনা হুনগৎহ্নগা হায়রকই, "ঐনা হুরাল্লবদি অদোম থম্মোয় শোক্লোই ।"

সতীশনা সাবিত্রীগী মাইথোংদা ঙাইহাক মিৎয়েং লেংদনা থম্লকই। ঙাইহাক্কী মিৎয়েং অদুদা মহাক্না করি উবা ফংবগে হায়বা মহাক্কনা খঙলিগনি, চঙক্না হায়রকই, সাবিত্রী, নখোয়গী য়ুম করি লমদনো ?"

"বাঙলাদেশতা।"

"মতুদগী হেন্না অদুক হায়ররোইদ্রা ?"

"হায়ররোই ।"

"নম্নুম কদায়দা লৈবগে হায়বা তাক্লিংত্রবস্নু করি জাতনো হায়ম্নু ?"

সাবিত্রীনা নোককেৎ তৌনা হায়রকই. "মহু খঙলগা কৈদৌ-নগদগে ? ইখুৎতি চাবিরোইদনা !"

সতীশনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, "চাদবা য়াই। অহুবু শিখাং খাংহুনা চারোই হায়বস্নু ঙমদে।"

সাবিত্রীনা মাগী কোইরাওনবা মিৎস্নান' সতীশকী মাইথোংদা মুন্না য়েংহুনা ঙাইহাক লৈরবা মতুংমক্তদা নোকখোরক্লে। অঙাংগী মতৌগুম মঙক হাইহুনা খোঞ্জেলদা মপাল নাইদবা মুংশিবা হৈজিল্লগা হায়রকই, "ঙম্নোই হায়বস্নু ঙম্বিদবা—করিগীনো হায়বিয়ুদনা ?"

খঙহৌদনা সতীশকী মকোক্তা ভূত চুপ্রে। মহাকী থম্মোয় ঈগী ঈচেল থক-খা ওনথ্রে, মহাক্না খুদক্তা থোইদোকপা খোঞ্জেলদা হায়দো-রকই, "করিগীনো খঙদে সাবিত্রী, অহুবু নহাক্না থোংলগা পীজরবদি চারোই হায়বা ঐগী ইকমদা লুনা থোকই।"

"লুনা থোকপা ? করে, মহু নোংমা খঙনরগনি ! হৈম্না—রাখাল-বাবুগী সাইট-মোন্দু কৌদোকপা কাউহৌয়ে।" অসি হায়রগা মিৎনা কুপ্পদা মহাক কাহুদগী মপালদা থোকখিগদবগী তৌরকই।

য়া অমতা সাবিত্রী", হায়বমক্তা খঙহৌদনা সতীশনা লুকথহুনা লামহুনা মহাকী ক্বিজি মচিন পায়হুনা য়াল্লুরে। সাবিত্রীগী মমিত্তা নোংথাং কুপহুনা "অচ্চা ! চৎলে !" হায়হুনা অমুক্তং খংচিং চিংহুনা মশা নাম্থোকচহল্লগা খোঙথাং কন্না থাংখিহুনা মশক উখিদ্রে।

খঙহৌদনা করিনো থৌদোক অমা থোকপগুমথ্রে। মহাক্না খঙহৌদনা খংচেন চেনখিবা, কাজিল্লবা খোম্থোক্তা 'চৎলে' হায়বম্বা, মিৎকী নোংথাং—মহুনা বজ্রগী মৈগী মতৌগুম্না সতীশকী কত্তবা বুদ্ধি পুম্নমকপু মিৎনা কুপ্পদা চাকথেক্তুনা উৎ ওলহনথ্রে। হঙ্গোইনিংঙাই ওইহ্নবা ঈকাইবগী চৈথেংনা মহাকী মশা 'পুম্বা তানা লেংলবা লিনগী মতৌগুম করা করা হাইরক্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই, মপোক অসিগী মহাক্না অমুক হন্না সাবিত্রীদা মাই উৎপা ঙম্নরোই অমস্নুং ভুংদা করিগুম্বা দরকার অমগী মহাক অমুক হল্লকপা য়াই হায়না চিংনরক্তুনা মহাক খুদক্তা কি অমা সৎ চিংথহুনা লৌরগা

মুংশিৎমুক ময়াংনা মপালদা থোকখ্রে। সিংজিংগী থাক অহুম-মরিদা ঙাইরক্লবদা মথক্তা লৈরিঙৈদা সতীশনা সাবিত্রীগী খোঞ্জেল তারকই। মহাক্না চাকশঙদগী চেম্পোরক্লগা মঙক থাঙৎতুনা হায়রকই, "চাক অমুক্তা চাবিখো বাবু, মদু নত্রবদি হল্লকপা থেংনবদি পুম্নমক মাংলগনি।"

অদুবু তাবা কংদবগুম্মী, মতৌ অসুম্না সতীশ থুনা ময়াংনা মপালদা থোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা সাবিত্রীনা ইস্কুলংগী ময়া হুংবা লাকই, সতীশনা তপ্না তপ্না হায়রকই, নপুক্লিংদা করিসু খল্লুনু সাবিত্রী।"

সাবিত্রীনা ঙকপগী খোন্থাংদা হংলকই, "করিনো খল্লোইদৌরিবদি?"

সতীশ মরু লুকথত্তুনা তুমিন্না লৈখ্রে।

সাবিত্রীনা নোকখেৎ তৌনা হায়রকই, "ওইনিংবা ওইজসনু! ঐগী মতম লৈতে—করি থোংঙুগে হায়বিরো।"

"ঐ খঙদে—নহাক্কী অপাম্বা অমা হেক্তা।"

"ফরে" হায়রল্লগা সাবিত্রী চৎখ্রে, রাহং অনিশুনা হংলমদে।

পুং অনিরোমগী মতুংদা হল্লক্লগা হায়রকই, "করিনো তৌবিরিবসি হায়বিয়ুদনা! ঙসিসু খোঙকম অমতম্ম লেঙলরোই হায়বিরিব্রা?"

সতীশ তুমিন্না লৈ।

সাবিত্রীনা হায়রকই, "পুং মাপল তাখ্রেম্মি।"

পুং তাখ্রে হায়বগী পাউদা সতীশনা মরিক অমতা পাথৎতনা হায়রকই, "তাজখিসনু—ঐ অমুক হৈনখ্রে!'

কান্নদবদা তস্থবা, অরেম্বদা মতম মাংহনবা পুম্নমক অসি সাবিত্রীনা তশেংনা য়েংথুনা লৈখোকপা ঙম্নখ্রে। অদুনা মহাক মুমিৎ থরনিগী মমাংদগী জুংদদি শাউনিংলক্লবনি অমসুং পেল্লক্লবনি। খোঞ্জেল হাইখেৎ য়াক্লপ্না হায়রকই, "হায়বিয়ু, করি হৈনবিব্রবগে? লাইরিক তম্বা চৎপরা?"

সতীশ মশামকসু মপুক্লিংদা রায়োরক্লবনি— পাউথুম পীদে। মহাক্কী মাইথোং উবদা সাবিত্রীনা মদু খঙলে অমসুং ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা

থোঙ্জেল পিক্লা হায়রকই, "লাইরিক তম্বা হৈনবীদ্রে। হৌজিক হৈনবারি-বদি খঙজরে নুপী-নহাগী ফিজি চিংথোক-চিংশিন তৌবরা ? স্কুল কাবিরো কাম্লদবদা বোর্ডিংদা কমদুনা উপদ্রব তৌবিরক্নু।"

মহাক্না চৈরিবসি থম্মোয়গী নুংশিবা অমদি পুকচেল তিংনা য়াইকহৎপিংবগী অপাম্বা নত্তনা অতৈ করিস্যু য়াওদে, অদুবু রাস্তাংগী মওংদুনা সতীশকী মশা 'পুম্নদা হু তৈশিল্লকপগুমখ্রে। উনা উনা মহাক্কী মমিং-মমাই শাউবনা ভাংলক্লে। হায়রকই, "চিন্দা থোরকপা অমা হেক্তা হায়রিবা করিগীনো ? লুনা তৌরবদি হুইনা লৈতোন লেকই, মী কাওবদস্যু খঙনবা তাক্লবা তারি।"

মসি চৈ-থাংবনি। সাবিত্রীনা মিৎকুপমুক্ত তুমিন্না লৈরুরগা থোঙ্জেল অমুক হেন্না নেমথনা হায়রকই, "মশানা তাবনি সতীশবাবু। মদু নত্রবদি অদোম কাওববু তাক্লগদৌরিবা করিগীনো, মসি ভদ্রলোকশিংগী বোর্ডিংনি, বৃন্দাবন নত্তে হায়বা।" অসি হায়রম্লগা থুনা য়াংনা মপালদা থোকখ্রে।

নুংঙাইতবগা ঙকপগা য়াম্লদুনা সতীশ চপ য়ুংনা লৈখ্রে। সাবিত্রীনা মঙোন্দা মতৌ অদুম্না ইথঙ খঙহৌদনা থম্মোয় কাওনা লেংহল্লবা ঙমগনি হায়বা রাকম অসি মহাক্নদি মপুক্লিংদা থল্লুবা কাওবা ঙম্লম্বা নত্তে। কনা কুইনা ফিভম কায়দনা লৈরগা খঙহৌদনা মহাক ফুক হৌগৎলক্লে অমস্যুং করিগুম্বা মওংদা ঈরুজদুনা চাব-থকপা লোইশিল্লগা লাইরিক তম্বগী মমিংদা মপালদা থোকখ্রে।

নুমিৎ অদুদা নুমিৎ চুপ্পা ঈকাইখা নংবনা ওমচাক্লবা মহাক্কী থম্মোয়না মপুক্লিংবু রারকচরকই অমস্যুং মহাক্না মশাগী খনঙমত্রবা ঙক্লিংঙাই ওইরবা ব্যবহার অসিগী করিগুম্বা তাংদাংবা মরম অমতা থিবা ফংদবা অদুক্কী মথৈ মহাক্কী থম্মোয়নুংদা রাকম অমনা হক্কৎ-হন্দা চৎথোক-চৎশিন তৌদুনা দাগ থম্লরি। করিগীনো মহাক্না ফিজি পায়রুরিবা, মহাক্কী হায়নিংঙাই রা করি লৈবগে, অমস্যুং সাবিত্রীনা মতৌ অদুম্না চেম্থোক-খিরমত্রবদি মহাক্না করি হায়রমগদগে, করি তৌম্বমগদগে, মহাক্কী লৈখা তারবা শাউরংনবা থম্মোয়-নুংদা অরেপ্পা লৈতিনা চংলকপা অসিগুম্বা অকনবা রাহং খিবিক্লা সাবিত্রীদগী হৈন্না কাওবা মহাকপু থোইদোক

ছেন্দোক্লা তমথীবা কংনা তাংখৈক্কি নাইদনা চৈথেং পীরম্মি। মতৌ অঙ্গুম্মা মুমিৎ চুপ্পা মহাক মশাগী খুৎলায়না মশাবু ঈহিং-নাহিং শাইল্লগা নুমিৎ ভারমদায়দা গঙ্গা মপান্দা লাক্লে অমস্তুং করিগুম্বা মওং অমদা হিরানবা হিরোইশিংগী নোংল্লুক লান্দারকপদগী নাম্ফোকুনা থরায় পান্দবগী পাংথক্কি ওইনা নুংপাক মচেৎ অমগী মথক্তা ফমতুনা লৈররে।

ওরাং সাবিত্রীগী মকমদা মপুক্লিংগী অশোনবা খঙ্গহৌদনা ফোঙ্দোকখিবগী ঈকাইবনা বোর্ডিংদগী হোইনা চেস্তোরকখি, মতম অদুদা ঈকাইবদুগী মরক্তা কমদৌনুনলো মাধুর্য্য থরা চেনবগুম তৌই। কনাননো মরুমদা লৈদুনা শরুক য়ারবগুম্মী। অদুবু ওসি সাবিত্রীনা করেমরকপগী মৈশাদা রস অদুগী লেমহৌবা শরুক অদুখক্তং অদু কাওবা কংশিনখিদুনা পাম্বে লৈত্রবা ঈকাইবনা তশেংনা গ্রক গ্রক কংনা কনশিন্নহনখিদুনা মহাক্কী থম্মোয়-নুংদা ংুপচান্ননা চৈথেং পীররি। নুমিৎ অদুদা মহাক্কা হায়ফম তৌফম খঙদনা গুপ্পদগী মরু লুকথখিবনি, ওস্লিদি মহাক্কী ডক কেন্দুনা ভাখিবগুমগ্রে। অদুগা খ'ইদগী হেন্না থম্মোয় শোক্লিবা অরাবদুনা অসিনি, নুপী অসিদা মহাক্কা নুমিৎ কয়ানি কাগি-জোগাই কয়া তৌগ্রে, মদু পুম্নমক অদুমক্তা ওসি ফজদবা রাক্ষম অমা ওইরকপনি। ওরাং অযুক কাওবা তশেংনমক মহাক্কী ক্যাগি-জোগাই মরক্তা মরো থাংবা নত্তনা অর্থ অনিগুনা চেল্লমদে, চিক্লবা নুমিৎয়ুংবা মতমদুদা পুরিং খজিক্তং কাজিনবা ওমহৌদবদগী তুংদা রাক্ষম অদু মচিন্দা পল্লুনবা কাওবা লম্বী অমুক লৈত্রে। অপাম-মীহৌ মতম কুইনগী মমাংদগী লোৎতুনা ভাঙ্গা ভাইদুনা লৈরমদে হায়বা রাক্ষম অসিদি সাবিত্রীনা করিগুম্বা মওংদস্লু থাজবা ওম্নরোই। মহাক্লা হায়বক্তনি, মহাক্কী থম্মোয়দা মদুমক লোৎতুনা থম্লম্বনি! অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দদি করিস্তু লৈরমদে। অর্চুম্বা অসি খঙহন্দুনা রারী শারুননবা ভাঙ্গ। মহাক্লা কৈদৌঙৈ ফংগদগে? মহাক লমচৎ ফজবা পাখং নত্তে, মহাক থোইদোক্লা ঈকাইখিগনিবসু নত্তে, অদুবু ওইদবা বদনামদি মহাক্লা কমদৌনা থাংবা ঙমগদগে? মহাক্লা মপুক্লিংদা হায়জক্কনউ, করিগুম্বা হুবীমবা ওটরবদি হুরানবগী মভোগুম শগুন-চেগা কোম্নরা কাম্রিবা করিগনো? সাবিত্রীনা মপুক্লিংদা নৌঙুনা

হুায়রম্লকনি, সাধু অসিনা জোটাগা কমণ্ডলুগা মনঙলদা পোতুনা ত্রিশূলনা শুপ্ণ ভোয়মমী—ফারে। ওইদবা কল্পনা অসিমা মহাকপু চাকথেকহল্লে। মতৌ অস্থুম্ম্য ফমদুনা কমদোনা অহিং থেংজিনখ্রবগে হায়বা মহাক থভবা ভুমহোল্লে। ভুরেল ঈংনা-তপ্পা চেল্লম্বদগী করম্বা কালদা ঈথক হোরক্লুনা মখোঙ মম্না ফাওবা ঈশিং য়োরক্লবগে, করম্বা মতমদা কলিকাতাগী অচিকপা মতায়দা গ্যাসকী থাউমৈ মঙালনা ঙালহল্লম্বগে, করম্বা কালদা নোংথক্তা অমম্বা অতিয়াদা থরাম্মিচাক থোকখিবগে হায়বা মহাক্না করিমতম্মু ভাব ওইহৌদে। নিংথমথাগী জিক্লাদা মহাক ঈংলক্লে অমস্মুং মাংমগী জুট-মিলদা বারো য়ৈগ্রে। মতম অদুদা সভীশ হৌগৎতুনা বোর্ডিং ভম্না লাক্লে। মতম অসিদা মহাক ভাইহাক্তি মহাক্কী ভাবনা শাবা চিংনবছু কাউথোকখিবক্তম ভোই ; অদুবু চৎনা চৎনা বোর্ডিং নকশিল্লকপা অদুক্কী মতিক মহাক্কী থম্মোয়বু অমুক হন্না অনুতাপ অদুমক্কা থংপিক পিকথহনখ্রে। মমৈথংদা গলিগী হাইজিনক্কম য়োরকপদা মখোঙ থাংবা অমুক থোক্তবক্তম তৌরকই। তপ্পা তপ্পা করিগুম্বা মওং অমদা মহাক বোর্ডিংগী থোঙজাও মমাংদা ভুমিম্না লেপতুনা লৈররে। বোর্ডিং পূমচিক চিকই! কদায়দম্মু কনাগুম্বা অমদি ভুম্নমখিদবা য়াই হায়না নিংদে অমস্মুং থঙই, অস্মুক থেংলবসিদদি সাবিত্রী শোয়দনমক ময়ুমদা হনখি-রম্লগনি হায়বা, অদুম ওইনমক থোঙদা থিল্লুনবা নত্রগা খোঞ্জেল থোক্না কৌননবগী থৌনা লৈত্রে। চিংনরকই, তুংদা মহাকমক্কা লাক্লুনা থোঙ হাংলবা য়াই! তশেংনা অসিগুম্বা মতম অসিদা থোঙ মতোমদা হাংদোরক্লে। মিৎকুপ অমদি সতীশ রা ভাংবা থোকখিজে, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "কনানো বিহারীয়া?"

"মানি বাবু।"

"মম্লাম চাক চাবা লোইনখ্রব্রা?"

"লোইনখ্রে।"

"সাবিত্রী চৎখ্রব্রা?"

"হোয়, আজ্ঞা, ঐবু ফমহনা ভাইমবা হায়রম্লগা হৌজিক্তা থোক্লখি।"

অসি তাবদা সতীশ হিংলে। হরা ওত্থুনা থোঙ লোনশিন্নবা হায়রম্নগা মাইথোং মকালাম্না মথক্তা কাখৎখ্রে।

বিহারীনা লাক্লগা হায়রকই, "বাবু, চাক চাখিনবা—"

"চাবগী রা তোকও বিহারী—ঐ চারক্লে।"

বিহারীনা হায়রকই, "কাগা ঈশিংগা টেবিল মথক্তা থমজরম্নবনি।"

"করে, নঙ তুমজরুরো চৎলো।"

বিহারী চৎখ্রে, সতীশ কমুংদা হিপ্লরে অমম্মুং খুদক্তা তুমথখ্রে।

খৎনখিবদগী হৌনা সাবিত্রী মপুক্লিং ইনুং নুংঙাইখিদ্রবনি। সতীশনা মঙেন্দা কনা অথিবা রা ঙাংত্থুনস্মু মহাক্তা হন্দুনা ঙাংলুবদি চুমদবনি, মসিগী নি ঙম্নদবা মৈচাক্লা মহাকপু নুংথিল চুপ্লহু মৈশা লাংহনখি। অদুনা সন্ধ্যা মতুংদা করিগুম্বা তাঙা অমদা অচিকপদা ঙাকপিম্নু হায়জগনি হায়বগী আশাদা অম্মুম ঙাইরকপদা সন্ধ্যা হৌখ্রে, মতম অদুদা মহাক্কী আশাহু চিংনবা ওল্লকখি। কলিকাতা অসিদা বিপিনগীদা নত্তনা সতীশকী চৎকম অতৈ অমা লৈতে হায়বা মহাক্তা খঙই। অদুগা অহানবমক্তদা মহাক কাংবু অদুমক্তা তীন্নরুগদ্রা হায়না নুংশাথীবা পোক্লকই। অহিং অম্মুম অম্মুম থেংজিল্লক্লে, সতীশ হল্লক্রে। অতৈ কদায়দসু চৎলমগনি হায়বা থাজবা ঙম্নক্রুদুনা চিংনরম্বহু অচেৎপা থাজবা ওল্লক্লে, মতম অদুদা রাশকপা কাওবা মাগী মকমদা ওইথোক্লবা ওইনা থোক্লরে। মরু ওইনা মশানা মশাবু হঙ্গোইজরকপগুম তৌরক্লে, ঙাকপিম্নু হায়জনবগীদমক মহাক্লা অসিগুম্বা মীশকপু ঙাইদুনা লৈবসি। অদুনা বিহারীদা কমদুনা ঙাইননবা হায়রম্নগা সাবিত্রী অহিং য়াম্না থেংনা ময়ুমদা হনখ্রে। ময়ুমদা লাক্লুনা কমুংদা হিপ্লরে, মমিৎ উইশিনরদি য়াদ্রে। মশা 'পুম্বহু অঙকপা কংনা ইহৈ হৈনিংদবগা লোয়ননা ওন-থোইনা খাংত্থুনা নোংঙানবা ঙাইরকই। মমগী টাইমপিস্ মচ অদুদা পুং কয়া কয়া তারকপগী পুংজা য়ৈরকপহু তাদুনা মহাক তুমদনা লৈ অমম্মুং নোংঙানবা অংক ঙাইক্কম-দ্রদুনা অয়ুক মল্লিঙৈদা হৌগৎতুন মমাই-মমিৎ তারগা মফি-মরোল হোংদুনা মপালদা থোরক্লে। লম্বীদা মতম অদুদা মারোরাড়ী মুপী

কাংলুপ কাংলুপ ঈশৈ শক্র-শক্রহুনা গঙ্গাস্নান তৌবা চৎলম্মী। মাইকৈ অদোমদা য়েংলুরগা সাবিত্রীনা শোল্লকই, 'হে ইমা গঙ্গা, ঐনা য়ৌখিবদা পৃম্নমক য়াইফনা উহনবিয়ু!' মহাক্কী চিনবান তনিক্লক্লুনা অশাবা পীরাংনা মিৎলু অনিমক থুমহুৎলক্লে অমসুং ভাবনা শাবা চিংনবা অসিনা থম্মোয় থুমহৎখিহুনা মহাক খোঙথাং কন্না থাংহুনা লম্বী চৎবা চৎনা লিশিংলক হন্না মপুক্লিংদা শোক্লকই, 'য়াইফহনবিসনু! তৌনিংবদা তৌজসনু, অদুবু য়াইফনদি লৈসনু।' বোর্ডিং য়ৌরবদা কৌন-খোৎনরবা তুংদা বিহারীনা খোঙ হাংদোরকপগা পাউ পীরকই—"সতীশবাবু অহিং থেংনা হল্লকই অদুগা কদায়দনো চাক চারকমাল্লে।"

পাউ অসি অহানবমক্তদা পীহৌবা দরকার ওই হায়বসি অহল অসিনা খঙদবা নত্তে। সাবিত্রী মথক্তা কাখৎলকই, চপ লেপত্রে। পীগুম গুক্লুনা হংলকই, "চাক চারৈয়োইনে?"

"চাদে, মহাক্কী চাক্লু মখুম কাওবা হাংদোক্লনা অদুম লৈরবনি।"

"সাবিত্রীনা শুপ্পদগী "হুঁ" অমুক্তং হায়রম্লগা মথক্তা কাখৎত্রে। মহাক্কী অরাবা রাখলনা থুমহৎলম্বা থম্মোয় চিংনবা কোকপমক্তদা অমুক থনবনবনা মৈ হৌরক্লে।

থংনবা মুমিত্তা নুমিৎ য়াম্না কারবদা সতীশ মিৎকপ থোরকই অমসুং মিৎকপ থোয়কপমক্তদা সাবিত্রীবু নিংশিংলকই। তশেংনা মিৎকুপ অদুমক্তদা সাবিত্রী মাইথোং শিন্না কাহৎনা লাক্লুনা লেপ্লরে। মহাক্কী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংথোকউবগা সতীশ মরু লুকথত্রে।

ভাইহাক লৈরগা সাবিত্রীনা হায়রকই, "করি ইশ্বাং থোঙ্গদগে হংবা লাকচরিবনি।"

সতীশনা মাইকৈ অমতদম্মু য়েংলুদনা হায়রকই, "নুংতিগী থোংলিবা অদু অদুম থোংসনু।"

"কনি," হায়রগা সাবিত্রী চৎখিগদবগী তৌক্লরগা অমুক চপ লেপত্রে, হায়রকই, "লাইরিক তম্বগী মতৌগুম বাবুদি চাব-থকপদম্মু অমুক হৈনবিক্রমাল্লে।

সতীশনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐ চারগা লাকখিবননি।"

মহাক্না নুংশাথিদুনা মীনম্বা রা ঙাংথোকখ্রে। অদুবু কদায়দা চারক-পগে, রা অসিসু সাবিত্রীনা হঙ্গোইদুনা হংব্রে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ঙসি নুমিৎ নিনি চুপ্পা অদোম্না লোংতুনা কোইচেন চেনবি-রিবসি করি কীবদগীনো হায়বিয়ু? খুদোংচাদবা লৈরবদি ঐবু থোক হেক তাম্থোকপিবা য়াই।"

সতীশনা মমাই থাক্সৎতুনা হায়রকই, "নঙগী মরাল? মদুদা নত্তনা ঐদি তাম্থোক্কদবা মপু নত্তে, বোর্ডিংসি ঐ ইভোমদগী নত্তে।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "ইতোমদগী ওইরম্লবদি তাম্থোকপিরম্বা য়াই। করে, ঐ মদু নত্রগা ইশামক্না চচ্চখিবা হায়বদুনি।"

সতীশনা পাউথুম পীদে, তুমিন্না লৈখিবা উবদা থোইদোক্না থোই-শাওনরক্লুনা হায়রকই, "ঐ চৎখ্রবদি অদোম হরাওবিগনব্রা? নথোঙদা তুজগে সতীশবাবু, হোয়-মাই পাউথুম অমতদি পীবিয়ু।"

অদুম ওইনমক সতীশ পাউথুম পীদনা লৈখ্রে। মরমদি, সাবিত্রী য়ুম অসিগী কয়া য়াম্না মরু ওইবনো হায়বা মহাক্না খঙই অমসুং মতৌ অসুম্না মহাক ইথঙ খঙহোদনা চৎখ্রবদি অরোৎপা করিমতা লৈররোই, মতম অদুদা রাকম পূম্নমক অদু হেনগৎ-থোইগৎনা চিন্থাং য়েনখিদুনা কমদৌনা তমথীবা শক্লোন লৌরক্কদগে হায়বা অদুমক তশেংনা ভাবনা শারুবদা মহাক কীরক্লে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা খোঙ্গেল তপ্পা হায়রকই, "ঐবু ঙাকপিয়ু সাবিত্রী! ঐনা লৈরিঙৈ নুমিৎ খরনি অসিদি মরু ওইনা নহাক কদায়দসু চৎখিগনু।"

অভোপ্পা মতম অমা ওইরম্লবদি মহাক্না খুদক্কা ঙাকপিরমগদবনি, অদুবু মসিগী মরমদা তমথীনা চিংনবা অমা মপুক্লিংদা য়োক্লুনা থনম্মাল্লে, অদুনা অতপ্পা খোঙ্গেল অসিবু তাৎ-পাৎনি হায়না খন্দুনা থম্মোয় কল্লক্লে অমসুং মহাক্কী থাম্থোক মতৌ তমদুনা খুদক্কা হায়রকই, "অদোম্না অদুক থোরাং চাউরম্লগা ঙাকপিয়ু হায়দুনা সাধু শাবা পাম্বিরিবনা করিগীদমক! ঐগুম্বী অভোনবী নুপীগী ক্লিজি পায়বসিবু নোনা থোকপিব্রনে, ঈকাই-বতনা তশেংনা শিগদোরিবদি? মদুগী শরুকপুদি য়ুমদা হনবিখ্রো, কলিকাতাদা লৈদুনা অরেম্বদা ইশা মাংহনর্বিরনু। লাইরিক ভম্বগী কান্নবা লৈত্রে।"

সতীশ ফিঙ্গৎকনবা মীশক ওইবনা কুনানস্সু মথক্তা রা ভাংবা য়াদবনি, মীরা-মীশা তাবা করিগুম্বা নুমিত্তস্সু মাগী হৈনবী লৈরক্তে, অদুগুম্বা মহাক অদুনা ছৌজিক অম্সুক শাথীনা ঈক্যাইবা নংবগী রাকমদস্সু চঙরকদুনা লৈথ্রে। মহাকী মরাল লৈরবা পুক্লিংনা পুঙমদবা পোৎলুম পুবা জীবগী মতৌগুম উপায় লৈতবগী মওংদা লম্বী মথক্তা হাইহৎজুনা তুদুনা লৈথ্রে, অদুনা সাবিত্রীনা হৃজিন হৃজিন তমথীবা ফংনা চৈথেং পীরকপা অসিদস্সু মহাক কবিগুম্বা মওংদস্সু মমাই থাঙ্গৎতুনা মায়োক্নরুবা শুপণ্ডম চুমদ্রে। অদুবু সাবিত্রী জ্ঞান তারক্লে। মহাকী অকনব রাহৈ-রাতানা অশাওববু ফাওবা নাম্বোক্তুনা চৎথ্রে, মদুনা মহাক মশাগী মনাকোং ফাওবদা শীংজানা য়ৈয়রে। মহাক ফনা কুইনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না মপালদা খোকক্লে।

## অষ্টম

ভসিস্সু সাবিত্রী থবক-ইথ্যাং পুন্নমক্তা থৌচিন্না লৈবদা মুমিৎ চুপ্পা নুংশুক-নুংজাননা লৈ। সতীশনা ভুরাংগী মতৌগুম ভসিস্সু শাওরম্লবা নত্রগা রা অমত্তগীবু ওইরবস্সু পাউখুম পীরম্লবদি ফগদবনি। অদুবু মহাক্তা মদু অমতা তৌরমদে। শকফম হৃজিন্না মাইথোং মকশিন্না নিয়ম কাইদনা চাব-থকপনচিংবা তৌরগা লাইরিক তম্বা চৎথ্রে অমস্সুং মতম চপ চানা হল্লক্লগা চিক্লবা কাদুদা ফমদুনা লৈরে। মরুমদা লৈদুনা সাবিত্রীনা পুন্নমক য়েংই ; অদুবু করিগুম্বা মওংদা চালাক তৌদুনা ফাওবা মহাকী কাদা চংলুনবা মথৌনা লৈখিদ্রে। নুংতিগী সন্ধ্যা মমাংদা মহাক মশানা খঙনা চংদুনা মহাকী কাদা রাইরম শিৎ-শেংবনি, ভসিদি বিহারীবু থাগ্রে অমস্সুং সন্ধ্যা মতমদা মহাক অদুমকপু মৈ থাঙ্গৎহল্লুরে।

নুমিৎ থুদিংগী অসিগুম্বা মতমদা রাখালবাবুগী কাদা ময়াম পুন্দুনা জ্বার শান্নৈ, ভসিস্সু শান্নরি অমস্সুং মরক মরক্তা কোইরাং লাংনরকই। মমাংগী অহাংবা ছাদতা কনাস্সু লৈতে, সাবিত্রীনা নাক-য়েৎ য়েংদুনা মাগী চিংনবা পুন্নমক নমদুনা ইস্বোক্লগা খোঙথাং শউম নাইদনা সতীশকী কাদা চংলক্তুনা লেপ্লরে। সতীশ কমুংদা লোংনা হিপতুনা ফৈরেন মশীং

থিরম্মাল্লে, হৌগৎতুনা কল্লে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা সাবিত্রীনা হায়রকই, "খাবুগী আহ্নিক তৌকম শেম্মোয়া?"

সতীশনা হায়রকই, "শেম্মো।"

অমুক হন্না সাবিত্রীবু চঙক্কহন্নখ্রে। অদুবু মিৎকুপ থয়গী মতুংদা হায়রকই, "করে, মীনা করি হায়নখিগদ্রগে হায়বিয়ুদনা?"

সতীশনা করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে।

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদোম্মদি ঐবু লৈম্মু হায়নদি ভাকপিরি, অদুবু ইশানা তৌবিরিবদু করি থোদোনো হায়বিয়ুদনা তাসি?"

সতীশনা শককম হঞ্জিনবা মওংদা হায়রকই, "ঐ করিম্মু তৌদে, তুমিন্না লৈবদনি।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "তুমিন্না লৈবা অসিমক্তা থাইদগী ফজদে। ময়াম্ন তুমিন্না লৈনদবা মতমদা অদোম্না তুমিন্না লৈবিরবদি ঙাংনরক্কনি—মদুবু পাম্বিব্রনে?" মিৎকুপমুক চপ মুংনা লৈরগা হায়রকই, "থোংদনা চিকপা হায়নবা ৱাকম অমা লৈবা অদুমক অদোম্না তৌবিরি। দোষ লৈত্তে, অদুম ওইনমক দোষ লৈবা মীশক শাদনা কমদুনা লৈবিরি। মশিগী মরমদা মী মঙা তিন্দুনা চিখোন চিখোন ঙাংনগনি, কপ্পেম-কখাই-নগনি, মসি করিগুম্বা অদোম্না খাংবা ওম্বিবা থোক্লবদু ঐদি খাংবা ঙমজরোই— ঐ উরে অদু ওইরবদি থোইদোক্নদুম চংভবা য়ারোইদৌরি।"

সতীশনা মপুক্কিং লৈতাকম খঙলক্লুদুনা হায়রকই, "দোষ কপ্পিমতা লংশিনদব্রা?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "লংশিন্দে, অমুক্কং মুন্না খন্থদুনা য়েংবিয়ু য়েংসি, পুক্কিংদো মশানা অদুম লুজরক্কনি। ঐগুম্বীগী মরিদা অদোমগী দোষ—" সাবিত্রীনা অমুক মথা তাবা ঙমদ্রে। শগোল চেল্লকপদা খঙহৌদনা অরুবা থোংবাল মচিন য়ৌরকপদা মহাক্কী থুমাং অনিদু শিক-চিন্দুনা মথৱায় খুবাক্তা হাপতুনা চপ লেপ্পবা হোৎনবগী মতৌগুম সাবিত্রীগী থৎলিবা মরৈদু চপ লেপখ্রে। মহাক থংলেপ লেপতুনা তুমিন্না লৈখিবা অসিদা ঙক্কুনা সতীশনা মমাই থাঙ্গৎলকপমক্তদা মিৎচানরুরে—মশানা মাশাবু ঈকাইজবনা সাবিত্রী শিগদৌরে। মহাক্তা রা অসি হায়গে তৌরম্বনি, মাগী মতৌগুম্বী মুপীগী মরিদা মতৌ অদুগুম্বা মরালদা ঈকাই-নিংঙাই মরম লৈতে, ঈকাইবা অসিমক্তা মহাক্ক লরায় শাৎখ্রে।

সতীশনসু করিনো রা অমা হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু সাবিত্রীনা খামদুনা হায়রকই, "তুমিন্না লৈবিযু? অদোমসু অাব ভাবিযু? অনম্বা শমক্রবু কেক্সয় ওইমা থন্দুনা খরায় রাবিরুমু। হো বিহারী, বাবুগী লাই থুকক্কম খম্বা খুম্বা 'শেম্মোলাও; ঐ ডসায়দগী ০আঁসন পায়দুনা ডাইদুনা লৈরিবনি।"

বিহারী করিনো থবক অমগী মাইকৈ অদোমদা লাকপনি, খুদক্তা ঈশিং লৌরুনবা চৎথ্রবদা সাবিত্রীনা শাথীনা রারোবগী খোম্বাংদা হায়রকই, "অদোমগী ব্যবহারদা নুমিৎ নিনি অসি ঐ হন্না হন্না মঙং কমদোদুননো লৈকম-চাকম খঙত্রবনি, মসিবু করিনো, মিৎতা অদুথক কাওবা উবা কংবিদব্রা? অঙকপনি!"

মহাক্কী অম্বুক থুনা অম্বুক য়াম্বা ক্লাসি মপুংফানা মপুক্লিংদা লৌশিন্নবা মতম সতীশকী কংথিত্রে, অদু ওইরবসু মহাক্কী থম্মোয়-নুংগী মৈচাক্কু ময়েক লারকপগুম তৌরকই অমত্তুং থংনবা মিৎকুপমক্তদা ভাকপিরবা মরাল লৈকা মীশক্কী মতোগুম নিংঙমদ-মৈচাক্না চাক্লবা খোক্সেলদা হায়রকই, "অদুবু নহাকপু ঈকাইবা পীখিদব্রা?"

সাবিত্রীনা ফিঙৎলক্তুনা হায়রকই, "খঙলরোই হায়না খঙশিন্নজবদা ঐনা কমদৌনা অদোমগী মকমদা খঙ্গননবা তাক্কদগে, চাম্মরক লিশিংলক হায়জরবনি, মদুদা ঐগুম্বী নুপীদি ঈকাইবা পীবা ওইনা শুপথোক থোক্লোই, চানবিদুনা হকচাং নুংঙাইনবদুম হোৎনবিযু—শুপ্পগী মসিথক্কং অদোমগী মকমদা ঐনা খঙহঞ্জরি।"

মদুগী পাউখুমদা সতীশনা করিনো রা অমা হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু,সাবিত্রীনা মাগী পীশুম অনি শুক্তুনা ইঙ্গিতনা খামদুনা শৎ হায়রকই, "বিহারী লাক্লেদনা!"

বিহারী কোল অমদা ঈশিং পুদুনা থুংলম্নে, সাবিত্রীনা মাগী মথুত্তগী কোন্দু লৌদুনা কাদুগী মচি অমদা নিংথিনা তৈথোক্লগা ফিজিনা নাম্মোক্লগা সতীশপ্তা অপান্ননা হায়রকই, "চৎপিরো, খোঙ-খুৎ হামদোকপিরুম্নগা ফি হোংদুনা সন্ধ্যাগী পূজা তৌবিররো। কুশি-তাম্নি আদা লৈরে।" অসি হায়দুনা মখুৎ থিন্দুনা তাক্লম্নগা পুঙমত্রবা থম্মোয় পোৎলুমদু অথাকপা

লৈতম্না পুত্থনা বিহারীগা লোয়নন্না খোঙথাং তপ্পা থাংদুনা মপালদা খোকপ্রে।

সতীশনা মপুক্কিং চংনা সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌবা লোইদুনা হৌগৎ-লকপমক্তদা উরে, চৈরক অদুমক্তদা কনাননো মনা-মনিল নাইদনা চংলক্লগ আসন থাদুনা মহাক্কী চাক শেমদুনা থাংজিল্লম্মে। কা অদুদা অতোপ্পা কনাস্লু লৈতসনু, অদুম ওইনমক মহাক্না অশেংনা খঙই মহাক মতোমদা ঙাইদে হায়বা। চাক্কচা ফিদাদা কম্নগা মহাক্না তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "হৌজিক অম্লক য়াম্না চাশিন্নরবদি অমুক চাবা য়াররোই।"

মপালদগী পাওখুম পীরকই, "চাস্লু চাবিরোইদবনি, বিপিনবাবুগী আদগী নিমন্ত্রণ তৌবা লাক্লম্মী।"

সতীশ নোকখোরক্লে। হায়রকই, "চৎলো—মৈ চুরক্লু, কদায়দস্লু চৎপা ঙম্মোই।"

সাবিত্রীনা মরকমদগী হায়রকই, "মহু কদায়দগী য়ানি! কদায়দা চৎকদৌবিবনো হায়বা অদোম্না খঙই হায়রম্মী অদুগা চৎত্ত্রবদি মখোয়গী খোরাং পূম্নমক অরেম্বদা তারগনি। ঈশ-নোংমাই—"

"তোগে তৌজসনু," হায়দুনা সতীশনা রাফম অসি থুপচিনপ্রগা মনা-মনিল নাইদনা চারকই অমস্লুং চাবা লোইরবদা কমুংগী লুখুম ময়াদা থাউমৈ থাংজিল্লগা অফবা অঙাংগী মতৌগুম ডাক্তরগী লাইরিক অমা ফাক্তোক্লুনা হিপতুনা পারকই। অদুবু মাইকৈ অদেম্নদা অরিস্লা মওংদস্লু মপুক্কিং চংলুবা ঙমদ্রে। মহাক্কী অরাবা চিন্তা কোক্লগা মপুক্কিংদু খোরি নাম্মোক্লবা শগোলগী মতৌগুম দরকার লৈত্রেতনা কোইদ্রেন চেল্লকই।

চাকশঙদা মতম অদুদা খোংবা-থাকপা লোইরদুনা বামোন-ঠাকুরনা বিহারীবু গঙ্গা শেমহল্লি অমস্লুং রাখালবাবুগী কাদা আর্শীর্বাদনগী চয়াংনবা অস্লুম অস্লুম হেনগৎলক্লুনা অওং চারক্রে

সতীশনা কৌরকই, "সাবিত্রী!"

সাবিত্রী মতম অদুদস্লু কাদুগী মপালদা ফমদুনা লৈরম্মী, থুম্নকই, "আজ্ঞা।"

সতীশনা হায়রকই, "বিপিনবাবুগী মিমন্ত্রণদা চৎপদি মহাপাপকী মশক্তি। পাপ্পি খঙদহুনা তৌরুবনি হায়বদি য়াই, অদুবু খঙনা খঙনদি তৌরোই।"

সাবিত্রীনা মপালদগী ইংলকই, "পাপ করিগীনো?"

সতীশনা হায়রকই, "ঐ খঙই মহাক্না মকম কদায়দা ইশৈ-নোংমাইগী শিল্লিবনো হায়বা! মকম অদুদা চৎলুবদি পাপকী থবক অমনি।"

"করেনে, অদুগুম্বা মকমদুদা চৎপিরুব্রবস্মু য়ারে।"

সতীশদা ক্পিঙৎনা হায়রকই, "ভগেংমমক চৎলোই, অদুবু মথোয়না ভয়ায়-ভয়ায়না ঐবু খাদোকখি হায়বা অদুমদি খাঙদে। অদুনা নঙোন্দা হান্না চেকশিলহল্লিবসিনি—করিগুম্বা মী লাক্লবদি হলহনখিগদবনি। ঐ য়ুমদা লৈতে—অহিং হল্লক্লোই হায়খিগদবনি, ভাব তায়ব্রা?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "খঙজরে।"

সতীশনা মথৌ অমা পাংথোক্লে হায়বগী নুংঙাইখা মঙংদা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা ঙাইহাক ভুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "কদায়দগীনো উন য়াওবা নুংশিৎ শিৎচিল্লক্লে সাবিত্রী—খোঙনাওশিংদু খিংজিল্লু।"

সাবিত্রীনা কা মনুংদা চংলক্লগা খোঙনাও খিংজিল্লরে। সতীশনা মিৎয়েং হোংদনা য়েংদুনা লৈ। য়েংনা য়েংনা খঙহৌদনা তৌবিমলনা মহাক্কী থম্মোয় থুমহৎলক্লে; নুংশিবা খোম্থাংনা হায়রকই, "করে সাবিত্রী, নহাক্না নশাবু হম্বা থাক্কী নুপীনি হায়জরিবা করিগীনো?"

সাবিত্রীনা হঙ্গিল্লক্লুনা লেপ্লগা হায়রকই, "অচুম্বা য়াবু হায়দোকহনরোইদ্রা?"

সতীশনা হায়রকই, "য়াকম অসি অচুম্বা গুপনৎ নত্তে। নহাক্কী মঙক কাওবা গঙ্গাজলদা লুপতুনা হায়মুবস্মু ঐ থাজবা ঙম্মোই!"

সাবিত্রীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "করিগী থাজবিরোইদৌরিব্নো?"

"মদু করিগীনো খঙদে। অচুম্বা নত্তে হায়দুনা ঙইরম্বা য়াই। নহাক্কী ব্যবহার য়াঙাং-শঙাং অস্তোনবা মচাগী মতৌগুম্মদে—লাইরিকলাইগু অম্মুক হাক্লা কদায়দগী তম্লকপগে।"

সাবিত্রীনা লাপ্তুক্লা লৈমায় মথক্তা ঙেক কমথরগা অম্মুক নোক্তুনা হায়রকই, "অম্মুক হাক্লা হায়বদি কন্না য়ায়নো?"

সতীশনা মতুমক শন্দোক্লা হায়গদবগী হাংদোক্লুনা লৈরিবা লাইরিক্কু ৱচি অমদা থম্বদা খঙহৌদনা ময়া কাহুনা তুমিন্না লৈখ্রে। য়াম্না নক্লা মপালদা হাথু হাথু খোঙউপকী মখোল তারক্লে অমসুং মিৎকুপকী মমুং-মক্কদা মহাক্কী কা য়াম্না নকশিন্না ময়াই কাবা খোঙ্গাংদা চিং-লেম্না কৌরকই, "সতীশবাবু।"

মখোয় বিপিনগী কাংবুনি, মহাকমকপু ফারবা লাক্লিবনি হায়বা সতীশনা খঙলে। অমুক করিগুম্বা ৱাখল অমতা খন্থখিদ্রে — মাইথোং মকশিন্না ফু কামহুনা মৈ মুথৎলগা হিপতুনা লৈখ্রে।

খোইনা লাপ্তুনা লৈমায়থক্তা ফম্লিবী সাবিত্রীনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হায়রকই, "করিনো তৌবিরিবহু ?"

থংনবা মিৎকুপমক্তদা অমম্বা থোঙ ময়াদা মূর্তি অনি লেপ্লরে। মুপা অমনা হায়রকই, "মসিনিনে সতীশবাবুগী কা।"

অতোপ্পা নুপা অমনা হায়রকই, "মীনাইহুনদি বাবু য়ুমদা লৈ হায়রকই।"

অহান্নবা নুপাহুনা শাওনা হায়রকই, "কাদি মম্মী, ভদ্রলোকনবু কৈদৌঙৈ সন্ধ্যা মতমদা য়ুমসিদা লৈবিবগে ?   নহাক্লা অরেম্বদা—"

অনিশুবা নুপাহুনা মহুগী পাউখুমদা গু-শা তৌহুনা করিনে অমা হায়রগা ফুরিৎথাও হুমহুনা মৈখেৎ লৌথোরক্লগা নিক্লবা মখুৎনা খেৎকদবগী ভৌরক্লে।

ফমুংদা হিপ্লিবা সতীশকী হকচাংদা চেল্লিবা ঈ ঈশিং ওনখ্রে। মহাক বিলাতী কম্বলনা ফিরুক-ফিরাং খুম্না গুপতুনা হুমাং শিন্থরি অমসুং অমম্বা লৈমায়দা সাবিত্রী ঈকাই-হঙ্গোইবনা নুংবংননা ফমহুনা লৈ।

মৈখেৎ মরু মৈ হৌরক্লে। "সিদা ফমহুনা লৈরিবসি কনানোনে!" অহানবা নুপাহুনা ইমুংদা চংলক্লগা কোইথি থিহুনা মৈ চুখৎলবমক্তদা সাবিত্রী হৌগৎলকই।

অনিশুবা নুপাহুনা খরা হন্দোক্লুনা লেপ্লগা হায়রকই, "সতীশবাবুদি কদায় ?"

ৱা ঙাংদনা ফমুংদা ইঙ্গিত তৌরম্লগা সাবিত্রী মপালদা থোকখ্রে। মহাক চৎখিবমক্তদা য়ু ঙাওবা নুপা অনিহুগী করেম্নবা মীনোক্লা পুম্লিল

নিল্লক্লে। মীনোক অদুগী মখোল অমদি অর্থ সাবিত্রীগী নাকোং য়ৌক্লে অমস্নুং কম্বল মন্নুংদা সতীশ মশামক শিনিংবা পোক্লক্লে।

মখোয়না সতীশপু নমদুনা চিংখৎলগা পুদুনা চৎখ্রে; অদুগা মখোয়গী করেম্নবা মীনোক্লা য়ুমগী মপালদা মপুং ফানা তীনখিদ্রিবমখৈ সাত্তিত্রীদু অমম্বা কাচিন অমদা ফক্লাংদা মকোক ঙাদুনা বজ্রনা পাল্লবগী মতৌগুম চপ য়ুংনা লেপত্নুনা লৈখ্রে।

অদুবু বোর্ডিংগী কনানম্নু করিস্নু খঙহৌদে। চাকশঙদা বামোন-ঠাকুরনা হৌজিক্তা গপ্পা ঙাম্নক অমা লোইশিল্লগা মদুনা অরান-খুভম ফংহন্নবগী অঙকপা মতিক-মগুণ বেদদা করি হায়না ইরিবগে হায়বদুমক ভক্ত বিহারীদা ভাব তানা তাকপিরি অমম্নুং রাখালবাবুগী কাংবুনা জ্বার শান্নরিবা মরক্তা মখোয়না হৌনা হৌনা ঙাংখি-শকখিবদু তাখিরমগদ্রা হায়বত্নুদমক য়েংশিল্লকই।

লম্বীদা থোরক্লগা মখোয় অহুম্মক গাড়ীদা তোংখৎলরে, মখোয়গী করেম্নবা রাঙাং তাদুনা লৈবা ঙম্নক্রদুনা সতীশনা খোঞ্জেল খানা হায়রকই, "নখোয় তুমিন্না লৈগে হায়রগা লৈবিয়ু, নত্রগা ঙাকপিয়ু, ঐ ফুমথজগ্রগে।"

অহানবা নুপাদুনা "ফনি" হায়বগা ভমথীবা ফংনা খোঞ্জেল হৌনা নোকথোরক্লে, অমম্নুং মহাক্তা লোয়নরিবা অদুনা মঙোন্দা ধমকা তৌদুনা খাম্বদম্নু থৌওইদনা নোকখৎলকই। য়ুঙাওবা অনি অসিগা রা ঙাংনক্লবগী কান্নদে খঙদুনা সতীশনা শাওদুনা গাড়ীগী থোঙনাওগী মপালদা মমাই ওম্মোক্নুনা লম্বীরোমদা য়েংদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে।

অহিংদা, অমম্বা মাঙ্গেন্দা সাবিত্রী তুমিন্না ফমদুনা লৈ। সন্ধ্যাগী ঈকাইনিংঙাই ওইবা থোদোক্তু মপুক্লিংদা থন্দুনা লৈরিবা ওইরম্বা য়াই। অসিগুম্বা মতমসিদা বিহারী চংলক্নুনা মেপ্লরে অমম্নুং মঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ময়াম চাব-থকপা লোইনখ্রে। আজ্ঞা-ইবুংঙোনা নহাকপু ঈশিং খরা য়োৎপিরনবা কৌরকই।"

সাবিত্রীনা মমাই থাঙ্গৎলগা লেংঙম শাঙমদনা হায়রকই, "ঙসিদি ঐ চাহ্নরোই বিহারী।"

বিহারীনা সাবিত্রীবু য়াম্না লুনা নিংজৈ, ঈকাই-খুম্নজৈ। মথক্রায়-রাতুনা হংলকই, "চারোইদৌরিবদি করিগীনো ইবেম্মা, হকচাং ঙম্বিদ্রবদি তৌদেদনা?"

"ভৌদে, হকচাং ঙমদবা তৌদে, অদুবু চানিংবদি পোক্কে ন নখোয় চাখোকউরে বিহারী।"

বিহারীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি চৎলসি, নহাকপু থিন্দোক-চরম্লগে।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "করে চৎলসি। অদুবু রা অমদি লৈ, সতীশবাবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি। নহাক তুমদনা ঙাইহুনা লৈবদি ঙমগনিদনা?"

বিহারীনা মপুক্লিং লাংতক্লুনা হায়রকই, "ঐ! অদুমু ঐগী খ্বাং নাবা অদু—"

"অদু ওইরবদি কমদৌগদগে বিহারী?"

বিহারীনা হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "ঙসি করিগুম্বা নহাক্না আক্সা-ইবুংঙোদ হায়বিম্নবদি—"

সাবিত্রীনা হাথু হাথু হায়রকই, "মদু য়াদে বিহারী। বামোন অদুবু ঐনা অঙৈংবসিদা রাহনবা ঙম্মোই।"

হৈনিংত্রবা বিহারীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "করে, ঐমক লৈববা হায়বহুনি। অদুদি চৎলসি, নহাকপু থিঙ্গরম্লগে।"

সাবিত্রী হৌগৎলক্রে। খোঙফম অম-অনি খাংদোক্লগা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "কান্নত্রে বিহারী, নঙ চাক চাজরুরে—নঙ চাবা লোইরগা চৎলসি।"

বিহারী চৎখ্রবদা সাবিত্রী মফমদুমক্তদা হঞ্জিল্লক্লুনা ফম্লরে, অমসুং অমম্বা অতিয়াদা য়েংহুনা তুমিন্না লৈখ্রে। ঙসি সতীশকী মখিদা মহাক্না খোইদোক্লা নুংশাখিজে মহাক য়ুম্ভাওবগী মখুত্ত তাখ্রে, মদু মমিত্তা উরগা মহাক করিগুম্বা মওংদসু মযুমদা হনবা মপুক্লিংদা য়ানিংত্রে। মসিগী মমাংদা মহাক্মকী মবুদ্ধি থেনবগীদমক শাথীনা মপুক্লিং রারোজবগী মৈচাক খাংঙমদহুনা অযুক অদুমক্তদ থবক থাদোকপগী অচেৎপা ফিরেপ লৌখিবসু ওইসনু, অদুম ওইনমক ঙসি অহিংগী ওইনা নুপা অদুবু মপুক্লিংদা ঙাক্পিদনা, মহাক্কী শোয়দনা থোক্লরগদবা খুদোংথীবগী

করিগুম্বা উপায় অমা তৌবিরমদনা মহাক করিগুম্বা মওংদসু হনবা ঙমজে। বিহারী চাক চারগা লাক্লবদা হায়রকই, "নঙ ভুমজরুরো বিহারী, ঐ ঙাইহৌরগে।"

বিহারীনা চঙকহুনা হায়রকই, "য়ুমদা হল্লরোইদ্রা ?"

"বাবু হল্লকখিসনু। অহুগী মতুংদা ঐবু থিনবিবা ঙম্মোইদ্রা ?"

"করিগী ঙমদদগে ইবেম্মা ? শোয়দনা ঙম্গনি।"

"অহু ওইরবদি মহুনা ফরে। ঐ ঙাইহৌরগে, নহাক তুমজরুরো চৎলো।"

বিহারী হরাওনা চৎথ্রবদা সাবিত্রী ফি অথাবা অমা ইনশিল্লগা মফম অহুমক্তদা ফমহুনা লৈখ্রে। য়ুভাওবা অনিহুনা মমিৎনা উথিবা অহু ভমথোকখিগনি হায়বদা মহাক্না মরিক অমা কাওবা চিংনবা লৈখিদ্রে, থৌদোক অসিগী অনিগুবা অর্থবু কনানসু থাজরোই হায়বদসু মহাক্না মতৌ অহুম্না চিংনবা লৈখিদ্রে। বিপিনবাবু হায়বা মীশক অহুবু সাবিত্রীনা মুন্না খঙই। মহাক্না রাকম অসি শোয়দনা তাপ্রগনি অমসুং বোর্ডিং অসিদা মহাক্না লাকপা মতম অহুদা কনাসু খঙখিদবা লৈররোই! অহুগী মতুংদবু অমুক মাই উৎতুনা সতীশ মফম অসিদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পম্বা ঙমখিগদ্রা ? মীনম্বা মরাল শিবগী ঈকাইবা মহাক্না মতৌ কমদোনা থাঙদগে ? খুদক্তা খঙহৌদনা থোকখিবা অহুদি থোকপ্রে ; মশাগী অরমদা মতাং অসিদা মহুগী রাখলগী ঙমখৈ লানখ্রে হায়বদি য়াই, অহুবু হন্না হন্না খন্দুনা য়েংবদসু সতীশকী মরিদা করিগুম্বা লৌশিং অমতা থিবা ফংদ্রে।

অসুম অসুম অহিং থেংজিল্লক্লে, অহুম ওইনমক সতীশতি মশক উজ্রি। অনকপা য়ুম্নোনবা কনানো অমগী য়ুমদা কাং কাং পুংজা অনি য়ৈপ্রে—চিক্লবা থেংলবা অহিংদা মহাক্না মহু শেংনা তাই। থেক-খোয়না শিৎলকপা অঙ্গৈবা মুংশিৎনা অহাংবা ছাদ মথক্তগী হুমথরক্তুনা মহাকী মমিৎ অনিবু গুম্বিরক্লে, অহুম ওইনমক মহাক্না মমিৎ শিংনা লৈহুনা মপালগী গেটকী থোঙজাওদা মনা থাঙ্গৎতুনা তাহুনা লৈ। মতৌ অসুম তৌহুনা উইরুম উইরুম ফম্বদা অহিং অমুক থোইনা লৈশিল্লক্লে, অসিগুম্বা

মতম অসিদা গাড়ী অমগী মখোলদা মিং শিংচুক্কা হৌগৎচুনা কম্মমক্কদা থগুজে, গাড়ীচু মখোয়গী বোর্ডিংগী মমাংমক্কদা থাররে হায়বা। সাবিত্রীনা মনা-মনিল নাইদনা কুমথচুনা লাক্লগা থোঙজিল ময়াদা চংশিন্দুনা চেক-শিন্না লেপ্লরে। অভোপ্পা কনাগুম্বা অমা ওইরমগন্না হায়বগী চিংনবনা থোঙ পাক হেক হাংদোকউনবা মথোনা লৈখিদ্রে। ওাইহাক লৈরে, অদুবু কনানম্বু থোঙদা থিল্লক্রে, লাকখিবা গাড়ীচুম্বু হনখ্রে। থগুহৌদনা চিংনবনা ফুনগৎলক্কুনা সাবিত্রীনা খুৎলৈ থুনা পোৎশোন শংলক্লে। সতীশ মপালদা দাম্বিদা মথোঙ য়াম্বহনা মাইথোঙ মকশিন্না মমিৎ উহশিন্দুনা কমচুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মফি-মরোল লৈখোম তৈ, মাগী কোক অমম্বুং লাইবক্কী মচি অমদা ঈগী মম্বি অমা থোইনা লাপ্তনা লৈরিবা গ্যাসকী মঙালদা উবা ফংবদা সাবিত্রী কপথোরক্লে। মিৎনা কুপ্পদা মহাক্কী মম্যংদা চংশিন্দুনা থুকউ লৈতানা ফম্লগা মখুৎ য়েংনা সতীশকী ওকশম পায়চুনা কোমখৎলগা হায়রকই, "বাবু, মথক্কা কাখৎলসি।"

সতীশনা মঙক হাইচুনা হায়রকই, "নত্তে, মুংঙাইরি।"

সাবিত্রীনা মপী তৈথোক্লগা হংলকই, "কদাম্বদা থেংজিল্লুবগে?"

"নত্তে, থেংজিন্দে, কবিম্বু ভৌদে।"

"মসিদি লম্বীনি, ইমুংদা চংলসি।"

সতীশনা অমুক হন্না মঙক হাইচুনা হায়রকই, "নত্তে, চংলোই, লুংঙাইরি।"

সাবিত্রীনা ধমকা ভৌচুনা হায়রকই, "হৌগৎপিরো হায়রিবসিনি।"

ধমকা তৌরকপচুদা সতীশনা ঈগুম ঙাংলবা চঙক্লরবা মিৎনা ওাই-হাক য়েংচুনা লৈরগা মঙোল্লোমদা মখুৎ অনি তিংথোক্লুনা হায়রকই, "চৎলসি।"

মতম অচুদা মহাক্কী মরেংবাম্দা শৌচুনা সতীশ হৌগৎলক্লে অমসুং মহাকমক্কী মতেং লৌচুনা য়াম্না রানা মতম চংনা তোলহাইমনা অমম্বা সিঁড়ি কাখৎচুনা মাগী কাদা চংচুনা হিল্লরে। ফাজিল্লবা খোজেলদা সতীশম্না হায়রকই, "সাবিত্রী, নঙগী লমন ঐনা কম্বিগুম্বা মপোক্কম্বু শিংবা ওম্নরোই।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "করে, তুম্বিরো।"

সতীশনা মিৎনা কুপ্পদা হৌগৎতুনা কপ্পগা হায়রকই, "কৈদৌবগী তুমগদগে ? তুক্কুম তুম্মোই।"

সাবিত্রীনা অমুক শুন্না থমকা তৌরকই, "অমুক।"

সতীশ হিপথখ্রে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অত্তবু নহাক্কী লমন—"

সাবিত্রীনা "করে" হায়রগা হৌগৎখ্রে অমসুং থাউমৈ মনাক্তা পুশিল্লগা অশোকপত্তু য়েংতুনা চামথোকপিরগা হংলকই, "কদায়দা তুশিনবিকরে?"

সতীশনা মগুক হাইতুনা হায়রকই, "নত্তে, তুশিন্দে।"

সাবিত্রীনা পীরাং থাংবা থোপ্লেলদা হায়রকই, "অদুগা করিগুম্বা নুমিৎতা মু থকপিরকপা থোক্লবদি নখোঙদা লাইবক শুগায়রম্বা শিজগনি।"

সতীশনা খুদক্তা হায়রকই, "কৈদৌঙৈদম্মু থক্লরোই।"

"ঐবু শোত্তুনা রাশকপিয়ু," হায়রগা মাগী মখুৎ য়েং তিংথোরকই।

সতীশনা মখুৎ অমিমা মহাক্কী ঈশিং চোৎলবা অঈংবা মখুৎতু পায়তুনা চিংশিল্লগা হায়রকই, "রাশরবনি।"

সাবিত্রীনা মখুৎ চিংথোক্তুনা লৌথোক্লগা হায়রকই, "কাউথোকপিখিরোইদ্রা?"

"কাউথোকপ্রবদি নিংশিংলকউ।"

"করে ঐ চৎলুখিগে তুম্বিহৌরো।" অসি হায়রম্লগা সাবিত্রী মখোল থোক্লহন্দনা চেকশিল্লা পুনা পানশিল্লগা মপালদা থোকখ্রে। মমাংমক্তদা ঞ্রবতারা ইরং লংনা থোক্লয়ে, মাইকৈ অদোমদা সাবিত্রীনা মখুৎ জোম্নতুনা কপতুনা হায়জরকই, "হে ঈশ্বর! মহাক্না সাক্ষী ওইখিবুকো।"

অহিংসী অমম্বা মতম অদুদা থজিক থজিক শাম্মোয়ক্লে, অমসুং মতুগী মমক্তা লম্বীদা মণপাড়ীগী মখোল অদুগা অসোমগী খুলগী ময়দাগী মিজগী শাইরেল থোংবা তারক্লে। সাবিত্রী পুনা মাংনা মথাদা কুমথরগা চাকশঙগী মুচি অমদা কি অথাবা শুপতুনা হিপ্পয়ে অমসুং তুম্বিংবনা থাংজমজিনা মহাক্কী মমিৎ অনিক্ উইশিন্দুনা তুমথখ্রে।

## মরি

অয়ুক পুং ওয়াগী মতুংদা কম্বিওম্বা মওং অমদা ঊরু-মাউথজহুনা পুজা-আহ্নিক লোইশিল্লগা দিবাকরনা চাকশও মন্নাংদা লেপত্তুনা থাগৎহুনা কৌরকই, "হো আজ্ঞা-ইবুংঙো। চাক থরা থুনা শেম্বিয়ো—মতম মীয়া থেংগ্রে।"

থংনবমক্তদা গুদামগী কা লৈ। মহাক্কী খোঙ্গেল ভাবদা মামানা পোকপী মচে অহল মহেশ্বরীনা মপালদা থোরক্লগা হায়রকই, "হো দিবাকর, নহাকপু ভাইরম্মিবনি ইবুংঙো! মথক্তা কাথৎলগা ঠাকুর-পূজা অমুক্তা লোইশিল্লমখো। পূন্নমক লাংহুনা থবম্নবনি, মরম-ওকপা ইপ্পরানি ঐগী।"

মহেশ্বরীনা য়ুম অসিগী নিঙোল অহলনি অমসুং য়ুম্বুরেনবীনি। চহি মরিগী মমাংদা লুপ্রাবী ওইহুনা হল্লকখিবনি।

দিবাকর চপ য়ুংনা লৈগ্রে। ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ঐ ওম্মোই ইচে। ঐ কলেজগী ফাস্ট পেরিয়দ অমা ওসি অহু ওইরবদি মাংলগনি।"

মহেশ্বরীনা লোত্তুনা হায়রকই, "নঙগী ফাস্ট পেরিয়দ নংলয়োই হায়হুনবু ঠাকুর-পূজা তৌররোইদ্রবে!"

দিবাকরনা হংলকই, "ভট্টাচার্য্য মহাশয়দি কদায়দা? মাবু কৈদৌরবগে?"

মহেশ্বরীনা হায়রকই, "মহাক পানুংগা শত্রুং শাম্নরি। হৌজিক কল্লা থেংনা হৌগৎলককপে হায়বা অহুগী অরেপ্পা কন্নি লৈবগে?"

দিবাকরনা হায়রকই, "তামোয়াইআদা হায়খিয়ু ইচে; ওসি মখোয়গী ওফিস ছুটি লৈবনি।"

মহেশ্বরীনা হায়রকই, "ধীরেন ওয়াংদগী মশা ভমদহুনা লৈ। মহাক ঊরুজরোই—পূজা কমদৌনা তৌগদগে?"

"অহুদি তামোচাদা হাঙ্খিরো, মহাক্কি বারো মতুংদা কোটিয়া চৎকদবনি, হৌজিক চৎকদরা য়াম্না রাগ্নি।"

মহেশ্বরীনা রারৌত্থনা হায়রকই, "করিগী মরৈ য়েৎলিবনো দিবাকর, মত্থগী করিগুম্বা কান্নবা অমতা লৈরোই। ওরাং অহিং উপেন ড্রামা য়েংবা চৎলুই, হৌজিক কাওবা য়াহৌদ্রি। অমুক থেংলবা কাওবা অমাই-মমিৎ তাদ্রি, চা থদ্রি। অহিং তুমদ্রগবু মদুগী মশাহু লুংঙাইখিগদ্রা? অত্থদা লন্তনা মানবু কৈদৌঙৈ পূজা তৌত্থনা ওসি পূজা তৌরুগদৌরিবনো?"

সোমদা বামোন-ঠাকুরনা চাক থাংদোক্লগা কোইকৌ কৌরি। দিবাকরনা হায়রকই, "করিনো নত্রগা করিনো থবক অমদা অপনবা অমা নত্রগা অমা লাক্তুনা তুমিৎ খুদিংগী হায়বা য়াই ঐগী কাস্ট পেরিয়দ হেক্তা ৎংহন্জে—ঐ পরীক্ষা কমদৌনা থাগদগে?"

মহেশ্বরীনা শাওরক্তুনা হায়রকই, "পরীক্ষাদি থাব্রবস্থ চৎনবা য়াই, অত্থবু ঠাকুর পূজাদি তৌদবা য়াদে। লেপতুনা নওগা মরৈ য়েৎননবা ঐ মত্তম শংদে, থবক য়াম্না লৈ।"

বামোন-ঠাকুরনা খোজেল রাংনা কৌত্থনা হায়রকই, "দিবাকারবাবু, চাক থাংদোক্তুনা শংত্থনা লৈরিবনি, লাকপিরোদনা থুনা।"

মহেশ্বরীনা মঙোম্দা চৈহৎলকই, "নহাক রাখল করিমতা য়াওদ্রমাল্লে ঠাকুর! ঐনা মাবু পূজা তৌহন্নবা হোৎনরি—অত্থগা নহাক্না কোইকৌ কৌরি। চাক থাংজিনপ্রো—পূজা লোইরগা লাকপদা পীয়ু।" অসি হায়রম্লগা মহাক গুদাম কাদা অমুক হন্না চংখ্রে।

দিবাকর ওাইহাক চপ য়ুংনা লৈরম্লগা মথক্তা ভপ্না ভপ্না কাখৎপ্রে। মকম অত্থদা পূজাগী পোৎলম লাংত্থনা লৈরম্লে। য়ুমদা নারায়ণ-শিলা লাৎলি। মত্থগী তুংঙিগী পূজা তৌননবগীদমক পুরোহিত অমা থম্মী। মহাক য়ুমসিদা লৈ। য়ুযুরেল শিবপ্রসাদকী মঙৌগুম মহাকসু শত্রং শারবা য়াম্না কাহেন্না পাম্মী। শিবপ্রসাদ তুমিৎ খরমিগী মমাংদগী সরকারী থবক্তগী পেনশন লৌত্থনা মহাক্কী নোংচুপকী য়ুমদা লাক্তুনা লৈরম্লে। অমুক্তা চা থক্লবা মতুংদা পুরোহিত মহাশয়বু কৌহল্লুই। "তুতো, ভট্টাচার্য্য মহাশয়ত্থ অমুক্তা কৌরকউ। গেম অমতা কমগে?" অত্থগী তুংদা গেম অমা অদ্রি অমুম তৌত্থনা মতম থেংজিল্লক্লে—পুরোহিতকী পূজা তৌরুনবা মত্তম কংজ্রে। মসিগী মমাংদা পূজাগীদমক মহেশ্বরীনা মী

থারক্কুনা কৌহল্লরবনি অদুবু তৌগৎকে হৌগৎকে তৌদুনসু অমুক হৌগৎখিদ্রে—পূজাগী মতম য়াম্না শাংনা হেন্দোকখ্রে, মতুদা কনাসু রাখল ওইরক্রে। অদুম ওইনমক মপাবুং মশা ওক্কদে, শান্নবদা লুপক্তুনা লৈবদি কৈ থন্দুনা মহেশ্বরীনা পুরোহিতপু অমুক হন্না কৌহল্লখিদ্রে— অমদা অমদা কৌইহায় হায়রুই, হায়বদি দিবকরদনা নুংতিগী পূজা তৌবা তাই।

অযুক্তা চা থকপগী হৈনবী দিবাকরগী লৈরমদে অমসুং মতম শংলমদে। নুমিৎ খুদিংগী অযুক্তা মহাক মীনাইগা লোয়নদুনা বাজারদা চৎপা তাই। ওসি বাজারদগী হল্লক্লগা করিগুম্বা মওং অমদা নুংতিগী ওইবা মথৌ পাংথোক্লম্লগা মহাক চাক চাবা চংলুবনি।

বিদাকর পূজা তৌবা লাক্লে, অদুবু আসন্দা কমদুনা থল্লকই, মীগী মযুমদা শাইদাংবগী নুংঙাইবা হায়বদু অসিরা! মহাক্না মপুংফান। জ্ঞান তারকপদগী হৌনা মীগী মযুম অসিদা লৈম্নকপা অমসুং মদুগী অরাবা কয়াদু ফনা হৈনবী ওইরক্লসন্নু, অদুবু মীওইবগী আশাদি কদ্রিগুম্বা অরাবা অমতনা মরু ফুকপা ওমদে—তুংগী আশা—চৈনাখে দা কংদুনা মহাক্কী থম্মোয়-নুংদগী ওসি মকোক কন্দোক্তুনা হৌগৎলক্লে। শাওথনা মহাক মশা 'পূম্বা মৈ হৌরক্লে, মহাক্না সিংহাসন্দগী ঠাকুরবু থাংথরগা কোরি-পাত্র মনুংদা পোপ থাদৈ, অমসুং মন্ত্র শোন্দনা মথক্তা ঈশিং হৈথরগা অচোৎপা ঠাকুরদু থাঙৎতুনা থম্মী। লৈ কৎপা, তুলসীপত্র কৎপা, শঙ্খিক থিংবা অঙ্গিনচিংবা থুৎকী থবকশিংদু অভ্যাসকী মতুং ইন্না মহাক্না তৌথি হায়বাদি য়াক্ষ, অদুবু মপুক্লিং নুংশিবগী মৈচাক্না হন্না অমা ফাওবা মরৈদা থংলু য়াথিদ্রে।

মতৌ অসুম্না পূজাগী তাৎ লোইরগা মহাক্না হৌগৎলকপা মতমদুদা মপুক্লিংদা থল্লকই, পূজা তশেংনমক তৌদ্রে অমসুং অমুক হন্না কমথখি-সিরা হায়না মহাক হাইফেৎ মিংজা নীংহল্লরকই হায়বমথৈদি য়াউ, অদুবু মতুগা লোয়ন লোয়নবা "মহাক্কী কলেজগী ফাস্ট পেরিয়দ লোইখ্রে হায়বা মিংশিংলকই? অদুগা মহাক মাইকৈ অমতদা হন্না য়েংলমদনা থুনা য়াংনা সিঁড়ি কুমথখ্রে! চুমজিংনা মপাল্লোমদা থোকখিবদা মহেশ্বরীনা গুদামদগী উদুনা কৌদুনা হায়রকই, "চাদনা চংলত্রবে?"

"চারয়োষ্ট—মতম লৈত্রে।"

মহেশ্বরীনা হায়রকই, "অদুদি কলেজদগী খরা ওস্তক হল্লকউ—হো বামোন-ঠাকুর, দিবাকরগী পুম্নমক নিংখিনা শিন্দুনা থম্মু।"

দিবাকর পাউথুম পীরমদনা চৎখ্রে। মহাক্কী মপালগী কা মচাদুদা চংশিল্লক্লুনা মকি হোংনা হোংনা মপী শীঙ্খয়ক্লে।

মমাংগী ড্রোইংরুমদা মতম অদুদসু শত্রং শান্নবগী লাওনবা ভারি। খঙহৌদনা থোঙজিন ময়াদা খোঙথাং মখোল তারক্লুনা দিব্যকরনা মতুং ওস্হোরকপদা উরে, মীনাইনুপী লেপতুনা লৈরম্বা। হাথু হাথু মফুরিৎ খুদাংনা মপী তৈথোক্লগা হংলকই, "করিনো?"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "মৌ অতোম্বীনা অমুক্তা লাকউ হায়য়কই।"

"লাক্কে, নঙ চৎপ্রো।"

মীনাইনুপী চৎপ্রবদা দিবাকরনা টাইমপিস মচাদুদা য়েংলগা মিৎকুপমুক টক-আক তোদুনা লৈরগা মখুৎ ওইদা পায়রিবা লাইরিকশিংদু টেবিল মথক্তা থম্লগা ফুরিৎ খুদাংনা অমুক হন্না মপী তৈথোক্লগা মনুংদা চংখ্রে।

দিবাকরম্মু কৌদুনবা থাপ্রগা সুরবালা মশাগী কাগী থোঙজিন ময়াদা ভাইদুনা লৈরম্মী। দিবাকরনা লাক্লগা হায়রকই, "করিগীনো?"

সুরবালানা মহৌশাদি মমাংদা থোক্লুনা রা ভাংদে, মরুমদগী ভাংই। মাইথুম মমাইরোমদা চিংথরগা হায়রকই, "মনুংদা অমুক্তা চংলকউ।" অসি হায়রগা মহাক্লা ইমুংদা চংলগা উৎলকই—লৈমায়দা চাকচাকিদগ্ৰ থারি, শঙ্গোম গিলাস অমা অমসুং প্লেটতা সন্দেশ খরা থম্লি—উৎতুনা হায়রকই, "মসি চারগা স্কুলদা চৎলু।"

দিবাকরনা করিগুম্বা রা অমত্তা ভাংদনা চাবা কমথপ্রে।

খোইনা লাপ্লুনা কমুংদা মহাক্কী ভামোমচা উপেন্দ্রনাথ মতম-অদুদসু তুম্নগী মতৌগুম ছিপতুনা লৈ, দিবাকরনা চাবগা চৎখিবগা মঙক্ল থাঙ্গৎতুরা মাপী ভুপীদা কৌদুনা হায়রকই, "এঃ, মসিনা অমুক করিনো?"

সুরবালা লুখাক্র মকমদু শেংদোক্লি, চঙরুদুনা হংলকই, "মিৎকপ থোকপিরবোইরে?"

"পুং অনি কারে। পুং ভরামায়থাই কাওবৰু মীনা তুম্নব্রনে?"

সুরবালানা নোক্তুনা হায়রকই, "নহাক্তি পুন্নমক্ক ওন্মী। মহু নংলমগ্রবদি মীনবু পুং তরামাথোই ভাবা কাওবা হিপতুনা লৈবা ওমগন্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মী পুন্নমক্তা ওন্নদে, অহুবু ঐদি ওন্মী। মহুগী মরমদি, হিপতুনা লৈবগী মতৌগুম্বা অক্ষবা সংসারদা ঐ উবা ফংদে। মহু ওইনিংনা ওইজরসনু দিবাকরবু—"

সুরবালানা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো শাওহুনা চাক চাদনা কলেজ চংকদবগী তৌই, অহুনা কৌশিলহল্লুবনি।"

"মরমদি ?"

সুরবালানা হায়রম্বকই, "তশেংনা শাওরবনি। মহাক অয়ুক্তা লাইরিক পাজমকা উপায় লৈত্তে—বাজার চংপা তাই, হল্লক্লগা ঠাকুর-পূজা তৌবা তাই। কবি করিগুম্বা নুমিত্তদি পুং তরামাথোই-বায়ো ভারিবনি। হায়বিধুদনা তাসি, করম্বা কালদবু চাগদগে, করম্বা মতমদবু লাইরিক পাগদগে ?"

"মুন্না ভাব ভারা ওমদে। ভট্টাচার্য্য মহাশয় মশা ওমন্রব্রা ?"

সুরবালানা হায়রকই, "মশা করিগী ওল্লোইদৌরিবনো ? বাবাগা শত্রং শান্নম্মি, অহুগা মাগীবু মরাল করি লৈ ? বাবানা কৌহল্লরবদি মহাক্না ওম্মোই হায়বা ওমদে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মহুবুদি ওমদে, অহুবু হান্নদি মহাকপু মীনাইগা লোয়নহুনা অয়ুক্তা বাজার চংপদায়নে ?"

সুরবালানা হায়রকই, "নুমিৎ খরনি মশানা চংলিংহুনা চংলম্বদনি। অহু নত্রবদি ইনাও ইবুংঙোনা ভত্তনা চংলিবম্মি।"

"হু" হায়রগা উপেন্দ্রনা য়াওনখিগে তৌবদা সুরবালানা নুংশা-খিহুনা হায়রম্বকই, "তৌরিবহু করিনো, অমুক য়াওনবিরিবা !"

উপেন্দ্র তুমিন্না অমুক মিন্নিট মঙ্গারোম লৈরগা হৌগংলক্লে, অমম্ভং মনা-মনিল নাইদনা মপালদা থোকপ্রে।

নুমিৎ অহু ঠাকুর-পূজা তৌদ্রে, রান্না অদি হন্না হন্না খল্লুবদা দিবাকর মপক্লিং পেঙ্গদনা তপ্না তপ্না কলেজদা লাক্লে। য়ুমদা হৌত্তিক্তা

থোকখিবা থৌদোকশিংদু মহাক্কী থল্লুবদা নত্তনা ঠাকুরগী পূজা তৌদে হায়রম্সু থল্লকই। মুমিৎ কয়া কয়ানি খুদোংচাদবা কয়া কয়া থোক্লুনস্নু থবক অসিদা মহাক্না থৌওইদবা তৌখিদে, থৌওইরুদনবগী রাখল ক্লাওবা কল্লিগুম্বা মুমিত্তুস্নু মপুক্লিংদা কাওরকখিদে। মরুওইনা মরম অসিমক্তনা মহাক্না ওসিগী রাকম অসি নিংশিংলুবমক্তদা থস্নোয়রদা মৈশা লাংলকই। মতিক চাবা মরম পীতুনা তর্ক তৌত্তনা হন্না হন্ন' মপুক্লিং কাজিম্নবা হোৎনজরকই, ঈশ্বরদি মকম অমত্তদা লেংদনা লৈবা নত্তে. মরম অত্তুনা মকম অমদা ভোগ কংত্রবস্নু অতোপ্পা মকম অমদা কংই, অত্তুম ওইনমক মখোয়গী চয়া হেল্লবা যুমগী লাইত্তুবু মহাক্না নুংতিগী কৎপা পূজা অমদি ভোগভগী নাপ্তোকহন্দুনা শাওনা সিংহাসন্দা ফমত্তুনা লৈহৌরি, মত্তুনা তুংদা কপ্পি থোক্লগদগে হায়বগী চিংনবনা মহাক্কী মপুক্লিং কয়িগুম্বা মওংদস্নু লৈভাকম খণ্ডখিত্রে।

কলেজ য়ৌবদা তারে, প্রোফেসর নাত্তুনা ফস্ট পেরিয়দকী ক্লাস তৌত্রে—মত্তু তাবদা দিবাকর মপুক্লিং হয়াওই। পরীক্ষা নকশিল্লক্লে হায়ত্তুনা ছাত্রশিংনা প্রজেক্টকী হিসাবকীদমক কলেজগী কেরানীবু মথৌ চিলহল্লি। ওসি ছাত্র খুদিংমক্না মত্তুগীদমক ওফিস কাদা চৎননবা থৌরাং তৌনল্লি, মতম অত্তুদা দিবাকরস্নু শেম-শারে। অত্তুবু ওফিসকী মমাং স্নৌরকপদা ঠাকুর পূজা তৌদবগী রাকম নিংশিংলকপমক্তদা মহাক চপ লৈপত্রে।

ছাত্র অমনা হংলকই, "লেপত্তুনা লৈরবদি কৈদৌরে?"

দিবাকরনা শন্না পাউখুম পীরকই, "ওসি তোক্লসি!"

"তোক্কদৌরিবা করিগীনো? লাক্লোদনা ওসিমক য়েংথোকপ্রসি।"

"নত্তে তোক্লগে," হায়রগা মহাক হন্দুনা চৎখ্রে। প্রজেক্টকী মরমদা মহাক্কী মপুক্লিংদা চপ হংনা চিংনজবা লৈ, চিংনবা অত্তুগী অরেপ্পা অমা থওদোকহনবগী য়ৌনা ওসিগী মুমিত্তা মথোন্দা কল্লিমত্তা লৈখিত্রে।

চাক চাদনা লাক্লবস্নু মহাক মযুমদা হল্লিংবগী খৌফিং লৈরমদে। মরম কয়ানা ওসি চাক শাম্লত্রে। ছুটি থারকা মল্লুংদা কলেজকী গেট মনাক স্নৌরকপদা উরে, মখোয়গী বি, এ, ক্লাসকী ছাত্রগী কাংবু লাপ্পা

লেপতুনা মরৈ য়েঙনতুনা চরাংনরি, দিবাকর অতোপ্পা মাইবৈদ মাই ওন্থোক্তুনা চৎখ্রে, অমসুং তশেংনা গঙ্গা তাবা লম্বী অচুগী মাইকৈদা চৎখ্রে। চল্লম্ব ঘাট নিংখায়দুনা অশিবগী শরু পোলাংগী মতৌঙুম তাবুনা লৈরি। নোংমা মচুগী ইকচাং লৈবম্মী, মশক ফজরম্মী, মথরায় পাল্লম্মী, মচি মচিদ তাবুনা লৈরিবা চেক মপৈ মপৈশিংবুনা রাফম অচুমক হায়রি, অতৈ করিসু হায়দে। কৈদৈঙৈ কনানা চল্লম্বগে, কন লাক্তুনা ফম্লম্বগে, কনা কনা ঈরুজবম্বগে, মচুগী কদায়দসু নরিঙুম্ব খুদম অমতসু হৌজিক লৈত্রে। নীংথমথাগী হাঙ্গংলবী গঙ্গা অচুগী মচি অমদা পোখাব লেতনা ঈচেল অম সমুদ্র তম্ন চেন্থরি। তুবেল মপাদগী হাজিনবা লৈনাং চেনব। লৈঙোই মথক্ত ময়োন থিনগৎলিবা হানৌনা নুংশাগী মৈশ, গঙ্গাগী নুংশিৎ চুপশিল্লি। মচুগী মতায় অমদা মৈঙোই ওইনা তৌবা অখুবা লম্বীদা লাক্তুনা দিবাকর ঘাটতা লেপ্লরে। মাইবৈ অমদা চেক মপৈ মচা অমগী মথক্তা খোঙউপ লৌথোকতুনা থম্লে, ফুরিৎ লৌথেক্লগা লাইরিক ময়োম অচু বুপশিন্দুনা থম্লে। মচুগী মভুংদা ঈশিংদা কুমথবুনা মখোঙ মখুৎ হামদোল্লগা মকোক্তা গঙ্গাজল চায়খৎলগা চবা ফংদ্রবা য়ুমগী লইবু নিংশিংজক্কই। হৌবদগী লোইবা কাওবা মন্ত্র পুন্নমক য়াম্না নিংথিনা শোল্লগা গঙ্গাজল খুজোক বৎতুনা খুরুম্লগ মহাক হৌগৎ-লকই. মতম অচুদা মহাক্কী থম্মোয়গী পোৎলুম খংয়াং য়াংখ্রে। ফুরিৎ লিৎশিল্লগ খোঙউপ তোংশিল্লগা লাইরিক পুদুনা চৎখিরা মতম অচু নুমিৎ থরা লৈরি। মতম অচুদসু হিন্দুস্থানী নুপীশিংনা ঘাটকী মচি অমদা মকোক উতি-লুজরি।

## মঙা

সুরবালাগী মপাবুংনা ঠিকাগী থবক্তা মপাল নাইদনা সম্পত্তি তান-শিল্লুরগা মখোয়গী বক্সাগী য়ুমদা লাক্তুনা লৈরে। মহাক্কী মচানুপী অনিনি। সুরবালানা অহলনি. শচীনা অতোম্বীনি। মহাক্তি হৌজিক কাওবা লুহোংদ্রি, মহাকসু মপাগী য়ুমদা রক্সাদা লৈ।

মপামদা সুরবালাগী কৌনবা মমিৎ পঙ্করাজনি। মসি মাগী মপা পোকপা মথৌনা থোনবিরম্বনি। লৈকাইগী খোঙ্ততেক-মিৎতাং, ছুই-হৌদোং, বিলাতি উচি, খুমুনচিংবা উচেক-ৱায়া ক্বাওবা মহাক্কী মনাক্তা চংজকম কংবগী খুদোংচাবা কংলম্মী। মখোয় কনামত্তবুসু করিগুম্বা নুমিত্তা মাগী মীনুংশিদগী বিদায় পীবা ঙম্লমদে, হৌজিকসু মখোয় শচীনা য়েংশিন-থিজিনবিদুনা তেক্ত-কায়দনা লৈরি। সুরবালাগী মমিংগী বিবরণ মহেশ্বরীনা খঙলম্মী, মহাক্কা মরম ওইদুনা মিং অদু মকম অসিদসু চৎনপ্রবনি। মথক্কী অহল ওইরশিংনা শমজিন্না 'পশু' হায়না কৌই, মীনাই-মীশল কনানা মমৌ-ইবেম্মা পোশ্, অদুগা কনানা মমৌ-ইবেম্মা মচা হায়না কৌই।

অহিং কনা থেংনা থবক-ইথ্বাং লোইশিল্লমগা সুরবালানা কাদা চংলকপদা উপেন্দ্রনা হায়রকই, "পশু, নখোয়গী বাবানা শচীগী মুপা য়েংনবা অমুক তকশিন্দুনা চিঠি ইরক্লে। শচীনা নঙোন্দগী চহি কয়া য়াম্না হুম্থবগে হায়বা নহাক খঙব্রা ?"

সুরবালানা হায়রকই, "মদুবু অমুক খঙলোইদ্রনে ? ঐগী ইথাদা ইপরান্নুপা অমা খোম্লাং মনম কোক্ক্রিঙৈদা শিথি, মদুগী মখাদা শচী পোকপনি। অদু ওইরবদি ঐঙোন্দগী মানা চাওরাক্লা চহি তরুক-তরেৎ হুম্থরমগনি।"

"মসিগী হিসাবত্তদি মাগী চহি তরানিথোই-হুমদোই ?"

"মদু করিগী ওইদনি! শোন্দম-নাদম্মী হায়দুননি শুপ্নগী অসুক লিরবা কাওবা থম্লক্লিবসি। ঐঙুম্বী চাওরৈ কনবী ওইরম্লবদি য়াম্না খুদোংথীরমগদবনি।"

উপেন্দ্রনা নোক্তুনা হায়রকই, "খুদোংথীগদৌরিবনা অমুক করিগীনো ? নখোয়গী বাবাদি শেলগী অরাৎপসু লৈতে, পোৎতুবু লৈরবদি পোৎ থুদিংমক ফংবা ঙম্মী। নহাক্কী মতমদা ঐনা কোইত্তান তাম্নখিবনি, মত্তৌ অদুগুম্না তাম্নগদবা মীশক সংসারদা ৱাৎকদবা নত্তে।"

সুরবালানা হায়রকই, "নহাকপু বাবাগী লন য়েংদুনা লাকখিব্রা ?"

"নত্তে হায়বা ঙম্লবদি নঙগী নকমদা ইজ্জৎ লৈরম্বা ৱাই, অদুবু মীনম্বা ৱাদি কমদৌনা হায়গদগে ?"

"অদুবু মসিদি মীনম্বা ৱানি।"

"মীনম্বা ৱা করিগী ওইগদৌরিবনো ?"

"মীনপ্পা ৱানি ভায়দুনা মীনম্বা ৱা ওইৱিবনি। ঙাংনিং ঙাংনিংবদা ঙাংবিরি, অদুবু নহাক্না বাবাগী র্সন স্নেংদুনা' লাকথিবদি নত্তে। বাবাগী মরন লৈসনু লৈভসনু, নহাক্তি লাকপা তাবনি। মক্ষম অমদবু ওইরবস্সু খুম অমদবু ওইরবস্সু ঐ পোকপা মক্ষমতুদা ঐবু লৌরনবগীদমক লাক্ষপা তাবনি—ভাব তাম্বিবত্রা ?"

উপেন্দ্রনা শকক্ষম হঙ্জিন্দুনা হায়রকই, "খরমথৈ খঙলে। অদুবু খল্লু, কম্বিস্তম্বা নহাক কায়স্থগী যুমদা পোক্লম্বা থোক্লবদি ?"

সুরবালানা থিক থিক নোকথোরক্লগা হায়রকই, "ওইনিংবা ওইজসনু মদু। বামোন ইমুংগী নিঙোলবু কৈদৌঙৈ কায়স্থগী ইমুংদা পোকগ্রবগে ? খুদ্ধি মতা অসিনস্সু উকীল ওইরিবা ?"

উপেন্দ্রনা থোইদোক্না শকক্ষম হঙ্জিন্না হায়রকই, "মদুস্সু ওইরম্বা য়াই, মদুগীদমক্তনা ওইবমাল্লে শেল জোম জোম থোক্লিবসি।"

সুরবালানা মশাগী রাদা মশানা সু়ঙাইজত্রদুনা থেমজিনবগী থোম্থাংদা থুনা য়াংনা হায়রকই, "করিগী শেল থোক্লোইদগে, নিংথিনা থোক্কনি। অদুমদি ওইরগা, খরা তপ্লবদি য়াই, মদুদনি। অদুবু মসিমস্সু হায়নিংই, কা-হেম্না শেল তাল্লগা কবি কান্নবা লৈগদগে ?" নোক্তুনা হায়রকই, "নুমিৎ য়ুংবদগী পুং মরি তাবা কাওবা ঐগী মাংদা হাজিৱ ওইরবদি ঐনা নঙোন্দা থাগী লুপা চামঙা পীবা ঙমগনি। বাবানা থা থাদা ঐঙোন্দা লুপা চনিয়াখৈ পীরকই, অতোপ্পা চনিয়াখৈ অমগা হেনগৎনা পীরকউ হায়খিবা হায়বদুনি !"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মদু লৌবা য়াই, অদুবু ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ? নুমিৎ য়ুংবদগী পুং মরি তাবা কাওবা নমাংদা লেপতুনা লৈগদবা ?"

সুরবালানা হায়রকই, "হোয়। লেপতুনা লৈবা অমুক ঙম্রক্লবদি কম্বস্সু য়াই।"

"কমদুনা লৈবা অমুক ঙম্রক্লবদি হিপ্পুরা ? করি হায়বগে ?"

সুরবালানা মচিন খুমদুনা নোক্লগা হায়রকই, "নত্তে, হিপ্পা য়ারোই। কম্বা ঙম্রক্লগনা অমুক লেপকদবনি। জজগী মাংদা চবেং চবেং ঙাংলবদি কাইন চাজনি।"

"কাইন থিবা ঙমত্রবদি ?"

"দস্তুও কংবা তাই। পুং মরিগী মমাংদা চংথোকপা য়ারোই—ভাব ভাবিরব্রা ?"

উপেন্দ্রনা মঙক নোমত্তুনা হায়রকই, "ভাব তারে—জজ খরা তমথী—থবক তং-ভানা তৌবা ঙম্লবদি য়ারে।"

সুরবালানা মাগী থোৎসবা মথুৎ অনিত্তুনা মপুরোইবগী মঙকশমদা কোনশিল্লগা হায়রকই, "জজ তমথী-দী নত্তেয়ে, ভমথীবী নত্তে। থবক তং-ভানা তৌবা ঙমগনি—নোংমতংদি চাংয়েংবিয়ুদনা।" ঙাইহাক্কী মতুংদা সুরবালানা মথুৎ লৌথোল্লগা হংলকই, "বাবাগী চিঠিগী পাউখুম পীবিখিগদৌরিব্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "খিরু-হুমলুবগী দবকাব লৈতে, বর মখোঙনা থোঙনা হাজির ওইরগনি—পাউখুম অসি পীব্রগনি।"

"হৈমা, মত্তুবু রাবা! মঙোন্দবু করেন্নবা তৌনব্রা ?"

"ঙসায়মখৈ অত্তু ওইরবদি নঙনা এরোন্দা বরেম্নরিব্রা ?"

সুরবালানা পেন্দত্তুনা হায়রকই, "য়েংঙোই, করেম্নবা নত্তে, অত্তুবু বাবাদা রা অত্তু ইরুবগী কান্নবা লৈতে। তশেংনমক এ থাজৈ, শচীগী বর, অমা তমত্তুনা লৈরমগনি, অত্তুগা মত্তু নত্তুনা মত্তুগী অতোপ্পা লক্ষ্মীসু লৈতে, অত্তুসু নহাক্না মত্তুম্না হায়রুবা থোল্লবদি বাবা শাওরক্কনি!"

উপেন্দ্রনা নোকত্তুনা হায়রকই, "তশেংনমক শচীগী বরব খন্দোকত্তুনা থম্লবনি। মাবু এনসু খঙই, নঙনসু খঙই।"

সুরবালানা মপুক্কিং লাংতক্কনা হংলকই, "কনানো তারুপিয়ুদনা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "হৌজিক য়াদে। পূম্নমক লেপ্পরবা মত্তুদদা নঙোন্দা তাকথোক্কনি।"

সুরবালানা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ক্করে। রাক্ষম অমদি খঙহনজনিংই—শচীগী দোষ খব্রা লৈ, দোষ অত্তুখকতু খুমজিন্দুনা বর খিবা চুন্নোই। মত্তুনা কল অক্কবা ওইরোই।"

উপেন্দ্রনা মপুক্কিং লাংতক্কনা হায়রকই, "দোষনা অমুক করি ?"

সুরবালানা হায়রকই, "হায়জগে, দোষ অত্তুখক্তু লৌৎশিনবা পাম্নবা য়াই। মত্তু নৎলমন্ত্রবদি মহাক মশামক্না নঙোন্দা মত্তু খঙহল্লমগদবনি।

শচী শক-চুদা মতৈ-মশিংদা ৱাৎতে, বাবা শেলসু পাই অচুম্বনি. অদুবু শচীবু মুন্না উবিত্রিব্রা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "উরে, অদুবু কুপ্পা য়েংলুনবা থৌনা—"

"নখোঙদা তুজগে। চান্না ঐগী ৱা তাবিখো, অদুগী মতুংদা হায়নিংবা হায়বিয়ু। শচী অঙাং ওইরিঙৈদগী শোন্দম-মাদম্নকই হায়বা খঙবিরিবদুনি। অনি-অহুম্নক কম্না কম্না নাবদগী শিনিংচিৎ শিনিংচিৎতা হিংলকখিবনি। অমুক্তি মাগী অনাবদু ফখি চায়বমখৈদি য়াই, অদুবু মখোঙ ওইদু পূমপোম পোমথৎলুই। ডাক্ত'না খুৎলায় থাদুনা মাবু কনবিখি হায়বদি য়াই, অদুবু মখোঙদু হান্নগী ঙুম্নদি অমুক ওইখিদ্রে। মদুদগী হৌন' মখোঙদু খিত্তং চিংতক চিংতক চৎলি। ডাক্তরনা মপুং-মরৈ ফারগা ফরকপসু য়াই হায়না তাকপিরম্মী. অদুবু আশা অসিদা থাজদুনা কনানা লুহোংবিনিংগদগে? তশেংনা অফবা নুপামচাগীদি মতিক চাবী নুপীমচা থেংনগনি—খঙন-উনা মহাক্না শচীগী মতৌগুম্বী নুপীমচাবু লুহোংনিংলোই। অদুগা ঙুম্নদগী লন-থুম মীহৌবদা য়ারক্কদবা মহাক অদুদি অফবা মীশক ওইরোই।"

উপেন্দ্রনা চপ ঘুংনা তাদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "ঐদি শচীবু কয়ারক উগ্রবনি, অদুবু কব্রিগুম্বা নুমিত্তসু মখোঙ শেক্না চৎপদি উদ্রি।"

সুরবালানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "নুপাশিং'ন' করম্বা পোৎপু উঘগে। অদুবু নুপীশিংগী মিৎতদি উফুল চাইবা ঙমদে—মখোয়না মিৎনা কুপ্পদা দোষ ফাব' ঙম্মী।"

উপেন্দ্রনা হায়বকই, "অদুবু মাবু নুপীশিংগদি লুহোংগদবা নত্তেদনা, নুপীশিংগী মিৎপু কীরুগদৌরিবদি!"

"মদু করি ৱানো! নমথাক তৌদুনা লুহোংবিবা পান্নবদি মিৎত্রা'বী নুপীবুসু লুহোংবিবা য়াই, অদুবু তুংদদি?"

উপেন্দ্র ৱাখল তৌরি, ৱা ঙাংদে।

সুরবালানা অমুক হায়রকই, "হৌখিবা (দুর্গা) পুজাগী মতম' ঐখোয়গী বক্সাগী যুমদা তশেংনা অসিগুম্বা রামক থন্নখি। ইনেগা ইমাগা মবানিমক্না হায়খি, লুহোংবা মমাংদা অসিগুম্বা খন্ন-নৈনবগী দরকার লৈতে! হোংলবা তুংদা নুপাদুদা হায়রগা লোইরে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ফরবনি।"

"ক্ষবা নত্তে, ঐদি রাক্ষস অসি হায়রিবনি। ঐনা হায়রিবদি জসিন্নি, মনেম্বোক-মনম্মা খাইদোক্লগা নিঙোল-মরা মতোমদনদি চৎনবা য়ারোই। শচীগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবা মহাক অদুনদি মাবু শোয়দনা নুংশি-বিগনি. অদুবু করিস্সু লৈতবা অশোয়বা তমা লোৎলিবদুনা অহানবমক্তদা করিগুম্বা মখোয়গী য়েংথিবা মিৎয়েংদা তাখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা নুমিত্তসু মরাম্ভপ্পা য়ুম পানবা ঙম্লোই।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ঙমগনি। করিগীনো হায়ববু, দিবাকরনা নঙগী ননাওনুপীবু লুনা তৌদবা ঙম্লোই, নঙদা নত্তনা ইচে কাওবনা শচীবু তাথীনা তৌবা ঙম্লোই।"

রা অসি তাবদা সুরবালানা চঙক্লখ্রে। কনা কুইনা চপ য়্যুংনা ক্ষমদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ইনাও-ইবুংঙোগা লুহোংবিগে হায়রিব্রা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "হোয়।"

"অদুবু বাবানদি য়ানিংলোই।"

"করিগীনো?"

"মাগী মমা-মপা লৈতে, ময়ুম-মকৈ লৈতে—রাক্ষম অমদা হায়রবদা করিস্সু লৈতেদনা!"

উপেন্দ্রনা শম্না হায়রকই. "পুম্নমক লৈ, করিগীনো হায়ববু ঐ লৈরি।"

সুরবালানা হায়রকই, "মদু ওইরবস্সু বাবানা য়ানিংলোই।"

উপেন্দ্রনা শিগংননা হায়রকই, "অদুগা নঙস্সু য়ানিংদে হায়বা অসিমক ওইরিনিনে অশেংবা রাক্ষমদি!"

সুরবালা তুমিন্না লৈ।

উপেন্দ্রসু ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরুরগা খঙহৌদনা অতোপ্পা মাইকৈদা মমাই ওম্বোক্লগা থোইদোক্লা খোঞ্জেল কম্থা-করুম্না হায়রকই, "করে, অহিং য়াম্না থেংলে—হৌজিক্তি তুম্মো।"

অহিং অদুদা য়াম্না থেংলবা কাওবা সুরবালা তুমদনা লেল্লি। খঙহৌদনা মতম অমদা মহাক্না তশেংনা মপুরোইবা নিংঙাইদনা তুম্লি হায়না খল্লকই, মতম অদুদা মমিৎ অনিদা অশাবা পীরাং ঈহৌরক্লে। মপুরোইবনা মপাল নাইদনা চানবিবদা মহাক্না চিংনরুনিংঙাই ওইদে,

অতুবু কপ্পা কপ্পা রাক্ষম অসি খল্লকই, চহি তরেৎ-নিপাল অসি অস্মুক হায়া নকশিন্নতুনস্সু করিগীনো মহাক্না নুপা অসিগী থম্মোয় ফংজবা ঙমহ্রিবা! অহানবদদি কয়ারক হন্না মহাক্না মপুক্লিংদা খল্লম্বনি, মনীং-মথা তৌবা নুপা অসিগী পুকচেল খঙলুবা ঙম্বা নত্তে। কৈদৌঙৈ কন্নি মরমদগী মহাক শাওরক্কদগে হায়বা খঙননবা নত্রগা ভাব তাননবা উপায় লৈত্তে, অতুবু মমৈথংদদি মতম অমদা হংবদগী মহাক্না অসিমখৈদি খঙজবা ঙম্লম্মী, মহাকপু মপৃংফানা খঙননবা পাঙল মহাক্কী করিগুম্ব হুমিত্তা লৈরকসন্নু, নত্রগা লৈতসনু. মহাক্কী করিগুম্বা থবক নত্রগা রাদি মরম চাদবা রা ঙাংবা নত্রগা রাখল লৈতবা নত্রগা ফিরেপ লৈতবা মীওইগী মতৌগুম্বদি নত্তে। মরু ওইনা মতুগী দমক মপুরিং খঙঙমদবা মপুরোইবগা লৈমিন্নবদা মহাক কীবা অমদি চিন্তাগী ঙমখৈ লৈরমদবনি। তিং শোকপদা মতম খুদিংমক্তা মহাক্না অস্সুন্না মথরায় নুংঙাইরমদে. ঈশ্বরনা মহাক্কী লাইবকপু করিগুম্বা অতুক হায়া ফনা তম্বিরম্রবা অতু ওইরবদি লাইবক অতুগী মখা পোন্না চৎনিংনবা অতুগুম্বা বুদ্ধি মঙোন্দা পীবিদ্রিবা করিগীনো? ঙসিস্থ মহাক্না মওল মওল খন্দুনা রাক্ষম অসি নৈনতুনা মনুং হকচিন্না মরম থিবা হোৎনরিবা অতুক্কী মতিক মহাক মশাগী করিগুম্বা দোষ অমতা থিবা ফংদ্রতুনা নিংবা কায়রক্লে। মনাওনুপীগী মরমদা মচেনা চিনজফম থোকপা রাক্ষম অসিদা করি মরমগী দোষ চেনবা রা অসি হায়রকখিবনো হায়বা মহাক্না করিগুম্বা মওংদস্সু খনবদা লাম্বা ফংদ্রে।

মপালদা নিংথমথাগী শাংলবা অমম্বা অহিংতু ইচিক চিক্কই অমস্সুং মতুগী চাং ওন্দুনা অথাপ্পদা সরকারগী ওফিসতা পুংজা অমমম য়ৈথৎলক্লি।

## তরুক

মথংগী ঙুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা মহেশ্বরীনা চাক চাবা ফমগ্রবদা উপেন্দ্র কা মনুংদা চংলরগা লাপ্পক্লা লৈমায়দা ফমথররে। মহেশ্বরীনা মমাই লৈথোক্লুনা য়েংলগা হায়রকই, "মৌ-য়াইমা, উপেনগী ফিদা অমতা থারো।"

উপেন্দ্রনা হায়রক্কই, "ফিদা য়ারে ইচে নঙোন্দ রা অমতা হঙ্গে লাক্লিবনি।"

ৱা তাননবগীদমক মহেশ্বরীনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈ ।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ইকুবোক্কা শচীগী বয় থিননবা নহাক্ল অথুবা চিঠি অমা থারকই। নহাক্কা মখোয়গী র পুম্নমক খঙলিবা অহুক হাক্কা অতৈ কনানসু খঙবা নত্তে। অহুনা হংজরিবসিনি, শচীগী মশাদা করি অশোয়বা লৈবগে ?"

মহেশ্বরীগী মপুরোইবা মশা শোম্বরক্লবা অরোইবা মতমদা চহি মরি-মঙা বক্লাদা প্রাকটিস তৌরম্মী। মক্কম অহুদা লৈবা মতমহুদা সুরবালাগী মপাবুংনা য়ুম অমা ভাড় লৌহুনা নক্লনা লৈরম্মী হায়হুনা ইমুং অনি অহু থোইদোক্কা তোরো-খোদানখি। সুরবালা লুংহাংবগী মতাংদা মহেশ্বরী-মক্কা শিনখিবনি। মহেশ্বরীনা উপেন্দ্রগী মাইথোংদা ভাইহাক য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই, "পঙুনা করি হায়বগে ?"

"মহাক্কা শচীগী মখোঙ চিংতক তৌই হায়।"

মহেশ্বরীনা নোককেৎ তৌনা হায়রকই, "চিংবা নত্তে ; মানা অঙাং ওইহ্বিন্তুদা কন্না নাবদা লাইথৈ ওইনা মখোঙ ওইহু শেকক তৌখিবনি— মহু মতম ক্ষুইরে, করম্লগনি।"

"অতৈ দোষতি লৈতেদম্বা ?"

"লৈতে।"

"ইকুবোক্কী সম্পত্তি মপাল নাইদনা লৈ হায়বা য়াই—নহাকপু করি খনবগে ইচে ?"

"ঐসু মহুমক খল্লি।"

উপেন্দ্রনা মতমহুদা থরগা চংশিল্লগা খোঙেল শেমহুনা হায়রকই, "মহু ওইরবদি নঙোন্দা রা অমতা হায়গে ইচে। শচীখোয় মচিল-মনাও অনিনা তুংদা সম্পত্তি পুম্নমক কংহৌগদৌরিবনি, মতমহুদা সম্পত্তি অহুক য়াম্বহু মীগী মখুৎতা চল্লহনখিবদি অশিংবগী থবক ওইরোই।"

মহেশ্বরীনা নোককেৎ তৌহুনা হায়রকই, "মহুদি ওইরোই ; অহুবু উপায়হু করিনো হায়য়ু তাসি ?" হায়রগা নোকথোরক্লে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মসিদা নোরিংঙাই লৈতে ইচে। পঙুবুসু শাওহন্নবগীদমক ৱাকমসি হায়বা নত্তে। দিবাকরগী ৱা নিংশিংবনি।"

অসি ভাবনক্তদা মহেশ্বরীগী মাইথোং কাহৎখ্রে। মহাক্না দিবাকরবু য়েংখি। মিৎয়েং কুপ্পবা উপেন্দ্রনা মতু উত্নুনমু হায়রকই, "কৃরি হায়বনো ইচে?"

মহেশ্বরীনা মরু লুকখক্নুনা রাখল তৌশিন্নহুনা চাক তোৎলকই, মখাই খাঙ্গৎলক্লগা মাইথোংদা নোকপগী মমি ভাংন্দুনা হায়রকই, "করবনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "শুপ্নগী কবনদি য়ারোই ইচে. থবক অসি মহাক্নীনি। পশুগী লুহোংবমু নহাকমক্না শিন্নবিখিবনি, হৌজিক মহাক্না হায়জরিবদি, মাগুম্না লাইবককবী ভাক্তা ওইবনি। ঐ থাজে, নহাক্নী খুৎ হেক চংবদা সনা ওনগনি হায়বা।"

মহেশ্বরীনা রাখল তৌনা হায়রকই, "অদুবু শচীগী অশোয়বা খরা লৈনে!"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "লৈ হায়দুনমক্তি নহাকপু খুৎ থিংজিনবিন্দবা হায়জরিবসি। নহাক্নী পুণ্যনা পূম্নমক য়াইফহনগনি।"

উপেন্দ্রগী রাদা মহেশ্বরীগী থম্মোয় অস্থুম অস্থুম পেৎথরক্লে, হায়রকই, "অদুবুনে উপেন, দিবাকরগী লোনচৎসি থগুবা ভমদে। য়ুমসিদা লৈদুনমু য়ুমসিগী নত্তবা মীতোপকুম্মী মুদুগীদমক কীরিবনি, তুংদা অশোয়বা থিত্তুংদুগী রাকম্না মমৈথংদা অচৌবা অরাবগী মমুম ওইরকক্রা হায়না। অদুগা রা অমনা—দিবাকরবু য়ারকক্রা?"

"করিগী য়াদনি ইচে! সংসার অসিদা মাগীনি হায়বা কনাস্থু লৈত্রে। পূম্নমক মখুৎমক্না তৌজক্রবদি মক্যোক থুপলুকম মচেৎ অমতা লৈরোই, মাগী থুদোংচাবা অসি নাম্থোকহনবদি শুপ্নগী অপঙবগী থৌদোদা নত্তে—পাপ্পি!"

মহেশ্বরীনা নোক্লকই, হায়রকই, "মসিবু নঙগী উকীলগী কায়বাররনে উপেন, কেশ শোরুরিবা মহাক অদুগী মরন-মথুমদা মিৎয়েং থম্নগা অতৈ-মাইকৈ থুদিংমক্তদি মিৎয়েং থম্মোইদৌরিবদি? অপাম-পাম্বদা হায়বা রাকম অমা লৈদনা।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "লৈগে লৈজসনু ইচে। রাকম অসিদা কোইন্থুম থমদুনা য়েংনিংবা কাংবুনা য়েংজসনু, অদুবু ঐথোয়দি কাংলুপ অদুদা য়াওরুবা পামদে। অদুগা, শচীগী মতৌগুম্বী থিজোলবু পামজ্রবা মহাক অদুদি লুহোংদুনা কাম্নয়োই।"

উপেন্দ্রনা ফিজৎপসিদা মহেশ্বরীগী মপুক্কিং লাংতক্করক্লে। হায়রকই, "মহাক ভূসি কলেজ চৎতমাগ্লে; অমুক্তুং হংতুনা য়েংথোকউদনা, মাগী মত করি লৈবগে হায়বা! মহাক মাগী কাদা লৈবনি।"

"লৈব্রা? মতুদা লৈরিবস্থু কনানো, ফুতোয়া? দিবাকরহ্হু অমুক্তা কোরকউনহি, ইচেনা কৌই হায়য়ু।

ভাইহাক লৈবগা দিবাকর কা মমুংদা চংলকপমক্তুদা উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নঙগী লুহোংবগী মতম লেপ্পরিবনি দিবা। পরীক্ষা লোইবগা সুমিৎ লেপ্পগরনি। ইচে, ভট্টাচার্য্য মহাশয়দা পাপ্লিকা কাক্কুনা য়েংউ হায়য়ু, অতুগা বাবাদা হংতুনা মাগী মতম্সু অমুক্তা লোথোকউ। শচীগা লুহোংগনি তারবদি মাম্সু য়াম্না হায়রাওগনি। নঙ নঙো-নয়া কাহ্নুনা য়েংতুনা লৈরবোইরে! নঙগী নতৈমা অতোপ্পীগী মনাওনুপী শচী—মাবু উথিজ্রিব্রনে? উজ্রিব্রনে? অতুগা শচীগী মশক য়েংলুবগী কাম্নবম্সু লৈতে। ভাইহাক্কী মমাংদা ইচেদা হায়বম্লিবনি, মাগী মতৌগুম্বী নুপীমচাবু পামদবা মহাক অতুদি লুহোংবগী কাম্নরোই। অঙাং ওইরিঙৈদা নাবদগী মখোঙ ওইদু থিক্তুং শেক্তক তৌথিমাগ্লে! রাক্ষম অসি হৌজিক্তা ঐনা ইচেদা হায়রম্লিবনি. অশোয়বা অতুথক্তংবু দোষ অতুথক্তংবু দিবাকরনা মরি-মতা ওইরগা করিগুম্বা ভাকপিবা ভমদবা থোক্রবদি অতোপ্পনা কমদৌনা ভাকপিগদগে? অতুগী মথক্তা, করিম্সু লৈতবা থজিক-থরাক্কী রাক্ষমদা ইরাং তৌবদি অরাংবা শিক্ষাগী ফল নত্তে—মতুদি অতোনবা মীগীনি। দোষ লৈতবা, মক্তুবা সংসার অসিদা কনাম্সু লৈতে, মতুগী সুংনাংতুনা কমতুনা লৈথোকপদি অঙাও-চুবা মথল অমনি হায়বসি দিবানা থঙই। অদুগা নঙোন্দা করি অমুক হায়খিগদগে ইচে, দিবাকরগা লুহোংগনি হায়বা তারবদি সুরবালা হরাওজবগী ভমথৈ লৈরয়োই। ওঃ—নঙগী থঙলে, মতম মাংলৈনিনে? অদু ওইরবদি হৌজিক চৎপ্রো—ঐস্মু ইকুবোক্তা চিঠি ইপ্রগে।" অসি হায়বগা উপেন্দ্র হোগৎপ্লে অমসুং মহেশ্বরীদা লোম্না ইঙ্গিত তৌরয়গা চৎপ্লে।

মহেশ্বরীনা মক্ত লুকথতুনা চাক তোৎশিন্নরকই অমসুং দিবাকর চুপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ। অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা উনা-রানা উফুল-য়াইফুল হুমগৎতুনা পুখিবগী মত্তাওম উপেন্দ্রনা অপন-অন্নাক ম্যানিংবা-ম্যানিংদবা

পূম্নমক্ত নমহুৎতুনা মশাগী অপাম্বা মতুংইম্না হুমদোক্তুনা পুক্রে, নুংবংমনা মথোয় অনিনা অম্নুম্নমক খল্লকই। কন্না কুইরবা কাওবা করিগুম্বা রা অমম্ভা ভাংল্লক্রবা. মতম অদুদা দিবাকরনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "পূম্নমক অসিবু করিনো ইচে ?"

মহেশ্বরীনা মমাই থাঙৎতনা হায়রকই, "পূম্নমকসি তারেদনা।"

দিবাকরনা হংলকই, "অম্নুক থুজিল্লিবা করিগীনমক্তনো ?"

মহেশ্বরীনা হায়রকই, "শচীগী লুহোংবগী চহি মতাং হেন্দোক-খিগদোরে, অদুগা মথংগী চহি চুপ্পা অকবা পুংকম লৈতে।"

মসিগী মতুংদা ভাংলুনবা করিগুম্বা রা অমত্তা দিবাকরগী মকোক্তা লাম্বা অমুক কংত্রে, অদুবু খল্লকই, উপেন্দ্র হৌজিক চিঠি ইরমগনি অমত্তুং ভাইহাক্কী মতুংদা অথুবা চিঠি পুদুনা মীনাইনা ডাকঘর তম্না চেনগ্রগনি। মহাক কৈদৌঙৈদস্মু লুহোংলোই. মসিনি মহাক্কী পুক্সিগী রাশক। পান্দম অসি মভৌ অম্নুম্না খঙহৌদনা অমুক্তং খংচিং চিংজকপদা তাওথোক-খিগদোরে হায়না খল্লকপমক্তদা মহাক তপথবা ভমক্রদুনা উপেন্দ্রগী কা তম্না চৎত্রে। কাদা চংবমক্তদা সুরবালানা মহাক্কী পেন্দবা শরুকম উবদা কোকখুম ক্লি মমাইথোমদা চিংথদুনা আলমারিগী মাকন্দা লৈশিনত্রে। উপেন্দ্র চে-কলমগা লোয়ননা টেবিল ময়াদা ফম্লি, মমাই থাজদনক্লগা হংলকই, "অমুক করিনো ?"

দিবাকরনা হায়গদবগী লাক্লিবা রাকমদু নিংথিনা মুক্না খম্মুম্না য়েংননবা মতম কাওবা কংখিত্রে, অমসুং অলোমদা ফিজ্জি মচি অমা আলমারিগী নাকন্দা উরি, মহাক তুমিম্না লেপতুনা লৈত্রে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিনোনে ?"

দিবাকরনা কা-ভাংদদা আলমারিরোমদা মিৎয়েং থম্লকই।

দিবাকরগী ইঙ্গিত অদু উতুনস্মু উশিল্লক্রে, হায়রকই, "ঐ মতম শংদে ল্লিবা—"

দিবাকরনা মনাক্তা চংশিল্লগা খোঙেল শিক: হায়রকই, "অম্নুক থুজিল্লিবা করিগীনো ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে, থুজিনবদি নুত্তে। হৌজিকস্মু মওং অমদবু ওইরবসু থা অনিরোম লৈরি—নওগী পরীক্ষা লোইবগা—"

"অদু ওইরবদি ঙসিমক চিঠি ইবিরুবগী করি কান্নগনি।" মুমিৎ খরনিগী তুংদা ইবিরবসু য়াই।"

"য়াবা য়াই; অদুবু নুমিৎ খরনিগী তুংদা ইরগা খুদোংচাবা করি লৈগদগে হায়রু?"

দিবাকরনা তপ্পা-তপ্পা হায়রকই, "খঙ্গদুনা য়েংথিবা চুম্মী।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিগী চুমদনি! নঙনা লুহোংবগী রাখল খল্লো, নঙগী পরীক্ষাগী রাখলনা ঐ খল্লগে।"

"অদুবু অসিগুম্বা দায়িত্ব লৌথিরিবৈগী মখাংদা—"

"অশিংবা শাদুনা করিনো খরা হায়হৌবা দরকারনি। করে, চেয়ার অসিদা ফম্মু। খল্দুনা করি য়েংনিংঙ্লিবনো হায়রু তাসি?"

দিবাকরনা পাউখুম পীবা ঙমদ্রে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "য়েংঙোই দিবাকর, পোৎ অমসু ওইসনু, অদু আঃ তুং য়োনা খঙ্গদুনা য়েংবা মীওইবনা ঙম্বা নত্তে। কনা হৈ-শিংবা পণ্ডিতসু ওইসনু কেদৌনি, আঃ তুংগী ফলদুদি ঈশ্বরগী মফমদগী লৌবা অাবনি। অদুমদি ওইরগা হায়দগী খঙ্গদুনা য়েংবা ঙম্বা শরুক অদুমখৈগী-দমক্তদি পুংখায়দগী হেন্না চংনিংঙাই লৈতে, নঙনা মুমিৎ খরনিগী মতম পাস্লিবদি করিগীনো?"

দিবাকরনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই; "মী থুদিংমকপু অদুক খুনা খনবা ঙম্রা?"

"ঙম্মী, অদুবু মসি মিংশিংবা দরকার ওই, কাতু-কারল খনবগীদি ঙমখৈসু লৈতে, অদুগা কৌশিল্সু থোকঙল্লোই। মুমিৎ মরিনিদা কদায়দগী ওইগদগে, চহি অহুম-মরিদসু পুকচেল লেপ্পা ঙম্লোই। অহুম ওইনমক হীরম অসিদা চাওরাকপা খরা মীওইবনা খল্লুনা য়েংনরিবদুদি য়োকপা-থাকপা ঙমগদ্রা হায়রসিনি। অদুবু শচীবু লুহোংবদদি রাকম অদুমদি নঙনা কৈদৌঙৈদসু খল্লুনিংঙাই লৈরোই। অনিশুবা রাকম্বা, অপাম-পায়দগী মত্তাংদনি। তশেংনমক মতুগী ফিরেপ লৌবদদি মী অমগীদমক অতোপ্পা মীশক্কা ঙমদে। নঙবু রাকম অদুমক খল্লিব্রা?"

শচীগী শক্তী ইঙ্গিত্তা দিবাকর থোইদোক্না ঈকাইরক্লে; মহাক্না থুনা য়াংনা হায়রকই, "নত্তে, ওপনৎ নত্তে!"

দিবাকরনা হায়রকই, "মরালগী নত্তে, অদুবু ঐদি লাইরবনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, মসিগী অর্থদি মসিনি, লাইরবা ইমুংগী নিঙোলনা নঙোন্দা সম্মান নত্রগা শ্রদ্ধা-ভক্তি তৌবা অদুগুম্না ঈনাক-খুনবা ইমুংগী নিঙোলনদি ভোৌয়োই। অদুবু হংনিংই, নুপীগী মফমদগী সম্মান নত্রগা ভক্তি কয়া য়াম্না নঙনা পাম্বগে? তশেংনা করিগুম্বা লুহোংলোই হায়দুনা শিদৎ তৎনা ময়াম্নরবদি মদু ভোংঙানবা য়াফম্নি, অদুবু থোইদোক্লা মরম চাদবা মরি লৈনদবা দোষকী পোৎলুম মী অমগী মরেংবান্দা থোঙ্গৎতুনা নশাবু লাইরবনি হায়দুনা লৈথোকপা পাম্মুনু। ঐথোয়গী পুরাণ-ইতিহাসতি পারেদনা। মদুদা সীতা, সাবিত্রীনচিংবা সতী-সাধ্বীগী য়া পল্লি, মথোয় নিংথৌরেনগী মচা নিঙোল ওইদুনসু কনাগুম্বা লাইরবা ইমুংগী নিঙোলদগী মগুণ হুম্বা নৎখিদে। ঈনাকখুনবা ইমুংগী নিঙোলগী মায়োক্তা হায়নবা অমা লৈ হায়দুনমকসু বিচার তৌদনা মদু শৎ হেক্তা থাজগদবনি হায়বগী করিগুম্বা মরম অমতা ঐদি উবা ফংদে।"

দিবাকরনা নত্তবা অতোপ্পা য়া তাবা মীশক অমসু থোইদোক্লা মপুক্লিং চংনা মরুমদা লেপতুনা তারি, মহাক্না কিজি য়ভোলদা মিৎয়েং তারুব-মক্তদা উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ঈনাকখুনবা ইমুংগী অতোপ্পা নিঙোল অমা য়ুম অসিমক্তদা লৈ, মাগী রূপ-গুণ তথায় অমতংবু পুদুনা করিগুম্বা শচীনা লাক্লবদি পৃথিবীগী কনাগুম্বা মপুরোইবা অদু লাইবক কৈ হায়বা য়ারে।" ঙাইহাক চপ মুংনা লৈরগা অমুক হায়রক্তই, "লুহোংনিংদে হায়খিবা নত্রা? অঙাং ওইরিঙৈদা পাঠশালাদা চৎপসু নহাক্না পাম্বা উখিদে। ধর্ম-কর্মদসু কনা কনাগুম্বদি পাম্নলুবা লৈতে, পোক্নফম লমদমবু কনাগুম্বনা থোই-দোক্লা হৈনদে, অদুবু মদুনি হায়দুনা অসিগুম্বা পামদববু য়োকখৎপা তারিত্রা?"

খঙহৌদনা মতম অসিদা আলমারি মরুমদগী খুজি মখোলদা চঙক্লদুনা দিবাকর হৌগৎতুনা লেপথৎলক্লে অমসুং মিৎকুপকী মনুংদা করি খল্লক্লবগে হায়বা মহাক্না খঙলিগনি, সুরবালাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "ইভৈমা, নহাক্না করিগুম্বা হন্নাওবিগদবা লৈরবদি ঐনা তামোচাদা চিঠি ইখিনবা হায়জগনি।"

সুরবালানা শুবহৎনা মপুরোইবগী রা তারম্লিবনি, হায়কম খণ্ডবা শাস্তি অমদি অপেনবগী ঈথক অমনা মহাক্কী পামজবা পুম্নমক নিংজবা খিৰিক অমদি মনীংতম্বা রাখল খুদিংমকপু তাওশিলহল্লক্লুনা মপুরোইবগী খুয়াখাদা হম্না হম্না কৎথোকচরক্লিবনি। মহাক্লা অচেৎপা কিরেপ লোকা কম্রিমতা ঙমদ্রে, অদুবু মফি ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা মপুরোইবদা অতম্লনা থম্মোয় শেংনা হায়রকই, "নঙগী তামোচাদি করিস্তুম্বা মুমিস্তস্নু মীনম্বা ঙাংদবনি। ঐনা হায়রিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, নথোয় য়াইফগনি, অদুগা ঐস্নু হম্নাওগনি।"

দিবাকরনা মিৎকুপমুক্তং উপেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংলকই। হাংলিবা থোঙনাওদা কাওজিল্লক্লুনা অপনবা লৈতবা মঙালনা মহাক্কী মাইথোংদা য়ৈররি। মাইথোং অদুদা অমকপা পক্কে, নুংঙাইতবা রাখলগী মমি থজিক্কস্নু তাদে—থোইদোক্লা শেংবা অমদি মঙ্গলগী মশক ওইবগুম্মী।

দিবাকরনা হায়রকই, "দাদানা অস্নুম্না কৈ খনবদু তৌবিয়ু। ঐ মতম য়াম্না মাংলে, ঐ চৎলে—" অসি হায়রগা মহাক তপ্পা তপ্পা মপালদা থোকখ্রে। মহাক চৎখ্রবদা সুরবালা চংশিন্দুনা মাংদা লৈরিবা আরাম চেয়ারদা ফম্ররে। পীরাং থাংলবা মমিৎ অনিদু মপুরোইবগী মাইথোংদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নহাক্লা ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐনা লাম্না লোক্লুরে; নহাক্লা শিনবিরিবদুমক্লা শচীগী য়াইফবা শোয়দনা ওইগনি। ছন্দকমুক্তদি ঐবু ঙাকপিয়ু।"

উপেন্দ্রনা চিঠি অদু লোইশিন্নবা ইবা হৌরি, মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "হোয়।"

## তরেৎ

মতুগী মথংগী মিৎকুপ্তুগী হৌনা দিবাকরনা শুপ্পদগী লুহোংবগী রাখলদমক থল্লকই। শচী কমদৌবগে, মহাক করি তৌবগে, করি খনবগে, করি পাবগে, মহাকা লুহোংলগা মতৌ করম্না লোয়নগদগে, অসিনচিংবসিনি। অহিংদা লাইরিক ঔরাইবদা থোইদোক্লা অপনবা ওইররে। ঙসি মহাক্কী পুক্কিং ককঙাওনরক্লে। অদুম ওইনমক য়ুঙাওবনা মাগী কল্লনা হেক্তিনমনবদগী ময়েক শেংনা থল্লুবস্নু করিমতা ঙমদে, মহাক্কী থম্মোয়দস্নু

মতৌ অঁহন্না ময়েক লানা কবিস্থ উবা ফংদ্রবদুনা মঙলানী আশা পরেং লৈংলকই; থৱক্তেদি কন্নিবীতা চন্নদে।

পরীক্ষাগী ঙুংশাথীবনা শাজেগী মতৌগুম মহাকপু নিঙ্গথহন্নরকহন্দুনা লাইরিক পামনবা হোৎনক্লবা অহুক্কী মথৈ মহাক পাইথিদুনা অমুক হেক্তা মাইকৈ অমম্ব্রোমদা মঙ মঙবা তৌরকই। ফনা কুইনা ইবাং হৌবা পুক্লিংগী মতুং ইন্দুনা কোইচেন চেল্লুবদা রুবিস্থ তৌবা ঙনদ্রবদুনা দিবাকবনা অনু-তাপ তৌরকই, মহাক অরেম্বদা মতম মাংহল্লে। অহুবু কযাদা অঙকপা ফংনা মপুকচেল হোংথ্রবা! কবিগী নেশানা মতাক ইখঙ খঙহন্দনা অশুম্না ককওাঙনহল্লিবা, মহুগী মরম থিবা হোৎনরুবদা মপুক্লিংদা ফাও-রক্লিবা রাক্ষস অহুদা থোইদোক্কা ঈকাইজবগা লোয়ননা লিবাকবনা-মহুবু য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা মপুকচেল চেৎনা রা অসি চাষরকই, মসি মফাক্কা শুপ্নাম পামজদবনি, অমস্তুং মহুগী খোবাংলুবা শুপ্লে লেতে। অহুবু পুজা তৌনিংঙাই ওইরবা ফনাগী থম্মোয় কায়খিদনবা অমদি ইজ্জৎ ঙংরবগী-দমক থোইদোক্লহুম মিংবা কায়বগী মওংদা তৌগদবনি। অসি হায়জ্জরগা মহাক্তা শক্কক অমি তেঙ্গা মথরাথ য়াওমা খোজেল হৌমা লাইরিক পাবা হৌরকই। অহুবু ঙসিদি মপুক্লিংবু ফাজিন্দুনা থম্বা লুই। মহাক্কি লাম্নবুংগী ময়াইদা থোক্লবনি, মঙলান-আশা তঙ্খায়-শাগৎলুরগা লমন্দুনা লাইরিক চিমফা পুনবা হোৎনরিবা অহু মপুংফাহন্নবা খুদোংচাবা হঞ্জিন হঞ্জিন থিরকই। মহুদা নঙনা হৌজিক্কা মহাক্কী হকচাংদা ফল্লমাগী বসন্তগী নামিবগী শগুম কংথি, শগুম অহু কয়াদা মধুর্য চেনথ্রবা। মহুগী মাইকৈ মরিদা ফজবগী লৈশেম চৎথি—মহু কয়াদা ফজথ্রবা। নুমিৎ-লোমদবু ওনশিল্লবদি ফনা মিৎউইহন্দুনস্ত মঙাল ফাওরকপদগী মখল মথলগী মচু উবা রুংবগী মতৌগুম লাইবিক কন্না ওবাইনবা হোৎনরিঙৈ মরক্তস্থু ময়েক শেংফাওবা মাধুর্য্যনা মহাক্কী মশা পুম্নদা তপ্না তপ্না শিল্লরে। মহাক্কী খোজেল অস্নুম অহুম তপথরক্লে, মিৎয়েং অস্নুম অস্নুম শাম্নক্লে অমস্তুং কাব-পূনবা যেৎনবা মরক্তা খঙহৌদনা ত্যাজ্ঞা অমুদা মহাক মশামক অনৌবা খুৎশাম্না অমদা তাওক্লে। মহাক্কী মিৎ-মাংদা মশীং নাইদবা মঙাল, মনাকোং ময়াদা মশীং খঙঙমদবা যন্ত্র মখোল অমদি থম্মোয় লকাম্লুংদা লুহোংবগী য়াম্না চাওনা শিন-লাংবা অমা উরকই;

অমসুং মতুমক্তী ময়াইদা মহাক মশাবু বরগী ফিজেৎ-লৈতেৎবগী 'কল্পনা তৌরুবদা থম্মোয় মথুম মবাং হৌরক্লে। অদুগী তুংদা হৌজিক ফাওবদা মহাক্না তাখিবা থরমখৈ, মহাক্না উরকখিবা পূম্নমকতু মমিংশামি ওইনা থম্মোয়সুংদা মচু মচুদা ওক্পোক্কবা ফংনা খোঙজেন য়াংনা চেন্দুনা চৎপ্রি। কদায়দসু মহাক চপ লেপতুনা লৈবা ওমদে, চপ চল্লন। করিমতা থম্মোয়দা লৌশিনবা ঙমদ্রে, শুপ্পগী চঙকুরবা ফিভমদা মঙদ্রেং চুবগুম চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈদ্রে।

## নিশাল

যিপিনগী পার্টি য়াওকুরগা হল্লকপগী মথংগী নুমিৎতা ঈশিং খোরাং-বনা খাংঙনদবগা লোয়ননা সতীশচন্দ্র মিৎকপ থোরক্কুনা ফমুংদা হৌগৎতুনা ফম্বা মতম অদু পুং তরা তারে। মাগী কাদু মতম অদু ফাওবা থোঙ হাংদ্রে। ওসি অযুক্কগী লৈচিন থাংদ্রব। অতিয়াগী নুংশাগী মৈশা থোইদোক্না য়াকপা হেনগৎলকই, শারবা নুংশা। অদুদা থোঙ-থোঙনাও পূম্নমক ওন্না মৈ হৌনা শাববনিনা থোঙ খিংলিবা কা মনুংদ্র কয়াগী মতিক খাংঙমদনিংঙাই মশক ওইরবগে হায়বা মহাক মশানা খঙজদ্রবসু মহাকী মশা 'পুম্বদা মতুগী পাঙথুমগী থুদম পীরি। কমুং অপুম্বা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলম্লে অমসুং থম্মোয়-মুংতু ঈশিং খোরাংবনা ককতাওনবগী মতৌগুম হাহাকার লাওরম্লে। থম্মোয়-হকচাং অসিগুম্বা ফিভম ওইরবা সতীশ-চন্দ্র ঈশ্বরগী অনৌবা নুমিত্তা জ্ঞান তারক্কুনা হৌগৎতুনা ফম্লে, অমসুং তৌফম খঙদনা লুখুমগী থোঙনাওদু হাংদোকলুবমক্তদা মুংশানা অমুক্তং মমাইদা মশাদা খঙযু ফুরকপদা মহাকপু মিৎকুপ অমগী মনুংদা চাক-থেকহনবগুমদ্রে।

অহিং চুপ্পা নেশাদা তাউরুরগা অযুক পুং তরাদা মিৎকপ থোরকপগী মৈচাক য়ুঙাওবদনা খঙই। মৈচাক অসি খাংঙমদতুনা সতীশনা "বিহারী বিহারী," হায়না কৌরকই। বিহারী চেল্লক্কুনা লাক্লে।

সতীশনা হায়খই, "য়াম্না গুনা ঈশিং গিলাস অমতা পুযকউদনা!"

বিহারীনা হংলকই "হৌদাক হাল্লকউরা?"

"হাল্লক্কনু, ঈশিং পুরকউ।"

"ঈরুবিথিরোইব্রা ?"

"হৌজিক লুরোই, নঙ ঈশিং পুরকউ।"

বিহারী অতুম ওইনমক চৎত্রে, হায়রকই, "লাই-খুরুম্বগী—"

লাই খুরুম্বগী ইঙ্গিতা সতীশনা মৈ হৌরক্তুনা চৈহৎলকই, "চিম্থিবা, মীরৈহৎ, নঙনা অতুক হাক্লা খিজিল্লিবা করিগীনো ? চৎলো, ঈশিং লৌরুচোনে !"

চৈহৎলক্লবতুদা বিহারী ঈশিং লৌরুনবা মথাদা কুমথত্রে। চাকশঙগী মাঙ্গোলদা ফমতুনা সাবিত্রী সুপারি চপ্পি, হুরাও-মীনোক্লা নোকফেৎ তৌনা হৎলকই, "সতীশবাবুনা হিদাক হাল্লকউ হায়রকপ্রা ?"

বিহারীনা মাইথোং লুম্না হায়রকই, "ঈশিং পুরকউ হায়রকই।"

"ঈরুজত্রবা, লাই-খুরুমত্রবা—ঈশিং কৈদোৗগদৌরিবনো ?"

বিহারীনা রারোনা হায়রকই, "ঐনা মতু করি খঙগনি ! ঈশিং পুরকউ হায়না হুকুম তাওথরকই, পীরুগদৌরিবনি।"

সাবিত্রীনা কাজপ থমতুনা হোৗগৎলগা হায়রকই, "ঐ হেক পীরুরগে —ফয়ে, নহাক বরক খজিক্তা লৈরুচো।"

বিহারী পৈশা লৌরগা বরক লৈবা চৎত্রে।

সাবিত্রীনা মথক্তা কাখৎলক্লগা হায়রকই, "চৎপিরো, ঈরুজথোক-পিরুরো, ঐ তাল্লতুদা লাই-খুরুম্ষম শেমজরমগে।"

সতীশনা মপুক্লিংদা থোইদোক্লা শাওনিংলক্তুনা হায়রকই, "বিহারী কদায় ?"

সাবিত্রীনা নোক্লিংবা থাংতুনা হায়রকই, "মহাক বরক লৈবা চৎখি। বাবু, দোষ লংশিল্লবদি চৈরাক ইশানা লৌজবা ফৈ—মতুনা প্রায়শ্চিত্ত ওই। অদোমদি লাই-খুরুমদন্না করিগুম্বা মুমিত্তসু ঈশিং থকপিদবনিদনা, ঙসি ঈশিংগীদমক ইরাং তৌবিরিব্রা ? ,চৎপিরো, পম্থবিরমু।"

সাবিত্রীগা য়েৎনরুবা অরেম্বনি খঙতুনা সতীশ হোৗগৎপ্রে অমসুং তারেল মরৈংবান্দা য়ান্দুনা ঈরুজবা কুমথপ্রে।

চাব-থকপা লোইরগা সতীশনা অমুক তুমগদবগী থোৗরাং তৌরক-পমক্তদা সাবিত্রী লাক্তুনা থোঙজিন ময়াদা লেপ্পরে। মহাকপু উদবগী মওংদা সতীশ কক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা হিপপ্রে।

সাবিত্রীনা মপুক্লিংদা নোক্কনা হায়রকই, "অহিংগী রাকমচু বাবু নিংশিংবিরিত্রা নিংশিংবিত্রত্রা হায়বা খঙজবা লাকচরিবনি।"

সতীশনা পাউথুম পীদে।

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অচুদি মিৎকপ থোক্লগা অমুক্তা কৌহনবিম্বকউ, মচু পুম্নমক্কু অমুক্তা নিংশিংজরগে।" হায়রগা থোঙ ঙাশিল্লগা চৎখ্রে।

হৌখিবা অহিংগী থোদোক পুম্নমক্কু সতীশনা নিংশিংবা ওইথোকপস্থ নত্তে, নিংস্থ নিংশিংখ্রে। বিপিনবাবুগী ঈশৈ তৌকমদগী কয়স্বা মতমদা মতৌ কমদৌনা লাকখিবগে, কনাগা লাকমিম্নখিবগে, লাক্লগা করি তৌখিবগে—পুম্নমক অসি মহাক্কী মপুক্লিংদা মওং তানা অমদি ময়েক শেংনা নিংশিংদে। মশেল-মরাং ওইবা অসিবু ময়েক লাহনবগী অপাম্বস্থ মঙোন্দা শুপ্নে লৈতে মচুদি নত্তে, অচুবু মকম খঙদবা ঈকাইবগী চিংনবা অমনা মহাকপু করিগুম্বা মওংদস্থ মখোঙ থাংদোকপা ঙমহন্দ্রে। মচুগী সন্ধ্যাগী থোদোক্কু নিংশিংলক্লে। মসিমক্লা ঙসায়দগী মহাক্কী লৈচিন থাংলবা নিংশিং-অতিয়াদা নোংঙাল্লমদায় শক্তিকী মতৌগুম লংলি, অচুবু থোইদোক-হেন্দোক্লা মঙাল লৈবা তমথীবা গ্রহ অমস্থ লৈচিন্দুগী মরুমদা থোক্লি, সাবিত্রীগী ইঙ্গিতনা মাইকৈ অদোমদা মখুৎ থিল্লকপমক্কদা মহাক্কী মিৎতগী তুম্লিংবা মনিলগী মতৌগুম পাইখ্রে। হৌখিবা সন্ধ্যাদা তৌকম খঙদচুনা থাউমৈ মুখৎলুবগী কলচু মমৈথংদা করি ওইরকখিবগে হায়বগী মরিদা মহাক্লা তশেং তশেংনা খঙনিংবনা মপুক্লিং লাংতক্লরকই; অচুবু, অচুম ওইনমক মচুগী মমুংদা থাঙ্গশেংনমক দোষ করিস্থ লৈখিদে হায়চুনা মচুবু লাইবক থিবা থোওংনি খন্দুনা মহাক করিগুম্বা মওং অমদা মপুক্লিং লৈতাজবা কংলম্বনি অমস্থং দোষ লৈখিদে হায়বচু তশেংনা অচেংপা থাজজবা অমা লৈখিবা অচুগী অচেৎপা অচুনা মহাক মশানা খঙজদচুনস্থ মহাকপু চংজকম পীরম্বনি, অচুবু সাবিত্রীনা হৌজিক হায়রম্বা অচুনা অমম্বদা লম্বী তাক্লম্বগুমখ্রে, মচুগী মমুংদা চংলুনবা মহাক্কী মথৌনা কদায়? মহাক মু ঙাওবগী অভিজ্ঞতা লৈ হায়বমখৈদি ম্লাই, অচুবু জ্ঞান ভাখিদবা মতমচুগী আভিজ্ঞতাদি মহাক্লা কদায়দগী কংলুগদগে? মহাক্লা মতৌ কমদৌনা ভাবনা শাক্লগদগে, মহাক্লা করি তৌখিবগে ভৌখিদবগে

হায়রা। য়ুঙাওন্না কয়াগী ঙাওশিন্নবা খোঁদো কয়া মহাক্তি অমিৎমক্না উরবনি। হৌজিক মশাগী মত্যংদা করম্ব থবকপু মহাক্না করম্বা মথো-নানা ওইথোক্তবনি হায়দুনা থাপ্না ইন্থোক্তুনা থম্মুগদগে? অদুনা ওইথোকপা ওইথোক্তবগী রাকম অসিনা অদুকীমথৈ লুশিন্নকপগী মতিক মহাক্নী চৈনা কংলবা থম্মোয়দা ওইথোকপা ওইথোক্তবদুগী মবক্তা লেই চিংদুনা থম্মনবগী কম্ম হোৎনজবকই। অমুক হন্না মহাক্নী কোক্তা মৈ চুরক্লে অমম্লং হৌগৎলগা কমদুনা অমুক হন্না যু থক্লবোই হায়বা রাশক অমুক হন্না শক্তুনা মহাক্না প্রায়শ্চিত তৌজবকই।

থোঙনাও হাংদোক্লগা সতীশনা কৌবকই, "বিহারী।"

বিহারী রাখালবাবুগী মোম্পাকফিদক নুংশাদা ফৌদোক্লি, কৌবা তাদুনা মনাক্তা লাক্তুনা লেপ্লরে।

সতীশনা হায়রকই, "ফরে, চৎলো তৌবিবদু তৌজক্লরো—সাবিত্রীদা ঈশিং গিলাস অমত্তা পুবক্কউ হায়য়ু!"

বিহারীনা হায়রকই "ঐ পুজরক্লে বাবু, মহাক হৌজিক আহ্নিক-পুজা তৌরি।"

সতীশনা ঙক্তুনা হংলকই, "লাই-খুরুম্লিবদি কমদৌনা?"

"আজ্ঞা মহাক্তি নুংতিগী খুরুম্মী। একাদশী নুমিত্তা ঈশিং মরিক অমা কাওবা থক্তে। ঐখোয়না কয়া হায়জে বাবু, অদুবু মহাক্তি চাম্ব চাদে, অহিং অহিং চাকস্থু চাদে—মহাক ভদ্রলোক নিঙোল ওইরমাল্লে অদ্রনি।"

সতীশনা অমুক হেন্না ঙক্তুনা হায়রকই, "ভদ্রলোক নিঙোল হায়বদি করিনোনে?"

"মানি বাবু, ভদ্রলোক নিঙোলনি।" হায়রগা বিহারী ঈশিং লৌরুনবা চৎখিবদা সতীশনা কৌশিল্লগা হায়রকই, "সাবিত্রীবু অহিংদা চাক চাব্রবদি করি চাবগে?"

"করি অমুক চীরুগনি বাবু! লৈরবদি ফল-মলগুম্বা খরা চাই—লৈত্রবদি করিস্থু চদে।"

"বোডিংগী অতৈ কনা কনা থওবগে?"

বিহারীনা হায়রকই, "আজ্ঞা-ঠাকুর থওই, ঐ থওই, অতৈ কনাস্থু থণ্ডদে। মহাক্না হায়দোকহন্দে।"

"সতীশনা হায়রকই, "ফরে, নঙ হেক ঈশিং পুরক-ও ?"

বিহারীনা খোঙথাং অম-অনি থাংদোকপমক্তদা সতীশনা অমুক কৌশিল্লগা হায়রকই, "ফরে বিহারী—"

"আজ্ঞা ?"

"ভদ্রলোক নিঙোলনি হায়বসি নঙনা কমদৌনা খঙলিবনো ?"

"করিগী খঙদনি বাবু! ভদ্রলোক নিঙোলনা শুপ্নগী লাইবক থিবদনা—"

"ফরে ফরে, নঙ ঈশিং লৌরুরো।"

বিহারী চৎথ্রবদা সতীশ ফমুংদা উপ্না হিপতুনা লৈখ্রে। সাবিত্রী সাধারণ মীনাই নুপীশিংগা অক্না ওইনা খল্লুবদা কমদৌননো মঙোন্দা মৈচাক অমা ফাওরকই, কমদৌতুননো মহাক্না পুক্নিং শোন্থরকপা অমদি থুপচানবা ঈকাইজবনা নম্থক্লুনা মনা-মনিল নাইদনা মরু লুকচানহল্লি, মতু মহাক্না করিগুম্ব মওংদসু খঙলুবা ঙম্মদে। ঙসি বিহারীগী মচিন্দগী পরিচয় অদুথক্তং তাবদা শুপ্নগী হরাওবা অমদি ঙকপদা নত্তে, মহাক্না থম্মোয় 'পূম্বা করিগুম্বা মফম খঙদবা লৈনাং থাংলবা খুৎন' কোনশিল্লম্বদগী ঈখঙ খঙহৌদনা নাম্থোকপা ফংতুনা অমকপা পক্রুতুনা হিংলবগুম্বী। মহাক্না বিহারীগী রাঙুবু মপুংফানা অচুম্বনি হায়না লৌশিনবদা মিৎকুপ অমফাওবা নিংজিং-মাংজিংনখিদ্রে।

ঈশিং লৌবা চৎখিবা কুইশিল্লক্লে। করি মরমগী কুইরিবনো খন্দুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। অতুম ওইনমক বিহারীগী মশক উবা ফংদে। ঈশিং খোরাংবনা মহাক খাংঙম্লক্তবগুম্লক্লে, মহাক্না অমুক হন্না বিহারীবু কৌগে খন্দুনা ফম্বমক্তদা উরক্লে, ঈশিং গিলাস পুতুন। সাবিত্রী চংলক্লি। লোনচৎ-শাজৎ ফজবী মরাইবক থিরবী অসিবু মহাক্না অনৌবা মিৎয়েংনা য়েংলকই অমসুং মিৎকুপ অতুগী মিৎয়েংমক্তদা মহাক্না থম্মোয়-নুংতু হকচিনবা মীনুংশি অমদি নোল্লুকপনা পূমথন থমখ্রে। অতোপ্পা করিগুম্বা মতুম অমা ওইরম্লবদি মচিন্দা পনগদরা রা অদু হায়দোকপদা হৌজিক্তি পন্দ্রে। মহাক্না মখুত্তগী গিলাস লৌরগা লোইনমক অমুক্তদা থকচিল্লগা গিলাস থম্মগা হায়রকই, "রা ক্ষায়া লৈ।"

সাবিত্রীনা তুমিন্না য়েংতুনা লৈ।

সতীশনা হায়রকই, "অহানবা রাকম্না ঐবু ঙাকপিগদবনি।"

সাবিত্রীনা খোঙেল ঈংনা হংলকই, "অনিশুবা রাকমদ্রি?"

সতীশনা হায়রকই, "ওরাং কয়স্থা মতমদা মভো কমদৌনা ঐ লাকখিবগে হায়বহু তমগদবন্নি।"

সাবিত্রীনা থুম্নকই, "নোংঙাল্লমদায়দা গাড়ী তোংহুনা।"

"অহুগী মহুংদদি?"

"লম্বী মথক্তা তুমগদবগী হোৎনখি।"

"চুমদবনি। কনানা থাংজিল্লকপগে?"

"ঐনা।"

"অভে কনা য়াওবগে? অসুক হাক্লা লুম্বা হকচাংসিবু মভো কমদৌনা মথক্তা থাঙ্গৎলকপগে?"

সাবিত্রীনা নোকথোরক্লগা হায়রকই, "নুংশাখিরুনিংঙাই লৈতে— বোর্ডিংগী কনাস্থু খঙখিদে।"

সতীশনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "হিংলে! অহুবু নঙোন্দা কম্নিগুম্বা মথলগী কজদবা শাজৎ অমতা চৎখিদেদনা?"

"চৎখিদে।"

সতীশনা খোইদোক্লা মপুক্লিং হয়াওনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি করি রাকম নিংশিংবা পামম্রিবনো?

"অদোম্বগী রাশক। অদোম্না অমুক হন্না যু থক্লয়োই হায়না রাশকখি।"

"শৎ হেক্তা রাশকম্রিবদি করিগীনো? অসিগুম্বা অপঙবা রাখল ঐদি খনবা ক্লাওবা গুম্বা নত্তে।"

"ওইরম্বা য়াই ঐগী রাদগী।"

সতীশনা খোঙেল নেমথনা হায়রকই, "ঐ নিংশিংলক্লে সাবিত্রী। নহাকী মশা শোকতুনা রাশকখিবনি, নত্রনে?"

সাবিত্রী চপ য়ুংনা লৈ।

সতীশনা হায়রকই, "মহু ওইরমগনি; অহুবু ওরাং সন্ধ্যাগী রাকমহু নপুক্লিংদা নিংশিংলিদনা?"

হন্দক্তি সাবিত্রী নোকথোরক্লে। মঙক নোমহুনা সাবিত্রীনা হায়রকই, "নিংশিংলি।"

"মী তানরঙ্গপা য়াই ; মদুগী উপায় কয়ি লৈরিবগে ?"

খঙহৌদনা সাবিত্রীনা শককম খঙহন হজিন্দুনা হায়রকই, "উপায় করি অমুক লৈগনি ! অতোপ্পা বোর্ডিং অমদা নত্রগা য়ুমদা চৎপিগ্রো।"

"নহাক্তি ?"

সাবিত্রীগী মাইথোংদা করিগুম্বা মখলগী মুংনাংবা মচেৎ অয়ভা ফোঙদোরক্তে। তপ্না অচম্বা মওংদা হায়রকই, "ঐগীদি খন্দে। বোর্ডিং অসিগী বাবুশিংনা থম্বিরে করে ; থম্বিত্রগনা অতৈ কদায়দবু ওইরবস্তু থবক থিবা চৎখিবা তাবনি ; থবক ফংবা মকমদুদা চখোম অনিদং চাবা ফংলুগনি। অতৈ রা করি লৈখিবগে ?"

সতীশকী আশা পুম্নমক চীংদোলদগী ওন্থরকুনা চীংখোঙদা তাহুনা ভশেংনা পুমত্তোয় তোয়গ্রে। মহাক সিদা লৈব-লৈতবদা সাবিত্রীগী অমাং-অভোং করিমতা লৈতে। হৌরম অসিদি মহাক্না রাখল শুপথন খল্লুদে। মহাক্না মঙক হাইদুনা মাগী হায়নিংঙাই রা অতৈ করিস্সু লৈত্রে হায়বা খঙহল্লক্রে। মরমদি, সাবিত্রীগী চিংননিংঙাই লৈভবা অশম্বা পাউখুম অসিগী তুংদা অতোপ্পা রাহং অমতা মহাকী মচিন্দগী থোরক্তে। অদুম ওইনমক, রা কয়া মহাকী হায়নিংঙাই লৈয়ম্বনি। সাবিত্রী অহাংবা গিলাসতু পুদুনা চৎখ্রে. সতীশ তুমিন্না কমদুনা লৈখ্রে।

ওম্থোকপনিদকো মীওইবগী পুক্নিং ! করিগীনো হেক্তা কায়, করিদগীনো হেক্তা শাগৎলি, মদুগী করিগুম্বা হকচিনবা মরম অমতা থিবা ফংদে। চৈনাখোল থিডং ফংবসিদা তশেংনা লৈমায়দা উপথুনা তুবগুম্বী, অমুক অদুক হাক্লা কনবা চৈনাখোল ফাওবা নোক্না নোক্না থাংখিবগীস্তু করিগুম্বা হিসাব অমতা লৈবা নত্তে। অদুম ওইনমক, পুক্নিং অসিগীদমক মীওইবগী চাওথোকচবগীস্তু ভমখৈ লৈবা নত্তে। ফাজিন্দুনা থম্মুবা য়াদবা, শক খঙলুবা ফাওবা ভমদবা মহাকপু কমদৌনা 'ঐগীনি' হায়দুনা মহাকী থম্মোয় ফংলুগনি ! মতৌ কমদৌনবু মহাক্না চিংনবা লৈতনা য়ুম্বানমিল্লবা য়াগনি !

সাবিত্রী চৎখিবা ফনা কুইরবা ফাওবা সতীশ মতৌ অদুম্না অদুম কমদুনা লৈ। মাগী থম্মোয়-নুংদা তশেংনা অরাবা নুংঙাইতবনা নত্তে, করিনো মওং অমগী মৈচাক্না ভুং ভুং চাকথৎলকপগী মতৌগুম্বী।

নুংশিজরিবা মহাক অদুনা কন্নিশুম্বা নুংশিবিদবা, মদুদা নত্তনা তুকচ্চবা অদু ওইরবসু থাংবা ঙম্বা য়াই, অদুবু মহাক্না নুংশিবি হায়না লৌরিবা রাখল অদু লাম্লবা থোক্লবদি অদুমক্তা খ্বাইদগী হেন্না থাংজমদে! অহানবা অদুনা মৈচাক্তমক পী, অদুবু অকোনবগী অদুনদি মৈচাকস্ত পী. ঈক্লাইবসু নংহল্লি। মৈচাক অসিগী প্রতিকার অমুক লৈত্রে, ঈকাইবা নংবা অসিগী রাকংলুকম লৈত্রে। নুংশিবিনিংদবা মীশক্না নুংশিবিদে— মদুদা কনানবু করি হায়রুগনি! অদুনা, নুংশিবিরমদবসিগী পুরিং নুংশিবনা অসি য়েনা থাম্লায় শোম্লিবনি—চৈথেংসিগী মরম থিবদা কংদে হায়দুনমক্লি মৈচাক অমুক হাক্না খাংজমদ্রিবসি।

'ওইনিংবা ওইজসমু, রাখল তাওনা অচম্বা থৌদাং তৌদুনা লৈরিবী সাবিত্রীদগী থম্মোয় নুংগী লায়ুম অদুমক শুপ্পগী হাংদোক্লবখিবদা নত্তে, মদুনা সত্তীশকী মশাগী থম্মোয়গী লায়ুমদুসু মপালগী মঙালদা চিংথোকখ্রে। লায়ুম অনি অসিবু খমত্রাংননা থমদুনা মহাক চপ যুংনা লৈখ্রে। মহাক্না চিংলবা লৈত্তনা খল্লম্মী, সাবিত্রীনদি নুংশিবি মহাক্লদি নুংশিরুদে। তৌজিক উরে, তশেংনা ওন্না-তৈনৈ, মহাক্না নুংশিরুই, সাবিত্রীনদি নুংশি-বিদে। হুঙ্গোইব্রবা রাকম অসি মশানা য়াজবা তারবদি শুপ্পগী ঈকাইবদনা মহাক্কী মঙক কেনখিগদৌবদা নত্তে, মপুক্লিংদা পুকচেল পিকপা রাখল্লোন অসিদা মশানা মশাবু হাঙ্গোইজববনি। মহাক্কী মমাংগী তৌখিবা অহিংগী থৌদোকশিংদু ঈকাইনিংঙাইনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে; মহাক্কী মপুন্সিদা অসিগুম্বা অহিং কয়াগী ঈকাইনিংঙাই ওইবা কয়া, কয়া পৈতুনা লৈরি অচুম্বনি, অদুবু মী মচাগী থৌদৌ তাবা অসিগ্না চাংদম্নরুবদা পূম্নমক অদু করিসু লৈতবগুমখ্রে!

বোর্ডিং অসিদা নোংমা কাওবসু অমুক লৈথরা য়াবা নত্রে। মকম অসিদা লৈব-লৈঙবগী মরিদা মহাক্না মপূংকানা মীহৌরুদবা নত্তে, রাকম অসি মহাক্না করিগুম্বা মওংদসু মশানা য়াজবা ঙম্মোই। মহাক্না অচেৎপা রাশক শক্লে, মৈচাক্কী অকনবা চৈথেংনা মাগী থম্মোয় শিংকুপ শাদুনা মাংজখিসনু, মদু ওইরবসু ঙম্মোই। করিগুম্বা মওংদসু হস্থবা থাক্কী রাখলদুবু য়োকখৎতুনা মহাক অশেংনা লৈখা তাবগী লম্বীদা চৎলোই।

মপালদা মুমিৎ চাইথরক্লে, ইমুংদা সতীশনা মচু খঙসমদে। খঙ-হৌদনা বোর্ডিংদা হন্নরকপা কেরানীশিংগী শামিল ফংলকপা অমদি মখোল তারকপদা চঙক্লত্তুনা খোঙনাও মপালদা মুনা য়েংশোকউবগা মহাক ফমুংদগী কুমথরক্লে অমসুং খুদক্তা ফুরিৎ লিৎশিল্লগা ফি অমা মরেং-বান্দা য়ানশিল্লগা ফনা উহন্দনা মমা-মনিল নাইদনা মপালদা খোঁকপ্লে। মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লবা রাকম হৌদোকপা সাবিত্রী হৌজিকমক য়োৌরক্ল-গমি অমসুং চাক চাননবগীদমক ভক্লরগনি। ঙসি মহাক চাক শুপ্লাম লামদে; অদুবু রাকম অদু সাবিত্রীনা কষ্বিগুম্বা মঙাংদসু থাজরোই, হায়জরগনি, তক্লরগনি, মমৈথংদা শাওদুনা চৎখিবা য়াই। মপাম্বোংগী ওইবা লুনা তৌবা অসিগী ভাংন-শক্লগদবদু ঙসিদি মহাক্কী পূন্সিদা অহানবা ওইনা মহাক মশানা মশাবু তৌশিন্নবা নত্তনা তশেংনা হঙ্গোইজবগা লোয়ননা লাপ্পা পু'থাক্লুনা চংল্লে।

লম্বীদা কোইচং চৎলুরগা সন্ধ্যা য়াচংবদা দর্জিপাড়াগী গলি অমদা হেক লৈশিনবদা খঙহৌদনা ভুংলোমদগী মশক খঙবা খোঙ্গেলদা কৌরকপা তারক্লে—"বাবুমচা নত্রা?"

সতীশনা হন্দোরক্লগা লেপতুনা হায়রকই, "হোয়, মোক্ষদা নত্রা?"

মোক্ষদা মতম কুইনগী মমাংদা মখোয়গী নোংচুপকী য়ুমদা মীনাই নুপীগী থবক তৌরম্মী, ছুটি লৌহনা কলিকাতাদা লাকপদগী অমুক হনবা ভমখিল্লবনি। হায়রকই, "মানি বাবু, ঐনি। বাবুমচা, ঐগী চিঠি অমতা পাবিরমগেরা?"

সতীশনা মাইথোং মক্লালাম্না হায়রকই, "অসুক চাওবা শহর অসিদা চিঠি পাহন্নবা মী ফংদত্রনে? কদায়, চিঠি কদায়?"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "চিঠিদু ঐগী য়ুমদা লৈহৌই বাবু। শক-খঙদবা মীদা পাহন্নবা থৌনা ফক্লবা ভমজদে, তুংদা খঙন্নখিদবা করিমতা লৈগ্নরোই। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী য়ুমদুদা নুপীমচা অমা লৈ, মাদি ইব-পাবা ভম্মী, অদুবু মাসু ঙসি নিনি শুরে উনবা ফংদবা, অহিং থেংনা থেংনা হল্লকই, মতমদুদা তাঙ্গা অমুক ফংদে।"

সতীশনা হংলকই, "নখোয়গী য়ুম কয়া য়াম্না লাপ্লগে?"

মীনাই সুপীনা হায়রকই, "মকমসিদগী থরা লাপ্লবস্থু কৈদৌজি! সড়ক অচোবা লাম্থোক্লগা গলি অমগী মনুংদনি। বাবুগী ঠিকানাদু ডাকপিরম্লবদি মী, অমা লোয়নবদুনা ঐ হয়েংমক লাকচগে, চিঠিদু পাহল্লরগে।"

"করে" হায়রগা সতীশনা মহাকী শোভাবাজারগী লৈকমদু তাক্লে, অমস্যুং অয়াবা পীরগা লম্বী তাক্লা তাক্লা লম্বী চৎমিন্নরি। করনা শাংনা লাক্লবা ডুংদা মীনাই সুপীদুনা মকম অমদা চপ লেপতুনা হায়রকই, "হায়জরুনবগী থৌনাদি লৈজদে বাবু, করিগুম্বা অমুক্তং থুয়া-উকুল তাহনবিরবদি—ঐগী য়ুম সিদগী থোইনা অমুক লাপত্রে।"

সতীশনা ওাইহাক খল্লগা হায়রকই, "করে চৎসি।"

মহাক ওসি বোর্ডিংদা শুপহন হল্লিংদে। লম্বীদা কোইচৎ চৎতুনা লৈবদা অহিং য়াম্না থেংলবদি সাবিত্রী ময়ুমদা হন্নখিরমগনি, মতমদুদা বোর্ডিংদা হল্লিনগনি, রাশক অসি শক্তুনা মহাক থোরকখিবনি। অদুনা শং য়াদুনা গলি অনি লাম্থোক্লগা মখোয়গী লৈরং তাদুনা শাবা দোতলাগী য়ুম অদুগী মমাংদা লাক্তুনা লেপ্লরে।

"হাইকেত্তা লেপ্লিরম্মু," হায়রম্লগা মোক্ষদা মনুংদা চংখ্রে অমস্যুং থোইনা কুইদনা কেরোসিনগী পোদোন অমা পুদুনা চল্লক্লগা লমজিংদুনা মথক্তা পুখৎখ্রে। অসোম থংবা নাকলগী কাদা টুল মচা অমগী মথক্তা পিথ্রাইগী পালং থাউমৈ অমা থাল্লি, কা অদু তাক্লগা নোম্লুকপগা লোয়নমা হায়রকই, "ওাইহাক্তা কম্বিরম্মু, ঐ হিদাক হাপ্পরুখিগে।"

কা মনুংদা চংবদা কা মচা অদুগী তরু-ভহেনবদু উবদা সতীশ পোথাবা কংবগুমখ্রে। কাল অমেম্বা মচা অমগী মথক্তা পিথ্রাইগী কেংদোক-চামথোক্লবা কোল-লিক থরা লংত্রিক লংনা লৈ অমস্যুং মদুমক্তী মনাকমক্তদা ফিয়ানথোক মচা অমদা কি থরা য়াল্লি। কক্লাংগী ব্রকেট মথক্তা লৈরিবা টাইমপিস ঘড়িদা পুং নিপাল তাখ্রে। সতীশনা মপালদা খোওউপ লোথোক্তুনা থল্লগা মোম্পাকফিদক অঙোবা তরু তরু থারিবা ফমুংদুদা চংশিন্নুনা কম্নরে অমস্যুং কাদুগী মথল মথলগী পোৎ-চৈশিংদু মপুক্লিংদা চায়েংলকই। অহানবমক্তদা শেলফ মচা অমদা মিৎয়েং তারুরে। লাইরিক কনা য়াম্না মওং তানা থম্লি, সতীশনা হোৌগৎতুনা

অম্না লৌরুঁয়ে অমস্থুং অহানবা চৈনা কাক্তোরকপমক্তদা উয়েঁ, ইংরাজী ময়েক্লা ভূবনচন্দ্র মুখোপাধ্যায়গী মিং থাবস্বা। লাইরিক অহু থমজিল্লগা অতোপ্পা লাইরিক অতম-মরিস্থু কাক্তোকলুবদা মিং অহুমক থারম্বা উবদা লাইরিকশিংহু মকম চানা থম্মুরগা হুগ্রিল্লক্তুনা কয়রে।

মোক্ষদানা হিদাক হাল্লগা হিদাকফুদা পানশিন্দুনা পুরক্লে।

সতীশনা হিদাকফু মখুৎনা লৌরগা হায়রকই, "নহাক্কী কাসি অঙকপা ফংনা লু-মাল্লি, হৌবু হৌগৎনিংদে।"

মোক্ষদানা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "করিগী হৌগৎপিগদৌ-রিবনো, বাবু, কম্বিখো। কা অসি অদুম ওইনমক ঐগী নত্তে, অভোপ্পা সুপীমচা অমগীনি।"

সতীশনা হংলকই, "মহাক্তি কদায় ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "মহাক বাবুশিংগী বোর্ডিং অমদা থককা তৌই। অয়াম্বা মতমদা অহিং থেংনা হল্লকই, অদুনা কাসিগী শোং ঐভোন্দা শিল্লি। ঐভোন্দা ইদোমচা হায়না কৌই।"

সতীশনা হায়রকই, "অদু কৌসম্ল. অদুবু ভূবনবাবুদি করম্বা মতমদা হুগ্রিল্লকদগে ?"

মীনাই সুপীনা ওক্তুনা হায়রকই, "ভূবনবাবুনা অমুক কনানো ?"

"ভূবনচন্দ্র মুখুয্যে—মশক খঙদ্রা ?"

খঙহৌদনা মীনাই নুপীনা পীগুম গুরুককই—"ও! ঐখোয়গী মুখুয্যেমশাই ? নত্তে নুপ্তে, মাদি অমুক লাক্লবোই!"

"করিগীনো, শিগ্রত্ত ?"

মোক্ষদানা মমিৎ লংখৎতুনা হায়রকই, "নত্তে, শিদে, অদুবু শিখি-বন কবনি। মহাক বামোন-মচানি, অরাংবা জাত্তা পোকপম্নি, ঐখোয়গী কোক্কী মণিনি, নারায়ণগী পাম্বক্লি। মাবু থৌওইদবদি নত্তে, মাগী খুম্না-উফুল লৌজরি; অদুবু করিগুম্বা নুমিত্তা থেংনবা থোক্লবর্দি সুরা অহুম মচিন্দা নমশিল্লুনা হাৎকনি, ঐগী মিং মোক্ষদানিদনা।"

সতীশ নোকখোরক্লে। হায়রকই, "শাওদুনা বামোনমচাদুবু থৌওই-দদুনা হাৎলু-লাকলুনু! য়াম্না ভক্তি তৌনা থাগৎ থাগৎতুনা হাৎলু, মহু ওইরবদি পাপ পুরোই। অদুবু, সুপাদুবু কনানো ?"

মোক্ষদানা খোৎইদ্রো শাওগৎপা মওংদা হায়রকই, "মুপাত্থগী পরিচয় করি হায়না পীসিগে বাবু. মা মী নত্তে, শানি। নুপীমচা অসিবু লক্ষ্মী ময়াইদা হুন্দোক্লম্নগা চৎপ্রিবনিনে মানা, মসিবু নখোয় বামোনগী হৌন-বীরা ? তুকপু তুকচৈ, মওঙ্গা থুনবা থৌম্বি কংদরা কৈনো।"

সত্তীশনা থোইদোক্লা মপুক্লিং চরাংনরক্লুনা হংলকই, "মহাকপু কনানো ? করি তৌরম্লবগে মানা ?"

খওহৌদনা মপালদগী থোঙজিন মম্রাদগী পাউখুম পীরকই, "মুপাত্থ অদোম্না শক খঙদে, করি কাম্নগদগে মাগী রা ভারগা ?"

সতীশ চঙরক্লে।

মোক্ষদানা মমাই লৈথোক্লগা হায়রকই, "সাবিত্রীরা ? লাকপা কয়া কুইয়ে ?"

সাবিত্রীনা ইমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "য়োরকপদা ঙাইরি। বাবু-সিগা কদায়দা থেংনরকপগে ইদোমচা ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "মহাকমক্লিনে ঐখোয়গী বাবুমচা হায়রবদো, সাবিত্রী। ঙসি নিনি শুরে মমৌ-ইবেম্মগী মনাক্তগী চিঠি অমা লাকপা, মত্থ পাহম্লবা মী কংদ্রে, অত্থনা বাবুনা চানবিত্থনা থুয়া-উফুল তাহনবি-রনবা হায়জত্থনা পুরকপনি।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অত্থদি থুয়া-উফুল নহাক্কী কাদা তাহন্দত্থনা ঐগী কাদা তাহল্লিবদি করিগীনো ?"

মোক্ষদানা মপুক্লিং নুংঙাইতনা হায়রকই. "মত্থদা শাওম্লিবা করিগীনো সাবিত্রী ? ঐগী কাদি ভদ্রলোক কমহৌনবা য়াবা নত্তে, অত্থনা নঙগী কাদা কমহল্লম্লিবনি। কয়াগী মতিক মমল য়াম্বা মীশক্লো মথোয়সি—কদায় হুরাওগেদি হায়দত্থনা শাওরিব্রা ?"

সাবিত্রীনা নোক্লুনা হায়রকই, "করিগী শাওগদগে ইদোমচা, শাওবা নত্তে। অত্থবু অসুম হেক্কা থুয়া-উফুল লোরবদি পাপ পুগনি। করিনো চান-থক্লবা খরা শিম্বা কৈ—হোয় আজ্ঞা-ইবুংঙো', অদোম্মু চাক লাম্বিব্রা ?"

সতীশ থোইদোক্লা তৌকম খঙনা কম্লিবনি, মঙক হাইত্থনা হায়রকই, "লামদে।"

সাবিত্রীগী হৌন-খঙদবা ৱাহংসিদা মোক্ষদানা ৱারোইদুনা হায়রকই, "নঙগীসিবু থৌগল্লোন খঙবা ৱাঙাং-শঙাংলনে সাবিত্রী? ভদ্রলোকী মক্ষমদবু অসিগুম্বা ৱাঙাং শিজিন্নবা হৌনব্রা?"

সাবিত্রীনা নমদুনা নোক্লিংবা থাংদুনা হায়রকই, "মসিবু অমুক ফজদবা ৱাম্বনে ইদোমচা? ফরে, মাগী অরাম্ব-খৌৱাংবগী ৱা অমুক হংজ্রগা হংদবা হায়বদুনি, অদুবু নহাক ডুকান্দগী চানবা করিগীনো খরা লৈরুচো, তাল্লক্কুদা ঐ চাফম শেমদুনা থনমগে।"

মোক্ষদানা মুরুম মুরুম শোন্দুনা থুনা য়াংনা চৎপ্রবদা সাবিত্রীনা হায়রকই, "ঙরাং নুমিদাংদগী তৌখিবনিদনা মতৌ অসুম্না চবা হেল্লক্লিবসি—নুংথিলদা মওং কমদৌনা চেনখিবনো মদুসু খঙবা ঙমহৌদে। হৌজিক্তি হৌগৎপিরো, সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌরগা কবিনো খরা চাবিরো। ফিয়ানখোক অসিদা অঙবা ফি য়াল্লিবনি, হোংদোক্লগা ঐগী তুং ইনবিরকউ—নত্তে নত্তে, থিন্থবা য়াদ্রে, হৌগৎপিরো।"

সতীশনা মঙক হাইদুনা হায়বকই, "ঐ লামদে।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "লামদ্রবসু চাবিবা তাই। মদুগী অহানবা মরমদি লামদে হায়বা ৱাফম অসি থাজবা ঙমদে, অনিশুবা মরম্না—"

সতীশনা শকফম থোইদোক্না কল্লশিন্না হায়রকই, "অনিশুবা মরমদু মীনম্বা ৱানি, অহানবগী অদুমক্না পূম্নমক্লি। হীরম থুদিংমক্তা নহাক অনমকল্লি অদুগা নম-হাই। অমমকনবা অসিগা মায়োক্নবা কনাসু ঙম-লাকপপোৎ নত্তে।"

সাবিত্রীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ওইরোইদবদা হোৎনবিরিবা করিগীনো?"

সতীশ অমুকসু হেন্না শকফম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "মদু নত্তে সাবিত্রী! ঙসি ঐগী হোৎনবা করিগুম্বা মওংদসু মীনম্বা ওইরোই। নহাক্কী অনিশুবা মরম হায়নিংঙবসু হায়রো নত্রগা শেংনা হায়রিবসিনি নত্তৌন্দা, ঐ করিগুম্বা মওংদসু মক্ষমসিদা করিমতা চারোই।"

সতীশকী অনমকনবদু উবদা সাবিত্রীনা মখোল থোক্কনা নোক্লকই। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐ থল্লিবনি, ঙসি অদোম্না লাকপিরিবা করিগীনো? ঙসি ঐগী ইপোক নুমিৎনি অদুননি, খোঙনা

থোংবা লাকপিদুনা মীনাই মুপীগী মুমদা খুন্না-ঊরুল ভাইনবিরম্বে, মতম অসিদবু ভয়াই তয়াইনা অদোম্মু থাদোকখিবা ঙমজরোই।" 'ঙমজরোই' হায়বগা সাবিত্রী না ঙাংবা লেপপ্রে হায়বদি য়াই, অদুবু মহাক্কী থম্মোয় লাকানুংগী অথুপ্পা মৈচাক্তু মাগী শোর হোল্লিবা অহাংবা লম্বীগী মতুং ইন্দুনা অদুম থোরক্তুনা ইখও খওহৌদনা সতীশকী মাংদা লেপ্লরে, মিৎকুপ খরদি সতীশকী জ্ঞান 'পুন্না মাংখ্রে। লৌশিং চাওবী সাবিত্রীনা মহু মিৎনা কুপ্পদা ভাব তাদুনা মহাক্কী না পুন্নমক্তু কাগী তাহন্দুনা নোক্তুনা হায়রকই, "ঈশ্বরনা ঙসি অদোম্মু ঐগী অতিথি ওইনা থাবিরক্লে, মরম অদুনা চাবশ্মু চাবিগদবনি, দক্ষিনাম্মু লৌবিগদবনি, —ঙসি থোইদোক্লদুম জাতভি তারনি খওলে।"

হৌজিক্তা সতীশকী অচম্বা শক্তি হন্জিল্লক্লে, হংলকই, "তশেংনমক ঙসি নহাক্কী নপোক নুমিৎলা?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অচুম্বনি।"

সতীশনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অসিগুম্বা নুমিত্তা লাক্লবনিনা দুকানগী মিঠাই-মুংঠাই চজিক ময়াম চাদুনা পুক থলহল্লরোই। অদুদা নত্তনা অঙ্গুগুম্বশিংদু ঐদি করিগুম্বা নুমিত্তশু চাদে।"

সাবিত্রীশু মহু খওই। মপুক্লিংদা নুংঙাইরক্তুনা হায়রকই, "অদুবু ঙসিদি অহিং থেংজিল্লক্লে।"

সতীশনা হায়রকই, "অহিং থেঙ্কে থেংজসন্তু। ঙসি বোর্ডিংদা হন্জিনখিবদা মীরা তাগদবদি লৈতেদনা, ঙসি অহিং থেংনা হন্জিনবগী কীক্লগদবা। নহাক্না কনা হায়রবস্তু করিগুম্বা মওংদস্তু ঐ মদুগুম্বশিংদু চারোই।"

"নহাক্না ঙাংনবা ঙমজপোৎ নত্তে," হায়রগা সাবিত্রী নোক্তুনা হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

সতীশ কম্মবনি, হিপথখ্রে। অপিকপা কা মচা অসিগী মোল্লবা তক্ক তক্কবা কমুং অসি থাদোক্তুনা চৎপা করিগুম্বা মওংদস্তু মহাক্কী মপুক্লিংদা য়ানিংলক্লে, অদুম ওইনমক, মশাগী সম্মান ঙাক্না কমদুনা লৈননবগীস্তু করিগুম্বা মতিক চাবা পাম্বৈ অমতা লৈত্রে। হৌজিক চাননবা থোং-থাকপা কুইনা চংনিংঙাই ওইবনা মহাক হৌজিক হৌজিক মায়োক্লগদবা

অরুবা দায়দগী মাম্বোকপগুমপ্রে। মহাক্না নাকল্লগী মোন্থু চেন্থ্রেৎ কোন-শিল্লুনা কল্লাংলোমদা মমাই ওনখিল্লুমা তুম্মিন্না হিপতুনা লৈপ্রে। খোকখিবা মতমদা সাবিত্রীনা মপাল্লদগী পুনা পানশিল্লম্মী, মতুম্মু মহাক্না ভাব তাহৌই, মহাক্না 'নহাক' হায়না মিঙৌখিবত্তুম্মু মহাক্না খণ্ডজিলহৌই। চিক্লবা কাহুগী মনুংদা নৌনা ক্কংজবা পোৎলম অনিহু, যাদ্দুগয় অমসুং মাগী যাদু-চৈগী মতৌগুম মহাক্কী থম্মোয় মুংদা মপাল নাইদবা রাখলগী মওলান শাগৎলকই। ওসিমক মুংখিলদা মহাক্কী থম্মোয়দগী মুংশিবা 'পূম্বা হৈথখিদুনা কারম্বা জোরার হম্থখিবগা লোয়ননা চেম্থহুনা তাওথগ্রবনি, জোরার হঙ্গৎনা অমুক কারকপদা মহুশিংহু অমমম হল্লক্কুনা মশক উৎলরে। ওসিমক মুংখিলদা মশাগী সম্মাক্কা চৈথেং ক্কংহুনা খাংওমদবা মৈচাক্না মশাগী মপুক্লিংগী হম্থবা থাক্কী রাখল্লোনগী মাইকৈদা মহাক্কী মিৎয়েং চিংশিনখি, চৌজিক মৈচাক্না ওমচাক্রুরকপগা লোয়ন-লোয়ননা মিৎ অহু মশা মতোমদা উইশিঞ্জপ্রে। মতৌ অম্মুম্না মশাগা লোয়ননা শান্ন-শাম্নহুনা মতম অমদা হাইকৎ উইথরুরমাল্লে, খওহৌদনা থোঙ হাংদোকপগী মখোলদা মিৎকপ থোকতুনা য়াওল্লকপদা উরে, সাবিত্রীনা মোক্ষদাবু পুহুনা ইমুংদা চংলক্লি। মোক্ষদানা চিঠিহু সতীশকী মথুক্তা শিন্নহুনা হায়রকই, "য়েংবিয়ুদনা বাবু, মমৌ-ইবেম্মনা করি ইরকপগে ?"

সতীশনা পূম্নমক্কু পারগা হায়রকই, "মখোয় হল্লক্কদবা হৌজিকম্মু থা অনি রাৎলি।"

মোক্ষদানা হংলকই, "অতৈ রাদি করিমতা য়াওদ্রা ?"

সতীশনা চিঠিহু লাম্বোক্লহুনা হায়রকই, "য়াওদে, অতৈ থোইদোকপা করিম্মু য়াওদে।"

"ঐগী থাগী ভলবকী রাকমহুদি বাবু ?"

"নত্তে, মহুগী রাকমহু পল্লক্কে।"

শেলগী রা পল্লক্কে তাবদা মোক্ষদানা থোইদোক্না মপুক্লিং রারোঙলা চিঠি লৌশিন্নবা মথুৎ তিংথোকতুনা হায়রকই, "মক্কু কৈদৌনা পল্লকদগে, পল্লক্কদবদি রাখ্রেম ওাক্কুনি! পীবিয়ো চিঠি। হয়েংদি সাবিত্রী, ঐভোন্দা

চক্রিপ্রহান 

পাউঁখুম অমা ইরগা পীগদবনি। হোয়নহৈ, বাবুবু করম্বা কালদা পীজগদৌরিবনো? অহিং থেংব্রিব্রনে?"

সাবিত্রীনা হায়রকই,"বামোন-ঠাকুরনবু সন্ধ্যাগী লাই-খুরুম্নরোইব্রা; অম্মুম হেক্তা চারগন্ধ্রা?"

মোক্ষদা-ৱারৌরম্লিবনি, অমুক হেল্লা ৱারৌরক্লুনা হায়রকই, "ৱা অমুক্তা তাখোদনা! মহাকপু নঙগী পুরোহিত ঠাকুররা, নত্রগা পূজা-পাঠ তৌহুনা কোইনা চৎপা বামোন ওইরবোই নিংত্রনে লাই-খুরুম-গদৌরিবদি?"

সতীশনা নোকতুনা হায়রকই, "করি ৱানো মোক্ষদা, পূম্নমক কাওরমাল্লে! ঐদি মতম খুদিংমক্তা সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌই।"

মোক্ষদানা খঙনিং নিংশিংলক্লমাল্লে। ঈকাইনা হায়রকই, "হাইমা, মহু কাউথোকউরে।"

সাবিত্রীরোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "য়েংঙোই ইবেম্মা, থুনা বাবুগী লাই-খুরুম্ফম মচেৎ অমতা শেম্মুচো। নঙগী কাদদি পূম্নমক চপ চানা লৈ। তৌরুরো ইবেম্মা, তৌরুরো, অমুক পম্বরন্ন—". ঙাংনা ঙাংনা-মোক্ষদা অতোপ্পা মকমদা চৎখ্রে।

পুং অম্বরোমগী মতুংদা সতীশনা চাবা মতম্মদা ইমুংদা কনাম্মু লৈতে —অমম্বা মাঙ্গোলদগী মোক্ষদানা মহু উবদা তশেংনা মৈ হৌগ্রে। চাকশঙদা চংলকপদা সাবিত্রী তুমিন্না ফমহুনা লৈরম্বা উরে। শাওরংনবা খোঙ্জেলদা হায়রকই, "মসিবু নঙগী মঙং করম্বা লোনচৎনো সাবিত্রী! মসিবু চাক্লি-ফিনিবদা পীজত্রনে, অমবু ওইরবস্মু চখোম অনিদং হুজ্জিন-বিরম্নগা ঈংনা ফমহুনা লৈথোক্লিবদি!"

সাবিত্রীনা করিনো খল্লম্লিবনি, চঙক্লনা হায়রকই, "দরকার লৈরবদি মহাক্না হাপ্পো হায়হুনা তাঞ্জরক্নি।"

"অসিগুম্বা বুদ্ধি মতা নত্রবদবু মীনাইগী থবক অমুক তৌরম-খিগত্রদো! নঙনা নশাগী মীনাই-মীশল কদায়দগী থম্বা ঙম্নগদগে? নত্রগা—"

সাবিত্রীনা নোক্লুনা হায়রকই, "ইশামক মীনাই নুপী ওইরিবনি। মহুবু দোষ করি লৈবগে ইদোমচা, ঙ-নোমহুনা চাবদা ঈকাইবা লৈতে।"

মোক্ষদাম্না হাওনা হায়রকই, "কনানা হায়রিবা ঈকাইদে হায়বদি? ঐগী চহি মতাংগুম্বনা ঈকাইদবা য়াই, অদুবু নঙগী চহি মতাংসিদদি ঈকাইগনি। মচু ওইরবস্তু ওইদ্রবস্তু, বাবুদা চাননবা হায়রুরবা মতম অসিদদি মনাক্তা ফমদুনা পীজরুচো! মীওইবগী লাইবক অমুক হল্লকপা কুইনা চংবা নত্তে!"

সাবিত্রীনা চৎখিগদবগী তোবম্লগা চপ লেপতুনা হায়রকই, "করি চোইঙাংনো ইদোমচা! মহাক তাগ্রগনিমি।"

মোক্ষদানা খুদক্তা খোঞ্জেল নেমথনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, কৈদৌনা তানি! অদুগা রা অমগা নাঙান্দা হায়বিহৌগে ইবেম্মা। ঈশ্বরনা মাইদা মিৎ অনি পানবিরক্লিবদু খরা পাংথোকহল্লু। ঘড়িগী চেন, হীবাগী খুদোপ য়াওদে হায়দুনা মীবু হন্থনা থল্লুসু।"

"ফনি," হায়রগ সাবিত্রী নোক্তুনা মখোঙ থাংলকই, মোক্ষদানা অমুক হন্না মতুংলোমদগী কৌশিন্দুনা হায়রকই, "তাখোনে সাবিত্রী!"

সাবিত্রীনা হঙ্জিল্লক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "করিনো?"

"ঐগী কাদা অমুক্তা চৎলুখিসি লাও, ঢাকাগী কি অমা লৌথোকপিগে, লেৎলগা চৎলু।"

সাবিত্রীনা নোক্লিংবা খাংদুনা হায়রকই, "নহাক লৌথোকউচো ইদোমচা, ঐ হৌজিকমক লাক্কে।"

সতীশ চাক চাবা চাওরাক্লা লোইশিল্লক্লে, সাবিত্রীনা ইমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "মিৎ উইশিন্দুনা চাবিরিব্রা?"

সতীশনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "নত্তে।"

"অদুবু, মিৎ অনিদু উইরুম উইরুম উই।"

তশেংনমক মহাক থোইদোক্লা তুম্লিংলক্লবনি। হৌখিবা অহিংগী মওং চাদবা অত্যাচারনা ঙসি মতম চাদনা মাগী মিৎ ইনম নমথরক্লিবনি, মহাক্লা ঈকাই-মীনোক্লা লোয়ননা মশানা য়াজদুনা হায়রকই, "হোয়, য়াম্না তুম্লিংই।"

সাবিত্রীনা হংলকই, "করিনো থরগ হাপৎজরকখোরা?"

সতীশনা থুনা য়াংলা হায়রকই, "করিমত হাপ্লনু, করিমতা হাপ্লনু; ঐ চাবা লোইরে।"

সাবিত্রীনা মপালদা খোঙথাং মখোল তারক্লে, মোক্ষদা লাক্তুনা লেপ্লরে ; হায়রকই, "বাবু, ঐগী ঢাকাগী শাড়ী অমতা লৈবিরকদবনি।"

মহাক্না করিগুম্বা নুমিত্তস্‌ করিমতা পীয়ু হায়খিদে, মরম অদুনা ব্রা অসিমক খঙবা খঙব্রদুনা সতীশ চঙক্লগ্রে। মহাক্তি মোক্ষদা লাকপা উহৌদে। মমাই থাঙ্গৎলক্লগা চঙক্লনা হায়রকই, "তশেংনা পাম্বরা ?"

"তশেংনা কৈদৌনা পামদনি !"

"করম্বা কালদবু শেৎকদগে ?"

"ঙসি শেৎননবা মতম কংদে হায়দুনা করিগুম্বা নুমিত্তম্‌ মতম কংলোই, অসিগুম্বা রা লৈতে। মদুদা মত্তনা রা অমা লৈ ; ঐ শু-নোমদুনা চাই হায়দুনা ইদোমচানা মথরায় নুংঙাইজদে, অদুনা খল্লিবনি অমুক শু-নোমদুনা চাবরোই—হৌজিক্তগী হৌনা কমদেংদুনা চারগে !"

সতীশনা নোক্তুনা হায়রকই, "ফরবনি।"

"শুপ্নগী ফবদনদি য়ারোই, অদুগা লোয়ননা মীনাই নুপী অমা ফাওবা থমব্রবদি ইজ্জৎ লৈরোই—অদোম্না থম্বিগদবনি। অদোম্মক্না—" রা অসি মহাক্না লোইশিনবা ঙমদ্রে, মচিন্দা ফিজিনা খুমদুনা হৌনা নোক্লিংলকপগী ঈথক ফাথরকই।

মোক্ষদা অরায়বা নুপী নত্তে। মহাক্না মিৎকুপ অমতদা পুম্নমক ভাব তারক্তুনা ইমুংদা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "বাবুগা খঙলে সাবিত্রীগা শক খঙনবিরিনিনে ?"

সাবিত্রীরোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "নদোমচাদা ঙসায়মখৈ লীলা শান্নরম্লিব্রা ? অদুবু মসিদি অফবা রানি, হরাওনিংঙাইনি ! হান্না হায়দোক্লম্নবদি ফরমগদবনি !" হায়বম্লগা নোক্তুনা মপালদ খোকখ্রে।

চাবা লোইরবা তুংগা সতীশ ফমুংদা চংলক্তুনা অমুক ফম্নরে। সাবিত্রীনা কা-লুবাক থন্না কা পুরক্তুনা পীরম্লে অমম্মুং হিদাক হাপ্লগা হিদাকফুদা পানশিন্দুনা সতীশতা পীরগা মখোঙ ময়াদা লৈবাক্তা ফমথরগা খঙহৌদনা নোকক্ষেৎ তোদুনা মরু লুকথখ্রে। সতীশকী পুকন্নুংদা নোংলৈ-নুংশিৎ হৌরক্লে। মশা 'পূম্বদা তুম্না চক চক থিল্লকপগুমদ্রে। মিৎকুপ খরদি হিদাক থক্লবগী শক্তি ফাওবা মহাক্তী লৈখিদ্রে। মিনিট অনি মঙং

অশুম্না তুমিন্না লেল্লবা তুংদা সাবিত্রীনা খঙ্হৌদনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "অহিং থেংলে, বোর্ডিংদা হল্লম্মোইদ্রা ?"

সতীশনা খৌগংননা হায়রকই, "হন্দ্রগা কদায়দা লৈরুগদগে ?"

"সিদা স্পুম লৈবিরগদবনি। চৎপা ঙমদ্রবদি চৎপগী কান্নদ্রে— ইদোমচা হৌজিক কাওবা তুমদ্রি, ঐ মাগী ফমুংদা তুম্মুবা য়ানি—" হায়রগা সাবিত্রীনা সতীশকী মাইথোংদা য়েংলকই।

মিৎকুপমুক্তি সতীশ চঙকনা লৈ, অদুবু থংননবা মিৎকুপমক্কদা কন্না হোৎনদুনা মপুক্লিং ফাথজরগা তশেংনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, "নত্তে, —চৎলগে।"

"ফরে, ঙাইহাক্তুগা কন্বিখো," হায়রম্লগা সাবিত্রী হৌগৎতুনা চৎখিদুনা খোঙউপ জোড়া অনিদু মপালদগী লৌশিল্লুরে, অমসুং মফি ফিজিনা মখোঙ তৈথোক্লগা খোঙউপকী ফিতা কিশিন কিশিন্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "বোর্ডিংগী মীনা করিগুম্বা খঙনরকপা থোক্লবদি ?"

"কমদোনা খঙবা ঙমগদগে ?"

"ঐমক্না করিগুম্বা হায়দোক্লবদি!"

"নঙনা করি হায়রুগদগে — হায়ক্কনিংঙাই করিস্নু লৈতে।"

সাবিত্রীনা অমুক নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "করিস্নু লৈতবা ? তশেংনা হায়রিব্রা ?"

সতীশ তুমিন্না লৈ।

সাবিত্রীনা খোজেল পিক্না হায়রকই, "হায়নিংঙাই ৱা লৈরমদ্রবদি কনানা খঙগনি, ঙসি নহাকপু ঐনা থাদোকপা ঙম্নমগদ্রা ?" অসি হায়রগা খঙহৌদনা তুমিন্না লৈগ্রে। অদুবু থংনবা মিৎকুপমক্কদা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, নহাক য়ুমদা হনগ্রো। অদুবু ফত্তবা ৱাখল অসি করিগুম্বা থাদোকপা ঙমদ্রবদি নোংমা পুম্নমক হায়দোকনি হায়বা হায়হৌরিবসিনি।"

মসিগী অথুপ্পা করিনো! মসিগী জুংগী ৱাদু তাংদাংবা খঙবা ঙমদ্রদুনা সতীশনা মিৎকুপমুক নুংবংননা লেপতুনা লৈরুরগা হায়রকই, "হায়গে হায়দোকচৌ। বোর্ডিংগী মীদি ঐগী গার্জিয়ান নত্তে।"

সাবিত্ৰীনা হায়রকই. "নস্তে খঙই ! অদুবু ইদোমচানা ঐগী থোদাং অদু লায়না লৌব ঙমগনি । মাগী মচিনবু করিন' মেন্দুনা থমগদগে ?"

মোক্ষদাগী ইঙ্গিত্তা সতীশনা মপুক্লিংদা নুংশাথিরক্লুনস্থ হায়রকই, "শেল পীহুনা ।"

সাবিত্ৰীনা হায়রকই, "মদুদা শুপ্পগী শেলদমক ভিঙ্গনি, থবক্তি ওইরোই । অদুদা নত্তনা ইদোমচাবুদি শেল পীহুনা খুদুম চনবা ঙম্বা য়াই, অদুবু ঐবু খুদুম চনগদৌরিবদি করি পীহুননো ?"

সতীশনা শৎ হায়দোকখ্রে, "নুংশিবা পীহুনা ।"

সাবিত্ৰীগী চিনবান মত্তায়দা মখোল থোক্তবা ময়ৌ থাংবা মীনোক্কী মথি তাবা উই, হায়রকই, "মদু পীগে হায়রবা মরিরক শুরে ।"

"হায়বদি ?"

"হায়বদি মসিগী মমাংদা অতোপ্পা মীশক অহুম্নস্থ পোৎশক অসিমক পীবা পামথি ।"

"নঙনা লৌখিদ্রা ?"

"লৌখিদে । হাবু পৈশিন্দুনা থম্বা য়াব। অদুগুম্বা মকম ঐঙোন্দা লৈতে ।"

সতীশ চপ য়ুংনা কমদুনা লৈখ্রে । সাবিত্ৰীগী করেম্নবা মীনোক অমস্তুং খোস্তোক মহাক্কী মিৎয়েংদগী করিমতা নাস্তোকখিদে, অদুনা নুমিৎ য়ুংবা মতমগী মাগী রাশিংদু নিংশিংলক্লে, অমস্তুং নিংশিংলকপমক্কদা নুংশি-তুরেলদা জোরার কারম্বা লোইখিহুনা ঈথক হস্থরক্লে । সাবিত্ৰীগী রাশিংদু মহাক্কা কাগীনি হায়না লাম্না লৌদ্রে । খঙহৌদনা থোইদোক্লা শকফম খঙহন-হজিন্দুনা হায়রকই "মখোয় অপঙবনি ! মখোয়না অসিগুম্বা পোৎশক পীবগী রাকম হৌদোক্লম্বনা মতিক চাবনি, উপুদা হাপচিনদুনা থম্বদা হাম্বু ওইনা থল্লোইদবা অদু । ঐস্থু থোইনা তাথনা পঙবা নত্তে, করিগীনো হায়রবু, শোৎশক অদু নখোয়গী নকমদদি কয়াগী মতিক থৌওইদনিংঙাই ওইবনো হায়বা ঐস্থু কাউথোকউরে । অস্থক চহি য়াম্নগা অস্থক চাওনা শোয়বসি ঐগী মতিক চাদবনি । ফরে, চৎলে ।"

রাসিনা সাবিত্ৰীদা তানা লেংবগুমত্রে । 'নখোয়গী' হায়দুনা সতীশনা মাবু করম্বা কনাগুম্বীশিংগা খেন্নদনা উরিবনো হায়বা সাবিত্ৰীনা

মহু খঙ্গনদা চিংখৈরা হৈলখিল্লে। কাঙ্গীদগী খৎনবা ওনখিল্লুনা খুৎ খোক্লবক্কদবগী তোরকপ উবদা মহাক তুমিল্লা লৈখ্রে। অদুবু সতীশতি ভাংবা লেপ্পা ওমল্লে, হায়বদি, "খোইচোপ্পমা খোইদা ভাজাও থুদুনা করৎ করৎ হাইবা উবদা হুরাওবা অদুগুম খাম্লক কুইবসি নত্তমা ঐবু লীলা শান্নযম্লিবনি—নত্রা ?"

সাবিত্রী অমুক ৱা ভাংবা ওয়ল্লে মোংথাংদুক য়াংনা ফুক চৌগৎলগা হায়রকই, "নহাকপু খোইদা লেংদুনা মচিজ্ঞাক ওইনবদি মাই—খোইদা থুবদা কুল্মৈ ওইগদবা ভাজাওদি মহাক নত্তে।"

সতীশনা মরোখাংবা মওংদা কাবম্লদুনা হাঙ্গরকই, "ঐ নত্তবা ?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "নত্তে, নহাক নত্তে।" মচাক্কী মচিনবা ফৈরেং ফৈবেং চিংলকই। সতীশকী মাইথোংদ মুন্না য়েংদুনা হায়রকই, "লমচৎ-লাইদবা! ঐগুম্বী মুপী অমবু মুংশিল্লুনা মুংশিবগী চাওথোকচরিবদু নহাকপু ঈকাইদবানা চৎখ্রো নহাক—ঐগী যুমদা লেপতুনা ঐঙোন্দা মীনম্মা বদনাম তৌগনু।"

ঈকাইবা নংবা অসিদা সতীশ অমুকন্সু হেন্না মীমুংশি থগুলল্লে— কুন্দক্কি ভাকপিনিংঙাই মশক ওইদনা কজদবা মওংদা কনেম্লদুনা হায়রকই, "ঐবু লমচৎনাইদবা। মঙ্গু ওইনিংবা ওইজসনু সাবিত্রী, নহাক্কী নমিংগী নহাক্কী নমা-নপানা মতিক চানা খোনবিম্মীদনা।"

সাবিত্রীনা হন্দোকখ্রগা উখোঙ পাঁয়দুনা ভাইহাক চপ লেপতুনা লৈরুরগা অসুম্নদা হায়বকই, "চৎখ্রো!" মহাক্কী মাইথোং ঈ থাংদনা ভাইকেং ভাইখ্রে।

সতীশনা ঈকাইবা নংবা অমদি শাওনিংবগী খাংঙমদবা মৈশানা মাইকৈ অদোমদা হম্না য়েংলুদনা হায়ররকই, "অদুবু চৎখ্রেগী মম্যাংদা কিজিনা অমুক খোঙ তৈথোক্লরোইদ্রা ? নত্রগনা অত্তোপ্পা করিনো লীলা অমা—অত্তে থরা—"

খঙ্গহৌদনা মথোয় অনি মিচাল্লকয়ে। সাবিত্রীনা থাঙকাপ অমা থাংজিল্লগা হায়রকই, "নহাক কল্লাই (শাশেমদুনা য়োনবা জাতি) দগী কাওবনু হেন্না তম্বী,—নহাক চৎখ্রো! নহাক চৎখ্রো! নখোঙদা

ভুজরি, নহাক চৎখ্রো! চৎখিত্রবদি ইকোক ঙগায়জহুনা শিজন্নগনি—নহাক চৎখ্রো!"

মহাক্না খোজেল অস্নুম অস্নুম-কায়য়কপা অমদি কম্থানরকপদা খঙহৌদনা সতীশ মুংশা-খঙথি-থিরক্লে অমসুং অমুক রা অমতা ঙাংলমদনা মপালদা থোকখ্রে। অহুবু অমম্বদা মাঙ্গোল মচি য়েৌরক্লপদা মহাক্ত লেপ্পা তাখ্রে। মাইকৈ-কদোমদা সিঁড়ি লৈবগে, মাইকৈ কদোমদা লম্বী লৈবগে হায়বা অমম্বহুদ' কন্নিমতা উবা ফংদ্রে। ফুরিৎখাও হুমহুনা য়েংই, মৈখেৎ য়াওরমদে। উপায় লৈতবা ফিভমদা নিংজিং-মাংজিংনবা মরক্তা মিনিট মঙারোম ভুমিন্না লেপহুনা লৈয়গা মহাক অমুক হন্না সাবিত্রীগী কা তম্না চৎপা তারে। মপালদগী উরে, সাবিত্রী লৈমায়দা উপথুননা ভুহুনা লৈ। তপ্না তপ্না কৌরকই, "সাবিত্রী!" সাবিত্রী খুম্নক্তে। হন্না হন্না কৌহুনসু খুম্নক্রবদা সতীশনা ইমুংদা চংলক্লগা সাবিত্রীগী মকোক্তা মখুৎ থম্নরে। লুকথহুনা য়েংলকই, মমিৎ পাংদে অমসুং মচিন্দা খুদোক্কী থিংজিন্নুনা য়েংবদা খঙলে, সাবিত্রী রাম্থুরি। মিৎকুপমুক্তি মহাক্কী থশ্মোযন্নুংদা মুংশাথিবা অমদি চিংনবগী য়াখল অমা ফাওরকই, অহুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা সাবিত্রীগী জ্ঞান য়াওব্রবা হকচাংহু থাঙ্গৎতুনা কমুংদা হিপহল্লে, অমসুং চাদরগী-মচি অমা চফুগী ঈশিংদা চোৎহল্লগা মমাইদা মমিক্তা থিক্লগা হুমাই হুন্নকই। মিনিট অনি-অহুমগী মতুংমক্তদা সাবিত্রী মমিৎপাংথোরক্লে, মক্নোক খুমহুনা য়াওল্লগা হায়রকই, "নহাক চৎত্রব্রা?"

সতীশনা ভুমিন্না হুমাই হুন্নকই।

সাবিত্রী কমুংদগী হৌগৎলক্লগ: থাউমৈ পায়হুনা মপালদা থোরকতুনা লেপ্পরে। হায়রকই, "চৎলসি থোঙ হাংদোক্লগে।"

অহুগী মতুংদা রা ঙাংদনা মহাক্না লমজিংহুনা মথাদা কুমথরক্লে অমসুং থোঙ হাংদোক্লগা থৈদোক্তুনা লেপখ্রে।

রাম্থুরিবী সাবিত্রীবু কমুংদা থাংজিনবগী মিৎকুপ অহুদা মহাক্কী জ্ঞান য়াওব্রবা হকচাংহু মহাক্কী মথাদা কোনশিনখি, মহুদগী হৌনা সতীশ মওং কমঙ্গৌননো ভরং-মালংদা তাওরক্লি; হৌজিক থোঙ কাম্থোক্তুনা মপালদা থোরকপমক্তদা মহাক জ্ঞান তারক্লে অমসুং কন্নিনো রা অমা হায়গদবগী মচিন কাংলকপমক্তদা সাবিত্রীনা হায়রকই, "নত্তে, রা অমা

ফাওবা ঙাংবিরমু, নহাক্কী হকচাংচুদি নহাক্না হান্না মাঙহল্লখ্রে, মতু মোংমা মৈ চাক্লুনা উং ওনখিবসু য়াই, অতুবু শোক্ল-শয়বা য়াত্রবী লৈখা ঙারবী ঐবু মুংশিবিতুনা ঈশ্বরনা পীবিরকপা পুক্লিংচুবু অমুক কাল্লি তৈহনগনু। য়ারগনা নহাক হুয়েংমক বোর্ডিং অতু থাদোক্লুনা চৎখ্রো, মতু নত্রগনা ঐ মকম অতুদা লাক্লরোই।" অসি হায়রগা সাবিত্রীনা পাউথুমগীদমক ঙাইদনা মখোল হৌনা খোঙ থিংজিনখ্রে।

## মাপল

সতীশ মবুদ্ধি ফকচিনখ্রে। করিগীনো সাবিত্রীনা তত্তনা চিংশিল্লিবা অতুগা করিগীনো মনাক নকশিল্লুরগনা অসুম্না তমথীনা খোঙ্গাওনতুনা তান্থোরক্লিবা, নুমিৎ অতুদা অহিং চুপ্পা খন্দুনসু মসিগী ময়েক শেংবা মরম অমতসু থিবা ফংদে। হৌখিবা অহিংগী য়াহৈ অমময়া হৌজিক ফাওবা মহাক্কী লু-তোংদা তাক তাক থিল্লরি। অতুনা মহাক নোংঙানবগা মপালদা থোকখি অমসুং লৈকম অমা ঙাংনক্লরগা পোং-চৈ হোলহন্নবা মুটিয়া কৌরুতুনা হোলহল্লকই। থোদোক্লু উবদা বোর্ডিংগী মী পূম্নমক ঙরুখ্রে। হেন্না ঙক্লিবদি বিহারীনি। মহাক্না মনাক্তা চংলক্লগা তপ্পা তপ্পা হংলকই, "বাবু, অতু ওইরবদি য়ুমদা চৎপিরগদ্রা?"

সতীশনা মহাক্কী মখুত্তা লুপা মঙা মশীং থিতুনা পীরগা হায়রকই, "নত্তে বিহারী, য়ুমদা নত্তে—স্কুল ময়ামক্তদা লৈকম অমা ফংলে, মতুদা চৎকদোরিবনি।"

বিহারীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অতুবু মাদি হৌজিক ফাওবা য়োরক্লি বাবু।"

সতীশনা মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "য়োরক্লিব্রা? করে নঙ ঐগী বেডিংতু য়োমশিল্লুরো, ঐ তাল্লক্লদা রাখালবাবুগী কাদা অমুক্তা চৎলুগে।" অসি হায়রম্লগা লৈফমগী শেন্দোল-নুংদোল লোইশিন্নবা সতীশ রাখালবাবুগী কাদা চৎখ্রে। কা অতুদা মী য়াম্না পুল্লম্মী; মতুমক খন্নরম্বা ওইরম্বা য়াই। মরমদি, মহাকপু উবমক্তদা মুয়াম তুমিন তুমিন লৈনখি। রাখালনা নোকফেৎ তৌননবা হোৎনরগা হায়রকই; "সতীশবাবু মতমসিদা খঙহৌদনা হেক্তা!"

: সতীশনা মখুৎতা পাপ্পৱিবা নোটশিংছু টেবিলগী মচি অমদা থগ্নগা হায়রকই, "খঙহৌদনা নোংমা লপকসু লাকখিবনি, খঙহৌদনা নোংমা চৎসু চৎলিবনি। শেল অসিনা কোন্নরমগদ্রা নিংই. করিগুম্বা কোন্নরমদবা থোক্লবদি হিসাব তৌরগা ঐঙোন্দা খঙচনবিরকউ, অরাৎপা শেলকমছু থাজরক্কে।"

রাখালনা হায়রকই, "কদায়দা খঙচল্লক্কদগে ?"

"ঐখোয়গী স্কুলগী ঠিকানাদা ইদুনা কার্ড অমতং থাবিরকউ, মদুবু ওইরবদি কঙনি।" অসি হায়রগা অতৈ রাহং-পাউখুম করিমতা ঙাইরমদনা সতীশ মপালদা থোকখ্রে। কা মনুংদা চিন খুমদুনা নোকপগী মখোল সতীশকী নাকোং য়োরক্লে। বিহারী থোইনা লাপ্পুনা লেপতুনা লৈরম্মী, কা মনুংদা চংলক্নুনা মখুত্তা য়াল্লিবা ময়োম মচ ছু থোঙজিন মরুমদা থনম্লগা মহাক্কা রাখালদা অপান্ননা হায়রকই,"বাবু, ঐগী মুমিৎ তরাতরেৎনিগী তলবতু হিসাব তৌবিরো, ঐ হৌজিকমক বাবুগা লোয়নদুনা চৎপা তারে।"

রাখাল ইঙক ঙকখ্রে অমসুং শাওরক্নুনা হায়রকই, "নঙ চৎকদৌরিবা, সিদা কনানা থবক তৌহৌগদগে ? চৎকনি হায়রগা হেক্কা চৎপা য়াবা নত্তে।"

বিহারীনা হায়রকই, "করিগী য়াদনি বাবু। ঐ চৎতবা য়াদ্রে।"

রাখালনা মৈ হৌরক্নুনা হায়রকই, "চৎকনি হায়রগা হেক্কা চৎপা য়ায়গদবা ! নিয়ম চুম্না নোটিশ পীগদবনি, খঙব্রা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "মদু মতমদুদা নোংমা মতম চানা লাক্নুনা পীজরগে। হৌজিক তলবতু পীবিরো, ঐ পোৎ-চৈ লোইশিল্লুখিবা তারি।"

রাখালনা করিগুম্বা রা অমতা অমুক ঙাংলমদনা নুংশিৎমুক য়াংনা মপালদা থোরক্লগা সতীশকী কাদা চংলকপগা হায়রকই, "সতীশবাবু, পুম্নমকসি করি থৌদোনো ?"

সতীশ বেডিং পুনশিল্লি, মমাই থাঙৎলক্লগা হংলকই, "করিবুনো ?"

রাখালনা ফিঙৎপা মওংদা হায়রকই, "মীনাই মুপী লাক্লে। মাদি খঙলে, হায়নবা চৎখ্রবা ওইরিনি, অদুগা অমুক বিহারীবু পুদুনা চৎপা পাম্বিবিরমা করিগীনো ? দোষনা অদোম্বা লংশিল্লগা চৈরাক্লা ঐখোয়না কংজগদ্রা ?"

সতীশনা ঙক্না হায়রকই, "অদোমগী রাহু ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

রাখালনা খোঞ্জেল শেমহুনা হায়রকই, "কমদোনা ভাব তাবা ঙম্নগনি, ভাব তাদবনা খুদে চাইদনা। নশানা চৎলমদবা থোক্লবদি অদোম্বু তাম্থোকপা তারমগনবনি; অহুবু মহু ওইজরসন্নু, অচম্বা হৌন-লোনচৎকী জ্ঞান ফাওবদি মীওইবগী লৈকম থোক্তব্রা?"

সতীশ মমিৎ অনিমক মৈ হৌরক্লে, মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "অদোম্না হায়বিরিবসি করিনো?"

খনবনবগী মৈনা রাখালবু চাকথেকহল্লবনি, হায়রকই,"শেংনা হায়রিবনি, অদোম্নসু শেংনা খঙবিরিবনি! সতীশবাবু, ঐখোয়না খঙদবা রাফম অমতা লৈতে। ফম্বে লেঙবিম্বে—লিনমুমকপু য়ুমদা পুশিল্লুরে বোর্ডিং অসি অস্তুম্না কাং-খোং চাইহল্লম্লেদনা।"

সতীশনা রাখালগী খুদাং তাপ পায়দুনা হায়রকই, "করিনো হায়বিরিবহু রাখালবাবু?"

রাখালনা কম্থৎতুনা মখুৎ শৎতোক্লগা হায়রকই, "লেংবিরো—লেঙবিরো কোনশেং শাবিবনু। অদোম লেঙবিশ্লো, থাপ্লা চৎপিশ্লো।"

বিহারীনা কা মনুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "সতীশবাবু, মাবু থাদোকপিশ্লো, কদায়দনো মাগী মৈচাক, কদায়দনো মাগী মৈশা, মহু নোংমা ঐ ভমজগে। ঐ পূম্নমক খঙই। লাকপিরো, ঐখোয় পোৎ-চৈ য়োনশিল্লসি।"

খোঙথাং মখোলনা য়ুম নিকহন্দুনা রাখাল থোকখ্রে, সতীশনা চৌকিদা ফমথরগা হায়রকই, "পূম্নমক অসি করিনো বিহারী!"

বিহারীনা হায়রকই, "ঐ তুং ইনগনি বাবু, মফমসিদা লৈহোবা ঙম্মোই।"

সতীশনা ঙক্নুনা হায়রকই, "ঐগা লোয়নহুনা? মফমসিদা কনানা থবক ভৌহোগদগে?"

বিহারীনা নীংহম্নদনা মপুক্লিং য়ুংনা হায়রকই, "ভৌনিংবনা ভৌহোসহু, ঐ তুং ইনগনি। মীনাই অমা লৈত্রবদি অদোমগী য়ারোই বাবু!"

হৌজিক্তা থৌদোক্তু ভাব তারক্লুনা সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ব্রা অসি হাম্নুনা হায়বদি য়াদব্রা বিহারী?"

বিহায়ীনা পাউথুম পীদে। য়া ঙাংদনা পোৎ-চৈ লোইশিল্লগা মুটিয়াগী মকোক্তা থোঙৎপিরে। মহাক শোয়দনা চৎলগনি হায়বদা চিংনরুনিংঙাই লৈত্রে।

লৈকম অনৌবদুদা লাক্লগা সতীশনা খল্লকই, মহাক্লা অস্মা তৌরুরিবসি কমদৌদুননো? মহাক্লা মঙোন্দা শুপ্পগী ঈকাইবা পীনবগী মখৌনা লৈখি, মদুদা নত্তে, ঈকাইবস্মু পীরম্লগা নিংঙাইদনা নাম্থোখিবা করিগীনো? মহাক্কী অদুক কনবা পাঙ্গলগী শক্তিদু থোইদিং মখায় অমা ফাওবা হুম্থদ্রি, অদুম ওইনমক মহাক্লা মমাই থাঙৎতুনা ইচং থৌনা য়া ঙাংবা ঙমখিদ্রিবা করিগীনো? মহাক্লা মরু লুক্লা পুম্নমক থাংলিবসি করিগীনো? মশাগী মপুক্কিং অদুক হাক্লা শোনখিবা অদুদা ঙসি থোইদোক্লা থম্মোয় শোক্লক্লে অমস্তুং মদুদগী হেন্না থম্মোয় শোক্লিবদি অরাবা অসিগীনি, প্রতিকার তৌনমবা উপায়দুস্ত মখুত্তগী নাম্থোকখিবগুমথ্রে? রাখালগী অশাওবা লোন্দু অহিং অদুমক্কী থোদোক্লুবু ইঙ্গিত তৌরকপনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। মসিমক খল্লুবদা সতীশ ঈকাইবনা লৈক্রক্তা চংনিংলবনি। বিপিনগী মীনা মহাকপু মতৌ কমদৌনা ফারবগে, অম্রম্বা কা মনুংদা কমদৌনা মহাক হুংশাথিবনা অশিবগী পাংথক ওইখিবগে, অশিংবা মখোয়না কমদৌনা চালাক পুম্নমক খঙবা ঙমখিদুনা ফৈজ্রপ মনুংদগী মহাকপু চিংথোক্লুনা পুখিবগে হায়বা অসিনচিংবা নিংদোল চোংনিংঙাই মশক ওইরবা রাকমদুদা অচুম-অরান য়ানশিন্দুনা লৈশি-লৈথোন হাপকৎতুনা পুথোক্লবা মতমদুদা তীল্লিবা মী পুম্নমক্লা পেম্নখিবা, নুংঙাইনখিবা, তানিং-খঙনিংবনা লাংতক্লখিবা অমস্তুং হৌনা নোকপগা লোয়ননা হয়াও-মথোই কাখিবা, মদুগী হৌবদগী লোইবা ফাওবগী শক্তমদু শাগৎলুবদা শাথিনা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইনা অদুগা মওং চাদনা উরক্লে, অদুনা মতোমদা কা মস্মুংদা লৈবা ফাওবদস্মু সতীশকী মাইথোং শিন্না মৈশ্যানা কাহৎলক্লে। অদুগা মখোয়দুগী মমাংমক্তদা রাখালনা মহাকপু ঈকাইবা পীদুনা তাম্থোরকখি, মহাক্লা য়া অমা ফাওবা খুম্বা ঙমখিদে! য়া অসি তাথ্রবদি সাবিত্রীনা করি খনগনি!

অদুবু মহাক করিগুম্বা রা অমত্তা ভাংলম্লোই। তুমিন্না মীত্রা-মীখা পুম্নমক খাজনি, পাউখুম অমা ফাওবা পীরোই। মহাক মশাগী সম্মাম্নগী রাকম কম্নাগী মতিক রাংবগে, মদুসু মহাক্না চিংনবা লৈতনা খঙবগুম মহাক্কী মৈশা লাংলবা মাইথোংগী শক্তমচুসু মহাক্কী বল্লনাদা ভসি মম্নেক শেংনা উরক্লে। সতীশনা মপুক্লিংদা হায়জবদি মাই, ঐ ইশাগী পণ্ডজবনা মরম চাদবা ফজদবা রাথোক অসি থোকখ্রিবনি, সহায় লৈজরবী সাবিত্রীবু মদুগী মরক্তা লংথোক্লমহুনা লাকপসি চুমদবনি, অদুবু, অচুম্বনা করি ওইগদগে হায়বদুসু মহাক্না করিগুম্বা মওংদসু খনবা লাম্বদা ফংদে। অদুবু সাবিত্রী মশামক্না মঙোন্দা চৎখিনবা হায়খিদত্রা! মহাক্না নাপল তৌনা হায়খিদত্রা, মদুবু মহাক্ক করিগুম্বা মখলগী ঈকাইবা পীবা ওইনা খল্লুদে।

বিহারীনা লাক্লগা হায়রকই, "বাবু, ঈরুজবা মতম ওইরে।" মহাক্কী খোঞ্জেল অসি ভসি থোইদোক্লা অর্থ খরা চেনবগুম তৌই।

ঈকাইরবুনা সতীশ ফুক হৌগৎলক্লে অমসুং তারেল লেংজুমদা য়ান্দুনা ঈরুজবা চৎখ্রে।

ওন্থোকপনি! মহাক্কী থম্মোয় কায়রবা মতম অদুদসু নুংতিগী ওইবা করিগুম্বা থবক অমতদসু থৌওইরুদনবা লম্বী লৈরমদে। মহাক স্কুল কাই, ক্লাসতা চংলুবদি ভম্লমদে। মপালদা কোইচৎ চৎলুরগা মতম অমদা বোর্ডিংদা হল্লক্নুনা মাগী কাদা চংবমক্তদা করি নিংবা কাম্নবননো মহাক্কী থম্মোয় থুমহৎলকপগুম তৌই। অনোবা কা অসিদা লৈতেং-নুংদেংদা বিহারীনা অঙম্বমথৈ হোৎনজৈ হায়বা খঙলে, অদুবু থুংকী হৈ-শিংবা উৎননবা অহানবা হোৎনবগী কদায়দসু অরাৎপা লৈতে, মদুসু মহাক্না শংশংনা উরে। বিহারীনা হৈ মচী শেমহুমা পুরকই, হিদাক হান্দুনা লানশিল্লে, অমসুং ডুকান্দগী বারুবাক লৈরুহুনা মনাক্তা থম্নে। হনুবনা হৈ-শিংনা সেবা তৌননবা হোৎনজয়িবা পুম্নমক অসিদা সতীশনা মপুক্লিংদা নোক্কে তৌরুবদা মপী ঈরা চেল্লক্নুনা মমিৎ উহশিনখ্রে। অহিংদা ফমুংদা ফিপতুনা সতীশনা খল্লকই, ওহফম থোকপা ওইখ্রে, রা পুম্নমক অসি অমুক হন্না নিংশিংলরোই, লাইরিক তম্নুনবগী গমক কলিকাতাদা লাকখিবনি, য়ারগনা মদু তৌদুনা লৈগনি. মদু নত্রগনা য়ুমদা হনগনি। অদুবু নুমিৎতুদা রাম্বরবী নুপীচুগী ফোং-কোং শাবদু থোকউবদুদং পুহুনা,

মহাক বোর্ডিংদা হল্লকখি, মৈশা অদুনা মহাক্কী মপুক্লিং ক্ষাজিন্নবগী হোৎনজবা পূম্নমক ঙম্না মহি চেলহনন্দুনা তূম্না মাংহনখিগদবগী তৌরকই। বিহারীনা মপুক্লিংদা পূম্নমক ভাব তাই, অদুবু থেমজিন্নবা মথৌনা ক্ষুদোকউবদি মহাক্না ঙম্নমদে। অদুনা মহাক মাইথোং মকশিন্না তুমিন্না থোঙজিন ময়াদা মপালদা ক্ষমদুনা লৈ। চাওরাক্না পুং তরাম্নোম তারম্লগনি, মহাক্না মমাই লৈশিল্লক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "বাবু, থাউমৈ মুখৎলসিরা ?"

সতীশনা হায়রকই, "মুখৎলো, অদুবু নঙবু কদায়দা হিপকদৌরিবনো বিহারী ?"

"ঐদি সিদা শুম য়ারনি বাবু। ঐগী ফক থোঙ ময়াদা থারে।"

সতীশনা হংলকই, "য়ুম অসিদা মীনাইশিংগী তুম্ফম কা লৈত্রা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "মখাদা কা অমা হাংদুনা লৈ, অদুবু বাবুগী করিগুম্বা দরকার থরা লৈরক্কদ্রা খঞ্জদুনা মফমসিদা লৈগদৌরিবনি।"

সতীশনা ফিংনা হায়রকই, "মদু করিনোনে, নঙ তুমজরুম্নো। অহল ওইরবা মীনি, অঙাংবদা লৈরুনু।"

"ঈংজিবদি কদায় বাবু," হায়রগা মফম অদুমক্তদা মশাদা ইল্লিবা মফিদু শুপতুনা হিপথক্রে।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা সতীশনা হংলকই, "অহিংসি কয়া য়াম্না থেংগ্রবগে ?"

"থোইনা থেংদ্রি বাবু, পুং তরা তারম্বা য়ারে।"

সতীশ তুমিন্না অমুক লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈরবা তুংদা খোঙ্গেল তপ্না হায়রক্কই, "ফম্নে, সাবিত্রীখোয়গী য়ুম খঙব্রা বিহারী ?"

বিহারীনা হৌগৎতুনা ফম্লগা হায়রকই, "করিগী খঙদনি বাবু। নুম্মিৎ কয়ানি মাবু থিনবিগ্রবনি।"

সতীশনা অমুক হন্না করিস্মু হায়রক্কবা ঙমদ্রে। অদুবু বিহারীনা হায়রকই, "অমুক্কং চৎতুনা য়েংউচোরা ?"

হন্দক্তি সতীশনা তৌক্কম খঙদনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, নঙ কদায়দা চৎলুগদগে ? মতুদি য়াম্না লাপ্পি!"

বিহারীনা হায়রকই, "থোইনা করিস্সু লাপ্পা নত্তে বাবু।"

সতীশনা রাখল তোরকই, রা ঙাংদে।

বিহারীনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "বাবু, করিগুম্বা পুং অমরোমদং ছুটি পীবিরবদি চৎতুনা য়েংলু গ। অয়ুক্তা লাক্তে, অনা-অয়েক ভৌতুনা লৈরম্বা য়াই।"

অদুম ওইনমক সতীশ রা ঙাংদে।

বিহারী মপুক্লিং লৈতাবা ওম্লক্রে। ঙসি নুমিৎ চুপ্পা মহাক্না হৈনবী মতুং ইন্না রা ঙাংবা ফংলক্তে. থোইদোক্লদুম ঙাংননবা মরম চৈরক অদুগী মনুংদা ফনা য়াম্না পৈদুনা লৈরক্লবনি. অদুনা অমুক হন্না হায়রকই. "অনৌবা লমদা তুম্বা পাক য়াদে বাবু. হিদাক অমুক্তা হাঞ্জবকথো হায়রব্রা ?"

সতীশ রাখল অমদা ওাউদুনা লৈরি, খুম্লক্তে। অদু ওইরবসু বিহারীনা ওাইহাক লাংতক্লনা ঙাইদুনা লৈ, মমৈথংদা নিংবা কায়না ফি শুপচিন্দুনা অমুক মকম অদুমক্তদা হিপথবদা ইকুই কুইদনা তুমথক্রে।

মথংগী নুমিত্তা মতম চানা সতীশ স্কুলদা চৎক্রে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা বিহারীনা মথুক্ত' লৈবা থবক লোইশিল্লগা থবক চংলকপা কুই-ত্রিবা পাগুা-ঠাকুরদা কাদু য়েংশিল্লম্নবা থোদাং শিন্নরম্নগা মপালদা থোরক্লে. অমসুং মুমিৎ তরাতরেৎনিগী তলব লৌরুনবগী মম্ফিংদা হান্নগী লৈকম অদুদা লাক্লে। অদুম ওইনমক. মহাক্না মসি কীজরম্মী, রাখালবাবু করি-গুম্বা মওং অমদা ওফিস কারমদদুনা লৈরমগদ্রা হায়দুনা। অদুনা বোর্ডিংদা চংবগা অনৌবা মীনাইদগী পাউ লৌদুনা থঙদোক্লগা চিংনবা কোক্তুনা চাকশঙদা লাক্লগা মঙক থিংজিন্দুনা কৌরকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, খুরুমজরি।"

আজ্ঞা-ইবুংঙো গঞ্জা থক্তুনা ফক্লাংদা ওাদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরম্মী, খংদুনা ফুক হোৌগৎলগা হায়রকই, "য়াইফবা ওইয়ু!" অদুগী মতুংদা মঙক চুম্না থমদুনা য়েংদুনা হায়রকই, "কনানো, বিহাবী! চংলকউ ফম্মো লাও।"

বিহারীনা মনাক্তা চংলক্লগা খুয়া-উফুল লৌরগা ফম্লরে। চক্রবর্ত্তীনা খুদৈদা কিরিবা গঞ্জা ময়োমদুদগী থরা লৌথোক্তুনা বিহারীদা পীরগা হায়রকই, "য়ুম অদুদা মদু ওইরবদি কনানা থোং-থাক্লিবগে ?"

বিহারীনা হোৎগৎতুনা মখুক্তা ঈশিং খজিক্কং লৌরুরগা হায়রকই, "চন্নদবা বামোন অমা লৈ। তশেংনা যন্নি!"

চক্রবর্ত্তীনা হন্নাওতুনা মঙক নোমতুনা হায়রকই, "ঈশ্বরনা মখোয়দা মমৈ প্রানবিরকপদং কাউরকপনিদনা।" অতুগী মতুংদা বোর্ডিংগী অনৌবা হিন্দুস্থানী মীনাইগী মরমদা হায়রকই, "ঐখোয়গী অসিদা ভরাংমক ভূত মচা অমা ক্ষাতুনা পুবক্লে, মতুমক্তি —মাগী বিদ্যা—মতুগী সাক্ষী য়েংউদনা বিহারী, ভসি অমুক্তা গঙ্গা ভান্থক অমা পীতুনা হায়, কদায় শেম্মকউ য়েংসি বাপু। বিদ্যাতু অমুক্তা উরক্তমাল্লে নিংলকই। মতু তম্মুতুনা থাজগদবা লৈতেদা বিহারী, মানা পোৎতু পুম্মাং মাংহল্লি। মতু নখোয়গী আদদি ব্রাহ্মনিংভাই লৈতে সাবিত্রী চালাক লৈবী নুপীমচানি, নুমিৎ নিনিদদা তাকপি-তম্বিতুনা খুৎচাবী ওইহনবা শুমগনি।"

মহাক মশাগী বিদ্যা চাম্মদা মবিফুতম্বা গুরু অসিমক্তদগী তম্বনি, ব্রাহ্মণ অতু নমশিল্লগা হাথু হাগু হায়রকই,"অতু, মসিসু হায়নিংই বিহারীবু ভাস্থক পায়বা হৈবদনা য়াদে, বাবু-ভায়াশিংগী পেন্ননবা তৌবা, মখোয়গী চাকলুক্তা চাক-ইঞ্জাং থেনগৎপা, থোইনা লাযবা বিদ্যা নত্তে—বামোন ওইবগী গুণ লৈবা ভাই। মতু থবক মচা-মগু নত্তে। অতুবু ঐ সিদা থবক তৌরুতুনা অমুক কান্নররোই, মতু নভোন্দা হান্ননা খঙহলহৌরিবসিনি। নঙ হায়রুদনা য়েংসি ঐগী মিং পন্দুনা সাবিত্রীদা। মহাক্লা খুদক্তা হায়রক্কনি, চৎলো বিহারী, চক্রবর্ত্তীতু কৌরকউ, থাগী তলব লুপা অনি হেন্না লৌগে লৌজসনু। সতীশবাবুনা অতুম ওইনমক কৈদৌঙৈদসু য়ানিংদবা তৌরক্লোই। মাগী স্বভাব খঙইদনা। থোইদোক্লা ব্রাহ্মণগী লোনচৎতি ব্রহ্মণদনা খঙই। ঐনা লুপা অনি হেন্না ফংবতু মতিক চাদবা মীশক্তা পীথোকপা অমুক ওইরোই।" অসি হায়রগা চক্রবর্ত্তী মশামক নোক্লকই।

বিহারী চঙক্লনা লৈ।ভাইহাক লৈরগা হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, সাবিত্রীদি মক্কমতুদা লৈতে।"

চক্রবর্ত্তীনা থাজদবা মীনোক্ল নোক্লুনা হায়রকই, "হোয়নে লৈবিরোইনে! ঐগী মিং পন্দুনা রাশক্তুনা হায়য়ু, মতুগী মতুংদা করি তৌবা য়াবগে য়েংবা হায়বতুনি।"

বিহারীনা থোইদোক্লা শকফম হুঞ্জিন্না মখুৎ ওইদগী প্োৎভু মখুৎ য়েৎত্তা শিল্লগা হায়রকই, "অসি পায়দুনা ব্রাশক্লিবসিন্নি, আজ্ঞা-ইবুংঙো, মহাক মফমদুদা লাক্কে।"

অম্মুক কনবা রাশক শক্লবগী মতুংদা চক্রবর্ত্তীনা অমুক চিংনরুবা ঙমদ্রে; থোইদোক্লা ঙক্কুনা হায়রকই, "নঙনা হায়ম্বিবদু করিনো বিহারী। মাদি সিদস্মু লাক্কে! অদু ওইরবদি পুং কুনতরুক রাখাল-বাবুনা মবাল লৈত্তবা সতীশবাবুবু—ফরে, নঙ চৎলুচো—মাবু অমুক্তা য়েংবিরুচো, অদুগী মতুং তাবদি ঐ লৈরি অদুগা রাখালবাবু লৈরি। ঐবু অদুগুম্বা বামোন ওইনা খনগন্নু বিহারী।"

মহাক্কী ব্রাহ্মণগী ওইবা গুণদুদা বিহারীনা ঙমখৈ নাইদনা নোল্লুক-চরিবনি, কংক্রে-ঙাম্বক অদু চক্রবর্ত্তীগী মখুত্তা লানশিল্লগা হংলকই, "ফরে, সতীশবাবুনা চৎথ্রিবাস করিগীনো? মহাক্লা হায়বদি, স্কুল লাপ্লি—অদুবু মসিদি চংনবা য়াবা রা নত্তে।"

চক্রবর্ত্তীনা চেকাশন্ন মৈতাল হাপ্লা হাপ্লা হায়রকই, "নত্তে, মনুংদা রা লৈ।" অদুগী মতুংদা মখোয় অনি চংদুনা ঙাম্বক অদুমা লোইশিল্লগা বিহারী হৌগৎলক্লে অমম্মুং মপুক্লিং চরাংননা সাবিত্রীগী ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে। সাবিত্রী নারম্নগনি হায়ব মহাক্লা তশেংনা থাজরে।

সাবিত্রীখোয়গী গেটকী থোঙজাও হাংদুনা লৈরম্মী বিহারী তুমিন্না চংলক্লে। চাওরাক্লা কা খুদিংমক্কী থোঙ থিংই, ভাড়াদা লৈবশিং মুংথিল তুম্লি। বিহারী তপ্পা তপ্প সাবিত্রীগী কাগী মমাংদা লাক্কুনা বজ্রনা পাল্লবগী মতৌগুম চপা য়ুংনা কেপ্লরে। থোঙবা নাম্ম থিংই। মদুগী মরুমদা সাবিত্রী লৈমায় 'থক্তা তুমিম্ন ফমদুনা লৈরম্মী অমম্মুং থোইনা লাপ্তুনা কাংথোল মথক্তা ফমুংদা বিপিন মু ঙাওদুন তুম্লি। থোঙথাং মখোলদা চঙক্লদুনা সাবিত্রীনা মঙক লিৎথোক্কুনা য়েংলকপদা খঙহৌদনা বিহারীবু উবমক্কদা মিৎকুপকী মনুংদা শক-চু ওনবগুমখ্রে। অদুবু থংনবা মিৎকুপমক্কদা মশাবু ফাথজদুনা মপালদা থোরক্লগা নমদুনা নোকশিন্নরগা হায়রকই, "চংলকউ বিহারী, ফম্মো লাও।" মহাক্কা লোয়নদুনা লাক্লগা চাকশঙগী ম্লাঙ্গোলদা ফক থাররে, অমম্মুং তরাম তরাম্না ফম্নহল্লগা

মশামক থোইনা লাগ্তুনা লৈমায়দা কমথরগা হংলকই, "পুম্নমক য়াইক-রিদনা বিহারী ?"

বিহারীনা মঙক নোমহুনা য়াইকরি হায়বা খঙহল্লকই। অদুগী মতুংদা সাবিত্রীগী মচিন্দা অমুক রাহৈ অমা ফাওবা থোরক্লে। মবানিমক তুমিন্না কমহুনা লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বিহারীনা খঙহৌদনা হৌগৎ-কদবগী তৌরহুনা হায়রকই, "চৎলগে, ঐ থবক য়াম্না লৈহৌরি।"

সাবিত্রীনা মাইথোং মক্না হংলকই, "হৌজিকমক চৎলগদ্রা ? ঙাইহাক্তগা কমখোদনা।"

বিহারীনা হৌগৎলগা হায়রকই, "নত্তে, চৎলগে।"

সাবিত্রীনা গেটকী থোঙ ফাওবা থোকমিন্নরক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "য়েংঙোই বিহারী, বাবুশিংনা য়াম্না শাওনব্রা ?"

বিহারীনা চৎনা চৎনা হায়রকই, "ঐ খঙদেদা, ঐখোয় মফমহুদা লৈজে !"

সাবিত্রীনা মপুক্লিং লাংতক্লরক্তুনা হংলকই, "লৈত্রবা ? বোর্ডিং কায়খ্রবা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "নত্তে, কায়দে। সতীশবাবুগা ঐগদং থাদোক্তুনা চৎপনি।"

"করিগীনো নখোয়না থাদোক্তুনা চৎলিবদি বিহারী ?"

"মহু রা য়াম্না য়াম্মী," হায়রগা অমুক চৎকদবগী তৌষ্কপমক্তদা সাবিত্রীনা মখুৎ অনি চংহুনা মাগী মখুৎ পায়হুনা হায়জবগী খোম্গাংদা হায়রকই, "নহাক অমুক্তংগা মথক্তা কাথৎতুনা কম্মুবা তারি বিহারী।"

বিহারীনা অচেৎপা ফিরেপকী মঙংদা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐগী মতম লৈত্রে।"

"অহু ওইরবদি হয়েং অমুক্তা লাক্কেরা, খুম্মু ?"

বিহারীনা অহুম খোঞ্জেল কম্থা-কক্লুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐগী মতম শংলোই।"

মিৎকুপমুক্তং সাবিত্রীনা মহাক্কী মাইথোংদা মিৎয়েং কুপ্না থম্লগা মখুৎ শৎ থাদোকখ্রে। রারৌবনা থম্মোয় ফুনগৎলক্লে, অহুবু হায়রকই, "করে, অহু ওইরবদি চৎলো। রা অসি মঙোন্দা ভম্মুরো।"

রাসিনা বিহারীদা চৈথেং পীরর্বে। মহাক্কা মমাই থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "মহাক্তি নহাক্কী নরা-নুপাউ তাবা পামদে।"

"পামদবা?"

"পামদে।"

সাবিত্রীনা চপ মুংনা লেপতুনা হন্দুনা পীরকপা চৈথেংদু থাংলগা খোঙ্গেল কংনা হায়রকই, "কবিগুম্বা তুমিত্তা থঙনিংলকপদি য়াইদনা?"

বিহারীনা হায়রকই, "থঙনিংলোই। ঐ নুপী-অঙাং নত্তে— ঐগী হকচাংদা দয়া-মায়া লৈ—" অসি হায়রম্লগা করিগুম্বা রাহং অমতা অমুক হংলমদনা মহাক থুনা য়াংনা অথুবা গলিদু লাম্বোক্তুনা চৎখ্রে।

সাবিত্রী মকম অদুদা দারিদা নুংবংননা ফমদুনা লৈখ্রে। মহাক্কী থম্মোযদা হকচাংদা অমুক্কা মৈ তৌরক্লে।

ঙসি অয়ুক মহাক ময়ুমদা লৈরমদে। কালী দর্শন তৌবা কালী-ঘাটতা চৎলুই। মদুগী মৈরক অদুদা কদায়দগীনো বিপিন মরুপ অনিগা য়ু থকউরগা ঙাওদুনা লাকই, অমসুং মোক্ষদাগী মথুত্তা নোট অনি পীবদা সাবিত্রীগী কাগী খোঙ হাংদোক্লগা কয়ুংদা ফমহনখি। অমুক্কসু য়ু লৌহল্লু-রগা য়ুমদা লৈবশিংদুগা থকমিন্নদুন ঙাওগিন্নখি—পূম্নমক অসি সাবিত্রীদি করিমতা থঙসমদে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মহাক্কা ময়ুমদা চংলকপদা উরম্মী, ভাডাদা লৈবী অহল ওইরবী নুপী অনি য়ু ঙাওদুনা চৈ-থাংনরম্মী, অমসুং মহাক্কী মদোমচা মোক্ষদা মপালগী মাঙ্গোলদা তুদুনা খোঙ্গেল কাইনা মপুক্রিং মুংঙাইজনা বিদ্যাসুন্দরগী ঈশৈ ঙংলম্মী। য়ুমদু শিন-থুংনা মুড়ি, লকোই-চিপ, ঙানু-মরুম মকু, রাইথু অশায়বা, থজিং মকোক্কা পূমচায় চায়রম্মী—খোঙ থাংফম লৈরমদে। মোক্ষদানা সাবিত্রীবু উরকপমক্তদা মফি কোম্লগা চেৎনা শেৎচিল্লগা তুরোই-ঙাম্লোই হৌগৎতুনা লেপ্লগা ভশেংনা খোঙ্গেল হৌনা কপথৎলকই—"ইবেম্মা, অসিগুম্বা বাবু লৈজবা মীনবু অমুক রাক্কবা হৌনদে, নঙনবু অমুক মীনাই ওইক্লখি-গদবা! অদুবু ঐদি নঙগী লাইরবী মদোমচানি সাবিত্রী—" মহাক্কী মচিন্দা অয়াকপা য়ুনম নম্মী; থজাইদা, লাইবক্তা, ফিদা, মশা 'পূম্বদা ম্লাইঙং কংশিনখিবগী দাগ লৈ, শোব হোন্দোয়কপদা তিলহৌ অহিংবগী নমথীবা অকনবা মনম! থাংঙমদনা হঙ্গোইর্দুনা সাবিত্রীনা

মখু থোক লাক্লুনা ইদ্মোকেথ্রগা হায়রকই, "ইন্দোমচা, নঙস্মু য়ু থক্লবা ! নঙস্মু য়ু ঙাওরব্রা ?"

ইল্লকপচুদা মোক্ষদানা কপ্প ভোক্লুনা মমিৎ ঙাংম লাওরকই, "য়ু ঙাওবা ? ভংশংনা ঙাওরবনি ! লৈকাইগী মীদা হংজক্লচো—মখোয়না মোক্ষদা য়ু ঙাওরে হায়রক্লনি ।. ঐগীস্মু নোংমা লৈরম্মী, ঐগীস্মু নোংমা লৈরম্মী ঐস্মু নোংমা পুং কুনম্মরি য়ুদা লুপ্পম্মী ।. নঙনা মহু কুমদোল্লা থক্লগনি—ঙরাংদগী লুপ্পীমচানা !"

মহাক্লা ল্যাঙ-খোংবচুদা হৈনরক্লুহুনা সাবিত্রীনা থেমজিন্নবগী রাথলদা হায়রকই, "অহুবু নঙদি য়ু থক্কে—ঙসি থঙহৌদনা থকউরিবা করিগীনো ?"

মোক্ষদানা অমুক হেন্না শাওগৎলক্লুনা হায়রকই, "থঙহৌদনা হায়রিবনা অমুক করিন্নো ? ঐখোয় প্যাক প্যাক ভেক্কা থকপী মুপী নত্তে। হংজক্লচো নখোয়গী বাবুদা, গিলাস অমত্তং তাবদা তুহুনা লৈরিবা মঙোন্দা। য়েংঙোই, ঐখোয় শিবদি য়াই, অহুম ওইনমক ইজ্জৎতি মাংহন্দে—ফিজিদা ন্যোট অনিথক কিশিল্লকই, অহুদদা গ্লিলাস পায়রুবনি।" অসি হায়রগা চাওথোকচনা মফি ফিজি থাঙ্গৎতুনা পায়বগা হায়রকই, "হায়রে হায়হুনা হেক্কা য়াগদবী মোক্ষদা অহু ঐ নত্তে।"

সাবিত্রীনা চঙরুহুনা হংলকই, "বাবু লাকপরা ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "মহু নত্রবদি ইরাং অস্মুক হাক্লা কনানা ভোগদ্রগে ? অহুবু মসিস্মু হায়নিংই, থকউ হায় হায়হুনা হেক্কা থক্কদ্রা ? মান-ইজ্জৎ লৈতবীরিনে ?"

মসিগী মমাংদা মাঙ্গোলগী অসোমথংবদা চৈ-থাংনরম্বা মখোয় অহু খোঙ্গেল কপ্পা থৎনবগী শাম্মিঙ্গ কংহুনা মনাক্কম চংশিল্লক্লুনা লেপ্পরে। বিধুনা হায়রকই, "য়েংঙোই, মান-ইজ্জৎ ঐখোয়গীস্মু লৈ, কোৎচি থাংনা রা ঙাংবা ঐখোয়স্মু হৈ। অহু ওইরবস্মু সাবিত্রীদি ইচা নিঙোলগী পাংথক্লিদনা, মাগী বাহুনা ঐখোয়গী খুৎ পায়হুনা হায়রকপহুদা থকউবনি। মহু নৎলমরবদি—"

মহাক্কী রা লোইজ্লিঙৈদা মোক্ষদানা ঙংলকই, "ওইরসনু সাবিত্রীগী বাবু!, ওইরসনু ইরান্নপা! লুপা কুন ফিজিদা পুনশিল্লকপহুদদা গিলাস থোকউবনি!"

য়া অসি তাবদা সাবিত্রী ঈকাইবনা হক্লোইবনা শিগদোইরক্লে। হায়রকই, "ভোকও ইদোমচা, ভোকও! তুমিন লৈরো!"

মোক্ষদানা হায়রকই, "কৈদোঁনা তুমিন্না লৈগদোইরিব্বনো? -ভাংমিংবদু কোডনা ভাঙ্গনি।" কোডনা ভাংবা ওম্বা কনাগুম্বা মীশক লৈরবদি মদু মোক্ষদানি হায়বা কৈক্লোই-লৈক্লাই খঙকনি।"

হন্দক্তি বিধুনস্তু শোল্লেল য়াংখত্লনা হায়রকই, "কোডনা ভাংবা গুম্বা গুম্লগী নঙদা ওইরবোই নিংত্রা, মদু নত্তে। ঐখোক্তস্তু ওম্বী। নয়ানুপাম্বী মোই অমি কংবদা য়ু থক্লকই, অহুম কংগ্লবদি কনানা খঙগনি—"

মোক্ষদানা চোঞ্চখৎলগা হায়রকই, "নচিন মচাদুনা য়াজাওক্কা—" অমুক মথা তাকা কংত্রে। সাবিত্রীনা মখুৎনা মহাক্কী মচিন মেনক্লে, অমস্তুং নয়হুনা চিংখিহুনা মাগী ক৮ মনুংদা ইনশিল্লগা পুনা প্লানশিনখ্রে। মফম অতুদগী মোক্ষদানা ভাংহৈদবা পন্হৈদবা লোন পন্দুনা শোর হোন্দবমখৈ ভাংলকই।

হল্লক্লগা সাবিত্রীনা বিধুগী মখুৎ অনি পায়হুনা হায়রকই, "ইদোমচা, ঐবু ভাকপিয়ু। দোষ পূন্নমক ঐগীনি।"

মহাক্কী লোল্লুকপা রাসিদা ঈংথরহুনা বিধুনা হায়রকই, "নঙনা করিদি খঙগনি সাবিত্রী! মোক্ষদাবু মতম চুম্লদা খঙলক্লবনি, অস্তুমা তৌই হায়রসি। খিক্ত বু থকপ্লবদি অমুক্ত উপায় লৈত্রে, মশোং কন্দুনা হেক্কা খৎনবা হোই। মসিনি মাগী স্বভাব চৎলে', নপাগী কাদা চংক্লো।" অস্তি হায়রগা বিধু মাগী লোইনবীগী খুৎ শ-হুনা চৎখ্রে।

সাবিত্রী উয়ুংগুম লেপতুনা লৈখ্রে। পাওনিংবা অমদি ওয়চারুবনা মহাক মতোমদা শিন্দুবা পায়ক্লে। সতীশন মসি য়ৌনা ঈক্কাইবা খঙদবা ওয়গনি, কোডনা অয়ুক্ক-নুংথিলগী মতমদা অস্তুম অভাওবা খাজৎ চৎলগা ওয়গনি হায়বা অখিক্তি মহাক্কা-ময়ঙদা ক্লাওবা খল্লুবা ওয়মদে। মদু কয়না তৌওম্বা নত্তে, অশেংনা মৈচাক অমনা মহাক্কী খম্নোয়মুংদা হুমখৈ-লাইদবা ঈক্কী মতোওম কুকথলকই। মপুরিংদা খল্লকই, মহাক্কী মুংশিখোইবা অদু খঙহোদনা মহাক্কী মিৎ-মাংদা শিত্রবওম, মহারা লুপ্লিৎ লিঙ্গিদংগী মমাংদা অকঁনবা য়াহৈদা ঈকইবা শীতুনা তাম্নোকপা ভাখিরা মীশক অহুমা অস্তুক চারা ইচং খৌনা, অস্তুক লায়না মশাগী সম্মান পূম্বা মাংহন্দুনা

অসুম্না তোস্থনা অসুম্ন লৈখোম-লৈনাং তৈনা হল্লক্লবা মতম অসিদা আশা তৌরুনিংঙাই,থাজরুনিংঙাই করিগুম্বা অমতা মহাকী লেমহৌরে। মহাকী ম্নমিৎ অনিমক পূমশা শারক্লে, অদুবু মপী লিক্লা অমা কাওবা. থোরক্লে। মাগী পুন্নমক, মাগী ঈশ্বর, মাগী কল্পনাগী স্বর্গ, মাগী লৈখা তারবা পুক্নিগী ধ্রুবতারা, মাগী মীরয়েন-লাইরয়েন পুন্নমক অদু কোইচায় চায়রিবা লুখাক-চঙুম মম্না মতুগী মরক্তা তাশিনখ্রে। সাবিত্রী চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ, কাগী মাইকৈরোমদা মথোঙ থাংজিল্লুবা শুপঙুম ঙমদ্রে। মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লে, মুমিৎ অদুগী অহিংদা মহাকী মশা শোক্তুনা সতীশনা রাশক-খিবা অদু। ঙসি মহাক অদুমক চৈবক অসিদা পুন্নমক কাউথোক্তুনা মু ঙাওদুনা মহাকী কমুংমক্তদা তুররি, মতম অসিদা মহাকী মশক্তু মহাক্না কমদৌনা য়েংলুগদগে ?"

অসিগুম্ব। মতম অসিদা মখাদা মুম্মু-নুপীগী থোক্লেল তারক্লে। মহাকম্ব ঙসি মুমদা লৈরমদে। লাকপগা মী অমগী মক্কমদগী মোক্কদা অমদি বিধুগী রাক্কম, অমস্তুং মদুগা লোয়ননা চাওরাক্লা পুন্নমক খরমখৈ তারদুনা শাওনা মথক্তা কাখৎলকই, খঙহৌদনা মাংমক্তদা লুখাক্লা পুমচায় চায়দুনা লৈরম্বা উবদা চপ লেপখ্রে। ইকুই কুইদনা প্রয়াগতা মক্ক কোকউরগা হল্লকপদগী মহাক অমাঙ-অশেং খায়বগী ঙমখৈ লৈখি-জ্রবনি। সাবিত্রীবু ক্কিভম অদুদা উবদা হায়রকই, "সাবিত্রী, নঙকুদি অকবা মুপীমচা অমনি হায়না লৌরম্বনি—মতম নত্তনা নোং-মুংশিৎ তৌরল্লিবা পুন্নমকসি করিনো হায়য়ুদনা ইবেম্মা ?"

সাবিত্রীনা শম্না হায়রকই, "ঐনা য়ুমদা লৈত্রিঙৈদনি।"

মুম্মু-নুপীদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি লৈরেদমা, হৌজিকপু পুন্নমক অসি কনানা শেংদোক্কদৌরিবনো ? ঐনা ? নত্তে ইবেম্মা, ঐগী মুমদা অসিগুম্বা আচার নাইদবসি য়ারোই। নঙগী নঙগী কাদা কমদুনা তৌনিংবা তৌজৌ, ঐ রা ঙাংলোই, অদুবু মপালদা কমদুনা অসিগুম্বা থোদৌ তৌবদি য়ারোই। ঐ মাঙলনিনে, অমাঙ-অশেং নাইদদুনা জাত ভাবা, মদু ঙম্লোই।" অসি হায়রগা মহাক কক্লাংলোমদা নপশিল্লুনা মখুনিং কাংনা কাংনা করিগুম্বা মওং অমদা অসোম থংবদা লৈরিবা মাগী কাদা চংখ্রে। সাবিত্রী লেপতুনা অমুক লৈগ্রে। লুখাক ময়াম অদু

শেংদোক্লগা মফম অদু তেংথাক-নাম্থোক্লগা অমুক হন্না ঈরুজরুরে অমসুং ফি অকংবগীদমক কাদা চংলে ইমুংদা চংবদা কমুংলোমদা য়েংলকপ-মক্তদা মহাক্না কীদুনা ওক্তুন লাওখকই, "হো ইমা ? মসিদি বিপিন-বাবুনি।"

য়ুথকপদু ইশি শিনা তুম্লি —মিৎকপ থোক্তে। মপালগী মীকনাসু খোঞ্জেল অদু তাহৌদে। খোঙ্কম অনি হন্দোক্তুনা লাক্লে, মগাক্কী মশা 'পুম্বা জ্রিং জ্রিং লাওরক্লে অমসুং মকোক মনুংদা থঙহৌদনা রাম্থগদবগী থুদম কংলক্তুনা থোঙ মরুমদা থোঙবাদা ডাদুনা অশিবগী পাংথক ওইনা কম্লরে।

কনা কুইনা লৈরবা তুংদা মহাক জ্ঞান তারক্লে হায়বা য়াই অদুবু অদুম ওইনমক মহাক মকোক থাঙ্গৎতুনা মূর্তি চুম্না কম্বা ওমজ্রে। মসিগী মমাংদা থোইশাওনবা পুক্কি নুংঙাইতবনা মহাক্কী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ তাহনখ্রবনি, ঈকাই-খঙনবা শাক্তকী ঈকাইজবনা মাবু শিনিংহনখি, ঈকাইবা অদু অচুম্বা নত্তে, খনগুম্বচ সতীশ নত্তে, অতোপ্পা মীশক অমনি, মদু মমিৎনা উরবা কাওবদা মহাক্কী থোইশাওনবা অর্মাদ মপুক্কিং নুংঙাইতবা অদু বিন্দু অম কাওবা মচি লেংদবগুম্মী। থোইদোক্লদুম অমুক তেন্না মপুক্কিং নুংশিরকপগুম, থম্মোয়নুংদু অমুক তেন্না মমশিল্লকপগুম তৌই। কমুংলোমদা মহাক্না অমুক হন্না য়েংলুবা ওমজ্রে। হন্দক্তি হাক্কী মমিৎ অনিমক পানা থুমহৎলক্তুনা ঈচেল চাওনা চাওনা অর-র শিন্থরক্লে।

ওন্থোকপনি নুপীগী নুংশিবা! অমুক রাবা অসিগী মরক্তা করম্বা মতমদনো মহাক্না লোম্না মনা-মনিল নাইদনা সতীশকী মরাল পুম্নমক ডাকপিদুনা মহাকপু সেবা তৌজনিংবা, মশা কহল্লিংবগী থোইরাংবনা ডাওচৎনরকাখ, অমসুং করম্বা মতমদগীনো মহাকপু উনিংবন, রারী শাসনিংবনা, খোইরাংবনা পুন্না য়োংশম্লিংবগুম ককডাওনরকখি, রাকম অসি মহাক্কী অন্তর্যামীনা কাওবা খঙবা ওম্লমদবা য়াই। হৌজিক মাইকৈ অদুগী আশা পুন্নমক মিৎকুপ্তা মীনম্বা ওইখিবমক্তদ মচু মরু ফুক্তুনা মাইকৈ ন্যাইদবা অহাংবা অমগী ময়াইদা লুপখিবগুমজ্রে। ওশেংনা মতম অসিমক্তদা মহাক্কী থোঙজিন মপালদা বিহারী লক্তুনা লেপ্লখিবনি।

সতীশকী থম্মোয় লকান্নুংদা মৈরি অমা অহিং-মুংথিল নাইদনা কাপ্পি, য়াকম অসি মহাক্না মশাগী মকমদা য়াজদবা ওমদে। মৈ অতুনা ওন্তুনা রাইতুনা মহাক্কী অতুক চাও-শাংবা হকচাংত্থু কাওবা মঙাল শাম্লক্লে, মত্থু মহাক্না ময়েক শেংনা ভাব তারক্লুনা মপুক্লিং লাংতক্লক্লে। বিহারীবু কৌশিল্লগা হায়রক্কই, "পোৎ-চৈ অমুক্তা য়োম্বা তারি, ওসি সন্ধ্যাগী গাড়ীদা য়ুমদা চৎলগনি।"

বিহারীনা হংলকই, "দেশকী য়ুমদরা, নত্ত্রগা নোংচুপকী য়ুমদরা বাবু?"

"নোংচুপকী য়ুমদা" হায়রগা দরকার লৈবা পোৎ-চৈ লৈননবঃ শেল মাগী মথুস্তা শিল্লরম্লগা সতীশ স্কুল কাখ্রে।

বিহারী হরাওবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে। মাগী ময়ুম মেদিনীপুর জিলাদনি, নোংচুপকী লমদম মহাক ওসি কাওবা মশক উদ্রি। অত্থুগুম্বা নোংচুপ অত্থুদা ওসি চৎকদৌরিবনি। মহাক্না থুদক্তা কোইরাং লাংত্থুনা পোৎ-চৈ লোইশিন-খোমজিনবা হৌরকই। পাণ্ডা লাক্লুনা চাক চাননবা কৌরগে। বিহারীনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "আজ্ঞাজী, নহাক চাথোকপিরুয়ো। ঐগী চাক মচি অমদা মথুম খুমত্থুনা থম্মু, করিগুম্বা মতম ফংলবদি মতমত্থুদা তাঞ্জা য়েংবা হায়বত্থুনি,—হৌজিক্তি ঐ শিবা কাওবা শংদে।" পাণ্ডাজী অহানবগী রাত্থু ভাব তাত্থুনা চৎখ্রে। অকোনবগী রাশিংত্থু ভাব তাবস্থু ওমদে, ভাব তারুবগী কাম্নবস্থু লৈ খন্দে।

মথুস্তা পায়রিবা থবক লোইশিল্লম্লগা বিহারী মপালদা থোকখ্রে, বাজারদা চৎলুবা তারি। অত্থুদা নত্তনা অসোমগী বোর্ডিংগী চক্রবর্ত্তীদা পাউ অসি পীরুবা পাম্মী। সাবিত্রীগী রাখল মহাক্না মুমিৎ অত্থুদা তুকচ্চবগা লোয়ননা থাদোকখি, ওসিস্থু মপুক্লিংদা চংজফম পীদ্রে।

ওসি অয়ুক্তগী হৌনা সতীশকী মকোক চিল্লকই। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মহাক মশা য়াম্না ওমদনা বোর্ডিংদা হল্লকই। বিহারী য়ুমদা লৈরমদে। মহাক নুংথিল পুং অহুম্লোম তাবদা পোৎয়োম অমা মকোক্তা পুত্থুনা হল্লকপগা তশেংনা কমথরগে। মতম অসিদা চাওরাক্লা মাইকৈ

অরিমক্তা ইনফ্লুয়েঞ্জা য়াম্না তৌনৈ, রাকম অদু নিংশিংলুবদা সতীশ মীপাইরক্লে। মথংগী নুমিত্তা লাইহৌ চৌবা কনখৎলকই অদুগা অনা-মৈচাক হেনগৎলকই।

সন্ধ্যা মতুংদা সতীশনা চিন্তা তৌনা বিহারীদা হায়রকই, "লাইহৌ অসি করিগুম্বা পাক হন্দ্রবদি নঙ নথন্দনা ঙম্লোইদো।"

বিহারীনা মপী ঈরা চেন্না মথৌনা ফুদোক্লুনা হায়রকই, "কীরুনিংঙাই করি লৈ বাবু!"

সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অমুক্তং মাবু— অদুনা খল্লিবনি বিহারী, সাবিত্রীদা অমুক্তং পাউ পীরুবদি ফরোইদ্রা? ডাক্তর কৌবস্মু চৎনরবা য়াই।"

করিগুম্বা মরমদস্মু সাবিত্রীবু কৌরুবা বিহারীনা গুপ্লাম পাম্নমদে, অদুবু মহাক্না মপুরিংগী রাখল অদু নমথরগ খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "ফনি চচ্চরুগে।"

মতম অদুদগী হৌনা সতীশ পোৎলুম থাংথখিবগুমপ্রে। মাগী মশা ঙমদবগী মৈচাক মতোমদা হন্দুজগ্রবগুম্মী। পুং অনিরোমগী মতুংদা বিহারী মতোমদা হল্লকপদা সতীশনা সুংশাথিনা য়েংলকই।

বিহারীনা হায়রকই, "মহাক ময়ুমদা লৈহৌদে বাবু।"

"ময়ুমদা লৈহৌদবা! অদুদি অসোমগী বোর্ডিংদা অমুক্তং য়োরুজ্রিবা করিগীনো?"

বিহারীনা হায়রকই, "অসোমগী বোর্ডিংদা মহাক অমুক্ত চৎত্রে। নুমিৎ হুম্নি-মরিনিসি ময়ুমদস্মু হল্লক্তে। কদায়দা চৎপ্রবগে হায়বা কনাস্মু খঙনদে।"

"মাগী মদোমচাস্মু খঙত্রা?"

"খঙদে, মঙোন্দা তাক্লম্লগা চৎখিবা নত্তে।"

সতীশ তুমিন্না লৈখ্রে। বিহারী করিগুম্বা মঙং অমদা মপী থিংদুনা মপালদা থোরক্লুনা লেপ্লরে। সাবিত্রীগী ইতিহাস মহাক্না মাগী মদোমচাদুগী মকমদগী তারক্লিবা অমস্যুং মহাক মশানা চিংনবা লৈতনা থাজরিবা রাকম অদু করিগুম্বা মঙংদস্মু ঙসি নাদুনা লৈরিবা নুপা অসিগী মমাংদা পল্লুবা ঙমদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা ডাক্তর লাক্নুনা হিদাক পীরম্মী। সতীশনা হিদাক ভিক্লি অহু পায়রগা থোঙনাও মপালদা হুন্দোকখ্রে। মতু উবদা বিহারী অমুক্তা মপী থিংহুনা সাবিত্রীবু থিবা মপালদা চৎখ্রে। মোক্ষদা চাক থোংহনা লৈরম্মী, বিহারীনা হংলকই, "ঙসিস্তু হল্লক্তব্রা ?"

মোক্ষদানা মথুত্তা পায়রিবা খাবৈনা গ্রো গ্রো ওৎলগা মমাই-মমিৎ ঙাংনা হায়রকই, "হল্লক্তে, হপ্পকপিপোৎ নত্তে। নঙোন্দা কয়ারক হল্লা হায়খো হায়রিবনো, মাদি অমুক হল্লক্লরোই। খুদোং চাদ্রিডৈ মতমহুদা মদোমচা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি মাগী অকবা মতম্মিদনা।"

লৈফমদা হল্লক্লগা বিহারীনা খোঙ্গেল পিক্লা খঙহল্লরে, ঙসিস্তু সাবিত্রী হল্লক্তে হায়বা।

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা সতীশ হিদাক থক্লুবস্তু নাবা ফরে। মহাক চাক চাহুনা মশা কন্দুনা হৌগৎহুনা ফম্লে। বিহারীবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "অমুক য়াদ্রে, ঙসিমক যাত্রা তৌবা পাম্মী।"

নুমিৎ অহুমক্তদা সতীশ কলিকাতা থাদোক্নুনা চৎখ্রে।

## তরামাথোই

উপেন্দ্রনা সতীশকী কংশিল্লবা ভাইরবা মাইথোংদা য়েংহুনা হায়রকই, "ইনাওগী অমিবু ডাক্তর তম্বগী নমুনারা ?

সতীশনা নোক্নুনা হায়রকই, "ওইদ্রে উপেনদাদা !"

উপেন্দ্রনা ঙক্নুনা হংলকই, "করি তৌরবগেনে ?"

সতীশনা ঈকাইনা হায়রকই, "ডাক্তর তম্বা ঐ হৈনদ্রে উপেনদাদা।"

উপেন্দ্রনা নুংশিবা মিৎয়েংনা সতীশকী য়াংলবা মশাদু ভাইহাক য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই "ফরবমক্তি। খুঙ্গংদা চৎহুনা অরেম্বদা মী কয়া কয়া হাৎলমগদবনি, মতুগী পাপ্তগী ঈশ্বরনা নঙবু কনবিরবনি।"

থা অমরোমগী মতুংদা নোংমা অমুক উপেন্দ্রনা সতীশপু কৌহল্লরগা হায়রকই, "ঐগা লোয়নহুদা কলিকাতাদা অমুক্তা চৎলুদবা য়াদ্রে সতীশ।"

সতীশনা মখুৎ লোম্নহুনা হায়রকই, "য়াথং অহুদদি তাকপিগনু উপেনদাদা। কলকাতা অচৌবা শহরনি, অঙকপা লৈবাক্নি, পুম্নমক কৈ, অহুবু ঐভোন্দা চৎলুসি তাকপিগন্নু।"

রাসি সতীশনা ফাগী তৌবা শাহুনা হায়বনি হায়বদি য়াই, অহুবু তৌশিন্নবা অহুনা মহাক্কী থুপচানরিবা মৈচাক অহু লোৎতুনা থম্বা ঙমদ্রে। মাগী নোকশিন্নবহুগী মৈশানা অস্নুকী মতিক মওং চাদবা ওইনা উহনখ্রে, অহুনা উপেন্দ্রনা ঙক্কুনা মাগী মাইথোংদা মুন্না য়েংহুনা লৈখ্রে। মহাক্না তশেংনা থাজরে, সতীশনা মফম অহুদা কদায়নো অমা তৌরম্লগনি, মহু মহাক্কী মফমদা লোৎলিবনি হায়বা। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "অহু ওইরবদি তোকও সতীশ। নঙ নশাস্নু ঙমদে, ঐ ইথন্দা চৎলুরগে।"

উপেন্দ্রগী মপুক্লিংগী রাখল ভাবনা শারুবদা সতীশনা নুংঙাইরক্লুহুনা হংলকই, "কৈদৌঙৈ চৎকদগে উপেনদাদা?"

"ঙসি!"

"ঙসিমক? ফরে, চৎসি, ঐস্নু চৎলগনি।" অসি হায়হুনা খুদক্তা য়ারম্লগা সতীশ ময়ুমদা হল্লক্লে, অমস্নুং মিৎকুপকী মন্নুংমক্তদা কলিকাতাদা চৎনিংবনা খোইরাংলক্লে। বিহারীদা হায়রকই, "অমুক্তা পোৎ-চৈ য়োমশিল্লো বিহারী, কলিকাতাদা চৎপা তারি।"

বিহারীনা চিন্তা পুবা শকফমদা হংলকই, "কৈদৌঙৈনো বাবু?"

সতীশনা নোক্লুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ ওইগনি! ঙসি অহিংগী ট্রেন্দা।"

"ফনি," হায়রম্লগা বিহারী মাইথোং লুম্না চৎখ্রে।

সতীশনা মহাক্কী পেন্দবা শকফমহু উহুনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, মফম অসিদদি বিহারীগী থবক তৌনিংঙাই লৈতে, অহুনা আদা থবক নোম্মুগনি কীহুনা চৎনিংস্লিবনি। অহুবু থম্মোয় ফাওনা উরিবা ঈশ্বরনদি খঙই, সতীশনা অহল অসিগী মপুরিংগী রা শুপখঙ খঙদে হায়বা।

মসিগী মমাংদা নোংমা সতীশনা রাগী রাপাদগী বিহারীদা হায়রম্মী, 'ফরে বিহারী, অস্নুক কুইরবনিনা সাবিত্রীহু শোয়দনা হল্লক্লম্লগনি, অদুবু মতমহুদা কদাম্নদা চৎলুরিবনো হায়বা ঙম্বরা?'

বিহারীনা শম্লপ্না হায়রম্মী, 'খঙদে বাবু!' হায়দোকপা য়ারম্লবদি মানা রা য়াম্না হায়বা ঙম্নমগদবনি, অহুবু নোংমা সাবিত্রীগী মফমদা মহাক্না নুপা

থোকপগী চাওথোকচবা উঁৎলম্লগা লাকখিমাল্লে, করিগুম্বা খোঁদোক-রাথোক অমতগীস্তু চাওথোকচবা অতুখক্তু মহাক্লা লৈখা তাহঙবা ঙম্নমদে।

কলিকাতাদগী য়ুমদা হল্লকপা নুমিৎ অতুদা সতীশনা মশাগী কা মনুংদা চংবগা মখুৎ লোম্নতুনা পীরাং থাংবা খোজেলদা হায়খি, 'হে ঈশ্বর, নহাক্লা শিনবিরিবা খুদিংমক য়াইফনবগীদমক্তনি! নুমিৎ অতুদা লৈশেম মপুগী করম্বা থোইদোকপা থোঁশিনবু নিংশিংতুনা মহাক্লা অতুক হাক্লা থাগৎ-রাহৈ শোল্লিবনো হায়না হংলম্লবদি মহাক্লা পাউখুম পীবা ঙম্নমদবা মাই। অতুম ওইনমক অতুক চাওবা খুদোংথীবগী মথয়াত্তগী মহাক অশোক-অপন থোক্তনা নাম্ভোরকপা ঙম্লি. শেগায়বা ঙম্নরোইদবা অতুক চাওবা লাংবু কয়া লায়না থদৎলগা মপালদা খোরক্তনা কমদৌনা লেপ্পবা ঙম্লিবনো হায়বসি মহাক্লা তশেংনা খঙজে, অমস্তুং লাইবক ফবা অসিবু মহাক্লা তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা লৌশিঙবা পাম্নম্মী, অতুবু থম্মোয়নুংগী অপঙবা পুক্নিংনা মতুগী মাইকৈদা হন্না য়েংলুদে, উপ্পা তুতুনা নুমিৎ চুপ্পা মওং অমতদা কপতুনা মতম লেল্লম্মী। অতুম ওইনমক হোৎনজতুনা মহাক হান্নগী মতৌগুম মহাক্কী অঙাং ওইরিবৈগী মরুপ-মপাং, থিয়েটর, ঈশৈ-নোংমাইগী আখড়া অসিনচিংবদা ভীল্লরে, অতুবু করিগুম্বা মওংদস্তু মহৌশাগী মতৌগুম অমুক তোৎন-তীন্নরুবদি ঙমদে। থোইদোক্ত-তুম ইমুংগী নুপীগা খৎনরগা মপালগী মথোঁদাং পাংথোকপা লাকপা মীশক অতুমক্কী মতৌগুম মহাক্লা নিংকোক-নিংকোকপা অতুগা ইপেন-পেন্দবা অমা ওইতুনা অতুম-অরান য়েংদনা পুম্নমকপু হাইহৎ হাইহৎতুনা চিক্লকই। মতৌ অস্তুম্না লৈরিবৈগী তাঞ্জাদা খঙহৌদনা ঙসি কলিকাতাদা চৎননবা হায়রকপা তাবমক্তদা মহাক্কী ওইনচওবী মুস্বুম্নেনবী উফুল্লক্তা ওল্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা কম্বগুম্মী অমস্তুং ভুংগী অফ-ফত্তা হন্না য়েংদনা যাত্রা তৌতুনা খোঙ থাংদোক্তনা লেপ্লরে।

অহিং অতুমক্তদা কলিকাতা তম্না উপেন্দ্র অমস্তুং সতীশ মেল-গাড়ীগী সেকেণ্ড ক্লাসকী কাদা কাখৎতুনা ভোংলরে।

উঁ খোংতুনা গাড়ী থারবদা উপেন্দ্র খোঙনাঙদগী মমাই লৈশিল্লক্লগা বেডিংদা শাংনা হিপথক্লে, অতুবু সতীশতি খোঙনাও মপালদা য়েংতুনা লৈ।

মেল-ট্রেন স্টেশন খুদিংমক্তা থাম্লদে। লৌবুক-লমহাং, ভু-খোং, খুঙ্গং, লম্বী লাম্থোক্তুনা হু হু লাওনা চেল্লি অমস্তুং অকনবা খোঙজেনগী চাংগী মতুং ইন্না তরক তরক থোক্তনা লাপ্তুনা হৌরিবা উপাল মিৎনা কুপ্পদা মশক উখিদে। মিৎকী শুমখৈদা উমং-ম্রামং অমম্বদা তীনখ্রি অমস্তুং মতুমক্তী মখানা তুরেলগী তোরৈদা ভৌরুনবা ঈচেল থোঙনাওগী শংবানবা নুংশেল মনুংদগী উবা ফংই মপালগা উপাল-রাপাল, হাবুং, লৌবুক, লাইন ময়াগী ইগী ভঙ্গল অমস্তুং ঈশিং কংলবা খোংবাল-লুক্রাং পুম্নমক মঙাল শাম্লবা থাবলদা মওং চাদনা উরি। সতীশকী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। লম্বী অসিদা মহাক্লা কয়ারক হঙ্গৎ-হুন্দা চৎথ্রে, ঈংলবা তপ্লবা প্রকৃতি অসি মহাক্লা অসিগুম্বা রাওথাংনবা থাবল মরক্তস্তু উখ্রে, অদুবু করিগুম্বা নুমিত্তস্তু মতৌ অস্তুম্নদি মহাক্কী মমিত্তা থক উখিদে। মপুক্লিংদা ৎল্লকই, পুম্নমক থায়বুং থায়বুংনবগুম হৈনিংবা পোক্কংগুম অশিবগুম। কনানা কনাবু হন্না য়েংদে, কনাস্তু কনাগী য়েংহনা ভাইদুনা লৈতে। পুম্নমক লেংদে, পুম্নমক নুংবংনৈ, পুম্নমক মশা মশাগীদা য়েংই। শকক্‌ম কায়রবা, নুংশুক-নুংজানম্লবা মালেমগী মাইকৈদা য়েংদুনা লৈবা মঙ্কোন্দা মৈশা লাংবগুম থোক্লক্লে। মহাক্লা মপী তৈথোক্তুনা হন্দোরক্লগা বেঞ্চ মংক্কা শাংনা হিপ্লরে। অদুবু ভাইহাক্কী মতুংমক্তদা হৌগৎলক্লগা তোরঙ্গ হাংদুনা বাঁশী লৌথোক্লগা উপেন্দ্রদা ওনশিন্দুনা ৎপ্পা তপ্পা হায়রকই, "গাড়ীগী মখোলদা করিগুম্বা তুম্বা কায়ত্রবদি বাঁশীগী মখোলদস্তু কায়রোই! ঐদি তুম্নিংদে।" অসি হায়রগা মহাক অমুক থোঙনাও ময়াদা চংশিন্দুনা কম্লজে অমস্তুং মপাল্লোমদা ওম্থোক্তুনা বাঁশী খোংলকই।

উপেন্দ্রদি লেংবা ক্যাওবা লেংলক্তে। ঈশ্বরনা সতীশতা ঈশৈ শরুবা খনাও অমস্তুং যম্ম খোংনবা খুৎ পানবিরকই। মাইকৈ অসিদা মহাক্লা লিকশিনবা তৌদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌদুনা বিদ্যা অসিমক মহাক্লা তম্লকখি অমস্তুং তম্বা হায়বদু কমদৌনা তমগদগে হায়বা অদু তশেংনা চপ চানা তম্লকখি। সতীশ বাঁশী খোংলি। মনাক্তা নিংথিজবা, থন্দোক-নিংভাই য়াওদবা সঙ্গীতপু থঙবিনবা কনা লৈরমদে—শুপ্পগী মপালদা অতিয়াগী থা মচেৎতনদি মহাকপু মতুং ইন্দুনা চেন্দুনা তান্নরি, অমস্তুং অমম্বা লৈমায় 'থক্তা চায়থোক্লিবা থাবলদু মিৎকপ থোকপগুমথ্রে। অস্তুম

অমুম গাড়ীগী খোঙজেন তপথরক্লে অমসুং স্টেসন নকশিল্লক্লে হায়রবা থঙলক্লে, মতমচুদা মহাক্না বাঁশী থাংথতুনা থমখ্রে।

উপেন্দ্র ভিংলি-য়াংলিদুনা হৌগৎতুনা ফম্লে, "নত্তে, তম্বা তারবদি বাঁশী খোংবা তমগনি। নুমিৎ অত্তুদা নঙগী সিতার তারুবদা কান্নদবদা সিতার অমা লৈশিল্লুরবনি। শেলয়ামতু মাংজরবনি।"

সতীশনা নোক্লুনা হায়রকই, "ভাকপিগনি উপেনদাদা, মতুনি হায়দুনা বাঁশী লৈবিরুনু। য়ুমদা কমতুনা যন্ত্র অসি তম্নবা হোৎন-বিরুরবদি কৈরোই-লৈকাইগী মী থাংবা ঙম্নররোই।"

উপেন্দ্রনা শম্না অমা ফাওবা মুংঙাইতবা তৌদনা হায়রকই, "নত্তে, তম্বা তারবদি নঙগী য়ুমমক্তদা কমতুনা তমগনি।" অসি হায়রগা মবানিমক নোক্লকই।

মথংগী নুমিত্তা নুমিৎ য়াম্না থেংনা হাওড়া স্টেশন য়ৌরকপদা উপেন্দ্রনা হংলকই, "নঙ কদায়দা চৎকদগে ?"

সতীশনা ঙক্লুনা হায়রকই, "মতুনা অমুক করি রানো ? নতুং ইনগনি।"

"নঙগী চৎকম লৈতরা ?"

"অমম্বু ওইরবসু নহাক্না !"

মসিগী মরমদা অমুক রা মখা ভানথিক্রে।

স্টেশনদা থাদ্বগা বিলাতী ফিজেৎ শেৎপা বাঙ্গালী সাহেব অমনা উপেন্দ্রগী খুৎ শোক্লরে। মহাক উপেন্দ্রগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ জ্যোতিষ রায়, বেরিস্টরনি। টেলিগ্রাম ফংদুনা ওকপা লাক্লিবনি। মপালদা মহাক্কী গাড়ী থারি। পোৎ-চৈ খরদনি পুরকপা, কুলিনা মতু গাড়ীদা থাঙ্গৎলবদা মখোয় অহুম কাখৎতুনা মনুংদা কমখ্রে। বিহারী কোচ-বোক্সতা কাখৎতুনা ফম্লরে অমসুং কোচমেন্না গাড়ী খোদোরক্লে। কনা কুষ্টরবগী তুংদা, লম্বী গলি কনা য়াম্না লাম্থোক্লগা অচৌ অচৌবা য়ুম্বী মুংবা অচৌবা বিল্ডিং অমগী মমাংদা গাড়ী থাম্লরে। মখোয় অহুম কুমথক্লে।

## তরানিথোই

সন্ধ্যা ওইগদবা অমুক কুইররোই। উপেন্দ্র অমসুং সতীশ পাথুরে-ঘাটকী য়াম্না খুবা গলি অমগী হাইজ্রিনকমদা লেপ্লরে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "গলি অসিমক্তদা শোম্বদনা ওইরম্বা য়াই।"

সতীশনা চিংনবা কোঙদোরকই, "মসিগী মনুংদা লৈরম্বা হৌনদে, মসি কৈদৌনুংদসু ওইরোই।"

কায়রবা রাসদা টিন থেংলি, মখুদা নোংমা গলিগী মমিং থারম্বা ওইরব য়াই, হৌজিক্তি অমুক পাবা য়াদ্রে। সতীশনা হায়রকই, "মুন্না খঙদনা চৎলুবা য়াদে, মসি পাত্তালদা চংননবা সুরুংহু ওইরম্বা য়াই!"

উপেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই, "নঙ মহু ওইয়রদি সিদা ঙাইহুনা লৈহৌরো, ঐ মনুংদা চংহুনা য়েংলুগে।"

সতীশনা অহানবদা খাম্লনবা-হোৎনরকই, মতুংদা উপেন্দ্রগী মতুং ইন্দুনা চৎনা চৎনা হায়রকই, "উপেনদাদা, ঐখোয়গী মতৌঙম বোম্বে-মচানা কাওবা অসিগুম্বা মকমদা সন্ধ্যা মতুংদা চংননবা মথৌনা লৈম্লোই, নহাক য়াম্না থৌনা ফে।"

উপেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই, "বোম্বে-মচাগী থৌনাবু ভদ্রলোক্তগী হেনব্রনে সতীশ? কত্তবা থবক তৌববু ঙম্নগা থৌনাফবা হেক্তা কোবা য়াদে।"

সতীশনা রা অসিদা য়েৎলুদনা থোইদোক্লা চেকশিন্না লম্বী মুন্না য়েংহুনা চৎলকই। মনম নমথিবা লৈথোম থাংবা কত্ত-হৌদিদা মমিং কত্তবা সতীশকী মখোঙনা তশেংনা নেৎলম্বা স্নাবগী চিংননিংঙাই লৈরম্বী। মকম অমদা গলি মচা অহু থোইদোক্লা থুই অমস্তুং মম্বা তেজিল্লক্লে। সতীশনা তুংলোমদগী উপেন্দ্রগী ফুরিৎ মচিদা পাম্লরকই,— "উপেনদাদা, তৌরিবসি করিনো, অহিং অসিদা শিবা তারিব্রা?"

উপেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐ হৌজিক্তা নিংশিংলক্লে। অহুগা য়ুম অসিগী হেক মথংদা নম্বর তরাহুমদোইগী য়ুম্নি। চাওরাক্লা চহি নিপাল্লোমগী মমাংদা নোংমথক মকম অসিদা লাকখিবনি, মরম অহুনা অহানবদা পাক হেক খঙবা ঙম্মুদবনি। হৌজিক্তি খঙলে, লম্বী অসি-মক্তি হায়বা ত্যাই।"

সতীশনা থাজবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "লম্বী ওইরম্বা য়াই, অহুবু নঙ ঐগীদি নত্তে। মরু ওইনা চৎননবা লম্বী অসি শেমখিবা মথোয় অহুগী কনাগুম্বগা শোক্ল-শমরুবা থোক্লবদি অহিং অসিদা ঈরুনবদা শির-গনি, হৌজিকী ওইনা হনগ্রসি।"

উপেন্দ্রনা পাউখুম পীদনা সতীশকী মথুৎ নমথুনা চিংথুনা-চুৎলকই, 'অমসুং খরগা অমুক চংশিল্লগা, য়ুম অমগী মমাংদা লেপ্লগা হায়রকই, "নঙদি চুরুট থকই, নঙগী ফুরিৎ-খুঙদা- মৈখেৎ য়াওরমগনি ; অমুক্তা খেৎলকউ য়েংসি, মসি নম্বর কয়াগী য়ুমনো?"

সতীশনা মৈখেৎ খেৎতুনা-মুন্না য়েংথুনা য়ুমগী নম্বর পানমা হোৎনরগা হায়রকই, "সিংথিনা পাবা য়াদ্রে, অদুবু থোঙজিন মথক্তা কাংগুনা নম্বর তরাহুমদোই থারি। নহাক্কী রাহুমক তশেংনা চুমম্বা য়াই। অদুবু ঐ রা অসিমদি হংনিংই; য়ুমগী নম্বর তরাহুমদোইসু ওইসনু নত্রগা য়াদ্রে-হুমদোইসু ওইসনু, মকমর্সিদা মহাক্কী দরকার কদি লৈবগে?"

উপেন্দ্রনা পাউখুম পীদমা কৌদ্রকই, "হারানদাদা! হো হারানদাদা!"

মথক, মখা, অনকপা, অয়াপ্পা মকুম পুন্নমক মম্মী, মীচিক-মীরাওখোল তাদে। সতীশ কৌরক্লে। উপেন্দ্রনা অমুক কৌরকই।

কনা কুইনা লৈরগা মথক্কী থোঙনাও খজিক্কং হাংলগা নুপীগী খোঞ্জেলদা খুম্নকই, "কনানো?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "থোঙ হাংদোরকউ হায়বিয়ু। হারানদাদা কদায়দা লৈবগে?"

"লাকচগে, ঙাইহাক্তা লেপ্লিরম্মু।"

মিৎকুপকী মনুংমক্তদা থোঙ হাংদোরকপগী মখোলগা লোয়ননা রাওথাংনক মৈভার্ল অমা লম্বীদা তাম্বে। উপেন্দ্র থোঙ হাইদোক্লগা থোঙজিন মথক্তা চপ লেপতুনা নুংবংমমা লৈব্রে। নুপীথু কেরোসিনগী পোদোন অমা পায়দুনা মচি অমদা লেপ্লি। মকোক খুম্নিবা ফিজিগী অহোবা খজিক্কং অদুদা য়াম্না যতন তৌনা পুল্লিবা শম্বুলগী মচেৎ অমা উরি। উরে, মদুগী শম্না অমা কাওবা চোয়খোক্কে। অমকপা লৈতনা কর্নবা মাইখোংদা মথুক্তা পায়রিবা থাওমৈগী মঙালনা মৈরি, পীশুম অনিগী কারক্তা নম্নিবা লংসবা অশংবা মটুগী বিন্দি ইরং লংই অমসুং লুকচানবা মমিৎ অনিদগী মৈরিক কাপথোরকপগুম্মী, মাইকৈ মরি শুক-শুনা মম্বা মরক্তা মহাক্কী অঙকপা কংলবা মঙালনা ঙাইহাক্তি মবানিমকপু কুকুপ্লাওনহনবগুমগে। সতীশনা ময়েক শেংনা উবা কংলে, চিনবাম্বা-মোকপগী মমি ভাগে তাগে তৌরগা অনিংবা হুন্না হম্না ফংথুনা চুপ্তিনল্লে।

মতম্না উপেন্দ্রদা থোক-ইল্লক্লে। উপেন্দ্রনা ওকচানা তৌকম অঙৌবনা হায়রকই, "হারানদাদা কদায়দা লৈবগে ?"

সুপীহুনা হায়রকই, "মহাক মথক্তা লৈ। ঙোগং-কাংখল্পা ঙমদ্রে। ইমাগ্না ঙসি তরেৎ-নিপাললনি গুরে করুংদগী হেন্দবা, য়ুমসিদা নাদবা গুপ্নগী এই ইতোমদা মঙাইরে। অদোম উপেন্দ্রবাবুনিদনা ? ঐখোয়না অদোম্বু হয়েং লেঙলকদ্রা হায়না আশা তৌজরম্বনি, অদুনা থোরাং তৌহৌদ্রবনি। চাকশঙদবু লৈরবদি মাইকৈ সোয়গী করিমত্তা তাবা কংদে, য়াম্না কৌন-খোৎনবা ভাই। মথক্তা লেঙখৎলসি, সিদা য়াম্না ইংত্রে—" হায়রগা লমী উহন্দুনা মথক্তা কাল্লনবা সিঁড়িদা কাখৎলকই। থাক অনি-অহুম কাখৎলগা মমাই ওয়েল্লোঙ্কুনা থাউমৈদু লেমথনা পায়দুনা। হায়রকই, "চেকশিন্না কাবিরকউ, সিঁড়িগী চেক য়াম্না নিংথায়খ্রে।"

মতুগী চিংনবা মরম চাদব নত্তে হায়বা য়েংলুবমক্তদা মবানিনা ভাব তারে অমসুং চেকশিন্না কারকই। চেকী য়ুম্নি। হায়দি মথকী মখোলদা কা মরি-মঙা লৈরম্মী, মতুগী অনিদি তাপ্লেংনা পুম্নি-নিংথায়খ্রে অমসুং অমনা লাক্লিবা নোংজুথাদা নিংথায়গদবগী থোরাং তৌহুনা লৈরে। লেমচৌ-ক্লিবা কা অহুমগী মরক্তা মায়োকুপা কাহুন্দা মখোয় অহুম চংলক্লে। চংবমক্তদা খঙবা ঙাম্ম. খোইদোক্পা থৌরৈতনা মীগী মথৌদা খুৎ থিংজিন্দা হায়বা অতুমক ওইরে। উচিগী কাংবুনা মতমমতুদা মফুৎ মফুৎ লাওরুবা য়াম্না মল্লবা শিজিন্নদ্রবা মোম্পাক অমদি মোন্দগী লশিং মকোল চিংথোক্লগা কা থম্না চায়খায়দুনা মনীং তৌনা কোইচৎ চৎতুনা শান্নরম্বনি, মতম চাদন মৈঙাল কংবা অমদি মী চংলকপতুদা খোংহুনা কোইচেন চেম্নরি। কা অপূম্বতু অতেকপা। টেবিল-চৈয়ার, উগী অকাম্বা তোরঙ্গ উপু, অতৎপা টিন, অহাংবা লিক্লি মুংজি অমসুং থাইনগী মতমগী ইমুংগী লৈথেং ওইরম্বা পোৎ-চৈগী অতেক-অকায়না পুমচায় চায়না লৈ। মতুগী মচি অমদা কাংথোন অচৌবা অমা থারি। শেগায়রবা মোম্পাক, মোম্পাকুফিদক, মৌন অসিনচিংবা খোমজিন-তাশিন্দুনা পূল্লপ মচিদা সৈশিন্দুনা থম্লগা মতুমক্কী মচি অমদা ফক অমা থাদুনা থম্নি। মসি অয়াকপশিংগীদমক্তনি।

সুপীহুনা পোদেখন অতু লৈমায়দা থম্লগা হায়রকই, "ঙাইছাক্তা ঙাইহনিরম্মু, ঐপাউ পীজরুখিগে!" অসি হায়রগা মহাক চৎখিগ্না

সতীশনা খোঙ্গুউপ য়াওনা অয়াঙ্কপাশিংগী কিদা অহুমকী মথক্তা চোংখৎ-তুনা লেপ্লরে।

উপেন্দ্রনা মুংশাখিনা হায়রকই, "মহু কদ্মিমো ?"

সতীশনা ও-শা তৌনা কীখি-কীরুম্ননা হায়রকই, "হায়া থরায় ছিংখিসম্ম, অহুগী মতুংদা হৌন-খঙবা ভাক্কদবনি ; উম্রনে, খোঙ ময়াদা মৈঙাল উবদা কাসিদা লৈরম্বা জিন-মুং পুম্নমক চেনশিল্লক্লিবসে।"

সতীশনা কীহল্লক্লিবা মওং অহুদদি খঙ্গ-লাকথক্লনবা মতম অমুক লৈব্রে। উপেন্দ্রম্মু চোংখৎপ্রে।

কাংখোলগী চিল্লবা খচিহুদা মখোয় অনি ইম্নহুনা লৈরিব্তে মতম অহুদা মুপী অহু হল্লক্তুনা খোঙজিন ময়াদা লেপতুনা থিক থিক নোক-খোরক্লে। মখোয় কীরে হায়বা মহাক ভাব তারবনি। হায়রকই, "মসি ইকুবোক্কী লৌরি-য়ুক্ষম্নি, ময়াম্না ঈকাই-খুম্নবিদ্রমাল্লে।"

উপেন্দ্র ঈকাইহুনা শৎ কুমথরক্লে অমস্যুং সতীশকী মথক্তা খোইদোক্লা য়ায়ৌনা মুক্লম মুক্লম শোল্লুনা ভাংলকই, "অহুম্না কীহল্লবদবু,— অহুম্না তৌরক্লদবু—"

সতীশ কুমথদে। অহুবু মোল্লুক্লা হায়রকই, "কীববু কীনিংহুনা ছেক্তা কীগন্ত্রা উপেনদাদা ! ঐগী বিদ্যা চানক্য শ্লোকগী হেনবা নত্তে খঙই, অহুবু ইশা কপ্পবনা য়াইদগী অথোইবা ধর্মনি হায়বা অসিদংদি তম্নকই।"

মুপী অহুদা ওনশিল্লুনা হায়রকই, "কয়ে, অদোম্মক হায়বিমুদনা য়েংসি, ইথরায় কপ্পনবগীদমক খুদোংচাবা খজিকং য়েংববু অরানবা থবক্রা ? অদোমগী ইকুবোক্কী লৌরি-য়ুক্ষম্মু খোওইরুদনবা ঐখোয়গী ইতিক ওইদে, খোইদোকহুম মতিক চানা ঈকাই-খুম্নজবগা লোয়ননা অদোম্না য়োকপি-রিবা প্রজা কাংবুগী লম্পী থাদোক্লুনা লম মচেৎ খজিক্কদা ঐখোয় অনি লেপ্পনি।"

মখোয় অহুম্মক নোকখোরক্লে। কাগী অসিদা লাইরবী মৌ-নহা অহু মপুক্লিং মুংঙাইতবা তৌদে, খোইদোক্লহুম মহুদা চম্বা অমদি তোর-বিংবা চেল্লি হায়বা মৌ-নহা অহুনা য়াম্না লায়না খঙবা ভয়ম্মী, মহাকী হয়াঙ-মীনোক্লা লংখৎলবা মাইথোং উবদা উপেন্দ্রগী থম্মোয়দা খোইদোক্লা

পেল্লবগুম্মী। মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা নোকক্লে তৌমা হায়রকই, "প্রজা কাংবুহুনা অদোমগী য়াংদনি কৈদৌনুংদসু কঙোদ্দা ওৎ-নৈক্রমবা মথৌনা লৈরোই। হৌজিক্কি হুপা অসি কুমথরকপা য়ারগনি খল্লি।"

"অচুম্বনি," হায়রগা পোদোন্দু পায়খৎলগা মৌহুনা সতীশরোমদা য়েংহুনা জগৎ-শুমহৎপগী মীনোক্না নোক্কুনা হায়রকই, "হৌজিক্কি অকীবা লৈতনা রাজ-দর্শন তৌব। লেঙবিরসি।"

ফাগী-ফান্নাং খিত্তংসিদা শকখঙনদবগী থাপ্পরম্বদু তশেংনা পুমকোক কোকখিবগুমগ্রে অমসুং মখোয় অহুম্মক মাইথোং মকা লায়া কা মনুংদগী থোকখ্রে।

রাজ দর্শনগীদমক উপেন্দ্র অমসুং শতীশ মাইথোং মক লায়া অতোপ্পা কা অমদা অমুক্ক চংলকপমক্কদা লুতোন শাৎনা চপ চপ লেপখ্রে। শাওরম্বা গুরু মহাশয়গী চৈ ইথা থাজদনা চাবদা নোক-খেহুনা শান্নজবম্বা অঙাং ওইরিবা ছাত্রগী শককম খংওন ওনবা মতৌ অহুম্না মখোয় অনিগী নোকমি নোক্কিমিবা মাইথোংদু মিকুপ্পা কাহৎখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ঈকাইবা নংবগী ভাবতু কোল্লবদা উপেন্দ্রনা লাপ্পক্না লৈরিম্বা ফমুং ময়াদা চংশিল্লগা কৌবকই, "হারানদাদা!"

হারান অশিবগী পাঙ্খক ওইনা তাহুনা লৈরম্মী, শেংফাত্তবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "চংলকউ ইনাও চংলকউ। অমুক হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমগ্রে, নহাকপুসু অরাবা পীবে।" মসিদং হায়বদা শদৌ খোংলকই।

উপেন্দ্র ফমুং মচি অমদা ফমথরে। মহাক্কী মিৎ পীনা থুমহৎলাক্ল অমসুং মথবাক 'পুম্ব' নিকহন্দুনা খিংঙমদ্রবা ঈফুৎ অমা ফুকৎলক্কুন মাগী ধবাকী শরু হুমদাং পুম্বমক নিকহল্লগ হন্থখ্রে। রা ঙাংনবা হোৎনবদা ঙমদ্রে — ময়া ক্রক চিকশিন্দুনা চেৎনা ফমহুনা লৈখ্রে। অসোমদা সতীশচন্দ্র উগী য়াম্না চাওবা উপু অমদা মাইথোং মক্না ফমহুনা লৈ।

মোৎলবা অমদি মফুৎ মফুৎ চোরবা ফমুংহুগী লুথুম ময়াদা লৈবাক্কী থাওমৈ অমা মুৎশি মুৎশি ঙাল্লি কাহুদা অতোপ্পা থাওমৈ লৈতে. মঙাল অহুখক্না য়ৈরিবা ঈ থাংত্রবা কুচু ওল্লবা হকচাংইনিজ লৈত্রবা মাইথোং-হুগা লোয়ননা হারানগী হিংনা শিরবা হকচাংহু তাহুনা লৈরি। নুমিৎকী

মুংঙা অমদি অতিয়াগী মুংশিংতগী শেংনয়বা নিংথায়য়বা য়ুম অজিগী শরূদা উনশাদনা কুপ্পগী পন্নংথক ওইয়বা অমম্তুং অমম্বু কোল্লিবা অমদি য়োক্লিবা পুন্নমক অক্তুগী মমি থক থক মিক্লা ঈংলবা অহিংসিদা মমি-শামিবা মঙালদা কুমলায়নাগী মতৌগুম কল্লাংদা তাবি। মতম চুপ্পদা থিংতুনদা লৈরব য়ুমতুগী কাজিল্লগী শেংত্রবা মুংশিংনা থরায় মাংনিংঙাই ওইয়বা চিন্দগী কামথোরকপা হূ চেনবা তিনবোংগী মতৌগুম কামথংলক্তুনা য়ুমতুদা লৈরিবশিংগী চবম-উতোং মিৎকুপ খুদিংগী ফুনগৎলকপগুম তৌরি। থোঙদা যমদূতনা শংলি। মাইকৈ খুদিংমক লৈতুনা য়েংলুবদা সতীশ হন্না হন্না মতূ চুংলক্লে। মহাক্কী মপুক্লিংদা খল্লকই, মহাক লাও-থোংতুনা চেম্ম্বোক্তুনা তশেংনা সড়ক য়ৌবা ঙম্লবদি হিঙ্গনি, মকম অসিদা মীওইবনা কমদৌনা হিংতুনা লৈরিবনো? থোইনা লাপ্তুনা মৌত্থু লেপ্লি, মাইকৈ অদোমদা অমুক্তং য়েংলুবমক্তদা মহাক অমুক হেন্না কীরকপগুম তৌরকই। কদায়দা চৎখ্রে মাগী চাংদম্নিংঙাই লৈতনা কজবা শক্তমত্থু! কদায়দা চৎখ্রে মীনোক অত্থু; মহাক্কী মিৎযেং-মাংদা প্রেতলোক্কী ভূত-প্রেত ওইরকপগুমখ্রে। মহাক্না খল্লকই, মপুরোইবদি অসিনি, অত্থুগা মহাক্না অমুক নোকপা চংলি, কাগী-জুগাই তৌবদা য়াওশিল্লি, মশম-মনা কেরি, বিন্দি নল্লি! মিৎকুপমুক্তি মহাক মুপী ওইবী জাতিগী মথক্তা হঙ্গোইবা পোল্লকই।

অসিগুম্বা মতম অসিদা হারান্না কৌরকই, "কিরণ, উপেন লাক্কই হায়বা ইমা খঙলব্রা?"

মৌনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা নোম্ব্রতুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইমা তুমখ্রে। তুমখ্রবদি মাবু হোৎদোক্কনু হায়না ডাক্তরনা হায়রম্মী।"

হারান্না মচিন কৈরেং কৈরেং চিংনা লাওরকই, "মরা লৌদে ডাক্তরগী, নঙ চৎলো, তাকউচো মঙোন্দা।"

উপেন্দ্রনা মনাক্তা কমতুনা পুন্নমক তারম্লিবনি, তৌকম খঙদনা হায়রকই, "অহিং অসিদা তাকউবগী কান্নদে হারানদাদা, হয়েং অযুক খঙ্গহল্লগা লোইরে।"

উপেন্দ্রনা খঙবা ঙম্লে, অতম শাংনা নাইনদা লৈরকপনা হারান থোইদোক্লা য়ারৌ-পুক্লৌ চাওগল্লম্লে হায়বা। অত্থুনা মরাল লৈজদবী

সেখাদা মপুক্লিং চংজবী মৌ অসিবু চৈবিবছুদা মুংঙাইজদবা অমা কাওরকপগুম তৌদুনা থরমখৈ থেমজিগীবগী ইঙ্গিত্তা মহাক্কী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলকই। করিগুম্ উবা ফংদ্রে। কিরণময়ীগী লুকথরিবা মাইথোংদা থাউমৈগী মঙালনা ফুদে।

মিংকুপমুক্তনি। থংনবা মিংকুপমুক্তদা শাওরংনরবী মৌদু মখোঙ কল্লপ থাংদুনা মপালদা থোকখ্রে।

উপেন্দ্র মাইথোং মকশিন্না কমদুনা লৈ, অমস্তুং হারান হান্নগী মতৌগুম শদৌ থোংলক্রে। চিক্লবা কাদু সত্তীশকী মফমদা অমুকস্ত হেন্না তমথীনা থোকখ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংমক্তদা হারান্না মখুৎ ত্তিংথোক্তুনা উপেন্দ্রদা মশা শোক্তুনা মন্নাক্তা চংশিল্লকবা ইঙ্গিত তৌগ্নগা খোঞ্জেল য়াম্না পিক্না হংলকই, "চহি তরেৎ-নিপালগী মতুংদা উনবনি, মসিগী মরক্তা নোংমতস্থ নহাকপু লম অসিদা লাক্তব্রা?"

মসিগী মনুংদা কয়ারক হন্না উপেন্দ্র মাইকৈ সোমদা লাকপা-তাখি, অদুবু মদু হায়রুবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "লায়নাবু করিনো হারানদাদা?"

হারান্না হায়খকই, "লাইহৌ, লোক থুবা অসিনচিংবা। হৌজিক মদুগী রাদুগী কান্নবা অমুক লৈদ্রে, পূম্নমক লোইখ্রে।"

অসোমদা উপু মথক্তা কম্লিবা শতীশনা মপুক্লিংদা মঙক হাইরকই।

হারান্না অমুক হায়রকই, "ঐস্ন নহাক্কী রা নিংশিংলুদ্রে, মতম চানা নিংশিংলম্লবদি থবক ওইরমগদবনি।"

ঙাইহাক ক্তুমিন্না লৈরগা মশামক্লা হায়রকই, "থবক করি অমুক ওইরমগদগে, মদুগী নত্তে, রা পূম্নমক অদু থম্লসি, থবক অমতা তৌ ইনাওঙ ঐগী লুপা ম্লিশিং অনিগী লাইফ-ইন্সিওর লৈ, অদুগা নিংপ্রায়রক্রবা মুম অসিগা লৈরি, নহাক্তি উকিলনি, উইল অমতা ইন্নু, পোৎ পূম্নমক অসিদা নহাক্কী থুৎ চপ চানা চংবা য়াননবা। অদুগী মক্তুংদা নহাক্না শিলহো-গদবনি, অদুগা ঐগী ইমা হনুবীবুস্থ।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুগা নহাক্কী নুপীদি?"

"ঐগী নুপী কিরণ? হোয়, মাবুদি লৈরি। মাগী মমা-মপা লোইনমক শিখ্রে, মাবুস্থ য়েংবিয়ু।"

উপেন্দ্রনা মমিৎ কুপ্ত্রবমখৈ শিগদোরবা মাইথোংতুদা য়েংতুনা রাখলদা ভাওরকই।

সতীশনা ফুরিৎখাওদগী ঘড়ি লৌথোক্লগা হৌগৎলগা হায়রকই, "উপেনদাদা, পুং তরা তাপ্রে, অসোমদা মখোয় রানরম্বা য়াই।"

হারাম্না য়েংথোরক্লগা হায়রকই, "মহাকসি কনানো উপেন?"

"ঐগী মরুপ্পি, লোয়নতুনা কলিকাতাদা লাকমিন্নবনি। হৌজিক অতুদি য়ৌগ্রগে হাম্নানদাদা, হয়েং অয়ুক অমুক লাক্কে"

"নত্তে, হয়েং নত্তে, তশেংনা ই-থোৎতুনা লোইশিল্লগা হংচিৎ লাকউ।" ঐগী অরৈবা খরসি—অতুগা ঐনা হায়রমগদবা খরগা লৈ, জুমিৎতুদা হায়রগে, সিদা কদায়দা থুংলুবগে?"

"শহরগী মতায়দা মরূপ অমগী য়ুমদা থুংই।"

চৎখিগদবগী তৌরকপদা হারাম্না কৌরকই, "কিয়ণ?"

উপেন্দ্রনা খুদক্তা খামতুনা হায়রকই, "য়ারনি হাম্নানদাদা। সতীশতা মৈথেং য়াওরি, য়াম্না লায়না কুমথখিবা য়াগনি। মহাক মথৌ চিন্না লৈমাল্লে।"

মতুগী পাউখুমনা হারাম্না করি হায়রকপগে হায়বা খঙবা ঙমদ্রে।

সতীশনা থোঙ হাংদোকপমক্তদা কনানো অমা থুনা য়াংনা লৈথোক্তুনা চৎখিবগুম তৌই। মহাক কীনা মতুং খঙহন হন্দোরক্তুনা লেপ্পি।

উপেন্দ্রনা হংলকই, "কম্বিনো শভীশ?"

"করিস্সু নত্তে—নহাক্তুম লাকও," হায়রগা মহাক উপেন্দ্রগী মথুৎ শমতুনা মংপালদা থোরক্তুনা লেপ্লরে। য়াম্না শাথিমা মস্মী। থা শিথরকপগী অতিয়াদা নোং মংলি, মতুগী মথক্তা মাইকৈ মরিদা লৈরিবা রাংল-রাংলবা য়ুমশিংনা অমম্বতুবু চিংথতুনা মথাগী অচপ্পা শুমাং অতুদা থম্নম্বগুম্মী; মখোয় অমি মা-মাতুনা সিঁড়ি মনাক য়ৌরকপমক্তদা পোদোন মথাদা থমতুনা কিরণময়ী ভুমিম্না ক্ষমতুনা লৈরম্বা উরে। মখোয় লাকপমক্তদা হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "মৈ শায়জগে, চেক্কশিন্না কুমথবিয়রকউ। ক্ষমতুনা ঙাইজরম্লিবনি।"

অমম্বা নিংথমথাগী অহিং অসিদা শাথিনা ঈংলবা জিক্কা মরক অসিদা চোৎলবা লৈমায়দা চোৎনা চোৎনা মৌ মথন্দা ক্ষমতুনা মখোয়মবু ঙাইতুনা

লৈরম্বা উবদা, অদুগা মহাক্কী থোক্লরগদবা লাইষক থিবগী রা মিৎকুপ্তা নিংশিংলদুনা উপেন্দ্রগী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে।

গেটকী থোঙ মতম অদু কাওঁবা লোনশিজি, মথাদা কুমথরকপগা সতীশ তশেংনা থোরক্লুনা গলিদা লেপ্লরে, অদুবু উপেন্দ্রদি মতুংলোমদগী অপন্নবা কংদুনা লেপহৌরে।

কিরণময়ীনা মাগী পীরাং থাংজবা মমিৎ অনিদু উপেন্দ্রগী মাইথোংদা থমদুনা থোইদোকপা শাথেক অমা পুথোক্লুনা লেপতুনা লৈ। মিৎকুপ-মুক্তি উপেন্দ্র নুংবংনবগী মতৌঙম চপ মুংনা লৈ।

কিরণময়ীনা হংলকই, "উপেন্দ্রবাবু, অদোম্বু ঐখোয়গী কনানো ?"

অঙকপা রাহং অসিগী পাউথুম উপেন্দ্রনা থনবদা লাম্বা কংজ্রে। মহাক্না অমুক হন্না শুগায়না হায়রকই, "অদোম্বু ঐগী ইপুরোইবগী করম্বা মরি-মতানো ? অম্মুক কুইনা য়ুমসিদা লৈরক্লিবনি, অদুবু কব্রিশুম্বা নুমিত্তম্বু অদোমগী মিং মাগী মকমদগীম্বু তাখিদে, ইমাগী মকমদগীম্বু তারম্ব্রি। শুপ্নগী অদোমগী মকমদা চিঠি ইথিবা নুমিৎ অদুদদা তারি—অদুনা হংজরিবনি।"

মপালদগী সতীশনা হায়রকই, "উপেনদাদা. লাকওদনা !"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে, মরি-মতা নত্তে—মহুদি ওইরগা মরু ওইবা মক্কুপ্পি। বাবানা নরাখালিদা লৈবা মতম অদুদা হারানদাদাগী পাবুংম্বু সরকারগী স্কুলদা শুঝা ওইরম্মী, ঐবুম্বু য়ুমদা লাইরিক তম্বিরম্মী। হারানদাদাগা ঐগা মতম শাংনা লাইরিক তম্মিন্নরকই।"

কিরণময়ীনা নোকক্লেৎ তৌনা হায়রকই, "ওঃ মদু ওইরে ! মসিগী-দমক্তা ইন-খোংনগদৌরিবা ! করে উপেনবাবু. অদোম্না পুম্নমক নশাক্কী নমিংদা পানশিনবিগদৌরিব্রা ?"

থিম্ববা উবদা সতীশনা মমাই লৈশিল্লকই, মহাক্না শৎ হেক পাউথুম পীরকই, "মওং অদুম্না লেপ্লুব্রে।"

হারান্নগী কাদগী মপালদা থোরক্লপা মতমদা রাম্না থুনা মপালদা কনানো শৎ লৈথোক্লুনা চৎখি, মদু মহাক্না হায়নবা ভাব তাখ্রবনি।

মৌদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "ওঃ, অদোমম্বু লৈবিবেদনা। কজবা রানি ! করবা রানি ! অম্মুক কুইবসি কনা রাহুনম্বু করিশুম্বা

মওং অমদা চরা অনি চথোম অনিদা ওইরবস্মু কংলি—হৌজিক্তি লম্বীদা লেপ্লুবা তাঞ্রে। অহু ওইজরসনু, অদোম্মক্না শরুক পুম্নমক লৌবিরো।"

উপেন্দ্র নুংবংনশ্লে।

সতীশনা পাউথুম পীরকই, "পোৎ মপু অহুনা করিগুম্বা পীথোক্লবদা কনামা করিস্মু হায়রুম্মিংগাই লৈতে।"

কিরণময়ীগী মমিৎ অনিময়ক মৈগুম চাক্লক্লে। হায়রকই, "ঐগীদি লৈ। শিরমদায়দা বুদ্ধি-লৌশিং মাংলকই, ঐগী ইপুরোইবদি মহুমক ওইরবনি। অহুবু ইহুনা লৌগদৌরিবদি অদোম্বু কনানো?"

সতীশনা করিমতা সুংগাইতবা ভোদনা থুদক্তা হায়রকই, "মহু থগুদে, অহুম্বু হারানবাবুগী মবুদ্ধি গুসি কাওবা চোইত্রি, ঐগী থম্মোয়না রাকম অসিদা অয়াবা পীখ্রি।"

কিরণময়ীনা থোইদোক্লা করেম-কথাইমবগী সুরদা পাউথুম পীরকই, "অঙকপা খুজিল-খৌরাংনি। মীনা ঙাংনৈ—ভোক্লসি মীগী য়া।" উপেন্দ্রদা পান্নবা হায়রকই, "অহুবু য়া অমদি হংনিংই, ঐনা কমদৌনা খঙথদগে অরোইবা মতমদা মহাক্না ঐবু লম্বীদা তাম্মোক্লোই হায়বা? কমদৌনা খাজগদগে মহাক্না নমথাক তৌরোই হায়বা?"

অহুক কনবা চৈথেংহু খঙহৌদনা উপেন্দ্রগী মকমদা থাংগুমদবগুম্র থোকপ্রমাক্লে; করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকই, অহুম্বু ঙাংথোক্কনা ভুমিন্না লৈহুনা মশাম্বু কাখজপ্রে।

সতীশনা খোক্লেন্স তপ্লপ্লা হায়রকই, "ইভৈম-বেম্মা, নহাক্না খুলুবগী কান্নবা লৈতে।"

কিরণময়ীস্মু খুদক্তা পাউথুম পীবা ঙমত্রে। করেম্নহুনা মরি-মতা ওইবগী মিঙ্গৌ শিজিন্নরকপা উবদা মহাক চঙক্লথ্রে। ঙাইহাক য়েংহুনা লৈক্লরগা মসিদমক হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা! দরকার লৈতে!"

সতীশনা হায়রকই, "লৈতে। মশাগী অধিকার করিগুম্বা নশানা মাংহঞ্জরমঞ্জবদি হারানবাবুগী চেকশিনবা অসিগী দরকার লৈরম্মোইদবনি। অম্মুক থেংলবা অহিং অসিদা অমুক শাওবি-খোৎপিরনু—খিত্তা থম্মহুনা য়েংবিয়ু।"

কার্বলিকী অয়াকপা মনমদা লিন্না মাগী কন্দোক্লস্বা মতোক থুপচিন্দুনা চিকউবগী মহুত্তা মথরায় কঞ্জনবা লম্বী থিয়কপা অহুগী মতৌগুম শকহেনবী. শক্লোন পুবা হৈবী, মঙাল লৈবী মৌ-নহা অহুনা মিৎনা কুপ্পদা তৌকম খঙত্রদ্বনা হায়রকই, "ঐগী রা মানা করি হায়রকপগে তাসি?"

উপেনদ্র তুমিন্না লৈবা অমুক ওয়ক্লে। নাপল চাওবী সুপী অসিগী চিংন-মীচৈনা মৎঙান্দা মৈচাক কল্লবা ভানা লেংহুনস্থ মহাক্তী অরাংবা শিক্ষা ফংলবা হৌন-খঙবা থস্মোয়দা সতীশনা সি আই ডি শারিবা অহুগী মায়োক্তা ঊরাং হৌরক্লে। মহাক্তা চুমদবা মওংদা পাম্বৎহনবগী মতেংনা অরোনবা কিশি অমা পুথোক্লনবগী হোৎনরি, মসি মহাক্তা খঙই। সতীশপু থামজিল্লগা কিরণময়ীদা হায়রকই, "করিম্নীনো অদোম্না সতীশকী ঙাওশিন্নবা রাবু নাদা হাপতুনা ঈশাবু কিজ্জৎচহল্লিবা! মপুরোইবগী সম্পত্তিদগী ভাম্বোরবা অধিকার কনাগী লৈতে—চিংনবিকনু।" অহুদি ওইরগা ঈমাখোয়গী থোইদোক্লা খুদোংচাহোগনি খন্দুনা হারানদাদানা উইল ইবগী রা ওইরম্বস্থু য়াই। অদুবু অদোম্না য়াদনদি করিগুম্বা মওংদস্থু করিস্থু তৌবা য়ারোই। অহিং য়াম্না থেংলে, থোঙ লোনশিনবিয়ো। চৎলসি সতীশ, অমুক পম্বরগন্থু।" সতীশপু ইম্বোক্তুনা গলিদা লেপ্লরগা মোঁকফেৎ তৌনা হায়রকই, "হয়েং-হংচিং অমুক উনগনি—নমস্কার।"

## তরাহুমদোই

মী চত্তবা গলিহ্নু লাম্বোক্লগা মখোয় অনি ভাড়াগী গাড়ী (টাঙ্গা) অমদা কাৎথতুনা কাম্নরে অমস্থুং হাংলিবা থোঙনাও মনুংদগী মী তরক তরক্লবা লম্বীরোমদা তুমিন্না য়েংহুনা লৈপ্রে। রা ভাংনিংগদবা অহুগুম্বা মপুক্লিংগী ফিভম কনাগীস্থু ওইদে। উপেন্দ্রগী মৈশা লাংলবা থস্মোয়দা খল্লকই, হয়েংমক য়ুর্মদা হল্লগনি। অকবা ওইসনু, ফত্তবা ওইসনু, ঐগী খুৎ চংলুবগী কান্নবা লৈতে। গুপ্তগী চৎত্রিঙৈগী মমাংদা হারানদাদাগী লায়েং মওং অহুদং য়েংলমগনি—মহুগী মথাদি? মহুগী মথাদি করিস্থু লৈতে—চহি নিপাল মপুক্লিংদা নিংশিংলকখিত্রবা সুপাহুবু অহুম কাওজখিগনি। অসি

হায়দুনা হকচাংদা তোংলবা কৌজেং-হারোগী মতৌগুম খোইদৌ-শ্রাওগৎলবা চিন্তা অদুবু লৌথোক্লুনা থাপ্না শাফু কন্না লংথোকপ্রগা উপেন্দ্র গাড়ী মনুংদা অমুক্তং লেং-খোৎলগা কমপ্রে। সতীশপু কৌদুনা হায়রকই, "সতীশ, চুরুট অমতা পীব্রকউদনা য়ান্না ঈংই।"

সতীশনা ফুরিৎখাওদগী চুরুটনচিংবা লৌথোক্লুনা মথুন্তা পীরগা মপাল্লোমদা য়েংদুনা লৈপ্রে, রা ঙাংদে।

উপেন্দ্রনা চুরুট চন্নগা মৈখু হন্না হন্না কামথোক্লগা সতীশ তাহন্দুনা হায়রকই, "অদুংসিগী অমম্বসি মতৌ অন্থুম্না মৈখুগী মতৌগুম থোকপ্রসনু।"

সতীশনা থুম্লক্কে।

গড্রক'গড্রক ভাড়াগী গাড়ী মশক খঙবা খঙদবা লম্বী-গলি দুকান-বাজারগ লাম্ভোক্লুনা চংলকই, চুরুট ভুমপ্রে, মদুগী মৈখু অতিয়াদা কদায়দনো ভীনপ্রে, অদুম ওইনমক মখোয় অনি লম্বীগী নাকল অনিদা অদুম ভুমিন্না য়েংদুনা লৈ। উপেন্দ্রনা মপুক্লিংদা খল্লকই, সতীশম্ভু ভপেংনমক পূন্নমক অসি খল্লমগনি অমম্বুং করিনো অমা লেপথোক্লম্নগনি, অদু মত্রবদি মহাক অম্বুক কুইনা ভুমিন্না লৈগদবা মীশক নত্তে; অমম্বুং করিনো মহাক্কী মক্ল ওইবা খন্ননিংঙাই ওইবা হীরম অদুমক ভাবনা শাক্লবদা উপেননা চাওরাক্না হৌবদগী লোইবা কাওবা পূন্নমক নিংশিং-লক্লে। ভুমিন্না মত্তু চুংলক্লুনা খল্লকই, করি থৌদোকমক থোকগ্রবগে; অদুগা থোকখিবা থৌদোক্লু কনম্বু খন্ননিংঙাই ওইসনু কৈদৌবগে, পূন্নমক অদুগী মরম চাবা কিরেপ অমা মহাক্না চৈরকসিদা লেপথোকপা ঙম্নগনি, অদুবু সতীশনা করি উত্তুনা সহায় লৈজক্রবা শকখঙদবী অদুদা খৎনবা হৌখিবনো হায়বা অদুমক করিগুম্বা মঙংদম্বু ভাব ভাবা ঙমজ্রে। য়ুমগী মৌ অমনা মশাদা থোক্লগদবা খুদোংথীবগী চিংনজ্রবদগী শুপ্নদগী মশা কল্লননবগীদমক অথিবা রা অনিদং ঙাংজবম্বু য়াই, অম্বুক চম্বা রাকমসি কাওবা সতীশনা খঙবা ঙম্নোই হায়বসিমক মহাক্না থাজবা ঙমদে। সতীশ লাইব্রিক হৈতসন্থু, অপঙবদি নত্তে। উপেন্দ্রনা মসি খঙই হায়দুননি অম্বুক হাক্না মপুক্লিং ম্বুংনাংলিবসি। অশিবগী পাংথক্ল ওইরবা হায়ানগী উইলগী রাকমদা থোইদোকপা অথুপ্না অমা লৈরমগনি হায়নমক উপেন্দ্রনা ঙাইহাক্কী মনুংদা মঙল-মঙল খনখি। অঙাং ওইরিঙৈগী

মরুপকী হিংনা-শিরবা হকচাংতুগী মমাক্তা কমতুনা মপুক্লিংদা খনখি, কনা লৈজত্রবী নুপী অনিতুবু মপূন্সি চুপ্পা য়োকপি-খাকপিগদবনি, ফিজেৎ খোনবিগদবনি, কোনবিগদবনি। হকচাং ফগদবা তীর্থ অমদা পিক্তক তৌবা ইখোল মচা অমা লৈবিগনি। মতুদা হৈপাল-উপাল থাগনি, অফবা অমদি হৌন-খঙবা য়ুমথংনবশিংগা লৈহনগনি, ঈংনা, অতুম ওইনমক চেকশিন্না চেকপল খাগনি। যণবী হাতম লোইতুনা, অতিথি-ব্রাহ্মণগী সেবা তৌতুনা, বার-ব্রত ঙাক্তুনা নুপী অনি অতু মওং অমদা মতম লেঞ্জ-খিগনি, মতুগী চাওরাকপা শক্তম অমা শাগৎপদা মধুর চেনখি। দৃশ্য অতুগী মচি অমদা উ-রাগী মরুমদা, দরকার ওইবা পোৎ পুন্নমক্কী মরুমদা মশাগী মফম মচেৎ অমা মশানা খঙজদনা য়াৎননবা হোৎনরম্বা য়াই, অসিগুম্বা মতম অসিদা কিরণময়ীগী মরৌ থাংবা রাকৎ, অদুগা চিংননিং-ঙাই ওইবা অশাওবগী অচাকপা নুংশা শোরদা উনাদা পকপা লিক্লা শৎ হৈদোকখিবগী মতৌগুম্বা শাগৎলকখিবতু খুদম কাওবা চুপ লুপখি। উপেন্দ্র তুমিন্না লৈবা অমুক ঙম্লক্রে। কৌতুনা হায়রকই, "সতীশ, করি খল্লিবনোনে!"

সতীশনা মপালদগী মিৎয়েং লৈশিল্লক্তুনা উপেন্দ্ররোমদা য়েংতুনা হায়রকই, "খল্লিবসি করিনো খঙব্রা উপেনদাদা, অঙাং ওইরিঙৈদা বাংলা নোভেল অমা পাখি—মতুগী রাতুমক খল্লিবনি!"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করি নোভেলনো?

সতীশনা হায়রকই, "মমিংদি নিংশিংদ্রে, লাইব্রিক লেংবতুগী মমিং-তুসু তাংদাংবা খঙদ্রে—অতুবু মগুণ য়াম্না লৈবা মীনি। অতুবু রারৌতুদি ময়েক শেংনা নিংশিংলি—য়াম্না ফজে।"

উপেন্দ্রনা খঙনিংতুনা মঙোন্দা য়েংতুনা লৈখ্রে।

সতীশনা রারৌবগী খোন্থাংদা হায়রকই, "মতম চুপ্পদা ইংরেজী পাতুনদা মতম লেনবিরি উপেনদাদা, করিগুম্বা নুমিৎতসু বাংলাগী মাইকৈদা হন্না য়েংবিদে। অতুবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা অমুক্তং পাবদা জ্ঞান পোকপা য়াবা অতুগুম্বা লাইরিক য়াম্না লৈ।" অসি হায়রগা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা তুমিন্না লৈপ্লে।

উপেন্দ্রনা শাওগৎলক্লুনা হায়রকই, "হায়া রারীদু ভমথো তাসি, মতুগী মতুংদা থেঙ্গনি, কয়া য়ায়া জ্ঞান পোকপা য়াবগে হায়বা।"

সতীশ মোকথোয়ক্লে। হায়রকই, "শাওয়োইক্লা হায়বিয়ু?"

"শাওয়োই—নত্ত লিয়ু।"

সতীশনা হায়রকই "য়ায়া ক্রজবা রারীনি। লাইব্রেরিদুদা ইক্নি, জমিদার অচৌবা অমা হি তোংদুনা চৎলম্মী। নোংমা মন্ধ্যা মতমদা ইশিং থস্তহৌদনা নোং মংলক্লুনা ভমথীব কংনা নোং-নুংশিৎ হৌরকই। মহাক্কি কীদুনা লৈরায়দা কাথৎলম্মী। মমাদা য়ায়া চাওবা মচেৎ মচেৎ নিংগ্নায়রবা চেক্কী য়ুম অমা থেংনরম্মী, নোং-নুংশিৎ কীবদগী মত্তুমক্তদা চংলম্মী, য়ুমদুগী কা কাদু মম্মী—মী কৈক্তে। য়ুমদু থুংনা চৎলবদা মমৈথংদা মথক্কী কা অমদা উরম্মী, মুৎশি মুৎশি থাউমৈ থাল্লি অমস্তুং শেগায়রবা কমুংদা শিগদোরবা নুপা অমঃ তাদুনা লৈরি অমস্তুং মাগী মনাক্তা থম্বাল-মানবী নুপী অমনা হাইহৎ হাইহৎদুনা কপ্লি। মহাক্কা অহিংদা করিনো য়ায়া অকীবা মত্ত অক্ষা মত্তখি। করে উপেনদাদা, নহাকপু মত্ত থাজত্রা?

উপেন্দ্রনা শয়া হায়রকই, "থাজদে। অদুগী মথাদি?"

সতীশনা হায়রকই, "মদুগী মথাদি, অহিং অদুমক্তদা মুপাদু শিথি। জমিদার বাবুনা থম্বাল-মানবী নুপ্রাবীদু মযুমদা পুরক্লপা নমদুনা লুগোংখি। মাইকৈ মরিদা খিনা ভাংনখি। অদুগা মদুগী মুংভাইতবনা মাগী নুপী অহল ট্টু চাদুনা আত্মঘাত তৌখি।"

হুয়া হুয়া থম্বাল-মানবী ছায়না পল্লকপদুদা উপেন্দ্রনা খঙলে, সতীশনা বিষবৃক্ষ (হূ-পাম্বী) গী অমোৎপা চিংথোকরকপনি অমস্তুং সতীশকী মসি নিংশিংবগী অঙকপা কংবা শক্তিগী পরিচয়নি ছায়দুনা অতোপ্পা মতমদদি য়ায়া নোক্লম্বা য়াই, অদুবু হৌজিক মোক্লিংবা পোক্তে। মওং তাদনা লিবা রারী অসিগী মঙ্গুংদগী ক্রজদবা ইঙ্গিত অমনা তেনগী মতোগুম পাইরক্লুনা মহাকী থম্মোয়দা য়ুররে। মসিদি সতীশকী নিংশিংবা নত্তে —মসিদি মাগী চিংনবনি। চিংনবা অসি কয়িনে, অমশুং কনাবু চংজকম পীদুনা বিষবৃক্ষগী মশা-মরেং শন্দোক্লুনা মশাগী ছাঁচাদা

শাগৎখিবগে, য়াক্কম অসিমক নিংশিংলক্লুনা উপেন্দ্র শাথিনা ঙাকাইবনা ঙোকম খঙলক্লে।

সতীশনা অমম্বদা উবা ফংক্লে, ঙাইহাক্কী মনুংদ্রা উপেন্দ্রগী মাইথোং ঙাইফেৎ তাইক্রে হায়বা। সতীশনা মৈশাদা মৈশা হাপত্তুনা অমুক হন্না হায়রকই, "নশানা নখোঙনা থোংনা চৎত্তুনা নশাগী নমং থিজক্কন্থু উপেনদাদা।"

উপেন্দ্রনা শাওথুম্ন পীবা ঙমক্তে। কনা কুইনা তুমিন্না লৈরুগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "বাংলা নোভেলগী রা তোক্লসি। অদুবু করম্না মথলগী পাউত্তাক পীবা পাম্লিবনো হায়ম্নু?"

সতীশনা নোক্লুন হায়রকই, "মসি য়েংবিয়ু উপেনদাদা, নহাক শাওরে। নঙোন্দা পাউত্তাক পীবা ঐনা ঙম্বা নত্তে—অদুবু নখোঙ পাম্ন-হুনা হাযঙবদি ঙম্মী, মক্কম অদুদা নহাক্ক চৎলুবগী ক্রাম্নবা ম্লেতে—মখোয় অকবা ম্নী নত্তে"

"মখোয় হায়বদি কনা কনানো?"

সতীশনা হায়রকই, "শাওবিরক্কন্থু উপেনদাদা, মখোয় হায়রুসি রুজবা রাতৈ হায়বত্তুনি। ঐনা হারানবাবুগী রা হায়রুবা নত্তে—মহাক্কি অক-কত্তগী মপালদা লৈত্রে। মাগী মমাস্থু ইমিৎতা উদ্রি, ঐনা অহুমশুবা মীশকপু পনম্বনি।"

"অহুমশুবা মীশকী মরাল? ঙেংঙোই সতীশ, নহাক্কী বাবানা করিঙুম্বা অতোপ্পা মীশক অমদা মাগী অরৈবা পুম্নমক ইহুনা পীথোকখিনবা রারেপ লোত্রে হায়না থল্লো, মতুদা নহাক য়াম্না হরাওবা য়াই, নত্রা?"

"নত্তে, আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু উপেনদাদা, বাবাগী মতু দরকার ওইদনবা। মহাক্কা ঐবু অকবা মচানি হায়না হরাওদে হায়বা থঙই, ঐ মাগী কত্তবা মচানি, অদুবু কত্তবা মচাম্নুপা অসিনা মহাক শিবা মতমদা ফিজেৎ-লৈতেংহুনা বিন্দি নমহুনা কোইচৎ চৎলোই। ঙসি ঐনা রায়াম শুরিবসি ঙাকপিগনি উপেনদাদা, অদুবু নহাক্কা থজিক্কং মিৎয়েং চংলম্নবদি উবা ফংলমগদবন্নি, হারানবাবুগী অদুগুম্বা রাক্কম অদু শুপ্রদগী পাম্নমরগী নত্তে, থোইদোক্লহুম নুমিৎ কয়ানি চংনা কনা কনা খল্লকবগী কলানি।"

সতীশনা অমুক হন্না হাযরকই, "নহাক্না পুক্লিংদা খল্লুহু উপেনদাদা, হারানবাবুনা নাঙান্দ্ থোদাং পুম্নমক শিন্নবা মতমত্তুদা মাগী নুপীগী রাকম্মকপু কাউথোকলুবনি, নত্রগা ঈকাইত্নুনা পনবা ঙমদবনি। থোই-দোক্লতুম ঐনা থাজে, নহাক নশামক্লা করিগুম্বা পল্লমদবা থোক্লবদি মহাক মশানা খঙনদি করিগুম্বা রাহৈ অমতা পল্লম্লোই।"

উপেন্দ্র মপুক্লিংদা কনা ঙমথে লৈতনা রারোৎক্লুনস্সু ঙসায়মখে ভুন্নিন্না খাংলক্লিবনি ; অদুবু অতোপ্পগী নুপীগী মরমদা অসিগুম্বা চিংনবা ইঙ্গিত পীরকপসিদা মহাক খাংঙম্লক্রে। খোঞ্জেল কপ্পা-করুম্নবা হায়রকই, "সতীশ, নহাক অম্বুক হাক্লা হৌন-খঙলম্লোই হায়বসি ঐদি খল্লমদে ; নঙ রাঙাং-শাঙাং কাওবদা লৈখ্বা তারমাল্লে।"

সতীশ নোক্লক্লে। হায়রকই, "হৌন-খঙদ্রিবদি করিদা ? ফত্তববু ফত্তবনি হায়বা অসিগীদমক্লা ?"

"অফবা ওইসনু, ফত্তবা ওইসনু, নঙগী অধিকার করি লৈ ?"

"অধিকার করি অম্বুক লৈগনি। মতুদি ইংরাজী রাহৈনি, বাংলাদদি মতু চৎনদে। ঐখোয়গী সমাজদা অদুক কুপশিন্না বিচার তৌনদে। জেলখানাগী বন্দীবু হুবানবনি হায়বদস্তু মী কয়ানা য়ানিংদে, অদুবু রাকম অদুদি মীচম মঙানদি লৌশিনবা ঙমদে।"

"মতুনা তোংঙানবা রাকম্নি। প্রমাণ ফংলবা তুংদা হুয়ানবা হায়বনি, হুয়ানবা জেলদা চংই, অদুবু মাগী মরমদা করি প্রমাণ নহাক্লা ফংলবগে ?"

"প্রমাণ ফংদবা কয়াম্সু জেলদা চংই, মতুদি জজসাহেবকী খুৎতা লৈরে। ঐখোয়না খঙবা ঙমদবতু মহাক্লা খঙই। অদুগা নঙ-ঐনা ঈশিংগী মত্তৌগুম তক্ত তরু উরিবতু অদুক চাওবা জজসাহেবকী মফমদা চীংজাওগুম থোকপা য়াই। ঙসি নহাকী মরমদস্তু রাকম অসিগা চানৈ। রারেম ঙাংলিবনি খনবিগনু উপেনদাদা। অস্থুক চাওবা সংসার অসিদা মিৎয়েং থমতুনস্সু মী অয়াম্বনা ঈশ্বরগী প্রমাণ থিবদা ফংদে। নহাক শাওরক্লনি হায়বা খঙই, করিগীনো হায়ববু মতম খুদিংমক্লা নহাক্তি অফবশিংগদা ভীম্নৈ, অফবদা য়েংই, অফবা ওইনা লৈরি, অদুবু ঐগুম্না অফ-ফত্তা উতুনা করিগুম্বা পাকা ওইরম্বা থোক্লবদি ঐনা রা অম্বুক য়াম্না হায়রুবগী দরকার ওইরম্লোইদবব্জি, মহাক নশাগী মিৎনা পোৎ কয়াগী অশেংবা মশক উবা ফংলমগদবনি।"

উপেন্দ্রনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "পোৎ খুদিংমক উরুবগী ঐঙোন্দা দরকার ওইদে, নত্রগা পাকাগী মী ওইরুনবগীদমক নঙগী নতৌঙ্গুম হৌন-খঙদবা ওইরুবসু ঙম্লোই। নঙগী রাকমসি তোকও, গাড়ী গেট মনুংদা চংলক্লে। অদুবু রা অমদি কাউগনু সতীশ, কাঁচাগী মমল কপ্পিনে হায়বদু অমুবসু হেন্না পাকা ওইরক্লব মতমদুদা খঙবা ঙম্লক্নি।"

মথংগী নুমিত্তা উপেন্দ্রনা য়াহৌবদা নুমিৎ কায়রম্লে। ফনা কুইখ্রে নুমিৎ থোকপা, মদু থোঙনাওগী অহোবদা ফাওজিল্লকপা নুংশা মঙালদা য়েংথোকলুবমক্তদা খঙবা ঙম্লে। উপেন্দ্র তোৌযম খঙদনা হৌগৎলক্লে। কাদা সতীশ লৈরমদে, মহাক কদায়দনো চৎখি। মপান্দ বিহারী লেপত্তুনা লৈ, চংলরগা পাউ তম্লরে, সতীশবাবু বাগান্দা কুস্তি তৌরি অমসুং মথাদা চা পুথোকহৌরে, মকমদুদা সাহেবখোয় ঙাইদুনা লৈহৌবে।

উপেন্দ্রনা থুনা য়াংন শেম-শাবগা মথাদা কুমথবমক্তদা জ্যোতিষনা মখুৎ পাযদুনা চাগী টেবিলদা ফমহল্লে। মকমদুদা মহাক্কী মচলনুপী সরোজিনীসু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্না পাউ-চে ফংথোকপগা মাইথোং মকাল্লাম্না হায়রকই, "ঙরাং অহিং পুং তরা তাবা ফাওবা ময়াম হুন্নিরক্লুপা ঙাইজরম্মী। মমৈথংদা তামোয়াইমনা হায়, শোয়দনা কনাগুম্বা নুংশি-হৈতবা মরুপ অমগী মথুক্তা তাদুনা ফাদুনা পুথিরম্লগনি. অদুগা অহিংদা হল্লক্তবসু যাই। ঙরাং অহিংবু কয়া য়াম্না থেংনা হনবিবকপগে উপেনবাবু?"

উপেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়রকই, "বারোদা! অরুবা থবক অমদা পুন্দুনা লৈরুবনা মসামসু রাহনখ্রে।"

জ্যোতিষনা হায়রকই "মদুবুদি ঐখোয়সু খঙই। নখোয় কায়দবদা লম্বীদা চৎতুনা লৈপ্রোক্লমগনি হায়বা ঐখোয় খন্দে। সতীশবাবু কদায়দা চৎপ্ররগে?"

বিহারীনা চংশিন্নরগা হল্লংলরে, সতীশবাবু বাগাননগী অসোমদা কুস্তি তৌরি অমসুং মঙোন্দা পাউ পীরুরে।

বিহারী চৎপ্রবদা জ্যোতিষনা উপেন্দ্ররোমদা ওনশিল্লুনা হায়রকই, "কুস্তি করিনোনে। অতোপ্পা কনা য়াওবগে?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐদি খণ্ডদে। কুস্তি ওইরমদবা য়াই, অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক হকচাং-শাজেল শান্নবা পায়কপনি, অদুনা করিনো মথন্ন অমগী করিগুম্বা খরা তৌরম্বা য়াই।"

সরোজিনী ওরাং নুমিৎ য়ুংবদা মিউজিয়ম য়েংবা চৎলুই। সন্ধ্যা মতুংদা ময়ুমদা হল্লকপদা তারম্মী, উপেন্দ্রবাবু অমম্মুং মহাক্কী মরুপ লাকই হায়বা। অদুবু মতম অদুদা মখোয়দি পাথুপ্পেঘাট তম্না যাত্রা তৌখিরম্মে। হংলকই, "সতীশবাবু হায়বদি কনানো উপেনবাবু? ঐদি মশক উন্দ্রি।"

"ওরাং ঐখোয় লাকপা মতমদুদা ইবেম্মা লৈরমদে। সতীশ ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্নি, চহিদা য়াম্না হন্থরবসু—মসিনি—"

সতীশ কাদুদা চংলক্লে। কয়াদা ফজপ্রবা, কন-থৌপ্রবা, রাং-চাওপ্রবা হকচাংনো! লাইবক্তা মতম অদুদসু হুমাং মরিক মরিক কারি, নিংথিজরবা ভোরবা মাইথোংদা তঙাং তঙাংবা কাপ্লিবদুনা অমুকসু হেন্না ফজনা উরি।

সরোজিনীনা মিৎকুপমুক য়েংলুরগা মমিৎ হন্থপ্রে।

জ্যোতিষনা হায়রকই, "বিহারীনা অদোম কুস্তি তৌরি হায়রম্মী। অদুবু কুস্তিসু তৌবিয়ু, অদুগা তৌনিংবা তৌবিয়ু, অদোমগী হকচাংদা য়েংলুবদা কল্লক্কবা ওমজে, ঐখোয়গুম্বা মী মরি-মঙানা ফাওবা অদোমগী নাক নকউবা ওম্মোই নিংই।"

সতীশনা নোককৎ ভৌদুনা হায়রকই, "চাং-য়েংবিদনা অদুক চাওবা সার্টিফিকেট পীবিগনু। মদুদা নত্তনা হকচাংগী পাজল্লনদি করি কায়গনি, ঐগী অতোপ্পা করিগুম্বা পাজল অমত্তা লৈতে।"

রাসিগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা নুংঙাইতবগী মমি তাই। সরোজিনীনা চা হৈনা হৈনা ভাবনা শারকই, সতীশবাবুগী ইমুং-মনুংগী কিভম কন্নমদবা য়াই। জ্যোতিষতি হায়ননা উপেন্দ্রগী মকমদগী পূয়মক তাপ্রবনি, মহাক ভুমিন্না লৈ। চৈরক অসিদা চাগী কপশিংদু থল্লক্লে। সতীশনা মাইকৈ অদোমদা হন্না য়েংলুদনা ফল্লাংদা থেৎলিবা পিকচম অদুদা মিৎয়েং হোংদনা য়েংদুনা লৈপ্রে।

জ্যোতিষনা হায়রকই, "লেগুশিনবিরক্লো সতীশবাবু, থোরাং পুম্নমক লোইরে।"

সতীশনা হন্দোক্লগা নোককেৎ তৌনা হায়রকই, "ময়াম হৌবিরে়া, ঐদি ঈরুজদনা করিমতা চাদে।"

"মহুদি অকবনি! ঐদি মহু থগুলুদে, অহুদি চৎপিরো, অমুক খিম্ববিরম্নু—বেয়ারর—"

"নত্তে নত্তে, অদোম রাবিরুম্নু। ঈরুজবা ঐ মতম চানা লুজগনি, মহুদা নত্তনা অয়ুক্তা চাব-থকপা ঐগী হৈনবীস্নু লৈতে। ঐগী চাকলেন্দি সাধারণ মী মগুাদগী থরা য়াম্মী—মতম চাদনা কান্নদবা পোৎ চাশিন্দুনা মহু মাংহনবা পামজদে। মহুগী শরুকপুদি ঐ হারমোনিয়ম অসি খোংহুনা ভজন অনিদং শক্কে, ময়াম থবক অনিমক কান্নবিয়ু।"

ঈশৈ শকপগী রা হৌদোরকপহুদা সরোজিনীনা খোইদোক্লা মাইথোং মকালান্নক্লে। মমাই থাঙ্গৎতুনা থগুহৌদনা হায়দোরাক্ল, "মহু কৈ!" অহুবু থংনবা মিৎকুপমক্তুদা ঈকাঈরক্তুনা মমাই লুকথক্লে। রাহু মশাগী মনাকোংদ ফাওবা কৈনো'মা তৌনা তারকই। জ্যোতিষনা নোক্তুনা হায়রকই, "ঐগী ইচলদি ঈশৈগী রাবু ওইরবদি অতৈ করিস্নু পামদে। নত্তে নত্তে সতীশবাবু, অদোম—"

উপেন্দ্র ওসায়মখৈ তুমিন্না লৈহুনা মপুক্লিংদা শাওম্নিবনি, হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মহু ওইরবদি করি? মাদি ঈকুজদনা চাদে, অমুক্তা চাদে। ঐখোয়না মাবু অস্নুম থাগৎ-থাগৎতুনা লৈরগদবা, অহুগা চাদি কপ্তা ঈশিং ওনথ্রসম্নু। খোংগৎলো সতীশ, নগী করিনো ভজন-মুংজন লোইথোক্লোসে, ঐগী থবক অতৈস্নু লৈরি।" হায়রগা চাগী পাত্র থাঙ্গৎতুনা মচিন্দা চুপ্লকই।

জ্যোতিষনা মপুক্লিংদা খোইদোক্লা পেঞ্জরবগুম তৌহুনা নোককেৎ নোককেৎ তৌরকই।

সতীশ লাপ্পা চেয়ার অমদা ফমথক্লে, মহুগী মতুংদা ঈশৈ শক্লিংবগী হৈনিংবা অমুক লৈখিক্লে। সরোজিনীনা মাইথোং মক্লা মরু লুকথহুনা চা ওৎলকই।

উপেন্দ্রনা চা থক্লা থক্লা হায়রকই, "মাবু কদায়দনো পুরগা করিগুম্বা পুক্লিং লৈতাবা কংলবদিকো! অস্নুম্না মাগী স্বভাব লৈশেমদগী তোংগাল্লি,

করিনো অমা নত্রগা অমা ভেক্তা তৌরুই। মাম্না অয়ুক্তা ঈশৈ শক্কে চাম্নবী মতুম্তা বাঁশী খোংগে হায়রক্কবসি লাইবক ফবনি।"

রাসিগী মনুংদা অচুম্বগী মমি মচেৎ অমত্তা ওইরবস্থু তাই, মহু অমানস্থু ভাবনা শাক্কনা ভমত্রক্তুনা কাপ্পী ওইনা লোইনা ময়াম লৌরুকই। চৈরক অসিদা চা থকপস্থু চথরি। অসোমদা সতীশমা অমুক তুমিন্না লৈবা ভম্মেত্রক্তুনা কাদুনা খেৎলিবা লাইশিংদু কোইয়েং লেংলি।

সন্ধ্যা মতুংদা মতম অমদা সরোজিনীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অয়ুক্তা অদোম্না ঈশৈ তাহনবিখিদে, অদোমগী য়াম্না চুমদবনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করে. হোমিওপেথিক মহুগী প্রতিকার ভৌবা ভমগনি, অয়ুক্কিনসস্থু সতীশ।"

জ্যোতিষনা হায়রকই, "ওশেংবনি উপেন, ঈংবসিদা কদায়দস্থু চৎথোক্লিংদে, ঈশৈ-লোংমাই খরা ভৌবা কত্তবা নত্তে। অহুবু সতীশবাবুদি কদায়? ডাক্তর শাবা চৎখিবদি নত্তেদনা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ওইরম্মস্থু য়াই। শকখঙ-মাইখঙনবা মরূপশিংগা উনবা চৎখিবা ওইরমক্না নিংই।"

সরোজিনীনা ওক্কুনা হংলকই, "সতীশবাবু ডাক্তর ওইরে?"

উপেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়রকই, "হোয়।"

জ্যোতিষনা হায়রকই,"নত্তেনে উপেন, শুপ্নগী স্কুলদা তম্মনদি ওইরোই। কনাগুম্বা অকবা হোমিওপেথি অমগী মথাদা করিগুম্বা নুমিৎ খরনিবু লোয়নবা ভম্নবদি খরা হৈরক্কনি। মহু নত্রবদি হায়নবা অমা লৈদনা, মথুত্তা মী চাম্মা শিরবদি মাইবা ওই অহুগ: মথুক্তা মী লিশিং মথরায় লাল্লগনা অকাওবা লায়েংবা ওই—মথুত্তা মী মথরায় লাম্নুনা তোক্কনি। ভদ্রলোক অমগী মনাক্তা থাজিনবিবা ঐ ভমগনি, অহুবু অহুক হাক্লা তীম্নবা য়াগনা হায়বদি ভমদে—নহাক্না পীরিবা সার্টিফিকেট মগুংদুদা—"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মী করবদি শোয়দনা তীম্নবা য়াগনি, মহু নত্রবদি ইমু-নাইমু তানগনি।"

সরোজিনীনা ওক্কুনা য়েংলক্কই, জ্যোতিষনা হায়রকই, "অমুকস্থু হেক্লা রুয়বনি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করম্মল্লি। মাবু-খঙবা ওন্নবা, মাগী দোষ-গুণ পূম্নমক ভাব তারবা, মাগী থম্মোয় ফংবা ওন্নবা মহাক অদুদি য়াম্না ফবা পোৎশক ফংলবনি। অদুবু ফংবদি লুই। মা মীরু নত্ত্রগা অপঙবা, মদু নত্তে, থোইদোক্লদুম য়াম্না চম্বী, য়াম্না তোম্নরিংই। ঐনা খনবদনি অসুক হাক্লা জোরবিংক্রি হাক্লহুনমক মীনা মাবু লাম্না লৌনরিবনি। মত খেন্ন-রবদি ঐখোয়না হৌন-লোনচৎ ঙাক্লুনা অদুগা ফজখোকপা মওংদা মত খেন্নবদু থাংদুনা থম্মোয় লূন্না হল্লকপা তাই, মানা মতুগুম্বা মফমদুদা চমখোক্লহুনা কিশি থোক্লগা হল্লকই, থম্মোয় লূম্না চল্লক্লে। অঙাং ওই-রিভৈদগী মাবু খঙলক্লবনি, মচিন্না অমা অদুগা মপুরিংনা অমা ওইবা কৈদৌউভেদসু উরক্ত্রি। অসুক নুংশিরিবসি মতুগীদমক্তনি।"

জ্যোতিষ নোক্লকই। হায়রকই, "মসিগীদমক ময়াম মরক্তা লোয়ন-মিন্নবা লুই হাযবিরিব্রা?"

জ্যোতিময়রোমদা মতমদুদা উপেন্দ্রমা মপুক্লিং চংলুদে। অদু মা মাগী রাশিংদু মনাদা চংলবসু থম্মোয়দদি চৎখিদ্রে। অঙাং ওইরিভৈগী মরুপকী মায়োক্তা ওবাং অহিং উৎখিবা ব্যবহার অমদি শিজিন্নখিবা অকনবা রাতৈ অদুনা মহাকপু নুংদা মৈশা লাংহল্লক্লিবনি, মদুমক্তা রা ঙাংনা মহাকী মপুক্লিং হৌখিবা মভমগী য়াম্না চিক্লবা লৈবাক্তা চংশিনখি। অঙাং ওইরি-ভৈগী খৎন-চৈনবা মচা-অচৌবদা অভোপ অতোপ্পা লৈকাইগী লেংমান্নবা অমদি লেংমান্নদবশিংগা থুৎখোক্লবা, য়ৈন-শুনবা, খৎন-চৈনবা অমসুং অমুকসু তেন্না থুদোংথীবদা সতীশনা মাগী রাং-চাওবা অমদি কন-খোবা হকচাংগা লোয়ননা মতম থুদিংমক্তা মহাকী নাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লে। নিংশিংলিবা অমদি কাউথোকগ্রবা রারী পূন্নমক্তু মতুগী মরক অদুদা চংলক্লুনা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা থোইদোক্লা নীংঙম্নক্রুবনি অমসুং জ্যোতিষকী রাদা উপেন্দ্রনা শৎ হায়দোকখ্রে, "হোয় মতুগীদমক্তনি। ভশেংনা মতুগীদমক মতম চুপ্পদা মাবু অসুক হাক্লা নুংশিরিবনি।" জ্যোতিষ অমসুং সরোজিনী মবানিমক চঙক্লহুনা য়েংহুনা লৈখ্রে। মরি লৈনদবা রা অসিগী অর্থ কনানসু লৌশিনবা ঙমদ্রে।

অদুবু রাহং অনিশুনা হংননবগীসু মভম লৈদ্রে। মখোল থোক্লু পর্দা হাইদোক্লুনা সতীশ চংলক্লে। মহাকপু অহানবদা সরোজিনীমা

উম্মকই। মহাকমক্কা হয়াওবা খোম্থোক্তা তম্মাম্না হায়রকই, "য়াম্না ফয়ে, সতীশবাবু লেঙলক্লে।"

সতীশনা ভুমিন্না ময়ামদা য়েংলগা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "ঐগী য়ারী শাবিরম্লিবনি খঙজয়ে! উপেনদাদানা ঐগী মাই থক্কম অমুক লৈহল্লোইদৌরি।" হায়রগা খোইনা লাপ্তুনা সোফা অমদা ফমগদবগী তৌবদা উপেন্দ্রনা মথুং থিন্দুনা হারমোনিয়ম যন্ত্রচু উৎতুনা হায়রকই, "চুমত্রিংনা অসিদা চংশিন্দুনা ফম্মুচো, সরোজিনীনা হৌজিক্তা দোষ তৌরম্লিবনি, শুপ্পগী ঐনা মরম ওইদুনা ঙসায় ঈশৈ তাবা ফংখিদ্রিবনি হায়না।"

হায়রিবা আসন অদুদা ফম্লগা সতীশনা ফাগী তৌদুনা হায়রকই, "হৌজিক্কি ঈশৈ শকপা ঙম্নরোই—মসিদি ঐগী বাঁশী খোংবগী মতম্নি উপেনদাদা।"

অহিং অদুদা খরা থেংনা সভা কায়রবা তুংনা ফমুংদা হিপতুনা সরোজিনীনা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা মপুক্লিংদা হাম্লজরকই, মহাক করিগুম্বা ঐখোয়গী কনাগুম্বা মরি-মতাকা ওইরম্বা থোক্লবদি মঙোন্দা তম্নমগদবনি। মহাকপু সঙ্গীত তম্বিনবগীদমক হিন্দুস্থানী ওস্তাদ অমা থম্লি। মহাকমক্কী মহুৎ সতীশপু শিলহম্নবা কল্পনা শাগৎনবগীদমক উপায় মথল মথল থিনা থিনা মতম অমদা তুমথখ্রে।

## তরামন্রি

উপেন্দ্র অমসুং সতীশ চৎপ্রবদা গেটকী থোঙ লোনশিল্লগা কিরণময়ী মফম অদুমক্তদা লেপতুনা লৈখ্রে। অমম্বদা মহাক্কী মমিৎ অনি অদু হিংসা চাবা শাগী মতৌগুম্নমক লংথৎলক্লে। মপুক্লিংদা নিংলকই, চেন-শিন্দুনা কনানো অমগী মথবাক্তা চিকলুবা ঙম্নবদি মহাক হিঙ্গনি। মথুক্তগী থাওমৈচু য়াংনা থাঙ্গৎতুনা ভাওচৎনবগী শক্লোন পুথোক্তুনা হায়রকই, 'মৈ চুরুনবা উপায় লৈরম্নবদি চুম্নমগদবনি। চুরম্লগা কদায়দববু ওইরবসু চৎখিরমগদবনি। কৌথোক-কৌশিন তৌনরিঙৈ লাও-খোংনরিঙৈদা থজিক থজিক চাকথৎলক্তুনা শিগদবনি, য়েরুবা হৌরকুবা মতম ফাওবা ফংলোইদবনি।' নিংথমথাগী অহিংদা ফাওবা মহাক্কী লাইবক্তা হুমাং

কারি। মতু মথুৎনা তৈথোক তৈথোক্লা খুদক্তা মশাবু চৈজরকই, 'করিগীনো পাউ পীখিনবা শিল্লুরিবা! করিগীনো ইশাগী ইথোঙদা শীংজংনা য়ানশিঙ্গ্রিবা! অদুবু ঐ তশেংনা হায়বা ঙম্মী, পুন্নমকসি মী-কত্তা হনুবীদুগী খুজিম্নি। মচাম্নুপাগা তানদুনা মামক্লা অসুম্না থোকহল্লিবনি।'

সতীশকী রাহৈশিংদু কাজল্লীনা চিকপগী মতৌগুম কুইর-কুইরগা চৈনাখোল হেল্লকই। নুপা অনি অদু ফনা য়াম্না তাখিরম্লগনি হায়বদা মহাক্লা শন্না অমা ফাওবা চিংনবা লৈজ্রে, অদুবু কয়া য়াম্না অদুগা করি করি তাগ্রবগে, মতু'দি তাংদাংবা খঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক অমুক হেন্না খাংঙম্ক্রে। মঙোন্দা মপুরোইবা অমদি মনেম্বোক মখোয় অনি চংদুনা তাকপিথি, উপেনগী মতৌগুম্বা মী লৈতে। মহাক লাক্লবদি অমুক রারুনিংঙাই করিস্সু লৈররোই। করিগীনো মতু থাজরুরিবা। করিগীনো মহাক্লা মথুৎ-মক্লা চিঠি ইদুনা থারুরিবা। অমম্বদা হাইফেৎ চোৎনা ঙম্মাং মচি অমদা লেপদুনা শাওম্বী চন্নুরা অসিনা মখোয়বু মীনম্বা ঙাংবা, লৌতুনবা, শয়তান, শয়তানী অসিনচিংবা কয়া ঙাং-শক্তুনস্সু পেনবা ঙমজ্রে। অশাওবা অমদি হিংসানা মাগী থম্মোয়দা নৈখাযরক্লিবদুনা মতু কোঙ-দোক্লনবা লোন ফাওবা মচেৎ অমতা নিংশিংহনখিদ্রে। মতম অদুদা মহাক্লা মপুকচেল চপ য়ুংনা প্রার্থনা তৌজরকই, তম্খায় শিরবা নুপাদু অহিং অমুক লেন্দননবা।

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা অমুক্তা কিরণময়ী চাকশঙদা ফমদুনা ইপ্পাং শেম্লি, মীনাইনুপীনা ডাক্তরবাবু লাকই হায়ব পাউ পীরম্লে।

কিরণময়ীনা থাং থম্লগা মমাই থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "ইমা ঙসি মপা লুংঙারে। মঙোন্দা হায়রুচো।"

মীনাই নুপী হাইফেৎ চঙ্কৈক্লে। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "মহাক অসোমগী কাদুদা ফমদুনা লৈহৌই।"

মহাক্কী রাসিগী থোইদোকপা অর্থগী মাইকৈদা থজিক্তা ফাওবা মপুক্লিং চংলুদনা ইচম চম্বা মঙংদা হায়রকই, "মাগী হিদাক কনাস্সু চাবিদে, অদুম ওইনমক লাক্লিবসি করিগীনো খঙদে। নঙগী নথৌ তৌরুচো, মা মশান্না অদুম চচ্চখিনি।"

ডাক্তর অদিগী হিন্দাক শিক্তিন্নদে হায়বসি মীনাই নুপীগী মকমদা অনৌবা পাউ নত্তে। মরম অদুনা পম্লুবগী কান্নবা লৈতবনি। অদুবু মহাক লাক্লিবা কয়িগীনো, মসিদি অনৌবা ৱাহংনি। মহাক্না চঙরদুনা খল্লকই, ওরাং সন্ধ্যাদা মহাক মমুমদা হুনরনি. মদুগী চৈরক্তা অসিগুম্বা থৌদোক করি থোকখিদুনা মুম অসিদা ডাক্তর লাকপা দবকার ওইদ্রি-বনো। অদুম ওইনমক মথৌনা ফুদোক্তুন্না অমুক্তসু হায়রকই, "নত্রগনা ঐ ইম্ফাং থেম্রহৌরগে, নহাক অমুক্তা চংলুচোদনা।"

ক্ষিয়পমঙ্গীনা খঙহৌদনা থোকইদোক্লা থোঙ্গেল য়াক্লা হায়রকই, "নঙ চৎপ্রো চংলো। নশাংগী তৌনিংঙাই নথৌ খরা লৈরবদি ত্তৌরুচো।"

ইমও খঙহৌদনা মহাক্না থোইদোক্লা মরম চাদনা ক্ষিঙ্গৎলকপসিদা মীনাই নুপীদু শুপচিংদা চাওখ্রে। মুম অসিদা মহাক য়াম্না কুইরবমক নত্রবসু তশেংনা অনৌবদি নত্তে। মসিগী মমাংদা মতৌ অশুম্না মরম চাদনা ক্ষিঙ্গৎলকপগী পরিচয় ফংখ্রবনি, অদুবু তশেংনা অসিগুম্বা মওংগীদি মহাক্না নিংশিংবা থোক্কে। অদুগা অতৈ মতম অমদা ওইরম্লবদি মহাকসু শাঙ্গৎলক্লমগদবনি, অদুবু ঙসিদি শাওগৎত্রে, শাথিনা ঙকপনা মহাক নুংবংনপ্লে। অদুনা ক্ষাইহাক তুমিন্না লৈরগা মহাক্না তপ্না তপ্না অসোমগী কাগী থোঙজিন ময়াদা লাক্লগা ডাক্তরদা হায়রকই, "মহাক থবক চিলহৌই, হৌজিক অদোম লেংবিখ্রো।"

ডাক্তর মখোঙ ময়াদা ব্যেগ্রতু থমদুনা কাংথোল অদুগী মথকমক্তদা মপুক্লিং চরাংননা কম্লম্মী, হায়রকই, "চিল্লিবদি করিনোনে! থবক ঐগীসু লৈ।"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "অদু ওইম্লবদি চৎপিবোদনা বাবু।"

ডাক্তর চঙরুপ্রে, হায়রকই, "অমুক্তা হায়রুচো চৎলো, ঐগী অরুবা থবক অমা লৈ।" মীনাই নুপীনা হায়রকই, "ভাব তাবিদ্রিবা করিগীনো ডাক্তরবাবু! ঐনা য়াম্না হায়জরুরবনি—অমুক হন্না হায়রুবা ঙম্মরোই। মদু পুম্নমক্ত ঐদি করিসু খঙদে, ঙসিদি চৎপিখ্রো।" হায়রগা মহাক চৎখ্রে।

থৌওইদবা অমদি থোপাদবা অসিদা অহানবদা ডাক্তরবাবুদু শাথিনা চৈথেং কংখ্রে, অদুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা ঈকাইনিংঙাই ওইবা থৌদোক

অমা থোকখিরম্বা য়াই হায়না মপুক্লিংদা ফাওরকপমক্তদা মহাক মনুংগী ওইবা রাকমচু তানিংবনা খাংঙম্লক্রে। মহাক্না ঙাইহুনা লৈবদা অকায়বা করিস্তু লৈতে অমম্ভুং ঙাইহুনমক লৈরে, অদুবু কনাস্থ তল্লক্রে। মতমদুদা লেপ্লা লেপ্লা কয়া কয়া খল্লবা তুংদা চৎলগে খন্দুনা হেণ্ডহৌগতু পায়খৎলগা মহাক্না মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, থোঙজিন্দা কিরণময়ী লেপ্লি। ডাক্তরনা থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা রারোবা নমথরগা হায়রকই, "খিত্তা হন্দোকউ য়াম্না থেংগ্রে. অনাবা ঙতৈ কয়ানা ঙাইনহুনা লৈরমগনি—ইমা ঙসি মশা মুংঙাইরেদনা ?

"মুংঙাইরে," হায়রগা কিরণময়ী লম্বী থাদোক্তুনা মচি অমদা হন্দোক্তুনা লেপখ্রে।

অদুবু ডাক্তর মখোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক মশানা হায়দোকখ্রবা রা অদুনা লেপতুনা লৈবস্তু লুনা থোক্লে।

কিরণময়ীনা নোকমি নোকমি তৌরকই। হায়রকই, "চৎলোদনা!"

ডাক্তরনা মমাই থাঙ্গৎতুনা পীগুম শুক্লকই; হায়রকই, "ঐ চৎখিবা ঙম্মোই হায়না নঙনা খনব্রনে ?"

"ঐবু অঙাওবীরনে নহাক চৎখিবা ঙম্মোই খনগদৌরিবদি ? হোয় ডাক্তর, অনাব কনা কনানা নহাকপু ঙাইহুনা লৈরমগদগে হায়য়ু তাসি ?" হায়রগা মমাই লৈথোক্তুনা নোক্লকই।

শাওরবা ডাক্তরনা অহানবদা মচিন অদু থুবাক্লা থাজিন্দুনা মেন্নশিনবা পাম্লকই, অদুবু মতুদি ওইথোকপা য়াবা নত্তে, অস্থুম্নদা হায়রকই, "চৎপ্রো নঙ।"

"ঐ কদায়দা চৎকদগে ? য়ুম ঐগীনি, চৎপা তারবদি নঙমক চৎখিগদবনি।"

"ঐ চৎলগনি," হায়রগা মহাক চৎখিগদবগী তৌরকপমক্তদা কিরণময়ীনা থোঙবা অনিদা মথুৎ পায়রগা লম্বী থৎতুন হায়রকই, "চৎলগের', অদুবু খঙজিল্লগা চৎখো, চৎপা অসিমক্লা অরোইবা ওইনা চৎলবনি হায়বা।"

মহাক্কী খোঞ্জেল অমম্ভুং শককম অঙকপা ফংনা হোংবা উবদ ডাক্তরনা চিংনরক্লে। অদুবু মচিন্দা হায়রকই, "ফরে, মচুমক্লি, মসিনা অরোইবা ওইনা চৎলবনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, “তশেংনা অয়োইবা খোঙচৎনি। লাক্লখা মতম অসিদদি ময়েক শেংনা পূম্নমক অহু খঙদোকখ্রো। করে, আদগী সিদা ফম্মু, পূম্নমক মশা থায়না হায়গে,” হায়রগা ডাক্তরগী হেঙুব্যেগতু লোবগা মখাদা থমখ্রে অমসুং মখুৎ থিন্দুনা চৌকি উৎলগা হায়রকই, “চাক খোংলুগদৌরিবনি. মতম খোইনা লৈতে, শম্মা হায়রগে—”

অসিগুম্বা মতম অসিদা মীনাই নুপীনা লাক্কুনা পাউ পীররে, বাবু অনি লাকই। মতুগা লোয়ননা মখাদা খোঙউপকী মখোল তারকপদা কিরণময়ী শাদানববু কীজরবী শজি অমোমগী মতৌগুম মীনাই নুপীবু থোক লাক্কুনা ইন্থোক্কুনা কাহুদগী হৌহুনা চেম্থোকখ্রে। ডাক্তর অমসুং মীনাই নুপী চঙরহুনা অমনা অমগী মশক য়েংনহুনা লৈখ্রে।

ইকুই কুইদনা খোঙউপ মখোল খোঙজিন ময়া য়ৌরকপদা লেপখ্রে। ডাক্তরনা শকখঙদবা ভদ্রলোক অনি উরে। ভদ্রলোক অনি অহুনা উরে, ডাক্তর। মহাক্কী পকেটতগী মিহুল য়েংননবা স্টেথোস্কোপকী মচিন থিঙৎতুনা লৈরিবহুনা পরিচয় তাকখ্রে। উপেন্দ্রগা সতীশকনা উরে, ডাক্তরগী মাইথোং থোইদোক্না মকই। খুদোংথীবগী চিংমহুমা হংলকই, “য়েংবিবদা কমদৌষগে ডাক্তরবাবু?”

ডাক্তর ভুমিম্না লৈ। মহাক্কী মাইথোং অমুক্না হেন্না মুশিনখ্রে।

উপেন্দ্রনা কাহেন্না চিংনরক্কুনা হংলকই, “হৌজিকপু মওং কমদৌনা উবিবগে?

অহুম ওইনমক ডাক্তরনা ম্না ঙাংদে, লোম্থোক্তবগী মতৌগুম য়েংহুনা লৈ।”

মীনাই নুপীনা হায়রকই, “নহাক চৎখ্রো ডাক্তরবাবু, হৌজিক ফাওবা লেপতুনা লৈব্বিবা করিগীনো?”

ডাক্তরনা ভৌকম খঙদনা ব্যেগতু পায়খৎলগা হায়রকই, “ঐ চৎলে, থবক য়াম্না লৈরি ঐগী।” হায়রম্নগা উপেন্দ্রগা সতীশকগী মরক খায়হুনা থুনা য়াংনা মখাদা কুমথখ্রে। অহুগা মহাজন অসিগী খোঙুল লিহুনা মীনাই নুপীহু কদায়দা মাংখ্রবগে হায়বা অমুক খঙখিদ্রে।

চিক্লবা নিংখায়রবা য়ুমহুগী কায়রবা মাঙোল মথক্তা অয়ুক্কী পুং মাপল তাবদা উপেন্দ্র অমসুং সতীশ ঙকপনা তিংঙক-মাইওক্লনা মখোয় অনি অমনা অমগী মশক য়েংনহুনা লৈখ্রে।

ঙাইহাক লৈরবা তুংদা সতীশনা হায়রকই, "উপেনদাদা, হারান-বাবুগী মমাবু ঙাওব্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মা হারানদাদাগী মমা নত্তে, অতোপ্পা কমানো—মীনাই নুপী ওইরম্বা য়াই। অদুবু ঐনা খল্লিবদি, ডাক্তরনা মওং অদুম্না চংলিবসি করিগীনো ?"

সতীশনা হায়রকই, "তশেংনা হুরানবগী মওংগুম কারগব্রা কীদুনা চেনখিবা মাল্লি।"

উপেন্দ্রনা রাখল অমদা তাওবগুম হায়রকই, "খরমখৈ। কনাস্মু লৈবা উদে, আদগী কাসি হারানদাদাগী নত্রা ?"

সতীশনা হায়রকই, "মানি, চৎসি চৎলো।"

"অদুবু পাক হেক চংলুনবা থৌনা লৈতে। ঐ করিগুম্বা খরা থোক্লমগব্রা মুংশাথি।"

সতীশনা হায়রকই,"অদু ওইরবদি মীয়াম্না লাও-খোংনবা তাগনি—মতুদি নত্তে।"

অসিগুম্বা মতম অসিদা উরক্লে, অসোম থংবা মাঙোল কোইদুনা মৌ লাক্লি। পুক্লিংদা নিংলকই, মহাক হৌজিক্তা রূপলুবগুম—মপী তৈথোক্লগা লাকপগুম। ঙরাং থাওমৈগী মঙালদা শক ফজনা উথিবা মাইথোংদু ঙসি অয়ুক্কী মতমদা খঙলে, নুমিৎকী মঙালদা ময়েক শেংনা উবা অস্থুক হাক্লা ফজবা করিগুম্বা 'নুমিত্তম্মু অমুক্তা উথিল্লি' হায়বা। অহিংবদস্মু, অয়েকপদস্মু।

মৌনা হায়রকই, "ঙসিস্মু ঐখোয় থৌবাং তৌহৌদ্রে। লাক্কনি তাকপিরম্লগা চৎপ্রবস্মু লাকপা ঙম্বিরোইদ্রা খল্লম্বমি।" সতীশকোম্বদা য়েংদুনা খঙহৌদনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই,"ইনাও-ইবুংঙো নিদনা !

ঙসিদি সতীশ মরু লুকথক্রে।

উপেন্দ্রনা হংলকই, "হারানদাদা কমদৌরিবগে ?"

মৌনা শম্না খুম্নকই, "হান্নগী অদু মঙাই। লাকপিদ্রো অঙোম্বগী কাদা চৎসি।"

হারানগী কাদা মাগী মমা অঘোরমণী ফম্মুং মচিদা ফম্লম্মী। উপেন্দ্রনা খুরুম্বমক্তদা মহাক হৌনা রূপথোরক্লে।

হারান্না চোকথরবা খোঞ্জেলদা খামজিন্দুনা হায়রকই, "তুমিন্না লৈরো ইমা।"

উপেন্দ্র ঈকাইনা মথরায় রানা মচি অমদা ফম্লরে।

সতীশনা কোইয়েং য়েংলগা ভমজবমখৈ মাইথোং লুম্ল। উগী উপুত্নুগী মথক্তা ফমল্লে।

মৌ মিৎকুপমুক লেপতুনা লৈরম্লগা সতীশতা নোংথাংকুপ্পগুম্বদং মুন্না য়েংলম্লগা মপালদা থোকখ্রে, তশেংনা রাররম্বগুম্মী, নখোয়না তৌরিবা থবক্তু অফবা নত্তে।

## তরামঙা

সতীশনা মহাক ডাক্তর তম্বা লেপ্লাই হায়না লেপখ্রে। অদুনা মথংগী মুমিৎকী সন্ধ্যা মতমদা কনাদম্মু তারমদনা বিহারীগা লোয়নদুনা মহাক্কী হান্নগী লৈকমদা পুংলয়ে। য়ুমদু মতম অদু ফাওবা হাংদুনা লৈরম্মী, য়ুম্বুদা হায়নদুনা থা তরুক্কী ভাড়া থোরাং তৌখ্রে অমসুং অনকপা হিন্দু আশ্রমদা চৎলগা থিরুদুনা চাক-থোংবা নুপা অমা হায়নরম্লগা হরাওনা মপালদা থোরক্লে। বিহারীদা হায়রকই, "ঐখোয় য়েংমক লাক্কদবনি—করি হায়বগে বিহারী?"

বিহারীনা য়ানিংবা কোঙদোরকই।

লম্বী চৎনা চৎনা সতীশনা হায়রকই, "থবক অদু চুমদ্রবনি বিহারী। ফনা অমবু ওইরবস্মু মানা ঐগী য়াম্না তৌবিখি; অদুদা নত্তনা অমম্লোমদা খনবা তারবদি ঐহাক্কীদমক মহাক বোর্ডিং অদুদগী থবক তোকপা ভাখিবনি, অমুক্কং পাউ লৌরুবা চুম্মী।"

কনাগী রা হায়রিবনো হায়বা বিহারীনা খঙলে— তুমিন্না লৈপ্রে।

সতীশনা হায়রকই, "ফনা অমম্মু ওইজসনু কৈদোবগে, লম্বীগী চাক্লিবা ওইরবা ফাওবা অরাবা তারবদি য়েংবিবা কৈ—মদু নত্রবদি মীওই-মপোক অরেম্বনি। অদুবু ঐদি মখোয়গী য়ুমদা চংলোই—গলি মমুং ফাওবা চংলোই—হাইজিনফমদা লেপতুনা ভাইহৌগনি; নঙ অমুক্কং চংদুনা খঙদোকলুচো, অরাবদা তারস্ত্রা হায়বা। অরাবতুবুদি

শোয়দনা তারম্নগনি—মতু ঐ নিংখিনা উবা কংলবনি, অতুনা করিনো মঙং অমদা কয়রিনো খরা পীরম্ব. পাম্মী।"

বিহারী তুমিন্না মতুং ইন্নরি। সতীশনা হায়রকই, "অতুবু ঐঙোন্দদি মহাক্তা র পুম্নমক্তু হায়দোরক্লোই, অতুম ওইনমক নঙোন্দদি করিস্ব লোৎলোই—ভাব তারেদনা বিহারী!"

অতুম ওইনমক বিহারী রা ডাংদে।

সাবিত্রীখোয়গী গলি হাইজিনকমদা লাক্তুনা সতীশ লেপ্লরে। হায়রকই, "খোইনা কুইরক্কনুকো"

বিহারী গলি মনুংদা চংপ্রে, সতীশ মনাক অতুরায়দ' হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ—থাপ্লা চৎথোক্লবা খোনা লৈত্রে তুংদ অপাঙবা বিহারীনা মহাকপু উদতুনা অতৈ কদায়দনো চৎখিবা য়াই।

মিনিট তরারোমগী মতুংদা হল্লক্লগা বিহারীনা হায়রকই, "লৈতে!"

সতীশনা খঙনিংনা হংলকই "করম্বা কালদ হল্লকদগে?"

বিহারীনা হায়রকই, "মহাক অমুক লাক্লরোই। থা অনি ফাজিল্লক্লবসিদা অমুক্তস্ব লাক্তে!"

সতীশনা গ্যাস-পোস্টতা ডাহুনা লেপ্লগা খোঙেল লুম্ন হায়রকই, "মীনম্বা রানি। নঙোন্দা চালাক তৌরক্লিবনি।"

বিহারীনস্ব কন্না মঙক হাইতুনা হায়রকই, "কনানস্ব চালাক তৌদে। তশেংনমক মহাক অমুক লাকখিদ্রে। তশেংনমক মহাক ময়ুমদা চৎখ্রে।"

"মাগী কাগী পোৎতি?"

"তাতুনা লৈ। অতুবু অতুগুম্বা করি পোৎনোনে বাবু, মতুগীদমক মীহৌখিগদবা।"

সতীশনা শাওরক্তুনা হায়রকই, "অস্থম হেক্তা মহাক ঈনাক-খুনবা ওইবা য়াগত্রা? নঙ য়াম্না পুঙই, নঙনা মহাক অমুক লাক্লে হায়বা থাজতুনা লাক্লি! মসিবু ওইবা য়াত্রনে বিহারী, মী অমনা মফম খঙদনা মাংখ্রে, অতুগা কনানস্ব মাগী পাউ অমুক লৌবিরুক্রবা? ঐ পুলিশতা তাকউগনি।"

বিহারী তুমিন্না মরু লুকখতুনা লৈ।

সতীশনা হায়রকই, "মোক্ষদানা মহাক খঙদে হায়রকপ্রা? ঐ থাজদে। মহাক শোয়দনা খঙলমগনি। ঐ মাগী মনাক্তা চৎলুগে।"

বিহারী তৌকম খঙলক্লে, "চৎপিরুনু বাবু।"

"কৈদৌনা চৎলোইদৌরিবনো ? করিগীনো মখোয়না লোৎলিবা ? ঐনা কনা চাবা লাক্লবগে, ঐঙোন্দা লোৎলিবদি। ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনি, করিনো মওং অমা তৌদুনা মহাক কদায়দা লৈবগে হায়বা খঙদোকলুগনি।"

বিহারীনা নুংশাথিরক্লুনা হায়রকই, "মাগী মদোমচাগী দোষ লৈতে বাবু। সাবিত্রীনা মশানা য়ুম থাদোক্লুনা চচ্চখিবনি। খৎনরগা চৎখিবনি—কনাদসু তাক্লম্নগা চৎখিবা নত্তে।"

সতীশনা চৈহৎলকই,—"অদুম ওইনমক তাক্লমদনা চৎখিবনি হায়গনি। তাক্লম্নগা চৎখিবনি—তশেংনমক তাক্লম্নগনি।"

বিহারীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে। অদুবু মহাক শহরদা অদুম লৈ।"

"মফম কদায়দা লৈবগে ? গধাগী মতৌগুম নঙৌ-নয়া কাদুনা লৈনু বিহারী! কৈদৌগ্রবগে তম্মু।"

বিহারীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা করিনো খল্লগা হায়রকই, "থরায় নুংঙাইবিরোই হায়দুনা তমদবনি—মদু নৎলমদ্রবদি রা পুন্নমক ময়াম লোইনা খঙই—ঐসু খঙই।"

সতীশ তপথবা ঙম্লক্লে—"করি খঙবগে মদু তম্মোদনা ?"

বিহারী অমুক তুমিন্না লৈপ্রে।

সতীশনা লাও-খোংবগুম হায়রকই, "নখোঙদা তুগে হাই তৌবিমল খঙদবা, থুনা হায়য়ু।"

বিহারীনা খুদক্তা লৈমায়দা কুপ্তদুনা খুরুম্নগা খুয়া-উফুল লোদুনা মকোক্তা হাপ্লগা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই, "বাবুনা নরক তাহনবিরে। খিক্তং মরুম ওইবদা চৎসি, ভমজগে।" হায়রগা অমম্বা গলি মনুংদা চংদুনা মচি অমদা লেপ্লরে।

সতীশনা মমাংদা লেপতুন্না হায়রক্কই, "করিনো ?"

বিহারীনা তিন য়োৎথরগা হায়রকই, "সাবিত্রীগী মদোমচানদি মহাক বাবুগী নাক্তা লৈ হায়না খল্লি। অদুবু ঐ খঙই, মদু নত্তে।"

সতীশনা ফিঙ্গৎলক্লুনা হায়রকই, "নঙ অচৌবা পণ্ডিতনি। মহু ঐসু থঙই—মহুগী মখা হায়য়ু।"

"তপথবিয়ু বাবু, হায়জগে," হায়রগা বিহারীনা অমুক তিন য়োৎথরগা হায়রকই, "ঐনা কন্না আশা তৌবদি—"

"করি আশা তৌরিবনো ?"

বিহারীনা থাংম্লক্লুহুনা হায়দোরক্লে, "মহাক আদা চৎক্লে ; বিপিনবাবুখোয়গী মনাক্তা—"

"করম্বা বাবু ? ঐখোয়গী বিপিন ?"

"হোয় বাবু, মহাকমক্লি—নত্তে নত্তে—মকমহুদা কম্বিরুনু, ঈরুজনরগনি। লৈবাক হুপ্পগী মীনা মহুদা—"

সতীশনা ম্না অসি মনাদা কাওবা হাপথিক্লে। অসোম থংবগী নাকলগী রালদা মনঙ্গল ভাহুনা নিঙ্গাংনা কমহুনা খোগংননা খোঙ্গেল কায়না হংলকই, "অহু ওইরবদি মাগী মদোমচানা করিগীনো মাবু ঐগী নাক্তা লৈ হায়না থল্লিবদি ?"

বিহারীনা হায়রকই, "সাবিত্রীনা বিপিনবাবুবু ঈকাইবা পীহুনা তাম্থোকখিবা মুমিৎ অহুদা ময়েক শেংনা হায়খি, মহাক সতীশবাবুগী নম্ভনা অতোপ্পা কনাগী মনাক্তসু চৎলোই—য়ুমহুগী মীশিংনা মরুমদা লেপতুনা মখোয়গী থৎনবা ভারম্মী।"

সতীশ হোৌগৎলক্লে। নমহুনা মশাবু থরমথৈ মহৌশাগী ফিভমদা হুল্লিহল্লগা হংলকই, "অহুদি নঙনা কমদোনা থঙলিবনো, মহাক বিপিনবাবুগী মনাক্তা লৈখি হায়বা ?"

বিহারী তুমিন্না লৈপ্রে।

সতীশনা হায়রকই, "হায়য়ু।"

বিহারী অমুক ইক-আক তৌরকই, সাবিত্রীগী মকমদা মহাকমক্লা হায়দোক্লোই হায়হুনা নাপল তৌরম্লগা লাকখিবনি, মহু নিংশিংলক্লে। মমৈথংদা অমুক্তা তিন য়োৎথরকই, "ঐ ইমিৎমক্ত উরক্লবনি!"

সতীশনা তুমিন্না তারকই।

বিহারীনা হায়রকই, "ঐখোয়না লৈকম হোংলকপা অহুগী মথংগী মুমিৎ য়ুংবা মতমদা ঐ চৎলুই। মতমহুদা বিপিনবাবু সাবিত্রীগী কমুংদা তুম্লম্মী"

সতীশনা অকীরা ফংনা ধমকা তৌদুনা হায়রকই, "মীনম্বা র'নি।"

বিহারীনা পাখৎনা হায়রকই, "নত্তে বাবু, অচুম্বা রামক্রি হায়জরিবসি।"

সতীশনা মাগী মমাইদা মুন্না য়েংদুনা মিংকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হংলকই, "সাবিত্রী মশাদি কদায়দা লৈরম্বগে ?"

"সাবিত্রী কাদুমক্তদা লৈরম্মী। মপালদা খোরক্লগা ফক থাদুনা ঐবু কমহল্লি। বাবুখোয় অন্না-অয়েক য়াওব্রা, ঐখোয় লৈকম হোংলিবা করিগীনো অসিনচিংবা হংলকই।"

"মদুগী মখাদি?

"ঐ শাওদুনা লাক্লে। মুমিৎ অদুদগী হৌনা মহাক বাবুদুগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে।"

"অসুক কুইবসি হায়দোক্লিবা করিগীনো ?"

বিহারী তুমিন্না লৈ।

সতীশনা হংলকই, "নঙ নমিৎমক্লা উরকপ্রা নত্রগা পাউব ?"

"নত্তে বাবু, ইমিৎমক্লা উরকপনি! তশেংনা মুন্না উয়ক্লবনি।"

"ঐগী খোঙ শোক্তুনা রাশকউ—নহাক নমিৎমক উবকপ্র! বামোনগী খোঙদা নখুৎনা শোক্লবনি, কাউরোইদবনিকো!"

বিহারী খুদক্তা নোম্বদুনা সতীশকী মখোঙদা মখুৎ শোক্তুনা হায়রকই, "রাকম অদু ঐ মতম খুদিংমক্তা কাউজদে বাবু! ঐ ইমিৎমক্লা উরকপনি।"

সতীশনা অমুক মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ফরে নঙ হনখ্রো। উপেনদাদাদা হায়যু, ঙসি অহিং ঐ ভাবানীপুরদা চৎলগনি, হল্লক্লরোই।"

বিহারীনা থাজখ্রে, কপথোরক্লে।

সতীশনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "কম্বিনো তৌরিবদুদি, করিগী কপ্লিবনো ?"

বিহারীনা মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "বাবু, ঐদি নহাক্কী নচানুপা শক্লবনি, ঐঙোন্দা লোৎপিগনু। ঐসু তুং ইন্দুনা চৎকনি।"

সতীশনা হংলকই, "করিগীনো ?"

বিহারীনা হায়রকই, "হনুরে অচুম্বমক্কি, অছুবু জাতত্তি গোয়ালাশিং। চৈশাং অমত্তং কংন্নদা হৌজিকস্থু মী মত্রা-তরুক্কি লাকশিন্দুনা থম্বা ওমথি-খনি। ঐখোয় ফুন-চৈমরম্থু হৈ, দরকার ওইররন্থি শিদোকপস্থু ওম্মী।"

সতীশনা ইং-তম্না মওংদা হায়রম্লই, "ঐবু হাৎন-শুনরা চৎলিব্রনে? অপওবা রাজাও ওাংবা!" হায়রম্লগা চৎখ্রে।

বিহারীনা হন্দক্তি খাকম অসি হায়জিনবা নত্তে হায়বা খঙলম্বা য়াই। মতম অদুদা মপী তৈথোক্লগা মহাকম্থু চৎখ্রে।

সতীশ লমহাংলোমদা খোঙাথাং কম্না চৎলকই। কদায়দা চৎক-দৌরিবনো হায়বা অরেপ্পা লৈত্তে— অছুবু কদায়দম্বু ওইম্বম্বু খঙাক থুনা চৎতবা য়াদবগুম্মী। মতুগী মরু ওইবা মবমদি, মহাক্না চিংনরুবা লৈতনা খঙলে, মিৎকুপ অসিমক্তদা মহাকী মাইথোংগী ফিভম অম্বুন্না মওং চাদবা অমা ওইখ্রে অতুনা মতুম্না কনাগী মমাংদম্থু লেপলুবা য়াদ্রে হায়বা।

লমহাংগী মরুম ওইবা মকম অমদা উখোঙদা বেঞ্চ থারি। সতীশ মতুদা কপ্পরে অমস্থুং মী চ্রিকপা ঢুবদা শোর হোন্দোকচবা কংলে। অমম্বা উখাদা কমতুনা অহানবম্লক্তদা মহাকী মচিন্দগী শৎ হায়দোরক্লে, 'করি তৌবা তাই!', ব্রাহংসিনা ওাইদ্রাক্তি মাগী নাকোং মনুংদা অর্থ য়াওদবা চোক্ষোলগুম্ব ওংতুনা লৈরে। মমৈথংদা পাউখুম কংল্লে, 'করিস্থু তৌরু-নিংঙাই লৈত্তে।

হংলকই, 'সাবিত্রীনা অসিগুম্বা থবক তৌরুব্রিবা করিগীনো?

পাউখুম কংলকই, 'অদুগুম্বা করিস্থু তৌদে, মতুদা নৌহৈননা মঙ্লোন্দা দোষ পীরুবা য়াবা'

হংলকই, 'অদুক হাক্না থাজবা মাংবগী থবক তৌরিবা করিগীনো?'

পাউখুম কংলকই, 'করম্বা থাজবা নঙোন্দা মহাক্না পীখিবগে, মতুতুম হান্না হায়খো?'

সতীশনা কচিস্থু হায়রুবা ঙমদ্রে। মরু ওইনা মহাক্তদি করিগুম্বা মীমম্বা আশা অমতা পীরমদে। নোংমতগী ওইনস্থু লৌনম তৌখিদে খোইদোরুতুম হন্না হন্না চেকশিনহনখি, য়াইফনকা থৌনিখিখি, মচল-মুপীনা তৌবদগী হেন্না লুনা-চান্না তৌবিখি। অঙিং অহুগী রু মহাক্না ঙিংশিংখক্লে। তুমিংতুদা তমথীবা মীগাক ওইনা মহাক্না তাম্থোরক্লুনা

কনখিখি। কনানা অসুম্না ভৌবা গুমগনি। কনানা মশাগী থম্মোয়দা ভাশোন্না লেংহুনা লৈনা লৈনা মহাকপু অশোক-অপন থোকহন্দন্না কনবি-গদগে? সতীশকী মিৎলু পীনা চোৎলক্লে, অহুবু, নিংজিং-মাংজিংনবসি করিগুম্বা মওংদসু কোকউ য়াগ্রে, য়াহং পাউখুমদা কদায়দনো অশোয়বা অমা য়াওখিবগুম্মী।

মহাক্না অমুক হংলকই, 'অহুবু, মাবু নুংশিরুরবনিনে।'

পাউখুম কংলকই, 'করিগী নুংশিরুরিবনো? করিগীনো খঙদ-উদনা লৈথোম ময়ক্তা কুমথরুরিবদি?'

হংলকই, 'করিগীনো খঙদে। থম্বাল হেকপা কুমথবদসু লৈথোম তৈ।'

খুম্নকই, "মহুদি থাইনগী য়ানি—থবক্তা চন্নদে। মীওইবনা য়ুমদা লাক্লমদায় মতমদা লৈথোম চামথোক্লগা থম্বাল পুরকই। নহাকী থম্বালবু করিনোনে, অহুগা থম্বাল অসিগী অম্মোৎপা কদায়দমু থাদোক্লগা য়ুমদা লাকদগে?'

হংলকই, 'মহু নত্রগা, য়ুমদা লাক্লগা লাক্লেদনা।'

খুম্নকই, 'অচ্চা! য়া অহু চিন্দা ফাওবা পল্লকসু।'

অহুগী মতুংদা গুাইহাক অমুক মহাক্না চপ য়ুংনা থরাম্মিচাক্না কবোক চাউরিবা অমম্বা অতিয়ারোমদা য়েংহুনা খঙহৌদনা হায়রকই, 'ঐদি মাগী আশা থাদোকলুরবনি। মহাকপু ফংবসু পামদে, অহুবু ঐহাকপু মহাক্না মতৌ অসুম্না ঈকাইবা পীরম্রিবা করিগীনো? অমুক্তসু হংলমম্রিবা করি-গীনো? অরাবা করি লৈহুনা মহাক্না থবক অসি তৌম্রিবনো? শেলগী মীহৌহুনা ভৌখিবনি, য়াকম অসি করিগুম্বা মওংদসু খনবা ভমম্রিবা করিগীনো? বিপিনগী মতৌগুম্বা শাজৎ চুমদবা য়ুথকপবু মহাক্না মপুক্লিংদা নুংশিজে, য়াকম অসি কমদৌনা থাজগদগে? অহু ওইরবদি কম্লিগীনো?'

গঙ্গাগী ঈংলবা নুংশিত্তা মহাক ঈংলক্লে। মহাক্না থোদোক্তু চাও-য়াক্না হৌবদগী লোইবা ফাওবা নিংশিংহুনা মমিং উইশিন্দুনা বেঙ্ক মথক্তা হিপথবমক্তদা সাবিত্রীগী মাইথোং তরু তরু উরক্লে। লৈখাতারবী ওইবগী করিগুম্বা মমি অমতা মাগী মাইথোংদা তাদে! চাওথোকচবগী মঙাল লৈ, মবুদ্ধি চেৎলি, লুন-চান্না ভৌবদা থোৎ-নৌই, মপুংফারবা

যৌবনগী পোৎলুম্না লুকথৈ অদুম ওইনমক রস চেল্লি. লীলাদা তথকই— মাইথোং অদু, মীনোক অদু, মিৎয়েং অদু, থম্মোয় ফাজিনবা ফাগী অদু, খ্বাইদগী হেনবদি মহাক্কী তাৎ য়াওদবা সেবা অদুনি! অসিগুম্বসি মহাক্না মশাগী চহি মতাং অসি য়ৌরবা ফাওবসিদা কদায়দা কৈদৌঙৈ ফংলকপ্রবগে! উৎনা কুপ্না মৈতাল অরাবগী মতৌগুম্বা মহাক্কী কুয়োমদু পায়দুনা শাম্নরুনবা হোৎনরুবদা হৌরকপা মৈ অদুনা চাক্ককপা অদুদগী কমদৌনা করম্বা লম্বীদা চেল্লগা মহাক নাম্থোকপা য়াগদগে! নাম্থোকপা ফংলগবু করি কাম্নগদগে। মহাক্কী মমিত্তগী পী শিম্বরক্লে। পী অসি মহাক্না থিংলুবা পামদ্রে—পী অসি মহাক্ন। তৈথোক্লিংদ্রে। পীদু অম্মুক হাক্না মধুর চেল্লি, পীদা অম্মুক হাক্না রস লৈ, ঙসি মহাক্না মাগী থোইদোক্না রারবা মরকসিদা মদু অহানবা ওইনা শঙজবা ঙমদুনা নুংঙাইহ্নবে অমস্নুং কনাগুম্বনা মরম ওইদুনা অম্মুক হাক্না নুংঙাইবগী মহাও মহাক্কী পূন্সিদা অহানবা ওইনা ফংহল্লিবা মহাক অদু তন্না মখুৎ অনি লোম্নদুনা থুরুম-জরকই।

সতীশ ওইনিংবা অমা ওইজসনু,—ঈশ্বর লৈ, মঙোন্দা লৌনমলুবা য়াদে, অহল-অঙাং খুদিংমক্না নোংমা মাগী মকমদা পাউথুম পীরুবা তাবনি, রাক্মশিং অসি চিংনবা লৈতনা থাজে। মপী তৈথোক্লুনা হৌগৎতুনা কম্নগা মপুক্লিংদা হায়জরকই, 'হে ঈশ্বর। কনাগী খুথাংদা নহাক্না কৈদৌঙৈ কনাবু থাবিরকপগে হায়বা কনানস্নু হায়বা ঙমদে। ঙসি নহাকমক্কী নয়াথংনা সাবিত্রীনা দাভানি, ঐনা ভিক্কারীনি। অদুনা মহাক অকবা ওইসনু, কত্তবা ওইসনু. মদুগী বিচার অতৈ কনানা তৌসনু, ঐবুদি তৌহনবিগনু। ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক পূন্নমক, য়েংথিবা পূন্নমক মুখৎপিয়ু—মাগী মায়োক্ত ঐহাক তৌবিমল শঙদবা ওইদনবা।

অসোমদা জ্যোতিষ সাহেবকী য়ুমদা সন্ধ্যা মতুংদা ড্রোইংরুমদা সরোজিনী, জ্যোতিষ, উপেন্দ্র অমস্নুং মথিক-নেম্বা মকোই কোকপা ঙুলি মক্লগুম কন-থোবা ভদ্রলোক অমস্নু ফল্লি। মহাক্কী মমিং শশাঙ্কমোহন কৌই। মহাকস্নু বিলাত য়ৌক্লম্ববনি—মরম অদুনা সাহেবনি। নুমিৎ থরনিদদা সরোজিনীগী মাইকৈদা মপুক্লিং চিংশিল্লক্লি অমস্নুং মদু

থরায়-হৃকচাং য়াওনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবা উই। হোৎনবা অদু কয়া য়াম্না মাইপাকপী মাইকৈদা চংশিল্লবগে, মদু গুপ্লগী বিধাতাপুরুষতনদি খঙবিরমগনি। ঙসি সতীশকী য়া হৌদোক্লরকবি। উপেন্দ্রনা মহাক্কী ঈশৈ শকপদা ময়ামদগী তোপ্তোপ্পা শক্তি অমম্সুং অঙকপা ফংলবা মথৌনাগী ইতিহাস লোইশিল্লগা অঙকপা ফংলবা খোঙ্গেল অমদি মতুদগী হেন্না অঙকপা ফংলবা শিক্ষ গী য়া তম্লি। লাপ্তক্লা সোফাদা ফমথুনা সরোজিনী মথুৎ অনিনা মথদাং মেৎতুনা লুকথজুনা মপুক্লিং চংলা মথরায় ভাবা ভারি। মতম অসিদা বিহারীনা মাইখিবগী পাউ পুবা দূতকী মতৌগুম চংলক্লগা সতীশ ভবানীপুরদা চৎপগী পাউ শন্দোক্লয়ে।

উপেন্দ্রনা হাইফেৎ ঙক্লুনা হংলকই, "মাগী কনা লৈবগে মকমদুদা?"

বিহারীনা শন্না "খঙজদে" হায়রল্লগ। অহুম থোকখ্রে।

সতীশমকপু ময়াম্না ঙাইনরম্লিবনি, মরম অদুনা ময়াম্মক নিংবা ফায়নখ্রে।

সরোজিনীনা চুম্না ফম্লগা থঙহৌদনা মুংশ মপী অমা হান্দোক্লগা হায়দোরক্লে, "অদু ওইরবদি অমুক কমদৌনি।"

জ্যোতিষনা মহাক্কী য়াইথোংদা য়েংদুনা নুংশিবিবগা লোয়ননা নোকক্লেৎ তৌরকই; অদুবু নিংবা ফায়দব্রদি গুপ্লগী শশাঙ্কমোহনদনি। থোইদোক্লদুম হরাওনা প্রস্তাব তৌরকই, "হৌজিক সরোজিনীমক্লা মল্লুৎ শিল্লসনু।" সঙ্গীততা নুংঙাইবগী চাং কয়া য়াম্না লৌশিনবা ঙম্বগী শক্তি মহাক্কী লৈবগে হায়বা মহাক্কনা খঙজিগনি, অদুবু সরোজিনীনা য়ানিংদবা কম্না ফোঙদোরকপদা মহাক্লা হায়রকই, "থোইদোক্লদুম ঐদি হায়নিংই, মপানা ঈশৈ শকপমক লানবনি। মখোয়গী খোঙ্গেলদি মহৌশানা চাওই, অদুগা লুম্মী, মরম অদুনা শিক্ষা কনা কংক্লসনু অদুগা কনা নিংথিনা শক্লনবসু হোৎনজসন্নু কৈদৌনি, করিগুম্বা মওংদসু তাবদা মতিক চাবদি থক ওইদে।"

য়া অসি অতৈ কনানম্ব কক্লক্লসনু, অদুবু সরোজিনীনা কক্লকই। মহাক্লা হায়রকই, "অদোমগী মকমদবুদি শোয়দনা মতিক চারোই। হারমোনিয়ম পিয়ানো শাবসু লাল্লি হায়বিরকপা য়াই, অদুবু অদুম ওইনমক্ক মতুশিংদু শাসু শাম্মে, মীনসু লৈনৈ।"

শশাঙ্কমোহনগী মাইকৈদা রা অসিনী পাউখুম লৈতে। অদুম ওইনমক মহাক্না মাগী তৌরবা মাইথোংদু হাক্টিফেৎ চাংহন্দুনা করিনে থরা হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু সরোজিনীনা খুদক্তা ফুক হোৌগৎতুনা লেপখৎলগা হায়রকই, "ইমাদা পাউ পীরুখিগে—মহাক অদুম চানবা শংদুনা লৈরগনি।"

উপেন্দ্রনা ঙক্তুনা হায়রকই, "ওঃ, মাগী চাব-থকপা খঙলে মাইকৈ অসোমদা—হোমব্যেগ।"

উপেন্দ্রগী রাসিগী মনুংদা থম্মোয় শেংনা নুংশিবিবগী নত্তুনা অতৈ করিস্মু য়াওদে অমস্মুং সতীশ মহাক্কী থোইদোক্লা নুংশিজবা মীশক অমা ওইরমত্রবদি মহাক্না লোন অসি মচিন্দা পনবা ফাওবা ঙম্লোই হায়বা সরোজিনীনা চপ চানা খঙবা ঙম্নদুনা নোক্তুনা হায়রকই, "মসি অদোমগী য়াম্না চুমদবনি। মাগী পামজবগা করিগুম্বা অদোমগী ফত্তবা পামজবগা চানত্রবদি দোষ অদোমগীনি—মাগী নত্তে! করে, ইমাদা হায়রুখিগে।" হায়রম্লগা সরোজিনী থুনা য়াংনা মপাল্লদা থোকখ্রে।

মহাক চৎখিরগা শশাঙ্কমোহন্না উপেন্দ্রলোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "অদোমগী মরুপ ভাব তাজরে, কন্না থাইনগী মী ওইরিনিন্নে?"

উপেন্দ্রনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "হম্বা নত্তে। পূজা-আহ্নিকস্মু তৌই হায়বা খঙই।"

সতীশ মরক মরক্তা লোম্না যু থকই, রাফম অসি মহাক খঙদে, মমঙদা ফাওবা থনবা ঙম্মদবা য়াই।

শশাঙ্কমোহন্না হংলকই, "করি তৌবিবগে মহাকপু?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিস্মু তৌদে; করিগুম্বা নুমিত্তা করিগুম্বা থরা তৌরক্তনি হায়বগী থাজবস্মু কন্নাগীস্মু লৈতে।"

পাউ অস্নিনা শশাঙ্কমোহনগী থম্মোয়দগী নুংজাও অমা থাংথখিব-গুমখ্রে। হরাওদুনা হায়রকই, "অদুনিনে!"

জ্যোতিষ ঙসায়মথৈ তুমিন্না লৈরক্লিবনি, উপেন্দ্রদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "রাদু তশেংনা চুমদে, উপেন। হকচাংগী ওইবা অথোইবদুবু করিস্মু লৈতব্রনে? অদুদা নত্তুনা ঐদি মাগী ঈশেদা তশেংনা শুমহৎকবনি। মহাক্না তৌরিবা থরসিদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা মদুগী

সম্মান করিগুম্বা মানা কংদ্রবদি অৱাবগী মশক্কি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে, অদুবু দোষ অদুদি ঐখোয়মকীনি—মাগী নত্তে। কেশকী চে-চাং ফাকলুদ্রবসু, এটর্নিগা নমরুদ্রবসু, জজগী মীরা তারুদ্রবসু শেল চপ চানা থোকপা মহাক অতুনা করিগুম্বা মাঙৈক্ত সোমদা হন্না য়েংলক্তুনসু ইমুংদি থোইদোরক্তুম মারোর ভাঁগী ফিগী তুবা ঃ শুম পৈরি। ঐদি নহাক্কী মরুপতুবু তশেংনা কল্লকই। নুংঙাইবা পাউনি, অহল্লগী আয়বু কয়ানোনে ?”

মতম অসিদা সরোজিনীনা তুমিন্না কাদা চংলক্লগা মহাক্কী মবুংগী চৌকিগী মতুংদা ঙাথতুনা লেপতুনা হংলকই, “কনাগীনো দাদা?”

জ্যোতিষনা হায়রকই, “সতীশবাবুগী বাবাগী।”

উপেন্দ্রনা হায়রকই, “তাংদাংবা খঙদে, চাওরাক্লা লাক্ষ অনি ওইরম্বা য়াই।”

জ্যোতিষনা মমিৎ লাওথোক্তুনা হায়রকই, “নিংথৌরনহে !”

উপেন্দ্রনা হায়রকই, “নত্তে, নিংথৌ নত্তে, অদুদি ওইরগা মহৌশানা জমিদার অচৌবা ওইরকই। মদুগী মথক্তা অহল্লনা থোইদোক্লদুম তানশিনখি।”

জ্যোতিষনা চৌকিদা ঙাথতুনা নুংশা মপী অম' হোন্দোক্লগা হায়রকই, “তশেংনা লাইবক-ফবগী নুংশি-থোইবা মচানিদনা! পাঙ্গল, শক্তি, শক লন-থুম! মীওইবনা পান্নরিবশিংদু অমুক্তদা পুল্লপ !”

উপেন্দ্র নোকথোরক্লে। মমৈদা হায়রকই, “শাথিবা দোষ অমসু লৈ। মীগী দায় পুত্তনা কোকথোংনরুবদা মনুং-মতম চাদনা শিকম-নাকম খঙদনা শিদ্রবদি নহাক্লা হায়রিবা পুন্নমক অদু তশেংনা চুম্বা য়াই।”

জ্যোতিষনা চুম্না কম্লগা হায়রকই, “শিকম-নাকম খঙদনা শিগদৌরি-বদি করিগীনো ?”

উপেন্দ্রনা হায়রকই, “ওইথোক্তবা নত্তে, অদুগা হান্নসু থোকপ্রবনি। শাওবা হায়বা পোৎতু মাগী মশাদা খরখিৎ কাহেনমল্লি, মথরায়গী মায়াগীসু তশেংনা মতৌ অদুম্না চাং য়াম্না হৈন্তে। কলিযুগ অসিদা হিংবা ভারগবু অরান-অচ্ছই, ওৎ-নৈবগী রাখল্লবু সত্যযুগকী মতৌগুম্না খল্লবা

অদুগা শাওবদা অদুক হাক্লা রাখল লৈত্রবা মখোয়না হিংদুনা লৈব-লৈভবদা ঐদি থোইনা থাজবা থম্মুবা ওমদে। খাংবা ওম্বসু শক্তি অমনি, থৌলৈতনা তেংবাংবগী অপাম্বা ফাজিনবা ওম্বসু থোইদোকপা ফিভমগী মখা পোন্না দরকার ওই, মদুসু খঙদে। মহাক মতম অদুগী ইউরোপকী নাইটনা মতম অসিদা বাঙলাদেশতা লাক্কুনা পোক্লবগুম্মী।"

জ্যোতিষনা নোক্কুনা হায়রকই, "অদুবু হায়নিংবা হায়য়ু, তাবদা নোল্লুক্কবা ওমদে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই "ওমদবা তৌরুনু! সংসারদা লৈবা তারবদি ফত্তবা পোৎ মচা-মগু কয়াবু থৌওইরুদবা তাবনি—শিক্ষা অসি মহাক্লা ওসি ফাওবা ফংদ্রি। কবিগুরু নুমিত্তা ফংলকখিগদ্রা খঙদে, অদুবু করিগুম্বা ফংদ্রবদি অবোইবা মতমগী যলদু অফনা ওইরোই। মাগীসু ওইরোই, মাগী চান্নবা মরুপশিংগীসু ওইরোই।"

জ্যোতিষনা হায়রকই, "অদুবু নহাক্তি মাগী চান্নবা মরুপ্পি, নহাক্লা তাকপিদ্রিবা করিগীনো?"

উপেন্দ্রগী ম ইথেংদা নোকংগী মখি ভাবরক্লে। হায়রকই, "ঐ মাগী মরুপ্প হায়বা য়াই, অদুবু শিক্ষা অসিগী থোদাং ঐগুম্ব মরুপকী মথক্তা নত্তে। মরুপ পূন্নমকক্কুগী অথোইবা মরুপ, চান্নবা পূন্নমক্কুগী হেন্না চান্নবা ওইরগদৌরিবী মহাক অদুনা তম্বিবগা তাম্বদে, মদু নত্রগনা মপূন্সি চুপ্পা মহাক হৈতনা অদুম লৈরগনি।"

সবোজিনী ওসায়মখে তুমন্ন চপ য়ুংনা তারম্নিবনি, হৌজিক মমাই লৈথোক্কুনা নোক্লিংবা লোম্না খাংলিমাল্লে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুবু সতীশকী রা ওসিগীদি অসি ফাওবা। ঐ হৌগৎপা তারে, চিঠি অনিথক ইরুগদবা লৈরি।"

জ্যোতিষসু অথুবা চে-চাং য়েংলুগদবা লৈরি, মহাকসু ফংথখিংবা উপায় লৈত্রবনি, অদুনা মহাকসু হৌগৎনিং হৌগৎনিং তৌরক্লহনি। অদুবু ময়ামদগী হাপ্পা সরোজিনী হৌগৎখ্রে। অমুক্তং মপুক্লিংদা মহাক্লা উপেন্দ্রদা করি রানো হায়নিংলম্বগুম তৌরম্মী, অদুবু মমৈদা করিসু হায়খিদ্রে, ফনাদসু নমস্কার মচা অমা কাওবা তৌরমদে—তরংমালংদা

তাশুবগুম তপ্না ঙপ্না মপাললা থোকপ্রে। ঙসিগী ওইনা মস্তা তীন্নরবা শিন্নখিবা থাক্তম অদুন্না তীনখিদে হায়রবদি য়াই, অদুবু ক্যাননবনা অমুক হেন্না ফজদন্না থোকখ্রে।

উপেন্দ্রদি ক্রিস্তু খঙলমদে, খঙস্তু খঙখিদ্রে।

## তরাভরুক

কুপ্না লৌশিং লৈবী কিরণময়ীনা মপুরোইবা নাবগী নুমিৎ খরনি অসিদা উপেন্দ্রবু চান্নবা মওংদা নকুবা ফংদুনা মহাকপু খঙবা ঙম্মে। মসিদা শুপ্নগী মহাক্কী স্বার্থ মাংজরগদ্রা হায়বগী নুংনাংনা চিংনবদু কোকখিবা মহুদা নস্তে, শকখঙদবা মস্তোন্দা অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈবগী পোৎলুম অমনা মতাকী খর্মোয় 'পুম্বা নোং পুবা লৈচিনগী মতৌগুম চুথরক্কদোরকই। অসিগুম্বা মীশক্কা তীন্ন-তোৎনবা ফংবগী লাইবক কবসি করিগুম্বা নুমিত্তস্তু মহাক্কা কল্পনা তৌরুবা ঙমখিদে। অদুনা মতম খজিক্কগী পরিচয় অসিমক্কদা মহাক্কা মাগী তুংগী অরা-নুংঙাই পূম্নমক মহাক মহুমক্কী মখুত্তা চিংনবা লৈতনা শিন্নথোকপ্রে, অমসুং নুংশাখিবা লৈতনা থাজবা ঙম্বা হায়বদু করিনো হায়বা মসিনা অহানবা ওইনা খঙজবা ঙমদুনা মহাকী মপূন্সি চুপ্পা কৈক্তুমশঙদা কাজিন্দুনা থন্নক্রবা থরায়না অহাংবা লম্বীদা মঙাল উবা ফংবগুমখ্রে।

উপেন্দ্রনা অয়ুক্কগী অহিং ফাওবা লৈদ্রনা অশিবগা লাম্ছেংনরিবা মরুপকী সেবা তৌরি। দরকারগী হিসাবতদি সেবা অসিগী মমল লৈরমদে, মরমদি হায়নগী পুক্তিগী আশা শুপ্নে লৈত্রবনি—অদুবু, সেবা অসিনা কিরণময়ীগী মমিত্তা মহাকী মপুরোইবগী খুত্তজিল্লবা হকচাংদুবু ঙসি মমল য়ামহনখ্রে। তম্খায় শিরবা হকচাংদু মীহৌবমক্কদা ইঙখ-খঙহৌদনা মহাক কাহেন্না লুপশিনখ্রে। মহাকী আচার-ব্যবহার ইখঙ খঙহৌদনা খনঙমদবা মওংদা হোংলকপা অসি অশি-তোর্বান্দা লেপ্লবা হারাম্নস্তু ঠরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা কিরণময়ী মরি-মতাগী য়ুমদা য়োল্লক্কুনা অঙ্গাং ওইনা মহুদগী হেন্না মরি লৈনদবা মপুরোইবগী য়ুমদা লাকখি। মনেম্বোক্না মহাকপু করিগুম্বা নুমিত্তস্তু লুন-চান্না তৌবিরকখিদে; থোইদোক্কদুম ওইখোকপা য়ারিবমথৈ ওৎপি-নৈবিরকখি। মপুরোইবনস্তু মহাক্কপু

নোংমত্তা ফাওবা নুংশিবিরক্তে। মহাক অয়ুক-নুংথিলগী মতম্দা স্কুলদা লাইরিক তম্বিরম্মী, অহিংদমা মশামক বিদ্যা তানশিল্লম্মী, মোদা লাইরিক তাকপিরম্মী। বিদ্যা তাশিনবগী নেশান মহাকপু অতুক হাক্লা য়োৎশিন-খিবনা মবানিগী মরক্তা গুরু-শিষ্যগী অকনব মম্বি নত্তনা মতৈ-মনাওগী মধুর চেনবা মরি থম্মনবগী তাঞ্জা করিমত্তা লৈখিদে। মতৌ অসুম তৌতুনমক থোইদোক-হেন্দোক্লবী কুপ্পা লৌশিং চাওবী চমুরা অসি মথোক কারকপগী মতাংদগী লানখৎলক্তুনা মপুংফাল্লবা যৌবনগী ময়াইদা চংলক্তুনা লেপ্লখি,—মতৌ অসুম্নমক ফজবা, মাধুর্য্যদগী থুম্বোক্লবী, নুংহৎ-নবী, কম্ফানবী ওইরকখি, অমসুং মতৌ অসুম্না চান্নবিবা নুংশিবিবা ফংলক্তুনমক মহাক্না নুপী ওইবীগী অথোইবা ধর্ম্ম ফাওবা হৈদোকচল্লবনি। অঘোরময়ীনা পুন্নমক খঙলম্মী। মহাক্কী শক ফজবী মমৌনুপী হন্দক সত্তী-ধর্ম্মগী ফাওবা মপু কানা ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎত্রে মতুসু মহাক্না খঙলম্মী। অতুবু, মহাক্কী মচানুপ অশিবগী পাংথক ওইরে, খা ঙম্মোইদবা অরাবগী মতম য়ৌশিল্লক্লরগুম্লে। মসি খল্লুনা ওইরম্বা য়াই, মমৌনুপীগী মিৎ-নারবা আচার ব্যবহার ফাওবা থৌশারুদনা লৈরিবা। হারানবু ল্যায়েংল্লিবা ডাক্তর অতুনা করি অশাদমলো শেল লৌদনা হিদাক-লাংথক থোয়াং তৌরি, করিগীনো ইন্নুংগী খরচ তম্বায় ফাওবা পুরি, মসি মহাক্না উদল্লা নত্তে। অতুবু শিগদোরবা মচানুপাগী মকমদা করিগুম্বা চুমদবা অমত্তা মরু ওইনা লৌতুনা উহল্লুনবা মহাক্কী থৌনা লৈরমদে, শিক্ষাসু লৈরমদে। থোইদোক্লম্ম মহাক্না মমৌনুপীবু নুংশিরকখিদে। উপেন্দ্রসু লাং অসিদা তপ্পা তপ্পা থুরক্লে, মহাক্না খন্নদনা শেল খরচ তৌবা অমসুং চোকথম্বা নাইদবা সেবাগী অথুপ্পা পান্দম্মা অঙাং ওইমিতৈগী মরূপ ওইবদগী লাম্ফোকখিতুনা মনা-মনিল নাইদনা অতোপ্পা মফম অমদা মরু হুনখ্রে, হীরম অসিদা মঙোন্দ চিংনবা ফাওবা লৈখিদ্রে. য়ানিংদবসু তৌখিদ্রে গুরাংদগী উপেন্দ্র লাক্তে। রাফম অসি অঘোরময়ীনা মানা কাগী মপালদা শেগায়বরা মোৎলবা লৈশিং-ফি উন্দুনা ফমতুনা থল্লিনি।

নিংথম থাগী নুমিৎ মতম অত্তু ফাওবা তাদ্রি, অতুবু মুম অসিগী মনুং-দদি তাঞ্জ অতুদা অমম্বগী মমি ভাররে। কোরৌহনব করম্বা মতমদা

খোঙ্গদোই হুল্লকপগে, করম্ব মতমদা তাখিবগে, য়াইকবা নুমিৎতম্মু মঠুগী পাউ যুম অসিগী মীনা থম্মুদে, হৌজিক অরাবা নুমিত্তা মঠুগী চাওরাক্লা মরি পূন্নমক থদৎনখ্রে।

অঘোরময়ীনা কৌরকই, "ইবেম্মা, সন্ধ্যা-থাউমৈ চুখৎলগা অমুক্তা কম্মো লাও, রা অমা লৈ।"

কিরণময়ী মহাক্কী কামক্তদা থবক তৌরি, হায়রকই, "হৌজিক সন্ধ্যা ওইত্রি ইমা, নহাক্কী কম থাদোক্লমখিগে।"

অঘোরময়ীনা হায়রকই, "ঐগীবু অমুক কম। তুম্নমদায়দা ঐ অহুম থাজগে। মস্তে নত্তে, নঙ চৎলো ইবেম্মা, থাওমৈশিংহু চুখৎলুরগা ঙাইহাক্তা নে-তানা কম্মো। অহিং-নুংথিল থঙদবমখে নোঙ্মদা নঙগী নশাহু পিশক পিকশিনখ্রে, মাইকৈ অদোমদসু মিৎয়েং থরা চংবা দরকার-নিনে ইবেম্মঃ।" হায়রগা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোঙ্দোক্লগা ভুমিন্না লৈখ্রে। ইকুই কুইদনা মমৌনুপী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা কমগে তৌরকপদা মহাক্লা খামহুনা হায়রকই, "হান্না থাওমৈশিংহু "

মৌনা চোকথবা মওংদা হায়রকই, "নহাক্লা কৈদৌনা রাবিরিবনো ইমা, সন্ধ্যা ওইগদবা হৌজিক য়াম্না রাৎলি।"

অঘোরময়ীনা হায়রকই, "মহু ওইজসম্মু – মথাদা য়াম্না মম্মিনে, থরা ঙাম্লিভৈদা সিঁড়িগী থাওমৈ চুখৎহৌবা কৈ। হৌজিকমক উপেন য়ৌরকপা য়াই, ওরাংদগী মহাক লাক্তে—কদায় ইবেম্মা, হৌজিক কাওবা নঙ লুজ-থোক্লিব্রা, নশমসু পুন্সি হায়বা উরে—করি তৌরুবগে ওসায়মখে?"

মনেম্মোকী খোঙ্লেলদা থঙহৌদনা মুংশিনা রারৌবগী মমি তারকপসিদা ওক্লুনা মৌনা ঙাইহাক মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈরগা রোককেৎ ভৌহুনা হায়রকই, "ঐ নুমিৎ খুদিংগী অসিগুম্বা মতমদা ঐবু ঈরুজব্রা নত্রগা কি হোংব্রনে ইমা? হৌজিক কাওবা ঐদি চাকশঙগী থবক লোইশিল্লিনা। মহুগী মভুংদা—"

মনেম্মোক্লা রারৌহুনা হায়রকই, "তুংগী থবক্তি তুংদা তৌগদবনি ইবেম্মা, হৌজিক হায়রিবসি তাও।"

মৌনা চৎখিগদবগী তৌহুনা হায়রকই, "চৎলগে থাওমৈশিংহু চুখৎ-লুরগা নহাক্কী নাক্তা কম্নগে।"

অঘোরময়ীনা শাওম্বজুনা হায়রকই, "ঐগী নাক্তা হৌজিক অরেম্বদা ফম্নবগী করি কাম্নগদগে ইবেম্মা। থবক্লা হানগত্রা, ফম্বনা হানগজ্রা? নোংম-নোংমগী নঙ কম্বিনোমা তৌরক্লে ইবেম্মা।"

মহাক্কী মুংশিবিব-রাকৎনা খঙহৌদনা চৈবগী মওং লৌরকপমক্তদা রাশিংত্থ থোইদোক্লা কনবা অমদি অয়াকপা ওইনা কিরণময়ীগী নাকোংদা য়ৈররে। মহাক্লস্থ শাওত্থনা খুম্নকই, "নখোয়না ঐবু মওং অমা ওইনা পুথোক্লি ইমা। মতম খুদিংমক্তা ওন্ন-তৈন-তৈননা ঙাংলক্লবদি তাবা ঙমজপোৎ নত্তে, খঙজ-লাকচবা ঙম্বজাৎ নত্তে। হায়নিংলিবদো শেংনা হেক্তা হায়য়ু?" অসি হায়রম্নগা পাউখুমগীদমক মিৎকুপ অমা ফাওবা ঙাইরম্বদনা ফৎ চৎত্রে। মৌনা খোঙথাং কন্না চৎখিবত্থ করিনো হায়বা অত্থস্থ য়ুম অসিগী মী পুম্নমক্লা খঙনৈ, অঘোরময়ীস্থ খঙই।

কিরণময়ীনা মথাদা মথক্তা মৈ চুখৎলম্নগা মনেম্বোক্কী কাদা থাওমৈ থানবা লাক্লে, মতম অত্থদা মনেম্বোক কপত্থনা লৈরম্মী। মহাক্কী মীকপ অত্থ মতম চাব-চাদবা য়েংদনা করি মরমগীনো খঙ্হৌ খঙহৌ হৌরকই।

কিরণময়ীনা চপ লেপত্থনা হায়রকই, "নহাক্কী হরিনামগী মালাত্থ পুরকউরা ইমা?"

মনেম্বোক্লা লশিং-কিত্থগী মচিনা মপী তৈথোক্লগা পীরাং থাংবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "পুরকউ।"

মহাক্লা কাদা চংলগা ফক্লাংদা থেৎলিবা মালা-খাওত্থ লৌথত্থনা পুরক্লগা মখুত্তা পীগে ভৌরুবদা মহাক্লা মালা-খাওত্থ লৌদনা মমৌম্নুপীগী মখুৎ পায়ত্থনা "ঙাইহাক্তা ফম্নখো ইবেম্মা," হায়রগা চিংশিন্দুনা মনাক্তা ফমহল্লগা মহাক্কী মমাইদা মকোক্তা মখুৎনা নানবিরকই, মথদাং শোক্লগা চুপ্লকই, অমস্থং ফনা কুইরবা ফাওবা করিমত্তা ঙাংদনা কপ্লকই। কিরণ-ময়ীনা চপ মুংনা ফমত্থনা মুংশিবিবা শাশিম্নরিবা পুম্নমক অত্থ থাংলকই।

ঙাইহাক লৈরগা অঘোরময়ীনা লশিং-কিত্থগী মচিনা অমুক্তা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "থরায় রাবুনা মৈচাক্লা ঐ ঙাওম্ববনি, ঐগী করিস্থ লৈতবা রা অম্বদা হেক্তা শাওরিবদি করিগীনো হায়ম্নুদনা ইবেম্মা?"

কিরণময়ীনা করিমত্তা মোং-হাদবা মওংদা হায়রকই, "থরায় রাবা মৈচাক নহাক নতোমদগী নত্তে ইমা। ঐহাকস্থ মীনি; মত্থ কাউথোক্তুনা

রা অমত্তুং হায়রখিবসি ফরবনি। মহাক নংলমত্রবদি লিশিংলক ঙাংলকহুনস্তু শাওদবনি।"

অঘোরময়ীনা মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "মহাকবু ঐনা খঙলোইদ্রনে ইবেম্মা, খঙই। অদুবু ঐগী অমমম লোইনমক চংখ্রেদো, হৌজিক নঙমক্লা ঐগী পূম্নমক শক্লবনি, নঙমক্লা ঐগী ইচা-ইশুনি। হারানগী মৈচাক্তা করিগুম্বা থম্মোয় ফাওবা ঙম্বা তারবদি নঙগী নশক য়েংহুনা ঙমগদ্রোয়বনি।" হায়রগা অমুক লশিং-ফিহুনা মমিৎ থুমহুনা কপ্লক্লে। অদুবু, চালাক অসিদা কিরণময়ী পঙথরুদে। মহাক্লা নুংদা চাক্লক্লুনস্তু শান্তি ওইবা মওংদা হায়রকই, "কমদৌনা থম্মোয় ফাওগদগে, মহাক হৌজিক্কগী লেপথোক্লুনা থম্বিহৌবো, অদুবু ঐনা কমদৌনা থম্মোয় ফাওগদগে, মহাকদি খনবিরুরিরোইনে ইমা! অদুগা মসিস্তু হায়জনিংই— অসিগুম্বা রাসি হৌজিকপু করিগীনো? তশেংনা থম্মোয় ফাদোক-ফাজিন তৌবগদবা নুমিৎ থুংলরবা মতম অদুদদি মতমগী অমুক অরাৎপা লৈরোই; মতম অদুদদি অস্তুক হস্থিন। থম্মোয় কায়গদবা নত্তে, ইমা, হান্নদগী হৌনা লেপথোক্লুনা থমহৌদ্রবদি মতম ফংলরোইদবগুম্মী।"

মৌগী রাশিংসি মধুর চেন্না তাদ্রবস্তু থুংদা কয়া য়াম্না মরৌ থাংবগে হায়বা অঘোরময়ীনা খঙলুবা ঙম্রমদে। থোইদোক্লহুম হায়রকই, "কম্নিগী মতম চাদম্নি ইবেম্মা, উপেন্দ্রনা নুমিৎতুদা পুবকখিবা ডাক্তর সাহেব অহুনস্তু য়াইফবা য়া করিমত্তা হায়রমদে। অদুনা ঐ অস্থুম্নদা খল্লিবনি ইবেম্মা, উপেন্না কবিগুম্বা মতম অসিদা লাক্লমদ্রবা, মহু ওইম্নবদি ঐথোয় কয়াদা খুদোংথীরমগদবনো।"

মৌ তুমিন্না তারি হায়বা উদুন মহাক্লা হাইফেৎ থৌনা লৈরক্লুনা হায়রকই, "মামু অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙলক্লবনিদনা! নরাখালিদা মথোয় মচিন-মনাও অনিগুম্ন চংমিন্নৈ কোইমিন্নৈ—মতম অদুদগী হৌনা ঐঙোন্দা ইদোমচা কৌরকই। অচৌ-অশাং মচা হায়নবদুমক ওইনা মশামকস্তু চাওরকখিবনি। নুমিৎ অদুদা ঐনা কপ্লা উবদা হায়, 'ইদোমচা, ঐবু হায়নদাদাগী মনাওমক্তি হায়না খনবিয়ু, মসিদগী হেন্না ঐগী হায়নিং-ঙাই অমুক করিস্তু লৈতে।' ঐনা হায়খি, 'ইবুংঙো, ঐব করিগুম্বা

তীর্থস্থান অমদা থিনবিয়ু। মুমিৎ খয়নি হিংবছু গঙ্গাস্নান ভোনা তৌনা গঙ্গা মাতাগী মতম্বাক্তা ঐগী হায়ানগী মনাক্তা চৎখিবা ঋংজননবা।'

মহাক্তা অমুক মখা তাবা ঙমদ্রে, হন্দক্তি মপুক্লিং নৌরক্লুনা কপথো-রক্লে। মৌ তুমিন্না লৈরকই, তুমিন্না অতুম লৈপ্রে। মহাক্তা ঙাইহাক কপতুনা খম্মোয়গী পোৎলুম য়াংহল্লগা মমৈথংদা মপী তৈথোক্লগা পীনা থুমহৎলবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অস্তুম লৈনা লৈনা রা অসিমক নিংশিং-লকই, মহাক করিগুম্বা লাক্লমদ্রবদি! মখাদা কনাননো কৌত্রা ইবেম্মা?"

মৌনা হায়ম্মকই, "মখাদা মীনাই নুপী কোন ফেংলি, মীনা কৌরবদি হাংদোক্লচগনি।"

মনেম্মোক্লা তপথবা ঙম্রক্লুনা হায়ম্মকই, "নত্তে নত্তে ইবেম্মা, নঙ হেক চৎলুচো। মীনাইনুপী থবক চিন্না লৈম্মম্নবদি করিস্মু তারোই।"

কিরণময়ীনা হৈনিংবা করিমতা উৎতনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ঐগীস্মু থবক লৈ ইমা, থোং-থাকপা—"

অঘোরময়ী খুদক্তা মৈ হৌরক্লে—"থোং-থাকপা চেনখিরোই ইবেম্মা! নঙনা কম্মিমতা ভাব তাত্রিবসি করিগীনো? মঙ্ক নত্রবদিনে—"

কিরণময়ীনা ফুক হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "ঐঙোন্দা তারুব-গীস্মু কান্নবা লৈতে। ঐখোয় ইশাগী মী পুম্নমক চৎপ্রবস্মু ঐখোয়গী পূন্সি লেনবা য়ারকপনিনা উপেনবাবু লৈত্রবস্মু অকান্নবা লৈরোই।" হায়রম্নগা চাকশঙলোম্নদা চৎপ্রে।

অঘোরময়ী শাওবনা রা ঙাংবা থোকখিদ্রে, অমম্লুং মমৌনুপীবু উরিবমখৈ মহাক্কী চাক্লবা মমিৎ অনিদগী মৈ কাপথোরক্লুনা মহাকপু ইম্মোকখিছুনা বিদায় পীক্লরগা হল্লকপগুম্মী। অতুগী মতুংদা মহাক্তা কাহেন্না শাওবগা লোয়ননা মীনাই নুপীবু হন্না হন্না কৌবা হোৎনরকই। মাগীস্মু মনা-মনিল তাক্সে। মহাক ঈংবা কীবদগী সন্ধ্যা ওইদ্রিঙৈদা কোং-কাং গোং-গাং তৌদুনা ফেংবা চাম্বা লোইশিন্নবা হোৎনরি, মহাক্কী অশ্রাওবা মীকৌথু তাবা কংলমদে। মতম অতুদা কাপী থাউমৈছু পুদুনা মাঙ্গোল মচিন্দা থোরক্লগা লাওদুনা হায়ম্মকই, "নঙবু ননা পংত্রনহে? ননা তাদত্রা, উপেন্দ্রনা কোইকৌ কৌরক্লিবা পুং অমা কারেনে।"

লাওরকপদু মীনাইনুপীনা তারে অমসুং উপেন্দ্রগী মমিং ভাবদা তৌকম খঙদনা ফুক হোৌগৎতুনা চেম্বোকথ্রগা থোঙ হাংদোকলুরে, অদুবু, কনাসু লৈরমদে। মপালদা মঙক থিন্দোক্তুনা অমম্বদুদা উবা ফংবমথৈ নিংথিনা য়েংদুনসু কনামতা উবা ফংদ্রবুনা হুপ্লিল্লক্লগা হায়রকই, "কনাসু লৈতেনা ইমা !"

অঘোরময়ী থাওমৈ পায়দুনা মপুক্লিং চরাংননা লৈরিবনি, থাজদবুনা হায়রকই, "লৈতে হায়বা করিনোনে ! ঐগী ইনাকোংমক্তা মানা কৌরকপা তাপ্রবনি। নঙনা গলিদা চংদুনা অমুক্তা য়েংলক্লিবা করিগীনো ?"

মীনাইনুপীনা হায়রকই, "য়েংলকই, কনাসু লৈতে।"

হায়রিবসি থাজনিংঙাই ওইবা রা নত্তে। উপেন ঙরাং লাক্লে, ঙসিসু লাক্লরোইদ্রা ? অদুনা রায়রোবকুনা হায়রকই, "নঙ অমুক্তগা মুন্না য়েংলুখো, কনা লৈবগে হায়বা !"

মপালদা অমম্বা গলি মনুংদা চংলুবা মীনাইনুপীনা য়ানিংদে। মহাক্নসু রায়রোবদুনা থুম্নকই, "নহাক্না হায়রিবসি করি রানো ইমা ! মহাকপু কেকুলোৎপী শাম্নরিব্রনে, অমম্বা গলি মনুংদা মাদুনা থিনগদৌরিবদি !" ওায়রগা মহাক মশাগী ম্লথোদনা মপুক্লিং থিংজিনখ্রে।

অঘোরময়ী কাদা হুপ্লিল্লক্লগা থরায় পান্দবগী মতৌগুম কমুংদা হিপ্পরে। নাদুনা লৈরিবা মচাম্নুপাগী পাউ লৌরুনবা থৌনা কাওবা মহাক্কী লৈখিদ্রে। মহাক্না হুপ্লিন হুপ্লিন অসুম্নদা খল্লকই, মহাক ঙরাং লাক্লে, ঙসিসু লাক্লে। ওইথোকপা ওইথোক্তবা মখল-মথা মরম কয়া কোইথি-থিরকপগী মনুংদা রাকম অসিমদি অদুম ওইনমক মহাক্কী মপুক্লিংদা থক খল্লক্লে, কলিকাতাদা লৈবা নত্তে, অতোপ্পা লমদা মহাক্কী য়ুম-ইথোল ইমুং-মনুং লৈ—মকম অদুদা হনখিরম্বসু ওইথোকই। খল্লা খল্লা খঙহৌদনা মহাক্না নিংলকই, শাওখিবদি নত্তেদনা ? রা অসি শোল্লুব-মক্তদা মহাক্কী থম্মোয় চিংনবম্না ফুনগৎলক্লে ; অমসুং মমৌনুপীগী ভাইহাক্কী মমাংগী লোনচৎতুগা মপুক্লিংদা চাশিন্নদুনা য়েংলুবদা চিংনবদু অচেৎপা ওনখ্রে,—মদুমক ওটরম্বা ম্নাই। মৌনা করিগুম্বা অসিগুম্বা থরা—মহাক অমুক্ত হিপতুনা লৈথোকপা ঙমক্লে, হোৌগৎতুনা চাকশঙলোমদা লাক্লে।

কিরণময়ী চাক্লিবা লৈরংলোমদা ওনশিন্দুনা তুমিন্না কমতুনা লৈ। মীং চাকপগী লংলবা ভাঙ্রানবা মঙাল য়াম্না মহাক্কী মাইথোংদা ফুররি। মকোক্তা ফি কুপ্তে, ঙসি মহাক মশম পুন্দে—মওং-মরিন নাইদনা শম চবুলহু করিনো মওং অমদা ফাবুন পুনশিন্দুনা থম্লি।

অঘোরময়ী থোঙজিন ময়াদা চঙকুনা লেপতুনা লৈখ্রে। ঙসি মহাক্কী মমিৎতা উরিবা শক্তম অহু মপুংফানা থম্মোয়দা লৌশিন্নবগী শক্তি মহাক্কী লৈরমদে। নুংবংননা লৈরিবা মাইথোংহুদা লৈরংগী ভাঙ্রানবা মৈঙালনা অঙকপা মওংগী ঈথক্কী মতৌগুম শাম্নরি, মাইথোং অসিদি খঙলক-উরকপা থেংনবকপা পুম্নমক্তগী মপালদনি। মাইথোং অসিদা অমকপা পকপ্রা হায়বস্তু থন্নরুবা য়াদে। অমকপা পক্তে হায়বসিস্তু ফোঙদোকলুবা য়াদে। মসি অঙকপনি! মসি হান্নদি উখিস্রি—মসি তোপ্তে প্লনি! মমিৎ কুপ্তুবমখৈ ফনা কুইনা যেংহুনা লৈরুরগা খঙহৌদনা মচিন্দগী শাংলবা নুংশ মপী অমা শৎ হোন্দোকখ্রে।

মখোল অহুদা মৌনা চঙক্লহুনা য়েংলকপদা মনেম্মোক লেপতুনা লৈরম্বা উবে। নাপ্তুরিবা ফজিহু মকোক্তা কুপশিল্লগা হায়রকই, "মহাক মক্ষমসিদা কবিগীনো ইমা?"

খোঞ্জেল অহু তাবদা অঘোরময়ীস্তু জ্ঞান তারক্লে, অহুক ঈংবা, অস্তুক নুংশিবা খোঞ্জেল মহাক্তা কৈদৌঙৈদস্তু অমুক্তা তারক্লি। থোক হায়দোকই, "নঙ নতোমদা চাক থোংলি ইবেম্ম, অহুনা ঙাইহাক্তা কমগে হায়হুনা লাকপনি!"

মৌনা মনেম্মোক্লোমদা ফাল মচা অমা ইম্মোক্লগা লৈরংলোমদা ওনশিন্দুনা তুমিন্না লৈখ্রে। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অমুক রাম্মোবনা মকোক ফন্দোবক্লে। মনম্না নুংশিৎকী মতেং লৌহুনা লৈগী মনুংদগী মপালদা থোবকই, অহুম ওইনমক অকনবা নুংশিৎনা হুমদোক্লুনা পুখি, মহুমক্কী মতৌগুম্না কিরণময়ীগী মতম অহুগী মপুক্লিংগী ভাব অহু মনেম্মোক্লা ইখঙ খঙহৌদনা লাকপদা মিৎকুপকী মনুংদা মপালদা থোরকপমক্তদা নুংশি-শাশিন্নবগী নোংলৈ-নুংশিত্ত পাইথোকখ্রে। মসি অচুম্বা নত্তে—শুপ্পগী মবৌ থাংবা চিরোম্নখক্তনি; অহুবু র ককথোক ককশিন তৌনরুবা মহাক্তা অমুক পাম্নমদে. ভত্তনা খৎনরবগনি মহাক তশেংনমক চোকথম্নবনি।

লাওরকপছু মীনাইনুপীনা ভারে অমসুং উপেন্দ্রগী মমিং ভাবদা তৌকম খঙদনা ফুক হৌগৎতুনা চেপ্পোকপগা থোঙ হাংদোকলুরে, অদুবু, কনাসু লৈরমদে। মপালদা মঙক থিন্দোক্লুনা অমম্বদুদা উবা ফংবমথৈ নিংথিনা য়েংদুনসু কনামতা উবা ফংদ্রদুনা হুপ্পিল্লক্লগা হায়রকই, "কনাসু লৈতেনা ইমা!"

অঘোরময়ী থাওমৈ পায়দুনা মপুক্কিং চরাংননা লৈরিবনি, থাজদদুনা হায়রকই, "লৈতে হায়বা করিনোনে! ঐগী ইনাকোংমক্কা মানা কৌরকপা তাপ্রবনি। ' নঙনা গলিদা চংদুনা অমুক্তা য়েংলক্কিবা করিগীনো?"

মীনাইনুপীনা হায়রকই, "য়েংলকই, কনাসু লৈতে।"

হায়রিবসি থাজনিংঙাই ওইবা রা নত্তে। উপেন ঙরাং লাক্কে, ঙসিসু লাক্লরোইদ্রা? অদুনা রায়রৌরকুনা হায়রকই, "নঙ অমুক্কগা মুন্না য়েংলুখো, কনা লৈবগে হায়বা!"

মপালদা অমম্বা গলি মনুংদা চংলুবা মীনাইনুপীনা য়ানিংদে। মহাক্কসু রায়রৌদুনা থুম্রকই, "নহাক্না হায়রিবসি করি রানো ইমা! মহাকপু কেকুলোৎপী শাম্নরিব্রনে, অমম্বা গলি মনুংদা মাদুনা থিনগদৌরিবদি!" হায়রগা মহাক মশাগী মথোদল মপুক্কিং থিংজিনখ্রে।

অঘোরময়ী কাদা হুপ্পিল্লক্লগা থরায় পান্দবগী মতৌগুম কমুংদা হিপ্পরে। নাদুনা লৈরিবা মচানুপাগী পাউ লৌরুনবা থৌনা কাওবা মহাক্কী লৈথিদ্রে। মহাক্না হুপ্পিন হুপ্পিন অসুম্নদা খল্লকই, মহাক ঙরাং লাক্কে, ঙসিসু লাক্কে। ওইথোকপা ওইথোক্কবা মথল-মথা মরম কয়া কোইথি-থিরকপগী মনুংদা রাকম অসিমদি অদুম ওইনমক মহাক্কী মপুক্কিংদা থক খল্লক্কে, কলিকাতাদা লৈবা নত্তে, অতোপ্পা লমদা মহাক্কী য়ুম-ইথোল ইমুং-মনুং লৈ—মকম অদুদা হনখিরম্বসু ওইথোকই। খন্না খন্না খঙহৌদনা মহাক্না নিংলকই, শাওখিবদি নত্তেদনা? রা অসি শোল্লুব-মক্তদা মহাক্কী থম্মোয় চিংনবমা ফুনগৎলক্লে; অমসুং মমৌনুপাগী ভাইহাক্কী মমাংগী লোনচৎতুগা মপুক্কিংদা চাশিন্নদুনা য়েংলুবদা চিংনবদু অচেৎপা ওনখ্রে,—মদুমক ওটরম্বা য়াই। মৌনা করিগুম্বা অসিগুম্বা খরা—মহাক অমুক হিপতুনা লৈথোকপা ঙমদ্রে, হৌগৎতুনা চাকশঙলোমদা লাক্লে।

কিরণময়ী চাক্লিবা লৈরংলোমদা ওনশিন্দুনা তুমিন্না কমহুনা লৈ। ঙাঁং চাকপগী লংলবা ভাঙ্ানবা মঙাল য়াম্না মহাক্কী মাইথোংদা ফুররি। মকোক্তা ফি কুপ্তে, ঙসি মহাক মশম পুন্দে—মওং-মরিন নাইদনা শম চবুলহু করিনো মওং অমদা কাবুন পুনশিন্দুনা থম্লি।

অঘোরময়ী থোঙজিন ময়াদা চঙকুনা লেপতুনা লৈখ্রে। ঙসি মহাক্কী মমিৎতা উরিবা শক্তম অহু মপুংফানা থম্মোয়দা লৌশিন্নবগী শক্তি মহাক্কী লৈরমদে। নুংবংননা লৈরিবা মাইথোংহুদা লৈরংগী ভাঙ্ানবা মৈঙালনা অঙকপা মওংগী ঈথক্কী মতৌগুম শান্নরি, মাইথোং অসিদি খঙলক-উরকপা থেংনরকপা পূম্নমক্কগী মপালদনি। মাইথোং অসিদা অমকপা পকপ্রা হায়বস্তু থন্নরুবা য়াদে। অমকপা পক্তে হায়বসিস্তু ফোঙদোকলুবা য়াদে। মসি অঙকপনি! মসি হান্নদি উথিখি—মসি তোপ্তে প্পনি! মমিৎ কুপ্তবমখৈ ফনা কুইনা য়েংহুনা লৈরুরগা খঙহৌদনা মচিন্দগী শাংলবা মুংশ মপী অমা শৎ হোন্দোকখ্রে।

মখোল অহুদা মৌনা চঙকুহুনা য়েংলকপদা মনেম্মোক লেপতুনা লৈরম্বা উরে। নাম্বন্নিবা ফিজিহু মকোক্তা কুপশিল্লগা হায়রকই, "মহাক মফমসিদা করিগীনো ইমা?"

খোঞ্জেল অহু তাবদা অঘোরময়ীস্তু জ্ঞান তারক্লে, অহুক ঈংবা, অস্তক মুংশিবা খোঞ্জেল মহাক্তা কৈদৌঙৈদস্তু অমুক্তা তারক্লি। থোক হায়দোবকই, "নঙ নতোমদা চাক থোংলি ইবেম্মা, অহুনা ভাইহাক্তা কমগে হায়হুনা লাকপনি!"

মৌনা মনেম্মোক্লোমদা ফাল মচা অমা ইম্মোক্লগা লৈরংলোমদা ওনশিন্দুনা তুমিন্না লৈখ্রে। মহাক্কী থম্মোয়মুংদা অমুক রাম্মৌবনা মকোক ফন্দোরক্লে। মনম্না মুংশিৎকী মতেং লৌহুনা লৈগী মমুংদগী মপালদা থোরকই, অহুম ওইনমক অকনবা মুংশিৎনা হুমদোক্তুনা পুখি, মহুমক্কী মতৌগুম্না কিরণময়ীগী মতম অহুগী মপুক্লিংগী ভাব অহু মনেম্মোক্তা ইখঙ খঙহৌদনা লাকপদা মিৎকুপকী মমুংদা মপালদা থোরকপমক্তদা মুংশি-শাশিন্নবগী নোংলৈ-মুংশিত্ত পাইথোকখ্রে। মসি অচুম্বা নত্তে—শুপ্পগী মরৌ থাংবা চিরোলখঙনি; অহুবু র. ককথোক ককশিন তৌনরুবা মহাক্তা অমুক পান্নমদে. ভত্তনা শৎন্দরদপনা মহাক তশেংনমক চোকথখবনি।

ভাইহাক লেংদনা লৈরগা অঘোরময়ীনা হায়রকই, "মীনাই মুপী অমুক্তং কৌবিরম্মুরা ?"

কিরণময়ীনা থম্মোয়মুংগী শাওগৎলকপা পুম্নমক নমথরগা শাক্তি গুইবা মওংদা হায়রকই, "করি দরকার লৈ ইমা। ঐ মুংত্তিগী ইতোমদা খোংলিবনি—ইতোমদা লৈবা ঐগী হৈনবী ওইরবনি। অদুম ওইনমর্ক মহাক কাদা মতোমদা লৈরি—মহাক্কী মনাক্তা চৎতুনা কনানো অমা কল্লিক্লবা কৈ।"

নাবিবা মচামুপাগী রা পল্লকপদা মমানা চৈথেং ফাওদুনা তৌফম খঙদনা হায়রকই, "অদুদি চৎলগে। নঙমু থরা থুনা থবক লোইশিল্লগা লাকউ ইবেম্মা।"

চৈরক অসিদা উপেন্দ্র ময়ুমদা হনখ্রে, সতীশসু নোংমথক্কং উপেন্দ্রগা লোয়নদুনা ছারানবু য়েংবা লাক্লম্মী—অমুক লাকখিদ্রে। মহাক মশাগী মৈচাক্তা ভাঙদুনা লৈখ্রে। উপেন্দ্রনা মহাক্কী নুংশুক-নুংজানবা ফিভম অমসুং য়ুম অসিদা লাক্লিংদে হায়বা খঙদুনা মহাকপু অমুক কৌরুদ্রে, লায়েংবা অমসুং শিনব-লাংবা থুদিংমক মতোমদনা তৌরিবনি। গুপ্নগী কলিকাতা থাদোক্লনা ময়ুমদা হনগদবা নুমিৎ অদুদদি সতীশপু মরক মরক্তা পাউ লৌরুনবা অমসুং মঙোন্দা চিঠি ইদুনা খঙহল্লকুবা হায়জবল্লগা চৎখি। ঙসি সতীশনা স্কুল কুম্লকপমক্তদা উপেন্দ্রগী চিঠি ফংলে। মহাক্না ইয়কই,—থাজে, নহাক্কী লাইরিক তম্বা নিংথিনা চৎথরমগনি। নুমিৎ কয়ানিসি হারানদাদাগী পাউ ফংদদুনা থরায় রারে। অদু ওইরবসু খঙই, পাউ পীরকপগী দরকার লৈতে হায়দুনা পীরক্লবনি. অদুম ওইনমক মহাক্কী লাইয়েং কমদৌনা চৎথরিবগে হায়বা ইদুনা খঙহল্লকউ।

সভীশকী মনঙ্গলদা লীচৈনা শাস্থনরকপগুমল্লে। মহাক্না নোংমতসু পাউ লৌরুদে। মরক অসিদা য়ুম অদুদা করি করি থোক্লমগদগে, অদুম ওইনমক, মহাকমক্কী মথক্তা শিন্নরম্নগা উপেনদাদা ময়ুমদা চৎখিবনি। মহাক থুনা য়াংনা মখাদা কুমথখ্রে। বিহারীনা অচা-অথক পুরক্লি, থেংলু-দুনা মাগী পুখম গিলাস চোয়না ভাখ্রে—সভীশনা হম্না য়েংলুদে। লম্বীদা

খোরক্লগা অহাংবা গাড়ী অমদা তোংলরে অমসুং কন্না খৌনবা হায়রগা লম্বীরোমদা চেংশিন্না য়েংলকই। মশক খঙবা ঙমদতুনা গলি অদু হেন্দোকখিগদ্রা হায়বা মহাক্না চিংনৈ। মিনিট কুনগী মতুংদা গাড়ী থাদোক্লম্লগা অখুবা গলি অদুদা চংলকপা মতম অদুদসু নুমিৎ লৈরি। খোঙ থাকমদা কুপশিন্দবা ফত্ত-হৌদি অদুগা চৎনরিবা লম্বী, অমসুং কোকথক্কা অতিয়া অদুগ মঙাল্ অতমদু ফাওবা পূম্নমক অমম্বদা ওইনা তীনখিদ্রি। খোঙখাং কন্না থাংদুনা নম্বর তরাহুমদোইগী য়ুমগী মমাং য়োৎরক্কপদা খোঙ হাংদোরক্লে। কনাননো মহাকপু ঙাইদুনা লম্বীদা য়েংদুনা লৈরম্বগুম্মী। সতীশকী থম্মোয় তনিক্লক্লে, পাক হেক চংশিনবা ঙমদ্রে।

খোঙ ময়ামক্তদা কিরণময়ী, মহাক্না মাগী নোকমিবা মাইথোং খজিক্তং থিন্দোরক্তুনা য়াম্না তরাম তরাম তৌবগা লোয়ননা হায়রকই, "চংলকউ ইনাও-ইবুংঙো, লেপতুনা লৈরবদি কৈদোরে!"

অমুক ইনাও-ইবুংঙা অদু! ঈকাইবনা সতীশকী মমাই ঙাংলক্লে, অদুবু, খুদক্তা ফাথজরগা নোল্লুকপা মওংদা হায়রকই, "খঙজরে অদোম্না ঐবু হৌজিক ফাওবা ঙাকপিদ্রি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই,"ঙাকপিদে. নহাক্নদি ঙাকপিয়ু হায়জরক্তে। হায়জরক্তনা ঙাকপিরবদি মশক নাইবা মীবু ঈকাই-খুম্নদবা শকই। ঈকাই-খুম্নদবা য়াবা অদুগুম্বা মমল য়ামদবা মীশক নহাক্তি নত্তে ইনাও-ইবুংঙো।"

মহাক্কী পেজবা মরৌথাংবা রাঙাংদুগী মমুংদসু অসিগুম্বা য়াম্না থুপ্না লৈবা মুংশিবিব-চানবিবগী শেংলবা ঈচেল অমা ময়েক শেংলকপগুম তৌই, অদুনা সতীশনা মরু লুকচাননা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "ঐদি করিগুম্বা মমল অমতা লৈতবা মীনি ইতৈম-বেম্মা! ঐবু ঈকাই-খুম্নদবা করিমতা ওইরোই—ঐবু অদোম্না ঙাকপিয়ু।"

কিরণময়ীনা নোকক্ষেৎ তৌনা হায়রকই, "অসিগুম্বা পোৎ য়াম্না লৈ ইনাও-ইবুংঙো, ঙাকশিবমক্না মদুগী অরোইবা ওইখিবা। ঙসি নহাকপু ঙাকপিক্লবদা করিগুম্বা অমুক হন্না সতীশবাবু হায়না কৌবা ভাম্নবা, মদু ওইরবদি হায়হৌরিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, ঙাকপিম্বা অদু

ঐ ঙম্মোই। নহাকপু ক্যাহুনা থম্লবা য়োহ্লিং মতৎ খিত্তং অদু নহাক্ত নশানা ঐগী খুত্তা শিন্নখিবনি, মদু কজবা রাহৈনা কাউহন্দুনা অমুক হন্না লৌশিনগদৌম্বিবা, অদুক হাক্লা পঙবী নতৈমা নত্তে ঐ।" অসি হায়রগা মহাক্লা হাইফেৎ থোইদোকপা মওংদা মঙক হাইরকই। অদুবু সতীশ চঙরুখ্রে। য়োহ্লিং পুম্থোক-পুনশিনগী রাকমসি মঙোম্দা হৈননা থোক্লে, থোইদোক্লুম খঙহৌদনা মপুক্লিংদা নিংলকই. মহাক্কী চেকশিল্লহৌদবা তাঞ্জা ফংখিদুনা চনুরা অসিনা তশেংনা করিনো অকনবা য়োহ্লিং অমনা মহাক্কী মখোঙদা পুনশিনখ্রে অমসুং মিকুপ অদু-মক্তদা মহাক্কী চন্নবা মবুদ্ধি পূম্নমক্লা মশা কঞ্জননবা থৌরাং তৌদুনা লৈখ্রে। ইমুংদা চংলকপা মতমদা মহাক্কী মিৎকী মিৎয়েং অদুনা মথৌ-শোয়বগী হঙ্গোইজবনা হঞ্জানবা অমদি ঈকাইবনা মাই পুঙমদবা ওইনা উহনখ্রে, চৈথেং ফংদুনা মদু নিংজিং-মাংজিংনবা অমদি হেঞ্জিনমনবা ওইরক্লে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদুবু নহাক্কী মাইথোং মকশিল্লি ইনাও-ইবুংঙো, হৌজিক ক্যাওবা করিমতা চাদ্রি-থক্রিমাল্লে। লাকও, করিনা থন্না চাররো।"

সতীশনা মাই হায়রুবা করিমতা ঙমদনা হায়রিবদু ঙাক্লনবা শেম-শারক্লে অমসুং অ প্পা অমদি খঙনিংবা অদু কয়া য়াম্না শুপ্পগী অথুপ্পা ওইরিবনো অদুগা কয়া য়াম্বনা নত্তবগে. থোইদোক্ল চিংনবগা লোয়ননা মদুমক বিচার তৌননবা মহাক শক্লোন-পুবীদুগী মতুং ইল্লকই।

মথক্তা কাখৎলগা মৌনা মমাই ওম্থোরক্লগা হায়রকই, "ঙসি মীনাই নুপী পুদুনা ইমা কালীবাড়ি চৎখি। চাকশঙদা ফমদুনা নহাক্লা লুচি( ময়দাগী পুরি) তক্কদবনি, ঐনা তাওরগা লৌখৎকনি—ঙমগনিদনা?" হায়রগা নোক্লগা হায়রকই, "লুচি তকপা হৈগনি হায়বসি নহাকপু উবমক্তদা থঙবা ঙম্মী—লাকও।"

সতীশনা থম্মোয়গী চয়েৎনবদু থাংথদুনা থম্লগা অকবা মীগী মতৌগুম হংলকই, "লুচি তকপা হৈগনি হায়বসি ঐগী মাইথোংদা ইদুনা লৈত্রা ইতৈম-বেম্মা?"

কিরণময়ীনা হায়রকই,"ইরিবদু পাবা হৈবা চংব ভাই ইনাও ইবুংঙো। অহিং অদুদা ঐগী মাইথোংদা করিগুম্বা থন্না ইরম্মা— অদুম ওইনমক নহাক্লা পারুরিবদি?"

সতীশ অমুক মরু লুকথগ্রে। চাকশঙদা চংলগা অহানবদা য়েৎনৈ-থোংনৈ অমসুং মহুগী মতুংদা মখোয় অনি চংহুনা লুচিং হৌরিঙ্গে মরক্তা য়েৎনবগী মৈশা ঈংথগ্রে, মতম অদুদা কিরণময়ীনা হংলকই, "নহাক্কী রা য়াম্না নহাক্কী উপেনদাদাগী মফমদগী তারে। করে ইনাও-ইবুংঙো, মহাক হৌজিক সিদা লৈরিরোইনে ? মযুমদা হনখিরমগনি, নত্রা ?"

সতীশনা "হোয়" হায়রকপগা কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহাক সিদা লৈত্রে হায়বা ঐ খঙই, অদুবু ইমানদি থাজবা ঙমদ্রি। মঙোন্দা তাক্লমদনা উপেনবাবু কৈদৌঙৈদসু চৎখিরোই হায়না ইমানা হায়—খঙলে মহাক খুদক্তা চৎপা ওইরিনিনে ?"

সতীশনা মসি তাংদাংবা খঙলমদে। থোইদোরবুম মহাক্কি কারিসু খঙলমদে। মরক অসিদা মখোয়গী রাহৌদা মরুপ অনিগী মরক্তা কজদবাংরা ময়াম অমা থোকখ্রে, মদুসু হায়দোকলুবা য়াবা নত্তে—সতীশ লুমিন্না লৈখ্রে। মহাক্তা তাক্লমদনা চৎখিবগী মরম মহাক্তা ভাবনা শারুবা করিমতা ঙমদ্রে। অদুবু রাকম অদু কিরণময়ীনা থুপচানহনখিদ্রে; হায়রকই, "নহাক্কী দাদাগী থবক অসি কজদে ইবুংঙো, খঙহল্লমগা চৎখিবদা কনানসু মাবু ফাহনা থম্লম্লোই, অদুম ওইনমক, ইমানা অসুম্না খন্দুনা মপুক্লিং নুংশিজরি। ঐনা করিগুম্ব মঙংদসু মঙোন্দা খঙহল্লুবা ঙমদে, উপেনবাবু পুন্সি চুপ্পা লৈবাক অসিদা লৈবা নত্তে, অতোপ্পা লমদা মাগী মযুম-ইখোল লৈ, থবক-ইথাং লৈ— পূম্নমক অদু থাদোক্তুনা নুমিৎ কয়ানি মীগী অরা-অনাদা লেনবা ঙমগদগে ? অদুবু অহল ওইরবা মীগী মফমদদি অচুম্বা রাকম অসি মচেৎ অমতা অচুম্বা ওইনা লৌদে—মখোয়না মশাগী দরকারদগী রাংখৎনা সংসারদা করিমতা অমুক উরুবা ঙমদে।"

সতীশনা রা অসিগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "উপেনদাদানা অদুক কুইনা মপালদা লৈরম্মী, মসিনি ঙক্লিবদি! কদায়দসু কুইনা লৈথোকপা মাগী স্বভাব নত্তে। থোইদোক্লা, লুহোংবা মতুংদগী অহিং অমতং ফাওবা কদায়দবু ওইরবসু লেকহনবা তারবদি কোক্কায়-লুকায়নরিবনি। হান্নদি, হীরম খুদিংমক্তা মহাক্লা ঐখোয়গী লুচিংবা ওইরম্লিবনি, হৌজিক্তি, অমমম ওইনা লোইনমক থাদোকখিহনা য়ুমগী

কাচিন্দা চংখ্রে—কোর্টতা মরু ওইনা চৎতবা য়াদে, মতুনা ওইরম্বা য়াই, অমুক্তং চৎলিবা। মসি অমুক্তা য়েংবিয়ুদনা—"

মৌনা মরক থৎতুনা হায়রকই, "কম্নম্মু ইনাও-ইবুংঙো, নহাক্কী চাকম শেমখিগে অতুগা কমসি। নহাক্না চানা চানা য়ারী শাও, মতুমক্না করনি।" অসি হায়রগা কিদা থারগা পুখমদা মওং তানা অচা-অথক শেমজিন্দুনা হাপ্লগা কমতুনা থোইদোক্না মপুক্লিং চংবগা লোয়ননা মহাক্না হায়রকই, "অতুগী মখাদি?"

সতীশ পুরি মচেৎ অমা মচিন্দা হুকচিল্লগা হায়রকই, "মতু লুহোংবা অমগী মতাংদনি, ইতৈম-বেম্মা! উপেনদাদা অথোইবা ঘটক (নুপা ময়ুম অমদি নুপী ময়ুমগী পাউ পুথোক-পুশিন তৌতুনা লুহোংনবা শিনবা মীশক) অমনি, মী কয়াগী লুহোংনবা শিনবিখি. মতুগী মশীং নাইদে। ঐখোয়গী কাংবুগী পাখং অমগী লুহোংবদা উপেনদাদানা ঘটকী থবক্তগী হৌতুনা শিনব-লাংবা পুন্নমক মখুৎমক্না তৌবি। অতুম ওইনমক, লুহোংবগী অহিংদা দাদাগী মশক অমুক উবা ফংখিদে। মৌ অতোপ্পী মশা ঙমদে হায়তুনা করিগুম্বা মওংদম্ম ময়ুমদগী মপাল থোকখিদে। ঐখোয় মী ময়াম পুন্দুনা, ওঃ—মতুদা কয়া কন্না হায়জখ্রবা, ইতৈম-বেম্মা! অতুবু শুপম্না য়াখিদে। নুংগী লাই ওইরম্নবদি বরতুম কংলমগনি, অতুবু উপেনদাদাবু য়াহনবা ঙমখিদে। করিস্সু তৌদে হায়না মৌ অতোপ্পী মশানা হায়জরুবদা হায়খি, নঙগী অক-কক্তা থন্ননবা থোদাং ঐগী ইথক্তনি, নঙ নশাগী নথক্তা নক্তে, নঙ তুমিন্না লৈয়ু।"

কিরণময়ী চপ য়ুংনা কমতুনা লৈখ্রে। মহাক্কী হৌখিবা পুন্সি পুন্নমক—মশামক্কী থম্মোয়গী লকাপ্পুংদা কুমথরগা মা মাতুনা মপি থিতুনা লৈবগুম্ম। অতুবু সতীশনা মতু করিস্সু খঙলমদে। করম্বা য়ারীনা কদায়দা করি তৌরগা তিং শোকপগে, মহাক্না মতুগী পাউ কদায়দগী লৌরুগনি! মহাক্না তম্নকই, লাক্তবা অতুদা কনানা করম্বা মওংদা নিন্দা তৌনখিবগে, কনানা করি হায়তুনা করেম-কথাইনখিবগে, কয়া য়াম্না সুংঙাইবা য়াকম ওইখিবগে, পুন্নমক অসি।

অতুবু তারিবা মীশক্তি কদায়? করিস্সু লৈতবা য়ারী অসিদগী কিরণময়ীদি মতম অতুদা য়াম্না থাপ্না চৎথোকখ্রে।

খঙহৌদনা মতম অমদা সতীশনা মাগী লুচি চাবা অমস্তুং রারী শাবা লেপতুনা হংলকই, "তাবিদ্রব্রা — করি খনবিরিবনো ?"

কিরণময়ীনা চঙকৃহুনা নোক্তুনা হায়রকই, "করিগী ভাদনি ইনাও-ইবুংঙো। অদুবু ঐনা হায়নিংবদি, অনা-অয়েক্তদি মতন তৌবা কৈ।"

সতীশনা ফিঙ্গংলক্তুনা হায়রকই, "কৈ, অদুবু হেক্তিনমনববু কত্রনে ? মৌ অতোম্বীনা লাইকুপ থোকপা মতম অদুদা উপেনদাদা নুমিৎ নিপালনি তরানি মাগী লুখুম ময়াদগী হৌগৎখিদে : য়ুমদা মী অতুক য়াম্মা লৈরিবনি, মহাক্না ঈরু-মাইথজবা চাব-থকপা থাদোকলুবগী করি কান্নবগে ?

কিরণময়ীনা ভাইহাক মাগী মাইথোংদা তুমিন্না য়েংহুনা লৈক্নরগা হংলকই, "করে ইনাও-ইবুংঙো, মহাকী উপেনদাদানা মৌ অতোম্বীবু য়াম্মা নুংশিবিব্রা ?"

সতীশনা খুদক্তা হায়রকই, "ওঃ—কাহেন্না নুংশিপ্রপোৎনি।"

কিরণময়ীনা অমুক কনা কুইনা তুমিন্না য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই, "মৌ অতোম্বী য়েংবদা কমদৌবগে ইনাও-ইবুংঙো ? য়াম্মা কজব্রা ?"

"হোয়, য়াম্মা ফজে।"

কিরণময়ীনা নোকক্লেৎ তৌরগা হায়রকই, "ঐগুম্না ?"

সতীশ মরু লুকথহুনা লৈখ্রে ; ভাইহাক লৈরবা তুংদা করি খল্লক্লবনো খঙদে মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হংলকই, "ব্রা অসি তশেংনমক খঙবিনিংব্রা ?"

"তশেংনা করিগী খঙনিংদনি ইনাও-ইবুংঙো।"

সতীশনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, ঐগী মতামতকী মমল থোইনা লৈতে। অদুবু করিগুম্বা মমল লৈরবা, অদু ওইরবদি, ঐনা মসি হায়গনি, অদোমগী মতৌগুম্না কজবদি পৃথিবীদা অমমুক লৈরমদবা য়াই।"

কিরণময়ীনা করিনো পাউথুম অমা পীগদবগী তৌরকই, অদুবু মতম অসিমক্তদা মথাদা কৌনরকপগী খোঞ্জেলদা মহাক হৌগৎলক্লে। হায়রকই, "ইমা কালীবাড়িদগী হল্লক্লে।"

সতীশনা মাগী চাব থকপহু লোইরগা মপালদা থোরকপমক্তদা অঘোরময়ীগা মায়োক্লরে। মহাক্না মঙোন্দা য়েংলগা মমৌনুপীদা হংলকই, "উপেনগী মনাও নত্রা, ইবেম্মা ? মাদি কদায় ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহাক ময়ুমদা হনখ্রে।"

অহোরময়ীনা শয়া "কৈ" হায়রয়গা মতাক্তী সিন্দুর নম্ব: অহুগা চন্দন খিনবা মমাইহু মুশিন্না মচান্নুপাগী কা তম্না চৎখ্রে।

সতীশনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি ঐ য়ৌগ্রগে ইতৈম-বেম্মা।"

কিরণময়ীনা ভরং-মালংদা তাওবা মওংদা হায়রকই, "য়ৌরো।"

সতীশনা খোঙথাং অনি থাংদোকলুরগা হন্জিল্লক্লুনা হায়রকই, "উপেনদাদানা চিঠি থারকই, হারানদাদাগী লায়েং কমদৌরিবগে হায়বা খঙবা পায়রকই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "লায়েংবা লেপ্লি। হান্না য়েংলম্বা ডাক্তরহুবু য়েংহন্নবা য়ানদ্রে; অহুম ওইনমক, করি পাম্বগে, মহুস্তু তাক্লমদে।"

সতীশনা ওক্লুন হায়রকই, "মহুবু করি য়ানো! লায়েংবা পুংলেপ লেপতুনা কমহুনা লৈরবা—মসিবু করম্বা মওংগী থৌশিল্নো?"

"শিন্নমদনা মহাক চৎখ্রবনি। ঐনা খনবদদি, অমুক্তি মহাক্না পল্লম্বগুম তৌই, সতীশ লৈহৌরবনি, মহাকমক্না শিঙ্গনি—নহাক্তি লাকখিদ্রে ইনাও-ইবুংঙো।"

সতীশনা ওাইহাক চওক্লুনা লেপতুনা লৈরগা হায়রকই, "হয়েং অয়ুক লাক্কে" হায়রগা থুন্না য়াংনা মপান্দা থোকখ্রে।

সতীশ চৎখ্রবদা কিরণময়ীনা মপুরোইবগী কান্নী থোঙ থজিল্লং কাংহুনা য়েংল্লকই, মহাক য়োম্লম অমদা ওাহুনা মমাগা তপ্না তপ্না য়ারী শানি। ওসি মতাক সন্ধ্যাদা লাইহৌ হৌরক্লে, পাঙ্ক অসিদং লোরগা মহাক মনা-মনিল নাইদনা হল্লক্লে অমম্লং মপালদা অমম্বদা কমহুনা তোপ্লো। মমত্যাগ্না লোয়নন্না অসিখক্লং খল্লোয় নুংদা য়োক্লুনা থম্লকই। ওসি সতীশকী মকমদগী তাখির উপেন্দ্রগী লৈখ তাবগী ইতিহাসন্না মহাক্কী খল্লোয় 'পুম্না মধুর্য্যনা থসহনখ্রে' অহুন ওসি মকম অসিদা কংজ-ন্নিন্না থুরমখৈ, অহুমক্না মধুর চেলহন্দুনা, কিরণময়ীবু খন্নঙমহ্রবা রসতা লুপহল্লক্লে।

## তরাঙারেৎ

অহিং অহুদা সতীশ চৎখ্রবদগী মতুং থনা কুইরবা ফাওবা কিরণময়ীনা অমম্বা মাঙ্গোলদা ভুমিগ্না কমহুনা লৈরগা মমৈথংদা হৌগৎলগা চাকশঙ্গা চংলকই অমমুং চাক থোঙ্গৎলগা অমুক হন্না নুংথংলনা কমহ্রে।

মহাক্কী থম্মোয় ময়াইহ্না ভসি সত্তীশনা প্রশাম্না খণ্ডজদনা আসন থান্থনা স্থরবালান্মচিংবা শকথণ্ডদবা মুপা-নুপীগী কাংবু পুশিল্লক্নুমা অণ্ডকপা ফংলব নাটক্কী ময়েক লাদবা অভিনয় হৌহল্লমগা লৈথোক্নুনা চৎত্রে, অচিকপ কা মন্নুংদা ম্ভোমদা ফম্বদা মহাকপু উনিংবগী মীহৌবা কিরণ-ময়ীগী হেনগৎলকই, মতৌ অদুগুম্বা মাইকৈ অমদনা করিগীনো মৰ্কম খণ্ডদবা চিংনবনা মহাক্কী মখোঙ-মথুৎ মিৎকী মিৎয়েং লুমথরকই। মসি অমম্বা অহিংগী অকী-তুজুংলবা ভূতকী ৱারীগী মতৌগুম মহাকপু লেপ্পা লৈত্তনা খুৎ অমনা চিংশিনরগুম্মী অদুগা খুৎ অমনা ইম্মোকপগুম্মী। মতৌ অসুম্না অণ্ডকপা ফংলবা মওগী লাং মরক্তা মহাক থোইদোক্না শুম-হৎলকই, অদুগুম্বা মতমদুদা থোঙউপকী মখোলদা চণ্ডক্তুনা ম্লেংথোরকই, থোঙগী মমাংমক্তদা ডাক্তর অনঙ্গমোহন লাক্নুনা লেপ্লে।

কিরণময়ীনা মকোক্কী কি মমাইরোমদা চিংথরগা হোগৎতুনা লেপপ্রে, ডাক্তরনা মদু উবদা শিংগুম শুক্লকই।

মসিগী মম্যাংদা ডাক্তর অসি ত্তশেংনা মফস অসিদা কয়ারক হয়া লাক্নুনা লেপ্পপ্রবনি অমসুং থম্বাল-মানবীগী খুৎনা থোং-থাকপা মীহৌদ্রুনা অতিথি ওইনববা হায়জতুনা হয়া হয়া ফয়েৌথাংহনপ্রবনি, হৌঞ্জবা ফরেম্নবা অহুমক মৌহৌননা কল্লনা তৌরুবদা কিরণময়ীগী থম্মোয় হূনা ফুনগৎ-লক্রে। মহাক্না চপ যুংনা লেপতুনা মদুমক ঙাইতনা লৈরকই। অদুবু ডাক্তরনা করেম-কথাইনবক্রে, শাওনা শকফম হঞ্জিন্না ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হ'য়রকই, "মুমিৎ তরানি হেম্না মপালদা লৈরুই হায়তুনা হারানবাবুগীদমক থরায় য়াম্না ৱারুরবনি, অদুবু লাকপদা উরে, ৱারুনিং-ঙাই মরম অমতা লৈরমদ্রে।"

কিরণময়ীনা মঙক হাইতুনা হায়রকই, "লৈত্রে, মহাক ফরে।"

"ফবু কয়রবদি ফরবনি। অদু শুইরব্বদি ঐগী দরকার অমুক লৈত্রে, কব্বি হায়রবগে ?"

কিরণময়ীনা মদুগী পাউখুমদা মঙক হাইতুনা হায়রকই, "লৈত্রে—"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নখোয়গী দরকার লৈত্রবস্থ ঐগী দরকার হৌজিকসু লোইত্রি, অসিথক্কং খণ্ডহুরবগীদমক ঐহাক অমুক লাপ্পা লাকপা তারিবনি।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎতনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "করবনি, ইমা হৌজিকস্তু তুমহিনবনি, মঙোন্দা হায়রুবা দরকারনি, — ঐঙোন্দা হায়রবদি অরেম্বনি।"

ডাক্তরনা মশক্ত য়াম্না তমথিবা শক্লোন লৌহুনা অমুক হায়রকই, "ঐ মাগী মনাকমক্তুদগী লাক্লিবনি। মহাক্না দরকার লৈত্রে হায়রকই। দরকার লৈত্রে হায়বা ঐস্নু ভাব তারে. অদুবু ডাক্তর-বিদায় তৌবা হায়বা রা অমা লৈ. মহু কাউথোক্লবদি য়াররোই।"

কিরণময়ী তুমিন্না লৈ।

ডাক্তরনা করেম্নহুনা হায়রকই, "ঙসি থা মঙ্গা-তরুক্কী মতুংদা থৌদাং অসি নঙনা লৌগদবনি. নত্রগা নঙগী মনেম্পাক্না লৌগদবনি, মহুদি নখোয়গী রানি, অদুবু চৎলো হায়বদনদি ডাক্তর চৎতে কিরণ"

ডাক্তরগী মচিন্দগী মহাক মশাগী মিং তাবদা ঙসিদি খঙহৌদনা তেনগী মতৌগুম মঙোন্দা য়ুংলরে। মহাক শাখিনা মতু চুংলক্লে, মুৎশি মুৎশিবা মৈঙাল অসিদা কাওবা ডাক্তরনা মহু উখ্রে।

কিরণময়ীনা খোঞ্জেল তপ্না হংলকই, "অদোম্না করি পাম্বিরিবনো, পৈশারা?"

ডাক্তরনা নোকশিন্নহুনা হায়রকই, "করিগীনো 'অদোম' হায়রিবা কিরণ? কনাস্তু লৈতে, 'নঙ' হায়রবস্তু দোষ লৈতে। অদুবু অস্মুক কুইবসি করি পাম্নকপগে হায়নু তাসি? মহুবু পৈসারনে?"

অমুক হুন্না কিরণময়ীগী মশা শিন্না মতু চুংলক্লে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "পৈশা পামদে হায়বা রা অসি লুই। হৌজিক নঙগী অরাৎপা লৈত্রবা মতমসিদদি পৈসা পীহুনমক বিদায় তৌরো। ঐ —মাইকৈ অনিদা ঠোক তৌবা য়ানিংদে। অদুবু নহাক অম্মুক কুইবসিদা ঐগী থম্মোয়গী রাহু খঙলববি, মসিগীদমক নহাকপু ধন্যবাদ তৌরি। ঙসি থোইনা অমুক ঙৎলরোই, খুম্মু. হয়েং অমুক লাকপা য়াইদনা?"

নুপা অসিনা খুংদা করম্বা মওংদা চাক্লিবগে অমসুং পুম্নমক অসি মহুমক্কী পৈথৎলকপা উৎ মপৈনি হায়বা কিরণময়ীনা চিংনবা লৈতনা খঙহুনা ইতপ তপ্না অচেৎপা খোম্থাংদা হায়রকই, "নত্তে। অদোম অমুক্তা শ্রৈপ্পিরমখো, ঐ হৌজিকমক পুরক্কে।" হায়বগা মনাক্কী থোঙ হাংহুনা থুন্না য়াংনা চৎখ্রে।

হন্দক্তি ডাক্তরহু নুংশাথিরক্লে। কিরণময়ু মহাক্না খঙউ। কদাযদা করি লৌবা চৎথ্রিবনো, খঙতৌদনা অমুক থেংলবা অহিংদা ওইথোক্কবা থৌদৌ অমা তৌদুনা কদায়দগী ইরাং কদায়দ চিংদুনা পুরক্কদগে অরাবা রাখল অসিনা মহাকপু মিৎকুপ অতুমক্তদা কাজিন্দুনা থমগ্রে। মহাক চৈথেং ফংদুনা চৎগ্রে, হল্লক্লগা তমথীবা কংনা চৈথেং হন্না পীরগনি। চিংনবা লৈতনা লমন থুম্লবগী চৈথেংদু খল্লবদা অনঙ্গমোহন নুংশাখিনা নুংবংননা লৈখ্রে।

কিরণময়ী হল্লকপদা কুইনা চংই। মহাক্না তুমিন্না মরু লুকথদুনা ফিজিদা পুল্লিবা লিক-কোল কনা য়ায় ডক্তংগী মখোঙ ময়াদা পৈদুনা থম্লগা তপ্প ভপ্পা হায়বকই, "মসি লৌবিবে। অদোমগী দাবী কয়ানো, মদুগী হিসাব অমুক কুইরবগী তুংদা তৌরুবা অরেম্বনি। মতম অতুক হাক্লস্ত্র লৈতে, তপথবস্মু ওয়েল্লোই—ঐগী লৈজবা খিবিক পুল্লপ পুরক্কুনা পীবরিবসিনি, মসি লৌরগা ঐথোয়বু মুক্তি পীবিরম্লো,— অদোম চৎপিথ্রো।"

অনঙ্গমোহন মাইথোং কাহৎনা তুমিন্না লৈখ্রে; কিরণময়ীনা হায়রকই, "পস্থবিরিবা কম্মিগীদমক্তনো? থাজবিয়ু, ঐগী অতৈ করিস্থ লৈত্রে—অবৈব পূম্নমক পুরক্কুন পীরবনি—অহিং থেংলে, অদোম বিদায় লৌবিরো।"

অনঙ্গমোহন্না কীনা হায়রকই, "ঐদি নঙগী নশাদা পকপা লিক-কোল পামদে—পৈসা পীমু হায়বনি। মদুস্ম—"

কিরণময়ীনা থোইদোক্লা খাংঙম্লক্তবা মওংদা হায়রকই, লিক-কোলস্থ পৈসানি, ব্রাহ্মণ তদু খঙবা অদোমগী চহি মতাং ওইরে। ওইরোইদবদা কংয়েৎ য়েৎতুন করিগীনো অরেম্বদা থেংননবা তৌবিরিবা?"

হন্দক্তি অনঙ্গমোহন্না মঙক কন্না হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ করিগুম্বা মওংদস্মু মসি পূম্নমকসি লৌবা ঙম্মোই।"

কিরণময়ী থোইনা লাপ্তুনা কমথরুরবনি, ফুক হোৎলক্লে—"করিগী ঙম্বিরোইদৌরিবনো? অদোম্না থৌজালবিরিবসি কনাদনো? অদোমগী মক্কমদা পীথোকখ্রবা পোৎ অদু করিগুম্বা মওংদস্মু অমুক লৌশিনবা ঙম্মোই, ব্রা অসি শেংনা হায়রিবসিনি।" মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা

হায়রকই, "অদোম্না কম্নিগুম্বা লৌবিদবা থোক্লবদি হয়েং পূম্নমক্তু লৈত-লাইরশিংদা য়েম্থোকখিগনি, অদুবু, মদু য়ুমদা থমদুনা করিগুম্বা মওংদসু ঐগী ইপুরোইবগী অমঙ্গলদি ওইহল্লোই।" অসি হায়রগা মখোঙনা ইনশিল্লগা হায়রকই, "লৌবিরো, লৌখৎপিরো পূম্নমক অদু!"

অরোইবা রাহৈশিংদু য়াম্না কাহেন্না কন্থ-থরুম্নরকই, অদুনা মবুদ্ধি চমম্লনা অনঙ্গমোহন্না কুপ্তদুনা মহুশিংদু খুনজিনবা হোৎনরকই।

কিরণময়ীনা মাইকৈ অদোমদা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরগা ফিঙ্গৎপদু ফাথজরগা কাহেন্না তুকচ্চবগা লোয়ননা হায়রকই, "পুবিয়ো। অসিগুম্বা খুদমশিংসি য়ুমদা থম্বা ফাওবদা ঐ চাক-ঈশিং চংলরোই, মিৎ উইশিনবা য়াররোই।"

ডাক্তরনা লোইনমক খুনগৎলগা হৌগৎলক্লে। কিরণময়ীনা ফিঙ্গৎপা মওংদা হায়রকই, "অহিং য়াম্না থেংলেসে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "চৎলনি। অদুবু নঙনসু লাম্না লৌরে। পূম্নমক অসি ঐনা পীখিবা নত্তে, পূম্নমক নহাক নশাগীনি। অদুম ওইনমক করিগীনো ঐনা লৌদ্রবদি লৈত-লাইরবশিংদা য়েম্থোক্লদোরিবা, ভাব ভাব ঙমদে। ঐবু ঙাকপিয়ু কিরণ।"

কীরণময়ীনা থমকা তৌরকই—"ঐগী মিং অমুক্কা! হোয়, মহুশিংদু ঐগী ইপোৎমক্নি হায়বা য়াই, অদুবু মহুশিংদুগী মায়ামক্তন। অদোমগী মতেং লৌখিবনি।—অহিং য়াম্না থেংলেসে ডাক্তরবাবু।"

ডাক্তরনা মশাগী মমিং থাবা কার্ড মচেৎ অমা লৌথোক্লগা হায়রকই, "ঐগী য়ুমগী ঠিকানাসি—"

"থম্বিরম্মু," হায়রগা কিরণময়ীনা মখুৎ তিংথোক্তুনা লৌশিনখ্রে অমসুং মমাই লৈথোক্তুনা লাক্লগা চাক্লিবা লৈরংদা মহু থোক লংশিনখ্রগা হায়রকই, "মসিদগী হেনবা ঐগী দরকার লৈররোই। অদোম্না হৌজিক্তা ঙাকপিয়ু হায়বিখিবা নত্রা? অদোমসু মপুংফানা ঙাকপিবা ঙমগনি হায়দুনমক্নি অদোমগী লমন পূম্নমক, মরি পূম্নমক লোইশিনখ্রিবা। করিগুম্বা কুমিম্তা করিগুম্বা মরমদা অদোমসু ঐনা নিংশিংলক্তনবা চৎলমদায়দা রা অসিদদি হায়বিরম্মু" অমুক করিগুম্বা মতুংগী

ম্বাহং-পাউখুম অমতা ঙাইরমদনা মখোল হৌনা থোঙ থিংজিল্লগা মহাক চাক থোংকমদা হঞ্জিল্লক্লুনা কম্লরে।

মপালদা ডাক্তরগী থোঙথাং মখোল মাগী মন্নাদগী থাপ্লা চৎপ্রবা মতমমতুদা মহাক্না শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা য়েংলকই, লৈরং মৈ মুৎখ্রে। কামখৎতুনা থাগৎলগা শাংলবা নুংশা মপী অমগা অমুক হোন্দোক্লগা তুমিন্না কমতুনা লৈখ্রে।

খৌরাংবনা চরম প্রক প্রক কংখ্রে, অতুম ওইনমক মহাক হৌগৎপা ঙমদ্রে। মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংলকই, মপালগী অমম্বদা মতম অতুদস্থু করিনো অকী-তুজুংনিংঙাই ওইরবা অমনা মতাকমক্কীদমক মথুৎ তিংথোক্লুনা ঙাইতুনা লৈরি। মহাক্কী থবাক মনুংদু কন্না ওমচাক্লুরক্লে, মথুৎ অনি চংতুনা চেৎনা পায়শিন্দুনা থমখ্রে। বিদায়গী মতাং অসি নোংমা মহাক্না পাংথোরব্দবনি, মসি মহাক্না তশেংনা খঙজরম্মী, মরমদি উতাংবীনা মহাক্কী মশা 'পূম্বদা মরা শন্দোরক্লুনা মহাকপু অস্থুম অস্থুম য়েৎশিল্লক্লি হায়বা রাকম অসি নিংশিংলকপা অতুক্কী মতিক মহাক্কী মপুক্লিংদা ময়াক কল্লব হু ওল্লকই, অতুম ওইনমক অকী-তুজুংলবা লীপূন্দুদগী মশাবু নান্থোকচহন্নবগী মতৌগুম্ব পাঙ্গল মহাক্না মশা মনুংদা করিমতা থিবা ফংলমদে। মতৌ অস্থুম্না মতম লেল্লকখি—মতম চুপ্পদা থাংলকখি, অতুবু করিস্থু তৌরুবা ঙম্লমদে। অতুক চাওবা থবক অহু অতুক লায়না পাংথোকখ্রে, মতুমক কিরণময়ীনা তুমিন্না কমতুনা থস্মোয়-নুংদা খঙজিল্লবকই। দরকারগী লীপূন্না পুন্দুনা পাপপু মশাগী মন্নুমদা পুশিল্লক্লুনা চাওখৎলকখিবা অহু ঙসি 'চৎখ্রো' হায়বমক্তদা চৎখ্রে, অসিগুম্বা ওইথোক্লবসি করম্না ওইথোকখ্রিবনো! ইজ্জৎকী ভিক্ষা, হন্না হন্না হায়জবা, কপচ-লাওজবা, থস্মোয় শোক্না হায়জ-নোঞ্জবা, থবক অসিগী শোয়ফম্রবা ৱাকমশিংদু থল্লবমক্তদা মঙে ন্দা মুমিৎ খুদিংগী অচাকপা তেল্লা য়ুম্নম্মী, পূম্নমক অহু লেমহৌরে! অতুবু অমুক নোংম-থক্তগীরা, নত্রগা তশেংনা পূম্নোই লোইথ্রবমক্লা!

খঙহৌদনা থোঙ হাংদোরকপগী মখোলদা কিরণময়ীনা চঙক্লতুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, মীনাই নুপীনা হায়রি, "লৈরং মৈ মুৎতুনা উন ওনগ্রেনে মম্মৌ-ইবেম্মা! অহিংস্থু থোইনা ঙনবা নগ্রে।"

কিরণময়ীনা ফুক হৌগৎতুনা মনাক্তা চংশিল্লগা তুমিন তুমিন হংলকই, "ডাক্তর লৈরিব্রা, নত্রগা চংপ্রব্রা ?"

"মহুদি পুং অনিরোম ক্বারে ।" মখুত্তা পায়রিবা থাওমৈছু ভানখৎ-হল্লহুনা হায়রকই, "অহুবু নঙোন্দা হায়রিবা অসিনি মমৌ-ইবেম্মা,—খুদক্তা মহাক ম্বৈ থৎপা থোকখিদ্রবনি ।" থাওমৈছু রাংনা থাঙ্গৎতুনা মপুংফানা লৈত্তেং পক্রুবী মৌগী মশা 'পূম্বা হন্না হন্না য়েংলগা লৈমায় 'থক্তা থাওমৈ পোপ থমহুনা ক্বমথরগা হায়রকই, "মসিবু করি থোদৌনো মমৌ-ইবেম্মা !"

## তরানিপান

দিবাকরগী শাখিবা অরাবা অহিং নোংঙাল্লক্লে। ঙরাং অয়ুক মহাক্না লোন্না বি এ ফেল ওইবগী পাউ ফংগ্রবনি, অমস্তুং সন্ধ্যা মতমদা মহাক-মক্কী লুহোংবগী রাফমদা মহাক্কী কাগী মমাংমক্তদা লেপতুনা উপেনদাদানা মপুক্লিং হরাওনা, মথরায় য়াম্না য়াওনা ভট্টাচার্য্য মহাশয়গা রাক্বী শানবা তাবদা মহাক্না তশেংনমক মশাবু শিহনবিননবা থৌনিজখি। মচানুপা শিখিবদা ভাইখ্রিবী মমানা মৈচাক্কা লোয়ননা তুমখৈ, মৈচাক্কা লোয়ননা য়াহৌই, লাইবক থিরবী অহুগী মতৌগুম ঙসি মহাক মৈশা লাংনা মিৎকপ থোরকই। মমিৎ পাংথোক্তুনা য়েংলকই, কাগী নোংপোক থংবা থেঙনাওগী মুংশেলদা নুমিৎকী মঙাল-মশেক ফাওরক্লে। ঙসিদি মঙাল অসিবু মহাক মশাগা মরি করিমতা লৈননা খনখিদ্রে! অয়ুক্কী অহানবা মঙাল-মশেক অহুখক্তুবু চাওথোকচনা মঙক থাঙ্গৎতুনা ঈকাই-খুম্ননা ওক্কদবনি, রাকম অসি মহাক্কী মপুক্লিংনা নিংবা ফাওবা নিংশিংদ্রে। মীথুংশঙগী শক শুপথঙ থঙদবা অতিথীগী মশক্কী মতৌগুম মঙাল-মশেক অহুখক্তুদা থোইদোক্না হৈনিংদনা তঙক তঙক য়েংহুনা ফমুংদা তাহুনা লৈ। তরু-তক্লবা মুংশেলগী মপালদা ঙমখৈ নাইদবা শংবান্নবা অতিয়া উরি, খঙহৌদনা খল্লকই, মপাল নাইদবা লৈশেমগী মকম কদায়দনু ওইরবস্থু কব্বিগুম্বা কাচিন অমতদস্থু মহাক্কীদমক লম মচেৎ অমতা লৈত্রব্রা হায়না। মহুগী মতুংদা উবা ফংলিবমখৈ হুমহুনা য়েংলকই, নত্তে কদায়দস্থু লৈত্তে। লৈশেম মপুনা অস্থুক য়াম্না লৈশেম্মী হায়বদি ম্নাই,

অতুবু মথক্তা, মথাদা, নাক য়েত্ত্রু', ঈশিংদ', কংক্কালদ', য়েৎতুম মতোলদা পকপা লম ফাওবা মহাক্কীদমক শেমহুনা থম্বিবমদ্রে। মহাক্কী মমা লৈতে, মপা লৈতে, য়ুম লৈতে, খঙংল পোকফমসু লৈরম্লোই। নত্তে. তশেংনা মশাগীনি হায়ব কদায়দসু করিস্সু লৈতে। য়াম্না পিক্লবা কাখু অসিথক, লীপুন চা-লিশিংগা মহাক্কা চয়েৎনরি, জ্ঞান তারকপ, ফাওবদা মঙোন্দা মমাগুম নুংশিবিবগ, লোয়নন চংজফম পীবিরকখিবা মতুসু মহাক মশাগী নত্তে—মসি মহাক্কী মামাগী য়ুম্নি। শাইদাংফম ঙইরিবা অসি মহাক্কী অপোকপী মমাগী নত্তে—মম পোক্তবীগীনি।

মঙৌ অসুম্না অরাবা চিন্তা অসুম অসুম লুশিল্লকই অমসুং পাকথোক-চাওথোরকই, খঙহৌদনা উপেন্দ্রগী খোঞ্জেলদা মতু মিৎকুপ্তা অচম্বা লম্বীদা হল্লক্লে। মহাক্লা ফুক হৌগৎতুনা ফম্লগা থোঙনাও হাংদোক্লগা মমাই লৈথোক্তুনা য়ে'লকহ, উপেন্দ্রনা মীনাইদা য়াথং অমা পীরম্লগা মপালদা থোকথ্রে, মহাক্কি মাইকৈ অমতদসু হম্না য়েংদনা চুমদ্রিংনা চংখ্রে, অতুবু, দিবাকবনা মমিৎ অনিমক্তা মৈচাক অমা ফাওরক্তুনা মমাই লৈশিল্লক্লে। মগাক্কী মপুক্লিংদা নিংলকই, তামোচাগী কন-থৌরবা লাই-বক্তগী নুংশা মঙাল খরমখৈ থক্তোরক্লগা মহাক্কী মমিৎতা য়ৈরবগুম তৌই। মহাক অমুক হন্না ফমুংদা চংজফম লোতুনা থরায় পান্দবগী মতৌগুম মমিৎ উইশিন্দুনা হিপ্লরে অমসুং অরাবা চিন্তা মপৈনা মিৎকুপ অতুমক্তদা মহাকপু অমুক ওৎলরে।

ঙসিসু হৈনবী মতুং ইন্না মহাক অয়ুক ঙন্না মিৎকপ থোকই হায়বদি য়াই, অতুবু হৌখিবা অহিংদা মহাক নিংথিনা তুম্বা য়াখিদে, অরাবা মঙদা ভূত প্রেতকী কাংবুন্না অহিং চুপ্পা হকচাং অসিবু চিংথৎ-ফোইদৎলম্বদগী হৌজিকখক্তা থাদোকপিরম্লিবনি, মখোয়দগী হোন্দোরকখিবা নুংশা শোরগী মনিল হৌজিক ফাওবা কাতুগী কাচিন্দা পৈতুনা লৈরি, মতু মহাক্লা মমিৎ উইশিনবমক্তদা খঙবা ঙম্লে। অমুক নিংশিংলক্লে, মহাক ফেল ওইরে,—মহাক্লা য়াম্না রানা লাইরিক তমজরকপা অরেম্বা ওইখ্রে। ঙসি পাউ অসি ময়াম তানরক্লগনি। অতুগী মতুংদি? মতুগী মতুংদা থোং-থাকপনা মরম ওইতুনা মৈথুনা কা শিন-থুংনা শন্দোকখিতুনা নুংশিৎ শেংহন্দবা

অদুগী মতৌগুম্না অমুখক্তং শোয়খিবগী অথুবা থোঙদা ক্কাওজিল্লক্কুনা নিংবা কায়বগী শুক-শুনা মম্বনা মহাক্কী থম্মোয় পুংফুন ফুনগৎলক্লে।

অয়ুক্কী পুং নিপাল্লোম তারে। মহাক্কা মথুৎ শোদুনা হৌগৎতুনা কম্নগা হায়জরকই, 'নত্তে, করিগুম্বা মওংদস্থু নত্তে। তামোচা শাওজসনু, নত্রগা ইতৈমা নুংঙাইজদসনু, মসি ঐ শুপঙম ঙম্নরোই। য়ুমগী লক্ষ্মী ওইরগদৌরিবা মহাক্কু ঐগী য়ুমদা লাকে লাকচসনু, মদু নত্রগনা করিগুম্বা নুমিত্তস্থু লাক্তসনু। ঙম্লগনা সম্মানগা লোয়ননা লাৎকনি, ঙমদবা থোক্লবদি থোইদোক্লদুম সম্মান মাংবগী মরক্তদি চিংশিন্দুনা পুরক্লোই। রাশক অসিদগী কনানস্থু ঐবু মচি লেংহনবা ঙম্লোই।'

দিবাকরনা থোঙখাং তপ্পা থাংদুনা য়ুমগী মনুংথংবা শরুক্লোমদা চংলক্কুনা সুরবালাগী কাগী মমাংদা লেপ্লগা কৌরকই, "ইতৈমা!"

মনুংদা থোঞ্জেল পিক্লা কৌশিল্লকই, "মনুংদা চংলকউ।"

দিবাকরনা চংলকপদা উরে, আলমারি উজাড় তৌদুনা সুরবালানা লুকথনা কমদুনা তরঙ্গদা হাপচিল্লম্মি; হায়রকই, "তামোচাবু শহরগী মপালদা চৎকদৌরিব্রা?"

সুরবালানা মতৌ অদুম্না অদুম হায়রকই, "নত্তে, কলকাতাদা চৎকদৌরিবনি।"

মসিগী মতুংদা দিবাকরনা মচিন্দা রাহৈ অমতস্থু পল্লবা অমুক ঙমদ্রে। মশাগী অপিকপা কাদুগী মনুংদগী মহাকপু চিংথোক্কুনা অস্থুক লাপ্পা পুথোরক্লিবা শক্তি অদু দরকার ওইরকপা মতমদা মাংখ্রে। মহাক্লা তুমিম্না থল্লকই, কমদৌনা রা হৌদোক্কদগে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মাঙ্গোলদা খোঙউপকী মখোল তারক্লে, অমস্থুং থংনবা মিংকুপমক্তদা উপেন্দ্র পর্দা হাইদোক্কুনা কাদা চংলক্লে। দিবাকরনা থোইদোক্লা তৌকম থঙলক্লদুনা চেনখিগদবগী তৌরকপমক্তদা উপেন্দ্রনা "ভাইখো" হায়দুনা ঈংনা তপ্পা কাংথোলদা কমথবরে অমস্থুং ফ্রিৎ লৌথোক-লৌথোক্লা হংলকই, "ফেল ওইস্লিবদি কমদৌদুননো? সুংতিগী অহিংদা পুং অমা তাবা ক্কাওবা তুমদনা অদুক কুইবদু—মদু ওইববদি কৈদৌদুনা লৈবগে?"

রা অসিগী পাউখুম কব্রি অমুক পীগদগে? দিবাকর মরু লুকচাননা লেপতুনা লৈগ্রে।

উপেন্দ্রনা হায়খরকই, "য়ুম অসিদদি নঙ করিস্থু কান্নররোই হায়বা উয়ে। চৎলো, কলকাতাদা চৎতুনা তম্মুরো, মচু ওইরবদি মী ওইবা ওয়্বা য়াই।"

মচুগী মতুংদা নোককফৎ তৌদুনা হায়রকই, "নতেমগী নাক্তা দরকার কল্লি লৈদুনা লাক্লম্লিবনোনে? লুহোংলরোই মসি ওইরিনিনে?"

রাসি ভাবদা দিবাকর হিংলে। মহাক্কী অরাবা পুম্নমক তশেংনা চাম্দথোকখিবগুমপ্রে, মহাক্না খুদক্তা নোক্তুনা মমাই থাঙ্গৎলকই।

উপেন্দ্র নোকথোরক্লে, অদুম ওইনমক মীনোক অদুগী অর্থ কনানস্থু খঙদসনু, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "করে, হৌজিক নপুক্লিং চংনা পাক্লুচো —লাক্লিবা হিয়াঙ্গৈ কাওবা নহাক্কী ছুটিনি— মচু হৌজিকস্থু য়াম্না রাৎলি।" মাগী মুপীদা য়েংদুনা হায়রকই, "হারানদাদাগী ক্ষিভম য়াম্না কল্রে হায়না সতীশনা টেলিগ্রাফ তৌরকই। ঐ অহিংগী ট্রেন কাওবা ওাইবা ওয়্বরোই, পুং তরামাথোইগী গাড়ী অসিমক্তদা চৎলগনি, থারমো-মিটর অমুক্তা পীরকউদনা য়েংসি, লাইহৌ হেনগৎ-লাকখৎকপ্রা— মচু করিনো, অদুক চাওবা তরঙ্গদু কৈদৌনগদৌরিবা? মচা-মশু অমা য়েংলগা পীয়ুদনা।"

সুরবালানা কি খুপচিন-খুপচিন্দুনা তরঙ্গদা হাপচিল্লি, থবক তৌনা তৌন খোঙ্গেল পিক্লা হায়রকই, "তরঙ্গ মচাদা মী অনিদগী কি চল্লোই, —ঐস্থু চৎকদৌরিবনি।"

উপেন্দ্রনা ওক্তুনা হায়রকই, "নঙ চৎকদৌরিবা! ভাওরব্রনে?"

সুরবালানা মমাই থাঙ্গৎতনা হায়রকই, "ভাওদে।" অদুগী মতুংদা দিবাকরদা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, খরা থুনা ঈরুজদুনা চাক চাথোকলুয়ো, নঙস্থু ঐখোয়গ চৎমিন্নগদবনি।"

দিবাকরনা চঙক্লুনা উপেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংলকপমক্তদা মহাক্না নোক্তুনা হায়রকই, "নঙস্থু ভাওরব্রনে? হারানদাদা য়াম্না কন্না নারে, অরোইবা নুমিৎ য়ৌরক্লস্বস্থু য়াই, ঐ মাগী সৎকার তৌবা চৎজিবনি, নখোয়না মচুগী মরক্তা কদায়দা লৈরুগদগে? চৎলো, নখৌ তৌরুচো।"

সুরবালা হন্দক্তি মমাই থাঙ্গৎলকই। দিবাকররোমদা ওনশিন্দুনা ঈংনা অদুম ওইনমক অচেৎপা খোঙ্জেলদা হায়রকই, "ঐনা য়াথং পীরিব-সিনি ইনাও-ইবুংঙো, নহাক থৌরাং লোইশিল্লুরো চৎলো। নঙগী

ভাম্মোচা লাইহৌ হৌরকপা নুম্বিৎ তুম্মি শুববনি, ওসিম্ভু লাইহৌ কোকপা নুক্সি—অদুনা ঐম্তু চৎকনি, নহাকস্তু চৎকদবনি। চৎলো, পম্বরনু।"

উপেন্দ্র মপুক্লিংদা শাথিনা ওকখ্রে। মহাক্না মসিগী মমাংদা করিগুম্বা নুমিতস্তু সুরবালাগী অসিগুম্বা খোঞ্জেল তাখিদ্রি। মহাক্না চিংনবা লৈতনা নুপা অমদা অস্তুম্না পিক্নবা নুপামচাগী মতৌওম য়াথং পীবা ওমগনি হায়বসি মনামক্না তারমক্নবদি মহাক্না থাজবা ওয়্নমদবা য়াই। অদুম ওইনমক চৈথংপগী খোম্থাংদা হায়রকই, "ঐনা চৎলিবসি খুদোংথীবা মরক্তনি। নখোয়না করিগীনো ইতুং ইন্দুনা খুদোংথীবদু হেনগৎহনগদৌ-রিবদি? নঙ চৎপা য়ারোই।" মহাক্কী অকোনবা রাহৈসি খরা কম্থাননা তায়রকই।

সুরবালানা হৌগৎতুনা লেপ্লগা মপুরোইবগী মাইথোংদা য়েংতুনা হায়রুম অচেৎপা খোম্থাংদা হায়রকই, "নহাক্না ময়াম মমাংদা রা খুদিংমক্তা ঐঙোন্দা হেক্তা চৈহৎলিবসি কয়িগীনো? হকচাং ওমদ-ওমদনা মপালদা চংপিবা তারবদি ঐম্তু লোয়নতুনা চৎকনি। মাপল তাখ্রে, লেপতুনা লৈরক্ল ইন্নাও-ইবুংঙো, চৎলো।"

দিবাকরগী মাংদা মশাগী অকনবা রাঙাং শিজিন্নখিবা অদুদা উপেন্দ্রনা খোইদোক্না ঈকাইজরক্তুনা হায়রকই, "কৈদোনা চৈহৎকদগে নঙোন্দা, চৈহৎপা নত্তে। অদুবু বাবানা তাগ্রবদি করি খনখিগদগে হায়য়ুদনা? চৎলো দিবাকর, নঙস্তু চাক চাথোকলুরো।"

সুরবালানা হায়রকই, "বাবানা ঐঙোন্দা চৎমিন্নৌ তাকপিরকই।"

"মসিগী মতুংদা মহাক্কী মনাক্তা ফাওবা চংলুরবোইরে?"

"হোয়, চৎলগে নহাক্কী শঙ্গোম লৌরুখিগে।" হায়রগা সুরবালা কাদগী থোকখ্রে। উপেন্দ্রনা মঙকশমদগী কক্কোভিতু ফিয়ানখোক তম্না হুপ্রিল্লগা শাংনা হিপ্লরে। সুরবালা লোয়নতুনা চৎলগনি, মপুরোইবগী অনাবা হকচাংতুবু মহাক্না মিৎয়েং-মাংদগী শুপ্পান নাম্থোকহন্নিংদে, মসিদা চিংনরুবা মহাক্কীস্তু লৈথদ্রে। দিবাকর থোরাং তৌরুনবগীদমক তপ্না তপ্না মপালদা থোকখ্রে।

উপেন্দ্রনা খল্লকই, নম হায়তুনা সুরবালানা সমস্যা অমা শাগৎলিব-সিনা কলিকাতা য়ৌবদা মতুগী কিশি কমদৌনা থোকলুগনি। কদায়দা

থুংলুগদগে। হারানদাদাগী অহুদুদি ওইথোক্লোই, মরুমদি, শুপ্নগী মকমদুদা লৈফম লৈতবা, মদুদা নত্তে, মকমদুদা কিরণময়ীগী মপুরোইবা শিগদোরে। অহুম ওইনমক মহাক্কী মিৎয়েং-মাংদা সুরবালানা মপুরোইবগী মশা খিত্তং শুমদবহুবু মরিক অমা ফাওবা থোশাদবা ভোরোই, কল্লবা কজদবা করিমতা খাক্লোই, মপুরোইবগী হৃকচাংদুবু চেকশিন্না শেন্নদুনা লৈগনি, রাকমদু খল্লুবা ফাওবদা মঙোন্দা ঈকাইনা থোক্লকই। মরুপ জ্যোতিষবী য়ুমদা থুংলুবস্মু চাওরাক্লা মদুগুম্বনি। সুরবালা অশেং-অমাং য়াম্না খায়বা হিন্দুনি ; চহি মতাং অসিদদ নিয়ম নাইনা জপ-তপ তৌবা হৌগ্রবনি,— য়ুম অদুদা হিন্দুগী ওইদবা লোনচৎ খত্নদং উখিবদা ঈশিং ফাওবা লৈতোন ত্তুংখিদবা য়াই। অদুক চাওবা য়ুমদুগী মনুংদা ইমাগী আচার-বিচার অদুখক্তনা থোইদোক্লা কব্রিগুম্বা থবক অমতদা চন্নরোই। মদুদা নত্তনা মকমদুদা লৈবিবা সরোজিনী চাওরাক্লা মহাক্কী লোঙ্গানি। মহাক্কী ময়ুমদা লৈরগা মহাকমকপু মাংই মাংই হায়দুনা লৈরা নুংঙাইগদবস্ম নত্তে, চুম্বস্মু নত্তে। লেমহৌরিবা হায়ববু সতীশনি। উপেন্দ্রনা ভাখি, মহাক্কী লৈফমদুদা মহাক্ক মতোমদা লৈ হায়না। মকমস্ম চাই। থোইদোকদুম মহাকস্মু জপ-তপকী কাংলুপ্তা চল্লি। সতীশ অমসুং দিবাকর—আচার-বিচার নাইবা মনাওস্মুপা অনিগা লোম্বননা সুররালা নুংঙাইনা লৈগনি।

উপেন্দ্রনা খুদক্তা সতীশতা টেলিগ্রাফ থাগ্লে, মহাক যাত্রা তৌরক্লে হায়না।

পাউ ফংদুনা সতীশ স্টেসন ভম্না থোরকই।

ঈশ্বরনা সতীশপু মতিক চানা প্লুক্লিং-হৃকচাং য়াম্না মপাঙ্গল কন্না থাবিরকই। অদুনা মুমিৎ অদুদগী হৌনা শিগদোরবা হারানগী লাইবক থিরবা ইমুংগী মীশিংগী লুম্নবা থৌদাং পূম্নমক কোকথোংনদুনা পুরিবা মঙো অদুম্না সাবিত্রী অমদি বিপিনগী ইতিহাস অদুস্মু নুমিৎ অদুদা মহাক্লা খাংখি।

ইতিহাস অসি খঙলিবদি বিহারী অমসুং মহাক্কী মরু ওইরিবা পূজা তৌনিংঙাই ওইবা চক্রবর্ত্তী মহাশয়গদনি। বিহারীনা খল্লম্মী, মহাক্লা সাবিত্রীবু থোইদোক্লা তুকচ্চে। অদুনা ভরাং নুমিৎ য়ুংবা মতমদস্মু মহাক্লা চক্রবর্ত্তীগী প্রসাদ ফংলগা কংক্র-ঙাম্বক মচাদু উপশিল্লগা মুংশা মপী

হোল্লগা হায়রকই, "অচচ্চা; আঙ্গা লুপীমচাহুনা তৌরিবহু করিনো। ঐগী বাবুবু মহাক্না মশক খঙত্রে, অদুনা সনা হন্দোক্নগা ফিজিদা চেগায় পুনখিবনি। মমৈথংদা বিপিনবাবুগী মতুং ইনথে হায়ব্রা করিনো!"

চক্রবর্তীনা মশা হাই-হুম্নহুনা পাউখুম পীরকই, "বিহারী, মিনাই-সন্ন্যাসতা ইরি, মুণি ফাওবা শোয়বা নাই, মহু নৎলমজ্রবদি সাবিত্রীগুম্বী লুপীমচানা অদুক শাথিনা অপঙবা থোদোক্ন কৈদৌনা তৌরুগনি! অদুবু মসি হায়হৌরিবসিনি নঙোন্দা, মহাক শোয়দনা নিংঙম্নক্লোই। লুপীমচাহু মশক-মতৌম্ন নিংথিদবা নত্তে, ঐগী নাক্তা কমহুনা লেপতুনা তৎতনা ভাজবদগী বাবু-ভায়াগা রা অনিদং ঙাংন-শরুজবম্ন মহৈজপ্রবনি, নহা ওইরিবা সতীশবাবুগী মিৎয়েংদম্ন তারুপ্রবনি, খাংহুনা লৈজবা ঙম্নবদি তুংগী য়াইকজগদবনি। অদুবু ঐগী রা অমা ফাওবা লৌখিদ্রে! য়েংঙোই বাপু, কোরফু কায়রগা তুম্বা লেপ্পনা চৎনবা য়াগত্রা? লৈবাক হুপ্পগী মীনা খুদোংগীবা তাবদা চেম্নরক্লনা চক্রবর্তী ঐগী থোঙ কোল্লরিবনি, মহু করিগীনো? নুম্বিৎ অদুদা সদিগী মমানা—"

সদিগী মমাগী অক-কঙগী রাকমহু বিহারীনা খঙনিংলুবা করিস্ম লৈরমদে. মহাক্না রা মরক থৎতুনা হায়রকই, "অদুবু হায়নিংবা হায়বিয় আঙ্গা, বাবু হায়বা তারবদি ঐখোয়গী বাবুদনি। অচৌ-অশাং কলকাতা শহরসিদা মশীং থিঙমদনা থেনেরক্লবনি, অদুবু মহাকুম্বা মপাঙ্গল লৈবা অম্নক হাক্না পুকচেল শেংবদি কনাম্ন থেংনরক্লি। শামুগী ময়া লুপাগী রা! মহুদি নুম্বিৎ অদুদা হায়খিবা অদুনি, বাবু, অমুক মথা ভাবিরম্ন, মহুদনি! তুকচ্চবনা নোংমত্তা মাগী মমিং ফাওবা পল্লক্তে, অদুম ওইনমক, কয়াগী মতিক লুংশিজখ্রিবা—করি হায়বগে আজ্ঞ-ইবুংঙো?"

চক্রবর্তীনা মঙক নোমহুনা খুম্নকই, "রা অদুবুদি হৌবমক্তদা হায়প্র-বহুনি। মহুমক্তনা কয়া হ'ৎন-শুনবা, জেল, ফাঁসি— অমুক্তং মায়োক্নরু-রবদি অমুক হিংনিংঙাই লৈত্রে বিহারী।"

বিহারী মতু চুংলক্লে; মমায় কাহৎনা লুংশাথিনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, আজ্ঞ-ইবুংঙো, ঐগী বাবুদি অদুগুম্বা মথলগী মী নত্তে। অদুবু, করম্বা ঠিকানাদা মহাক লৈবগে খঙ লাকপ্র? মরক অসিদা লম্বী-লমথাংদা করিঙুব্বা—"

চক্রবর্ত্তীনা কংনোক নোক্লগা হায়রকই, "অপঙবা কমাদা অমুক হায়রকুগনি। মাবু বিপিনবাবুগী নাক্তা মীনাই ওইবা চৎপ্রনে বিহারী, লক্ষ্মী-লমথাংদা থেংনগদৌরিবদি ? মহাক মশামক্তী হৌজিক মীনাই-মীশল কয়া থম্লিবনি য়েংজরুচোদনা !"

বিহারীগী নিংজিং-মাংজিংনরম্বা কোক্লে। নোককেৎ তৌদুনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "মদু ওইরম্বা য়াই। অদুনা খল্লকপ্রিবনি, অমুক্তা আজ্ঞ-ইবুংঙোগী মনাক্তা চৎলুগে মহাক্লা কঁরি হায়রকপগে য়েংগে। মসি হায়বিয়ু আজ্ঞা, আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু মহাক রাজরাণী ওইজনবা, গাড়ী-ঘুংলি তোংদুনা কোইজনবা, মখোয় অনি মপোক অসিদা অমুক হন্না মায়োক্লনবা !" অসি হায়রগা মপুক্লিং ঘুংঙাইবদা তাওনা চক্রবর্ত্তীগী খুয়া-উফুল মকোক্তা হাপ্লগা মহাক মপালদা থোকপ্রে।

হন্দক কলিকাতাদা লাকপদগী হৌনা সতীশনা লৈকমদগী মপালদা চৎথোকখিবদা হেক হল্লিল্লক্লিবা কাওবা বিহারীনা মুংশা-থিজৈ, ভুংদা খঙহৌদনা কদায়দবু ওইরবস্তু মখোয় অনি থেংনরুগদ্রা হায়বগী। সতীশ থোইদোক্লা শাওগল্লি, রাকম অসি মহাক্লা মযুমগী অরিবা মীনাইশিংদগী তারকখি, অমসুং সাবিত্রীনা য়াম্না কাহেন্না ফজদবা থৌওং তৌখিবা অসিদা হাৎন-শুনবা ফুন-চৈনবা তৌরুবা য়াই হায়রবস্তু মহাক্তী চহি মতাং অসিনা খঙদবা নত্তে। সাবিত্রী করিগুম্বা মুমিত্তবু ওইরবস্তু মীনাই-মীশল লোয়নদুনা গাড়ী তোংদুনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা অসিমদদি মহাক্তী কোক্তা চংলমদে। ঙসি চক্রবর্ত্তীগী মকমদগী থাজবা য়াবা রা তারকপদগী মহাক চিংনবা কোক্তুনা হিংলে। সাবিত্রীগী মথক্তা তমথীবা কংনা শাওনিংলম্বা কোকপ্রে, মহাক্লা চিংনবা লৈতনা লক্ষ্মী চৎন চৎনা মিৎকুপ খুদিংগী আশা তৌরকই, অচৌবা শগোল-গাড়ী মথক্তা রাজারাণীগী কিজেৎ-লৈতেংদুনা হন্দক্তি মহাক্লা সাবিত্রীবু উবা ফংব য়াই। সাবিত্রীবু বিহারীনা তশেংনা নুংশিজরম্মী। মহু কম্নিনো, নত্রগা করম্বা লক্ষ্মীদা মহাক্লা রাণী ওইবা ওইথোক্কদগে, কান্নদবা রাহং পুম্নমক অসি মহাক্তী থম্মোয়দা চংবা ঙম্নমদে। মতম চুপ্পদা সাবিত্রী মহাক্তী থোইদোক্লা নুংশিজবা, থোইদোক্লা শ্রদ্ধা লৈজবা মীশক ওইরক্কই।

মহাক রাজরক্রীনি, মহাক মখোয়গুম্ না মীশক্না লোয়নন্না আসন অমতদা লেপতুনা মীনাইগী থবক তৌখি হায়রবা খল্লুরদদা কাওবা, মহাক ঈকাই-জবনা নুংঙাইহন্দবনা মক লুকয়থক্লিরবনি। অদুম ওইনমক নুমিৎ অদুদগী হৌনা থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইতবা, অকনবা চৈথেং কংদুনা বিহারীনা মহাকী মথক্তা ব্রারোরক্লিবনি। অদুবু ঙসি তারক্লিবা অদুনা সাবিত্রীনা মাগী মবুংঙোগী লম্বীদা তিম্খং ওইরগদবা অদুগা নুংঙাইবদা য়ৈখায়বা পীরগদবা নত্তে হায়রবা খঙলে, মহাক্না থরায় হকচাং য়াওনা হন্না হন্না আশীর্ব্বাদ পীরকই, সাবিত্রী নুংঙাইনা লৈসনু, য়েক্ক-তিম্খং লৈতসনু, রাজরাজ্যেশ্বরী ওইসনু।

## তরানাপল

হারানগী শিব চংবগী লাম্থেং অসুম অসুম পুক্লিং নুংশিবা লীলা মানবা থৌওং অমা ওইরকপগুম তৌই। মপুক লাম্নবা শিনগী মতৌগুম অশিবনা মহাকপু তাংথক নাইদনা চিংশিনবগী শক্তিনা ময়ুলদা চিংশিল্লিবা অদুকী মত্তিক হঙোইগী মতৌগুম্নমক মহাক্না মখোঙ অনিনা লৈয়ুলগী মপালদা য়ৈশিন্না খাংদুনা করিগুম্বা অঙকপা মওংগী লৌশিং অমদা শিবগী নুমিৎ য়ৈথোরক্লি। মক ওইনা, অরাবগী ঙমখৈ লৈত্রবা থরায়দু করিগুম্ব মওং অমত্তদসু লোইররোইদবগুম্মী, মতৌ অসুম্না পুক্লিংদা নিংলকই।

খুদোংথীবা অসিদা সতীশনা তেংবাংবা লাকখিবনি। অদুবু কিরণ-ময়ীগী মপুরোইবা সেবা উবদা ঙকপনা চমম্নরম্মী। মহাক মশামক্সু কয়া কয়া থেংনরকখ্রবনি মুপী ওইবীগীদি মপুরোইবদগী হেনবা কনা লৈত্তে, মহুসু খঙই, অদুবু মবম অমগীসু ওইসনু, কনাগুম্বা মীনা পুম্নমক খঙনা উনা অসুক হাক্না অরেম্বা থবক তৌদুনা অসুম্না মথরায় খুবাক্তা হাপ্না ঙমগনি হায়রবা অনিদি মহাক্না খনবা কাওবা ঙম্মদে।

মসি কয়াদা অঙকপা কংলবা সেবানো! নুংত্তিগী অহিং চুপ্না মওং অমত্তদা কমুং মযাম্না মিৎশেল খাংদুনা নুমিৎ চুপ্না কম্নদুনা লৈবা—মসি করম্বা চোকথবা নাইদবা গু-নোম্বনো! অদুম ওইনমক, মাইথোংদা মশা পৎথবা অমদি রারোবগী মমি থজিক্কসু তাদে। মশক উবদা থঙবা ঙম্বগী উপায় লৈত্তে, কয়া চাওবা খুদোংথীবা মথক্তা নম্থরকদবা নকশিল্লক্লে হায়রবা।

সতীশনা মহাক্কী মতৈম-য়েল্মা অসিবু থাজনেংনমক- পোকমিংবা মচেগী মতৌঙম নুংশিজে। মহাক্কী থোইনা অরাবা নুংঙাইতবা রাখল্ল চেন্দবা মপুরোইবা সেবা অসি উবদা মহাক্না থোইদোক্না মৈশা লাংবগা লোয়নন: অসুম্বদা থল্লকই, ওইনিংবা ঃরমগী ওইজনসু, মতৈম-য়েল্মনা মপুরোইবা হিঙ্গনি হায়না আশা তৌজরি। মতৌ অসুম্না, অরোইবদা মহাক্কী থম্মোয়দা করম্বা মৈচাক ফংলগদগে হায়বা অতুমক থনবদা মহাক খোইয়াং-খোইশাওনরক্লে, অমম্বুং করি উপায়তৌতুনা পামজদবা অচুম্বা অসি খঙহনঙ্গদগে, মসিমক্না মহাক্কী মিংকুপ থুমিংগী চিন্তাগী হীরম ওইরকই।

অসিগুম্বা নোংমা লৈরম্মী, মশাগী মরমদা সতীশকী য়াম্না থাজবা লৈরম্মী, মহাক বুদ্ধি লৈ, মীগী লমচৎ খঙবদা থোইদোক্না হৈ-শিংই হায়না। অদুবু সাবিত্রীগী মকমদগী চৈথেং ফংখিবদগী হৌনা মহাক্কী নাপল অসি মাংখি। সাবিত্রীনা মহাকপু থাদোক্লমহুনা বিপিনগী মনাক্তা চৎলে, সংসারদা মসিগুম্বা ওইথোকপা য়াই হায়বা খঙবা মতম অদুমক্তদা মহাক্না ভাব তাখি, মীওইবগী লমচৎ মহাক্না করিমত্তা খঙলুবা ঙমদে হায়বা। মীওইবগী থম্মোয়নুংদা করি লৈবগে, লৈতবগে, মদু পুথোক্তুনা মনিং তৌনা কনানা নৈনদুনা রা য়ামহঙ্গসনু, মহাক্নদি অমুক তৌরক্রোই। রাকমতু নিংশিংলুবা ফাওবদা মহাক ঈকাইজবা অমদি নিংঙমদবগী ঙমথৈ লেত্রে, মবুদ্ধি অদুগী নাপলদা মহাক্না মতৈমা অসিগী মরমদা রা য়াম্না থনখি অমম্বুং উপেনদাদাদা তাকপিখি।

ঙসি অয়ুক্তা সতীশনা য়ুম অদুদা চংলকপদা উরে, কিরণময়ীনা অদুম মপুক্লিং মকালাম্না ঈংনা লংলবা মাইথোংদা মতোমদা ইমুংগী থবক নোমনম্লি নুমিৎ নিনি-হুম্লি ফারে মনেম্বোক অমুক মশা ঙম্রক্তবা। হৌখিবা অহিংদা লাইহৌদু থবা কনখৎলকখিবনা হৌজিক ফাওবা ফমুংদগী হৌগৎলক্ত্রে। কিরণময়ীগী মশক উবদা করিগুম্বা রাকম অমত্তা ভারনা শারুনবা উপায় লৈতে হায়দুনা নুংতিগী সতীশনা রা পূমমক হংদোক্তুনা খঙবা তারম্মী। ঙসি হংলুবমতদা মহাক্না থবক তৌরম্বদগী মম্মাই থাজৎলক্তুনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রক্নই, "ইনাও-ইবুংঙো, অমুক থিম্বগী দরকার লৈতে, নহাক্কী দাদাদু অমুক্তা লাকপিনরা ইথো।"

সতীশনা মুংশাখিরক্তুনা হংলকই, "করিগীনো ইতৈম-বেম্মা ?"

কিরণময়ীগী মাইথোংদা শরৎকী অমুবা নোং মচেৎ অমা পাইহনা চৎখিবদনি। মাইথোং অসিগা পরিচয় লৈনরুদবা মহাক অহুগী মিৎয়েংনা মমি অহুখক্তু উরোই। মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "হন্দক্তি অরা-চৈনাখোল খাংবা পুম্নোই লোইরবা য়াই নিংই—নহাক টেলিগ্রাফ অমতা তৌখো।"

সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "মসি ঐ খঙলবনি ইতৈম-বেম্মা। অদুবু নহাক পাখৎকজ্রা হায়দুনা হায়দোক্লবা থৌনা লৈরুদবনি।"

কিরণময়ীনা ইচম চম্বা মঙংদা হায়রকই, "পাখৎনিংঙাই ওইবা রানিদনা ইনাও-ইবুংঙো, মাগী শোর মহোন নহাল ফংলবনি, ঙরাং অহিং অমুকস্তু খরা হেজ্জিল্লবনি। মসি হস্তরক্লরোই, অদুনা অমুক্তং মহাক লাকপিনবা হায়রিবনি।"

সতীশনা রাক্কম অসি খঙলমদে, চঙক্রদুনা হায়রকই, "কদায়, মহুদি ঐদি খঙদে। নহাক্লস্তু তমদে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "তমদে। মহু য়াম্না ভপ্পা ভপ্পা হেজ্জিল্লকপনি, অতৈনা খঙবা ঙম্বগী রাস্তু নত্তে। অদুদা ঙসি থোইদোক্লা কীরুবা লৈত্রে। অদুবু খুদোংথীবগী মথক্তা খুদোংথীবা, য়েংউদো ইনাও-ইবুংঙো, ঙরাংদগী ইমাগী লায়নাহুস্তু লাইথেক হাপচিল্লক্লে। হৌজিক্তা য়েংলম্লিবনি, য়াম্না শাই, মরক মরক্তা চোইরোলস্তু লোল্লি।" অসি হায়রগা মহাক নোকফেৎ তৌরকই। অদুবু, মীনোক অসি উবদা কপ্পিংবা পোকই।

সতীশকী মমিৎতা ঈরা চেল্লক্লে, মহাক্লা পীরাং থাংবা খোম্থোক্তা ভপ্পা তপ্পা হায়রকই, "উপেনদাদা লাক্লসনু।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদুগা পাউ অমগা তাগেরা ইনাও-ইবুংঙো ?"

সতীশ রা ঙাংদনা য়েংহুনা লৈ, কিরণময়ীনা হায়রকই, "নহাল মুংখিল উকীলগী চিঠি অমা ফংই, মহুদগী খঙই, চহি অনিগী মমাংদা মহাক্লা মরুপ অমগী জমিন ওইদুনা লুপা লিশিং অহুম-পুম্নাল্লে। মরুপ অহু কারবার কেল ওইদুনা শেন্দোয়-শেল্লেপ চাওরাক্লা লুপা লিশিং

মখিম্বোম মাগী মথক্তা থোঙ্গৎলম্নগা হু চাহুনা শিথ্রে। শেল অহু নিংখায়রবা য়ুম্নসিগী চেক-নুং য়োল্লগা শিংবা ঙমগত্রা হায়বা রাকম অহু উকীলনা তাংদাংবা খঙবা পাম্নক্লি।" হায়রগা মহাক্না অমুক তশেংনা মতৌ অহুম্না নোক্লকই।

সতীশ মরু লুকথহুনা লৈমায়দা য়েংহুনা লৈথ্রে। থাঙ্গৎহুনা য়েংলুনবা ফাওবা মাগী মথৌনা লৈখিদ্রে, রাহংগী পাউথুম পীরুনবা ফাওবা খল্লুবা ঙমদ্রে।

সতীশনা উপেন্দ্রদা টেলিগ্রাফ তৌরুরগা হল্লকপা মতম অহু অয়ুক্কী পুং তরা তারে। তপ্না তপ্না লাক্কুনা চাকশঙদা চংলকই। কিরণময়ী মনেম্বোক্কীদমক সাগু শেম্রি, মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "ফম্মু ইনাও-ইবুংঙো।" মহাক্কী খোঙ্গেল হাইফেৎ লুম্মী। সতীশনা মুম্না য়েংলকই, মমিৎতা পীরাং থাংদে হায়বদি য়াই, অহুবু মিৎপাম্মি চোৎলি। মহাক লাপ্তক্না লৈমায়দা ফমথরক্লে। ঙসি কিরণময়ীনা ফিদা থাননবগী রা ফাওবা পল্লক্তে। মহাক কদায়দা ফম্বগে, করি তৌরিবগে, মহু উবা ফংলমদবা য়াই। করিগুম্বা ইচম চম্বা হীরমদম্ম মহাক্কী অশোয়বা করিমতা ঙসি ফাওবা সতীশনা উরকখিদ্রি। অম্মুক কুইবসিদা অম্মুক চংথোক-চংশিন তৌরক্লবা, অম্মুক তোৎন-তীন্নরক্লবা মমুংদম্মু নোংমা ফাদোক ফাওবা মতৈম-বেম্মগী চম্বা তোররিংবা ব্যবহারদা হৌন-খঙবা খিত্তুং রাৎপা, দোরো দোরো তৌবদা বিন্দু অমা ফাওবা অমকপা উবা ফংদ্রি, অহুনা ঙসি খজিক্তুং থৌশারক্তুবদা মমিত্তা খুদোম্বীনা থিম্মুনা তাকপগুম উরক্লে, করিনো পুঙমদবা পোৎলুম অমনা মতৈম-বেম্মগী থম্মোয় 'পূম্বা নৈহৎতুনা লৈরে হায়বা।

ফনা কুইনা মবানিমক তুমিন তুমিন লৈ। খঙহৌদনা তাঞ্জা অমদা কিরণময়ীনা মশাবু মশানা শাথিনা করেম্নহুনা নোকপগুম তৌরকই। ঙসায়মথৈ মহাক চিন্তা অসিদা লুপহুনা লৈরম্মাল্লে, হায়রফই, "করে হায়য়ুদনা ইনাও-ইবুংঙো, যমগা লোয়ননা শিংদোক-শিংজিনগী হাবি-জাবি পুম্নমক অসি লোয়শিল্লবা মতুংদা ঐবু থবক তৌবনা চুম্বরা, নত্রগা ভিক্ষা নিবনা চুম্বরা ?"

ব্রা অসি সতীশনা ভাব তাবা ঙমক্ত্রে। হায়রকই, "উপেনদাদাদা হংউ, মহাক্না পাউথুম পীরক্কনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "হংলুত্রবস্তু খঙবা ওয়ে, থৌজালবিত্তুনা মহাক্না ঐভোন্দা চথোম অনিদঃ পীজরকপস্তু য়াই, অহুবু, মীতোপকী থৌজাল মথাদা হিংবদি ভিক্কা নিবনি ইনাও-ইবুংঙো।"

সতীশনা খুদক্তা রা অসি কক্কদবগী তৌমাল্লে, অহুবু রাহৈ থিবদা ফংদহুনা তুমিন্না য়েংহুনা লৈখ্রে।

কিরণময়ীনা মহাক্কী মপুঙ্ক্লিংগী ফিভম ভাব তাহুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "চিন কাংহুনা ঙাংথোক্লবদি অথিবা রা ওই হায়বা খঙই ইনাও-ইবুংঙো, অহুবু রাকম অসিদি অচুম্বনিনে!" ঙাইহাক্তুং লেপ্লগা হায়রকই, "মহাক্কী-দাদাবু ঐনা খঙলুবা ওমদ্রে হায়না খল্লনু। ঐনা মাবু খঙই! কুনা লৈজত্রবীদা মহাক্না পীবা হৈ হায়বা খঙই, অহুবু, গুপ্পগী পীবা খক্তনা য়াদে, লৌবা হায়বা অমদি লৈদনা! পীহুনা কৈদৌঙৈদস্তু য়েংখিত্রি ইনাও-ইবুংঙো, অহুবু, পুন্সি চুপ্পা মীগী থম্মোয় খঙনা চৎপা ওম্বা অরায়বা থবক নত্তে, রাকম অসি মুন্না ভাব তারবনি।"

অহুম ওইনমক সতীশনা পাউখুম থিবদা ফংদ্রে। অহুবু, কিরণময়ী অপুনবা অমনা পুবগুমখ্রে, পাউখুম পীরকপা ঙাইক্লদ্রে, হায়রকই, "পৃথিবী অসিগা লোয়নবা তৌগদবা ঐগী করবার মতম শাংগদবা নত্তে— শেন্দোল-নুংদোল লোইশিন্নগদবা হৌজিকস্তু য়াম্ন রাংলি। শাংলবা পুন্সি অসিগী হিসাব গুবদা দোষ-মুং অশোয়-অঙাম থোকপস্তু য়াই। মতম অহুদা, মহাকমক্না করিনি হায়হুনা পীবিগদগে, অহুগা ঐনা করম্বা মাই উৎহুনা খুৎ তিংথোকলুগদগে? মতমহুদা অমুক হন্না হৌবদগী হৌনা ইশাগী লম্বীদা ইশানা চচ্চবা তাবনি।"

ওম্বামখৈ সতীশনা নেংল্লকপগা লোয়ননা, "মৈচাক্তা লোয়ননা মহাক্কী ওইরবা য়াবা চিংলবগী রাশিংহু তারক্লিবনি, অহুবু অরোইবগী রাহুদা চৈথেং ফংহুনা মঙ্কাওনবগুম্নক্লে। হায়রকই, "মহু করি রানো ইভৈম-বেম্মা! দোষ-মুংদি মী পুম্নমক্তা থোক্লরিবনি, অশোয়-অঙাম থোকদৌর্ম্নিবদি করিগীনো?

কিরণময়ীনা সতীশকী লাংতক্লবা অঙকপ্পহু উদুনা মোক্লকই। মিৎকুপ অমদা মশাগী কিঙ্গৎপা মৈশা চেনবা খোঙ্গেলহু ঈংথহন্দুনা তপথহন্দুনা হায়রকই, "কনানা খঙগন্নি ইনাও-ইবুংঙো, ঐস্তু মীনিদনা।"

চরিত্রহীন

নোকপা উবদা সতীশনা মশাগী অশোয়বা খঙজরে। মিংকুপমুক ফিঙৎতুনা মহাক্কী মপুক্লিংদা মতুবা অর্থ লৌরুই, মতুগী ঈকাইরম্না মরু লুকথরুনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ঐবু তাকপিয়ু ইতৈম-বেম্মা, ঐ পঙবগী মতিক পুকচেল মাংলুরে!"

কিরণময়ীনা পাউখুম পীরক্তে, অমুক নোককৎ তৌরকপদনি।

খুদক্ত সতীশকী নীংঙম্রবা মরাল লৈরবা মপুক্লিংদা মঙাল ফাও-রক্লে, খোঞ্জেল চেৎনা হায়রকই, "অদুবু, ঙুপ্পগী উপেনদাদাগী রাদমক করিগীনো? মহাক্কনা পূম্নমক্কা, ঐদি কনাম্ভ নত্তব্রা? ঐনা মহাকপু মঙোন্দা চংজফম লৌরক্লোই।"

কিরণময়ীনা মাইথোং মকাল্লামগা হায়রকই, "মতুদি রাকম অমতনি ইনাও-ইবুংঙো. মহাক্কা মহাক্কী দাদাগদি মীতোপ নত্তে। মহাক্কী আশ্রয়দন্না মহাক্কী পুক্লিং খঙনা চৎতুনা ভিক্ষা লৌবা তাবনি।"

সতীশনা হায়রকই, "নত্তে, মতু ওইরোই, মতুগী মরমদি ঐদি মহাক্কী নৌপরানি, অদুবু উপেনদাদাদি মহাক্কী নপুরোইবগী মরুপ্নি। দরকার ওইরবদি, ঐনা ইচেগী ভার লৌবা ঙমগনি"

"অদুবু করিগুম্বা মহাক্কী পুক্লিং খঙনা চৎপা ঙমদবা থোক্লবদি?"

"ঐম্ভ মহাক্কী পুক্লিং খঙনা চৎলোই।"

কিরণময়ীনা হংলকই, "করিগুম্বা দোষ-ইরাল লংশিল্লবদি?"

সতীশনা পাউখুম পীরকই, "মতু ওইরবদি মচিল-মৌপরা খৎনগনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "পূন্সিদা করিগুম্বা অশোয়-অঙাম থোরক্লবদি, মতু ঐগী ইপরানা তাকপিবা ঙমগদ্রা?"

সতীশনা মমাই থাঙ্গৎতুনা মিৎকুপমুক য়েংতুনা লৈরগা খঙহৌদনা পোইদোক্লা মৈশা লাংবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "অশোয়-অঙাম হায়ব-সিগী অর্থ ঐ ভাব তাবা ঙমদে ইতৈম-বেম্মা। নৌপরাদা অর্থ থুগায়না তাকপা দরকার লৈ খল্লবদি তাকপিয়ু, দরকার লৈতে খল্লবদি তাকপিগনু। অদুবু অর্থ মহাক্কী ওইনিংবা ওইজসনু, পুক্লিংদা ফাওবা খলহৈদবা মরাল অদু করিগুম্বা ওইথোক্লবা, মতু ওইরবসু কাউবা ঙমজরোই ইচে, ঐ মহাক্কী নৌপরানি হায়বা।"

মহাক্কী সাবিত্রীগী রা নিংশিংলক্লে। হায়রকই, "ইভেমা, ঙসি নঙোন্দা তৌরিবা নৌপরাগী নাপলসি ঙাকপিম্নু—অদুবু, পূন্সি অসিদা ঐনা ঙাকপিবা ঙমগ্রিবা অদুগুম্বা ময়াল অদু ঙাকপিবদা ঈশ্বরমক কাওবা থম্মোয় কায়গনি।" অসি হায়রগা য়েংলকই, কিরণময়ীগী মমিত্তগী মপী শিন্থরি। সতীশনা লেং-খাৎতুনা কম্নগা অমুক হন্না থোইদোকপা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "ঙসি ঐঙোন্দা অমুক্তা মুন্না য়েংলকউ য়েংসি ইচে, ইশাগী কত্রবা বুদ্ধিগী নাপলদা নঙোন্দা ইতৈম-বেম্মা হায়না কৌহুনা করেম্নখিবা সতীশ অদু নহাক্কী মৌপরা অসি নত্তে।" ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মাইথোং শিন-থুংনা লংখৎলক্লে, মহাক্কা য়াম্না কম্না মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, মদু ঐ নত্তে। মহাক্কা কৈদৌঙৈদস্সু নখোয়বু খঙলুবা ঙমখিদে, কৈদৌঙৈদস্সু নখোয়বু পূজা তৌবা হৈরকখিদে, মদুমক্তনি জগন্নাথপু উকং-লাইনি হায়দুনা করেম-কথাইনগ্রিবা। মশাগী মহাপাপ্না থন্দুনা মহাক্তি লুপথগ্রে ইতৈমা, মহাক অমুক লৈত্রে।" হায়রগা মহাক্কা মরু লুকথদুনা মশাগী থম্মোয়-নুংদা হুমদুনা য়েংলকই।

কিরণময়ী মমিৎ কুপ্তবমথৈ মঙোন্দা য়েংদুনা লৈগ্রে। অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না খোঙ্গেল য়াম্না পিক্না হংলকই, "কমদোনা ঐখোয়বু খঙলক্লি-বনো ইচেগী ইবুংঙো ?"

সতীশনা মরু লুকথনা অদুম হায়রকই, "রাকম অদু গুরুজনগী মকমদা হায়দোকপা য়াবা নত্তে ইতৈমা।"

হায়দোকপা য়াদবা ? মসি করি রানো। খঙহৌদনা চিংনরক্তুনা নুংশা-থিরক্তুনা কিরণময়ীগী মাইথোংগী কুচু ওনখ্রে। কৌরকই, "ইনাও-ইবুংঙো ?"

"করিনো, ইতৈমা ?"

"নমাই থাঙ্গৎলকউ য়েংসি।"

সতীশনা মিৎকুপমুক নুংবংনবা মঙংদা লৈরুরগা মমাই থাঙ্গৎলক্লে।

কিরণময়ীনা ঙাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, নহাক্কা মৈচাক অমা কোইপু পুদুনা লৈরি, মদু ঐ নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদগী উরক্লবনি। অদুবু হংলুনবগী অধিকার লৈরমদে হায়দুনা হংখি-দবনি। অদুবু ঙসিদি নহাক ঐগী ইপর. ওইরে —করি থোকগ্রবগে তম্মু।"

সতীশনা মরু লুকথরগা হায়রকই, "মহু ঈকাইবা রাকম্নি ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ওইজসনু ঈকাইবগী। মহু ওইরবস্নু নহাক্কী নচে ঐঙোন্দা মহুগী শরুক থুংবা তাই। মৈচাক নহাক মতোম্নদবু পুহনবা ওস্মোই।"

অহুগী মতুংদা খজিক খজিক ওইনা কিরণময়ীনা হৌবদগীনা অরাবা অসিগী ইভিহাস ফনা য়াম্না খঙদোক্লগা মমৈথংদা হায়রকই, "অহুম্বু করিগীনো অসিগুম্বা থবক তৌরুরিবদি ?"

সতীশ চঙক্লনা লৈরে।

কিরণময়ীনা হংলকই, "কনানো মহাক ?"

সতীশনা মরু লুকথহুনা শেংকাওবা খোঙেলদা হায়রকই,"লাইবক-থিরবী—"

"অহুবু, কদায়দা লৈবগে মহাকপু ?"

"খঙদে।"

"থিরুদ্রা ?"

"থিরুদে, মহুগী কান্নবা লৈতে। মহাক নুংঙাইনা লৈ হায়না তাই।"

কিরণময়ীনা মৈশা লাংনা হায়রকই, "নুংঙাইনা লৈবা! অচ্চা, করিগীনো মতৌ অহুম্না নশাবু লৌনমজরিবা !"

হন্দক্তি সতীশনা মমাই অমুক থাঙৎলকই। ময়েক শেংবা খোঙেলদা পাউখুম পীরকই, "ঐ লৌনমদে ইতৈমা, মরমদি ঐনা নুংশিজবা ওমথি। অহুবু লৌনম্নিবদি মহাক্লনি,— মহাক্লা নুংশিবা ওমথিদে।"

"মহুগী মথাদি ?"

সতীশনা হায়রকই, "অহানবদা মহাক্লা মশাগী মপুক্লিং খঙজবা ওমথিদে। অহুম্বু খঙবা ওয়রকপা মতম অহুমক্তদা মহাক চৎখিবনি।"

"হায়রমদনা লোম্না চৎখিব্রা ?"

সতীশনা মঙক হাইহুনা হায়রকই,"নত্তে, মহুস্নু নত্তে। চৎখিদ্রিবৈগী মমাংদা চেকশিলহল্লম্মী, শোক্ল-শম্নবা য়াজ্রবী লৈখা তারবীবু নুংশিহুন ঈশ্বরনা পীবিরকপা থম্মোয় অসিগী মশাদা হামুক ভৈশিন্দনবা।"

কিরণময়ীনা কাহেম্না ওরু চুম্না কম্নগা হায়রকই, "করি হায়রম্নগা চৎখিবগে ?"

সতীশনা অমুক হল্লা মদু তক্লে, কিরণময়ীনা মতম ঙাইহাক চংনা য়ারিশিংদু ময়েক শেংকাতনা হন্না হন্না মুরুম মুরুম শোল্লগা খঙহৌদনা হায়রকই, "অদুবু অমুক উনবা মতম অদুদা ইনাও-ইবুংঙো, মাবু অমুক্তা ঐ ঙোন্দা উহনগেরা ?"

সতীশনা বিপিনগী য়া নিংশিংলক্লুনা হায়রকই, "অদুবু অমুক হন্নদি উনররোই ইতৈমা।"

কিরণময়ীগী চিনবান মতায়দা নোকফেৎ তৌবগী মমি তাবা উই। হায়রকই, "অমুক উনগনি।"

"কৈদৌঙৈ উনগদগে ? উনদবনদি মঙ্গল ওইগনি।"

কিরণময়ীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ উনগদগে হায়বছদি খঙদে। অদুবু করিগুম্বা মতমদা অর'-অনা তায়কপা মতম অদুমক্তদা উনগনি—উনবা অদু মঙ্গল নত্তুনা অমঙ্গলদি ওইবোই। ইনাও ইবুংঙো, মহাক মফম অমদস্তু লৈসনু, নহাক নশাদগী হেন্না কাওবা মহাক্না নহাক্কী য়াইফনবা খল্লিবনি, য়াফম অসি করিগুম্বা নুমিত্তসু কাউরোইদবনি।"

সুমিৎ অদুগী সন্ধ্যা মমাংদা কিরণময়ী শিগদৌনা নারিবা মপুরোইবগী কমুং মচিদগী হৌগৎতুনা মিৎকুপ খরগী ওইনা মপালদা থোরকই। থোঙ ময়াদা ফল্লাংদা ঙ'দুনা সতীশ তুমিন্না ফমদুনা লেরম্মী, চোকখবনা মরম ওইদুনা হাটফেৎ উইরিমল্লে, কিরণময়ীনা ঙক্লুনা হায়রকই, "করিগীনো ইনাও-ইবুংঙো অদুম্না ফম্লিবদি ? য়ুমদা হল্লদ্রেবা ?"

সতীশনা উইবা কায়দুনা ঙেক-ঙেক শংনা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "হল্লদ্রে ইতৈম-বেম্মা।"

"কদায়দা লৈরুবগে ঙসায়মখৈ ?"

"লম্বীদা পোইচৎ চৎলুই—ঙসি লৈফমদা অমুক হল্লরোই।"

কিরণময়ীনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুনা হায়রকই, "হৈমা, মদুবু করি য়ানো ? চাক চারম্মোইদবা, তুম্মরোইদবা—নত্তে নত্তে, ঐগী মরম্মোকপা ইপর্মানি, লৈফমদা হল্লো—ঙসি নহাক্না মুংশাথিরুনিংঙাই করিসু লৈতে।"

সতীশনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "মুংশাথিরুনিংঙাই লৈসনু অদুগা লৈতসনু, ঙসি ঐ নহাকপু নথন্দা থন্নমদুনা চৎথিবা ঙম্মোই। অদুদা নত্তনা ঐ হোটেলদগী চংশিল্লকবনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহুনা ওইবা য়ারোই। ঐ খঙই, নহাক্না প্রেটেলগী অচাপোৎ চাবনা পুক থন্দে হায়বা। অহু ওইরবদি ঐ অমুক চাক থোংলুখিবা তারিবা, মহুবুদি থোংলবস্থু থোংবা হায়বহুনি, অহুবু নুমিৎ কয়ানি অসি নহাক মতম চানা ঈরুজদে, চাদে, ঙরাং-নহালস্থু নিংথিনা তুম্বা ফংখিদে, হকচাংহুদা অহু য়ৌনা ওৎলবদি ইনাও-ইবুংঙো, অমুক য়াররোই। ঙসি অহিং সিদা লৈরবদি নারক্লগনি, মহু ঐ শুপয়া য়ারোই।"

সতীশনা শাওহুনা হায়বকই, "ঐনা নুমিৎ নিনিদং তুম্ব-চাবা থরা রাৎপদা নাগদৌরিবা, অহুগা নহাক্ত থা অমা তুমক্লিবসিদি? অমুক-নুংদাংদা অহুন্ন চাহুনা লেপ্লিবা মওং মতাম্ন মীনা উদে হায়বদি য়াই, অহুবু ঈশ্বরনদি উখিবনি। অহুগা পোত্থাবা নাইদনা নোম্লিবা মওংসিনি—মসি ফাওরদস্থু নহাক লেপহুনা লৈরি, অহুগা মহুখক্তদা ঐ শিরগদবা?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহুগী অর্থদি, নহাকস্থু থা অমা চাদনা, তুমদনা লৈবা ঙমগনি?"

সতীশনা হায়রকই, "মহুগী য়াহু হায়বা নত্তে, অহুবু—"

কিরণময়ীনা নোকহুনা হায়রকই, "মসিদা অমুক 'অহুবু' হায়বমা কদায়দা লৈরিবগে? ইনাও-ইবুংঙো, ঐদি নুপীনি! নুপীবু কৈদৌঙৈ নাপ্রবগে, নত্তে নুপীবু শিব্রনে? মতন তৌবিদবদগী, ওৎপিবদগী নুপী শিদ্রে হায়বা কদায়দা অরুবগে?"

সতীশনা হায়রকই, "নত্তে তাদে। থোইদোক্লহুম নুপীদি অমরনি হায়না তাই।"

কিরণময়ীনা নোক্লগা হায়রকই, "তশেংনা মহুমক্কি। থরায় পানবদি শি, পান্দবদি শিদে। ঈশ্বরনা নুপী ওইরীগী হকচাংদা মহু হাপ্পিরকখিব্রা, মহু চৎথিগদৌরিবদি? ঐদি খল্লিবনি, জাত অসিবু মঙকশমদা থৌগ্নি থুজিল্লগা চহি তরা-কুন য়ানখৎহুনা থম্লবস্থু শিরোই।"

সতীশনা শাওগৎলহুনা হায়রকই, "নহাক্কী অসিগুম্বা করেম-কথাইনবশিংসি ঐ তাবা পামদে ইতৈম-বেম্মা, তারুবদস্থু পাপ পুগনি।"

কীরণময়ীনা হক্তক্তি শকফম হজিন্দুনা হায়রকই, "ফরে, ইনাও-ইবুংঙো, খঙহৌদনা নুপী ওইবীশিংগী অস্থুক হাক্না মীচং চংলক্লিবসি কব্রিগীনো- হায়মুদনা?"

সতীশনা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা, ঐ নিংথিনা ভাব তায়ে, মতম চাব-চাদবা য়েংদনা নহাক্না নুপী ওইবীগী মমিংদা শুপ্পগী নশাগী মখক্তা শাথিনা করেম্মজরি। করিগী করেম্মবনো থঙদে; অদুবু নহাক্তী মরমদা করেম-কথাইনবা নহাক নশাগী মকমদগীবু ওইরবস্থু ঐ খাংঙমজদবগুম তৌই। মদুনা ঐঙোন্দা অকনবা চৈথেং পী। ফরে চৎলগে।"

"তাখো ইনাও-ইবুংঙো!"

সতীশ হঞ্জিল্লক্লুনা লেপ্লরে। হায়রকই, "করিনো?"

"তশেংনা শাওরব্রনে?"

"শাওনিংই ইতৈম-বেম্মা! সংসারদা মীশক অনিথকপু ঐনা লাইগুম্না ভক্তি তৌজে উপেনদাদাবু অদুগা নহাকপু, অমা নিংশিংলক্লবদি ঐনা নখোয় অনিমক পুম্না উরকই। মসিদা হস্থবা মওংগী ফাগী-জোগাই ঐ খাংঙমজদে। চৎলে, চারগা অমুক হল্লকপা য়াই।" হায়রম্লগা সতীশ মখোঙ গম গম থাংদুনা মথাদা খুমথল্লে।

কিরণময়ী মমিৎ উইশিন্দুনা থোঙবাদা মকোক ওাদুনা শোর হোন্দবগুম লেপদুনা লৈল্লে। মহাক্তী মনাকোং মন্থুংদা অস্নুম্না খোস্থাং য়ৈরকপগুম তৌই—'ঐনা অমবু থনবমক্তদা অনিমকপু উই'।

## ক্লুন

লোন্দবু ওইরবস্থু, ইঙ্গিত্তবু ওইরবস্থু, করিগুম্বদস্থু কনাগী মকমদস্থু সতীশনা সাবিত্রীগী রা পন্দে। অদুনা রাকম অসি কিরণময়ীগী মকমদা কাংথোকখিবা মতম অদুদগী হৌনা মহাক্তী মশা পুম্বদা অম্মভগী ঈচেল চেনল্লে। কিরণময়ীবু সতীশনা দেবী ওইনা থজ্ঞে, মহাক্তী রা খুদিংমক য়াম্না শ্রদ্ধা লৈনা থাজে। মহাক্না হায়খি, অরাবা মতমদা অমুক উনগনি। মদুদগী হৌনা মহাক্তী থুপচাননা থম্মোয়-নুংদা লৈরিবা মৈশা লাংলবা কায়ন মৈচাক্না থোইদোক্না থোরাংলবা অরাবা মতমদুগী আশাদা মমিৎ পাংলকই। করম্বা অরাবদা মতৌ কমদোনা নুমিৎ কয়ানি লেরগা মহাক্না মশক উৎলদুনা থৌজালবিরগদগে, চিন্তা অসি পুদুনা মহাক তপ্পা তপ্পা লম্বী চৎনা চৎনা নুমিদাংগী পুং নিপাল তাবা মতমদা লাক্লুনা লেকমদ থুংলরে। ইমুংদা চংবদা মাইকৈ অমদা উরিবা মৃণ্ড অদুদা

ওসি খরমখৈ থোইদোকপা মওংদা মহাক্না ম্নিংয়েং চিংশিল্লকই। ফুরিং লৌথোক্লগা ফিয়ানখোক্কা য়ানশিনবদা উরকই, কিশিংহু শেমজিন্দুনা মওং তানা থনহ্বা। শক্তি মচীদা ম্নাল্লিবা আহ্নিক তৌনবা অতুম্বা কিদ্রু শুদোক্লম্নে। ক্মগে ভৌবদা উরে, চেয়ার মথক্তা থম্বা অমোৎপা ফিগী মপৈদু ওসিদি লৈরমগ্রে। চয়োল অনি চুপ্পা ধোবী লাক্তে, মরম অদুনা অমোৎপা ফিগী মপৈ নুংভিগী কম্নরিবা চৌকিদুগী মথক্তা নুমিৎ খুদিংগী তপ্পা তপ্পা রাংখৎলক্লম্বনি। কম্নমদায়দা সতীশনা মদুশিংহু লৈমায়দা ইম্বরগা কম্বা তারম্বনি, হৌগৎপ্রবদা বিহারীনা অমুক হান্নগী মক্তমদা থাঙ্গৎতুনা থম্মী। নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা মপুগা মনাইগা থবক অসিমক তৌরম্মী, খওহৌদনা ওসি মদুশিংহু য়োমশিন্দুনা ফি-উপুগী মরুমদা থৈদোক্তুনা থনম্নে। কমুংগী মোম্পাককিদক মোনথুম য়াম্না মোৎলগনি, ওসি ভৌন তরু-তরুনা লৈরম্নে। কাম্বলদু মতম চুপ্পদা হৌন-খওদবগী মতৌগুম উট-মচিন শান্থুনা খল্লম্বনি, মদুসু ওসিদি চুথেক মরি মওং তানা হৌন-খওবগী মতৌগুম খল্লম্নে। থাওমৈদু ভত্তনা তেঙ্গালি কাহুনা লৈরম্বনি, ওসিদি মতুদা করিগুম্বা অমোৎপা মচেৎ অমতা পক্ক্রে— কজনা মঙাল লৈরে। মাইকৈ খুদিংমক্তা নিংখিজবগী খুদম অমা উবদা সতীশ থোইদোক্না পেঞ্জবগুম তৌরকই; অদুবু অহল ওইরবা বিহারীনা ইখঙ্ক খঙহৌদনা মাগী থৌওং খওওন ওনবসিগী করিগুম্বা মরম অমতা থিবা কংদ্রে। কৌরকই, "বিহারী ?"

বিহারী মরুমদা লেপতুনা লৈরম্মী, মমাংদা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "আজ্ঞা ?"

সতীশনা হায়রকই, "কজরে কজয়ে। করিগুম্বা পুম্নমক অসি ওম্নবদি করিগীনো থোঙ-থোঙনাও অম্বুক মওং চাদনা থনম্নিবা ? য়াম্না নুংঙাইরে।"

বিহারীনা নোম্লকপগা লোয়ননা হাইক্লেৎ মরু লুকথরপ তৌনা হায়রকই, "আজ্ঞা, অদোমগী টেলিগ্রামগী চিঠি অমা লাকই।"

"কদায়নোমে য়েংসি ?" হায়রগা কলপ কলপ য়েংলকপদা টেবিল মথক্তা থম্লিবা নাপুগী চেথাওদুদা ম্নিংয়েং তারুরে। হাংদোক্তুনা য়েংবদা উরে, উপেনদাদাগী পাউ। মহাক পুং মাপল-মখায়গী ট্রেন্দা হাওড়া

ফৈজন্দা থুংলগনি। যদ্ভিদা পুং নিপাল-মথায়রোম তারে, ফিংনা হায়রকই, "থুনা গাড়ী অমত্তা কৌরুচো বিহারী উপেনদাদা লাক্লে।"

মিনিট মঙাগী মতুংদা বিহারীনা গাড়ী কৌদুনা পুরক্লগা পাউ পীয়রে অমসুং থোঙজিন মরুমদা লেপতুনা হংলকই, "বাবুগা লোয়নদুনা লৈফমদা হনবিরক্লমিদনা ?"

সতীশনা রাখল তৌরগা হায়রকই, "নত্তে, ঙসি অহিংদি অমুক হল্লক্লরোই।"

উপেনদাদা চুমত্রিংনা হারানবাবুগী আদা থুংলুগনি, সতীশনা মহাদা নিংজিং-মাংজিংনরুবা শুপ্লে লৈরমদে। মরমদি, মহাক্কী নুপীগা লোয়নদুনা লাকপগী পাউ টেলিগ্রামদা য়াওরক্তে।"

সতীশনা চৈরক অহুদা লুচি অমি য়োংথ্রবনি, বিহারীনা মরুমদগী হায়রকই, "বাবু, হঙ্গচ্ছগদবা অমা লৈ।"

হায়জবা খঙহনবা ভারবদি বিহারীনা পণ্ডিতকী ওইবা লোন শিজিন্নে।

সতীশনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "করি হঙ্গৎকদবা ?"

"আজ্ঞা" হায়রগা বিহারী ভুমিন্না লৈল্লে।

সতীশনা হংলকই, "করি আজ্ঞানো তঅসি ?"

বিহারীনা ইক-আক তৌরগা হায়রকই, "আজ্ঞা, লুপা কুন্দ্রা খঙ্গং-ককা—"

সতীশনা ওক্লুনা হায়রকই, "নহাক্লদসু লুপা কুন্দ্রা লৌখি ; য়ুমদা থাখিবদায় ?"

বিহারীনা থোঙ্গেল পিক্লা হায়রকই, "আজ্ঞা, রাখলবুদি মতু তৌরম্বনি হায়বা তাই, অদুবু চক্রবর্ত্তী ঠাকুরগী য়ুমদা—"

চক্রবর্ত্তীগী মমিং তাবদা সতীশনা মৈ হৌরক্লুনা হায়রকই, "শেল অদুনা চক্রবর্ত্তীদা পীথোকপ্রে—শেল অসিনা করাদা দান তৌরুপদো-ম্বিবনো হায়রু ?"

"আজ্ঞা, দান নত্তে, মী অমা য়াম্না অরাবা তারদুনা—"

"পুগে হায়রক্লিবা ?"

"আজ্ঞা, পুবা ওইনা অমুক মঙোন্দা পীরুবনা—"

সতীশনা তপথবা ওন্নক্তবা মওংদা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "নওগী লৈজরগনা নঙ হেক পীখো বিহারী, ঐদি অতুক অচৌ-অশাং নত্তেনে, নুমিৎ খুদিংগী শেল মাংহনবা ওন্বা। ঐ পীবা ওন্মোই।"

হন্দক্তি বিহারীনা তন্নতুনা হায়রকই, "পীবিদবা য়াবা নত্তে বাবু। ঐগী থাগীদগী কক্কে হায়রবস্মু কল্লগা পীবিয়ু।"

থাগী রা পল্লকপা তাবদা শতীশ চঙক্লপ্রে, "থাগী শেল ? হৌজিক ফাওবদা শেল কয়া য়াম্না লৌশিল্লবগে হায়য়ুদনা বিহারী ?"

বিহারীনা হায়রকই, "লৌখিবা অতুনা খুঙ্গংদা ইচানুপাশিংগী লৌ বিঘা অহুম, ষণ লাবা পোৎমা লৈখিবনি। মতুদা নত্তনা নৌনা য়ুম মচা অমস্থু শাবিরম্লবনি—মতুবু ঐগী থাগী পৈশারা ? ঐগী পৈসাদি বাবুগী মক্মদা তুংশিন্দুনা লৈরিবনি—ওসি মতুদগী পীবিয়ু।"

সতীশ নোকথোরক্লে, হায়রকই, "নচানুপাশিংগী লৈবিতুনা ঐগী য়াইফনবা য়াম্না শিনখ্রে। চৎলো, ঐ শেল লৈতে।" হায়রগা ক্কি অমা মন্নেংবান্দা য়ান্দুনা স্টেশন তম্না মপালদা থোকখ্রে।

বিহারীনা মশাগী কাদা চংলক্লগা হায়রকই, "ইমা, আহ্নিক-পুজা তৌরগা হৌজিক করিনো খরা চাবিরো, হয়েং অয়ুক ঐনা করিনো উপায় অমা তৌতুনা পীগনি।"

সাবিত্রী কাতুগী লৈমায়দা মক্তি ক্কিজি থাতুনা হিপ্লি, হৌগৎলক্লগা হংলকই, "বাবুনা পীরক্লুব্রা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "খঙবিরিবতুনি ইমা, মীগী অরা-অনাগী রা পনবু পল্লরবদি খুদক্তা হেক্তা পী। ঐগী বাবুদি দাতাকর্ণনি। হৌজিক পীরমদনা স্টেসন্দা চৎখ্রে, অতুবু হয়েং অয়ুক হল্লকনি, মতমতুদা কৌশিন্দুনা পীরক্কনি। নহাক্লা রারুনিংওাই করিস্থ লৈতে ইমা, হৌজিক হৌগৎতুনা করিনো খরা চাননবা তৌবিরু, নুমিৎ চুপ্পা চরি তৎনা লৈরক্লে।"

সাবিত্রীগী কংশিল্লবা তাইরবা মাইথোংদা নোকফেৎ তৌবগী মমি তারকই। হায়রকই, "ক্বরবমক্লি, ওসি অহিং অমুক হনবিরক্লরোইদবসি। মতু ওইরবদি হয়েং নুমিৎ য়ুংবগী গাড়ীমক্তদা কাশীদা চৎখিবা য়ারগনি, করি হায়বগে বিহারী ?"

বিহারীনা হায়রকই, "শোয়রক্রবনি ইমা!" নুংশা মপী অমা হোম্দোক্লগা হায়রকই, "ঐগী বাবুসু বাবুনি, নহাক্কী বাবুসু বাবুনি। খুঙ্গংদগী হনুবীনা অরাবা ফোঙদোক্লুনা চিঠি অমা থারকখি—বাবুদা পাহল্লুই, পারগা হায়রকই, বিহারী, নখোয়গী লমদা করিস্নু লৈজদ্রবনে?' ঐনা হায়রম্মী, 'লাইর-অনংবগীবু করি অমুক লৈরুগদগে বাবু?' অমুক্ক ম্না ঙাংখিদে, নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা লুপা চাতরুক খুত্তা পীদুনা য়ুমদা থাবি—লৌ-শীং লৈশিল্লুই, যণ লোক লৈশিল্লুই,—য়ুম-কৈ শারুই—ইচা নুপাশিংদা শিন্নরল্লগা থা অমগী মনুংদা বাবুগী খুয়া-খাদা হল্লকই। হনুবীনা কপতুনা হায়, 'ঐবু পুখিয়ু, অমুক্তা দর্শন তৌজরুগে।' ঐনা হায়রম্মী, 'নত্তে, অমুক লমন হেনগৎহল্লনু। নঙ চৎলুরবদি লুপ। চাম্ম-চানি নঙোন্দা পীরক্কনি।' অদুগা নহাকী বাবু অদু! নাবদা লুপা মঙা-তরুক থিদাক্তা খবচ তৌখি হায়দুনা মিংঙাইদনা হায়রক্লি, লমন শিংলগ্নগা চৎকদবনি! মীগীদা থবক তৌরুদুনা কয়াদা অরাবা নংখিরুরবা, অদুগা ঐখোয়না করিস্নু খণ্ডনা খিপিনবাবুগী মমিং পকশিন্দুনা নহাকপু কয়াদা লিন্দা তৌরুরবা! ঙাকপিয়ু ইমা; মহু নত্রবদি ঐগী লৈসি কেনথ্রগনি।"

বিপিনগী ইঙ্গিত্তা সাবিত্রীনা হঙ্গোইবনা মতু চুংলমক্তুনা শেংকাৎতনা 'অচ্চা' হায়রকই। অদুবু খুদক্তা কাথবগা নোক্তুনা হায়রকই, "ঈরুজম্গে বিহারী, কি অমত্তং পীনিংঙাই লৈগদ্রা?"

"কি?" বিহারীনা মপুক্লিং নুংঙাইতনা হায়রকই, "নহাক্কী আশীর্ব্বাদনা অমত্তা করিগীনো মঙা পীরা-ওমগনি। করিস্নু য়ারুমিংঙাই লৈত্তে ইমা, অদুবু শূদ্রনা শিজিন্নরবা কি কমদোনা নহাক্কা শেৎননবা পীগদগে ইমা? খোইদোক্লদুম চৎসি বাবুগী-অশুবা কি অমা লৌখোক্লগা পীগে।"

বিহারীনা ঈশ্বরদা ব্রহ্মণদা থোইদোক্লা ভক্তি লৈ। মরম অদুনা য়েৎলুবা কাম্নবোই খণ্ডনা সাবিত্রীনা য়াদুনা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা মপালদা থোকখ্রে।

ঈরুজরগা সাবিত্রীনা সতীশকী অশুবা কি শেৎপদা মপুক্লিংদা নোকখেৎ তৌরকই। মহাক্কা কাদুদা মহাকমক্কী কুশি-তাম্নিদা লাই খুরুম্লে অমসুং বিহারীনা চেকশিন্না লাংজবা চিনি অঙৌবিমা শাবা থোইদোক্কী

ঙেংলবা সন্দেশ মুমিৎ চুপ্পা চয়া হেল্লক্কবগী ভুংদা চাবদা মখা। কনখৎ-লক্কপগুম ভোরে।

মহাক ক্কা অমসুং হিদাক মনা চাবগী ক্কত্তবা হৈনবী লৈ। অহুম ওইনমক হুকান্দা তপ্পা ক্কা চাদে খঙহুনা বিহারীনা চৈরক অহুদা ক্কামনা মুপারীনচিংবা থোরাং তৌরুহুনা পুরকই। মহুশিংহু শেম্পাক অমদা হাপতুনা পুশিল্লকপমক্তদা সাবিত্রীনা নোক্কুনা হায়রকই, "বিহারী, ঐবু খঙ্জিক্তা ক্কাওবা কাউরমদ্রি হায়বা উরে।"

বিহারীনা খুম্লকই, "অহুম ওইনমক ঐদি মীনি। নহাকপু অমুক্কং উখিবদা শা-উচেক ক্কাওবনসু কাউবা ঙম্বা নত্তেনে ইবেম্মা!" হায়রগা টেবিল মথক্তগী থাওমৈ পুরক্কুনা থোঙথক্তা থম্লরে, অমসুং পুখমহু মনাক্তা থম্লগা ক্কা তপ্পনব। হায়রগা হিদাক মনা থিবা চাকশঙদা হিন্দুস্থানী চাক-থোংবগী মনাক তাম্লা চৎখ্রে।

কেরোসিনগী ঙাল্লবা থাওমৈহু লৌশিন্দুনা লৈমায়দা ক্কমহুনা ক্কা তপ্লি। মকোক খুমদে, অচোৎপা শময়ামহু মনঙ্গলদগী তাথখিহুনা লৈমায়থক্তা চোয়জায়ননা তারি। লুমাংগী চোইথোরকপা শম্লাং খরা ফিজিগী অমুবা ফিবান্দা পক্কুনা লেংজুমদগী তম্পাক্লোমদা হাইথরি। মুপীগী লায়না চেল্লবা য়াঙ্গংলবা তাইরম মাইথোংদা মশাগী ওইবা অথুপ্পা মাধুর্য্য চেল্লি হায়বা য়াঙ্গংলবী অসিগী হৌজিক্তা ঈরুজরুবদা ঙাইরিবা মাইথোংদা ঙাম্মোইরি। মহাক খরমথৈ তরং-মালংদা তাওবগুম, চিন্তাদা লুপ্পঙুম তৌই। খঙংৈদনা থাপ্পা থোঙউপকী থোংথাং মখোল তারম্বদগী নকশিল্লক্লি, অহুম ওইনমক মহাক্কী মনাদা চংখিদ্রে। তারকপা মতম অহুদদি উপেন্দ্রগা সতীশকা লাক্কুনা তশেংনা থোঙথক্তা লেপ্লরে! ধ্যান কাম্লহুনা মমাই থাঙ্গৎলুবদা সাবিত্রীগী কুচু থোক ওনখ্রে, চময়খ্রে অমসুং মিৎকুপ অহুগী চেকশিনহৌদবা তাঙ্গাদা বঙ্গ চনুগী মপোক মপোক্তা তান-শিঞ্জরকপা অন্ধ-সংস্কারনা মহাকপু ঙমথৈ নাইদবা ঈকাইবদা লংথহুনা তশেংনা নুংবংনহনখ্রে, অমসুং থংনবা মিৎকুপমক্তদা মহাক্কা মথুৎ তিংথোক্কুনা মহাক্কী মমাই ঙাংবহু খঞ্জিন্দুনা কোকখুম ফিজি শাংনা চিংথখ্রে।

সতীশনা অকক-অক্কাই চুবগী মতৌঙুম হায়ম্বক্কই, "সাবিত্রী! নহাক!"

সুরবালা হৌজিক্কা মৈত্তোল্লগী মহুৎনা বিহারী অমসুং দিবাকরগা লোয়নননা মথক্ত কাখৎলক্কুবা হোৎনরি ; উপেন্দ্রনা হন্দোক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "ওাইখো, অমুবা কাখৎলক্কনু সুরবালা, মকম অদুদা লেপপু ।"

সুরবালানা ওক্তুনা হায়রকই, "করিগীনো ?"

উপেন্দ্রনা রাহুং অদুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই,"দিবাকর, মতৌমসু গাড়ীদা পুহনা চৎল্লো । সতীশ, ঐসু চৎলে ।" হায়রগা খোঙথাং ভপ্না থাংহনা চৎল্লে ।

## কুনমাথোই

উপেন্দ্রগী খোঙথাং মখোল অসুম অসুম শিকথখিহনা সিঁড়ীদা ভীনগ্রে । চোকথনা, চরাহেন্না, নুপীগা লোয়নননা —অমম্বা অহিং অসিদা —অতুমদি ওইরগা, খজিক্কসু নিংজিং-মাংজিদবা, বিন্দু অমগী চাং ফাওবা নীংহন্নবা মহাকী মপুক্লিংদা পোকখিদে । সতীশকী কা মনুংদা কম্মিখী চন্দুরা অদু শাথিন ঈকাইজনা, কীজনা, মতৌ অদুন্না মমাই খুমজিনখিবা অদুদা মহাক্কী মরমদা রাহুং অমা কাওবা হংলুবা মহাক্কা দরকার ওই হায়বা খনখিদে । ভুকচহনা মনাই লৈথোকখিবা অদুদগী অমুক হন্না মমাই লৈশিন্নুনা য়েংখিদে ।

অদুদু খোকত্রিবা থৌজোক অসি করিনো ! মিৎকুপকী মনুং মক্তদা কিভম অদু তশেংনা খক্তজরক্কবদা সাবিত্রী মতু চুংলক্লে । নুপা জিশিংগী মিৎয়েং-মায়দসু মহাক্কী ঈকাইনিংঙাই অধিকার লৈয়মদবনি, মিৎকুপ্তুং খাকম অসি কাউথোকলুবদা ওসি মহাক্কা অমুক শাথিনা শোয়রুরিবাস কমদোনগ্রো ! মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংজকই, মহাক্কী করিসু লৈত্তবা ঈকাইজবা অসিগীদমক মমাই খুমজিন্নবা অদুখক্তনা মিৎকুপ্ত মাইকী থুংনা শন্দোকখিহনা শাথিনা ফজদবা ঈকাইবনা মহাকপু খোঙগী থুজিন্দগীনা জায়রগী মশম কাওবা ক্রক ক্রক লাকশিন্না পুনশিল্লগা চৎখ্রে। ঈকাইবা খজিক্তংদু কগুনবা হোৎনক্কবদা ঈকাইবগী চীংজাও মহাক্কী কোকথক্তা নিংখায়হনা নল্লগনি হায়বা খাকম অসি মিৎকুপকী মমাংদা কনানা খনগ্রিরগে ।

শোর থিংগদবগী তৌরকপদা মীওইবনা মথরায় খুবাক্তা হাপহনা মঙং অমত্তবু ওইহনবসু মথাই লিথত্তনবা ছোৎনৈ, সাবিত্রীনা তশেংনা মতৌ

অদুম তৌদুনা মহাক্কী মাইথোংদগী মাইথুমদু মখোক্কা লাউদুনা হুনগৎপ্রগা কমত্রেৎননা কমপ্রে : হায়রক্কই, "মহাক কনামো ?"

সতীশ নুংবংনবগী মতৌগুম থোঙ ময়াদা লেপ্লি নুংবংনবগী মতৌগুম্নমক থুম্নকই.—"উপেনদাদাগা ইতৈম-বেম্মগনি।"

"এঃ, উপেনদাদা অদু ? ইতৈম-বেম্মা হায়বা অদু ? মখোয়!" সাবিত্রীনা খুদক্কা ফুক হৌগৎলক্লগা লাওদুনা হায়রকই, "অদু ওইববদি হন্দোকও হন্দোকও কৌশিল্লুগে। শোয়রে শোয়রে, ঐদি কনাম্ব নত্তে—যুম অসিগী করিস্মু লৈতবী মীনাইনুপীনি। হন্দোকও হন্দোকও —"

উপেন হায়বসি কনানো হায়বা অদু সাবিত্রীনা মুম্না খঙই। সতীশমক্কী রারী-রাতাউদা কয়ারক ইম্না মাগী পরিচয় য়াম্না কংখি।

হৌজিক্কা সতীশ মিৎকপ থোরকপগুম্মী। লাও-থোংলকপা অসিদা, থকৎপনা তৌফম থঙদবা মওং অসিদা মহাক্কী চমম্নরম্নবা পূম্নমক কোকথিদুনা ভশেংনা ভাব তাহনপ্রে। হন্দক্তি মহাক্না চুম্না লেপতুনা মখুৎ অনি তিংথোক্নুনা থোঙদা থৎতুনা হায়রকই, "হন্দোক্লোই।"

সাবিত্রীনা লাংতক্লনা মখুৎ লোম্নিদুনা হায়রকই, "করিগী হন্দোক্লোই-দৌরিবনো ? মাংন তারবা শিঙ্গপনু সতীশবাবু, লম্বী থাদোকউ। ঐগী অশেংবা পরিচয় মখোয়দা খঙহনখিগে।"

সতীশনা লম্বী থাদোক্লে। অদুবু, মহাক্কী চেৎনা উমশিল্লিবা চিনবান্দা লিনগী মরৈগী মতৌগুম হু চেনবা মীনোক্কী কুপ্না, মমি অমা তাত্রা ? তারম্বা য়াই। হায়রকই, "ওঃ—নঙগী মাং-তাকপা! নত্তে, মদুগী মরমদা চিংনরুগম্নু। অদুবু নহাক্কী অশেংবা পরিচয় করি পীগদৌরিবনো হায়না হায়খো ?"

সাবিত্রীনা খুদক্কা পাউথুম পীবা ঙমদ্রে, শুপ্নগী য়েংদুনা অদুম লৈ। অসিগুম্বা পাউথুম পীদবা মিৎয়েং অসি সতীশনা হান্নম্ব উপ্রে। অদুবু মসিদি মদু নত্তে! মিৎয়েং অসিদা অদুক হাক্না চৈথেং ফংদুনম্ব ঙসি মৈ চাক্লিবদি কদায় ? মঙ্গি কয়াদা য়াম্না থম্মোয় পুক্তমজ্রবা মিৎয়েংনো! মসিবু সাবিত্রী অদুরা ?

ঙাইহাক লৈরবা তুংদা মহাক্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐগী পরিচয় ? হায়জখিবদুনি— য়ুমগী মীনাই মুপীনি। সতীশবাবু, থৌজালথিয়ু—ঐ

মখোয়বু কৌশিগ্গুরুগে। অমম্বা অস্লিদা মফম খওদবা শহুর অসিদা মখোয়বু লম্বীদা কোইচৎ চৎহল্লগজ্বা ? মহু অফবা ওইগদ্রা ?"

সতীশনা থোইদিং মখায় অমা কাওবা ফিঙ্গৎতনা খুম্লকই,—"মহাক্কী অক-ফত্তা খঞ্জনবগী থৌদাং মখোয়গী মথক্তমক লৈজসমু। অদুবু লম্বীদা কোইচৎ চৎতুনা লৈরুবনা কাওবা য়াম্না হেন্না কে—অদু ওইরবস্তু ঐনা করিগুম্বা মওংদম্নু ইতৈম-বেম্মবু অমুক হন্না য়ুম অসিদা খোঙদাহনবা ঙম্মোই।"

"করিগী ঙম্মোইদৌরিবনো ? ঐনা য়ুমসিদা চংলকই হায়রুনরা ? সতীশবাবু, ইমা বসুমতীবু ঐনা শোকলুবদা মাঙলগদ্রা ?"

সতীশনা মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরুরগা হংলকই, "নহাক য়ুমসিদা চংলক্লিবা করিগীনো ?"

সাবিত্রীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলুবা ঙমদ্রে। লৈমায়দা য়েংতুনা পীনা থুমহৎলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "অদোমদি ঐগী অরিবা বাবুনি। অদুনা, মতম চাদনা ভিক্ষা খজিক্তং নিজগে লাকপনি।"

সতীশনা করেম্নহুনা নোক্লকই, হায়রকই, "মতম চাদনা ভিক্ষা নিবা ? অদুবু নহাক্কী বাবু অমখক্তা নত্তে সাবিত্রী। নহালমথৈ অমমম ওইনা বাযু খুদিংমক্কী ময়ুমদা চংলুরবা ওইরিনিনে ?"

সতীশকী শাথিনা তমথীবা কোৎচি অসিনা মহাক্কী থম্মোয় নুংহু মতৎ মতৎ থদৎলক্রে, অদুবু মহাক অমুক মমাই থাঙ্গৎলক্তে, রাম্নু ঙাংদে।

সতীশনা অমুক হন্না হায়রকই, "বিপিনবাবুনা নহাকপু তাম্থোরক্লিবা করিগীনো ? মাগী অপাম্বা পেল্লহুনা ওইরিনিনে ?

সাবিত্রীদা হন্দকস্তু পাউখুম পীদে।

বিহারীনা হায়জখিবহু সতীশনা খঙনিং নিংশিংলক্রে। হংলকই, "কবি ভিক্ষা পাম্লিবনো ? লুপা কুম্ত্রা, নত্রা ?"

সাবিত্রীনা মঙক নোমহুনা চুম্মী হায়বা খঙহল্লক্রে, রাদি ঙাংদে।

"ফবে—" হায়রগা সতীশ দেরাজ ময় দ চংশিল্লক্তুনা লেপ্লরে, অমস্তুং মিৎনা কুপ্পদা কাহুগী মাইকৈ মরিদা মিৎয়েং তাক্লরগা অমুক্তা লেপখ্রে।

মুম অসিগী পোৎ-চৈ মওং ভালা লৈয়ম্না ঙাইহাক্কী মমাংদা উবদা মঙোন্দা অদুক হাক্লা নুংঙাইবা পোকহনখি, হৌজিক মদুমক্লা মহাকপু ফুরকপগুম্লক্লে। থোইনা লাপ্তুনা লৈরিবা কমুং অদুন্দু মুপী অসিগী মখুৎমা থাবনি। স্টেশন্দা চৎলুদ্রিবৈগী মমাংদা মতুমক্কী মথক্তা হিপলুবদা ঙাইহাক্তি পোথাবা কংখিবনি হায়বা নিংশিংলকপদা মহাক্কী মশা 'পুম্বা মতু চুংলক্লে। মমিৎ লৈদুনা য়েংলগা হাথু হাথু দেয়াজ কাক্তোক্লুনা নোট খরা লৌথোক্লগা সাবিত্রীগী মখোঙ ময়াদা হুপ্পিল্লগা হায়রকই, "চৎপ্রো চৎলো, মহু লৌরগা বিদায় ওইখ্রো—অমুক হন্না কৈদৌঙৈদসু লাকনু।"

নোট অহুমদং মশীং থিদুনা লৌরগা সাবিত্রী হৌগৎলক্লে। মতম অদুখক্তং সতীশ ভুমিন্না য়েংদুনা লৈ। সাবিত্রী হৌগৎলকপমক্তদা মঙোন্দা করিনো অমা হায়গে তৌরুবমক্তদা মহাক্কী খোঞ্জেল কাজিনখ্রে।

ওয়োকপনি! রাকম অসিদি মহাক্লা খঙলুদে। কালেন থামৈগী য়াক্লবা মুংশাগী মতৌগুম্বা মহাক্কী মৈ হৌনা শারবা অশাওবনা লাইবক থিরবী অসিম্নু উপায় লৈত্রবা নুংবংনরবী মালেমগী মতৌগুম চাকথেক-হনখি, মতম অদুদা মশক উদনা অতিয়াদা মহুগী নোং মরিক মরিক পৈশিল্লক্লুনা অচৌবা নোং মতুম ওইহল্লকখি। মদুনা অদুক হাক্লা ইখঙ খঙহৌদনা অসুক থুনা, মনা-মনিল নাইদনা লাক্লুনা মহাকপু কোইশিন্দুনা কারগনি হায়বা রাকম অসিদি সতীশনা খঙলমদে। মহাকী খোঞ্জেলদা, মহাকী মাঙ্গা, মহাক্কী মিৎক্তা মশক উদনা কনাননো লান্দায়ক্লুনা কাজিল্লক্লি,—খুদক্তা মহাক্লা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মশাবু নাম্বোকহচল্লগা কৌরকই, "সাবিত্রী!"

"আজ্ঞা।"

"রারীদা ভাখি, মানা মাবু তুকচৈ। ঐ থাজরমদে। খল্লম্মী, মহু শুপ্পগী শাওবগী রানি। মীওইবনা কমদৌরগা মীওইববু তুকচ্ছবা শুমগদগে হায়বা করিগুম্বদসু খল্লুদে। ঙসি উরে—মীনা তুকচ্ছবা ঙম্মী হায়বা। সাবিত্রী, রাশক্লুনা হায়রিবসিনি, ঐ শিবা থৈদোকপা য়াগনি হায়রবসু নহাকপু অমুক শোকলুবা ঙম্মোই।"

সাবিত্রী চঙক্লখ্রে।

"করে সাবিত্রী, সংসারদা শেলদগী হেনবা নখোয়গী ঐকমদদি অতৈ কারিষ্মু অমুক লৈতে,—মহু মংলবদ্রবদি মোট অহুম অহু খুমগৎপা ওয়ঙ্মোইদবনি—ওসি ঐঙোন্দা লৈরিবা পূম্নমক নঙোন্দা পীয়গে, রা অমত্তদি ঐঙোন্দা শেংনা থুম্মু।"

"হংবিয়ু।"

"হঙ্গে," হায়রগা সতীশনা ওাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "হঙ্গদবরু ঈকাই, অহুম ওইনমক খঙনিংবদি পোকই সাবিত্রী, করিগুম্বা নুমিত্তা কনাবুম্ন সুংশিখিদব্রা?"

সাবিত্রীনা মিৎকুপমুক্কুং তুমিন্না লৈরুরগা তপ্না অহুম ওইনমক ময়েক শেংবা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "কৈদোনগদগে অদোম্না ঐগী রা তারগা।"

সতীশনা রা অসিগী পাউখুম খিবা কংব্রে।

সাবিত্রীনা খোঙলোমদা চংশিল্লগা হায়রকই, "সংসারগী রা য়াম্না অদোম্না খঙবিদে; অহুম ওইনমক মতম লেল্লি,—রা অসি খঙবিব্রবসু অদোমগী অমাংবা ওইরোই।"

"ওইদবসু য়াই," হায়রগা সতীশনা মুংশা মপী অমা কজিন্নবা হোৎনরকই, অহুবু মহু সাবিত্রীগী নাকোং য়োথ্রে। মহাক্না মমাই লৈশিল্লক্কুনা লৈপ্পমক্কদা মহাক্কী অনা-শক চেল্লবা কংশিল্লবা মাইথোংদা সতীশকী মিৎয়েং তারুরে। চঙরুহুনা হংলকই,—"নহাকপু নারুরব্রা সাবিত্রী?"

সাবিত্রীনা মিৎকুপ্তা মরু লুকথরগা হায়রকই, "নারুদে।"

"অমা-শক যাম্না মান্না উবগুম তোই।"

"মসি করিস্নু নত্তে," হায়রগা সাবিত্রী চৎখিগদবগী মথৌঙ থাংদোরকই।

"চৎলব্রা?"

সাবিত্রীনা পাউখুম পীদনা খোঙ কাপ্থোক্কুনা মপালদা খোকখিগদবগী তৌরকই। কা মনুংদগী কাজিল্লবা খোঙ্গেলদা কৌরকপা অমা তারকই, "সাবিত্রী, ভশেংনমক নৈাংমথক্তা কাওবা ঐবু মুংশিখিদব্রা?"

সাবিত্রী খোঙবাদা মখুৎনা শ্রৌহুনা লেপতুনা লৈব্রে, অমুক মমাই লৈশিল্লক্তে।

থম্মোয়মুংগী পীরাং থাংবা খোঞ্জেলদু হন্দক্তি কপ্পদা ফাইয়কপগুম তৌই,—"সাবিত্রী, অমুক্তদি খুম্নম্মু, ঐ অমুক ঙুইবসি শুপ্পগী মওদা মঙ্. তানবগুম অরাবা পোৎলুম অসি পুহনা লৈরম্লিব্রা ? ঐগী লাইবক্তা পূম্নমক অম্নানবা, পূম্নমক মীনম্বা ওইনা ভয়য়ব্রা ? ঐগী লাইবক্তা তম্নম্লিবা থাংগমজ্রবা অরাবসিনু হৌবদগী লোইবা কাওবা ফাগীরা ?"

সাবিত্রীনা ঙাইহাক থল্লগা হঙ্গিল্লক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "বাবু, ঐ য়াম্না খুদোংচাদবা অমা থোক্তুনা বিহারীগী মকমদগী শেল পুবা লাকপনি, অদুবু শেংনা হায়জরিবসিনি, অমুক হাল্লা ঈরাং থোক্কনি খওলম্নবদি লাকচরম্লোইদবনি।"

সতীশ চওক্লখ্রে। খোঞ্জেল অসি ঈংই অমসুং তপ্লি, অদুবু অথোৎ-অমেংদি মচেৎ অমতা য়াওদে। ঙাইহাক্কী মমাংদা মহাক্না খোঞ্জেল অসিদা মঙোন্দা ভিক্ষা নিরখিবা নত্তে।"

মহাক্না অমুক হায়রকই, "অদোম্না রাশক্তুনা তাকপিখি, ঐবু তুকচ্চে, অচৌ-অশাংশিংদি হরাওবদা নুংশিবসু ওম্মী, শাওরগা তুকচ্চবসু ওম্মী — অদোম্না তৌবিরিবসু মতুমক্তি, অদুবু ঐখোয়দি ইখোঙ-ইথুৎ পুল্লি। লম্বী অসিদা খোঙদারক্লবা মতম অদুদদি অকবা লম্বী কত্তবা লম্বী ওইনিংবা ওইজসনু, মদুগী মতুং ইন্না চৎলুদনবা উপায় লৈতে।"

সতীশ চওক্লবনা নুংবংনখ্রে। শুপ্পগী মমিৎ লাওথোক্তুনা মমিৎ কুপ্তনা য়েংহুনা লৈখ্রে।

সাবিত্রীনা দৃশ্য অসি থাংবা ঙম্লক্তে। অভোপ্পা মাইকৈদা মমাই লৈথোক্তুনা অমুক্তং তুমিন্না লৈ। মহাক মশাগী রানা মশাগী থম্মোয়দা মৃত্যশেল ওইনা য়ুংলরবনি, অদুম ওইনমক, শিবা য়ানা শোক্লবা লক্ষ্মীগী মতৌগুম অরোইবা খোঙ্গাও ওইনা সতীশকী ঈকাইনিংঙাই ওইরবা নুংশি-নুংঙনগী মথক্তা থাংনা য়াম্বরক্লে। হায়রকই, "অদোম্না হংখিব-দায়, করিগুম্বা নুমিত্তা অদোম্বু নুংশিখিব্রা ? নত্তে, নুংশিখিদে। পূম্নমক অদু ঐগী লৌনম্লি। কনাবু নুংশিখিবগে হায়বা পাউ অদুদি ফংবিপ্রবনি।"

অসি তাবদা সতীশনা খুদক্তা নিংলকই, মহাক্কী য়ুমগী প্রতিমাতু তুরেলগী ঈশিংদা থাদয়বা থোক থোক নোমদুনা থুগায়রগা নাপী-লীংবী

মপৈ ওইনা কনামনো মহাক্কী মথক্তা হুপ্পিল্লকপগুম তৌই। মহাক্না মমাই লৈথোক্লুনা হায়রকই, "চৎগ্রো—নহাক ইমাংদগী চৎগ্রো।"

সাবিত্রী থোঙথক্তা মকোক থমদুনা খুরুম্নগা রা ডাংদনা চৎগ্রে। সতীশনা হন্না য়েংলুদ্রে, শুপ্নগী য়াম্না তপ্না অরোইবা থোঙথাং মখোল অদুখক্তুং তাবা ফংলকই।

মখাদা বিহারীগী কাদা মুৎশি মুৎশি থাওমৈ অমা থাল্লি, কা অদুদা সাবিত্রীনা মমিৎ উইরুম উইরুম তৌনা হাইরং-তুরং চংলক্লগা মখুৎ অনি তিংথোক্লুনা করিগুম্বা অমা পায়বা পাম্লকপগুন্মী, অমসুং থংনবা মিৎকুপ-মক্তদা লৈমায়দা মমাই শুজিন্দুনা রাম্থদুনা তুগ্রে।

বিহারী উপেন্দ্রনচিংববু জ্যোতিষ সাহেবখোয়গী য়ুমগী মাইকৈদা লম্বী কনা শাংনা থিল্লুরুগা মিনিট মঙাগী মমাংদা হল্লকগ্রে অমসুং অমম্বদা লুমদুনা সাবিত্রীগী অরোইবা রাশিংদু তারম্মী। ঙসি নুমিৎ চুপ্পা মহাক্না সাবিত্রীগা রারী কয়া শানখি; তমগীরবা য়ুম্মুদুগী য়ুমদা থবক তৌরুবদা অরাবা মুংঙাইতবা কয়া নংলকখি, নারক্লুনা অনা-চৈনাখোল কয়া খাংলকখি, মদু তানা তানা বিহারী কপ্পদা লৈতাকম খঙখিদে। অদুম ওইনমক বাবুগা উনবসিদা করিগীনো সাবিত্রীনা হৌবদগী লোইবা ক্ষাওবা মীনম্বা ডাংলিবা, মদুগী করিগুম্বা মরম অমতা হন্নুবনা থিবা ফংলমদে। সাবিত্রী কুমথখ্রবদা মহাকসু অমম্বদা লোৎতুনা বাবুগী মিৎয়েংদগী নাম্থোক্লুনা মখাদা কুমথরক্লবদা মহাকপু উবা ফংদ্রদুনা লম্বীদা চেম্থোকগ্রে। মাইকৈ অমদা অমদা কদায়দসু থিবা ফংদ্রদুনা অমুক য়ুমদা চংলক্লগা থুনা য়াংনা মহাক্না মাগী কাদা কোইথি থিরকপদা ঙশেংনা চপ মুংনা লেপতুনা লৈগ্রে। অদুগী মতুংদা চেকশিন্না হন্দোরক্লগা থাওমৈ ঙানথৎ-হল্লগা মহাক্কী মমাই ময়াদা চংশিন্দুনা কৌরকই, "মতৌ অসুম্না লৈবাক্তা হিপ্পিরিবা করিগীনো ইমা?"

খুম্নক্লবদা মুংশিবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "অনাবা হকচাংনি, ঈংজবদি নারক্লনিনে ইমা। হৌগৎতুনা কম্বিয়ু, ঐ ফক থাজগে।"

সাবিত্রী নুংবংনৈ, লেংদে।

বিহারী চঙক্লগ্রে। নিংথিনা উবা ফংদে, থাওমৈদু মমাই ময়াদা পুশিন্দুনা হাইফেৎ লুকথদুনা মুন্না য়েংবমক্তদা হনুবনা খংলাও-লাওরকই, "ইমা-ও, করিনো তৌবিরিবসিবু ইমা?"

সাবিত্রী মমিৎ উইশিন্লি, মাইথোং 'পুম্বা শংত্রিক শংই। অদুর্ক কন্না' লাওহুনস্থু মহাক খুন্না:ক্রে—মতৌ অদুম্না অদুম অশিবগী পাংথক ওইনা ত্যাহুনা লৈ।

মহাক্কী কাদা সতীশ মতম অদুদস্থু মওং কায়দনা মূর্তিগী মতৌগুম কমহুনা লৈরম্মী, বিহারীগী কপ্প খোঞ্জেল তাবদা চঙরুখ্রে। চাকথোংলম্বা থাদোক্কুনা বামোন ঠাকুরনা চেল্লক্কুনা পাউ পীরে।

সতীশ বিহারীগী কাদা চংলক্লগা সাবিত্রীগী মকোক ময়াদা থুকউ লৈতানা ফম্লরে, অমস্থুং মৈ পুশিন্দুনা য়েংলুবমক্তদা মহাক রান্থরে হায়বা ভাব তারে। হায়রকই, "লাওন্নুনে বিহারী, মহাক্কী মমাইদা মমিৎতা ঈশিং থিকউ—বামোন্দা হুমাই লৌরুরগা হুম্মোলাও হায়মু।"

থৌনা ফংলহুনা বিহাবীনা ঈশিং কন্না থিক্লকই অমস্থুং হিন্দুস্থানী চাকথোংবনা মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা হুমাই হুম্লকই।

ভাইহাক লৈরবা তুংদা সাবিত্রীনা নুংশা মপী অমা হোন্দোরকই অমস্থুং থংনবা মিৎকুপমক্তদা মমিৎ পাংথোক্কুনা মকোক্তা মফি চিংথৎলগা হৌগৎতুনা ফম্লে।

সতীশনা হায়রকই, "ঠাকুর, শঙ্গোম খর-খিত্তং শানা য়াম্না থুনা পুরকউ অদুগা অচোৎপা মফিহু থুনা হোংদোকউ হায়য়ু বিহারী।"

ঠাকুব শঙ্গোম লৌবা চৎখ্রে, বিহারীনা খোঞ্জেল তপ্পা মদুমক হায়খিমাল্লে।

মিনিট খরা তুমিন্না লৈরগা সতীশনা অমুক হন্না হায়ম্লকই, "অদুগা করিগুম্বা মশা খরা কনখৎলক্লুবদি, কনখৎলক্রুবস্থু, ঐগী কাদা হিপ্প, হায়য়ু, ঐ অতোপ্পা মফম কদায়দনো চৎলগনি।"

সাবিত্রী মতু চুংলকপগুম তৌরকই, খঙলে মহাক করিগুম্বা মওংদস্থু মশাবু কাজিজহুনা থম্বা গুমত্রমাল্লে।

সতীশনা শো মচা অমা বিহারীগী মনাক্তা লংশিল্লগা হায়রকই, "অদুগা য়েংঙোই, দেরাজগী শোহু নঙগী ননাক্তা থনম্লবনি, দরকার ওইবা পৈসামখৈ চৎলমদায়দা পুজথিসনু, অনাবা হকচাং অদুদা—"

সতীশকী রাশিংহুনা হু অমস্থুং অম্বত য়াম্ননা সাবিত্রীগী চরম ফাওবা ফুনগৎলক্লে। সতীশনা হায়রকই, "ঐ পাথুরেঘাটতা চৎলে বিহারী—

হৌরগদা অমুক হল্লকপদা থেংলকপা য়াই।" থোঙকম অমা মতুং হৌজিল্লক্লগা হায়রকই, "সাবিত্রী, করিমতা চিংনরুগদ্ধু, দরকার ওইবময়থে লোথো— ঐ চৎলে।"

সতীশ চৎল্লে।

সাবিত্রী অমুক্কা লৈমায়দা হাইহৎতুনা ভাগ্রে। থম্মোয় কায়রবা খোঙ্গেলদা কপতুনা হায়রকই, "হো করিগীনো নহাক্না পাপ চেনবী ঐবু অমুক হাক্না মুংশিবিরুরিবা ? হৌজিক্তা ঐবু তুবচ্চে হায়না রাশক্কুনা হায়খিবদায়, মসিবু তুকচ্চবা হায়বতুন্না ? নঙোন্দা অরাবা অসি পীগ্রবা, অমুক হাক্না মীনম্বা ভাংগ্রবা, পূম্নমক অতু নহাক্কী মুংশি-মৈদা চাক্কুনা উৎ ওনগ্রব্রা ? কনানা ঐঙোন্দা তাকপিগদগে কমদোয়রগা ঐবু নহাক্না তুকচ্চবিগদগে হায়বা ?"

কপ্লিবসিগী অর্থম্মু বিহারীনা মরিক অমতা থঙবা ওয়মদে, মনাক্তা থরা চংশিল্লক্লগা থেমজিনবগী খোঙ্গেলদা হায়রকই, "ফরে, করিগীনো ইমা, বাবুগী মফমদা মীনম্বা অতুক হাক্না ভাংগ্রিবদি ? চৎলুদবা মফম, লংশিল্লুদবা দোষ, করিগীদমক্তা মতু পূম্নমক কোকথোংনতুনা অতুক মরাল লৈবী শান্নুনা লৈরিবনো ?"

সাবিত্রীনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ধর্ম্মনা খঙবনি বিহারী, ঐগী রা পূম্নমক মীনম্বনি হায়বা। হায়রুবদা থম্মোয় কায়গ্রবনি, অতু ওইরবম্মু হায়বা ভাবনি। অতুবু, করিগুম্বা থবক অমতদা চন্নদ্রেনে বিহারী, করিগুম্বা থবক অমতদা চন্নদ্রেনে।"

বিহারীনা অপঙবগী মতোঙুম মাগী মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "মীনম্ববু অমুক থবক্তা চন্নগদ্রনে ইমা ?"

সাবিত্রীনা হৌগৎতুনা ফম্লগা মপী তৈথোরকই। মহাক্কী মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "তশেংনা খঙব্রা বিহারী, করিগুম্বা থবক অমতদা চন্নদ্রোইদ্রা ?"

বিহারীনা ওাইহাক খল্লগা হায়রকই, "মতু করিগী চন্নদনি। কোর্টভা মীনম্বদনা থবক পাংথোকই—মফমতুদা মীনম্বা য়াদনা জম্ম ওইরিবনি।"

সাবিত্রী থুমদে। ফনা কুইনা চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈরগা হায়রকই, "করিগীনো অমুক হাক্না ঐমা মীনম্বা ভাংলম্নিবসি, নোংমা মতু থঙবা

ঙম্নকপস্থ য়াই। অদুবু মদুগী য়াসি থম্নসি বিহারী, ঐগী য়া অনিদং ঙাক্কেরা?"

"কৈদৌনা ঙাক্কনি ইমা। করি য়ানো?"

"য়া অমনা অসিনি, ঐ চৎপ্রবদস্থু করিগুম্বা মুমিত্তুস্থু বাবুগী মকমদা ঐনা মঙোন্দা হৌবদগী লোইবা ফাওবা মীনম্বা য়া ঙাংলম্মী হায়বসি খঙহল্লুগনু।"

বিহারী তুমিল্লা লৈ। সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদুগা য়া অমনা—ঐগী ঠিকানা নঙোন্দা ইদুনা খঙহল্লকনি। করিগুম্বা মতমদা ঐ লাকপা দরকার ওই হায়না খল্লকপদা ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ। নঙোন্দা হায়দোকপদা ঈকাইদে বিহারী, ঐনা নত্তনা মহাকপু কনানা য়ারকপস্থ ঙম্মোই, ঐঙোন্দগী হেন্না কনানা সেবা তৌবস্থু ঙম্মোই।"

বিহারী কপথোরক্লে। মপী তৈথোক্লগা পীনা থুম্নহৎলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "পুম্নমক খঙই ইমা।"

সাবিত্রীনা হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি চৎলে, মাবু নহাক্কী খুত্তা শিন্নরম্নবনি—য়েংঙোই বিহারী, ঐগী য়া অনিদু ঙাকদবনি। ঈশ্বরনা শিনবিসস্থু, নখোয় নুংঙাইনা পান্নবা—লাইক্ক থিরবী ঐগী ইশকসি নখোয়গী মাংদা উৎলদনবা, ঐ অমুক লাকপগী দরকার ওইদনবা।" অসি হায়রগা সাবিত্রী মপী তেথোক্লগা খোঙশানখ্রে।

লম্বীদা থোরক্লগা গাড়ী ভাড়াদা লৌদুনা সাবিত্রীবু কাখৎহল্লগা বিহারীনা কুম্নদুনা খুরুম্নে। মপী তৈথোক্লগা চরম শেংদোক্লগা হায়রকই, "ইমা, ঐগীস্থু হায়জগদবা অমত্তং লৈ। ঙসি মতৌ অম্নুম্না নচানুপানি হায়না পুক্লিংদা লৌবিরি, দরকার ওইরবদি অমুক নিংশিংবিরকল্লা।"

"করিগী নিংশিংলক্কনি।"

গাড়ী থোক্লে। বিহারীনা অমুক্লা লম্বীদা মকোক শোক্লা খুরুম্নপা কুপ্পা মতোলনা মপী তৈথোক্লগা লৈকমদা হনখ্রে।

## কুন্নিথোই

পাথুরেঘাটতা চৎলে হায়রম্নগা সতীশ অহিং অদুগী পুং তরামাথোই তাবা মতমদা ময়ুমদগী থোরক্লুনা লম্বী খরা চৎলক্লবদা চোকথবগী ঙমথৈ লৈত্রে হায়বা খঙলে। মখোঙ থাংবা থোক্লে, মশা পুম্বা নুংঙম লুমথরে।

কয়াগী মতিক শাখিনা চোকথহনবননো ওসি মহাকী পুক্লিং-হকচাং শিন-থুংগ্রে।"

মতম খরগী মমাংগী অসিগুম্বা অতোপ্পা অহিং অমগী রা নিংশিংলক্লে,—মুমিৎ অত্থদা বিহারীনা সাবিত্রীখোয়গী ময়ুমদগী হল্লক্লগা হায়রে, মহাক লৈতে, বিপিনগী মনাক্তা চৎগ্রে। মুমিৎ অত্থদা শাওহনা গুপ্পগী মিৎকুপ খরদি মহাকপু পঙথহনখি। থংনবা মিৎকুপমক্তদা রারোবা অমদি ঈকাইবা নংবগী তমথীবা মৈনা চাক্লকখি, মহু কিল্লাগী অচিকপা লমহাংদা, চপ লেপ্পা অতিয়া মখাদা মিৎকী পীনা চামখোক্লমত্রবদি, মুমিৎ কয়ানিদম্মু ওইসনু, সাবিত্রীবু চাকথেকহল্লমদনা ঈংথরম্লোইদবনি, মতৌ অত্থুগুম্বা অহিং অত্থু ওসিম্মু থুংলরি, মত্থুদি ওইরগা মতৌ অত্থুম্না মৈ হৌরক্লিবদি করিগীনো?

অহাংবা গাড়ী অমা লাকই, কৌত্থনা হায়রকই, "পাথুরেঘাটতা চৎলুসিরা?"

গাড়ীরালানা গাড়ী খাম্লগা লম্বীগী মৈঙালদা সতীশপু য়েংত্থনা খল্লকই,—যুঙাওবনি। হায়রকই, "মত্থুদি য়াম্না লাপ্পি। ভাড়া লুপা অহুম চঙনি বাবু—পৈসা য়াওইদনা?"

"য়াওরি," হায়রগা সতীশ তোংখৎগ্রে অমসুং গাড়ীগী কাচিন অমদা মকোক ঙাথত্থনা মমিৎ উইশিনগ্রে। কাহেম্না মশা চোকথখিবনা মসিদগী হেম্না রা ঙাংননবা মহাক্কী শক্তি লৈরমদে।

য়াম্না কুইরবা মতুংদা লম্বী কনা য়াম্না কোইচৎ চৎলুম্ববদা গাড়ীরালানা রারোত্থনা হংলকই, "করম্বা ঠিকানাদা চৎপিগদৌরিবনো বাবু, শেংনা হায়বিয়ু। অরেম্বদা কোইচৎ চৎপা ঙম্মরোই।" সতীশনা মশাগী লৈকমগী ঠিকানা পীরে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্কী লৈকমদা থুংলরে। য়াম্না কৌন-খোৎনরবঃ তুংদা বিহারীনা লাক্তনা খোঙ হাংদোক্লরবদা সতীশনা তুমিন তুমিন হংলকই, "বিহারী, সাবিত্রীবু ঐগী কাদা লৈরা?"

বিহারীনা চঙক্লবগী মওংদা য়েংত্থনা লৈরগা হায়রকই, "লৈতে বাবু, মাদি লৈতে। মতমত্থদা অত্থুম চৎক্লে।"

"চৎগ্রবা?"

"হোয় বাবু, মহাক চৎলে।"

সতীশনা মুংশা মপী হোন্দোক্লগা বিহারীগী কমুং মচিদা কমথক্রে। লৈরমদবা অসিদা নুংঙাইবমরিয় নত্রগা রাবক্সিরা হায়রবা সতীশনা তাংদাংবা ভাব তাবা ওমজ্রদবগুম্মী।

বিহারীনা ওাইছাক লৈরগা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "ঐনা গাড়ী কাবিখি। লাকপিরো বাবুগী কাগী মৈ চুথৎচমমগে।"

"য়ারে তোকও, ঐনা অদুম চুথৎলুবা য়ানি।" হায়রমগা সতীশ হৌগৎতুনা চৎলে।

মথংগী নুমিৎকী তমুক্তা মহাক্না ভুমশিং কাদনা মিংকপ খোরকপা মতম অদু লুমিৎ য়াম্না কারে।

ইথঙ থঙহৌদনা শিৎলকপা নোং-মুংশিংকী মভোঙম পুন্নমক থক-খা ওনবা থৌদোক কয়া অহিং অমগী মনুংদা থোকক্লে। চোয়জায়ননা শন্না লৈরিবা খুদমশিং অদুগী ময়াইদা কনা কুইরবা কাওবা মহাকী থম্মোয় নুংশুক-নুংজাননা লৈ। বিহারী লাকুনা হিদাক লানশিল্লমগা খোরকপদা সতীশনা কৌশিন্দুনা হায়রকই,"তাও বিহারী, ওরাং কমম্বা মঙমদা মহাক মকম অসিদা লাকপগেনে ?"

সাবিত্রী চৎখিবা কাওবগী মহাক্কী লাইবক খিবা মওং পুন্নমক নিংশিংলক্তুনা বিহারীগী থম্মোয়নুংদদি য়াম্না কম্লিবনি। মহাক্না মরু লুকচাননা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "নুমিৎমুংবা মতমদা।"

"কমদোনা মহাক য়ুম অসি খিতুনা লাক্লিবনো ?"

"মতুদি খঙজদে বাবু।"

সতীশনা মহাকী মাইথোংদা শংত্রিক য়েংতুনা হায়রকই, "হোয়নে বিহারী, নঙনা ভশেংনমক ঐবু অদুক হাক্লা ষণ ওইনা খনক্রনে, ঐবু মহু কাওবা থঙবা ওয়োইদরা ? অশেংবা রা হায়য়ু।"

বিহারীনা ওক্তুনা মমিৎ লাওথোক্তুনা মবুংঙোগী মাইথোংদা য়েংতুনা লৈক্লে।

সতীশনা হায়রকই, "য়েংতুনা লৈরবা! নঙমু বিপিনগী অতুদা চৎলুব্রা ? সাবিত্রীগা নওগা উনরক্লা, রারী শানবক্লা ?"

"নত্তে বাবু," হায়রগা বিহারী থোকখিগদবগী তৌরকপমক্তদা সতীশনা থোইদোক্না অশাওবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঙাইথো, চৎখিনু। নঙনা মাবু মকম অসিদা লাক্লুবা ইনশিনখিব্রা?"

বিহারীনা তুমিন্না মঙক হাইদুনা ইনশিনখিদে হায়বা খঙহন্নরকই।

সতীশনা ধমকা তৌরকই,—"অমুকন্সু ইনশিন্দে হায়রিবা!"

বিহারী মরু লুকচানরম্বনি, চঙরুদুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। সতীশনা হায়খরকই, "অমুকন্সু ইনশিন্দে হায়রিব্রা? অদু ওইরবদি কমদৌনা শয়তান অদুনা লৈকম অসি থিদুনা লাক্লিবনো? চৎপ্রো নঙ, মাগী মনাক্তা চৎথ্রোচো, ঐগী দরকার লৈত্রে। ঐ ইমুংদা য়েরুবা য়োক্তুনা থম্বা ঙম্মোই। নঙ ঙসিমক চৎপ্রো—নঙবু তাম্মোক্লুবনি।"

বিহারী রা অমতন্সু ঙাংদে। শুপ্পগী মহাক্কী চঙরুরবা মমিৎ অনিদুগী মিৎলুদগী মপী শিন্থরক্তুনা তারক্লে।

পী অদু সতীশনা উরে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হংলকই, "অহিংদা মহাক কদায়দা চৎখ্রিবনো?"

বিহারীনা মপী ভৈথোক্লগা হায়রকই, "খঙজদে। চিঠি ইদুনা মাগী ঠিকানা খঙহল্লক্কনি হায়রম্মী।"

সতীশনা ঙাইহাক অমুক চপ য়ুংনা লৈরগা মপুক্লিং ঈংথরক্লদুনা হায়রকই, "অনাশক য়াম্না মাম্না উই, কম্না নারুবৈনিনে?"

বিহারীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "হোয়।"

"অদুনদি খঙলে, মহাক মকম অদুদা অমুক চংজকম কংলমরোই।"

বিহারীনা অদুম মঙক নোমদুনা চুম্মী হায়বা খঙহল্লকই।

সতীশন ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই. "অদুবু হন্দক্তি নঙোন্দা চেকশিলহল্লিবসিনি বিহারী, ঐগী লৈফমদা অমুক হন্না মহাক চংলক্তনবা। অদুগা করিগুম্বা মরম অমা য়ায়জিন্দুনবু ওইরবন্সু ঐগা উনরনবা হোৎনরদনবা। ঐগী শো কদায়? চৎলমদায়দা লুপা কয়া য়াম্না পীখিবগে?"

বিহারীনা শো পুথোক্তুনা পীরগা হায়রকই, "পৈসা পীখিদে।"

"পীখিদবা? করিগী পীখিদ্রিবনো? নঙোন্দদি পীখিনবা হায়রম্বনি।"

"মহাক্না লৌনিংদে," হায়রগা বিহারী মপালদা থোকখ্রে। সতীশনা মহাকপু অমুক হন্না কৌশিল্লকই। সাবিত্রী চৎখ্রে, বিহারীনা মহাকপু নুংশিজে—মরম অদুনা, বিহারী অসিবু চৈথেং ফংহনবা ঙম্লবস্থু খোইদৌ শাওগৎপা খরমথৈ কোক্কদবগুম্মী। মহাক মাংদা চংশিল্লক্লপগা সতীশনা হংলকই,—"মদুগী মতুংদা নখোয় করি করি রা তানখিবগে ?"

বিহারীনা অমুক মশাবু ফাথজদুনা থম্বা ঙম্লক্রে। পীনা থুমহৎলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "বাবু, সাবিত্রীনা করি রাতানবিগদগে ঐগুম্বা মীশক্কা ? বাবুগী খুয়াখাদা দোষ লংশিঞ্জবা লৈরবদি, ইকোক নোঞ্জরি, পীবিনিংবা দগি পীবিয়ু, অদুবু হনুবা মীবু মতৌ অসুম্না মৈ থাবিগনু।" অসি হায়রগা মপী অর-র শিন্থনা কপথোরক্লে।

সতীশকী মশাগী মমিৎ মিৎলুদস্থু খঙহৌদনা ঈরা চেল্লক্লে; "ফরে, নঙ চৎখ্রো—" হায়দুনা মাবু থাদোকপিগ্রগা অমুক হিপথখ্রে অমসুং মমিৎ উইশিন্দুনা তোংজৈ চিংলকই। ফনা কনবা মৈচাক্না চাক্লুনা মহাক্কী মচিন্দা থোরক থোরকপা লোন্দা সাবিত্রীবু ঙাংজসম্লু কৈদৌনি, মহাক্কী অনা-শক চেল্লবা শরুফমদু নিংশিংলুবদা নুংদদি মহাকপু শাথিনা রূপহল্লি-বনি। হৌজিক বিহারীগী রাদা ময়েক করিমতা শেংদসনু, অদুবু মপুক্লিংদদি সাবিত্রী তশেংনমক অতোপ্পা মফম কদায়দনো চৎপ্রবগুম নিংলকই, কদায়দা চৎখ্রিবনো ? চহি অনিগী মমাংদা সতীশখোয়গী নবনাট্য-সমাজগী বিল্বমঙ্গল প্লে শান্নখি। খঙহৌদনা মদুগী রা অদুমক নিংশিংলক্লে—'অদুম ওইনমক করিগীনো কাউথোকলুবা ঙমদ্রিবসি মাবু ?' ফসি অঙক-পনি! সাবিত্রীনা ফত্তবা গ্রহগী মতৌগুম মহাকপু পোথাবা ফংহন্দবমখৈ অরাবদা পীরক্লি, পুং থরদংগী মমাংদস্থু মশানা য়াঞ্জরম্লবনি, মহাক মাগী কনাস্থু নত্তে—মবানিগী করিগুম্বা লীপূন অমতা লৈতে—মহাক অদুগী মায়োক্তা ঙসি মাগী তুকচ্চবগী ঙমখৈ লৈত্রবনি; অদুম ওইনমকস্থু মহাক্কী দমক করিগীনো থম্মোয় শিল-থুংনা হাহাকার লাওরিবা! মসি কয়াদা অঙকপা ফংগ্রবা থৌওংনো! অদুক তমথীনা য়েংথিবা অমসুং অদুক কনবা লীচিংনা অমুক্তদা হৌনদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা চংলক্লুনা নৈররি! ওম্থোকপনি! মসি করিগুম্বা মহাক্না অমুক্তং উবা ফংলম্লবদি, মহাক্কী

নুংদা থুপচাননা লৈরিবী অহু মমিৎ-মনা চেজেৎ উইশিন্দুনা হৌজিকসু য়াম্না নাশোল পিক্লা খোঙকম লেংদনা লৈরি—মহাক শুপ্নগী ঐদগীনি—ঐঙোন্দগী হেনবা মাগী অতোপ্পা কনাসু লৈতে—কূরিগুম্বা মাইকৈ অমতগী সাক্ষী-প্রমাণ, অহুদা নত্তনা, সাবিত্রীগী মায়োক্তা মশানা হায়-দোকখিবা রা ফাওবনা খোইদিং-মখায় অমা ফাওবা লেংহন্নবা শক্তি লৈতে—মহু ওইরম্লবদি সতীশনা থোইদোকপা অঙকপা অসিগী অর্থ খঙজবস্থ য়াবনি।

## কুনহুমদোই

পু অসিগী মতমদা সতীশনা পাথুরেঘাট তম্না থোরকপদা মপুক্লিংদা নিংশকই, উঃ করম্বা শয়তাননে! চচ্চখিসনু, ঐসু হিংহৌরে। ঐগী লেংবান্দা তোংলম্বা ভূত কুমথত্রে। লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, অহুবু উপেনদাদাদা ঙাস কমদোনা মাই উৎলুগদগে? মরম্মদি, মৈদা খুৎ খিংজিল্লুবদি কদি ওইবা হৌনৈ, মসি মহাক্না চিংনকবা লেতনা খঙই, অওয়াবা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোয়-মরুক্রুবা উপেনদাদাবু মহাক্না খঙই। মহাক্কী মফমদগী মবাস খিবিক অসিগী ঙাকথিবা ফংলরোই, মরাল্লহু য়োক্লিবমখৈ পূন্সি চুপ্পদা মগী শুংশিন্নিব-চানবিবা মরিক অমা থাওবা কন্দনা থম্বা য়াগনি হায়বগী থাজকনিংঙাই লৈতে, রাফম অসি মঙোন্দগী চেম্ম অতৈ কনানা খঙগদগে?

কিবণমগীখোবগী গেটকী থোঙ হাংহুনা লৈরম্মী। মফম অহুদা লাল্লগা তুংগিল্ল লেপ্লানা, অমসুং মনুংদা চংদ্রৈঙৈগী মমাংদা রা পুম্নমক অমুক্তংগা লিংখিনা খম্বহুনা য়েংশকই।

মপুক্লিংদা খল্লই, শুপ্নগী উপেনদাদাদরা মহাক্কী অথোইবা মরুপ, শুক অমসু, অ দর্শ? মঙোন্দগী হেনবা অথোইবা মীশক মহাক্না কনা লৈবগে? উপেনদাদা অহুগী মনাক্তা চংহুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা চেপ্লুনবা মহাক্কী লম্বী শুপাশ, ফাওবা লৈত্রে। মহাক্না কল্পনাদা তরং তবং ডবা ফংলে, ঙসি উপেনমক্তদ মহাক্কী থাইহোক্লা শক্তি লৈরবা শেংলবা মিৎকী চাংরু মিৎসেংদা মখোয়গী পুক্নগী মরুপ ওইবা, চান্নবা, নুংশিনবা অখাকপা লৈতনা চাকথেকখিগানি—কাবহু ঙাথাপরোই।

অমুক মসিমক্কা পুন্নমক্কা ? যুম অসিগী থোঙস্থু তশেংনমক মহাক্কী মমাংমক্কুদা ঙসিদগী পুন্সিগী ওইনা থিংখ্রগনি। অদুগা মকম অসিদা করম্বা মাই উৎতুনা মহাক চংলুগদগে ?

অদুবু, মশুংলাংগীদমক অস্থুক মাংজরিবা, অস্থুক ঈকাইবা নংলিবা অস্থুক শাথিনা মাং-তাক্লিবা অসিগী হৌরকফম ওইরিবা মহাক অদু মহাক্কী কনা ওইরম্বগে ? মশাদি নাম্থোকপ্রে, অদুম্ ওইনমক পুনশিল্লম্নগা চৎপ্রে ; অরাবা নংদে, অদুম ওইনমক অরাবগী সমুদ্রদা লুপশিনবিরম্নে। অচুম্বনি হায়না লৌরুবা য়াদে, অদুম ওইনমক মীনম্বনি হায়দুনা থোওই-রুদনবা পাঙ্গলস্থু লৈত্রে। নুংশা মপী হোন্দোক্লগা সতীশনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, 'সাবিত্রী, নঙন' অরাবা পীরম্নে, মুত্থুগীদমক অমুক রারুবা লৈতে— অদুবু অচুম-অরান তোৎশিন্নদুনা ভমথীনা মৈশা লাংহন্দুনা ঐবু পূনশিন্দুনা থনম্লগা চৎখিবসি কম্বিগীনো।'

খঙহৌদনা মীনাইনুপীনা মকোক লিৎথোরক্লগা হায়রকই, "মমৌ-ইবেম্মনা অ:ংগস্থু কৌরি।"

সভীশন চঙরুনা য়েংলকই। হংল্লকউ, "উপেন্দ্রবাবু লাক্লব্রা ?"

"হোয়, ঙরাং অহিং য়াম্না থেংনা।"

"মাগী মনাওনুপাদি ? ইতৈম বেম্মদি ?"

মীনাইনুপীনা মঙক হাইদুনা হায়বকই, "কদায় লাক্কেনা! মহাক্ মতো:দা লাকই। লাকপদগী ঐঙ্খায়ুগী বাবুগী মনাক্তা কমদুনা লৈরি।"

"বাবু কমদৌবিবগে ?"

মীনাইনুপীনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "অদুগা বাবু। লোইখিবনা ফরবনি।"

সতীশনা মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হংলকই, "ইতৈমা কদায়দা লৈবগে ?"

"মহাক হৌজিক্তা ঈরুজরগা চাকশঙদা চংখি।"

সতীশনা অমুক করিমতা হংলমদনা মখোঙ তপ তপ নপ্পা থাংদুনা য়ারিবমখৈ মথোল থোকহন্দনা চুমদ্রিংনা চাকশঙদা চৎপ্রে। কিরণময়ীনা ঙাইদুনা লৈরম্বা ওইরম্বা য়াই, সতীশ্ থোঙজিন ময়া য়ৌরকপমক্তা মপুক্লিং লাংতরুনা হংলকই, "য়ুমদা চংলক্তনা মপালদা লেপতুনা— মদু

করিনো ইনাও-ইবুংঙো, মিৎকম অকীবা কংনা তাই—অহিংদা তুম্বা ক্ষাওবা তুমদ্রব্রনে'?"

রাহং অসি সতীশকী মনাকোংদা চংলকপমক্তদা শাওবনা মহাক্কী মমাই মৈমুক ঙাংলম্লগা খুদক্কা মুথগ্রগা কাহৎগ্রে। হায়রকই, "হোয়, অহিং চুপ্পা তুমদনা মহাক্কা লোয়ননা হৱাও-মথোই কাহুনা লৈরুই। তাবদা পেল্লরিনিনে ? অদুগা মক্ষম অসিদা চংলক্কনু, মসি নত্ৰদো ? অদুবু মী-মচা উপেনবাবু অদুদা হায়য়ু, ঐঙোন্দা হংলম্লবদি ঐনা অচুম্বা রামক হায়রমগদবনি। সংসারদা মহাক্কা নত্তনা অচুম্বা রা ঙাংবা ঙম্বা অদুগুম্বা মীশক অতৈম্ন লৈ। অদুদা নত্তনা মহাক ঐগী অসিগুম্বা কনাম্সু নত্তে 'কীহুনা মীনম্বা রা ঙাংলুগদবা। হায়য়ু মঙোন্দা—খঙলেদনা ইতৈমা!" অসি হায়ম্লগা সতীশ হন্দুনা চৎগ্রে।

ইখঙ খঙহৌদনা সতীশকী মঙং অসিনা, য়াম্না নিংবা কায়বগী খোঞ্জেল অসিনা কিরণময়ীবু চমম্লহনখ্রে। সতীশ কাজাওগী থোঙ লাম্হোক্কুনা চৎখিবা উবদা কিরণময়ীনা তৌকম খঙদনা মপালদা থোরক্লগা কৌরকই, "চৎখিনুনে ইনাও-ইবুংঙো, তাখো—"

সতীশনা হল্জিল্লক্কুনা লেপ্লগা লাওহুনা হায়রকই, "কৈদৌনগদগে তারুহুনা ? শেংনা হায়রিবসিনি ইতৈমা, মহাক অসুক শাথিনা মী-মচা ওই, মহু মঙদা ক্ষাওবা খল্লুদে। মহাক লৈবা মক্ষমদুদা ঐ লৈরোই। ঙসি খঙজবা ঙম্লে, খঙহৌদনা করিগীনো মুমিৎ অদুদা বাবানা মঙং অদুম্না চিঠি ইরকখিবা। অদুবু হায়বিয়ু হৌন-খঙদবা অদুদা, ঐ মাগী মরা লোৌদে হায়বা।"

কিরণময়ীনা মপুক্লিং চরাংননা হায়রকই, "কনাদা ? করিনো হায়রি-বহু ইনাও-ইবুংঙো ?"

"তশেংবনি হায়রিবসি ইতৈমা, তশেংবনি। মঙোন্দবু তম্লবদি অদুম খঙজগনি। অদুবু নঙোন্দম্সু হায়রমগে ঙসি— ইরাল লৈতনা মথোয়গী য়ুমগী থোঙ ঐগী ইমাংদা থিংজিনখ্রে হায়বদি য়াই,—অদুবু নোংমদি খঙলক্কনি—সতীশ কনা কত্তসনু, মাবু থাজরুবদা কনাম্সু কৈদৌঙৈদসু নিংবা কায়রোই। অদুগা রা অমগা মঙোন্দা হায়ম্বু, মহাক্কা মনীং তৌনা মথৱায় খুবাক্কা হাপতুনা ঐগী মাং-তারুবা হোৎনজসনু, অদুবু ঐসু

মঙোন্দা অমুক হন্না মাই উৎলরোই, মহাক্নসু ঐবু—" খঙহৌদনা সতীশনা থোঙলোমদা য়েংলুবমক্তদা চপ লেপখ্রে. অমসুং থংনবা মিৎকুপমক্তদা মমাই লৈথোক্তুনা নুংশিৎমুক য়াংনা চৎখ্রে। মহাকমক্কী মিৎয়েং মতুং ইল্লুবদা কিরণময়ীগী মিৎয়েংসু নুংগী মূর্তিগুম চপ য়ুংনা লেপ্লিবা উপেন্দ্রগী মাইথোংদা তারুরে। মহাক লাওন-খোৎনরক্তপা তাদুনা অনাবগী ফমুং মচিদগী হৌগৎতুনা থোরক্লগা কাগী থোঙ খজিক্তং কাংদুনা লেপতুনা তাম্লিবনি।

কিরণময়ীনা অমুক্তং মপুক্লিংদা নিংলকই, থৌদোক অসি কম্বিনো হায়বা উপেন্দ্রনা খঙনিংলমগনি। অদুবু মহাক্না করিগুম্বা ৱা অমতা হায়রক্তে, তুমিন্না থোঙ ঙাগ্লিল্লগা মনা-মনিল নাইদনা লৈশিনখ্রে।

কিরণময়ী ঙকপগী গুমখৈ লৈখিদ্রে। অসিবু করি থৌদোনো। সতীশনা মহাক্কী উপেনদাদাদা মখোৈ অদুম্না মহাক্কী য়ুম্বা অকাইবা পীরম্লগা চৎথ্রিবসি কমদৌদুননো ? করিগী দমক্তনো ? মহাক্না চাকশঙদা হজিল্লক্লগা মখুৎকী থবকশিংদু মঙদ্রং-হাক্তংগুম তৌরকই, অদুবু থম্মোয় নুংদা য়াম্না লুথনা নুংনাংবনা অঙকপা লিশিংগী শক্তম লৌদুনা ভাংথক নাইদনা চক্রগুম উংদুনা লৈরকই। মহাক্কী য়ুম্না অদুক চাওনা থোরক্লগদবা খুদোংথীবা অমা নকশিল্লক্লে হায়বা কাওবসু ঙাইহাক্কী ওইনা মহাক কাউথোকখ্রে, গুপ্নদগী খল্লকই, ওরাং সন্ধ্যা মতুংদা সতীশ ময়ুমদা হনখি, অদুগী তুংদা অহিং অমগী মনুংদা অসিগুম্বা থৌদোক করি থোকখিবা য়াবগে মদুনা অম্বুম্না ঙাওচৎনবা শাজৎ উৎলম্লগা চৎখিনবা।

অদুম ওইনমক উপেন্দ্রনা ৱা অমতসু খঙবা পামখিদে। মহাক্না মপুক্লিংদা খল্লকই, ঙাইহাক্তি উপেন্দ্রগী শিগংনরবা মাইথোংদা অৱাবগা লোয়ননা অঙকপা কাওরকখিবগুম, অদুবু মসি অচুম্বরা নত্রগা গুপ্নগী মহাক্তগী ৱাখল্লা হায়বা অদুমক কনানা খঙগনি!

উপেন্দ্র হজিল্লক্তুনা শিগদৌরবদুগী ফমুং মচিদা মহাক্কী হান্নগী মকমদুদা ফম্লরে। মহাক মহৌশানা ঈং-তপ্পা মীনি। খুদক্তা হেক্তা কনাগী মীচংদা নত্রগা মায়োক্তা ফিরেপ লৌদে। অদুবু অচম্বা অথোৎপা বিচার-শক্তিদি মহাক্কী লৈয়মদে, ওরাং অহিং সুরবালানচিংববু জ্যোতিষকী য়ুমদা থিন্দোকলুরগা অথেংবা অহিংদা মথন্দা হারাণগী কাদা চংলকখি, হারাণগী শোর হোনুবা ৱাবা মতমদুদা শাথিনা হেনগৎলকখি।

ঙুংদা জ্ঞান লৈরমখিগদ্রা হায়বা অদু ভাবনা শারুবা লুই। মাইকৈ মরি লৈতুন য়েংলুবদা থোদোক্তু ম'ংন্দা তমথীনা থোক্লম্মী। অদুম ওইর্নমক, কদায়দস্তু খজিক্কী পাখৎপ লৈত গুম্মী। মসিগী মমাংদা মহাক্ক অশি-য়াহিপ ভাবনা মী অম অনি মখিক্তা উরকপ্রবনি, মসিগা মখোয়দুগীগা য়েংনরুবদা য়াম্ন খেন্নে। অংাবগী লুখুমদ' মতৌ অদুম্না থাওমৈ অম্না য়াম্না মুৎশি মুৎশি থ'ল্লম্মী, মম কাদুগী কাচিন অমদ' কক থাদুনা তুন্নম্মী, গুপ্নগী কিরণময়ীদদি তুমদনা শংদুনা লৈবম্মী হায়বা য়াই, অদুবু মহাক্কীস্তু লোনচৎ-শাজত্তা নুংশাথিবগী কবিগুম্না ইঙ্গিত অমতা উবা ফংদ্রদুনা মহাক্কা থাজবম্মী, মহাক খোইদোক্কা হরাওনা মপুক্লোইবা শিবা ঙাইদুনা ফম্লিবগুম। মমাস্তু কমদৌদুনননে। নুংনাংবা ভাব চেন্দবগুম্মী,—মশাগী লায়না অমদি লায়ন-চেল্লব হকচাংদুদা শেন্নজবা ঙমদবগুম্মী।

ঙরাং অহিং উপেন্দ্রন খোইদোক্না ময়েক শেংনা উবা ফংখিবগুম্মী, গুপ্নগী শিবগী অকী-তুজুংনি ঙাই ওইবা মুপী অনি অসিদদি লেতে, মদুদি নত্তে, অদুবু মহাক্না াহংদুনা লৈবসিমক পল অমগী মতোগুম পিক্লবা পরিবার অসিগী অরা নুংঙাই ঈচেলদ অপনবা ওইদুনা পৈখৎলক্লিবা ফত্ত-হাওদিনা খোইদোক-হেন্দোক্লা লায়না চেলহল্লবগুম্বনি। মওং অমদস্তু ওইসনু, অাথংবা অসিদগী নাস্থোকপা ফংলবদদা মখোয় শোর চনিং তানা হোন্দুনা হিঙ্গদৌবগুম্মী।

উপেন্দ্রনা ঙসিস্তু কিরণময়ীবু খঙলুবা ঙমদ্রি— মদুগী খুদোংচাবদুমক মঙোন্দা থোকখিদ্রে। অদুবু সতীশনদি মশক খঙখি। অদুনা হাবাণ-দাদানা কৌবকপা ঃ ভুংইন্না মখোয়না য়ুমসিদা অহানবা ওইনা খোঙদারবা লুমিৎ অদুগী অহিংগী কিরণময়ীগী লোনচৎ-শাজৎতু সতীশনদি কাউবু কাউথোকপ্রবনি; থোইদোক্তুম মশাগী লুদবা লোনচৎকীদমক জিশিংলক হুন্না মরাল য়াজদুনা, মঙোন্দা ঙাকপিয়ু হায়জদুনা মৌপরাগী মকম অধিকার তৌশিনপ্রবনি। অদুমু উপেন্দ্রদি মদুগী খুদোংচাবা মতম ফংখিদে। অদুনা ঙরাং অহিং কা অসিদা চংলকপা মিৎকুপ অমতদা মহাক্কী পেন্দ্রব থম্মোংযদু মমাগী মায়োক্ত, য়ানিংদবা অমস্তুং মাগী নুপীদুগী মায়োক্তা শাথিনা তুবচবন থনখি। অদুনা অয়ুক্কা কিরণময়ীনা চা থনম্বদা মহাক্ক শোকপা কাওবা শোকখিদে।

অয়ুক্ত সতীশ লাক্লম্বতু অঘোরময়ীদি খঙলমদে। মতম অতুদা মহাক মথাদা মশাগী মথৌদা চিন্না লৈবম্মী, হৌজিক মখোঙ কাংনা থ তুনা কাতুদা চংলক্লগা মচারোমদা ওনশিন্দুনা কপ্লরে। কনানিঙু মহাকপু খেমক্তিনবিদে, থিংসু থিংদে। খঙহৌদনা মহাক্না চাগী বপ্তা নিংথেং তারুবদা কপ্পগী খোন্থাংদা হংলকই, "কদায় ইবুংঙো, চা থক্লিংল্লন?"

উপেন্দ্রনা শম্না হায়রকই, "থক্লিংদে—"

অঘোরময়ীনা থোইদোক্না ফিঙ্গৎলকই,—"নত্তে নত্তে, মতু য়ারোই ইবুংঙো—অহিং চুপ্পসু শংতুনা লৈরে,—মসিগী মথক্তা নহাক্না অমুক নারক-য়েন্নকপা থোক্লবদি ঐ হিংলরোইদে উপেন।"

উপেন্দ্র র। ঙাংদে, শুপ্পদগী অঘোরময়ীগী মাইথোংদা মপুক্লিং খুংঙাইতং মিৎয়েংনা য়েংলম্লগা অতোপ্পা মাইকৈদা য়েংখ্রে। মসিগী অর্থ লাশিন্নবা অঘোরময়ীগী শক্তি লৈরমদে। মহাক্না হন্না হন্না তক্লরকই, অতুবু নিংথেং অতুগী অর্থ কিরণময়ীনা খঙখ্রে। কা অসিদা অশিবগী পাংথক ওন্থবা মচানুপাগী মনাক্তা কমতুনা মীগী মচাগীদমক মমানা থাংঙমদবমখৈ পাখচ্চবা উৎপা অতু কয়াগী মতিক মরি লৈনদ্রবগে অতুগা ফজদনা থোক্লবগে হায়বা অতু পাইবক্কী লৌশিং লৈবী মহাক্কী মফমদা খঙদবা লেখিদ্রে। অতুবু মতু ওইনিংবা ওইজসু, উপেন্দ্রনা করিগীনো কন্নিসু লৈতবা হায়জবা অমগী মায়োক্ত মতৌ অসুম্না থোঙকম চেৎনা লেংদনা লৈরিবা অতুগী মরমদসু, কিরণময়ীনা ভাবতা শারুবা ঙমদ্রে। মহাক্কী লোনচৎ অসিসু মাগী মমিত্তা হস্থনা ফজদনা থোকখিদ্রে।

হিদান্নবা অসি ডাক্তর লাকপদা-লপখ্রে। ডাক্তর সাহেবনা মিনিট অনি-অহুম য়েংলবা তুংদা মহাক্কী অরোইবা র৷ হায়বম্লগা চৎখ্রে, অমসুং মসিগা লোয়ননা থাজবসু পীরম্মী, মথংগী নোংঙাক্লিদ্রিঙৈগী মমাংদা অরোইবা ওইরবগী ওইথোকপা ঙম্বা লৈতে।

মতম অতু অয়ুক্কী পুং তরা তারে। কিরণময়ীনা থজিক্তং চংশিল্লগা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "অদোম অমুক্তং মকমতুদা শক উৎপিরুরগা লাকপসু দরকার ওই।"

উপেন্দ্রনা কুদোম্মতু য়েংল্লদনা হায়রকই, "থোইদোকপা দরকার ওইদে। মখোয় পুম্নমক খঙবনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অতু ওইবনবস্তু অমুক্তা য়োৎবিরু। হৌজিক্তি কীরুনিংঙাই লৈত্রে—চৈরক অসিদা ঈরুজরগা ঙাইহাক্তুং পোথাবিরগা হুমবিরকপা য়াই।"

উপেন্দ্র রা ঙাংদে।

কিরণময়ীনা তপ্পা অতুম ওইনমক অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "খিত্তং খম্বত্থনা য়েংবিয়ু, ঈরুজদনা চাক চাদনা চরা হেন্দুনা হৌজিক মায়োক্লকুনা লৈখোকপগী করিমতা কান্নবা লৈতে। গাড়ীদা লাকপিবনি, ঙম্নাং অহিং চুপ্পস্তু ভুমদনা কমত্থনা লেনবিয়ে, মতুগী মথক্তা ঙসি অয়ুক-মুংদাং চুপ্পা মতৌ অম্বুম্মা কমত্থনা লৈবিরবদি নারকপস্তু য়াই। ইনাও-ইবুংঙো সতীশ অত্থস্তু লৈতে—মতম অসিদা অদোম্না করিগুম্বা—মত্থদা নত্তনা অদোম তশেংনা য়াম্না চোকথনা উরে। ঐ কমত্থনা লৈজবমগে—তাল্লক অত্থদা অদোম ঙাইহাক্তুং য়োৎবিরুরগা লাকপিয়ু। ঐগী রা ভাবিয়ু—হৌগৎপিরো!"

খঙহৌদনা উপেন্দ্র মমাই থাঙ্গৎলক্লম্নগা লুবথগ্রে। মতৌ অম্বুম্মা রা অম্বুক য়াম্মা কিরণময়ীনা করিগুম্বা মতমদস্তু মহাক্তী মাংদা অমুক্তা ঙাংখিদ্রি। খোঞ্জেল অসিদা য়াইফনবা থনবগী হেজিনবা য়াওদে, অত্থম ওইনমক অচেৎপ্রা! অথোৎপ্রা! উপেন্দ্রগী নাকোং মনুংদা কিরণময়ীগী অহানবা তরাম তরাম হায়জবা অসি হায়কম খঙদবা মশক ওইনা থোকথ্রে। মুমিৎ ফনা কুইরবগী মম্নাংদা নোংমা অহিংদা অয়াকপা খোঞ্জেল, অকনবা রাহৈমক মহাকমক্তী মকমদগী মহাক্লা তাখি, মত্থগা মসিগা অঙকপা কংনা কয়াদা খেন্নগ্রবা!

উপেন্দ্রনা করিগুম্বা মাইকৈ অমতদা য়েংলুদনা হংলকই, "ইমাখোয়বু ঙসি কমদৌবিগদগে?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মত্থগী রাত্থ করিগী হংবিম্নক্লিবনো? ঐখোয়গীদি ঙসি অরাবা-নুমিৎনি, মত্থগীদি কনানস্তু শরুক য়ারবা ঙম্লোই। অত্থবু অদোম পম্বিরম্নু, হৌজিক হৌগৎপিরো।"

অচুম্বা রা ঙাংবগী মসি কয়াদা অঙকপা কংনা ঈংম কল্লবা মওংনো! মিৎকুপমুক্তি উপেন্দ্রনা পুম্নমক কাউথোক্লুনা মহাক্তী ঙকপমা লাওথোক্লবা মমিৎ অনিগী মপুংফারবা মিৎয়েং কিরণময়ীগী মাইথোংদা থম্নকই।

অহানবমক্তদা উরক্লে, শিংগ্রেংগী সিন্দূরগী লৈয়িন্থু—ভুপী ওইবীগী লাইবক ফবগী খ্বাইদগী অথোইবা শক্তাক্লি— পূন্সি অসিগী খ্বাইদগী অথোইবত্থু মুংখিদ্রি—মপুরোইবা লৈবীনি হায়বগী খুদমগী চাওথোকচবা 'পূম্বা হৌজিকস্থ ময়েক লানা লেংদনা লৈরি। অকনবা নুংশা মপীদা উপেন্দ্রগী মশা 'পূম্বা অমুক্তং থক থক নিক্লকই।

কিরণময়ীনা মত্থু উবা ফংলে, অত্থুবু মত্থু মরিক অমা ফাওবা মহাক্কী মচিন্দগী ফোঙদোরক্লে। হায়রকই, "হৌগৎপিরো, ঐ শঙ্গোম খজিক্তা পীথক্লে।"

উপেন্দ্রনা হন্দোক্তুনা ফম্লগা হায়রকই, "হিদাক্তু—"

কিরণময়ীনা থম্মোয় শোকপা খোঞ্জেলদা থামত্থুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মত্থুনা অমুক কান্নবা লৈত্রে। হিদাক য়াম্না নমত্থুনা পীথকথ্রে, অমুক পীথকলুবা পামদ্রে।"

উপেন্দ্রনা য়েৎত্রে। হিদাক্কী দরকার লৈতবত্থু মহাক মশামকস্থ হস্থনা খঙবা নত্তে। মপুরোইবদা শঙ্গোম পীথক্লগা মহাক্না অমুক হন্না হায়জরকপমক্তদা উপেন্দ্র হৌগৎলক্লে অমস্থুং ঈরুত্থুনা চাক চারগা য়াম্না থুনা হল্লক্কনি হায়রম্লগা চৎখিত্থুনা থোঙ ময়া য়ৌরকপমক্তদা কিরণ-ময়ীনা খোঞ্জেল নেম্না হংলকই, "লাকপিবা মতমদা ইনাও-ইবুংঙো, সতীশকী লৈফমত্থু য়ৌবিরকপা য়াগদ্রা?"

উপেন্দ্রনা লৈশিল্লক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "করিগীনো?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐগীদি মী লৈজদে মাগী লৈফমদা অমুক্তং থারুনবা, অত্থুগীদমক হায়জবনি, অদোম্না করিগুম্বা অমুক্তং—"

উপেন্দ্রনা খঙহৌদনা মপুক্লিংদা থল্লকই, কৌরুনবগী রাকম অত্থুনা মঙোন্দমক থোইদোকপা মওংদা চৈথেং খরমথৈ ফংহনবগুম্লকই। অত্থুনা খোঞ্জেল য়াক্লপ্না হংলকই, "মাবু অদোমগী থোইদোকপা করম্বা দরকার লৈবগে?"

খোঞ্জেল অসি অত্থুগা মত্থুগী নুংগী অর্থ কিরণময়ীনা উদবা লৈত্রে। অত্থুবু, মত্থুনি হায়ত্থুনা মশাগী খোঞ্জেলদা মত্থুবু মহাক্না হেনগৎহন্দ্রে। অস্থুম্দা হায়রকই, "অরা-অনা মতমদদি ঐগী মী পূম্নমক দরকার লৈ উপেনবাবু। মত্থুদা নত্তনা, করিগীনো মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা অদোমগী

মথক্কা অদুম্না শাওদুনা চৎখ্রিবা, মদুস্সু খঙলুবা নত্তে। অদুনা খল্লিবনি, মহাকপু অমুক্তং কৌদুনা পুন্নরুবা হোৎনবা করোইদ্রা ?"

উপেন্দ্রনা মপুক্লিংদা রারোরক্লুনা হায়রকই, "অদোম্না মদুগীদমক নুংনাংবিরুস্সু। মহাক্তি ঐগী মক্লুপ্নি, ঐখোয়গী অক-কত্তা ঐখোয়না অদুম লেপচবা ওম্বগনি। অদুদা, অদোমগী করিগুম্বা থোইদোকপা দরকার লৈরবদি—মাগী মনাক্তা মী থারুবা য়ানি—ঐ ইশামক্তি চৎলুনবা মতম লৈররোই।"

কিরণময়ীনা খোজেল তপ্না হায়রকই, "মদুনা করে। মী থাবিক্লুরো। মহাক লাকপমক পাম্মী। মরুপকা মরুপকা চমথোক্লুবদি ভৌবিনিংবা মতমদা তৌবিয়ু, ঐদি মাগী মচেনি। ঐগী অস্সুক চাওবা খুদোংথীবা নুমিত্তা ঐঙোন্দা ময়াম্না চৈরাক পীবিবদি ঐনা থামজগনি।"

"নত্তে নত্তে, মদুগী দরকার লৈতে, ঐনা পাউ পীখিগমি—" অসি হায়রম্লগা উপেন্দ্র মপালদা থোকখ্রে। তশেংনমক, মচিল-মৌপরাগী অনৌবা মরিসি কদায়দা মতৌ কমদোনা শেমখ্রিবনো, মদু খল্লুনবা থৌদাং মহাক্কী মথক্তা নন্দে, রাখল অসি মহাক্লা মপুক্লিংদা য়াজরে। অদুম্বু, অদুম ওইনমক মরি-মতাগী ঈচেল অসি নোংমা শুপ্নগী মখোয়গী মরক-মক্তদা লম্বী কংখিবনি, মদুনা ওসি মহাকমকপু হেনগৎতুনা চেনখিবনি, পাউ অসিনা মঙোন্দা থম্মোয় শোকহন্দবা ওমখিদ্রে। মরুপকী মকমদা ভৌনিংবা তৌবা য়াই, অদুবু মচিল-মৌপরাগী নকশিন্নবা মরি অসিগী মনুংদা কিরণময়ীদা কনাগুম্বা মরুপ অমতবুস্সু খুৎ থিংজিলহল্লোই, মসি খঙবগী মভাংদা মহাক্লা ময়েক শেংদবা মকম মচেৎ অমতা লৈখিদ্রে।

অথুবা গলি থুনা য়াংনা লাম্থোক্লুনা উপেন্দ্র সড়ক অচৌবদা থোরক্লুনা গাড়ী ভাড়াদা লৌররে। মম্না-ঈংলবা অশি-লৈবাক্কী মপালদা, শহরগী য়াক্লবা নুংশা মঙালদা, অহিংবা, থৌচিনবা সড়ক মথক্তা লেপতু-নস্সু, অদুম ওইনমক মহাক পোথাবা কংলবগুম থোক্লে। থম্মোয় নুংদা কমদোননো মৈশা লাংবগুম্মী।

দরকার লৈরবদি কিরণময়ীনা মতৌ কমদোনা ফিঙ্গৎপা মওংদা তমথীবা ওইবা ওম্বগে হায়বা মহাক্লা নোংমা খঙঙ্গবনি, অদুবু মহাক্কী ঈংব-তপ্নগী মভাংদস্সু মদুদগী হেম্না হুম্থনা তমথীবা নত্তে, ওসিগী রা থরা

অদুমক্তদা ময়েক শেংন' ভাব তারবনি। সতীশকা মহাক্কা য়ানদবা অমা থোকপ্লে, কিরণময়ীন' মদু খণ্ডপ্লে হায়বা খঙলে। অদুবু, খংনবগী মরম ওইনিংবা ওইজসন্থ, দোষ-গুণগী বিচার মহাক মশামক্কা তৌগদবনি, কনাগীস্থ মখুং থিংজিলহল্লোই, রা অসিমক হঞ্জিন হঞ্জিন্না মহাক্কী থম্মোয়-মুংদা হঙ্ৎ-হন্দা চৎলরি।

## কুনমরি

নুপীশিংগী মরমদা উপেন্দ্রগী মত হোংননবগী মতম থুংলরে। ঙসি মহাক্কা মপুক্লিংদা য়াজবা তারে, নুপীশিংগী মরমদা মহাক্কী জ্ঞানগী মনুংদা শাথিনা লাল্লম্মী হায়ব'। অসিগুম্বী নুপীস্থ লৈ, মহাক অদুগী মফমদা নুপাগী অতিয়া খেংপ' কোক কাওবা মতোমদা নোঞ্জবা। নম-হারুবা য়াদে, ঙক নোনবা তাবনি। অসিগুম্বী নুপীনি কিরণময়ী। অহানবা শকখঙনবগী অহিং অদুমক্তদা মহাক্কী মরমদা উপেন্দ্রনা সতীশকী মফমদ। মচিন্দনা অ:তোপ্পা মওংদা হায়প্লবস্থ মুংদদি মীনুংশিগা লোয়ননা থৌশাদন। খল্লম্মী, মখোয়সি ঙকচাওখেকপগী স্বভাব চেনবী নুপীনি—করিস্থ লৈতবা মরমদা জ্ঞান মাংদুনা অঙাও-চুবগী মতৌগুম হু চাহনা, মঙক্কা থৌরি থুদুনা অকী-তুজ্জুংবা থৌদৌ হেক্তা তৌই। ঙসি উবা ফংলে, নত্তে, মদু নত্তে। মখোয়দি শাথিনা খুদোংথীবা মরক্তস্থ মাথা লেংদন' থম্বা ঙম্মী. অমস্থং করিমতা ফিঙ্গৎতনা করিগুম্বা মওং অমদা মশাগী অপাম্বা'শিজিন্নবা ঙম্মী। য়ুম অসিদা সতীশনা চংথোক-চংশিন তৌরবদা চুম্ব-চুমদবা ওইনিংবা ওইজসনু, কিরণময়ীনা কৌবনি, পাউ অসি সতীশতা পীরুবা তাবনি।

রাকম অসি লম্বী চৎনা চৎনা মহাক্কা খন্দুন' য়েংলক্লিবা অদুক্কী মতিক মহাক্কী থম্মোয়দা খোইদৌ শাওগৎপনা থল্লক্লে। মরমদি, সতীশপু অদুক হাক্কা নুংশিবি হায়দুনমক মহাক্কী মথক্তা ঙসি উপেন্দ্রগী পেপ্পদবগী ঙমখৈ লৈতবগুম্রিবনি। মহাক্ক' লংজখিবা মম্বালদুগী বিচার অতোপ্পা নুমিৎ অমদা তৌগনি, অদুবু, ঙসি সতীশনা ফোঙনা মহাক্কী মমাইদা মাগী পূপ্সিগী অধিকার ওইরিবা মচিল-মনাওগী সম্মানগী আসন অদুনা নাপল তৌনা থাজিল্লম্লগা চৎপ্লে, করিগুম্বা নিংজিং-মাংজিনবা অমত্তা চংখিদে, অরাবা পূম্নমক্তগী অরাবা অসিনা থোইনা হেন্না উপেন্দ্রগী থম্মোয়দা য়ুররি।

নুমিৎ খরনিগী মমাংদা উপেন্দ্রনা ময়ুমদা ফমহুনা মমিং থাদবা সতীশকী মরমদা ইরকপা চিঠি অমা পাখি। চিঠি অহু রাখালনা ইবনি। মখোয় অনি চান্নরিভৈ মতম অহুদা সতীশকী মচিনমক্তুদগী বাখালনা মহাক্কী অখোইবা মরুপ অসিগী অঙক-অঙকপা রারী য়ান্না খঙখি। উপেনদাদাগী বিদ্য -বুদ্ধিদা মীথোই মীহেনবা, লাশং মফোলগুম কলঙ্ক পক্কবা লমচৎকী নিংচৎ লৈ অমস্তুং চাওখোকচনিংঙাই পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী চাওথোকচনিংঙাইনি মহাক্কী উপেনদাদা অহুগী মপাল নাইদবা নুংশি-বিবা ফংবদি। মফম অহুদা চৈথেং পীবগী মতৌগুম্বা শিবা য়াবা চৈথেং সতীশকী মফমদা ভতে করিস্ত্র লৈরোই, কত্ত-কৌশং চাওবা রাখালনা মহু চপ চানা খঙই।

অহুবু, চিঠি অহু মতম অহুদা করিগুম্বা থবক অমতদা চন্নখিদে। উপেন্দ্রনা চিঠিহু পারগা শেগায়হুনা হুন্দোকখ্রগা চিঠি থারক্লিবা মীশক্তুদা মপুক্লিংদা নোক্তুনা হায়জবম্মী, ‘মহাক কনাস্তু ওইরমসনু, অহুগা সতীশকী অরোনবা রাফমম্নু ফনা খঙসনু, ঐনা নঙোন্দগীস্তু থোইনা হেন্না মগাকপু খঙই’; অহুগা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা সতীশকী মপাবুংগী রাহংদা নোক্তুনা হায়রখি, “সতীশ নুংঙাইনা লৈ। মহুদি ওইরগা কনাগনো খৎন-চৈনহুনা হান্নগী লৈকমহু থ'দোক্তুনা অতোপ্পা মফমদা চৎখ্রবমাল্লে। নুপাহুনা চিঠি অমা ঐঙোন্দা মহাক্কী মরমদা করি করিনো হায়জিন্দুনা ইহুনা খঙহল্লকই।”

হনুবনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হংজকখি, “করম্বা মওংদা হায়জিল্লক্লি-বনো উপেন ?”

উপেন্দ্রনা পাউখুম পীরম্মী, “মীনম্বা রাবী ময়ামহু তাহুনা অদোমগী মতম মাংহল্লবগী কান্নবা লৈতে। ঐদি সতীশপু ইথুৎমক্লা মী ওইননবা শেম্লকপনি—ঐ খঙই ইমুং মনুং কনাগী মরু লুকপা য়াবা অহুগুম্বা থবক করিমতা মহাক্লা তৌরোই। করিস্তু চিংনবিরুনু।”

মহাক্কী থাজবা অহুগী কোকথক্তা বজ্র তাখি সাবিত্রীবু মমিৎমক্লা উবদা। সতীশকী চিক্লবা কা মনুংদা কেজ মৌজ-পাম্বী চম্নুরা মথন্দা! মহাক্কী শাথিনা ঈকাইথিগনবা অহু! অহুগা কাহেন্না ঈকাইবনা থল্লবা লাওরবা মমিৎ অনি অহুগী মৈশা লাংলবা পাখৎলবা মিৎয়েংদা কয়াদা

শাখিনা কীবগী শক্লোন পুখিবা !  মহুবু কাউন্নিংঙাই ওইত্রা ?  ম্নিৎকুপ অমতদা উপেন্দ্রগী থম্মোয়ম্লুংদা রাখালগী কাউথোকলুরবা চিঠি অহুগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা তশেংনা মৈতাল অরাবগুম লংখৎলকখি। হংলুবগী, চিংনরুবগী দরকার অম্মুক লৈখিদে।

চিঠিহু থাজনিংঙাই ওইহন্নবা হোৎনবদা রাখালনা অশোয়বা করিস্সু থমখিদে।  মহুদা সাহিত্রীগী মমিংদি য়াওরবমক্কি, মরম মথল মথলগী মরক্তা মহাক্কী পীগুমগী মথক্তা চা অমুবা মচেৎ অমগী রা পল্লকপস্সু মহাক্লা ফাউরমদে।  খুদমহু য়াম্না ময়েক শেংই, অহুনা মহুদা ম্নিৎকপকী ম্নিৎয়েং-মক্তুদা উপেন্দ্রনা মহু উখি।

সতীশপু কৌরুবগী পামদবা থবক্তু চৎপগী লম্বীমক্তুদা লোইশিল-লমসিন্না খন্না খন্না ভাড়াগী গাড়ীহু জ্যোতিষ সাহেবকী য়ুম মপা য়োরক্লে অমস্তুং গেটতা চংবমক্তুদা মহাক্কী হৈনিংত্রবা ম্নিৎয়েং কমদৌননো য়ুমগী মথাথংবা শরুক্কী দোতলাগী কারোমদা চিংশিনখ্রে।

উপেন্দ্রনা মমাই লৈখৎতুনা য়েংলকই, চিংনরুবা লৈতনা থাজরম্বা অহুমক চুম্লে।  অহাংবা অচৌবা থোঙনাওদা পায়হুনা নুংবংনম্বা প্রতিমা অমা লম্বীরোমদা ওন্দুনা থরায়-হকচাং পূম্নমক থমহুনা লেপতুনা লৈ। অস্তুক লাপ্পদগী নিংথিনা উবা ফংবা ওইথোক্কে, মহু ওইরবস্সু মহাক্কী থম্মোয়-ম্নিৎতগী থোঙনাওদা লৈরিবী অহুগী চিনবান হাইফেৎ লেংবা অহুথক্তুদগী হৌহুনা ম্নিৎলুদা মপী ঈরা চেনবা অহু ফাওবা নাম্থোকখিদ্রে। মহাক্কী গুসায়মখৈগী রাখল-মৈচাক, রাম্মোবা অমস্তুং ঈকাইবা নংবগী চৈথেং পীথোক-পীশিনগী চৈনাখোল মুৎথিহুনা গুপ্পদগী রা অমথক্তুং নিংশিংলকই, সুরবালানা অহিং চুপ্পা অহুগা অয়ুক চুপ্পা অসি কনানা খঙগনি কমদৌনা লেল্লমগদগে।  ঙম্নম্বা থোক্লবদি মহাকপু য়ুমদগী মপালদা থোকহল্লম্লোইদবনি, মহাক্লা মশক খঙদবা শহর অসিগী মনুংদা মহাক্কী মশা ঙমদবা মপুরোইবনা মতোমদা য়ুমদগী মপালদা থোকখিহুনা নুমিৎ অস্তুক কারবা ফাওবা কৈদৌরুরিবা, মহু খল্লুবদা মাইকৈ অমদা মহাক্লা নোক্লিংবা পোক্লকপা অহুগুম্না অতোপ্পা মাইকৈদা ম্নিৎলুদা ঈরা চেল্লক্লে।

সরোজিনী পাউ ফংহুনা ওইরমাল্লে হৌজিক ইমুংদগী চেম্থোক্লুনা মপালগী মাঙ্গোলদা থোরক্লিবা, উপেন্দ্রবু উবমক্তদা নহাক্কী মমাই-মমিৎ নোক্লিংবনা থল্লক্লে। গাড়ীদগী কুমথরকক্কাৎত্রিঙৈদা হায়রকই, "মপালদা মিৎকুপ অমতম্ব লৈবিয়ু, চুমদ্রিংনা মথক্তা কাখৎপিরো।"

উপেন্দ্রনা য়ারিবমখৈ শককম হৈজিন্দুনা মরম হঙ্গে তৌরুবদা মশামকম্ব নোকথোরক্লে। সরোজিনীনা মতমত্তুদা নোক্লুনা হায়রকই, "নুংঙাইগ্রবা মীশক অমবু ঐগী নাক্তা থমজিনব্বিরম্লে—মশাম্ব তুমদে, ঐবুস্থ তুমহন্দে। অহিং চুপ্পা গাড়ী মখোল তাহুনা লৈ, অদুগা থোঙনাও হাংদোক্লুনা য়েংহুনা লৈ—করিনো অদুদি, চিঠি ইহুন কমহুনা লৈথোক-পিরিবা! নত্তে নত্তে, মহু য়ারোই—হৌজিক য়াদে।"

মপালগী মাঙ্গোলদা টেবিল মচা অমগী মথক্তা ইননবা মপোৎ-মচৈ লৈ, উপেন্দ্রনা চে অমা চিংথোক্লুনা লৌরগা হায়বকই, "থোইদোক্লতুম চিঠি ইরবা মতুংদা হায়নিংবা হায়বা য়ানি, অদুবু মতুগী মমাংদদি য়াদে। মিনিট মঙাদগী হেন্না চংলোই—খঙহন্নিংলগন্না পাউ পীরুবা য়াই।"

সরোজিনীনা অদুম নোকক্ষেৎ তৌনা হায়বকই, "ঐনা পাউ পীরুবগী দরকার লৈতে - মশামক্লা ঐঙোন্দা পাউ পীহুনা মপালদা থাদোরক্লিবনি। করে, মিনিট মঙা ঐ লেপতুনা লৈজগে—অদোমগা লোয়নরবা অদুদদা ঐ চংকনি।"

উপেন্দ্রনা অমুক পাউখুম পীরুদনা চিঠি ইরক্লে। ইনা ইনা মাগী মাইথোংদা মৈচাক অমস্থং ময়েক শেংনা তারক্লিবা মমিশিংহু লাপ্তক্লা লেপতুনা সরোজিনীনা কুপ্না য়েংলকই, মহু মহাক্লা খঙলুবস্থ ঙম্লমদে।

চিঠি ইবা লোইহুনা মহু চিঠি-খাওদা হাপ্পিল্লগা পুথক্তা ঠিকানা ইরগা উপেন্দ্রনা মমাই থাক্সৎতুনা য়েংলকই। কোচমেন লাক্লুনা সরোজিনীগী মক্মদা খঙহল্লরে, "গাড়ী রেডিদা লৈরে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ইবেম্মা কোইথোকপিরুগদৌরিব্রা?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "হোয়। ঐগী পিয়ানো মচাদু শেম্মনবা পীখি, মহু অমুক্তা য়েংলুগে তৌবনি।"

উপেন্দ্রনা হরাওহুনা হায়রকই, "ঠিকানা ইহুনা লৈরে, খিম্ভং রাবিহুনা চিঠি অসি সহিসপু থাহুনা মঙ্মদা অমুক্ত পীশিলহনবিয়ু।"

অসি হায়বগা উপেন্দ্রনা সরোজিনীগী তিংথোরক্লিবা মথুন্তা চিঠিতু হাপখ্রে।

সরোজিনীনা ঙাইহ'ক চংনা মতুগী পুথক্না থারিবতুনা মুম্না য়েংলকই। মিং অমসুং ঠিকানাগী পরেং অনিতু পাবদা মতম অসুক হাপ্পা চঙ্গদবা নত্তে। মতুগী মতুংদা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা য়েংতুনা হায়রকই, "সতীশবাবুনা হন্দক ঐখোয়গী য়ুমদ থুংলদ্রিবা করিগীনো ?"

"ম্যাদ ঐগা লোয়নতুনা লাক্কে—সতীশ হান্নদগী সিদস্তুম লৈ।"

পাউ অসি তাবদা সরোজিনী চঙক্লখ্রে। উপেন্দ্রনা পুম্নমক অসি য়েংনিংলুগাদবা অতুগুম্বা মপুক্লিংগী ফিভমসু ওইদে, ওইরম্নবদি মহাক ঙক্লমগদবনি।

সরোজিনীনা মশাগী ঈকাইজবা খুমজিন্দুনা অচম্বা মওংদা ঙাংননবা হোৎনরকই, "মহাক বরিগুম্বদসু মাইকৈ সোমদা লাক্কে— অতুম ওইনমক মতম অসুক কুইনা অসুক নক্না লৈরম্লি।"

উপেন্দ্র তরং-মালংদা তাওনা অতোপ্পা করিনো অমা খল্লম্লিবনি, হায়রকই, "মানা ইবেম্মখোয়গী ব্রা নিংশিংলমদবা য়াই।" ব্রাসি কয়াদা চম্লিবা, অতুবু কয়াদা ফজদবা ওইনা অতোপ্পা মীশক অমগী নাকোংদা য়ৈররি।

"নুংঙাইব ব্রানি, দিবাকরনা কদায়, মাদি উদেনা ?"

"মহাক দাদাগা লোয়নতুনা হাইকোর্টতা কোইবা চৎখি। লাকপিরো, ইমুংদা হান্না চমিন্নরুখিসি।" হায়রগা সরোজিনী ইমুংদা চংখ্রে।

মিনিট কুনগী মতুংদা অমুক থোরক্লগা মহাক গাড়ীদা কাখৎতুনা ফম্নরে অমসুং য়াথং মতুংইন্না গাড়ী সতীশকী য়ুম তম্না থোরক্লে, মতম অতুদা মমুংদা ফম্লিবী সরোজিনীগী পুকমুংতু মথুম-মরাং হোৎরকই অমসুং গাড়ী চংশিল্লক্লিবা অতুকী মতিক থশ্মোয়-মিহুন শরুক অনি কন্না চোংলকই।

তশেংনা মপুক্লিংদ খল্লকই, মহাক মতৌ অসুম্নমক য়াম্না লুবা থবক অমগী থৌদাং পুতুনা চৎলিবনি—মতু মাইপাকপদা মহাক মশাগী তুংগী অফ-ফত্তা পুম্নমক লেপ্পা য়াগদবগুম্নী।

ইকুই কুইদনা গাড়ী সতীশকী লৈকম মপাদা লাক্তুনা খাম্নরে অমসুং সহিস চিঠি পুতুনা কুমথখ্রে। সরোজিনী গাড়ীগী কাচিন্দা নপশিম্না

তাশিন্দুনা মনা থাঙ্গৎতুনা সহিসনা খোঙদা থিনবা তারকই। ভাইচাক লৈরগা খোঙ হাংদোকপগী মখোল অদুগা মহাক মন্থুংদা চংখিবগী শমিজ ফংলকই অমসুং মদুগী মতুংদা মিৎকুপ খুদিংগী কনাগী শকখঙদবা খোঞ্জেলনো নাদা তারক্কনি হায়বগী নুংনাংবা অমদি তানিংবনা ভুমিন ভুমিন তিল্থং য়ুবগুম ফম্লি। মহাক্লা তশেংনা খঙই, গাড়ী অমসুং গাড়ীদা ফম্লিবী অদুগী পরিচয় সহিসকী মফমদগী খঙদুনা সভীশ মশামক থোরক্কনি। মহাক্লা অমুক্তসু খল্লুদে, অসুক কুইবা মতমসি অসুক নক্লা লৈদুনসু অশুম্না কাউথোকপা ঙম্লবা মীশক অদুদা পাঙ্ভ অসিনা মরিক অমত্তা থকৎহনবা ঙম্লোই হায়বা।

অমুক হন্না সহিসকী খোঞ্জেল খোঙ ময়াদা তাবা ফংলক্লে—খোঙ অদু থিংল্দু থিংজিনখ্রে অমসুং ভাইহাকী মতুংমক্তদা মহাক চিঠি অদু মখুত্তা পাম্নদুনা মতোমদা হল্লক্লে। হায়রকই, "বাবু য়ুমদা লৈতে।"

"য়ুমদা লৈতবা?" মিৎকুপমুক্তি সরোজিনী মশা কনখৎলক্তুনা হিংলবগুম্লকই। মঙক লিখোক্তুনা হায়রকই, "চিঠি অমুক হন্না পুরক্লিবদি করিগীনো, খনম্মু।"

সহিসনা খঙহল্লকই, "বাবু কলিকাতাদা লৈদ্রে, অয়ুক পুং ভরাগী ট্রেন্দা ময়ুমদা চৎপ্রে।"

রাসি তাবদা করিগীনো খঙদে মহাকী লৈফম অসিবু অদুক্তং মমিৎমক্লা য়েংনিংবগী খাংঙমদবা অপাম্বা পোক্লকই, মদুগী মরম মহাক মশামকসু চপ চানা খঙজবা ঙম্লমদে। অদুবু, থংনবা মিৎকুপমক্তদা কুমথদুনা লাক্লে অমসুং গেটকী খোঙ হাংদুনা মনুংদা চংলকই। হিন্দুস্থানী চাকথোংবদুবু পোৎ-চৈ শংবা হাপ্লম্মী, মহাক্কী মত্তেংনা কা পূম্নমক কোইচং চংলুরগা মখাদা কুমথরকপদা লম্বীদা থৌরি ভিংদুনা কৌরিবা হাইফেৎ মোৎপা মপাল পাক্লা চনবা শাড়ী অমদা সরোজিনীগী মিৎয়েং তারুরে। মপুক্লিং লাংতক্লরক্তুনা হংবদা ব্রাহ্মণনা মশাগী লোন্দা হায়রকই, "কি অসি মাজীগীনি।"

সাবিত্রীনা নুংথিল-লুমিদাংরাইদা ঈরুজরগা মহাক্লা শেৎপা অচোৎপা কিছু কৌদোক্লম্বনি, মদু হৌজিক ফাওবা অদুম য়াল্দুনা লৈরি। সরো-জিনীনা ঙক্তুনা হংবদগী মাজী অসিগী মরমদা খঙবা ঙম্লিবা খরমথৈ অদুদা

অমুকস্মু হেন্না ভকখ্রে। সাধারণগী ওইবা অদুগা অচম্বা মওংগী ওইবা থৌদোক নত্তে, অমস্তুং মদুগী মনুংদা পাপ লৈ, মদু হুমদুনা য়েংবদা খঙব ভমত্রবস্মু মী পূন্নমক্না মশাগী মবুদ্ধিগী মতুংইন্না মওং অমা ওইনা খঙবা ঙমৈ। হিন্দুস্থানী অদুনস্মু নুপীগা লোয়ননা উপেক্ষা লাক্লম্বা অদুগা মত্তৌ অদুম। খুদক্তা চৎখিবদগী হৌদুনা ঙসি অয়ুক বাবু খুদক্তা চৎখিবগী মনুংদা মাজীগা মরি অমা ইবৈ লৈনৈ হায়বা অদু ভাবনা শাবা ঙম্মী। মরু ওইনা সতীশকী ককভাওনরবা মওং মতৌদু কনাগুম্বা মীওই অমতগী মিৎয়েংদগী নাম্বোকপা ওইথোক্লিংঙাই লৈরমদে। অদুনা মহাক্না সাবিত্রী নাবনচিংবা রা য়াম্না হায়বকই অমস্তুং মহাক্না উন-খোৎননিংবগীদমক মাগী বাবুনা অদুম্মা লৈক্তম চাক্তম খঙদদুনা অদুগা মপুক্লিং চরাংনদুনা খুদক্তা চৎখ্রিবনি হায়বা অদুস্মু মহাক্না মওং অমদা খঙহল্লকই। সরোজিনীনা অনৌবা রাক্তম অসি খঙবা ঙম্লে, উপেন্দ্রখোয় অহানবমক্তদা য়ুম অসি-মক্তদা লাক্লম্মী, পোৎ চৈ থাংথবা ফাওবা লোইরুববনি, অদুবু খুদক্তা থাঙ্গৎলগা পুদুনা গাড়ী অদুমক্তদা চৎখিবনি। অদুম ওইনমক, মখোয় কনানস্মু সতীশকী মমিং ফাওবা পন্দে। মদুগী মতুংদা ঙসিগী চিঠি অসি, —ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লে, উপেন্দ্রনা মহাক্কী মরুপ ইখঙ খঙহৌদনা চৎখিবগী রাক্তমদু খঙদে। ঙাইঙমদনা খঙনিং তানিংবনা মহাক্না অস্তুম অস্তুম চনুরাদুগী মরমদা রাহং মথল মথল হংদুনা মহাক্কী চহি মতাং অমস্তুং শক ফজবগী শীংথারকপশিং অদুনা অচুম্বদগী লানখৎখিদুনা ফাওবা য়াম্না রাংখৎনা চৎখ্রে। মমৈথংদা হল্লক্লগা মহাক গাড়ীদা তোংলরে, মতম অদুদা মহাক্কী পিথানোগী অপাম্বা মাংখ্রে অমস্তুং মশক উদবা পোৎলুম অমনা মাগী থম্মোয়নুংদু নৈথায়রক্লে।

মবৌথাংবী নুপী অসিনা কনানো অদুগা করি মরমগী লাক্লম্লিবনে হায়বদু খঙলুবা ঙমদ্রে। অদুবু কেক্তুলোৎপীগী মরৌদু মাগী থম্মোয়দা লেংদনা য়েক্তুনা লৈখ্রে।

সতীশ অমস্তুং কিরণময়ীগী মথক্তা শাওবা অমদি রারৌবা উপেন্দ্রগী ফনস্মু কনসনু, মদুনা অথোইবা ওইহন্দুনা মথৌদা থৌওইদবা স্বভাবকী মীওইদি মহাক নত্তে। অদুনা চাক চাবনচিংবা লোইরবা মতুংদা পাথুরে-ঘাটতা হন্দুনা চৎনিংবগী অপাম্বা লৈরম্মী হায়বা য়াই, অদুবু কাহেন্না

চোকথবনা ওসি মহাকপু মাইথিবা পীব্রে। থোইদোক-হন্দোক্লা সুরবা-লানা মত্তৌ অস্থুন্না থৎতুনা লেপ্লে মত্তুদি, মত্তুবু থোঔইদনা চৎনবগীসু শক্তি লৈরমদে।

পুং খরগী মতুংদা মগাক মপুক্লিং চরাংননা তুম্মুবদগী মিৎকপ থোরক্লে, মতম অদুদা মুমিৎ থোইনা লৈবমদ্রে। শেক-ভাক শংদুনা হৌগৎতুনা কম্বমক্তদা মনাক্কী টিপয় মথক্তা লৈবিবা চিঠিদুদা মিৎয়েং তাকবে। লৌখৎতুনা য়েংলকই, চিঠিদু অদম ফাজিন্দুনা লৈরি—মরম অমগীসু ওইসনু, সতীশকী মখুৎতদি যৌদ্রে। শামিল ফংদুনা সুরবালানা কাদা চংলক্লগা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো সতীশ লম অসিদা লৈত্রে, অয়ুক পুং তরাগী গাড়ীদা মযুমদা চৎখ্রে।"

পাউ অসি তাবদা উপেন্দ্রগী মাইথোং মুশিন মুশিনখ্রে। অহানব-মক্তদা খল্লকই, মশক খঙদবা শক্তব অসিদা থারাক থারাক য়ান্দুনা লৈরবা হারাওব শিবগী মতাংদা লৈবিবা থোদাং পূম্নমক হৌজিক মহাক মতোমদনা পাংথোকপা তাববনি। উঃ মদু কয় য়ামগ্রবা থবক্লো হুদুগা শাথিনা মওং চাথিদ্রবা! মী কৌথোক-কৌশিন তৌবা, মপোৎ-মচৈ লাংবা, লুখ্রাবী ওইবদা ভাইরিবী অমদি মমাগী মথাদগী মহাক্কী অমতা পোকচবা মচা-মুপাগী অশিবা হকচাং চিংথোক্তুনা পুদুনা চৎপা! থম্মোয় শোকপা কাযন-মৈচাক্কী দৃশ্য অদু শাগৎলুবমক্তদা মহাক্কী মশা 'পূম্বা নুংঙুম লুম্না অমসুং থম্মোয় 'পূম্বা পাথুরেঘাটকী মায়োক্ত মচিন পৈদুনা লেপখ্রে। মশানা খঙজদনা মহাক্লা নুংদদি সতীশকী মথক্ত থাজবা কয়া থম্নম্বনি, মদু হৌজিক রারোব অমদি ঈকাইবা নংবগী কুয়োমদগী ফাওগৎলক্তুনা মশক উৎলাব।

থবক পূম্নমক অদুদি উপেন্দ্রগী হৈনবগী থোইদোক্তম রাংমদনি। হৈনিংনা কবিগুম্ব মুমিত্তম্ মহাক্লা মদুগী মনুংদা চংলুবা পামদে। অদুবু সতীশকী মক্ষমদদি মদু কয়াদা লায়ওবা! মরমদমদা অসিগুম্বা মী অমতা শিরমদে, মকমদুদা মহাক্কী মথৌ খঙবা তিনজেন-লাইজেন্দবা অকনবা হকচাংদু পুদুনা খ্বাইদগী মাংজিন থানা থুংলুদবা, অমসুং পাম্নদবা থবক খুদিংমক র ভাংদনা লৈথোক খোক্তোক্তনা লোইশিনখিদবা। অরা-অনা মতমদা খ্বাই পুম্নক্লা মহাকপু থিনৈ, অমসুং মহাক লাকপদা

কায়নমৈশা লাংবা অদুগা খুদোংথীববা ইমুংগী মী অরা-অনা মরক অদুদস্থু মপুক্লিং চাওখৎপা অমদি থৌনা ফংই। মহাক তশেংনা কলিকাতা থাদোক্লুনা চৎখ্রে, মতম অসিদা ভাইচক্তি উপেন্দ্রনা মাইকৈ খুদিংমক্তা য়েংবদা লল্লী অমুক উবা ফংখিদ্রে।

সুরবালানা মপুরোইবগী মাইথোংগী মওংদু উবদা হারাণগী ফিভম হংলকচ, অদুবু সতীশকী রাকমদি হৌদোরক্তে। সরোজিনীনা হল্লক্লগা রা লোথোকপগীদমক রারী শাশিন্নদুনা রাকম পুন্নমক তম্লখি, মতুদগী চৌনা মরক্ল, অহিং অদুগী পৌদোক ভাবনা শাজিল্লম্মী, সতীশ মহাক্কী মপুবোইবগী কয়া য়াম্ন চাম্নবা মরুপ্পো হায়বা থঙই হায়দুনা মৈচাক অদুদগী হৌজিক থৈদোক্লুনা চৎখ্রে।

সুরবালাগী য়ুম্বান্দোনগী রাকমদা উপেন্দ্রনা থাজবা খজিক্তসু লৈরক্তে হায়দুনমক মহাক্ল, করিগুম্বা সুমিত্তস্থ মাগী নুপীগী মফমদা করিগুম্বা অরুবা রাকম অমতা পল্লমদে, অদুবু হৌজিক্তা মহাক্লা মশাবু অমুক হাক্লা খুদোংথীরে হায়না খনগ্রে, অদুনা খুদক্তা ফিভম পুন্নমক্তু ফোঙদোক্লগা লাংতক্লুনা হায়রকই, "মহাক্লা ঐবু খুদোংথীবা মরক অসিদা হন্দোক্লমদুনা চৎখ্রে সুরো, মসি ঐদি নঙদা ফাওবা খল্লুদে। ইতোমদা মফম খঙদবা লমসিদা ঐনা করি উপায় তৌগনি।" অসি হায়রগা উপেন্দ্র সহায় লৈত্রবা অঙাংমচাগী মতৌগুম মাগী নুপীগী মাইথাংদা য়েংদুনা লৈপ্রে।

অদুবু অঙকপনি, মপুরোইবগী অমুক শাথবা খুদোংথীবগী রা তাম্ব-বদস্থু সুরবালাগী মাইথোংদা লাংতক্লব মচেৎ অমতা উবা ফংদে। মহাক্লা মনাক্তা চংশল্লক্লগা মহাক্কী মখুৎ নাম্মা পায়দুনা অমুক হন্না ফমুংদা ফমথ-হল্লগা ইতপ তপ্পা হায়রকচ, "মদু অদুক হাক্লা খনবিরুরিবা করিগীনো, কলকাতা অসিদদি কনানা কনাবু হন্না য়েংনবা নত্তে। চাগী থৌরাং লোইরে, খুৎ-শ হামদোক্লগা চা থকপিররো। ইনাও ইবুংঙো অতোম্বা লোয়নদুনা ঐস্থু চৎকনি।"

উপেন্দ্রনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "নঙ চৎকদোরব্র ?"

সুরবালানা মোং-হাদবা মওংদা হায়রকই, "কৈদোনা চৎতনি! নুপী ওইবীগী অরাবা মতম অসিদা মনাক্তা নুপীমক লৈবা দরকারনি—" অসি হায়রগা মহাক্লা রাথংগীদমক ভাইক্লবা ফাওবা তৌদনা থংনবা কাদগী চা

লৌরুত্তুনা চংলক্লে অমস্থুং দিবাকরদা পাউ পীপ্রগা মশামক থৌবাং লোই-
শিন্নবা হাথু হাথু থোকখ্রে।

যুম্বানবগী যুমদা হৌজিক্তা মৈ চুখৎনরক্লি তশেংনা অসিগুম্বা মতম
অসিদা মখোয় পাথুবেঘাটনী যুমদা চংলক্লে। গেটকী থোঙ হাংলম্মী,
অদুবু মখাদা কদায়দস্থু কনাস্থু লৈরমদে। অমম্ব তকাষবা যুমদু মোংফমগী
মতৌগুম পূমচিক চিকই। মবানিবু চেকশিন্না মতু ইল্লকুবা ইঙ্গিত তৌরগা
উপেন্দ্র রা ঙাংদনা হাবাণগী কাগী ঙাশিন্দুনা লৈরিবা থোঙ ময়াদা
চংলক্লগা ঙাইহাক্কুংদি চপ যুংনা লেপতুনা লৈ। মনুংদগী শুপ্পগী থম্মোয়
কায়বা নুংশা মপী অমা ভোন্দাবক্তুনা মনাদা য়েররে। মখুৎ নিক্ল থোঙ
ইম্বোক্লগা য়েংলুবমক্তদা অমম্বা ফম্মাংদা খোঙদগী তোন ফাওবা াফঙৌনা
কুপ্পা হারাণগী অশিবা হকচাং মমিত্তা উবে। মহাক্কী মখোঙ অনিদা
মমাই শুজিন্দুনা লুখ্রাবী ওইবদা ঙাইরিবীদু উপ্পা তাদুনা লৈ—মহাক্কা
অমুক্তং মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই অমম্বুং থংনবা মিৎকুপমক্তদা নোংথাং-
মুক য়াংনা ফুক হৌগৎলনগা থম্মোয কায়বা খোঞ্জেলদা "ইম" হায়ন
লাওত্তুনা উপেন্দ্রগী মখোঙদা রান্থক্তুনা তুখ্রে, অদুগ থংনবা মিৎকুপ অদু-
মক্তদা মিৎনা কুপ্পদা সুববালানা ককঙাওনরব বুদ্ধি ফকচিল্লবা মথুত্থাইববু
নাকল অমদা ইস্থোক্তুনা কাদা চংলক্লগা কিরণময়ীগী মকোক কোন-
খৎলরে!

## কুনমঙা

শব্দ-শদোং-ঈনা শাব মীওইবগী হকচাংদা পোৎ খুদিংমক্কী অরেপ্পা
ঙমখৈ অমা লৈ। মম নুংশিবগীস্থু ঙমখৈ লৈতবা নত্ত, মদুগীস্থু ঙমখৈ
লৈ শোয়কদবা থৌদাং পুদুনা অহিং-নুংথিল লেপ্পা নাইদন হঙ্গৎ-হন্দা
চেল্লিবা ঈগী ঈচেল লেপ্পক্লব মতম অদুদা ঙমখৈ অদুগী মথক্ত লেপ্পরবদা
মমানস্থু মচাবু অমুক পুদুনা থোঙফম অমতস্থু থাংব ঙমদ। মদু নুংশিব্বা
রাংৎপগীবা নত্রগা শক্তি রাংৎপগীবা হায়বগী কিশি পোক্লনবগী থৌদাং
তাইবংপান মপুগী মথুত্তনি, মনাগী মথুত্ত নত্তে। অদুনা নুমিৎ অদুদা
হারাণগী অশিবা হকচাং মমাগী মথাদগী নস্থোক্তুনা মোংফমদা চৎখ্রে,
মতমদুদা অঘোরময়ীগী থবাক চেকখায়দুনা শাংলবা নুংশা মপী ঙমখৈ

লৈতবা অহুগী খুয়াখাদা শিবগী পাউ অসি পুহুনা চৎখিমাল্লে, মহু অতৈ খৱগস্থ লোয়নহুনা পুথোকখ্রবা করিম্লো, মহু ভাবনা শারুনবগী শক্তি মীওইবগী লৈতে।

মহাক্না কন্না লাইহৌ হৌরিঙৈদা হারাণ শিবগী থৌদোক থোকখিবনি। অহুগী মতুংদা নুমিৎ নিপালনি তরানি কদায়দা কমদৌ-হুননো মকম খণ্ডনা হৌগ্রে, মহু মহাক্না খণ্ডবা ফাওবা খণ্ডহৌদ্রে।

শ্রাদ্ধ অহু করিগুম্বা মওংদা লোইশ্রবদা উপেন্দ্রদা কিৎ নমহুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, য়ুমথংনরিবা মল্লিকখোয়গী মৌ অহল কাশী বৃন্দাবন প্রয়াগ কোইরুগদৌরি, ঐস্থ মখোয়গা লোয়ননা চৎহৌবা য়ারোইদ্রা ?"

"করিগী য়াদনি ইদোমচা, চিংনবা লৈতনা চৎলুবা য়াই। অহুবু—" অসি হায়রগা মহাক্না কিরণময়ীগী মাইথোংলোমদা অমুক্তং য়েংলকই!

কিরণময়ীনা ভাব ভারহুনা হায়রকই, "ঐগীদমক রারুনিংঙাই লৈতে ইনাও-ইবুংঙো, ঐদি মীনাই নুপীগা অহুম লৈহৌবা ঙমগনি।"

অহুবু খুদক্তা উপেন্দ্রন অয়াবা পীথোকপা ঙমদ্রে, তুমিম্না লৈখ্রে।

কিরণময়ীনা মহাক্কী মাইথোংদা ঙাইহাক য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই, "নল্লগনা মসিস্থ চিংনবা লৈতনা ওইবা য়াই। ইনাও-ইবুংঙো দিবাকরদি কলকাতাদা লৈহুনা বি এ তম্বদা লেপ্পরবনি, মাবু কৈদৌবগে ঐগী ইনাকসিদা থম্বিরম্মোদনা? মকম খণ্ডবা য়ুম অমদা লৈরুবদগীদি ঐগী মিৎয়েং-মাংদা লৈজবনা থোইনা হেন্না ফে। যতনস্থ তৌম্বনি, কলকাতাদা মতোমদা হুন্দোক্লম্বগী নুংশাথিবা কয়া অমস্থ লৈ, মহুগী চিংনবহুস্থ লৈররোই।" হায়রগা মহাক্না উপেন্দ্রগী মাইথোংদা মিৎয়েং থম্লকই।

অঘোরময়ীনা তশেংনা মপুংফানা য়ানিংবা ফোঙদোক্লহুনা হায়রকই, "মহু ওইরবদি অমুক করিগুম্বা রা অমতা লৈত্রে উপেন—মহুম্না তৌরো ইবুংঙো, মহুম্না তৌরো। নুপামচাহুবুস্থ লুনা তৌবিগনি, লাইবক থিরবী অসিস্থ মওং অমদা খরমথৈ নুংশুক-নুংজানবা কোক্তুনা হিংজরনি।"

মহাক করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবস্থ মপালদা থোকপবু ফংলবদি হিংলবনি। অস্থুক থুনা অসিগুম্বা অরায়বা লম্বী পুথোরকপা উবদা মহাক্না চিংনবা কোকপা মওংদা নুংশা মপী অমা হোন্দোরকই, অহুবু উপেন্দ্রদি কিরণময়ীগী মথৌনা উবদা ভশেংনা নুংবংনগ্রে। অসিগুম্বা

খনঙমদবা রাক্ষম অমা মহাক্না কমদোননো মচিন্দা পল্লকপা ঙক্নি, মসিমক্তি মহাক্না অহানবদা খনবা ঙম্মুদে। দিবাকর ওইনিংবা ওইসন্থু, মহাক অঙাং নত্রে,—মহাকস্থু যৌবন মপূংফারবা মুপা অমনি। অদুম ওইনমক ভশেংনা অঙাংমচাগী মতৌগুম্নমক ফজবা খিবিক্না লৈতেংলবী মপূং-মরৈ ফারবী চনুরা মতোমদনা চিক্লবা য়ুম অসিগী মথুংদা মহাকপু য়্যোক-থাকপা অমস্তুং মী ওইনবা শেম্বগী থৌদাং খুদিংমক্কী চিংনরুবা লৈতমা লৌননম্বা শেম-শারকপা উদদা উপেন্দ্রগী মচিন্দগী অক-ফত্তা করিগুম্বা রা অমতা থোরকথিদ্রে। চন্নুরা অসি কয়াগী মতিক মপাঙ্গ নাইদমা মবুদ্ধি লৈবগে হায়বা খুঙবদা মঙোন্দা অয়াৎপা লৈত্রে। মহাক ফজব-ফঞ্জদবা সাংসারিক অমদি সামাজিকী মিয়ম-কাম্নুন অথাকপা লৈতনা খঙন-উমমক রাকম অসি পুখৎলকপা অদুগনস্থু চিংনথা উদে—অদু ওইরবদি, মসি কদ্রি রানো? কমদোনা হাযর্রক্লিবনো?

মিৎনা কুপ্নগী মথুংদা মহাক্না মদুগী চিংনবা লাংতরুবা পূন্নমক খিজিন্নবা শক্তি পূন্নমক মিৎকপ থোকহন্দুনা অমদি খামজিন্দুনা ঙমখৈ নাইদবা শকহেনবীগী থম্মোয়ন্থুংদা থাজিনবা পান্নকই, অদুবু কদায়দস্থু মদু থাজিনখিনবা লম্বী ফংদ্রে। থোইদোক্লহুম কদায়দগীনো শাফু কন্না থক্তোরক্লুনা খুদক্তা হন্দোক্লুনা লাক্লে।

অদুবু, মিৎকুপমুক অসি অমনা অমগী মাইথোংদা য়েংনরকই, মদুদা মবানিগী মরক্তা অনৌবা পন্নিচয় অমা খঙন উনবঙ্গুমগ্রে। মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংলকই, অস্নুম্না লেম্ন-ঈংলবা অদুগা আত্মাবু চেৎনা থাজবা ঙম্নবা বৈরাগ্যগী মূর্ত্তি অসি মহাক্না করিগুম্বা মতমদস্থু অমুক্তা উখিদ্রে। নুমিৎ অদুগী অহিংদা মহাক্কী ফিজেৎ-লৈতেং উবদা পাইরক্কী রাখলনা মহাক্না সতীশকগী মিৎ নাথি মপু ক্লংদা ওনখি, মদুগী চাংদম্নিংঙাই লৈতে — মতৌ অস্নুম্না শেম-শাবা হৈত্রবদি খঙলে কনাগীস্থু লৈতেং হায়বদু ওইরে'ই, ঙসি অমুক মহাক্কী ফারবা, থৌশাবিত্রবা শম্বুল অমস্তুং লুখ্রাবীগী ফিজেৎ উবদা মপুক্লিংদা খল্লকই, খঙলে, অস্নুম্না অতোপ্পা করিগুম্বা তুমিত্তস্থু মহাকপু অমুক্তা উখিদ্রি। থোইদোক্না খুদক্তা নৌনা ফংবা জ্ঞানগী মতৌগুম রা অসিমথক মহাক্কী শিংঙ্গিশংদা চেল্লক্লে মদুদি, ফজবগী ঙমখৈ নাইদবা ভুংচক্কম অজিনি, ভশেংনা বৈরিগী মতৌগুম ঈথক হৌরক্লুনা মথক্তা কাম্নক্লি—মসিবু মিৎ অনি থম্না লৌশিনগদবনি, শোকলুগদবা

নত্তে — মহু তৌরুবা মহাক অহু শি। অকনবা মৈয়িগী মশক ওইরিবী লুপ্পাবী অসিনা চিংনব লৈতনা অকীবা লৈতনা দিবাকরম্বু থম্বা পাম্মি, মাস মাগী অশেংবা মওংগী অশিক্'রগী চাওথোকচবমক্তা ভৌরিবনি। থৌনা লৈবা শাবা নত্রগা শক্তি লৈব; শাবা উৎতুনা তৌবা নত্তে।

উপেন্দ্র মতম অহুদম্ভু রা ঙাংবা ঙমদ্রি হায়বা য়াই, অদুবু মহাক্কী থম্মোয়-মিৎকী মিৎয়েংদা লুপ্পাবী অসিগী মক্কমদা দিবাকর থাঙ্গৈশেংনমক্ত থোঃদোক্লা পিক্লিবা অঙাং মচাগুম্নমক করিস্থু লৈতবা ওইদ্রে; অমন্তুং ঙমিৎ অহুদা করিগীনো সতীশপু মৌপরাগী মতৌগুম মনাক্তা থারক্লবা হায়খিব, মহুস্থু ঙসি তশেংনা ময়েক শেংখ্রে। মহাক্কী মৈশা লাংলবা থম্মোয়না মনা-মনিল নাইদনা মথুৎ লোম্নহুনা কাহেন্না মতিক-মগুণ লৈরবী অসিগী মমাংদা মশাগী মরাল হন্না হন্না য়াজহুনা মপুক্কিংদা ঙাক-পিনবা হায়জরকই। মথোয় অহুম্মক চঙক্লে; কিরণময়ীনা হান্না রা ঙাংলকই। মহাক্কী যমিৎ অনিগী নুংশিনা ঈংজবা মিৎয়েং মতৌ অহুন্না অহুম উপেন্দ্রগী মাইথোংদা লেংদনা থমহুনা হায়জ-নোঙবগী খোম্থাংদা হায়রকই, "দিবাকরবু ঐগী নাক্তা থমহোবা য়ারোইদ্রা ইনাও-ইবুংঙো?"

উপেন্দ্রনা মস্তনা ঙমহৎলবগী মতৌগুম্নমক হায়রকই, "করিগী য়াদনি ইতৈম-বেম্মা! ইতৈমনা করিগুম্বা মাগী ভার লৌবিরবা, মহুদি ঐগী লাইবক ফবনি।" অম্লক কুইরবগী তুংদা উপেন্দ্রনা ঙসি অহানবা ওইনা মরি-মতাগী মতৌগুম মিঙ্গৌসি শিজিন্নরকই। হায়রকই, "দিবাকর ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নখিবনি, করম্বা মতমদনো চৎপ্রমাম্লে, মহু নৎলম-দ্রবদি হৌজিক মাবু কৌশিন্দুনা থনমগদবনি।"

রা অসি ভাবদা কিরণময়ী চঙক্লখ্রে। হন্দক্তি মহাক্কী মচিন্দগী রা অমতা থোরক্লে। থুদক্তা হৌরকপা নুংঙাই-ঈথক্তা মহাক্কী মিৎপান অনিমক পাথহনগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। অহুনা মহাক ঙাইহাক্তি অতোপ্পা মাইকৈদা মমাই লৈথোক্লুমা মশাবু ফাথজনবা হোৎনরকই। মরি-মতাগী ওইবা মিঙ্গৌ অসিখক্তংদা। মহু কয়াবু য়ামগনি। অদুবু মহুখক্তীদমক মহাক্তা যুগ-কয়াদগী থৌরাংজরকপগুম্মী, মহাক্তা অম্ম্রা নিংলকই। সতীশনা মসি হায়হুনা কৌই, দিবাকরনা মসিমক হায়হুনা

কৌই, অদুবু মচুগা মসিগা কয়াদা শাথিনা লাপ্পথ্রবা। মিঙ্গৌ অসিথক্কনা অমুক কুইরবগী তু'দা উপেন্দ্র মহাক্কী মনাক কয়াদা নক্না চিংশিল্লকপ্রবা, খঙহৌদনা মহাক্কা চিংনরক্লে, মসিগী অকনবা ঈথিন কনানা খঙগনি মহাক খাংবা ঙমগত্রা!

অদুবু, ইখঙ খঙহৌদন মখোয় তুমিন তুমিন লৈনখিবা অসিদা অঘোরময়ীনা মপুক্কিংদা নুংশা থিবক্লে, মী অমনা য়ারে, অদুবু মচুদা ক্কাওবা মী অমদি মমাই লৈথোকপ্রে। মহাক অমুক খাংচুনা লৈবা ঙম্লক্লে, হায়রকই, "ইবুংঙো উপেন, মচু ওইরবদি ঐন চৎপদদি করিগুম্বা অপনবা অমতা লৈত্রে। অদুবু মচুদি অমুক থিন্নবা যাবা নত্রে, ঐ হৌজিক চৎতুনা মল্লিকখোয়গী য়ুম্বুরেনবীদা হায়রুরগে?"

উপেন্দ্রনা কিরণময়ীরোমদা অমুক্কং মিৎয়েং থমলুরগা হায়রকই, "ঐগীদি হায়রিবসিনি ইদোমচা, মচুদা ঐগী য়ানিংদবা অমতা লৈতে। নহাক্কী নমৌ নুপীনা য়াবগদা লোইবে। মহাক্নসু য়াববা মতম অসিদা নহাক্কী তীর্থযাত্রাদা কবিগুম্বা অপনবা লৈগদবা অমত ঐদি উদে।"

"অচু ওইরবদি চৎলগে ইবুংঙে, ঐ হৌজিকমক চৎতুনা মঙোন্দা হায়রুরগে। খঙবসু খঙদোকলুবগে, মখোয় কৈদৌঙৈ চৎকদৌবিবনো হায়বা।" অসি হায়রগা অঘোরময়ীনা মতম অমুক মাংহন্দনা মীনাই-নুপী হৌরগা মপুক্কিং মকালাম্না মখাদা কুমথপ্রে।

মহাক্কী হাথুজবা অসিথক্কং অসিদা উপেন্দ্রনা মপুক্কিং পেক্কবগুম ভৌনা হায়রকই, "করবমক্কি। মওং অমদবু ওইববসু নুমিৎ খরনি মহাক মপালদা লৈরুবা খোইদোক্না দরকাবনি।"

কিরণময়ী করিমতা ঙাংদে। মতম অসিথক্কংগী মনুংদা মহাক কমদৌচুননো রাখল অমদা তাওরুবগুম তৌই। পাউথুম ফংদ্রচুনা উপেন্দ্রনা অমুক হায়রকই, "তশেংনা যানিংদবা লৈবিদ্রেদনা ইতৈম-বেম্মা?"

উপেন্দ্রগী খোঞ্জেলদা মহাক্না ঙাইহাক অপঙবগী মতৌগুম মহাক্কী মাইথোংদা য়েংচুনা লৈরুরগা খঙহৌদনা জ্ঞান তারকপগী মওংগুম্লকই। হায়রকই, "কৈদৌনা য়ানিংদনি ইনাও-ইবুংঙো, তশেংনা য়ানিংই। মসি

করম্বা অমম্বা সুরুংনো, মতু ঐদনা খঙই। চচ্চখিসনু, নুমিৎ খরনি অরা-মকোল অসিদগী নাম্থোক্তুনা হিংজরুসনু।"

মহাক্কী রাশিংসি মহাক্কী মচিন্দগী হায়দোরক্লিবা মতৌ অদুদা উপেন্দ্রগী থম্মোয়দা মৈচাক ফাওবগুম তৌরকই। থম্মোয় পুঙমদনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অরাবগী পনন্নুংসিদগী শুপ্নগী মহাক্তা নত্তে ইতৈম-বেম্মা, নহাকসু থোকপা চুম্মী।"

কিরণময়ীনা থম্মোয় পুঙমদবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা হায়রকই, "ঐগী কনা অমুক লৈরিবগে ইনাও-ইবুংঙো, কনাগী মনাক্তা চংলুগদগে।"

উপেন্দ্রনা হংলকই, "নপামদা কনাসু লৈত্রবা ?"

কিরণময়ী নোক্লকই। হায়রকই, "ইপাম কদায়দা লৈবগে হায়বদুদি খঙদে, মামাগী য়ুমদা চাওরকপনি, মখোয়গী মরা-মপাউসু তাখিদনা চহি তরা ফাগ্রে। চহি তরাদা লুহোংদুনা মতুদগী য়ুম অসিদা চংলকখিবনি, শিত্রিমখৈদি অমুক হন্না থোকপা ফংলম্লোইদমাল্লে।"

উপেন্দ্র থোইদোক্লা মৈশঃ লাংলক্লে। হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ইতৈমবু করিগীনো ইদোমচাগা লোয়নদুনা নোংচুপ্লোমদা চৎপিত্রিবা। কোইবসু ওইরনি, তীর্থ চৎপসু ওইরনি।" অসি হায়বদা কিরণময়ীগী মওং উবদা মহাক ঙকখ্রে। মরমদি, অসিগুম্বা রাকমদা মহাক্লা করিগুম্বা হরাওবা মচেৎ অমতা কোঙদোরক্তে। মতৌ অদুম্না অদুম হৈনিংদবা মওংদা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ।

উপেন্দ্রনা খুদক্তা মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লে, মহাক য়ুম থাদোক্তুনা চৎথোকপা ঙমদে হায়বা। হায়রকই, "ইতৈমনা য়ুম অসিগীদমক খনবিরিদনা ? করিমতা চিন্তা তৌবিরুনু। ঐনা য়েংশিন-খোৎচিলহন্নবা শিনবা ঙমগনি। করিগুম্বা পোৎ অমতা মাংলোই।"

হন্দাক্তি কিরণময়ী নোকফেৎ তৌরকই। হায়রকই, "নহাক্লা ঐগী অহানবা অহিং অদুগী ঙাওচৎনবদু নিংশিংদুনা রা অসি হায়রিবা ওইরিনিনে ইনাও-ইবুংঙো ?

উপেন্দ্রনা ঈকাইদুনা থুনা য়াংনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মদুগী নত্তে। অদুবু মতু করিগুম্বা ওইরবসু, মদুবু ঙাওচৎনবা হায়রিবা

কম্নিগীনো ? ফিভম অদুদা মতৌ অহুম্না চেকশিনবদি মী খুদিংমক্না তৌক্নম থোকপনি ।"

কিরণময়ীনা নোক্তুনা হায়রকই, "অদুক হেঞ্জিন্না চেকশিনবা অদু ফাওবা ইনাও-ইবুংঙো ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিগী চেকশিনক্কম থোক্লোইদৌরিবনো ? ইশাগী য়ুম-কৈ, সম্পত্তি-নুংপত্তিবু পাম্মুদবা কনা লৈবগে ? তুংগী রানদবা কনা লৈবগে ? নত্তে নত্তে, অদুগুম্বা রা হায়বিগনু। মহুদা মওং চাদবা নত্রগা ময়ামদগী তায়োন্নবা করিস্থু য়াওখিদে।"

"য়াওবু য়াওজবদি ফরবনি। অদুবু ঐদি হৌজিক মহু কান্নদবা ঙাওচৎনবা ওইনা নত্তনা অতৈ করিস্থু খল্লুবা ঙমদে।" অদুগা খঙহৌদনা শককম হঞ্জিন্দুনা হায়বকই, "নহাকপু চিংনরুবা! অচ্চা, কয়াদা ফজখিদ্রবা রা ঙাংঙ্রিবা! নিংশিংলকপমক্তদা হৌজিক ইশামক ঈকাইজবনা শিগদৌই।" অসি ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মহ্নৌশানা নিংখিজরবা মাইথোংদু তৌবিমল খঙখিদবগী অনুতাপ্না পেহৌ পেহৌ তৌরকপগুমথ্রে।

উপেন্দ্রনা য়েংলক্তে, তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা কিরণময়ীনা অমুক হন্না হায়রকই, "অদুবু মহুগী মীহৌবা অদু হৌজিক কদায় ইনাও-ইবুংঙো ? অমুক্তা ফাওবা নিংশিংলুদে, য়ুম-ইঙ্খোল ঐগী ওইগত্রা ওইরোইদ্রা হায়বা। লৈগে লৈজসনু মাংগে মাংজসনু! খল্লিবনি, লম্বীগী উখোংদি কনানস্থু মুল্লবা ঙম্মোই। ঐগীদি মহুনহুম থোইনা হেন্না ফৈ।"

উপেন্দ্রনা মসিগীস্থু পাউখুম পীদে। লুপ্পাবী ওইবদা ঙাইরিবীদুগী বৈরাগ্যগী রাহৈ খরা অসিদা মহাক্কী থম্মোয় শ্রদ্ধানা মীমুংশিনা পিক থনগৎলক্লে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "য়ুমগীদমক্তা নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, অদুবু ইমাগা লোয়নননা তীর্থদা চৎলগা ঐবু শান্তি হেক্তা ফঙজ্রা ? অদুগুম্বা মফমশিংদুদদি মী য়ান্না তৌল্লি হায়নহুম তাই।"

উপেন্দ্রনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "তীর্থাস্থান্দদি মী য়ান্না তৌল্লিবনি ইতৈম-খেঁম্মা, অদুবুঁ অতৈ করিস্থু নত্তসনু, তীর্থ চৎপদি ওইরগনি। মহুস্থু থবক অমনিদদ্রা।"

অমুক্তা কিরণময়ীনা উপেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংদুনা খোঙ্গেল থোক্তনা নোকফেৎ তৌরকই, করিমতা ঙাংদে। মহাক করিগী নোক্লিবনো হায়বগী অর্থ লৌশিনবা ঙমদ্রদুনা উপেন্দ্রনা করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকপা মাল্লি, অদুবু খঙহৌদনা চঙক্লনা য়েংলকই, থংনবা কাদগী দিবাকর থোরক্লে।

"নঙবু ঙসায়মথৈ কাসিদা লৈব্রনে?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "দিবাকরনা নুংশিবিদুনা ঐগী লাইরিকশিংদু লোইশিনবিরিবনি। ঐ নঙোন্দা তমগে তৌবদা কাউথোকলুরে।"

দিবাকরনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "লাইরিক ময়াম অমা মওং চাদনা লৈরম্মী ইতৈমা! অদুবু হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা মহাক্তা যতন তৌনা লাইরিক পূন্নমক্তু পারম্মী হায়বা খঙবা ঙম্মী।"

কিরণময়ীনা শৌগৎতুনা হায়রকই, "তশেংনা মদুমক্কি। লাইরিক পাবা হায়বা মওং অদুম্নমক মহাক্তা পারম্মী। নহাক্তা পায়ম্লিবা অদু করি লাইরিক্নো ইনাও-ইবুংঙো?"

দিবাকরনা ঈকাইবা মওংদা হায়রকই, "ঐ সংস্কৃত হৈত্তে, অদুম ওইনমক অমুক্তং পাননবা হোৎনগনি। মসি 'কঠোপনিষৎ'নি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "লাইরিক অদুক হাক্তা লৈনা লৈনা 'কঠোপ-নিষৎ' পাম্লিবা?"

দিবাকরনা ৱাহং অদু মুন্না ভাব তাবা ঙমদ্রে। মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই,"করিগীনো ইতৈমা, মসিদগী হেনবা অফবা লাইরিক অতৈ অমা লৈবিব্রা? অদু ওইরবদি ঐসে মথৌ নত্তনা হৈ-পা শাবা হায়বদু ওইর-গনি। ভাব তাবা ঙম্লরোই। অদুবু ঙম্লিবমথৈদি হোৎনদুনা য়েংবদি চুম্মী।

কিরণময়ীনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "নঙনা খল্লিবদু ইনাও-ইবুংঙো, মদু নত্তে। মতৌ অদুম্না হোৎনদুনা য়েংলুবগী করিগুম্বা মমল অমতা লৈতে। অদুদি ওইরগা মতাং মতাংদা ফজ্জদনা থোক্তে হায়বদি য়াই। খুত্তা থবক-ইথ্বাং লৈতবদা পুক্নিং লুংঙাইননবা মথল মথলগী ওইরোইদবা ৱারী পাবদা মতমদি লেম্নবা য়াই, মদু কাওবদনি।"

রাঙাংহু ভাবদা দিবাকরগী মাইথোং তশেংনা তাইফেৎ তাইখ্রে। হায়রকই, "হায়রিবহু করিনো ইতৈমা, উপনিষৎতি বেদনি! মসিগী ময়েক খুদিংমক লেংব্রবা অচুম্বনি।"

মহাক্কী গুরুপগী চাংহু উবদা কিরণময়ীনা অমুক নোক্লকই। হায়রকই, "করিগুম্বা ধর্ম্ম-গ্রন্থ অমতা কৈদৌঙৈদস্মু লেংদবা অচুম্বা ওইবা য়াবোই। বেদস্মু ধর্ম্ম-গ্রন্থনি। মরম অহুনা, মসিদস্মু মীনম্বা রাগী অরাৎপা লৈরোই।"

দিবাকরনা মনাকোং অনিগী মনুংদা খুৎশানা মেন্দুনা মঙক কন্না হাইহুনা হায়রকই, "বেদ মীনম্বা। অমুক হন্না হায়বিগনু! হায়বিগনু! ভাবদস্মু পাপ্নি—বেদ মীনম্বা। মীনা বেদবাক্য হায়নম্বিবনি। মসিবু মীওইবনা শেম্বরনে মীনম্বনি হায়গদৌরিবদি? মসিদি বেদনিনে!"

মহাক্কী মতৌহু উবদা কিরণময়ী থিক থিক নোকখোরক্লে।

দিবাকরদা মনাকোংদগী খুৎশা লৌথোক্লগা মশাগী ফিঙ্গচখিবা মতৌহুদা ঈকাইরক্কুনা হায়রকই, "তশেংনমক পাপ্নিনে ইতৈমা। বেদবু করিগুম্বদা মীনম্বা ওইগদ্রা? মসিবু কান্নদবা ধর্ম্ম-গ্রন্থরনে, মহাদেবগী পাউ-তাক্লি হায়জিন্দুনা মীনা শ্লোক অনিদং ইশিন্দুনা হাপচিনগদবা, শাজিনবা রারী তরা হাপচিনগদবা? বেদগী অর্থদি লেংদবা অচুম্বা হায়বনিনে।"

কিরণময়ীন নোক্লিংবা খাংহুনা খণ্ডহৌদনা শকফম হজিন্দুনা হায়রকই, "কনানা খণ্ডগনি ইনাও-ইবুংঙো, মাগী মফমদগী তাখিবহুমক হায়বনি। অহুবু নঙস্মু হৌজিক্তা পনখিবদায়, ধর্ম্ম-গ্রন্থগী মফিংদা মহাদেবগী পাউতাক্লি হায়জিন্দুনা ওইদবা রা হাপচিনগদ্রা হায়না।"

দিবাকরনা যারে। নুমিৎ খরনিগী মমাংমক্তদা পুরাণগী মরমদা মহাক্লা থাগী চেফোঙদা নৈনবা অমা পাখি; হায়রকই, "থোইদোক্লা চুমদবনি, অদুম্মু শাজিনবা রানি, মীনম্বা শ্লোক য়াওই হায়বা রাফমসি থাজবদি ঙমদে। অহুবু, মহুনদি মতম কুইনা চৎনবা য়ারোই ইতৈমা। মীনম্বা অহুদি নুমিৎ নিন্দিদা খণ্ডনরক্কনি।"

"করম্না খণ্ডনরক্কদগে ইনাও-ইবুংঙো?"

দিবাকরনা হায়রকই, "মহু ঐ তাংদাংবা খণ্ডদে ইতৈমা। অহুবু, মীনম্বা অহুদি থজিক-খরাক নৈনবদদা পণ্ডিতশিংনা করম্বনা অচুম্বনো,

করম্বনা মীনম্বনো, করম্বনা অশেংবনো, করম্বনা শাজিনবনো হায়বা খঙবা ঙম্মী ; অদুবু মহুনি হায়ত্নুনা ইতৈমনা বেদবু অচুম্বনি হায়না লৌরুবা পাম্বিদে, মসি চুমদবনি, য়াম্না চুমদবনি।"

উপেন্দ্র ঙসায়মখৈ করিগুম্বা রা অমতা ঙাংলক্তে। কিরণময়ীগী ঙাওচৎনবা করেম্নবা পুম্নমক অদুগী মনুং হুঙ্জিনবা অর্থ করিনো হায়বা তাংদাংবদু ভাবনা শারুবা ঙমদহুনা তুমিন্না রাহৈগী লান্দু তাদুনা লৈরিবনি। কিরণময়ীনা মঙোন্দা অমুক্তং মুন্না য়েংলুবদা হাইকেৎ নোক্লিংবা খাংবা মাল্লি। মতুংদা শককম হঙ্জিন্দুনা দিবাকরদা হায়রকই, "করি খঙবগে ইনাও-ইবুংঙো, ধর্ম্ম-শাস্ত্র অমদা ঐ অমুক পাখ্রে, ব্রাহ্মণগী মচালুপা অমনা করিগুম্বা মরম অমগী যমগা উনবা চৎলম্মী। মতম অদুদা যম ময়ুমদা লৈরমদে.—মকুবোক্তী ময়ুমদা চৎখিবা ওইরম্বা য়াই—নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা হল্লকপদা ময়ুমগী মীদগী তারম্মী. ব্রাহ্মণ-মচা অমা চরা হেন্দুনা ঙাইরি। করিমতা চাদে। ব্রাহ্মণনি, অদুগী মথক্তা অতিথিনি। যম মথরায় য়াম্না রারম্মী। মমৈথংদা য়াম্না হায়জ-নোঞ্জরগা হায়রম্মী, বাপু নহাক্না লুমিৎ হুম্নি চরা হেনবগী ওইনা বর অহুম নিয়ু। ফরে—"

রাসি লোইশিন্দ্রিঙৈগী মমাংদা দিবাকর থিক থিক নোকথোরক্লে। হায়রকই, "মসি করম্বা উপন্যাসনো হৌরক্লিবসি ইতৈমা ?"

কিরণময়ীনা হৈনিংদবা মওংদা হায়রকই, "করিদি তৌরুনি ইনাও-ইবুংঙো, পাখিবা অদু তম্লিবনি। ফরে, অসিগুম্বা থোদোক থোকপা য়াই হায়বা নহাক থাজব্রা ?"

দিবাকরনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "শুপথা থাজদে। ওইথোক্তবনি।"

"করিগী ওইথোক্লোইদৌরিবনো ? ধর্ম্ম শাস্ত্রমক্তদা য়াওরিবনি।"

"য়াওজসম্নু ধর্ম্ম-শাস্ত্রদা। মসিদি মরক্তা থেৎচিনবনি—উপন্যাস।"

"উপন্যাসনি হায়বা কমদৌনা খঙলিবনো ইনাও-ইবুংঙো ?"

"ইতৈমা, মী পুম্নমক্তী বুদ্ধি-লৌশিং খরমখৈ লৈমৈ। ঐ থোইনা করিসু খঙদে হায়বদি য়াই, অদুবু মসিদি মীনম্বা থোদোক্নি, মহুদা ঐ করিগুম্বা চিংনবা অমতা লৈত্তে। অদুম্না ওইবা শুপয়া য়ারোই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি য়েংউজ্রো ইনাও-ইবুংঙো, মশিমক্তুদা পুকচেল ভীমদবদা দোম তৌরুবা য়াদে, বুদ্ধি অমদি অভিজ্ঞতা অনিমক্কী মপাল্লদা লৈবা পোৎ অদুগী মরমদা পুক্লিংদা খেন্নবা কন্না লৈবদি মহৌশানি। অদুবু, হীবম অসিদা ঐখোয়গী খেন্নবা রাখল লৈতে। ঐখোয় অনিমক্কা খল্লি, থৌদোক অসি ঐখোয়গী বুদ্ধিগী মপালদনি, অদুনা, মসি উপন্যাসনি, মখ্রনে ইনাও ইবুংঙো ?"

কিরণময়ীনা মহাকপু কদায়দা ইস্কোক্কুনা পুম্বিবনো হায়বা অরেপ্পা খওদহুনা দিবাকরনা শন্না হায়রকই, "হোয়।"

কিরণময়ীনা অমুক্কা নোক্লগা হায়রকই, "করে করে। অদুবু, ঐগী উপন্যাস অদুগী অয়োক্পবা শরুক্কু নহাক্না পায়রিবা লাইরিক অদুদগী কংগনি।"

দিবাকরনা ওক্কুনা হায়রকই, "উপনিষদ অসিদা ?"

কিরণময়ীনা অদুম করেম-কথাইননা হায়রকই, "হোয়, মদুমক্তুদা কংগনি, খোইনা থিদোক-থিজিন তৌরুনিংঙাই লৈতে। অদুবু করিগুম্বা মদু থিবা কংলবদি মতমদুদা নহাক্না ময়েক খুদিংমক লেংদবা অচুম্বা ওইনা পুক্লিংদা লৌগদ্রনে ?"

দিবাকরনা পাউখুম পীদে। বুদ্ধি ককচিনবগী মতৌঙুম কমদুনা লৈ।

কিরণময়ীনা উপেন্দ্রগী চঙকরবা মাইথোংদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নহাক্কী মত করি লৈ ইনাও-ইবুংঙো ?"

উপেন্দ্রনা শুপ্নগী নোককেৎ তৌরকই, রা মচেৎ অমতা ঙাংদে।

দিবাকরনা মশাবু কাথজরগা হায়রকই, "অদুবু মসি ফুঙ্গারারীস্নু ওইবা য়াই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই। অদুবু ফুঙ্গা-রারীদি অচুম্বা থোদোক নত্তে। লাইরিক অদু হৌবদগী লোইবা কাওবা মীনম্বনি, মদু ওইথোকপা য়ারোই। অদুবু হৌবদগী লোইবা কাওবা অচুম্ব নত্তে হায়বা রাক্ম অসি বুদ্ধি য়াম্না লৈব-লৈত্তবগী মথা পোম্না লৌনবোইজ্রা ? অদুনা নহাক্কী বুদ্ধিদা করিগুম্বা শরুক মরি থোকপগী অহুম অচুম্বনি হায়না লৌবা অদু ঐগী বুদ্ধিদা চাম্নদা মরিফুতরা মীনম্বনি হায়না লৌবস্নু য়াই। মতুদম্নু ঐগী ইরমি লৈদ্রোই ইনাও-ইবুংঙো !"

'দিবাকর মথুঙ্গী পাম্নারক' অমা মচু

মথীগী ৱাশিংহু মহাক্কী থম্মোয়দা মৈচাক্কী মতৌগুম থোকখ্রে। ওাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইতৈম্বা, নহাক্কা মীনম্ব থৌদোক্কি হায়রিবা অহুগী করিগুম্ব। অথুপ্পা অর্থ অমা লোৎতুনা লৈরম্ব য়াই। অহুনা—"

"অহুনা মীনম্বগী শক্রোল্লা? নহাক্কা ভাবনা শারিবহু ওইবা য়াই হায়না ঐ লৌরগে। মহু ওইরবস্মু মহু ভাবনা শাবা নত্তনা করিস্মু নত্তে; অহুগা পান্দমস্মু ওইনিংবা ওইজসনু, লম্বীহু অচুম্বা লম্বী নত্তে। ৱাকম অসি মতম খুদিংমক্তা কাউদবা কৈ, মীনম্বগী মতেংনা ভাওহন্দুনা অচুম্বা পুথোকপা য়াদে। অচুম্ববু অচুম্বগী মতৌগুম্নমক হায়গদবনি। মহুদদা মীওইবনা মশা মশাগী মবুদ্ধিগী চাং মতুং ইন্না খণ্ডবা ভম্নগদৌরিবনি। ওসি ভমদ্রবস্মু হয়েংদি ভমগনি। মহাক্কা খণ্ডবা ভমদ্রবস্মু অতোপ্পা মীশক অমনদি খণ্ডবা ভমগনি। করিগুম্বা খণ্ডবা ভমদবা থোক্লবা, অহু ওইরবস্মু মঙোন্দা মীনম্বা লাং থাক্তুনা মমাই লৈশিলহন্নবা হোৎনবগী মতৌগুম্বা চুমদবা অমমুক লৈত্রে। ইনাও-ইবুংঙো, মীনম্বদি পাপ্পি, অহুবু মীনম্বগা অচুম্বগ য়ানাশিন্নহনা ভাংবগী মতৌগুম্বা পাপ্পি সংসারদা তাংনা থোকই।"

দিবাকর শকক্ম কায়না মমাই কাহৎনা তুশিন্না লৈ। কিরণময়ীনা মহাক্কী মশক উবদা মপুক্লিংগী ৱাখল্লোন ময়েক শেংনা খণ্ডবা ভম্লে। খোল্লোল থোৎনা হায়রকই, "মসিদা ৱাকুনিংঙাইদি করিস্মু লৈতে ইনাও-ইবুংঙো। অচুম্বা অহুমকপু মতম চুপ্পদা ফিভম খুদিংমক্তা লৌশিন্নবা হোৎনগদবনি। মহুদা বেদমক মীনম্বা ওইজসনু, অহুগা শাস্ত্রমক মীনম্বা ওইজসনু। অচুম্বদগী হেন্না মথোয় অসিনা ৱাংব নত্তে, অচুম্বগা চাংদম্নবদা মথোয় অসিগী মমল করিস্মু য়াওদে। নম-হাবগী পাঙ্গলনা ওইসনু, মমতাগী শক্তিনা ওইসনু, মতম শাংলক্লবা সংস্কারনা ওইসনু, মিৎ উইশিন্দুনা অয়ানবনু অচুম্বনি হায়না থাজক্লবদা মুপা থোকপা ওইগদবা করিস্মু লৈত্তে।" লেপকক ভৌরগা হায়রকই, "মহুনি হায়হুনা অসিগুম্বা ৱাস্মু খল্লুনু, ঐনা চুমদবনি হায়না লৌই হায়হুনমক মহু চুমদবা ওইরগনি হায়না। ঐগী চাওরাকপা ৱাদি অসিনি, চুম্ব চুমদবা ওইনিংবা ওইজসনু, মহুবু লৌশিংগী মতেংনা লৌশিনবনা চুম্মী। মিৎ উইশিন্দুনা লৌশিনবদা কম্বিগুম্বা

মাইপাকপা অমতা লৈত্তে। মহুদা, মহুগীসু চাওখোকচনিংঙাই লৈতে, মহাক্কীসু লৈতে।"

দিবাকরনা ফনা কুইনা তুমিল্লা লৈরগা হায়রকই, "ফরে ইতৈমা, বুদ্ধিগী রাংমদা লৈবা পোৎ অদুগী মরমদা অচুম-অরান বুদ্ধিগী মতেংনা কমদৌনা লেপ্পিগদৌরিবনো ?"

কিরণময়ীনা খুদক্তা পাউখুম পীরকই, "লেপ্পরোইদবনি। বুদ্ধিগী রাংমদা লৈবা অদুদি বুদ্ধিগী রাংমদা লে হায়দুনমক থাদোক্কনি। চিন্দা পলহৈদবা, ভাব তাদবা, খঙঙমদবা অদুগা থবক্তা রাদা মহুমক হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাংননবা হোৎনবা, খঙননবা হোৎনবা তৌরোই। মহু খঙনবা হোৎনরুরিবা মহাক্তসু করিগুম্বা মওংদা খাংঙম্লোই। নহাক্তি অসিগুম্ব লাইরিকশিং পাত্রি ইনাও-ইবুংঙো, পারম্নবদি উরমগদবনি, মকম থুদিং-মক্তা হোৎনবা অসি, অদুগা অনমকনবসি। শুপ্নগী হকচাংগী পাঙ্গল অদুগা হকচাংগী শক্তিদনা। তাকপিরম্লিবদু কনানো খঙদবা মহাক অদুনা মমিৎতা শং শং উবগুম রা য়াম্না ঙাংলম্মী। করিগুম্বা মওংদসু লৌশিনবা ঙমদবদুবু লৌশিলহন্নবগীদমক লামায় কয়া কয়া, লাইরিক কয়া কয়া ইরম্লি। করিগীনো ? মপূন্সিদা অঙাংবা মচু উদ্রিবা মীশক অদুদা চিন্দা ঙাংবদনা য়াগত্রা অঙাংবা করিনো হায়বা খঙহনবা ? অদুগা মহু খঙবা ঙমত্রগা, য়ানিংত্রগা শাওনরি, শাপ-নুং তৌদুনা কীহন্নবা হোৎনবগী ঙমখৈ নাইবা লৈতে। শুপ্নগী রাজাওদনা লুশিলহল্লি। গুণনা চংঙমত্রবা, শক্তম নাইদবা, অমাং-অতা লৈতবা, মওং-মরিল নাইদবা, পূম্নমক অসি শুপ্নগী রাগী রা হায়বদুনি। মসিগী করিগুম্বা অর্থ অমতা লৈতে। করি-গুম্বা খরমখৈ লৈরম্বা তারবদি মহু মসিনি, অসিগুম্বা রা পূম্নমক অসি পুখোক্লম্লিবা মখোয় অদুমক্তা লৌশিং তৌদুনা মওং অমদা পংহায় হায়জিল্লম্বনি, মসিগী মরমদা কনানসু খনবা ফাওবা খল্লরোই—পূম্নমক খৌরেম্লি, পূম্নমক কান্নদবদা হোৎনবনি।"

দিবাকর ফনা কুইনা তুমিল্লা লৈ। অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইতৈমা, নহাক আত্মা খাজবিত্রা ?"

"খাজদে।"

"করিগীনো ?"

"মীনম্বা রানি হায়রদুনা। মহুক্দা নত্তবা অদুগুম্বা নাপল অদু ঐগী থম্মোয়দা লৈতে, পুন্নমক মাংখিগনি, শুপ্পগী ঐগী মমল মাইত্রবা 'ঐ'দদি করিগুম্বা নুমিত্তসু অমাং-অতা লৈরোই হায়বা অসিগুম্বা পামজবসু লৈতে, ঐ শিরবা তুংদসু ঐগী 'ঐ'দু হিংদুনা লৈসনু হায়বগী।"

"করে, ঈশ্বরদি ? মাবুসু য়াবিনিংদত্রা ?"

কিরণময়ীনা নোক্নুনা হায়রকই, "অদুক কীথি-কীরুম্নরা হায়রিবা করিগীনো ইনাও-ইবুংঙো ? মসিদা কীরুনিংঙাই রা করিসু লৈতে; নত্তে, ঐ য়াদবসু তৌদে।"

দিবাকরনা কাহেন্না মন্নবা অমম্বা মরক্তা মঙাল-মশেক থরা উবগুম্লক্লে। হংলকই, "মাবু ইতৈমনা করি ওইনা খনবিবগে ?

কিরণময়ীনা হায়রকই, "খঙদবা পোৎনি হায়না তশেংনা খঙলবা মহুবু খল্লুবসু য়াদে, খনসু খল্লুদে। মরু ওইনা, খল্লুনিংঙাই ওইদবদুবু কমদৌনা খল্লুগদগে ? অদুনা ওইথোক্কববু ওইথোকপা ওইহন্নবা ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তসু হোৎনরুদে। পোৎ অমবু চাওথোকহন্দুনা চাওহনবা য়াই, অমুক্কসু চাওথোকহন্দুনা য়াম্না চাওহনবা য়াই হায়বসু খঙই, অদুবু, মহুবু চিংথোক চিংথোক্নুনা মপাল নাইদবা ওইহনবা য়াই হায়বা অয়ানবা রাখল অসিদি ঐনা কৈদৌঙৈদসু খল্লুদে।"

"অদু ওইরবদি মাবু খল্লুবা য়াত্রবা ?"

"য়াই ইনাও-ইবুংঙো, পিকথদুনা খনবা য়াই। মীওইবগী দোষ-গুণ য়ানশিন্দুনা অপিক-অরাক্পী লাই-নুং ওইনা, লাইরিক ময়েক খঙদবা মীনা ভক্তি লৈনা খনবা অদুম্না তৌরবদি য়াগনি। মদু নত্রবদি, জ্ঞানগী চাওথোকচবদা ব্রহ্ম ওইনা খল্লুরবদি মদু শুপ্পগী মশাবু লৌনমজবা ওইগনি। অদুবু, ওসিদি মথা অমুক ভারম্নুসি। রা পুন্নমক নোংমা অমুক হায়গে।" উপেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংদুনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "অদুবু নহাক্তি ইনাও-ইবুংঙো, জ্ঞান য়াম্না লৈবা মীশক্তি। ঐখোয়না থরায় তানা য়েৎন-খোৎনদুনা ইশাগী পুক্লিং য়াংহল্লে, নহাক্না মতমসিদা মিৎ উইশিন্দুনা নশাবু তশেংনা লোৎশিন্দুনা থম্লি। ঐ খঙই, নহাক্তি পুন্নমক খঙই, অদুবু নপুক্লিংগী রা অমতসু কনাদসু হায়দোক্কে।"

উপেন্দ্র নোকথোরক্লে। হায়রকই, "নত্তে ইতৈম-বেম্মা, ঐ হীরম অসিদা তশেংনা য়াম্না পুগুই। ঐদি চণ্ডরুনা ইতৈমগী রা ভারম্লিবনি।"

কিরণময়ীসু নোকথোরক্লগা হায়রকই, "করেম্নরিবনি থগুজরে ইনাও-ইবুংঙো!"

"নত্তে ইতৈম-বেম্মা, অশেংবা রামক হায়জরিবনি। অদুবু খল্লিবনি, চহি মতাং অসিখক্তদা অসুক হাক্লা পাবিরুরিবদি করম্বা কালদনো, অসুক হাক্লা খম্ববিরুরিবনা করম্বা মতমদনো?"

থাগৎলকপা তাবদা কিরণময়ীগী থম্মোয়-নুং ম্রিৎকুপ্পা চাওথোক-চবনা থনগৎলক্লে। অদুবু মতু নমথরগা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, অদুগুম্বা রা হায়গনু ইনাও-ইবুংঙো, ঐসু য়াম্না পাওগ্র-পোৎনি। কল্লিসু থগুদে। অদুদি ওইরগা মসিখক্তংদি থগুই হায়বা য়াই, করিসু থগুলুনবা উপায় লৈতে। অদুনা, শাস্ত্র পুম্নমক অসিগী নম-হাবা অদুগা নাপল তৌবা রা উবমক্তদা ঐ মৈ হোৌরকই—করিগুম্বা মওংদসু ইশাবু অমুক কাথজদুনা থম্বা ঙমদে। অসুম্নদা খল্লকই, নঙসু থগুদে, ঐসু থগুদে। অদু ওইরবদি বাপু, নহাক্কী পাঙ্গল অসুক হাক্লা কল্লি, বিধিগী অথিংবসু অসুক য়াম্মী, মীনম্বা অম্নুক হাক্লা হাপচিল্লিবা করিগীনো? থবক খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু মখোয়গী মরক্তা থমদুনা থবক তৌরি, অসিগুম্বা নাপল তৌবা য়াথংগী পোৎলুম? চাবদা, তুম্বদা কম্বদা ঈশ্বরগী থৌজাল নিবা, অদুগা ধর্ম্মগী মম্বা খিগৎপা! করিগীনো বাপু? করিগীনো মতৌ অসুম্না হায়জ-নোঞ্জগদৌরিবা, অদুগা মতৌ অদুম্না খিগৎকদৌরিবা? অদুম ওইনমক মঙাল অসুক হাক্লা লৈ, কদায়দসু মরম খজিক-খরাক ফাওবা কনানসু য়েংলুনবগী দরকার ওই খন্দে। শুদ্রগী নম-হাবা! নঙ ষণ-ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ পুগেরা, নঙ উৎ ওইনা তুমগেরা, নঙগী পুরোন তরামরি নরক তাগেরা? করিগী ভাগদৌরিবনো? কনানা নঙোন্দা হায়রকপগে? শ্রুতি, স্মৃতি, তন্ত্র, পুরাণ পুম্নমক অসিমক্তা হকচাংগী পাঙ্গলনি অদুগা মিৎ ঙাংবনি। তশেং-নমক, অসুক চুমদবা নম-হাবসি খাংবা ঙমদে ইনাও-ইবুংঙো।"

উপেন্দ্র রা ঙাংদে। অদুবু দিবাকরনা মহাক্কী অরোইবা ওইনা হোৎনদুনা হায়রকই, "অদুবু মদুগী নম-হাবদু ঐখোয়গী পাঙ্গল ওইনবা মখোয়না শিনবিরম্বা ওইরম্বা য়াই।"

কিরণময়ীনা মৈ হৌরক্তুনা হায়রকই, "অতুক হাক্লা করুযগী কান্নবা লৈতে ইনাও-ইবুংঙো ! মখোয়দনা শুপ্পগী মী ওইহনা লৈবাক 'পুম্বগী যণ ক্বাংলুপপু য়ৈ-য়ৈহনা অকবা লম্বীদা তানখৎতুনা পুননবগীদমক খোঙদাবি-রখিবনি। মশাগী অকবা কনানা পামদবগে ? খঙননবা ভাক্লগা লোইয়ে, বাপু, নহাক্কী য়াইফনবগীদমক—অদুনা, বিধিগী অথিংবা পুম্নমক অসি শেম্বিরিবনি। ঐঙোন্দসু খঙহনবা পাম্লিবদি করিগীনো, লম্বী অসিনা ঐগী মঙ্গলনি হায়না ! মদুদা অসুক হাক্লা মিৎ ঙাংনবা, মীনম্বা উপন্যাস অসুক হাক্লা ইবগী দরকার লৈতবনি !" ঙাংনা ঙাংনা নহাক্কী মুংগী অশাওবা থোইদোক্লা ময়েক লারক্লে।

উপেন্দ্রনা অহানবা অহিং অদুগী রাদু খঙনিং নিংশিংলক্লে। মসি মুর্তি অদুমক্কি ! পিঞ্জরাদা ফাজিন্দুনা থম্লিবা উমংগী শাগী থম্মোয় কায়বা খোল্লাও অদু ! অদুবু, করি পাম্লিবনো মানা ? করিগীদমক মায়োক্তা মহাক্লা অসুক হাক্লা য়ানিংদ্রিবনো ? শাস্ত্র অমদি শাস্ত্রকারগী করম্বা নুংশি-হৈতবা শাসনগী য়োম্বিলিং থদৎতুনা লুথ্রাবী অসিনা মুক্তি পীয়ু হায়জ-রিবনো ?

মহাকপু ঈংথহন্নবগী রাখলদা উপেন্দ্রনা নোল্লুকপগা লোয়ননা নোক্তুনা হায়রকই, "ঐখোয় অনিদি পাউথুম পীবা ঙমদ্রে ইতৈম-বেম্মা ; অদুবু মী অমা লৈ —মাগী মকমদদি ইতৈম-বেম্মা ফাওবা তর্কদা মাইথি-দুনা হল্লকনি, মদু হায়জগৌরিবসিনি।"

কিরণময়ীনা মশাগী কিঙ্গচথিবা মশানা ভাব তারক্তুনা মমৈথংদা মপুক্লিংদা ঈকাইজবা পোকখ্রবনি। মহাক্লসু নোক্তুনা হায়রকই, "মহাক্তু কনানো হায়য়ুদনা ইনাও-ইবুংঙো ?"

উপেন্দ্রনা শককম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "ফাগীনি হায়না খনবিগনু। তশেংনা হায়জরিবসিনি, মকম অদুদা মাবু মাইথিবা পীরমদুনা হল্লকপা য়াম্না লুই। মহাক লাইরিক অদুক হাক্লা হৈবা নত্তে, অদুবু তর্কগী বুদ্ধিদি য়াম্না কুপ্পি। মাসু পুম্নমক থাজে—মাবু পাউথুম পীবা ঙমহন্দ্রবা অদু ওইরবদি য়ারে।"

কিবণময়ীনা ইচং থোরক্তুনা হায়রকই, "মদুদা ঐ মাইথিসনু, থোই-দোক্লদুম থরদি তম্নকপা ঙমগনিদনা ?" নোক্তুনা হায়রকই, "কনানো মাবু ইনাও ইবুংঙো ? ঐখোয়গী মৌ-অভোম্বীদি নত্তেদনা ?"

উপেন্দ্র নোকখোরক্লে। হায়রকই, "মামক্লি। তশেংনমক ইতৈম-বেম্মা, মাগী বিচার-শক্তি অঙকপনি। তর্কগী মবুদ্ধি উবদা করি করিগুম্বা মতমদা ঐ তশেংনমক ওকই। ঐনা পাউখুম করি পীগদগে, রাহং করি হঙ্গদগে হায়বা থিবা কংদবগুম্মী। ইবুদ্ধি ককচিন্দুনা কমহুন্না লৈ।"

উপেন্দ্রগী মকমদগী সুন্নবালাবু রাংনা থাঙ্গৎলকপা তাবদা কিরণময়ীগী মাইথোংগী মঙাল শামগ্রে। অদুম ওইনমক, মহুদা য়াওশিল্লনবগী অপাম্বসু পোল্লকই, অদুবু খনবনবগী মৈচাক্না মশা'পূম্বা য়োমশিনখিদুনা চরম মেৎলকপগুমগ্রে। মহাক পাক হেক রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

অদুবু, উপেন্দ্রনা মহু উদে। হংলকই, "মাগা হীরম অসিদা করি-গুম্বা মমিত্তসু খন্ন-নৈনবিখিদ্রিমাল্লেনে ?"

কিরণময়ীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই,"নৈনখিদ্রি। শুপ্পগী অনির-ক খক্তনি মহাক সিদা লাক্লম্বা। মহুস্নু অমুক রারী শানবা য়াবা অসিগুম্বা মতমদা নত্তে। চৎলুসিদনা ইনাও-ইবুংঙো, ঙসি নহাক্কী তর্কবীরদু অমুক্তা য়েঙ্গে।"

উপেন্দ্র নোকখোরক্লে। হায়রকই, "নত্তে ইতৈম-বেম্মা, মহাক তর্ক পাম্বা মীশক শুপ্পৎ নত্তে। মরু ওইনা, হীরম অসি নত্তনা মহাক তর্ক তৌদে—হায়রিবা খুদিংমক ইল্লি। নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা মহাক মমদা হনখ্রগনি—য়াথং পীরিরবদি মকম অসিমক্তদা পুজরক্কে।"

কিরণময়ীনা মপুক্লিং লাংতক্করক্তুনা হায়রকই,"নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, নত্তে, মকম অসিদা পুরক্তুনা মাবু রাহনবা চুমদে। নুমিৎ নিনি অরাবা খাংহুনা লাকখি, মহু ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি। ঐবু পুবিয়ু, ঐ চৎকে। ফরে র। অমতা হঙ্গে ইনাও ইবুংঙো, অদুক হাক্লা তর্ক হৈবা গুরু লৈনা লৈনা নখোয় নচিন্স-ননাও অনিনা ঐগী পাউখুম পীবা ঙমদ্রিবা করিগীনো ?"

রাশিংসি কিরণময়ীনা অচম্বা ফাগীগী মওংদা হায়বা পাম্লম্বনি, অদুবু মহাক্লা মৈচাক্কী পোৎলুম্না মমৈগী রাশিংহু লুমথনা কোঙদোরকই।

দিবাকর তুমিন্না লৈ। উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে ইতৈম-বেম্মা, মাগী বিচার পূম্নমক অদু তম্বদা হৈবজাৎ নত্তে। কয়ারক হন্না তাগ্রবনি, করিগুম্বা মওংদম্ব লৌশিনবা ঙমদে। ঈশ্বর থাজবা মখোয়না হায়গনি,

মসি মহাক্কী মখুৎ য়েৎমক্কী খ্বাইদগী অথোইবা দাম্নি। শেংনা হায়জরি-বসিনি ইতৈম-বেম্মা, ঐনা কয়ারক হুম্না কল্লকপা পোকখি, মসিগী শরুক লিশিং থোকপগী শরুক অমতং করিগুম্বা ঐনা কংজরম্বা থোক্লবদি লাইবক করমগদবনি।"

কিরণময়ীনা তাংদাংবা খঙবা ঙমদ্রে, করিনো মসি! অদুম ওইনমক মহাক্কী মমাই শিন-থুংনা মুশিনখ্রে; অমস্মুং মসি মহাক মশামক্না ময়েক শেংনা ভাব তাদুনা করিগুম্বা মওংদা কংনা খিত্তং নোকশিন্নদুনা মপুংফানা মুপা অনি অসিগী মিৎয়েংদগী মশাবু নাম্থোকচহনবা পাম্লকই। অদুবু করিগুম্বা মওংদস্মু মহাক্কী চিনবান্দা নোকপগী মমি তারক্লে।

খঙহৌদনা মহাক্না ফুক হৌগৎতুনা লেপখৎলগা হায়রকই, "চৎসি ইনাও-ইবুংঙো, ঙসিমক ঐ মাগা উনগে। নখোয় ফাওবনা কল্লক্লিবা ফংঙমদ্রবা পোৎশক অদু করিনো হায়বা মিৎনা উত্রিবমখৈ ঐ করিগুম্বা মওংদস্মু লৈতাবা কংলোইদৌরি।"

মহাক্কী হেঙ্গিন্না খোইরাংবা মতৌসিদা উপেন্দ্রনা করিগুম্বা মওংদস্মু নোক্লিংবা খাংদুনা লৈবা অমুক ঙম্রক্লে। কিরণময়ীবু খনবনবনা অম্মুক হাক্না নৈহৎলমদ্রবদি মহাক্কী ঙসায়মখৈগী তৌশিন্নবা চীংলেম্বদু মিৎকুপ্তা ফাবা ঙম্লমগদবনি। অদুবু, মাইকৈ অদোমদা মহাক্কী মিৎয়েং চংলমদে। হায়রকই, "নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, নখোঙদা তুজরি, ঐবু পুবিয়ু।"

উপেন্দ্রনা তৌকম খঙদনা মখুৎ অনি সোন্নদুনা লাইবক শোক্লুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, অদুগুম্বা রা পনবিগনু ইতৈম-বেম্মা। অদোম চহিদা হুম্বরবস্মু ঐগীদি পূজা ভৌনিংঙাইনি। ফরেনে ইদোমচা হল্লক-খিসনু, চৎলুসি ঙসিমক অদোম্মু পুজরগে।"

## কুনস্তরুক

চাওরাক্না মুংখিল অথেংবদা কিরণময়ী জ্যোতিষবাবুখোয়গী য়ুমদা লাক্লুনা থুংলরে। ফিজেৎতা ফি অপোবা শেৎলি, মশাদা লৈতেংগী খুদম ফাওবা লৈঙে, শাংলবা চোয়জায়নবা 'শময়ামদু থোশা-লিশাবিদবা 'মওংদা লুখমদা ফাবুন পুনশিল্লি, চিন্নাইগী' শম মতৎ অম-অনি লাইবক্তা

হাইথরি ; মহাক্কী মমিৎতা চোকথরবা নিংব-কায়বা মিৎয়েংগী মমি তাই। লুখ্রাবী ওইবগী ওইথোক্কবা ফংলবা নিংথিবা খিবিক্লা মহাক্কী মশা। 'পূম্বদা য়োমশিনবা মূর্ত্তিগী মশক ওইবগুম্মী। মহাক্কী মাইথোং অদুদা য়েংলুব-মক্তুদা মিৎয়েং মশা মতোমদা মহাক্কী মখোঙদা লৈথজখিগদবগুম্মী। সরোজিনী মপালগী মাঙ্গোলদা চৌকি অমদা ফমদুনা লাইরিক পারম্মী, মমিৎ য়েংখৎলকপমক্তুদা খঙহৌদনা অঙকপা শক্তম অসি উবদা ভশেংনা নুংবংনখ্রে। মহাক্লা কিরণময়ীবু কৈদৌঙৈদস্লু মমিত্তা উখিদ্রি, মহাক্কী মমিং অমস্তুং শক ফজবগী মিংচৎ সুববালাগী মফমদগী তাখিবদনি। অদুবু, ফজবা অদু মওং অস্তুম্না তৌরমগনি হায়ন। খনবা কাওবা খল্লুদে।

উপেন্দ্রনা মহাক্কী মশক তাক্লকই, "ঐখোয়গী ইতৈম-বেম্মা—সরোজিনী।"

সরোজিনীনা মনাক্তা চংশিল্লগা নমস্কার তৌরকই।

কিরণময়ীনা মহাক্কী মখুৎ পায়দুনা নোক্তুনা হায়রকই, "নহাক্কী নমিং ঐ ময়ামগী মফমদগী তারবনি ইনাও, অদুনা ঙসি অমুক্তং ইমিৎমক্লা উনিংদুনা লাক্লিবনি।"

মদুগী পাউখুমদা সরোজিনীনা করি হায়গদগে, মদু মতম অদুদস্লু খিবদা ফংদ্রে। শকথঙনদবা নুপা-নুপীশিংগা তীন্ন-তোংনবা, রারী-রাতাই শানবা মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী তম্লক্লবনি অমস্তুং হৈনরক্লবনি, অদুবু অঙকপা ফংলবী লুখ্রাবী নুপী অসিগী মমাংদা মহাক চঙক্লদুনা লৈখ্রে।

উপেন্দ্ররোমদা ওনশিন্দুনা অমুক্তং য়েংলগা কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদুবু ঙসিদি নুমিৎ তাগদৌরে! কুইনা লৈথবা ফংলরোই—চৎলসি ইনাও-ইবুংঙো', চুমদ্রিংনা মৌ-অতোম্বীগী মনাক্তা চংদুনা ফম্মুসি" হায়রগা মহাক্লা সরোজিনীগী মখুত্তা খিত্তং থংপায় পায়শিন্দুনা ইঙ্গিত তৌরকই।

অদুবু, পামজবগী নেশাদা তাওদুনা কিরণময়ী ঙসি মতম চাদবা মতম অসিদা সুরবালা উনবা লাকখিবা, লাংতক্লখিবা অদুগী মরমদু মহাক্লা অমুক খঙজদবা নত্রে। লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক্লা কয়ারক হন্না খল্লকই, মহাক্লা পরিচয় লৈনখিবা নুমিৎ নিনিদনি, সুরবালা অদুগী থাজবা অমস্তুং বিদ্যা-বুদ্ধি ওইনিংবা ওইজসনু, মরম চাদনা মহাক্কী কাদা চংদুনা লান্দাক্লবগী মতৌগুম্বা শাথিনা নোক্লিংঙাই ওইবা থৌদৌ অতৈ করিস্লু

লৈরোই। মত্তম অহুনা হনখিবা চুম্বনি, মসিদস্থু মহাক্কা করিমতা চিংনরুবা লৈতে। অদুম ওইনমক করিগুম্বা মওংদস্থু হনবা ঙমজে। করিনৌ মহাকপু ক্লেপ্পুনা চিংশিন্দুনা পুরক্কুনা থুংলরিবসি! চুমদবনি! মত্তম চাদবনি! রাফম অসিস্থু মহাক্কা মপুক্লিংদা হন্না হন্না হায়জরকই; অদুবু মাগী থোইদোক্কা চান্নজবী মুপীগী মমল নাইদবা ঐশ্বর্য্যবু উপেন্দ্রনা ঈশ্বরগী খ্বাইদগী অথোইবা দান্নি হায়না লৌবদস্থু ঈকাইনা থোক্কে, মহু কবিস্থু লৈতবগুম মহুবু মহাক্কা মিৎনা কুপ্পদা মাইথিবা পীহুনা শিংকুপ শাহন্দুনা মিৎমাংদা উফুলগী মতৌগুম পাইহনখিবা ঙমগনি, মহুমক প্রমাণ উৎ নবগী অচেৎপা থাজবনা মহাক্কী পুক-নুংদা কল্লক-য়েংথিবগী মতৌগুম ওমচারবকই। করিগুম্বা মওংদস্থু মহাক্কা মহুবু নমথবা ঙম্নদে। অদুম ওইনমক, হৌবদগী হৌনা নিংকোক নিংকোকপা অসিদি ফাওরকই, সতীশকী মক্মদগী মহাক্কা উপেন্দ্রগী পরিচয় ফংখিবা অহুনা মাগী মপুক্লিংদা এন্না ঙ শনহনখি, খুম্নিংলবদি উপেন্দ্রনা পাউখুম পীবা ঙম্নগদবনি। অদুবু, বা ঙাংখিদে শুপ্নগী নোকাকৎ নোকফেৎ তৌহুনা লৈখি। করিগীনো? করিগীদমক্তনো? মহাক্কা শুপ্নগী সুরবালাগী মনাক্তা পুরগা মাবু তশেংনা করিস্থু লৈতবা ওইনা লৈখাতাহন্নবগীদমক্ক? অদুবু সুরবালানা করিগুম্বা পাউখুম অমতা পীরক্কবদি? মপুরোইবগী মতৌগুম নোকমি নোকমি তৌহুনা তুমিন্না লৈথোকখ্রবদি? করি তৌরগা মহাক্কা মহাক্কী মাইপাক ফিরাল থেৎলুগদগে?

অস্তুন্ন খন্না খন্না মহাক সবোজিনীগী মতুং ইন্দুনা সুরবালাগী কাদা চংলক্কে, মতম অহুদা লৈমায় খক্তা কমহুনা কাশীদাসী মহাভারতকী ভীষ্মগী শরশয্যা পাবদা সুরবালাদু কপতুনা থম্মোয় পুঙমদনা লৈরম্মী। খঙহৌদনা কিরণময়ীবু উবদা তৌকম খঙদনা লাইরিক খুমজিল্লগা মপী তৈথোরকই, অমস্তুং হৌগৎতুনা লেপ্লগা মহাক্কী মথুৎ অনি পায়হুনা য়াম্না তরাম তরাম্না কৌরকই, "ইচে চংবিরকউ।"

মতম অহুদা কার্পেট মথক্তা ফমহল্লগা হায়রকই,"ঐ হয়েং নথোয়গী আদ চৎকে খঙজরম্নিবনি ইচে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐস্তু অহুনা ঙসি লাক্লিবনি ইনাও।"

উপেন্দ্রনা থোইনা লাপ্তুনা চৌকি অমা চিংশিল্লুনা। কমথরগা হায়রকই, "কপ্পবদায়—মতু মহাভারত ওইরিনিনে ?"

সুরবালানা য়াম্না ঈকাইনা কিজিনা মপী হম্না হন্না তৈথোরকই।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিগীনো নহাক্না ওইদবা থৌরেম্না থল্লবা লাইরিক্তা অয়াম্বা মতম মাংহল্লিবা, ঐদি খনবদা লাম্বা ফংদে। মতুগী মথক্তা কপ্প-লাওবা, মিৎকী পী—" রাসি লোইশিনখিদ্রে। সুরবালানা মপী তৈথোকপা কাউথোকখিতুনা শাওহুনা হায়রকই, "চাম্মরক হন্না হায়বিম্বিবসি করিনোনে—"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "হায়রিবসিনি মতুগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা ওইদবা পরেংনি। অতৈ করিস্ু নত্তে।"

অসিগুম্বা হীবমশিং অসিদা মহাকপু শাওহনবদা থোইনা কুইনা চংদে। মহাক্না শাওবনা ভাংলবা মমিৎ মপুরোইবগী মাইথোংদা দেংদনা থমতুনা হায়রকই, "মহাভারতপু ওইদবা পরেংলা ? অতুগুম্বা রাহু করিগুম্বদসু চিন্দা পনবিগনু। মসি ফাগী নত্তে—মতুদা পাপ পুগনি হায়বা খণ্ডবিদব্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "খণ্ডই, করিস্ু ওইরোই। ফরে, মখোয়দা হংউ—মখোয়সু থাজদবনি।"

হন্দক্তি সুববালানা কিরণময়ীগী মাইথোংদা য়েংতুনা থিক থিক নোকথোরক্লে। হায়রকই, "তাবিয়ু, রাসি ইচে। নখোয় মহাভাবত থাজদে হায়রি। মহাক্তীদি অসিগুম্বা রাসিদনি। থোক অমা হেক্তা হায়দোক্লগা লোইরে।"

কিরণময়ী ভুমিন্না লৈ। মতৈ-মনাওগী অণ্ডকপা ফংবা চিন্দা-পাউদানবা অসিগী অর্থ মহাক্না লৌশিনবা ঙমদ্রে। মহাক্না মপুক্লিংদা থল্লকই, মসি লীলা অমনি অমসুং মঙোন্দা অতম্ননা নুংগী করিনো অথুপ্পা রাকম অমা কুপশিন্নবনি।

উপেন্দ্রনা সরোজিনীদা অতম্ননা হংলকই, "ফরে, ইবেম্মবু মহা-ভারতকী রারীশিংতু অচুম্বনি হায়না থনবিব্রা ?"

সরোজিনীনা ইচম চম্বা মওংদা হায়রকই, "অচুম্বা থরদি তশেংনা য়াওই, অতুবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা অচুম্বনি হায়নদি কনানসু খন্দে, ঐসু খন্দে।"

সুরবালা অহানবদা ঙক্লকই, অদুগী তুংদা ফাগী তৌরিবোই নিংহুনা থৌশাখিদ্রে, অদুবু সরোজিনীনা অমুক্তসু রা অহুম-মরি হায়রকপা অদুগা উপেন্দ্রগী করেম-কথাইনবগী কোৎচিদা থোইদোক-হেন্দোক্লা চঙরুথ্রে অমসুং শাওগৎলক্লে; অদুগা উনা উনা মখোয় অহুম তর্ক কন্না তৌনরক্লে। অদুবু, মতম অদু ফাওবা কিরণময়ী রা অমতসু ঙাংদে। মরমদি, য়েৎন-রিবা পুন্নমক অসি তাৎ নত্তনা অতৈ করিগুম্বা থরা ওইরম্বা য়াই হায়বা মপুক্লিংদা থল্লুবা ঙমদ্রে। মহাক্না দর্শন-শাস্ত্রগী মরমদা তর্কগী লাম্হৈংনগ-দৌরিবী মহাক অদুনা মহাভারতমকপু লেংদবা অচুম্বনি হায়না প্রমাণ তৌননবা খ্বাংচেৎ লাকখৎথ্রে--অসিগুম্বা খনঙমদবা থৌদোকপু অচুম্বনি হায়না মহাক্না কমদৌনা মপুক্লিংদা লৌশিনগনি। সোমদা তর্ক অমসুং রা ককথোক-ককশিন তৌনবা লেপ্পা লৈতে। অদুবু কিরণময়ী শুপ্নগী সুরবালাদা মিৎয়েং কুপ্না য়েংহুনা তুমিন্না লৈখ্রে। উনা উনা মহাক্কী চিংনবগী অমম্বদু মনিলগী মতৌগুম পাইথোকখ্রে। উরক্লে, সুরবালাগী খোঞ্জেল, মিৎকী মিৎয়েং, মহাক্কী মাইথোং, অদুদা নত্তনা মশা 'পুম্বদা চিংনবা লৈতবা অচেৎপা থাজবা ফুগায়না শাৎলকপগুম্বদু। অথাবা অচৌবা লাইরিক অসি মহাক্কী মকমদা লেংদ্রবা অচুম্বনি। মসি তাৎ নত্তে, মসি অরেপ্পা থাজবমক্নি। অদুগী মতুংদা ঙাইহাক্তি কনানা কনাদা করি হায়প্রবগে, মাইকৈ অদোমদা মহাক্কী জ্ঞান লৈখিদ্রে। কমদৌননো শুমহৎপগী মতৌগুম সুরবালা অসিগী মশক খঙদবা ভাবকী শকুম অমা উবগুম্নকই। মদু মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রি।

অদুবু, মতৌ অসুম্না কয়া কুইনা লৈরমগদগে হায়বা ঙমদে, খঙহৌ-দনা উপেন্দ্রগা সরোজিনীগনা পুন্না হৌনা নোক্লকপগী মখোলদা মহাক্কী নুংবংনবদু কোকখ্রে। উবা ফংলে, মীনোক্কুগী মৈচাক্তা সুরবালা তৌকম খঙখিদ্রে। মহাক নাইতোম তারবনি। অদুনা মহাক্না কিরণময়ীবু খঙহৌদনা ময়াই লেপ্পা মীশক ওইনা লৌহুনা রারোবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "করে ইচে, মসিবু করিগুম্বদা মীনম্বা ওইবা য়াগদ্রা?"

উপেন্দ্রনা কিরণময়ীরোমদা য়েংহুনা নোক্লিংবা খাংহুনা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা, অর্থদু অসিনি, ভীষ্মগী শরশয্যাগী মতমদা অর্জুন্না তেনগী

মতেংন্না পৃথিবী চেকখায়হন্দুনা গঙ্গা পুখৎলকখি, মহু মীনম্বা রানি। করিগুম্বদসু পুখৎলকখিদে।"

সুরবালানা মপুরোইবগী মাইথোংদা থান য়েংহুনা হায়রকই, "করিগুম্বা পুরক্রুবা, অহু ওইরবদি হায়জগে তাবিয়ু। ভীষ্মদেবনা শরশয্যাদা চেপ্পা মতমদা ঈশিং থক্কে তাকপিখি। দুর্যোধন্না সনাগী নিংথিজরবা পাত্রদা ঈশিং হাপতুনা পুরকখি, মহু থকখিদে। মসিদি অমুক মীনম্বা নত্তে। গঙ্গাবু করিগুম্বা পুখৎলমদব থোক্লবদি মাগী খোরাংবহু করিনা কোকহনখিবগে ?"

সরোজিনীনা খাংঙম্রক্লহুনা হায়রকই,"করিনা। করিগুম্বা হায়রবদি, মাগী পাত্র অহুগী ঈশিং অহুমক্তা খোরাংবা কোক্লখি! মহাক্তা সনাগী পাত্র অহুগী ঈশিংমক থকখি।"

হন্দক্তি সুরবালা তমথীনা ফিজৎলক্লে অমসুং শাওনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি থক্কে হায়না ইহুনা লৈরম্লিবা করিগীনো ? অহুগা অহুম্নমক করিগুম্বা মহাক্তা সনাগী পাত্রগী ঈশিংমক থকপা তারবদি অর্জুন্না অহুক ৱানা তেন কাপহুনা লৈনুংদগী গঙ্গা পুখৎলকপগী দরকার করি লৈরমগনি! হ য়য়ুদনা ? ইচে, নহানমক হায়য়ু, মঙ্গিদি অমুক করিগুম্বা মওংদসু মীনম্বা ওইরোইদবা নত্রা ?" অসি হায়রগা নহাক্তা শাওনা অহুম ওইনমক মপুক্লিং মুংশিবা মিৎয়েংনা কিরণময়ীদা হায়জবা কোঙদোরক্লে। মিৎকুপকী মতুংদা উপেন্দ্রগী হোৌনা নোকপা মীবোক্লা কাহ্ন পুম্লিন নিনগ্লে। সরোজিনীসু খিক খিক নোক্লকই।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "খঙল্লেদনা ইতৈম-বেম্মা, পাউখুম পীবিরো। গঙ্গা করিগুম্বা পুরক্লমদবা থোক্লবদি খোরাংবা করিনা কোক্লখিবগে ? অহুবু খোরাংবা কোকখ্রবা মতমহুদা গঙ্গা কৈদৌনা লাক্লোইদৌরিবনো ?" হায়রগা অমুক্তা হোৌনা নোকখৎলকই।

অহুবু অঙকপনি ! কিরণময়ীনা নোকপা অসিদা য়াওশিনবা ঙমদ্রে। ঙকপনা নুংবংনরবা মিৎয়েংনা সুরবালাগী মাইথোংদা ঙাইহাক য়েংহুনা মহাক চপ য়ুংনা লৈখ্রে। অহুগী মতুংদা খঙহৌদনা অকনবা ঈথক্লা সুরবালাবু চিংশিন্দুনা মথাদা কোনশিল্লগা মহাক্তা তুমিন তুমিন হায়রকই, "মীনম্বা নত্তে ইনাও, কদায়দসু মসিগী মনুংদা মীনম্বা মচেৎ অমতা য়াওদে।

গঙ্গা করিগী লেংঙক্রনি ! নহাক্লা খঙলিবহু, পারিবহু, পুন্নমক অচুম্বনি। অচুম্ববুদি মী খুদিংমক্লা খঙবা ঙম্নদে ইনাও, অহুন্না করেম-কথাই-নরিবনি।" অসি ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মমিৎ অনিমক পীনা থুমহৎলক্লে।

সরোজিনী অমস্তুং উপেন্দ্র মবানিমক চঙক্লনা তৌকম খঙদনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংডুনা লৈক্লে। কিরণময়ীনা মাইকৈ অদোমদা হন্না ফাওবা য়েংলুদে। মহাকপু অহুম মথাদা চেজেৎ কোনশিন্দুনা মপী তৈথোক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইনাও, ধর্ম্ম-শাস্ত্র য়াম্না পারবা মখোয় অহুনা খঙই, ঙসি নহাক্লা তৌরিবা মওং অস্মুন্না বিচার তৌখদগী হেনবা অথোইবা বিচার কিংঙম্বা ধর্ম্ম অমতদা য়াওদে, কনাগুম্বা পণ্ডিত অমতনা করিগুম্বা নুমিত্তস্মু অস্মুন্না ভৌবা ঙমদে—মখোয় পুন্নমক্লা মতৌ অস্মুম তৌনা মপুক্লিংগী রা ফোঙদোক্লিবনি। রাকম অসি খঙবা মহাক অহুন ঙসি নহাক্কী রা খরসি তাবদা নোকপা ঙম্বগী মতিক লৈরোই।" অসি হায়রগা মহাকপু থাদোক্লগা সরোজিনীরোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নহাক্লে ইনাও, ঐগী থোদৌসি উবদা ঙক্লম্বা য়াই। ঙককমস্মু থোকই।" হায়রগা নোকক্ষেৎ তৌরকই।

অহুমু খ্বাইদগী হেন্না তুকক-তুকাই চল্লিবদি উপেন্দ্র মশামক্নি। মক্ল ওইনা, কিরণময়ীগী রাখল অওকপা ফংনা হোখিবা অসিগী মরম মহাক্লা তশেংনা শুকখঙ খঙবা ঙমদ্রে। মহুদি, ঙাইহাকখক্কী মমাংমক্লদা ময়েক শেংনা হায়খ্রিবনি, বুদ্ধি অমদি অভিজ্ঞতা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা মওংগী কালা অমতবু মহাক্লা মরা লৌদে, অমস্তুং মসিগী মপালগী পোৎ অহু মসিগী মনুংদা চংহনবস্তু দরকার করিস্তু লৈ খন্দে, অহুগুম্বী মহাক্কী পুকচেলহু সুরবালাগী থোইদোক্লা চমজবা অহুগা অঙাংগী থৌওংহুদা হোংখ্রিবা মওং অসি কমদৌননো ! মহাকপু মথাদা কোনশিল্লগা হৌজিক্কা হায়খিবা রাশিং অহুদি মপুক্লিং শিনবা হায়জিনবা নত্তে ! অহুদা নত্তনা মহাক্লা তশেংনা খঙই, হায়খ্রিবশিংহুগী মুংগী চপ চাবা অর্থ থম্মোয়দা লৌশিনবা ঙম্বগী মতিক সুরবালাগী লৈতে। খ্বাইদগী হেন্না ঙক্লিবদি, ঈখঙ খঙহৌদনা হৌরকখিরা মপী ঈম্বা অহুনি। মহু কমদৌনা ঈহৌরকাগ্রনো ! মসিদগী থোইদোক-হেন্দোকপা রা অম লৈ।

উপেন্দ্রনা চিংনবা লৈতনা খণ্ডই, অসিগুম্বা মখলগী কুপ্প-লৌশিং লৈবা নুপা-নুপীনা মপুক্লিংগী ঈহুল শৎ হেক্তা ক্ষোঙদোকপা করিগুম্বা মওংদস্তু পায়দে। করিগুম্বা মওংদা উৎথোকপ্রবদি মখোয় ঈকাইজবগী ভমথৈ লৈতে। অদুবু, ঈকাইবা মরিক অমতা মহাক মশাগী ব্যবহারদা উবা ফংদে, খুদম অদুদি শকখণ্ডনদবী সরোজিনীনা ফাওবা উবা ফংখিদে।

সন্ধ্যা মতুং ওইরে। কিরণময়ী মযামগী মক্ষমদগী বিদায় লৌরগা তপ্না তপ্না লাক্কুনা গাড়ীদা কাখৎলরে।

দিবাকর য়ুমদা লৈতে ; সন্ধ্যাগী কোইথোকপা মপালদা থোকখি। মরম অদুনা হঞ্জানদুনস্তু উপেন্দ্র মতোমদা মনুংদা কাখৎতুনা ফম্বা তারে। অদুবু কিরণময়ীদি মঙোন্দা অমুক্তুস্তু হন্না ফাওবা য়েংলক্তবগুম্মী। গাড়ীগী কাচিন অমদা মকোক ঙাদুনা চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈ।

ঙাইহাক হৌরে। অদুম্না তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈবস্তু ফজদনা থোকই। মদুদা নত্তন উপেন্দ্রনা কিরণময়ী করিনো অমা খল্লি হায়বা ভশেংনা খণ্ডলে। অদুবু করি খল্লিবনো, মদুমক ভাবনা শাজিন্নবগীদমক হায়রকই, "উবিরক্লেদনা। লৌশিং-চাওবীদুগা লোয়ননা ঐ য়ুম্বানব। তারিবনি। অদুনু, পাক হেক মাবু মাইথিবা পীননবা উপায় লৈতে, মদুদা ইতৈম-বেম্মনা ঙসি লীলা শান্নদুনা পীবিরম্লিবা সার্টিফিকেট মতা অসিদা হন্দক্তি মাবু অমুক লাম্বা ফংলরোই।"

কিরণময়ীনা মসিগী করিগুম্বা পাউখুম অমতা পীরক্তে। ঙাইহাক্তুং ঙাইরগা উপেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়রকই, "অদুবু মতাংসিদা মসিগী লোই-গদবা নত্তে ইতৈম-বেম্মা। মহাক য়াম্না পঙই, পোকপদগী হৌনা করিগুম্বদস্তু মীনম্বা রা ঙাংবা ভমজদে।"

কিরণময়ী অদুম চপ য়ুংনা লৈ।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "করিগীনো খণ্ডবিত্রা? অমনা লাই কোটি ফুম্থ্রা হুমদোইনা মাবু মাইকৈ মরিদা কোইশিন্দুনা অয়ুক-নুংদাং শেন্নদুনা লৈ,—মদুদা নত্তনা, ওইদবা রাকমদু মশাগী মবুদ্ধি শিজিন্নদুনা শাজিন্দুনা ঙাংননবা মদুগী শক্তি মঙোন্দা লৈ।"

কিরণময়ীনা ফাজিল্লবা খোম্থোক্তা শন্না হায়রকই, "করবমক্তি।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুক হাক্লা হেনমনবদু অকবা ওইগনি হায়বা ঐদি খন্দে ইতৈম-বেম্মা যুম্বানবা তারবদি মীনম্বা খজিক-খরাক্তী মতেং লৌবা তাবনি। কনাগী করিস্সু অমাংবা থোক্লোইদবা, অদুম ওইনমক শাস্তি কায়বা, উপদ্রবদগীদি নাম্থোকপা কঙ্গনি, মদুদা দোষ করি লৈবগে ? ঐদি থোইদোক্লদুম ফৈ হায়রিবনি।"

"ফরবনি, তম্বিবা য়াদ্রা ?"

"কমদৌনা তম্বিগদগে ইতৈম-বেম্মা ? করিস্সু লৈতবা মীনম্বা মচা অমদগী যুধিষ্টিরগী খুদোংথীখিবনি হায়বদু মহাভারত্তা ইরিবনিদনা। লাইয়াম অমা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ময়া কাহুনা কম্লিবনি, মদুদা খঙন-উনা মীনম্বা রা ঙাংলুরবদি মহাক অমুক তিংখিগদ্রদো ! মথোয়না সোরো-সোরো লাক্তুনা চিংহুনা পুরগা মাবু নরক্তা ইম্থগদৌরিবনি।"

লেপকক তৌরগা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা, ঈশ্বরগী মশক মানা মমিৎ উইশিনবদা য়াম্না ময়েক শেংনা হেক্তা উবা ফংই, মদু অঙকপা থৌওং অমনি। কনানো থাং-চুঙ্গোই পায়দুনা, শঙ্খ চক্র-গদা-পদ্ম পায়দুনা, কনানো বাঁশী মখুৎতা পায়দুনা অমুম্না শং শংনা মাগী মাংদা লাক্তুনা লেপ্লে, মদু তাবদা ঐ থম্মোয় ফাওবা তু চুংই। অতোপ্পা কনাগী মফমদগী অদুগুম্বা রা তারবদি মীনম্বা শাশিন্নবা রারীনি হায়দুনা নোকথোক্লমগদবনি। অদুবু মাগী মরমদা বদনাম অসি চিন্দা পল্লুনবা উপায় লৈতে।"

অসি হায়বদা শ্রদ্ধানা প্রেম্না চাওথোকচবনা ফুনগৎলক্লবা থম্মোয়না মুংশিনা ফাগী তৌবগী খোঞ্জেলদা হায়রকই,"অদুনা খঙন-উনা মাবু মীনি হায়দনা শা মখল অমা ওইনা হায়বসু য়াই। অঙকপনি মাগী বুদ্ধি—অঙাং ওইরিবৈদা মাগী মমিং পশুরাজ কৌরম্মী—মদু করিনো ইতৈম-বেম্মা ?"

গাড়ী চিথেক হাইদোরকপমক্তদা লম্বীগী গ্যাসকী অরংবা মঙাললনা খঙহৌদনা কিরণময়ীগী মাইথোংদা ফুরবদা উপেন্দ্রনা থোইদোক্লা চঙক্লনা য়েংলকই, মহাক্কী মমাই 'পূম্বা পীনা পূমচোৎ চোৎলম্লে।

উপেন্দ্র ঈকাইরদুনা চপ য়ুংনা মরু লুকচাননা কমদুনা লৈখ্রে। খঙদদুনা মহাক্লা মুংঙাইবা মাধুর্য্যদা লুপদুনা নুংশিনা চাওথোকচনা ফাগী মথং মথং চৎথনা তৌরক্লি, অদুগা মী অমনা মফমদুদা তশেংনা মহাকমক্কী

মাংদা কমহ্না কনানা খঙগনি করিগী মৈচাক্লো মখোল্ল থোক্লনা কপ্পদা থবাক চেকথায়রক্লি।

পাথুরেঘাটকী য়ুমদা মবানি খুংলব। মতম অদু অহিং য়ুথক অমা হৌখ্রে। চাওরাক্লা লম্বী লমশাংদু কিরণময়ী তুমিন্না লৈরকই; অদুবু মনুংদা থোঙ থাংজিল্লকপমক্তদা খঙহৌদনা থোইদোক্লা মৈশা লাংবা খোঙ্জেন্না হায়রকই, "আঃ, ঐগী লাইবকসে থিখ্রেদা। শুপ্পগী কোইচৎ চৎতুনা লেল্লক্লি। অদুবু অসুক কুইবা অসি কাওব ঈশিং মরিক অমতসু থকপা কংদ্রেদো ইনাও-ইবুংঙো, মদু লাইবক থিবী ঐগী মিত্তা উরুদ্রে। মাই-মিৎ তাখোক্কেরা? অদুদি তোকও। ঐগী তুং ইন্দুনা চাকশঙদা চংলকউ, লুচি অনিদং তাওবদা মিনিট তরাদগী হেন্না চংলোই। (মীনাইনুপীদা) নঙ শীংগী লৈরংদু থাগৎলম্লগা নয়ুমদা হঞ্জখিবা য়ারে! চৎলো ইবেম্মা, শৎ লোইশিল্লম্মু। মরম্মেকপী ইবেম্মনি ঐগী।"

মীনাইনুপী থোঙ থিংবা লাকপনি, অমসুং অসুম ময়ুমদা হল্লসিরা খল্লম্নিবনি। অদুবু য়াথং ঙাকপা মহাক অমুক মথক্তা কাথৎপা তারে। গেটকী থোঙ থিংজিল্লম্লগা মহাক থুনা য়াংনা চৎখ্রে।

অদুবু লুচি হৌবগী রাকম হৌদোরকপসিদা উপেন্দ্র তশেংনা তৌকম খঙলক্রে। য়ানিংদবা কন্না ফোংদোক্লুনা হায়রকই, "মদু তৌবিবা শুপয়া য়ারোই। ইতৈম-বেম্মা! ঙসি অদোম থোইদোক্লা চোকথরে। ঐ হল্লগা চারুরগে—ঐগীদমক্তা করিগুম্বা মওংদসু রাবিরুবা য়ারোই।"

"য়ারোইদোরিবা করিগীনো?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মদু শুপয়া য়ারোই—করিগুম্বা মওংদসু য়ারোই"

কিরণময়ী খোইরুম মোমোন তৌরকই, মাইথোং মকালাম্ন হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো নহাক থোইদোক্লা অফবা মিংচৎতা য়াম্না লিকশিল্লি। মিংচৎ অসুক য়াম্বসি কদায়দা থম্মুগদোরিবনো হায়য়ুদনা?"

খঙহৌদনা অসিগুম্বা রা পল্লকপগী মরম ভাব তাবা ঙকত্রহনা উপেন্দ্র হাইফেৎ ঙকচানরকই।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মদু করিগী ওইদনি ইনাও ইবুংঙো। মীগী য়াইফনবা তৌবিবগী নহাক্কী মিংচৎভা অসুম্না মশাগী ওইজবা চেন্দ্রে,

অসুম্না মরি শুপ্লে লৈনরুদবা পাম্লি, স্বর্গ মর্ত্য কদায়দসু মদুগী জোড়া শুনা লৈতনবা। ঐখোয়গীদমক নহাক্লা তৌবিরিবসিদা ইনাও-ইবুংঙো, মদুদা ঐনা থবাক শেগায়রগা নখোঙ চামখোকপা ফাওবদা নহাক্লা য়ানিংদবদি লেমজদে। অদুগা চানবা অনিদং হৌবগী ব্রা পল্লুবদদা ঙক হাইরিব্রা? হৈমা, ঐখোয়বু নহাক্লা করিনি হায়না খনবগে হায়য়ুদনা? ঐখোয় মী নত্তব্রা? নত্তে, মীওইবগী ঈ ঐখোয়গী হকচাংদা চেন্দবা।"

উপেন্দ্রনা থোইদোক্ল ঈকাইনা অমসুং নিংশিং-মাংজিংননা হায়রকই, "পূম্নমক অসি করিগুম্বা ব্রা অমা খন্দুনা য়ানিংখিদবা নত্তে ইতৈম-বেম্মা! ঐ শুপ্নগী—"

"শুপ্নগী হায়বদি করিনো ইনাও-ইবুংঙো? অদুদি খঙলে য়ুমদা হুল্লকপ মকুমদা করি হায়খিবগে হায়খিদবগে নিংশিংলরিরোইনে?"

উপেন্দ্র হিংলে। করেম্নসা অমুক অচম্বা লম্বীদা হন্দোরক্লবদা মহাক্লা হুরাওদুনা নোক্লুনা হায়রকই, "বদনাম অদু ঐঙোন্দদি পকচে হায়বা য়াম্না ইতৈম বেম্ম, মদু ঐ য়াজদবা তৌদে। অদুবু হৌজিক মদুগীদমক নত্তে। তংশেংনমক ঐনা খঞ্জে, ঙসি ইতৈমা য়াম্না চোকথবিরে।"

"চোকথরবা? ওইজসন্নু কৈদৌই!" হায়রগা কিরণময়ীনা অমুক হন্না নোকফেং তৌরকই। অদুগী তুংদা খঙহৌদনা শকক্ম খঙহন হন্জিল্লগা হায়বকই, "ওম্মোকপনি! ঙসি করিগুম্ব ইনাও-ইবুংঙো সতীশ লৈবম্বা থোক্লবদি ইশাগী ব্রা ইশানা অমুক হায়রম্লোইদবনি! মহাক্লা মরৈ জিশিং লোংভুনা ভ্যষণ হৌবমগদবনি। নত্তে ইনাও ইবুংঙো, ঐ ইশাগী চোকথ-খোংথবা পূম্নমক অদু খল্লুবা য়াবা ফিভম নত্তে, মদুগী মথক্তা বাঙাল্লী ইমুংগী কনাগুম্বী নিঙোল অমতগী মক্ষমদা বদনাম অদু পীরুবদা পকচদবা য়াই! ইমুং মনুংসু ওইসন্নু, অদুগা মীঙোপসু ওইসন্নু, নুপা ওইবশিংনা চান্দ্রি থক্লি তাবদা বাঙাল্লী নিঙোলদি শিবা তানা লৈরবা ফাওবদা অমুক্তংদি ফুক হৌগৎলিবনি। মদু খঙব্রা?"

উপেন্দ্রনা হন্দক্তি নাক্লুনা হায়রকই, "করিগী খঙদনি ইতৈম-বেম্মা, মুন্না খঙই। লাল্লে হায়বা ইশানা য়াজরি—অমুক মখা তাবিরনু। লামসু লাম্নবনি, চৎপিরো করিনো পীজরো।"

"লাকও" হায়রগা কিরণময়ীনা লমজিংহনা চাকশঙ তম্না চৎলক্লে। মনেম্বোক্কী কা মপা য়োবদা থোঙ কাংহনা মঙক থিংজিন্দুনা য়েংলকই, মহাক ইশি শিনা তুম্লি।

চাকশঙদা চংলক্লগা কাল থাহুনা সতীশপু কমহনবা অহুগুম্না উপেন্দ্রবু কমহল্লে।

লৈরং মৈ থাগৎলম্লগা মীনাইনুপী অতৈ অতৈ শিন-লাংননবা মপালদা থোকপ্লবদা কিরণময়ীনা মাগী অনৌবা অতিথিহুদা য়েংহুনা হায়রকই, "ককে ইনাও-ইবুংঙো, ঐ রাগনি হায়হুনা চাদনা চৎননবা হায়খিবা রাকম অহু করিগুম্বা অতৈ কদায়দবু ওইরবসু কনাগী মমাংদসু ওইরবসু হায়রম্বা থোক্লবা, অহু ওইরবদি ঙসি নহাক করম্বা চৈরাক ফংলমগদগে খঙব্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "খঙই। অহুবু মকমসিদদি চৈরাক ফঙনি হায়বগী অকীবহু অমুক লৈতে ইতৈম-বেম্মা !"

মীনাইলুপী মোইদা হাপ্না পুখমহু থনম্লগা চৎখ্রে। কিরণময়ীনা মমাংদা চিংশিল্লগা মরু লুকথহুনা খোঞ্জেল পিক্না হায়রকই. "হায়বা ঙমদে ইনাও-ইবুংঙো, লাইবক্না চৈরাকী লৈই লৈরবদি করিদগী করি থোক্কদগে, কদায়দগী লাকুনা করম্বা অরা-নুংঙাই ফংগদগে, হান্ননা মহুগী করিগুম্বা হিসাব অমতা ফংবা ঙমদে। লাইবক্না তম্লম্বহু ককপা য়াগদ্রা ? য়ারোই ইনাও-ইবুংঙো, মখোয় মশানা লাকুনা লেংবান্দা তোংলে।"

উপেন্দ্রনা কিশিহু তাংদাংবা খঙলুবা ঙমদ্রে। শুপ্লদগী হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই।" কিরণময়ীসু খুদক্কুদা অমুক করিগুম্বা রা অমতা ঙাংলক্তে। শুপ্লগী অমুক্কুং উপেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংলম্লগা মোইদা নোই-রকই। মহাক তুমিন তুমিন নোক্লিবোই নিংই।

ঙাইহাক তুমিন্না থবক তৌহুনা লৈরম্বদগী খঙহৌদনা তাঞ্জা অমদা মমাই থাঙৎলক্কনা অহুম হায়রকই, "ককে, ঙসি রা অহুক চাওথোক-হন্দুনা মৌগ। উনহন্নবা পুবগী রাকম অহুদা অথুপ্প করি চেনবগে হায়মুদনা য়েংসি ?"

উপেন্দ্রনা হাইফেৎ ঙক্লা হায়রকই,"রা চাওথোক-খোৎতোকহনবদি করিসু তৌদে ইতৈম-বেম্মা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদুদি খঙলে ঐনা লাম্না শৌরম্নগনি। হায়মিংই, অদুক হাক্লা মথল মথলগী নমথাক-লৌনম তৌদুনা পুরিবা করিগীনো ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নমথাক লৌনম্মু করি তৌগ্রবগে ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অপঙবীনি হা-অদুনি মথল-মথলগী রা ময়াম অমা হায়জিল্লি। অদুবু তৌশিন্নদুনা রা ককথোক-ককশিন তৌরগা অমুক করি ওইগদগে ইনাও-ইবুংঙো ? মৌদুবু অপঙবীনি হায়না লৌরবদি, নতৈমা ঐবুদি কয়া য়াম্না মুন্না খঙলবগে ? অদুক লায়না ঐবু ঙাওহনবা ঙমগনি হায়নমক খনব্রা ?"

"নত্তে, মদু খন্দে।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। মরমদি, য়াম্না চম্না উপেন্দ্রনা পাউখুম পীবা পাম্নবনি, অদুম্না পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। পামজদ-দুনম্মু মহাক্কী খোঞ্জেলদা লুমথরকই, অদুবু কিরণময়ীনা মদু খঙই হায়বা উৎদ্রে। অদুম অচম্বা কাগীগী খোন্থোক্না হায়রকই, "অদু ঙইরবদি ?"

উপেন্দ্রনা মশাগী খোঞ্জেলদা লুমথখিবদু ভাব তান্দুনা মপুক্লিংদা ঈকাইজ্রবা পোকপ্রবনি, তাল্লক অসিদা মহাকসু মশাবু কাথজদ্রে। নোক্লুনা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা, অদোমগী মক্কমদা কাগী তৌবা অরায়বা থবক্না ? অদুবু নমথাক-লৌনম তৌরমগ্রবদি অদোম চৎপি-য়ন্নোই। ঐনা কয়াগী মতিক অপঙবী অমগা লোয়নননা মুম পাল্লিবগে হায়বা উবিরন্নোই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মদু উরগা ঐগী কান্নবা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "কান্নবা অদোমগী নত্তে, ঐগী কান্নবনি। মী খুদিংমক মশাগী অরাবা ফোঙদোক্লুনা অন্নাবদু ময়েং ঙাহনবা পাম্মে। মীওইবগী স্বভাবতি অসিনি। অদুনা নমথাক-লৌনম তৌবদা করিগুম্বা নুংঙাইজবা থরমথৈ ফংহনখিবা থোক্লবস্সু মদু ইতৈমগী থৌজাল ফংনবগী-দমক্কনি। অতৈ অতোপ্পা মরমগী নত্তে।"

কিরণময়ী ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। অদুগী মতুংদা রা ঙাংলকই, অদুবু মমাই থাঙ্গৎলক্লুনা য়েংলক্তে, হায়রকই, "অমুক থাংবা ঙমদ্রে ইনাও-ইবুংঙো, থাগৎশিন্নবা অসিগী পরেং লেংবসি হৌজিক্তি

তোক্নগুদনা। নহাক্কী অপগুবীদুবু অপগুবীনি হায়দুনা করিগুম্বা খরা হুম্বনা নুংশিব্বম্নবা, মদু ওইরবদি ঙাইহাক্কা অমুক তাহনবা য়াম্নমগ-দবনি। থৌজালস্মু খরা ফংলমগদবনি। অদুবু ইনাও-ইবুংঙো সতীশকী মফম্নদগী ঐ পূম্নমক তারে। ফরেনে, মাবু য়াম্না নুংশিবিদবমকস্মু ওইরসনু, অদুবু মদুনি হায়দুনা ঢোল থিন্দুনা কোইশন শন্দোক্লগন্ত্রা? খজিক্কস্মু হণ্ডানবা পোক্কত্রা?"

রাসি তাবদা উপেন্দ্রনা করি হায়গদগে, করি খনগদগে, ভাব তাবা শুপগুম ওমন্ত্রে। মসি করম্বা মওংগী রাঙাংনো! মসিনা করম্বা থোঞ্জেলনো! ফাগীদি মসিদা কন্নিমতা চেন্দে, অদুবু মসি করিনো? করেম্নরিত্রা? খনবনত্রা? য়েংথিত্রা? মসি করিগী মনিলনো, লুগ্রাবী নুপী অসিনা অহিং অসিদা, অচিকপা কা মনুং অসিদা ঙসি মহাক্কী মাংদা ফমদুনা ঙাংনবা হোৎনরিবসি!

অমুক কনাস্মু রা ঙাংখিদ্রে। ফনা কুইরবা কাওবা মবানিমক তুম্নিন তুমিন মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈ।

মীনাই নুপীনা থোঙগী মপালদগী অমুক্কং খোঁদেম্নকই। অদুগী মতুংদা মঙক লিৎশিল্লক্লগা হায়রকই, "ঐদি অমুক পম্ববা ঙম্মরোই মমৌ-ইবেম্মা। গেটকী থোঙদু অমুক্কা থিংজিলহল্লমদনস্মু চৎপা ওমজ্রে।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "চৎলগেরা? অদুদি ঙাইহাক্কা কম্নমথো ইনাও-ইবুংঙো, ঐ গেটকী থোঙ লোনশিল্লখিগে।" অসি হায়রম্নগা মহাক চৎখিবমক্কদা কা মনুং অসিদা মতোমদা ফমদুনা উপেন্দ্রগী থম্মোয়মুংদু অস্মুম্না খনঙমদবা খোঁরাংবা অমনা খনগৎলক্লিবদু মপূন্সিদা করিগুম্বদস্মু মহাক্না অমুক্কা থেংনখিদ্রি। মহাক্কী তোররিংবা লমচৎ মতম চুপ্পদা স্ফটিক-মণিগী অরংবা ঈচেক্কগী মতৌগুম্না চেম্বরক-খিবনি। কদায়দস্মু কৈদৌঙৈদস্মু অপন-অরাক থোকখিদে। কদায়দস্মু করিগুম্বা নুমিত্তা কলঙ্কগী মনিল মরিক অমা কাওবা চংলক্কনা মঙোন্দা মথি তাহল্লখিদে। অদুবু ঙসি অচিকপা কা অসিগী মনুংদা থোইদোক্লা তরু-তরুবদুদা অমোৎপা চুবগুম্নক্লে!

## কুনতরেৎ

মীনাই নুপীবু বিদায় পীগ্রগা কিরণময়ী মশাগী মফমদা হঞ্জিল্লক্কনা ফম্নরে, উপেন্দ্রনা মঙক থাঙ্গৎতুনা অমুক্কস্মু য়েংন্নুবা ওমদ্রে। মদু

কিরণময়ীগী মিৎয়েংদগী নাম্বোকখিদ্রে, অদুবু, মহাকস্মু করিগুম্বা রা অমতা ঙাংদনা তুমিন্না থবক তৌদুনা লৈখ্রে।

মিনিট তরা মতৌ অস্নুন্না হৌখ্রে, মতম অদুদা কিরণময়ীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ক্ষরে, ইনাও-ইবুংঙো, মরুম্নদগী কনাগুম্বনা করিগুম্বা ঐখোয়না মতৌ অস্নুন্না তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈবসি উরবদি করি ওইনা থন্নবিগদগে হায়য়ু তাসি ?" হায়রগা মহাক থিক থিক নোক্লকই।

মীনোক অসি উপেন্দ্রনা মমিৎনা উত্রবস্মু থম্মোয়দা ভাব তারকই। হায়রকই, "অক্ষবা ওইনা থন্নদবা য়াই।"

"অদুদি ?"

"করি তৌক্লনি ইতৈম-বেম্মা, করিগুম্বা রা অমতস্মু থিবা ফংদে।"

কিরণময়ীনা নোক্লুনা হায়রকই, "ফংদব্রা ? ক্ষরে, ঐ থিদুনা পুথোরক্লগে। অদুবু মরক অসিদা রা অমতংদি হায়হৌদুনা থমহৌগে, ঐনা চাননবা হৌব-খোৎপদগীনা নঙোন্দা পীজরগা বিদায় পীব্রিবা ফাওবদা পুংখায় অমদগী হেন্না চংলোই। মতম অসিখক অসিদদি নহাক থরমখৈ মাইথোং মকালান্না রা ঙাংউ, অদুন্না তুক্ষক-তুক্ষাই চন্না ফমদুনা লৈগনু।"

উপেন্দ্রনা নমদুনা নোকশিন্নদুনা হায়রকই,"ক্ষনি ঙাকপিয়ু।"

কিরণময়ীনা অমুক থিক থিক নোক্লকই। হায়রকই,"অদুম ওইনমক ক্ষরে, মতৈমগী ইজ্জৎ ঙাক্লুনা খিত্তং নোকপসি। নহাকপু উরকপদগী হৌনা রা অমা ঐগী থম্মোয়দা হেক্কা থল্লকই ইনাও-ইবুংঙো। অদুবু মদু তাবদা অমুক ওন্ননা লৌদুনা শাওরক্লোইদনকো ?"

"নত্তে, কৈদৌনা শাওগদগে ?"

"কনানা খঙগনি ইনাও-ইবুংঙো, ক্ষর-ক্ষরবা কাব্যদা পাবদদি ফংই, মদু ঐখোয়গী ইরৈবাক্কীবু হায়রো, অদুগা মীরৈবাক্কীবু হায়রো, মিৎতা অহানবা উবমক্তদা লেংদবা নুংশিবা অমা—ক্ষরে, মসি ওইথোকই হায়না খনব্রা ?"

উপেন্দ্রগী মাইথোং মিৎনা কুপ্পদা ঈকাইবনা ঙাংলক্লে। হায়রকই, "অক্ষ-ক্ষত্তা করিগুম্বা কাব্য অমতগী মরমদা ঐদি থোইদোক্লা করিগুম্বা জ্ঞান অমত্তা লৈত্তে ইতৈম-বেম্মা, পুম্নমক অদু ঐদি খঙদে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহু করি রানো ইমাও-ইবুংঙো ? অহুক হাক্না লাইরিক তম্লক্লে, অহুক য়াম্না পাস ভৌহুনা শেল অহুক হাক্না তামশিল্লি, অহুগা কাথ্যগী মরমদা করিস্নু খঙদবা ? শকুন্তলা, রোমিও-জুলিয়েট অমি অসিবু নহাকপু পান্দ্রিব্রনে ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অহুবু পাহুনা পাস তৌবদদি ওইথোকপা ওইথোক্কবা লেপলুদে। লাইরিক্তা ইরম্বা অহু চিনকা পুরগা থোক ইশিল্লম্বনি। ইভেম-বেম্মগী মতৌঙ্গুম কনাগুম্বা পরীক্ষা লৌবা মীশক অমতনা কৈদৌউঙদস্নু রাহং হংখিদে—মহু ওইবা য়াত্রা য়াদত্রা হায়বা। ঐবু ঙাকপিগনি ইতৈম-বেম্মা, পূম্নমক অসি নৈনবদ' নহাকী ভুং ইনবা ওনজরোই"

কিরণময়ীনা মকশিন্না মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "অহুনা হংখিবনি, তাবদা শাওরক্কদ্রা ?"

"অহুবু, শাওবদি শাওদে।"

"শাওদ্রবদি করবনি," হায়রগা কিরণময়ীনা চাক্লিবা লৈরং মথক্তা ঘি হাপ্পা থাংহু থাঙ্গৎখ্রে।

লুচি অহুম-মরিথক রা ঙাংদনা হোৌরগা কিরণময়ীনা খঙহৌদনা হায়রকই, "ঐনা খঙনিংলিবা রাকম অহু নহাক্না নৈনবা পামদ্রে। ঐগী লাইবক্নি! অহুবু রা অমগা হঙ্গে ইনাও-ইবুংঙো, নুংশিনববু মীনা মিৎতাংবনি হায়রিবা করিগীনো ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মিৎ পাংনা পাংনা মীওইবনা চৎনদবা মকম অহুদস্নু মানা পুহুনা চৎপনা ওইরম্বা য়াই।"

কিরণময়ীনা খঙনিংনা হংলকই, "চৎপ্রনে ? হায়রিবহু অচুম্বরা, নুংশিনবসি মিৎতাংবা ?"

"করিগী চুমদনি। মী কয়াগী অভিজ্ঞতা কয়াগী পাইহু-পারোনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মুংঙাইবা রানি। মহু করিগুম্বা ওইরবদি মিৎতাংবনা করিগুম্বা কোমদা তারবদি মী চেনশিন্নরক্নুনা মাবু লৌখৎলে। য়াম্নীদমক রাবি, মানা মানা গুমজবা মতেং পাংই, অহুবু নুংশিনহুনা মিৎ তাংলবা মীশক অহুনা কোমদা তারবদি কনাম্নু লৌখৎপিননবা চেনশিল্লক্কে। থোইদোক্লম্রম অমুক্লস্নু মখোঙ-মখুৎ থুদেক্নুনা কোম

অহুমক্তদা ফুমজিনবা পাল্মী। মীওইবা মশামক্কা প্রচার তৌরিবা অচুম্বহুবু দরকার ওইবা মতমদা করিমত্তা ঈকাই-খুম্নবিদে! ঐগী রাসি ভাব ভাবা ঙমব্রা ইনাও ইবুংঙো?"

উপেন্দ্রনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "করিগী ঙমদনি!"

কিবণময়ীনা হায়রকই, "ঙমগনি হায়হুননি নঙোন্দা হংলিবসি। অহুবু, মহু ওইরবদি য়েংউদো, অতোপ্পগী মতাংদদি পোৎ কয়া খঙহুনস্ম নমহুনা কাওথোকপা পাম্লি। মিৎতাংববু মমিৎ উবনা দত্তি পীবদা মশাবু অকন-অথৌ ওইনা খঞ্জে। অতোপ্পগী বিচায় তৌবা মতমদা রাকম অসি ক্বাওবা নিংশিংদে, মিৎ তাংলবদি মহাক মশামকস্মু কোমদা তাবা য়াবগী ওইথোকপহু মীশক অহুদগী খজিক্তস্মু হস্থগদবা লৈতে হায়বা।"

উপেন্দ্রনা হাইক্ফেৎ পেন্দনা ঙকপগা লোয়ননা হায়রকই, "মহু হস্থরমদবা য়াই, অহুবু ঐনা খনবদদি লাম্বা ক্বংদে ইতৈম-বেম্মা, পুম্নমক অসি নৈনবিরিবা করিগীনো? অচুম্বা ওইসনু, মীনম্বা ওইসনু, অদোমগী পুন্সিগা রাকম অসিগা করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনদে।"

কিরণময়ীনা উপেন্দ্রগী পেন্দবহু উহুনস্মু নোক্লকই, হায়রকই, "মিৎ-তাংবনা খন্ন-নৈনহুনা কোম্নদা তাবা নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, তাবদা খন্ন-নৈনবনি। ঐ তাদে নত্রগা তাননবগীদমক মাইকৈ অদোমদা চৎশিন্দে, মহুমক কমদৌনা খঙলিবনো?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "অহুবু অদোমদি মিৎ তাংদে। ঐনা অদোমগী লাও-লাওরবা মিৎ অনি পানবা উখি ইতৈম-বেম্মা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মসিদনি লুরিবসি ইনাও-ইবুংঙো, মখল অনিগী মিৎতাংবা লৈদনা! মমিৎ উইশিন্দুনা চৎলিবা মখোয় অহুগী মরমদি খন্নরুনিংঙাই লৈতে—মখোয়মুদি মশক খঙবা ঙম্মী। অহুবু মমিৎ অনি পাংথোক্তুনা চৎলিবা, উবদি ক্বংদবা মখোয় অহুগীনি অম্মুক ইরাং থোক্লিবসি। মখোয় মশাবুস্মু মীনা ঠোগ তৌবি, মীয়ুস্মু ঠোগ তৌরুদনা ভোক্তে।"

উপেন্দ্র নুংশুক-নুংজাননা ক্বমহুনা লৈপ্রে। মঙোন্দগী পাউখুম ক্বংত্রবদা কিরণময়ীনা থোইদোক্তা খঙনিংবগী মওংগুম্না হংলকই, "ক্বয়ে, ঐগী লাওর-লাওরবা মিৎ অনি উখি হায়রি ইনাও-ইম্বুংঙো, মহু কৈদৌ-ঙৈনো, খঙবা য়াগত্রা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মহু ইথৈমগী নপুরোইবা শিবা মতুংমক্তদনি। নুমিৎ অহুদা অদোম্বু অদোমগী উখিবা অহুঁনা করিগুম্ব। নুমিত্তম্বু অদোম্বু লান্না লৌজরোই। করিগীনো অদোম্না ইশাবু মিৎ তাংই হায়না কীবি-রিবা, মহু অদোম্না খঙলিগনি, অহুবু ঐদি রাফম অসি অচুম্বা নত্তে হায়বা খঙই। নুমিৎ অহুদা অদোমগী মিৎ অনিদা ঐনা উবা ফংখিবা মঙাল অহুদা তশেংনা খঙথ্রবান, অমম্বা কয়ানা অদোমগী মাইকৈ মরিদা কোইশিল্লসনু, অদোম্বু ঙাওহনবা ঙম্মোই। অদোম্না অচুম্বা লম্বীহুগী মতুংইন্না পুন্সি চুপ্পা চৎপা ঙমগনি।"

কিরণময়ীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "রাফমহু হৌজিক্তা ভাব তারকপঙুম তৌরে ইনাও-ইবুংঙো। নুমিৎ অহুদা ঐ মতৌ অহুম্না জ্ঞান মাংহুনা মাগী মখোঙদা তুরুই, মহু উবদা নংাক্কা অম্মুম্না থল্লকখিবা ওইরমগনি।"

উপেন্দ্রনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই, অহুবু মহুদা উখিবহু লানগদ্রা ইথৈম-বেম্মা?"

অসি তাবদা কিরণময়ী নোকফেৎ তৌরকই অহুগী মতুংদা চিংনবা লৈতনা থোইদোক্লা অচম্বা খোঞ্জেলদা হায়ংকই, "অরানবনি হায়না খল্লি। ঐদি ঐগী ইপুরোইববু নুংশিখিদে।"

উপেন্দ্রনা চঙক্লহুনা য়েংহুনা লৈখ্রে। কিবণময়ীনা হায়থরকই, "তশেং-নমক মাবু করিগুম্বা নুমিত্তস্থ নুংশিখিদে। অহুগা শুপ্পগী ঐদনা নত্তে, মহাক্লস্থ ঐবু নুংশিবিথিদে। অহু ওইরবদি নুমিৎ অহুগী অহু তাৎলা? মহুম্বু নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, মহুস্থ অচুম্বনি। তশেংনমক, নুমিৎ অহুদা জ্ঞান মাংখি,—" অসি হায়রগা উপেন্দ্রগী নুংবংনবা মশক উক্লবদা মহাক হাইফেৎ লেপকক তৌরকই। অহুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা মহু নমথরগা হায়রকই, "নত্তে, কীরবদি ঐগী য়াররোই। নহাকী নফমদা ঐগী রা পুম্নমক ঙসি ভম্বমক্ক তাবনি।"

উপেন্দ্রনা রানা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "য়ারোইদৌরিবা করিগীনো? ঐ তাবা পামদে, অহুম ওইনমক ঐঙোন্দা তাহনগদৌরিবা করিগীনো?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মহুগী মরমদি নহাক ঐগী গুরুনি। নহাক্কী নকমদা পূন্নমক ইশানা য়াজদ্রিবমখৈ ঐহাক করিগুম্বা মওংদসু শান্তি ফংলবোঙ্গ।"

উপেন্দ্র চপ য়ুংনা য়েংহুনা লৈ। কিরণময়ীনা চেৎনা অক্সম ওইনমক খোঙ্জেল শাকা হায়রকই, "ঐঙোন্দা মন্নুং হুজিন্না থম্মোয়-মিৎয়েংনা য়েংখিবহু ইনাও ইবুংঙো, মহু মিত্তা লায় উখিবা নত্তে, অচুম্বনি; অদুবু মহু থোইদোক্না শিৎকুপ খরদগীনি। ইপুবোঙ্গবু ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তসু নুংশিখিদে, অদুবু থরায হকচাং য়াওনা নুংশিনবা হোৎনবা হৌখিবদনি। অদুবু মহাক হিংখিদ্রে, ঐগীসু হোৎনবদু শাংথখিদ্রে। লাইরিক্তা অসিগুম্বা রাশিংসি পাবদা করিগুম্বদনা মীওম্বসি হায়না খনখি, করিগুম্বদনা কবিগী ওয়াহৈনানি খনখি, করিগুম্বদনা পুক্লংদা খল্লম্মী, ঐগী ইশাদা নুংশিনবগী শক্তি লৈত্তে হায়রহুনমক মতৌ অশুন্না খল্লিবা ওইরম্বা য়াই। মক্তক অদু ঐঙোন্দা লেব্রা লেব্রক্তা ঙাসসু খঙদে ইনাও-ইবুংঙো, অদুবু নুংশিনবগী পামজবদি ঐঙোন্দ কয় য়াম্না কা তেম্না লৈবগে হায়বা রাকম অদু নহাকপু উবদা অহানবা ওইনা শঙজবা ঙমখি। অদুনা নহাক্কী গুরুনি।" লে কক তৌরগা খরমখৈ নত্তোমদা শোঙ্জবগী মতাংগুম হায়রকই, "নুমিৎ নিংগী মতুংদা ঙাখোয় চৎখ্রগনি। অমুক উনবা মতম অদুদদি ইশাগী রা তম্ব য়াবা পুন্সিংগী ফিভম ওইরদবা য়াই। মসি হায়দোকপদা মতমদুদা ঈকাইবনা শিগদৌরবা য়াই। নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, মহু য়ারোই, ঙসিমক নঙোন্দা ঐগী রা পূন্নমক তাহল্লবা অদুদদা এগা অরাব কোক্কনি।"

উপেন্দ্রনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্ম, ঙসি মরম কয়ানা অদোমগী পুক্লিং থোইদোক্লা লাংতক্লতল্লে হায়ব ঐ উরে। ফিভম অসিদা কবি হায়বনা চুম্বগে চুমদবগে হায়ব খঙ্হনা ঙম্বিদহুনা—নত্তে নত্তে, ইতৈম-বেম্মা, ঐনা হায়জরিবঙ্গিনি, নো মা অমুক লাক্লগা অদোমগী রা পূন্নমক তাজরগে, অদুবু ঙসিদি তোক্লসি।"

কিরণময়ীনা হায়বকই, "তশেংনা মসিগী দমক্কিদনা ঙসিমক রা পূন্নমক তাহনরা পাম্লিবসি ইনাও-ইবুংঙো। তুংদা নুমিৎ অহুদা ঈকাইবা পোক্লক্কুনা অপনবা পীরবা য়াই, সাংসারিক্কী অক্ষ ফত্তা বিচার-বুদ্ধিনা চিন

মেল্লবা য়াই, ঙসিদি ঐহাক লোৎশিন-খোৎচিন্ন', রাখল তৌনা, শেমজিন-শাজিন্দুনা ঙাংলুনবগী শক্তিস্থু লৈত্তে, অপাম্বস্থু লৈতে—ঙসি মক্লি ঙাংনম্নবগী নুমিৎ। মসিগী মতুংদা নহাক্না পূন্সি অসিমগী ঐগী শক অমুক হল্লা য়েংনিংখিদবস্থু য়াই,—অদুম ওইনমক প্রার্থনা তৌজরি, ঙাইহাক্তগা অমুক কত্তবা বুদ্ধি অসি, ককঙাওনবা পুক্লিং অসি ঐঙোন্দা লৈখিসমু ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা নহাক্কী নক্তমদা পুম্নমক শিৎ শিৎনা তম্বা ঙম্নবা!"

মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলুবদা উপেন্দ্রগী শেংলবা মক্রুবা লৌথুপ-লৈকোই লৈত্রবা থম্মোয়-নুংদা মকম খঙদবা অকীবা অমনা নৈহৎলক্লে। অরোইবা ওইনা খামদুনা হায়রকই, "ইতৈম-বেম্মা, মীওইবা খুদিংমক্কী অরোনবা রা লৈনৈ। মতু কনাগী মক্তমদস্থু শিৎ শিৎনা হায়দোকপগী দরকার ওইদে। থোইদোক্লদুম ফোঙদোকলুবনা অমঙ্গল ওইবা হেল্লি। শুপ্নগী মহাক্কী ঐগীদা নত্তে, অতৈ তরামচাগীস্থুনি।"

কিরণময়ীনা করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। লুচিশিংদু হৌবা লোইশিল্লক্লে, পুথম অমদা হাপতুনা শেমজিন-শাজিল্লগা উপেন্দ্রগী মমাংদা থম্নগা হায়রকই, "নহাক চাবো, ঐগী রা লোইশিল্লগে।"

"মথা তাবিরনু ইতৈম-বেম্মা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐনা খুৎ লোয়দুনা' হায়জবা ফোঙদোক্লি-বসিনি ইনাও-ইবুংঙো, ঐঙোন্দা অমুক থাম্নক্লনু। পুম্নমক তারগা নহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না ঐগী ইনেম্বোক্না লোয়ননা ঐগীস্থু ভার লৌ, পামত্রগনা ঐগী ইশাগী লম্বী ঐ ইশানা খিজখিগনি। ঐনা মী কয়াবু ঠোগ তৌখ্রে ইনাও-ইবুংঙে, অদুবু নঙোন্দদি ঠোগ তৌবা ঙম্মোই।"

"অদু ওইরবদি হায়বিরো," হায়রগা উপেন্দ্রনা লুচি মচেৎ অমা শেৎলগা ময়াদা হুক্লকই।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নঙোন্দা হায়খ্রিবদুনি ইনাও-ইবুংঙো, ইপুরোইববু ঐনা নুংশিদে; নুংশিবিবস্থু ফংদে। মদুগীদমক ঐখোয়দা মুংঙাইতবা করিস্থু লৈরম্নদে। য়ুমদা ইপুরোইবগা ইনেম্বোক্কদনি। অমনা দার্শনিক—মহাক্না থরায় খুবাক্তা হাপতুনা ঐবু লাইরিক তম্বিবদা মহাক হরাওজে, অদুগা মী অমনা শাথিবা ফংনা মশাগী ওইজবা তাল্লি—মহাক্না ঐবু থরায় খুবাক্তা হাপতুনা শু-নোমহল্লবদদা পেঞ্জে। মতৌ

অসুম তৌহুনা মতম লেল্লস্মী, অদুগা লেনস্থ লেল্লমগনি নিংই, অদুবু খঙহৌদনা মতম অমদা পুম্নমক মথক-মখা ওনখি। ইপুরোইবা নাহুনা লৈখি। মহাক্কী মফমদা ঐ লাইরিক য়াম্না তমহৌই। নাটক নোভেলস্থ হন্থনা পাখিবা নত্তে, অদুবু ঐখোয় অনি পানা পানা শুপ্পগী নোক্লস্মী। নুংশিনবগী মমিং-মনম ফাওবা ঐখোয়গী ইমুংদা চংলমদে, অহুনা কনা কনাগুম্বা মী অমময়া পোকপদগী লাইথুং পল্লকপা, পোকপদগী মিৎ ভাংলকপা মতৌ অদুম্না ঐগী ইপুরোইবস্থ রস চেল্লক্তে। অদুবু, ঐগী নুংদা রস কয়া য়াম্না লৈবগে হায়বা মতম অদু ফাওবা খঙজবা ঙম্নমদে হায়বদি য়াই, অদুবু মদু নোংমা খঙহৌদনা ভাব তারকখি, নুংশিরুনবগী অদুগা মদু হন্না ফংনিংবগী খৌরাংবদু ঐঙোন্দস্থ কনাগুম্বী মুপী অমতদগী হন্থদে,—নত্তে নত্তে, মসিগী মরক অসিদা মদুশিংদু অসুম্না ইস্নোক্লুনা থম্নবদি য়াররোই—"

উপেন্দ্রনা মাইথোং শিংগংননা হায়রকই, "কমদৌননো চাবদা ইহৈ হৈনিংদবগুম তৌই ইভৈম-বেস্মা।"

কিরণময়ীনা তুমিন্না করিনো চিন্তা তৌবগুম ঙাইহাক লৈরুরগা হায়রকই, "ঐ খঙই ইনাও-ইবুংঙো, অদুগা ঙাইহাক্কী মতুংমক্তদা লুচি অমদি ইঙ্গাংগী মহাও মহাক্কী চিন্দা হু ওল্লক্লগনি, অদুবু হৌজিকস্থ মদুগীদি য়াম্না রাংলি। অমতংগা চাশিনবা য়াররবদি ফগদবনি।"

উপেন্দ্র অমুক্কস্থ হেন্না মমাই মকশিনপ্লে।

কিরণময়ীনা মঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "করিগুম্বা হায়রবদি নহাক চাদবগী নুংঙাইতবা অসিনা ঐগী ইশাগী খুৎ য়েৎ তেকপদগী হেন্না ফাওবা ঐগী ইফমদা রাবা হেল্লি, মদুদি নহাক্কা থাজবা ঙম্মোই। অদুবু, থাজগে থাজৌ থাজরোই তোকউ, মসি অচুম্বনি হায়বা ঐদি খঙই। অদুম ওইনমক রা ঙাংবা লেপ্পনবা উপায় লৈতে ইনাও ইবুংঙো—ঐ হায়দোকপমক তাবনি।"

"ফরে হায়বিয়ু।"

"হায়রগে। ঐগী ইপুরোইবা নাবদা শুপ্পগী ঐগী লিক-কোল নত্তুনা তানশিন্দুনা লৈজবা খরমখৈ পুম্নমক্কু অমমম ওইনা চৎখি, মতম অদুদা পাস তৌবদা ঙাইরিবা ডাক্তর অমা লাকই—ফরে ইনাও-ইবুংঙো, অনঙ্গ ডাক্তরদু নখোয় উপ্রবা নত্রা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "হোয়।"

কিরণময়ীনা হূগী মতৌগুম নোকক্লেৎ তৌরগা হায়রকই, "মহাক-মক্লি! ওস্থোকপনি ঐগী লাইবক। কা অমদা ঐগী ইপুরোইবা শিগদৌরি, অসোমগী কাহুদা চৎলম্মী মাগী মতেংনা মুংশিনবগী মহাও ফংননবা।"

উপেন্দ্র মরু লুকথহুনা চেক-মোক লাওদনা কমহুনা লৈ। কিরণময়ীনা রা ঙাঙ্গদবগী তৌরকই, অহুবু কনাননো মহাক্কী খোবিদা মেৎলকপগুম চরম ফাজিনখ্রে। ঙাইহাক য়াম্না কন্না হোৎনরবা তুংদা শিগংনবা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "তাবদদ' নহাক লু লুক্লি ইনাও-ইবুংঙো, অহুম ওইনমক অনঙ্গ অহুবু নহাক্না মশক খঙদে। মশক খঙলম্রবদি খঙবা ঙম্নম-গদবনি, চহি কয়া তমথীবা ফংনা নোং চুদবগী মৈচাক ঐগী থম্মোয়-নুংশিদা পৈশিল্লকখি হায়হুনমক মতৌ অস্মুম্না ওইথোক্কবহু ওইথোকখ্রিবনি হায়বা। করি খঙই ইনাও ইবুংঙো, খৌরাংবনা নালাগী মুগুক মুবা ঈশিং ফাওবা খুজোক থন্না থক্লিবনি, ঐগীসু ঈখোলাংবা অহুমক্লি। অহুবু মহুগী ঈশিং অহুমক থকচিন্দুনা চরম য়ৌরক্লবদদা খঙলকখিবনি। অহুগী তুংদা —ওঃ, মহুম্না কয়া ওনিং ওনিং তৌবা মুম্বিৎশিংহু হৌখ্রে।" ঙাংনা ঙাংনা মহাক খোঙদগী তোন ফাওবঃ হন্না হন্না মহু চুংলকই। থাংঙমদবা ফংনা নমথিবা মনমগী মশক ওইরবা মনিল অমা চরম য়ৌনা ফুকৎলক্লে। ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈহুনা মশাবু ফাথজরগা কিরণময়ীনা অমুক হন্না হায়রকই, "অহুবু ওথোকপসু ঙমখিদে ইনাও-ইবুংঙো, ইনেম্বোক্না ঐগী চিন মেনশিন্দুনা থমখি। অনঙ্গনা মতম অহুদা ইমুংগী খরচ তঙ্খায় পুরম্মী।"

উপেন্দ্র মওং কায়দনা নুংনা শাবা মূর্ত্তিগী মতৌগুম অহুম কমহুনা লৈ। মহাক্কী চঙক্লববা লুকচানবা মাইথোংলোমদা অমুক্কং মুনা য়েংলগা কিরণময়ীনা হায়রকই, "অহুগী মহুংদা মুংশি-নুংঙনগা তুকচ্চবগা, খৌরাংবগা খাবগা লেপ্পা লৈতনা তক্লরকপদা হূ অহিং-নুংথিল চুপ্পদা থোরকখি ইনাও-ইবুংঙো, দেবগা দানবকনা তমথীবা ফংনা চিংনবদা চৈনাখোল ফংহুনা বাসুকি ফাওবা অহুক হাক্লা মচিন্দগী হূ অহুক য়াম্না কামথোকপা ঙম্নমদবা য়াই! ঐনা খল্লকখি, য়ুম অসিগী চেক-উ, থোঙ-থোঙনাও, কৈরেল-পালেন খুদিংমক হূনা ইশং শংখ্রে।"

খিত্তং লেপকক তৌরগা-হায়রকই, "নুম্বিৎ কয়া কুইনা লৈরগা কমদৌনা মসিগী ঙমখৈ ওইরমগদগে, ঐ খঙদে। কয়া খন্নখি, অদুবু করিগুম্বা মাইকৈ অমতদা করিগুম্বা তোর্ব্বান-নুংকান অমতা উবা ফংলমদে। কয়া খনখি, অদুবু অম্বত খুত্তঃ পায়দুনা নহাক ফাওরকখি ইনাও-ইবুংঙো, কদায়দবু চৎথ্রবগে হূগী মৈচাক, কদায়দবু চৎথ্রবগে য়েংথিব -হঙ্গোইবা। মিৎনা কুপ্পদা পূন্নমক অদু করিস্নু লৈতবা ওনখি, অনঙ্গবু বিদায় তৌখিবদা মিনিট অম্বা ফাওবা চংখিদে। নহাকমক্না চংলক্কুনা নাকোংদা লোন্না উপায় তাক্লম্বগুম্মী। খঙলিবদুনি ইনাও-ইবুংঙো, নুপী ওইবীশিংনা লিক-কোলবু কয়াগী মতিক পামজবগে; ঐগী অরাবা মরক অদুদা লিক-কোলশিংদুনা থবাক্কী শরূ-হুমদাং ওইরম্বনি। নহাক্না লু লুকথদুনা হৌজিক ফম্লিবা মফম অদুমক্তদা থবাক্কী শরূ-হুমদাং শিংদু খোৎখদুনা মাগী মখোঙদা হৈথদুনা পীখি। ঐবু অপাম-মীহৌজবা মাগী ফনা কনসনু, অদুক য়াম্বা সনাশিংদু ফংলবদা মহাক অমুক হন্না কৈদৌঙৈদম্নু মশক উৎলরোই, পূন্সিগী ওইনা থাদোক্কুনা মহাক চৎখিগনি, মন্ত্র অসিদি নহাকমক্না ঐঙোন্দা তম্বিখিবগুম্মী। ওঃ—কয়াদা নুংশা-থিখি, চিন্তা কয়া তৌখি ঐনা, তুংদা লাইর-অনংবগী চৈথেং অসিনা ঐগী লিক-কোলশিং অদু মাংহনখিগদ্রা হায়না। মদুদি চৎখ্রে—কদায় কোন-শিন্দুনা মদুশিংদু থম্বদি ঙমখিদ্রে! অদুবু. আঃ—মদু কয়াদা পেনথ্রবা, মদু কয়াদা অঙকপা ফংলবা নুংঙাইবনো ইনাও-ইবুংঙো? অসিগুম্বা অমম্বা সন্ধ্যা অমদা মদুশিংদু মীহৌবদগী ঐবু ইশা 'পূম্বা চেৎনা পুনশিন্দুনা থম্নম্বদু লোথোক্কুনা হুরানবগী মতৌগুম মনা-মনিল নাইদনা লৈথোক্কুনা চৎখি, হিংলে হায়না খনখি! ঐ হিংলবনি।"

উপেন্দ্রনা নিংশিংলক্লে, মহাক্না সতীশকগী মরক থায়দুনা নোংমা ডাক্তর অনঙ্গ হুরান-লাম্নাগী মতৌগুম লৈথোক্কুনা চৎখি। অদুবু মহাক করিগুম্বা রা অম্বতা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নহাক নিংশিংলিত্র। ইনাও-ইবুংঙো, অহিং অদুগী ঐগী ঙাওচৎনবা মুর্ত্তিদু? নুম্বিৎতুদা ইরাং কয়া তৌখি। লুমদুনা নখোয়না রারী শানবা তাবা, মখাদা কুমথরগা নখোয়দা মিৎ ঙাংনা কয়া কীহনখিবা, অদুগী মতুংদা নখোয় চৎখি। ইশাগী হূগী মৈচাক অদু

কয়াদা কনথ্রবা ! অদুবু মতুগী মহুৎতা পোৎশক অনিথক ফংখি ইনাওইবুংঙো, মদু ঐগী স্বর্গনি, মদু ঐগী অমৃতনি। শ্রীরামচন্দ্রগী খুয'-থস্বালনা শোকপিবদগী নুংগী অহল্যা মীগী অহল্যা অমুক ওল্লকখি, ঐসু মতৌ অদুম্না ওল্লকপগুমখি। অহল্যানা মী ওল্লগা করি ফংখিবগে খঙদে, অদুবু ঐনা ফংলিবা অসিগীদি চাংদম্নরুনিংঙাই লৈতে। ঐগী ইবুং-ইপরা লৈজবমদে, সতীশপু ঐগী পোকমিন্নবা ইপরা ওইন' ফংজখি, অদুগা নহাকপু ফংজখি —হৈমা। অদুম্না মকশিনগন্নু ইনাও-ইবুংঙো, নুপা ওইবনা অদুক হাক্লা ঈকাইথিগনববু পকচব্রা ?"

উপেন্দ্রনা নমদুনা মমাই চুম্না থম্লগা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঈকাইনিংঙাই ওইবা পোৎতি নুপা-নুপী অনিমক্তা চপ মান্নে ইতৈমবেম্মা। ঐ অদুগুম্বা রাশিংদু তাজনিংদে তুমিন্না লৈবিরো, মদু নত্রবদি ঐ মিৎকুপ অসিমক্তদা হৌগৎতুনা চৎথ্রগনি।"

কিবণমযীনা হাযবকই, "নমদুনা চৎকদৌরিব্রা ?"

উপেন্দ্রনা হাযবকই, "হোয়।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নমতুনা ফাদুনা থম্নবা হোৎনগনি। অদুবু হাম্নহৌবিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, নম-হাবগী চাংয়েংদা ঐগী ভোংজবা নত্তনা মাংজবদি ওইরোই।"

পাউখুম অসিগী মতুংদা উপেন্দ্র মরু থোক লুকথদুনা ফমদুনা লৈখ্রে। কিরণমযীনা অমুক নোক্তুনা হায়রকই, "কীরুনিংঙাই লৈতে —নহাক্লা য়ানিংদনা এভোন্দা নম হাদুনা নহাক্কী মশাদা খুৎ থাগদবী অদুক ককঙাওনবীদি হৌজিকসু ওইদ্রি। চৎনিংলগা হৌগৎতুনা চৎখো, ঐ থাম্লোই।"

উপেন্দ্র মাইথোং লুকচাননা নু'বংননা ফমদুনা লৈ। লৈচিন্না খজিন্দুনা লৈবনা থাজবু মিৎত উব' কংদ্রবসু মাইকৈ মরিদ থক্তোরক্লিবা থাবলগী ইঙ্গিত্তা পোৎতুগী অশেংবা মশক খঙবা ঙম্মী, মতৌ অদুম্না নুপা-নুপী অনি অসিগী অরোনবা মরী অদুসু অমুক কুইবসি মদুথক্তংগী মরুমক্তদা লৈরম্বনি। অদুবু নুংশিৎ শিৎলক্লে, লৈচিল শৎ হুমদোকপ্রে, থম্মোয়নুংদা উপেন্দ্রনা মদু তশেংনমক ভাব তারক্তুনা মতৌ অসুম্না চেম্নবা হোৎনবনি, অদুবু পুম্নমক অবেম্বদা তাখ্রে। খঙহৌদনা খঙহুম হুম্লকপা নুংশিত্তা য়ুখল পুম্নমক শেগায়খিদুনা উবা ফংবমখৈ মাংগী অতিয়া তরু তরুরক্লে।

কিরণময়ীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নুংঙাইরে, নুংশি হায়বসি নঙোন্দা খঙহন্নুমা ঐ হিংলে। হৌজিক নহাক্কী খুশি তৌরো, ঐগী হায়নিংঙাই করিস্থু লৈত্রে। অদুবু নপুক্লিংদা খল্লুদু ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা ওইদবা আশাদা লুপতুনা রা অর্সি হায়বনি হায়রমা। ঐনা নহাকপু খঙই, ঐ খঙই মসি অরেম্বনি। তশেংনা অরেম্বনি; ঙাক শেনবিবা ওইনা লাক্লগা নহাক্না ওনশিন্দুনা চাবা ঙম্মোই, মসি ঐ খঙই

হৌজিক্কা উপেন্দ্র রা ঙাংলকই, খোঞ্জেল পিক্লা হংলকই, "শ্রদ্ধা অসি ঐঙোন্দা থম্বিরবা, মদু ওইরবদি খঙহনবিরিবা করিগীনো ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মদুগী মরম অনি লৈ। অহানবা মরম, খঙহল্লমদ্রবদি ঐ ঙাওদুনা চৎলমগনি। অনিশুবা মরম, নঙোন্দ পুন্নমক হায়দোক্কনা চংজকম লৌবা ঐঙোন্দদি ওইথোক্কনা থোকই। মদু ওইরবদি ঐনা শুপ্নদগী সুরবালামক্না শেৎহন-চাহল্লিবগুম খল্লমগদবনি— অদুবু হৌজিক করিগুম্বা মসিগী মতুংদা নহাক্না ঐগী ভার লৌরবদি— মদু শুপ্নগী নঙোন্দগীমক শেৎলি-চারিবনি, অতৈ করিস্থু নত্তে হায়না লৌগনি। ফরে, সুরবালাদা ঐগী রা তমগনিদনা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "তম্লোই।"

কিরণময়ীনা হংলকই, "তম্লোইদৌরিবা করিগীনো ? তাবদা মহাক মথরায় নুংঙাইখিরোইদ্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে ইতৈম-বেম্মা, মহাক মথরায় নুংঙাইতবা তৌরোই। মহাক য়াম্না পঙই। ভদ্রলোক্কী মচা নিঙোলনা মপুরোইবা নত্তনা অতৈ কনাগুম্বা মীশকপু মঙং অমদম্বু ওইরবস্থু নুংশিবা য়াই হায়বা রাকম অসি লিশিংলক হায়দুনস্থু মাগী মকোক্তা চংলোই। অদুবু অয়াবা পীরবদি হৌজিক হোগচ্চগ্রগে।"

রা অসিনা কিরণময়ীদা শাথিনা চৈথেং পীরকই, অদুবু মহাক্না অচম্বা খোম্থোক্তা হায়রকই, "অয়াবা পীদনবগী উপায় লৈত্রে, পীবা তারবমক্কি। অদুবু অমুক ঙাইহাক্তগা ফমখো। নহাকপু নুংশিজরম্মী হায়বা অদুমখৈদনি শুপ্নগী হায়গ্রিবসি, অদুবু কাউথোক্লিংখিবা রাকম অদুস্থু ঙসি নঙোন্দা খঙহনখিবা পাম্মী। অদুবু মদুদা ঐগী গুরু কনানো খঙজ্রা

ইনাও ইবুংঙো ? অপঙবী ওইনা শিংথাখিবী মুপী, মৌ-অতোপ্পী ওইনা নখোয়গী য়ুমদা চংলকখিবী মহাক অদুমক্নি।"

উপেন্দ্রগী মাইথোংদা ঙকপগী মনিল থজিঙ্কং উবদা কিরণময়ীনা হায়রকই, "হোয় মহাকমরি—নখোয়না পঙুরাজ হায়দুনা করেম্নবিরিবী সুরবালা অদুমক ঐগী গুরুনি। নহাক্না তম্লিবা অদুমক মহাক্না থাংদোক্নুনা পীবা পামথি। মহাক ঐগী থুরুমজনিংঙাইনি।"

উপেন্দ্র তুমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে। কিরণময়ীনা হায়রকই, "নঙোন্দা হন্না হন্না হায়খ্রবনি ইনাও-ইবুংঙো, ঙসিদি নহাক্কী নখোঙদা ঐগী ঈকাই-হঙ্গোইবগী হাবুশিং পূম্নমক কংথোক্লবনি, মদুগী কলাকল পূম্নমক খঙজনা। নহাক্কী সুরবালা লৈ হায়বা ঐ খঙই। অদুগা লৈরি নহাক্কী কাহেন্না অচৌংপা শক্তিমদু স্ফটিকী মতৌগুম লংনা, বজ্রগী মতৌগুম কন্না। মদুগী মশাদা দাগ থম্মুবা, মদু ঐগী ইত্তিক নত্তে। অদুবু খঙইদনা ইনাও-ইবুংঙো, মীওইবদা অসিগুম্বা লাইবকথিবা স্বভাব চেল্লি, অদুনা মদু ফংঙম্বগী রাংমদনি, অদুমক্না মত্তুবু খ্বাইদগী হেন্না মীহৌরিবনি। ঈশ্বরবু ফংঙমদে হায়দুনমক মতৌ অসুম্না পূম্নমক কংথোকচদুনা মাদবু ফংনিংলিবনি। অদুনা ঐগী পুক্নিংদা থল্লিবনি, নহাক ঐগী অদুক হাক্না ফংঙমদবা পোৎশক ওইরমদ্রবদি নহাক্কপু অসুক হাক্না ঐনা নুংশিরমদবা য়াই। অদুবু তোক্লসি রাকম অসি।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা খঙহৌদনা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা কিরণময়ীনা হায়রকই, "একলব্যগী গুরু দ্রোন ওইবা অদুগুম ঐগী গুরু সুরবালানি। অদুবু মদু কমদোনা ওইখ্রিবনো, রাকম অদু খঙহল্লগা নহাকপু ঙসি ছুটি পীগনি। নহাক্না কম্লিবা মকমদুদা ইনাও-ইবুংঙো, নোংমা নুমিদাংদা ইনাও-ইবুংঙো সতীশ মতৌ অসুম্না কমদুনা চায়ম্মী। করিদগীনো হায়বদি নিংশিংব্রে, খঙহৌদনা নখোয়গী রা কয়া পল্লুই। খঙইদনা, ঐগী ইপরাদু-নখোয়গী রারী শাবদা ভশেংনা অঙাও-চুই হায়বা। মতমদুদা মাবু থাম্মুবা ওম্বা নত্তে। ঐ ইশাগীসু মতমদুদা চাওরাক্না দশা অদুমক্নি। নুংশি য়ুরেন খুদক্তা পাত্র থম্ম থক্লগা নহাক্কী নেশাদা মতমদুদা ঐগী খোঙ-খুৎ পতথরকই, মিৎ উইরুম উইরুম তৌরকই, অসিগুম্বা মতমদা ইনাও-ইবুংঙো সতীশনা খুদম কয়া উৎতুনা প্রমাণ কয়া পীদুনা

পাউদমখি, মহাক্না নহাক্কী সুরবালাবু কয়াগী মতিক নুংশিজবগে হায়বা। কৈদৌঙৈনো মহাক লাইকুপ থোকপদা নহাক্না ভুম্বা চাবা থাদোকখি, কৈদৌঙৈনো নহাক্না খিত্তং কোক চিকপদদা মহাক্না হুমাই হুমহুনা লুথুমদা ফমহুনা কমদৌম্বা লেনখিবগে—অদুগুম্বা অমুক-লুমিদাং কয়াগী ঘারী মচা মচা কল্লানি। মাগীদি পূম্নমক অতাবা রারী ঙাক্তনি। করম্বনা মীনম্বা, মদু নত্রগনা শাজিনবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু মদুদা ঐখোয় অনি কনাগীস্ন অমাংবা লৈরমদে। নখোয় নতে-ননাও মরক্তা প্রেমগী গঙ্গা চেম্বা অদুদা ঐখোয় ইচিল-ইপন্না অনি উনা উনা লুপশিনখি। অদুগী মতুংদা অহিং য়াম্না থেংনা সতীশ মাগী লৈফমদা হনখি, অদুবু ঐদি চাকশঙ অসিদা অদুম ফমহুনা লৈরম্মী। কয়া কুইননো খঙদে, মপালদা থোক্তুনা য়েংলুবমক্তমা শজিক থাবা থোক্লম্লে। ঐগী পুক্লিংদা খুদক্তা খল্লকখি, সুরবালাগী মাইথোং অদু অস্নুম্নমক তৌরমগনি। অস্নুম্নমক মধুর চেল্লমগনি, অস্নুম্নমক লংলমগনি। তশেংনা মতৌ অস্নুম্নমক, খঙলে মাগী মাইথোংদগী মিৎয়েং হোংবা ঙম্লোই। পুক্লিংনা মতোল্দা হায়জখি, নহাকপুদি নশক উজ্রি, কমদৌবগে খঙদে, অদুবু ওইনিংবা ওইজসনু, ঙসিদগী নহাক ঐগী গুরু ওইরবনি। নহাক্কী নফম্মক্তদগী ঐনা ইপুরোইববু নুংশিবগী পারা তম্লবনি। নুংশিবগী মহাও ঐ ফংলে—মসি থাদোকপা ঐ অমুক ঙম্নরোই। নুংশিনবা ঐ পাম্মী—ঐনা নুংশিবমক তাবনি। অদু ওইরবদি, অতোপ্পবু নুংশিক্রবিবা করিগীনো, মসি অরেম্বা নত্রা? ঙসি ফাওবদি ঐগী ইপুরোইবা হিংলি, হৌজিক ফাওবদি লুপ্রাবী ওইজ্রি—অদু ওইরবদি, লান্না খল্লিবসি করিগীনো? নহাকী নতৌগুম ঙসিদগী হৌদুনা ঐস্নু ঐগী ইপুরোইববু নুংশিরগনি—অতোপ্পা কনাবুস্নু নুংশিরুরোই। অসি হায়বমক্তদা ঐগী থম্মোয়ন শক্তি পূম্নমক খোমজিন্নুনা খুম্নকপগুম তৌই, 'নুংশিবদু নঙনা হন্না ফংজনবগী আশা লৈতে অদুম্বনি, অদুবু অদুম ওইনমকস্নু নহাক্না মাবু নুংশিগদবনি।' অদুবু ঐগী লাইবকসে য়ম্না থিগ্রে ইনাও-ইবুংঙো', মহাক হিংখিদ্রে। ঐগী য়াম্না পামজবা সাধনাগী ময়োল কংগ্রে। অদুনা মহাক শিখিবা নুমিত্ত ঐগী শক্তম নখোয়না উখিবা অদুগী মনুংদা তাং বিন্দু অমা ফাওবা য়াওখিদে—"

অসি ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী খোঙ্গেল নৌথরক্লে অমস্তুং পীরাং থাংলক্লে, উপেন্দ্রনা মতু উই, অদুবু য়্রা ঙাংদে। কিরণময়ী মশামকস্তু ঙাইহাক্ক ভুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, অপঙবা, ওর্থোদোক্স ওইবা মীওইশিংদি খঙবা ঙমদবা য়াই, অদুবু নহাক্কি খঙলিবদুনি, সংসারগী পোৎ খুদিংমক্কী প্রকৃতিগী ওইবা নিয়ম লৈ হায়বা। নিয়ম অদু খোঁওইদনা মতৈ-মনাও কনাস্তু করিগুম্বদস্তু মখোয়গী মধুর চেনবা অদু য়্রোবা ঙমদে। লুহোংবগী মন্ত্রনা থৌদাংগী বুদ্ধি হাপ্পা য়াই, ভক্তি হাপ্পা য়াই, শিমিন্নবগী থৌইনশিনস্তু পীবা য়াই, অদুবু মাধুর্য্য চেলহন্নবগী শক্তিদি মাগী লৈতে। শক্তি অদু লৈরিবদি শুপ্পগী প্রকৃতি অদুগী মখুত্তনি। মহাক্না পীবিরকপা নিয়ম ঙাক্কপগী মনুংদা মতম লৈরিতে, সামর্থ্য লৈরিতে মতম অদুদা ঐখোয় অনিমক্না ইখোঙনা নিয়ম অদু নৈথেকচখি, মদুগী করিগুম্বা ঈকাই-খুম্নবা অমত্তা ঙাকখিদে, ঙসি মতম চাদনা ইপুরোইবা অশিবগা পাঙথক ওইরবা মতম অসিদা দরকার ওই হায়দুনা ঐ করম্বা লম্বী চৎলুগদগে? অদুবু অদুম্নদি ওইরগা ফিজিদি ঐ থাদোকখিদে ইনাও-ইবুংঙো। আশা তৌরম্মী, লম্বী অমদি মতমদুদস্তু হাংদুনা লৈরমগনি। মদু মাবু সেবা তৌবনি। খঙ্গরম্মী, শিজ্রিবা ফাওবা ইপুরোইবগী সেবা তৌজবদনা মহাকপু নোংমা কংজবা ঙমগনি, অদুবু ঐদি অস্তুক চাক্লা জাইবক থিরবীনি—মদুখক্তংগী তাঞ্জাদু ফাওবা ঐনা কংখিদে, মহাক মীরম্লেন থাদোক্কুনা চৎখি।"

উপেন্দ্রনা চঙক্লনা মমাই থাঙ্গৎদুনা য়েংলকই, কিরণময়ীগী মিৎ পীনা পূমচোৎ চোৎলে। হায়রকই, "অদোম্না মাগী সেবা তৌবা অদুম্না কনানস্তু তৌবা ঙম্লোই হায়না তাখি। মতাং অদুদা নুপী অমা ওইবগী থৌদাংদা মরিক অমতস্তু অশোয়-অঙাম থোকহনখিদে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মদু থোক্লমদবা য়াই, অদুবু মীওইবনা ঙম্লত্রগবু ঐনা কমদোম্না ঙত্রিবনো ইনাও-ইবুংঙো? মদু নত্তে,—মদুগুম্না সেবা তৌবদি নুপী খুদিংমক্লা ঙম্মী। অদুবু ঐদি থৌদাংনি হায়দুনা তৌখিবা করিম্নতা লৈতে, ঐগী অতোপ্পা লম্বী পুম্নমক থিংথ্রে হায়দুনা ঐগী-সেবাগী মতেংনা মাবু কংজবা ঐনা পামখিবনি। অদুনা মাইকৈ অদোমদা ঙম্লিবমখৈ থোশা-লিশাদ্রবা অমতা তৌখিদে। খল্লম্মী, মাবু

অমুক্তং থম্মোয়নুংদা ফংজরবদি হিংলিবমখৈ মওং অমদবু লৈরবস্মু হৌন-খঙনা পূন্সি লেনবা ঙম্নমগনি। অদুবু ঐগী হোৎনবা পুম্নমক অরেম্বদা তাগ্রে। মাবু ফংজনবা হোৎনবা হৌখি হায়বা য়াই, অদুবু করিস্মু ফংখিদে। অহানবদগী হৌনা নহাক্লা ঐগী থম্মোয় 'পূম্বা কনশিন্দুনা লৈখিবা অদুদগী নহাকপু লেংহনবা ঙমখিদে,—ঐগী ইপুরোইববু ঐগী থম্মোয়নুংদা ফংজখিদে।"

উপেন্দ্রনা হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "অহিং য়াম্না থেংজিল্লক্লে ইতৈম-বেম্মা, ঐ চৎলগে।"

কিরণময়ীনস্মু হৌগৎতুনা লেপখৎলক্লগা হায়রকই, "চৎসি, চৎসি নহাকপু থোঙ ফাওবা থিন্দোক্লুনা গেটকী থোঙ থিংজিল্লুগে, হয়েং উনগদ্রা ?"

"নত্তে, হয়েং ঐ য়ুমদা চৎলগনি।

"কৈদৌঙৈ অমুক উনগদগে ?"

"উনবদি তাবনি। নমস্কার ইতৈম-বেম্মা !"

"নমস্কার ইনাও-ইবুংঙো। দিবাকরবু মফমসিদা থারক্কদ্রা ?"

"কৈদৌনা থারক্কনি ইতৈম-বেম্মা! মাগী মমা-মপা লৈত্রে, ঐমক্লা মাবু অস্নুক কুইবসি য়েংবি-থিবিরক্লিবনি। ঙসিদগী মাবু মী ওইহন্নবগী ভার লৌবা পাম্বিরবনিনা মদুগী ভার ইতৈম-বেম্মগী খুৎমক্কদা শিন্নজরবনি।"

কিরণময়ীগী মমিত্তগী পী শিস্থরক্লে। হায়রকই, "রা অস্নুক য়াম্না তারবা মতুংদস্মু নহাক্লা অদুক হাক্লা থাজবগী ভার ঐঙোন্দা কমদৌনা শিন্নগনি ইনাও-ইবুংঙো ! নহাক্লা দিবাকরবু কয়া য়াম্না নুংশিবিবগে হায়বা অদু ঐ খঙই।"

উপেন্দ্রনা থোঙগী মপালদা থোরক্লগা হায়রক্কই, "মদুগীদমক শিন্ন-রিবনি ইতৈম-বেম্মা। ঐনা নুংশিজরিবা মাগী অমঙ্গল অদোম্না কৈদৌঙৈদস্মু ওইহল্লোই হায়বসি ঐগী থাজবনি—" অসি হায়রগা মহাক থুনা য়াংনা চৎলকই।

কিরণময়ীনা অমম্বা গলি মনুংদা মওক লিৎথোক্লুনা খোঞ্জেল হৌনা হংলকই, "অদুগা রা অমতগা খুন্নম্মু ইনাও-ইবুংঙো, সতীশপু কল্ল-কাত্তাদা লৈতব্রা ?"

উপেন্দ্রনা অম্বাপ্লদগী খুম্নকই, "লৈতে।"

কিরণময়ীনা অমুক হংলকই, "ঐঙোন্দা খঙহল্লমদনা চৎখিবা মতম-তুদা মহাক মথৱায় য়াম্না নুংঙাইখিদে ইনাও-ইবুংঙো। মাবু নহাক্না য়ুমসিদা চংবা থিংখি-লাকখিব্রা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "থিংবা পামখিবনি, অদুবু থিংখিদে।"

কিরণময়ীনা হংলকই, "করিগুম্বা থিংবা পাম্নবদি থিংখিদ্রিবা করিগীনো?"

উপেন্দ্র তুমিন্না লৈ।

পাউখুম কংদ্রদুনা কিরণময়ীনা হায়রকই, "অশুম্না ওইথ্রিবসি করি-গীনো হায়র্বস্তু খঙলুবা ওমদে।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐগী অরানবা লৈরবস্তু য়াই। ওইনিংবা ওইজরসনু, মহাক কদায়দা লৈবগে হায়বা থিরগা অদোমগী নাক্তা লাকুবা মঙোন্দা চিঠি ইখিগে। মঙোন্দমক হংবিয়ু—" অসি হায়রগা উপেন্দ্র অনিশুবা রাহং ঙাইরম্বা তৌদনা থুনা য়াংনা অমম্বা গলি লান-থোক্লুনা চৎখ্রে।"

## কুন্নিপাল

পাকা-লম্বীদু চপ চানা সাঁওতাল পরগনা কাওদুনা বৈদ্যনাথদগী তুমকাদা চৎখ্রি, মদুমক্কী নাকন্দা বাগান মনুংদা বৈদ্যনাথদগী চাওরাক্লা ক্রোশ অনি লাপ্পা বাঙলো অমা লৈ। কলিকাতাদগী লাক্লগা সতীশনা থিদুনা য়ুম অদু ভাড়াদা লৌদুনা লৈরে। মশানা মশাবু রারকচনবগীদমক মহাক য়ুমদোনপোক অসিদা লোৎভুনা লৈননবা মহাক লাকখিবনি। মরম অদুনা, মদুগী অনকপদা মকম কদায়দস্তু খুঙ্গং তাদবা, অদুগা মাংদা লৈরিবা লম্বী-অদুদস্তু মী চৎপ-খোৎপস্তু থোইদোক্লা তাংনা থোকপা উবদা মতমদুদা হরাওদুনা হায়রকই, "মসিমক ঐগী পামজবনি। অসিগুম্বা মী তাদবা অচিকপা অসিমক ঐঙোন্দ দরকার ওই।" মহাক কলিকাতাদগী মিংচৎ থিনা অমদি অরা-পোৎলুম পুদুনা লাকখিবনি, অচিকপদা কমদুনা অমমম ওইনা পুন্নমক অদুগী হিসাব গুবা মহাক্কী মপুক্লিংদা পামজবা-রাখলনি। অহানবা রাকম্মক্তদা সাবিত্রীবু মহাক্না ওমখৈ নাইদনা তুকচবা

দয়কারনি, অনিগুবা য়াকন্না পাথুরেঘাটগী মতৈম-বেম্মবু কাউথোকপা পাম্মী অমসুং অহুমগুবা য়াকম্না উপেনদাদাগা মরি পুন্নমক থদংনবমক্কী ভাবনি। অসিগুম্বা অকনবা থবক ময়াম অসি বন মঙ্গুংদা কমদুনা লোইশিনবমক মহাক্কী পান্দম্নি। মহাক বিহারীগা লমদময়সিগী চাক-থোংবা ব্রাহ্মণ অমগা লোয়ননা লৈ। বিহারীগী থবক্তি বাবুগী সেবা তৌবদগী অরেম্বা মতম অদুদা চাকথোংবগা য়েংনন-খোংনদুনা মহাকপু অপঙবা শিবা অমসুং করিম্বু খঙদবা তাহনবা, অদুগা অতোপ্পা অদুগী থবক্লা চাক-ইস্লাং থোংবদগী অরেম্বা মতম অদু বিহারীগা খংনদুনা মহাক্লা বাজারদগী পৈসা অনি মখুত্তা কমদোনা থপহৌবগে হায়দুনমক উৎপা। মতৌ অম্মুন্না মাইকৈ সোমগী নুমিৎতি মওং অমদা লৈল্লি, মবুংঙো ওইরিবা মহাক্তি মিৎকুপ খুদিং গুপ্পগী থঙঙমদবা চিন্তাদদা লুপ্লকই। সংসারদা নুংশি-নুংওন অমদি লন-থুম্মক্লা থৌরেম পুন্নমক্কী মরূনি, বৈরাগ্যদনা অথোইবা পোৎনি, উচেক্লা খোংবমক্লা অথোইবা সঙ্গীতনি, বন-জঙ্গল চীং-ঋানগী কজবমক্লা লেংদবা আদর্শনি, অচুম্বা অসি মপূং ফানা থম্মোয়দা চুশিনহনবমক্তি মহাক্লা তাল্লিবা সাধনাগী পোৎশক। মরম অদুনা, মাঙ্গোলদা অতেকপা অয়াম-চৈয়াম্বদা কমদুনা সতীশনা উশাদা তোংদুনা উচেক্লা চেক-চাক খোংবা নুমিৎ চুপ্পা মনা থাঙ্গৎতুনা তাদুনা লৈ, উপালদা নুংশিৎনা হুম্মকপগী মখোল করম্বা য়াগ-রাগিনীনা থনবগে হায়বা খন্দুনা লৈ, অতিয়াদা নোং মতুম উরকপদা মপুক্লিং মকালায়ক্কুনা মপুক্লিংদা থাগৎলকই অমসুং লাপ্পা চীংগী নাপোমদা অকংবা উনা-রানা লাম্মে চাক্লক্লবদি অহিং চুপ্পা তুমদনা য়েংদুনা লৈ।

সোমদা শা-ভা থাদোক্কুনা নিরামিষ শিজিন্নরক্লে অমসুং কদায়-দগীনো নুংঙৌ মতুম মচা অমা থুল্লক্লগা অযুক্তা পূজা তৌবা অদুগা নুমিদাংদা আরতি কৎপা হৌরকই।

অদুম ওইনমক, পূজি-খোঙচৎ অনৌবা মওং অসিগা লোয়ননা মহাক্লা করিগুম্বা মভমদসু শকথঙনরুবা লৈখিদ্রে। মসিগী মমাংদা পূজি চুপ্পদা মহাক্কী মকমদা উচেক্কী মখোলদগী হেন্না সেতারগী মখোলমক্লা মধুর চেল্লম্মী, নুংশিৎ শিৎলকপনা অমসুং অতিয়া মকোয়দা লৈচিল

থাংলকপনা করিগুম্বা নুমিৎতম্মু মহাকপু তথকহনখিদে। মরুওইনা প্রকৃতি দেবীগী অসিগুম্বা লেমজনকম ওইবা দৃশ্য পূম্নমক, মহু কনা লেমজসনু, মহুগী পাউ লৌরুনবা সতীশকী মফমদা করিগুম্বদসু মতম শংখিদে। ঈশৈ-নোংমাই তৌফম, থিয়েটর কনসার্ট তৌফম, ফুটবল-ক্রিকেট শান্নফম, অদুগুম্বা মফমদুদা সতীশ মতম লেল্লকখি। কদায়দা-ফুন-চৈনরুগদগে, করম্বা মফমদা ষ্টেজ শাগদগে, ইমুং কনাগী অশিবা মী পোৎলোইগদগে, কনাগী অরা-অনা মতমদা লুপা তরাদং থোরাং তৌবিরুবা তাবগে, মসি ওইরম্বনি মাগী থবক।

উচেক্কী ঈশৈদা মাধুর্য্য চেনত্রা চেন্দত্রা, কোকিলনা পঞ্চম স্বুরদা খোংত্রা খোংদত্রা, অতিয়া মকোয়দা কনাগী তুরিনা মচু শংবগে, তুরেলগী ঈশিংনা রা-রা চেন্দুনা করম্বা রাফম শন্দোক্লিগে, নুংশি-নুংওন অমদি লন-থুম্না সংসারদা কয়া য়াম্না ওইদবগী মরুনো—পূম্নমক অসিগী অক্ষুপ্পা রাফমহু করিগুম্বা মতমদসু মহাক্কী কোক্তা চংলকখিদে অমসুং মহুগীদমক রাজবা মীশক কনাসু মহাক্না থেংনরকখিদে। মহাক চমজবা মীনি, তাইবংপানগী কারবার মহাক্না ইচম চম্নমক তৌরকই। নুংশিজবা মীশক অদুবু চিংনরুবা লৈতনা নুংশিজরুই অমসুং মহুদা চৈথেং ফংবদা কম্নি তৌগদগে খঙজবা ঙমদে। পৃথিবীদা মীশক অনিথকপু মহারা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজরম্মী। অমনা সাবিত্রীনি, অদুগা অমনা মহাক্কী উপেনদা-দানি। সাবিত্রীনা মহাকপু নমথাক তৌহুনা লমচৎ নাইদবা বিশ্বাসঘাতক বিপিনগা লোয়নহুনা কদায়দনো চৎখ্রে, উপেনদাদানা করিমতা রাহং-পাউহংলমদনা অমম্বা অহিং অমদা মহাক্কপু থাদোক্কুনা চৎখি। শুপ্পগী লেপচরুক্কম অমতং লৈরম্মী, মহু কিরণময়ীগী মনাক্তনি। অদুবু মহুগী থোঙ অদুসু থিংখিবা উবদগী অমুক হুম্লনবগী মথৌনা মঙোন্দা লৈখিদ্রে। অহুনা মহাক অচিকপা অসিদা লাক্লগা অতিয়া, নুংশিৎ, উপাল-রাপাল, শা-উচেক্কা লৌয়ননা অনৌবা মরি অমা থমহুনা বৈরাগ্য-সাধনাদা মপুক্লিং থিংজিল্লিবনি। অদুবু মপুন্সি চুপ্পা হয়াও-তয়াম্না মরুপ-মপাংশিংগা লোয়ননা কোইরাং লাংনা লৈরকপা মীশক অহুনা অঙকপা থোঙং অমা চংথরক্লিবসি উবদা অহল ওইরবা বিহারীগী মন্নিত্তা মরক মরক্তা মপী ভায়কই।

মহাক্না করিগুম্বা নুমিত্তা চংলক্লগা হায়রমাল্লে, "বাবু, বাঙালী ভদ্রলোক অনি মমাংগী লম্বী অসিদা ত্রিকূট য়েংবা চৎলিবা ওইরমাল্লে।"

রা লোইশিল্লিবৈঙদা সতীশনা "কদায়দনোনে" হায়দুনা খংচোং চোংখৎলম্লগা থংনবা মিৎকুপমক্তদা "চচ্চখিসনু" হায়রগা মাইথোং মকশিন্না মহাক্কী চেয়ারদা ফমথখি।

বিহারীনা হায়, "কৌশিল্লুরগা অমুক্তং রারী-রাতাই—"

সতীশনা হায়, "করিগীদমক্তনোনে?" অদুগী মতুংদা খরমখৈ অরাংবা থাক্কী মওংদা কংনোক নোক্লগা হায়, "অমুক রারী-রাতাই শানবা অদুগুম্বদু ঐঙোন্দা দরকার লৈতে—হৈনদে। খঙদ্রা বিহারী, বনগী উচেকশিংনা হন্দক-মরক ঈশৈ তাহল্লি, উপাল-রাপালনা রা ঙাংই, নুংশিৎনা হু হু হুমদুনা ঐগী নাকোংদা লৈবাক কয়াগী রারী তম্লরি, ঐবু কান্নদবদা মীবেমশিংগা নোক-খেদুনা মতম মাংহল্লগদ্রনহে? ঐগী অশেংবা মরূপ করিগুম্বা হায়বা তারবদি মখোয় অসিমক্তি—খঙলেদনা বিহারী?" বিহারী পাউখুম পীঙমদনা মমাই মকশিন্ন' হনখি। অদুবু ফনা কুইরবা ফাওবা মবুংঙোগী মৈচাক্না থুমহৎলবা খোঞ্জেলনা মাগী নাকোংদা ঙুং ঙুং ঙংদুনা লৈ।

বিহারীগী স্বভাব অমা লৈ, মহাক্কী মপুক্লিংগী রা রাহৈনা চিংথোকপা ঙমদে। থোইদোকপা ভদ্রলোক কয়া ফাওবনা মীহোবা খাংদুনা লৈথোকপা ঙম্নদবা অদু খাংবা ঙম্বগী শক্তি অতোনবা মচা বিহারী অসিগী লৈ। মহাক্না মওং অমদা মপুক্লিংদা খঙজরম্মী. সাবিত্রীনা অহিংদুদা কেকুলোৎপী অমা শাম্মরম্নগা চৎখিবনি। মহাক সতীশকী অথাকপা লৈতনা য়াইফনবা খঙবা মীশক্তি অমসুং সতীশপু মথরায়দগী হেন্না নুংশিজে, বিহারীনা মদুদা নিংজিং-মাংজিংনরুবা লৈরমদে। করিগীনো মহাক্না দোষ তৌরুদবা মদুবু মশানা য়াজখ্রিবা অমসুং করিগীনো করিগুম্বা নুমিত্তসু লংশিনখিদবা পাপ অদুমক্কী পোৎলুম্বু মথুৎমক্না মকোক্তা থোঙচ্চখিদুনা মহাক্কী মবুংঙোবু অসুক হাক্না মৈশা লাংহল্লম্লিবা, রাকম অসি হম্না হম্না খন্দুনসু মহাক্না কিশি থোকপা ঙম্নমদে। অদুদি ওইরগা করিগীনো হায়ববু সাবিত্রীদা বিহারীনা মপাল নাইদনা ভক্তি লৈ। মহাকপু মমাগুম নিংজৈ অমসুং শাপ ফংলবী

দেবীনি হায়না থঙ্গে। অদুনা মশাগী মবুদ্ধিনা তোর্বান লাম্বা কংগ্রদুনা মসি হায়জদুনা পুক্লিং কাথৈজে, মমৈথংদা করিনো য়াইকবা থরদি ওইয়গনি; অমম্ভুং য়াইকবগী আশা অসিমক্তনা মহাক হীরম অদুদা তশেংনা ভুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈখিবনি। মবুংঙোগী মশক উবদা সাবিত্রীগী অশেংবা রাকমদু ক্ষোঙদোক্লিংবনা মরক মরক্তা মঙোন্দা খাংঙমদব। ঈথক অমা হোৌরকই, মতম অদুদা অসি হায়দুনা মহাক্লা মশাবু কাথজে, ঐগী ইমাদগীদি হেন্না ঐনা বাবুবু অদুক মুংশিরুবা নত্তে, মহাক মশামক্লা অম্ভুক হাক্লা অরাবা পীরম্লবা মতম অসিদা ঐনা করিগী য়ৈথায়বা পীরুগদগে ? মহাক্লা থঙদনা ঐঙোন্দা রাশক-রারেপ তৌদুনা খাম্লম্বদি নত্তে।

মতৌ অম্মুম্না তৌদুনমক মখোয়না অচিকপদা বাস তৌবগী মুমিৎশিংদু লেপ্লকই। অদুগা অমুক্তম্ভু মতম থরগা লেনবা ওয়ম্বা য়াই, অদুবু খঙহৌদনা নোংমা অপনবা থোক্লরে।

কাইরেন থাগী নোংহৌ হায়না খঙনবা অদু নুমিৎ অদুগী মতমদু ওইরম্বা তাই। নুমিৎ চুপ্লদু খুদোংগীবগী করিগুম্বা থুদম অমতা উরক্তে হায়বদি য়াই, অদুবু নুংথিল নুমিদাংরাই ওইম্বকপদা মিনিট কুনগী মম্ভুংদা অকনবা কংনা নোংলৈ-মুংশিৎ হৌরকই। ঙাইহাক্তংগী মনুংমক্তদা সতীশনা শগোলগী খোঙথাং মখোল তারকপদা চঙরুদুনা মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, নিংথিজবা শগোল অমা নুংশিৎকা ঈরোইননা ককঙাওনবা খুৎচেন্দা চেল্লি। সতীশনা কৌদুনা হায়রকই, "বিহারী, মসি কনাগী শগোলনো নাম্থোক্তুনা চেল্লিবসে ?"

বিহারীনা ইমুংদা থাউমৈ শেংদোক শেংদোক্লা "কনানো বাবু-মুংবু অমগী ওইরমগনি।"

সতীশনা হংলকই, "স্মাইদমু বাবু-মুংবু কনা অমুক লৈরিবগেনে ?"

বিহারীনা হায়রকই, "স্মাইদা লৈত্রবম্ভু দেওঘরদগীদি বাবু-ভায়াশিং গাড়ী তোংদুনা ত্রিকূট য়েংবা, তপোবোন য়েংবা তম্ভনা লাকই। মখোয়দুগী অমগী ওইরমগনি। নোংলৈ-মুংশিৎ কৌদুনা কম্ন থোবনি।"

"মদু ওইরবদি য়াম্না মুংঙাইবা রানি," হায়রগা সতীশ অমুক হন্না আরাম চেয়ারদা হিপথগ্রে। অদুবু রাকমদু মহাক্লা মপুক্লিংদগী ভাম্থোকখিবদি ঙমজ্রে। মহাক্কী মপুক্লিংদা থল্লবই, ওইনিংবা ওইজসনু,

নুপী লোয়নহুন' লাক্লবদি খুদোংথীবা চম্না থোক্কদবা নত্তে। লমসিদা গাড়ী দোলাইদি থাপ্পবা রানি, মী অমতংগী মত্তেং ফংবা কাওবা লুই। অদুগী মথক্তা মমশিল্লকপস্মু কুইরোই, থোইদোক্লহুম নোংস্মু চুথরক্লগনি। সতীশ লৈথোকপা ওয়ক্লে, চৈশাংহু মাঙ্গোল কাচিন্দগী লোরগা মপালদা থোরক্লে। লক্ষ্মী য়োরকপদা উরে, নুংকুপশিংনা শাফু কম্না কম্না ছুরিগী মতৌগুম হকচাংদা থাররি অমস্তুং লক্ষ্মী 'পুম্বা উফুল-রাইফুলনা পুম্নম মমথ্রে। খুওহৌদনা অমম্বা মুংশিৎ মরক অহুদা হোহো নোকপা খোঞ্জেল কয়া তারকই। হোলি নুমিৎকী ছুটি ফংহুনা হিন্দুস্থানী চৌকিদারগী কাংবুনা লাও-খোংহুনা লক্ষ্মীদা থোরকপা অদুগী মতৌগুম্মী—মসি মহুমক্কি। থৌদোক্তু করিনো হায়বা খওননবগীদমক সতীশনা উফুল মরক অহুদা থরদং চংশিনবমক্তদা উবা ফংলে, লক্ষ্মী ময়াইদা শগোল-গাড়ী অমা লৈ; অমস্তুং মহুদা কোইশিন্দুনা নুপা মাপল-ভরানা হরাওবা খোঞ্জেলদা পুম্নাং লাংলি। কনানা মকোক্তা টুপী উপ্পি, কনামনা মকোক্তা কোকয়েৎ য়েৎলি—মখোয় ওম্নমক হিন্দুস্থানী ফিজেৎ শেৎলি।

হরাওরিবহু করিগীনো খওননবগী আশাদা সতীশনা অমুক্তম্মু খোঙকম্ থরদং থাংজিনবমক্তদা উবা ফংলে, শগোল-গাড়ীগী খুৎপায়কম অমদা পায়হুনা চনুরা অমা লুকচাননা থোইদোক্লা তুফক-তুফাই চম্না লেপহুনা লৈ, অমস্তুং মঙোন্দমক অতম্বনা নুপাশিংহুনা শিজিন্নরিবা লোন অহু হিন্দুস্থানীগী মরৈনদি খৎপদা থোক্লিবা অহুগুম্বা মরৈহু পৃথিবীগী অতোপ্পা জাত অমতদা পান্দে! সতীশনা অহানবদা মপুক্লিংদা থল্লকই, মখোয় মাইকৈ সোমদা কদায়দনো চনুরা অসি পুহুনা হরাও মথোই কাবা লাক্লিমাল্লে, হৌজিক শগোল চেনখিবদা মখোয় মওং অমদা হরাও-তয়াম্লিমাল্লে। অমুক্তি হনগ্রসিরা থল্লকই, অহুবু করিগীনো খওদে ওসি মহাক কম্লিগুম্বা মওংদস্মু মপুক্লিংগী লাংতক্লবা ফাথবা ওমদ্রে। ভশেংনা অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা মহাক্কী চওক্লরবা মিৎয়েং তাক্লরে নুপী অহুগী ফিজোলদা। সন্ধ্যা অমদি উফুল-রাইফুল মরক অহুদস্মু মহাক্কী ফিজেৎ অহু বাঙালী নুপীগী মতৌগুম্না শেৎপা ওইরমাল্লে নিংলকই। মখোঙদা খোঙউপ তোংই, অহুবু মহু লক্ষ্মীগী খোঙউপ লোপেটা নত্তে—ইংরাজ নুপীশিংনা তোংনবা অহুমক্কি।

খঙংহৌদনা নুপীমচা অতুনা খোঙ্জেল কম্না কৌদুনা হায়রকই, "মহাশয়, ঐবু কনবিয়ু।"

'কনবিয়ু।' মিৎকুপ অমগী মম্নুংদা সতীশকী বৈরাগ্যগী নেশা চেনখ্রে। নুপী অমসুং সনা অমত্তনি হায়বা রাক্ষম কাউথোকখ্রে—কৈগী মতৌগুম চোংশিন্দুনা মহাক তশেংনা চম্নুরা অদুগী মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লরে। হায়রকই, "করি তৌরবগে ?"

চম্নুরা অদু অসুক কুইবসি মতোমদা মীওৎ-মীনৈ কয়া খাংলক্লিবনি, হন্দক্তি মমাই থুমদুনা ক্ষমদুনা কপথোরক্লে।

সতীশনা ফিঙ্গৎপা খোঙ্জেলদা হংলকই, "করি থোক্লবগে ? করি তৌরবগে ?"

"মখোয়না ঐবু শাথিনা ঈকাইবা পীরিবনি।"

"ঈকাইবা পীরিবা! মখোয়সি কনানো ?"

"খঙদে।"

"খঙদবা ?" সতীশনা রাহং চবুল অমা হংলকই,"নহাক কনানো ? মক্ষম কদায়দগী মফমসিদা লাক্লিবনো ? নহাক্তা লোয়নরকপা মীদি কদায় ? গাড়ী কনাগীনো ?"

নুপীমচাদুনা মপী তৈথোক্লগা ফাজিল্লবা খোঙ্জেলদা হায়রকই, "ঐখোয়গী সহিস শগোল ফারুনবা তাম্লব্রি—অতৈ কনাসু য়াওদে। ঐ ত্রিকূট য়েংবা চৎলুবনি—তোইনা চৎলি—মক্ষম অদুদগী মখোয়না ঐবু ওৎতুনা ইম্নরক্লিবনি।"

সতীশনা শাওত্নুনা হায়রকই, "য়াম্না ফরবনি। ইবেম্মবু মেমসাহেবলা শগোল-গাড়ী থোদুনা অসুক লাপ্না লাক্লিবদি ? ইবেম্মবু ইংরাজ নিঙ্তোল্লনে, চৎনিং চৎনিংবদা নথন্দা চৎপদসু করিমত্তা কৌত্রিবদি ? ইরম মচানা ইরমগী সহায় লৈত্রবী নুপী-নহাবু থেংনরবদি মাবু ঈকাইবা পীগনি —ওৎ-নৈগনি—মসিদি. লৈবাক অসিগী নিয়ম্নি, মসিবু ইবেম্মগী ইমা-ইপাদুনা খঙদত্রা ?" অসি হায়রগা মহাক্না হিন্দুস্থানীশিংদুগী খ্বাইদগী চাও-শাংবা মীশক অদুদা মৈহৌবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা হায়রকই, "নখোয় করিগী লেপত্নুনা লৈরিবনো ?"

মহাক্না হায়রকই, "ঐখোয়গী খুশিনি!"

মখোয়গী মমিত্তা য়েংলুবমক্কুদা মখোয় ভাও নত্রগা গঞ্জা, মদু নত্রগনা অনিমক শিজিন্নে হায়বা খঙবা ভুল্লে।

সতীশনা মখুৎ তিংখোক্তুনা লম্বী উৎতুনা শম্না হায়রকই, "চৎখ্রো—"

পাউখুমদা নুপাদুনা শুগৎতুনা শকক্ষম থিন হায়রকই, "হাই, চৎখ্রোদনা—"

মদুগী পাউখুমদ, সতীশনা মহাক্কী মচুবাদা অস্নুম্না কিন্না শুই মদুদি, মহাক্না 'দনা' রাইহে অসিমক অমুক্কা খরা শাংখনা হায়বা কংবদনি, অদুগী মতুংদা লম্বী মথক্ত চাইহৎতুনা তুংখ্রে; অমস্নুং মিৎকুপ অদুমক্তদা মাগী মনাক্তা লৈরিবা তমথীব মওংগী অনাশক মানবা পাখং অদু মম্বাল লৈতনা সতীশকী মখুৎ ওইগী কিন চাদুনা অহানবদা শগোল-গাড়ী থোবা সহিসকী ফক্ষমদা অদুগা মদুগী তুংদা চাকা মখোঙদা মমিৎ উইশিন্দুনা ক্ষয়দুনা লৈখ্রে। লেমহৌরিবা নুপা খরনা নেশাগী গুণদা, খরনা কিন চাদুনা নুংবংনরগী মতৌগুম লেপতুনা লৈ। সতীশন্না মাংদা লৈরিবা নুপাদু কৌশিন্দুনা হায়রকই, "হৌজিক নঙ লাও—"

মদুগী পাউখুমদা মহাক নুংশিৎমুক য়াংনা ময়ামগী মতুংদা হন্দোক্তুনা লেপখ্রে।

সতীশনা মতমদুদা চনুরাদুদা হায়রকই, "হৌগৎপিরো—"

চনুরাদু মনা-মনিল নাইদনা হৌগৎতুনা লেপখৎলক্লে। সতীশনা হায়বকই, "নোং চুরক্কদোরে—লাকপিয়ো, ঐগী তুং ইনবিরকউ।"

চনুরাদুনা কীথি-কীরুম্না হায়রকই, "ঐনু টাউন কাওবা খোঙনা চৎপা ঙমগদ্রা?"

সতীশনা হায়রকই, "টাউন্দা নত্তে, ঐগী লৈকমদনি। বাগান অসিগী মনুংদা। নোং তারক্কদোরে, অমুক লেপতুনা লৈরবদি য়াররোই। চৎপিরোই হায়রগনা মক্ষম অসিদা লেপতুনা চোৎপিহৌরো—ঐ চৎলে!"

চনুরাদুনা হায়বকই, "চৎসি। অদোমগী তুং ইন্দুনা চৎপদমু করি অমুক খল্লুখিগদগে?"

নোং মরিক মরিক তাবা হৌরক্লে অমস্নুং নুংশিৎ খরা তপথরক্লবস্নু লেপত্রি। মখোয় অনি ঙাইহাক তুমিন্না লাক্তুনা বাগানগী গেট মমাং য়ৌরকপদা খঙহৌদনা সতীশনা চপ লেপতুনা হায়রকই, "ঐগী লৈকম-দদি অদুম ওইনমক নুপী অমত্তা লৈক্তে—ঐ ইতোমনা লৈ।"

চনুরাহুনা হংলকই, "মহু ওইরবদি অদোমগী চাক ঈশিং থোংবা অহুগা ইমুংগী থবক কনানা তৌবগে ? ইশানরা ?"

"নত্তে, মীনাই লৈ। অহুবু মখোয়না মুপী নত্তে।"

"ওইদসনু, অহুবু অদোম্না লেপ্পিরিবদি করিগীনো ? চৎনা চৎনা হায়বিয়ুদনা।"

সতীশনা তৌকম খঙদনা হায়রকই, "মহুনা হায়জরিবসিনি, ঐগী সিদা নুপী অমত্তা লৈতে। মুমিৎ তারবা অসিদা ইমুংদা চংত্রিবৈগী মমাংদা অদোমগী মফমদা খঙহলহৌবা চুম্মী।"

চনুরাহুনা হায়রকই, "করিগুম্বা চুম্নবদি মফম অসিদা খঙহনবিরিবা করিগীনো—ঐদি অহুম ওইনমক লেপ্পা অমুক ঙমদ্রেবা সে—ঐ খোঙ-থুৎ নিকপনা লোইরে। মহুদা নত্তনা ঐ লাম্বনা থবৎ তৎলে।"

"লাকপিরো লাকপিরো," হায়হুনা সতীশ তৌকম খঙদনা অমম্বা বাগানগী লম্বীদা লমজিংহুনা চৎলকই। করদবা থৌদোক পুম্নমক অহুগী মতুংদা চনুরাহু কয়া শাথিনা চোকথরবগে হায়বা অহু মপুক্কিংদা ভাব তারক্লুনা সতীশ ঈকাইরক্লে। ঙাইহাক্কী মতুংমক্তদা মহাক্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইবেম্মগী খোঞ্জেলসি কদায়দনো তাপ্রমাল্লে নিংই।"

চনুরাহুনা মহুগী পাউখুম পীদে। অহুবু খঙবা ঙম্লে, সতীশনা অমম্বদা মাগী মশক উবা ফংদ্রে হায়বা। মাঙ্গোলদা কাখৎলগা মহাক্না সতীশকী অকায়বা অরাম-চেয়ারদা ফমথরগা হায়রকই, "বিহারী লোয়নবিরক-ইদনা ?" হায়রগা খোঞ্জেল হৌনা কৌরকই, "বিহারী, ঐগী ঈশিং গিলাস অমতা পুরকউদনা ?"

বিহারী অসোমগী কাদা লৈ। কৌরকপা তাহুনা ঈশিং পুহুনা লাক্লে। মাঙ্গোলগী রালদা মুৎশি মুৎশি ঙানবা কেরোসিনগী ল্যাম্প অমা থেৎলি, মশেল-মরাং ওইবা মঙাল অহুদসু মহাক্না চনুরাহুবু উবমক্তদা মশক খঙহুনা চঙক্লনা হায়রকই, "ঐখোয়গী মচল-ইবেম্মনিদনা।"

"মহু রা য়ামগ্রে," হায়রগা মুপীমচাহুনা মশানা হৌগৎতুনা বিহারীগী মখুত্তগী ঈশিং গিলাস লৌরগা অমুক্তদা লোইনয়ক থকচিল্লগা বিহারীদা পীরগা হায়রকই, "দাদাদা পাউ পীরুবা তাম্লিনে বিহারী। ঠিকানা তাক্লবদি অহিং অসিদা নঙবু যুম থিরুবা ঙমগদ্রা ?"

বিহারীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নস্তে মচল-ইবেম্মা, ঐদি শহর অসিগী করিস্সু খঙদে। মহুদা নস্তনা, হুনুরবনি, নোং-নুংশিৎ মরক অসিদা অমম্বা লম্বীদা চৎপা ঙমজরোই।"

"মহু ওইরবদি কমদৌগদগে বিহারী ? শগোল করিগুম্বা চৎখিদুনা শগোল-শঙদা চংগ্রবদি দাদা মথরায় রাবনা লৈকম-চাকম খঙলরোই। করিনো উপায় অমা তৌদুনা খঙহনখিবমক ভাবনি, নুংশাখিনিংঙাই লৈতে, ঐ অশোম্ব-অঙাম থোক্তুনা লৈ হায়বা।"

বিহারীনা রাখল ভৌরগা হায়রকই,"ঐখোয়গী চাক থোংবা বামোন্দু লম অসিগী মীনি, লম্বী-থোঙ পূম্নমক খঙই। জ্যোতিষ-সাহেবকী য়ুম তাকপিরবদি শোয়দনা চৎলুবা ঙমগনি। মাবু কৌজরক্কে।" হায়রম্নগা চাকশঙদা চৎখ্রে।

সতীশনা চনুরা অসি কনানো হায়বা খঙলে। হায়রকই, "দাদাদা চিঠি অমা ইদুনা পীবিখো।"

নুপীমচাদুনা হায়রকই, "মহুবুদি পীখিবা তাবনি।"

সতীশনা হায়রকই, "অস্তুম্না ইবিখো, মচলনুপীবু মেম-সাহেব ওইনা শেম্নকপগী ফলল্লু ঙসি করি ওইখিবগে হায়বা সাহেবনা ভাবদা য়াম্না হুরাওজবস্সু য়াই।"

কোৎচি অসিদা সরোজিনী শাওগৎলক্লে। মহাকী লোনচৎ-শাজৎ লাইবক্তা তম্নম্বনা থোইদোক্না ফজদনা থোকখ্রে অচুম্বনি, অমস্তুং মহুগীদমক মহাক মশাগী রাখল থেনবা হুম্বা নস্তে, অদুবু, অভোম্না মীশক অমনা মহুনি হায়দুনা হুম্না হুম্না মেম-সাহেবকা চাংদম্নদুনা লক্লবস্সু খাংবা ঙম্বা নস্তে। মহাক্না খোপ্পেল য়াক্না খুম্নকই, "দাদাদা অদোম্না হেক ইখিখ্রো, মাগী মচলনুপীবু করম্বা খুদোংথীবদগী ঙসি নতোমদনা কমদৌনা কনবিরকপখিবগে হায়বা।"

মহাক্না রারৌম্নিবগী মরমহু সতীশনা ভাব তারে। অদুবু মশানা মেম-সাহেব শাজবা পুম্নমক অসি মঙোন্দা তশেংনা মিৎ নানা থোকই। হায়রকই, "ইবনদি চুম্বনি। অদুম ওইনমক করিগুম্বা ইবেম্মখোয়গী চৎনবীদা খজিক্তং ঙান্দু লৈরম্বা থোক্লবদি।"

সরোজিনীনা হায়রকই, "ঐখোয়গী চৎনবীবু অদোম্না য়াম্না হঙ্গোই—নত্রা ? রাখল্লোন্দি অসিনি, ঐখোয়বু মীরা ?"

সতীশনা হায়রকই, "ঐগী রাখল ওইনিংবা ওইসম্নু, নশাগী রাখল্লোন্দি ইবেম্মখোয় নত্তনা বাঙলাদেশতা অতৈ মী অমমুক লৈতে, অসি নত্রা ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "থোইদোক্লকুম ঐখোয়গী ইরক্তা রাখল্লোন অদু লৈবা মখোয় অতুম্বু ঐনা দোষ তৌদে।"

সতীশনা হায়রকই, "মতু খঙই। মতুগীদমক ঙসি ইবেম্মদি অকনবা চৈরাক কংবমা চুম্বনি। মফমতুদা ইবেম্মবু শক খঙলম্বা থোক্লবদি ঐ তুমিন্না লাক্লমগদবনি—রাস্তু ঙাংলম্লোইদবনি।"

সরোজিনীনা হায়বকই, "চৈরাক্তু করিনো তাসি ? ঈকাইবা নংবা অদুগা মীওৎ মীনৈ— মসিনিদনা ?"

সতীশনা হায়রকই, "মতুমক্কি।"

সরোজিনীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি হৌজিক্তা ভাব তারে, করিগীদমক সহায় সৈজন্দ্রবী নুপীবু ঈকাইবা পীবমক্তা অদোমগী ইরমদম-সিগী ইরম-মচাগী লমচৎ ওইরিবনো হায়বা। ঐবু ঈকাইব পীবগী য়াৎলিবা শরুক অদু য়ুমদা পুরক্লগা অদোম ইশামক্তা পীবা মতিক চাবনি। হৌজিক শকখঙনবা মী ওইরমতুনা অপনবা থোক্লে হায়দুন অদোম্না শাওবিরিবনি।"

সরোজিনীগী কোৎচি অদুদা সতীশনা শাওদুনসু নোকখোরক্লে। হায়রকই, "তশেংনা মতুমক্কি। ইবেম্মবু ঈকাইবা পীবা-কংদ্রে হায়দুনা ঐ অসুক হাক্লা শাওরিবনি। ঐখোয়গী বাঙলা লোন্দা তৌবিমল হায়রবা রাইহে অমা লৈ। ইবেম্মখোয়গী সাহেব-মেমগী ডিক্সনারিদা রাইহে ইরম-দবা য়াই!"

সরোজিনীগী চিনবান মতায়দা খোইরুম-মোমোন মীনোক অমা লৈচিন থাংলবা নোংথ্যংগী মতৌগুম কুকেৎতং ঙাল্লকই। অদু ওইরবস্সু শাওবগী খোম্থোকমক্তদা পাউথুম পীরকই। অদুবু খোজেল অদু কাহেন্না মরৌ থাংই, থোইদোক্লা পুক্রিং চঙ্গন্দবা অতাবা মীশক ফাওবগী নাকোংদা ভানিংদনা থোক্কনি। সরোজিনীনা হায়রকই, "নত্তে ইদে। সাহেব-মেমশিংসি তৌবিমল খঙদবা অতুক তমথি। অদোম্না কাংলুপ্লভুদা

চংবিরক্রবদি মখোয়গী অয়ান-খুভম কংনবা উপায় লৈতে। চংবিরকেরা ঐখোয়গী কাংলুপ্তা ?"

মহাকগী পাউথুম ওইনা সতীশস্না নোক্লিংবা খাংহনা করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা বিহারীনা হনুমান পাঁড়ে-জীবু পুহনা লাক্লে। সরোজিনীনা হেগু-ব্যেগ হাংদোক্লুনা লুপা মঙা লৌথোক্লুনা আরাম চেয়ারগী পান্থোমদা থম্লগা হায়রকই, "মসি নহাক্কী বকশিশনি পাঁড়েজী, করিগুম্বা শহরদা চৎতুনা চিঠি অমা থিল্লুরবদি—" অসি হায়রগা মহাক্না মমিং-মথা, লৈকম-চাকম য়ারিবমখৈ তাক্লকই।

পাঁড়েজীনা মাগী থা অমগী আয়গী শেলকমহ মীহৌহনা মিৎকুপ্তা য়াহনা চিঠি লৌননবগীদমক মখুৎ তিংথোরক্লে। নহাক্কী তিংথোরক্লিবা খুবাক্তা সরোজিনীনা লুপা খরহ হাপ্লগা চিঠি ইননবগীদমক ইমুংদা চংখ্রে। ইননবা টেবিল মাংমক্তদা লৈ। ইকুই কুইদনা ভাইহাক্তংগী মতুংদা সরোজিনীনা চিঠি পুরক্লুনা পাঁড়েজীদা পীররে। পাঁড়েজীনা চেকশিন্না মহ মাগী ফুরিৎ মনুংদা হাপচিল্লগা মখুৎ ওইনা লালটেন অমস্তুং মখুৎ য়েন্তা রাগী চৈশাং পায়হনা মপালদা নোং হৈথনা চুরিবা মথক্তা চৎখিহনা মিৎনা কুপ্পদা মশক উবা ফংখিদ্রে।

বিহারীনা মপুক্লিং নুংনাংনা হায়রকই, "বাবু, ঠাকুর করম্বা মতমদা হল্লকদগে হায়বগী অরেপ্পা লৈতে—থোং-থাকপদি কমদৌগদগে ?"

সতীশনা সরোজিনীগী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলুরগা রাকম অহ থুপচিনখিনবগীদমক তঞ্জাননা হায়রকই, "ওঃ—মহ মতমহদা য়েংবা হায়বহনি।"

বিহারীগী লাংতক্লবা মহদা করিমতা ময়েং তাদ্রে। হায়রকই, "কমদৌনা য়েঙ্গদৌরিবনো ঐদি ভাব ভাবা ওমজঁদে বাবু।"

সতীশনা পেন্দ্রহনা হায়রকই, "নঙনা ভাব ভারুবগী কান্নদে বিহারী, নঙ চৎখ্রোদনা। মহ পুম্নমক্তু ঐনা শিনগনি। মহদা নঙনা ঙসিদি ঐ চাকস্নু লামদে।"

বিহারী খোঙকম অমা কাওবা লেংদে। হায়রিবা রাকমহ মহাক্না তশেংনা থাজবা ঙমদে। মরমদি, অমনা সাধারণ মীওই মঙাদগী মখুং-ঙোনা চাকলাম্বগী চাং য়ায়া হেল্লি, মহদা নত্তনা মতম অম্লুক কুইনা থবক

তৌহুনা লৈরক্লবা অসিগী মতুংদা মহাক্না মখুংঙোগী চাক লামদবা অসি নোংমতম্ভু উখিদ্রি। শন্না হায়রকই, "মহু য়াগন্ত্রনে বাবু ?"

সতীশনা চৈহুনা হায়রকই, "নঙনা রাক্ষম খুদিংমক্তা মরৈ য়েংপসি নঙগী দোষনি বিহারী। পূম্নমক্ কননবা শিন্নগনি। হায়রিবসিনি, নঙ চৎখ্রো, মহুদি নহুনা ইমাংদা লেপহুনা চপ চানা অরাই-অকুম তৌহুনা লৈরি।"

বিহারী মপুক্লিং রারৌনা থোরকই, সরোজিনীনা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "ঐগী হাক্তকীদমক নখোয়গী খুদোংথীবা পূম্নমকসি থোক্লিবনি বিহারী, থোং-থাক্লবা করিমতা লাংদ্রিব্রা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "করিগী লাংদমি, মচল-ইবেম্মা, অদুবু কনানা থোংবিগদগে ? ঠাকুর হল্লক্পা কন্না য়াম্না থেংলক্কদগে হায়বগী অরেপ্পা লৈতে।" হায়রগা মাইথোং মকশিন্না চৎখ্রে।

সরোজিনীনা হায়রকই, "মেম-সাহেবম্ভু ওইসনু, অদুম ওইনমক অদোমগা জাত্তি তীন্নদনা। ঐগী খুৎ চাবদা কনাগী জাত তাগনি গে ?"

রাহংসি তাবদা সতীশ নোকথোরক্লে। হায়রকই, "জাত তাগন্ত্রা তারোইদ্রা হায়রা গুমদ্দে, অদুবু মেম-সাহেবকী খুৎনা থোংবা চাক খনাওদা য়োংশিনবা য়াগন্ত্রা য়ারোইদ্রা মহুনি মরু ওইরিবা রাক্ষমদি।"

"ইস্! মহু ওইরগা কৈদৌই! মেম-সাহেবনা থোংবা চাক চারবদি কাওবা গুন্নিরোই।" হায়রগা সরোজিনীনা য়োকপা অমম্ভুং এসেন্সকী মনম্না মকম অদু ঈথক হৌহল্লগা ফুক হৌগৎহুনা ইমুংদা চৎখ্রে। মিনিট মঙাগী মতুংদা মহাক মপালদা থোরকপা মতম অদুদা মঙোম্দা য়েংলুবদা সতীশ ভাইহাক্তি চঙরুখ্রে।

খোঙউপ-মোজা তোংদে, মখোঙ অনিমক হাংই, রেশমগী জিজোলগী মহুত্তা গুপ্নদগী সেন্নিজনী মথক্তা সতীশকী ইচম চন্না মপাল অঙাংবা চেন্নবা লৈজোম্না গ্লাক্তী ওইনা শেৎলি। মহু উবক্লা সতীশকী মমিৎ অনিমক থনখ্রে। মহাকা রুম্না ঈহৌরকপা ঈথক্তা হায়দোক্লে, "কম্নাদ্রা অঙকপা কংনা ইবেম্মদা পকচন্নবা! লক্ষ্মী দেবীমক্তুম্মী।"

মা অসি তাবদা সরোজিনী হরাওবনা লম্বায় শাৎখ্রে। অদুবু য়াম্না ঈকাইহুনা মরু লুকথহুনা হায়রকই, "চৎপিদ্রো—জারবদি চাক থোংলোই হায়জরিবসিনি।" মহু ওইরবদি চন্না হেজনি।"

অহুবু ঈকাইবা কোঙদোকপদি মহাক্না খুদঙ্ক্না কাজিল্লম্রে। মরমদি মহাক্না খঙই, ঈকাইবা য়োক্তুনা থম্লবদি মহু ক্ষত্তবা ওইরকই। অহুম্না মঙক থাঙৎতুনা নোক্তুনা হায়রকই, "কোন্না থাগৎপিরো। হৌজিক চাকশঙ কদায়দা লৈবগে হায়বা অমুক্তা তাকহনবিয়ু।" ছংম্নরম্লগা মশামক চংশিনখ্রে।

## কুনম্নাপল

চাক থোংবা অমস্তুং চাবা লোইখ্রে, মাঙ্গোলদা চেয়ার অনিদা মখোয় অনি মায়োক্লনা ফম্লি।

সবোজিনীনা হায়রকই, "রা অমা ঐখোয় কনানম্তু খল্লুব্রে, দাদাগী য়ুমগী ঠিকানা ঠাকুরনা করিগুম্বা থিবা ফংদ্রবদি মহাক্না গাড়ী অমা থিহুনা পুরক্কদবনি হায়বা। অহুবু, মহু নত্রবদি ক্ষমদোগদগে সতীশবাবু ?"

সতীশনা হায়রকই, "রাহু নিংশিংলম্লবস্তু থোইদোক্না কল্লিগুম্বা থবক অমতদা চম্নগদবা লৈতে। অহিং অস্তুক থেংনা, অস্তুক লাপ্পা কনাগুম্বা গাড়ী-রাল্লা অমতা লাকপিম্নু য়াবোই। ইবেম্মা মক্ষমসিদা অহিং লেক্রুগা লেক্লে, নত্রগনা খোঙনা চৎপা তাই। মসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে।"

"ঐ খোঙনা চৎপা ওমগনি, অহুবু অদোমগা নত্তনা অতোপ্পা কনাগম্তু চৎমিন্নবা ওম্মোই।"

"মহুগী অর্থদি ? ঐগা চৎমিন্নরবদি খুদোংথীবা থোক্লিংঙাই লৈতব্রা ?"

"করিগী লৈরোইদগে, লৈ। অহুবু মহুগী থোদাং পূম্নমক অদোমগীনি। জবান অদোম্না পীবা তাষনি, ঐনা পীক্রুগদবা নত্তে।"

সতীশনা হায়রকই, "ঐনা জবান পীগদৌরিবা করিগীনো ? ঐগী ইগ্নাল ?"

"অতৈ কনাগী মক্ষমদা নত্রবস্তু নশাগী মক্ষমদা পীজবা তাবল্লি।" অসি হায়রগা সম্বোজিনী খঙহৌদনা চপ লেপখ্রে।

সতীশনা অমুক মঙোন্দা মরৈ য়েংলুদ্রে। অহুবু ভঙ্গেংনা ভাব তারে, নখোয় অনিনা ওইহাক তুম্লিন্না লৈবগী মুয়ক অহুদা ঈকাইবগী খঙহুম হুমজিল্লকপা নুংশিং অমা শিংখ্রে।

"কনানো লাকপ্রা ?" হায়দুনা সরোজিনীনা চেয়ারদগী হৌগৎদুনা চৎপ্রগা মাঙ্গোলগী রেলিঙদা ঙাদুনা অমম্বা বাগানলোমদা য়েংদুনা লেপতুনা লৈপ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা "কম্বিস্সু নত্তে" হায়দুনা মহাক হান্নগী মকমদা হঞ্জিল্লক্লে অমস্সুং মক্কি-মরোল অমুক্তা নিংথিনা শেমজিন-খোৎচিল্লগা ফমথক্লে, মতম অদুদা সতীশনা কম্বিগুম্বা রা অমতা ঙাংবা ঙমক্রে।

অদুগী তুংদা মবানিমক তুমিন্না ফমদুনা লৈ। মতমদুদা মপালদা নুংশিৎ লেপপ্রবদু নোংদি লেপ্তে। মথক্তা অমম্বা অতিয়া অমস্সুং মাইকৈ মরিদা শন্দোক্লিবা উমং মচুংগী অমম্বদু শরুক তরা হেন্না মমপ্রে। মদুমক্কী মচি অমদা মৈ ঙান্দবা মাঙ্গোলদা মপুং-যরৈ ফারবা পাখং-লৈশাবী মায়োক্লনা ফমদুনস্সু ঙাংনিংঙাই রা লৈতবনা তুমিন্না লৈনপ্রবা মতম অদুদা অমম্বা লাইরেম্বা অমনা লোৎতুনা লৈদুনা তশেংনা মচিন থুমদুনা নোক্লি-মাল্লে, অমস্সুং মখোল থোক্তবা মীনোক অদুগী মঙাল অমম্বা লৈচিনগী মরুমদা লোৎতুনা শান্নরিমাল্লে।

মপালদা প্রকৃতিনা মহাক্কী অতিয়া-নুংশিৎ-মঙাল-অমম্বগী লীলাদা মীওইবগী পুক্লিং ইহুন অমদি থম্মোয় লায়ুম্বু কমদৌদুননো চিংথোক্তুনা লোৌথোকপা ঙম্মী হায়বা সতীশনা মতম খরগী মমাংদা নোংমা অহিংদা মদুগী পরিচয় খঙখি। নুমিৎ অদুদা বিহারীগী মকমদগী বিপিনগা লোয়ননা সাবিত্রী ময়ুম থাদোকখিবগী পাউ ফংবদা মহাক্কী তুংগী পুন্সি 'পূম্বা অরাবগী সমুদ্রদা লুপথক্রে হায়না খন্দুনা মহাক্না মাইকৈ খঙদনা জ্ঞান মাংদুনা মতোমদা চেন্দুনা কিলাগী মী তাদবা অচিকপা লমহাংদা হিপখি, মতমদুদা মতৌ অস্সুন্নমক অমম্বা অভিয়ানা মাগী ঈংলবা মথুৎনা সতীশকী মৈচাক পূন্নমক মুখৎপিখি, সাবিত্রী অদুমকপু ঙাকপিবগী পায়া তম্বিখি। অমুক হন্না, ঙসিগী মওং চাদবা তথক্লবা প্রকৃতিনা মহাক্কী য়াইফবা 'পূম্বদা শোকপিদুনা সতীশকী নিংবা কায়রবা থম্মোয়বু ঙসি অমুক হন্না অত্তোপ্পা লম্বী অমদা অকনবা শাফুনা ইস্থোরক্লে।

সরোজিনীনা খঙহৌদনা হংলকই, "অদোমগী বনবাস অসিগী অর্থ করিনো?"

সতীশনা হায়রকই, "অর্থ করিনো অমা শোয়দনমক লৈ।"

মদুমুদি লৈরমগনি। অদুমু, কনাদস্থু তাক্লমদনা চেনবিরক্লিবা কম্বিগীনো?"

"অদুবু চেল্লক্লিবনি হায়বা পাউ অসি কনানা হায়বগে ?"

সরোজিনীনা নোকফেৎ ভোনা হায়রকই, "পাউ অসি ঐ ইশানা থিজবনি! অদোম্না অয়ুক্তা লৈকম থাদোকপিখিবা নুমিৎ অদুদা ঐ ইশামক অদোমগী লৈফমদা চৎলুই।"

সতীশনা ঙক্লুনা হায়রকই, "ভাব ভারে। উপেনদাদানা ঐবু থিবা চৎপা ওইরিনিনে, অদুগা ইবেম্মস্তু মাগা লোয়নবিরুবনি। মহাক লাকনি হায়বা ঐ খঙই, অদুবু ঐ লৈতে হায়বা উবদা মহাক্না করি হায়খিবগে ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "তশেংনা করিস্তু হায়খিদে, ঐস্তু করিস্তু তাখিদে। মরমদি, মহাক মশাদি মফম অদুদা চৎত্তে, ঐবু থাদুনা চিঠি অমা থিলহনবনি।"

সতীশনা হায়রকই, "মদুগী মখাদি ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "ঐনা য়েংরুবদা অদোমদি অয়ুক্কী গাড়ীদা চৎখ্রে হায়বা তারকই। করি রাখলদগীনো বামোন-ঠাকুরদা হায়নদুনা থোঙ হাংদোকহন্দুনা কা খুদিংমক চংদুনা য়েংলকখি। মপালগী মঙ্গোলদা শাড়ী অমা ক্ষৌহৌই, হংলুবদা খঙলকই, ফিদু মাজীগীনি। মহাক নারুরে, অদোম্না মহাকপু পুদুনা নোংচুপ্লোমদা চৎখি। করে, মহাকপু কনানো ? কদায় য়ুমসিদা নহাকপুদি উবা ফংদেনা ?"

সতীশনা মাইথোং কাহৎনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "ঐ মাবু পুদুনা নোংচুপ্তা চৎখি হায়না বামোন-ঠাকুরনা হায়রা ? হৌন-খঙদবা! ওইদবা ঙাংবা! উপেনদাদানা মদুমক থাজরিবা ?"

সতীশকী মাইথোঙগী ফিভম অদুগা খোঞ্জেলদু ভাবদা সরোজিনী চঙরুপ্রে। হায়রকই, "উপেনদাদাবুদি য়াওদে। অদুগা থাজরগবু দোষ করি লৈবগে ? মাজী অসি অদোমগী কনানো সতীশবাবু ?"

সতীশনা কন্থা-করুমনা হায়রকই, "ঐগী কনা অমুক ওইগদগে ? কনাস্তু নত্তে, ঐখোয়গী হান্নগী লৈকমদুগী মীনাইস্তুপীনি। শয়তান বদমাইসকী নুপীনি। অহল ওইরক্লদুনা লায়না চেল্লে, অদুনা ভিক্ষা নিবা লাক্লম্বনি। ঐনা মাবু পুদুনা নোংচুপ্তা চৎখ্রিবা! ঈকাই-নাইদবা কনাগুম্বনা ঐগী ইমাংদকা অদুগুম্বা রা ঙাংলরবদি মাস্নী—"

সরোজিনী ঙকপগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। ঙাইহাক তুমিল্লা লৈরগা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "মীনাই নুপী ! অদুবু, মদুদা অদোম্না অমুক হাক্না ফিঙ্গংপিরিবা কবিগীনো ?"

সতীশনা হায়রকই, "ওইদবা বদনাম শিজিল্লক্লবদা ক্ষিঙ্গৎলোইদবা ক্ষনা লৈবগে হায়বিয়ু ?"

"মহাকপু অহিং অদুদা রাম্বদুনা ভুবিখিব্রা ?"

সতীশনা মতৌ অদুম্নমক মৈশা-লাংবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "হোয় রাম্বখি ; অদুবু মদুনা করি তৌই হায়বগে ? মানা রাম্ববদু ঐগী ইরাল্লা ? অদুগা ইবেম্মমক্লা মাগী মরমদা অস্মুক ব্যবহার তৌনা ঙাংবিরিবনা করিগীনো ? য়ুমগী মীনাই মীশলবু ইবেম্মখোয়না 'অদোম' 'আজ্ঞা' হায়না রা ঙাংনবিব্রা ?"

সরোজিনীনা মসিগী পাউখুম পীদে, ভুমিন্না ক্ষমদুনা লৈখ্রে। ঙসায়মখৈ থম্মোয়-নুংদা হরাও-নুংঙাইবগী থাজ খোক্লম্বনি, কদায়দগীনো অমুবা লৈচিন পাইশিল্লক্লুনা মদুবু খঞ্জিনখ্রে। অমুক্তি মাগী থম্মোয়-নুংদা রাহং অসি ক্ষাওরকই, করিগীনো অহিং অদুদা উপেন্দ্রনা মাগী লৈকমদুদা মাগী নুপীগা লোয়নননা চংলুরগা খুদক্তা খোরকখিবা,—অদুবু রাহং অসি হংখ্রে। মপুরিংদা মহাক্লা মওং অমদা খঙজরে—মসিদা অসিগুম্বা করিগুম্বা খরা লৈবদু উপেন্দ্র মশামক্লস্মু ক্ষোঙদোকপা ঙমখিদে অমস্মুং সতীশনস্মু ঙম্লোই।

অদুবু থম্মোয় ঙমচাক্লবা অচিকপা অসিনা মবানিমকপু লায়না চেলহনবগুমখ্রে। অমুক ভুমিন্না লৈখোকপা ঙম্লক্লুদুনা সরোজিনীনা তপ্না তপ্না হংলকই, "ক্লরে, রা অমতা হংজবা য়াগদ্রা ?"

সতীশনা হাইক্ষেৎ রারোবগী খোম্বাংদা হায়রকই, "করি রানো ?"

"অদোম্না অস্মুক কুইনা ঐখোয়গা অদুক নক্লনা লৈনা লৈনা করিগুম্বদস্মু শক উৎপিরম্রিবা করিগীনো ?"

সতীশকী মাইকৈদা রাহং অসিগী পাউখুম লৈরমদে। হায়রকই, "মরম কয়ানা মতম ক্ষংদে।"

"মরমদুবু করিনো ? লাইব্রিক তম্বরা ?"

"নত্তে, ঐনা লাইব্রিক তম্বদি মমিংদনি। অদুনা ঐনা করিগুম্বা জুমিত্তা কদায়দা চৎপদস্মু অখিংবা লৈতে।"

"অদু ওইম্ববদি ?"

সতীশনা নোক্লবা খিঙং হোৎনরগা হায়রকই, "য়েংখিয়ুদো, অশেংব রাকম ইবেম্মদা হায়দোকপদা কায়দে। ইবেম্মখোয়গী রা কম্নিগুম্বদস্থ ঐগী পুক্লিংদা নিংশিংলকখিদে, মদু নত্তে. অদুবু খঙবিদব্রা, ঐখোয়গী সমাজগী মওং, মদুগী শিক্ষাগী মওং, মদুদা ইবেম্মখোয়গী মরক্তা চংলুবদা কমদৌহুনবো নিংকোক নিংকোকপগুম তৌই। মসিমক্তা লাকপা গুমখিদবা ওইবা য়াই।"

সরোজিনীনা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই! অদুবু, অদোমগী সমাজগী শিক্ষাগী মওং কমদৌবগে খরমখৈ খঙজবা য়াগদ্রা? উপেনবাবুখোয়গী সমাজগা চানবা করিস্ত্ব লৈবিরমদবা য়াই, মরমদি মাগদি তোৎন-তীন্নবদা অপনবা লৈতে।"

সতীশকী লৈকমদা মশক লোৎপী নুপী অমগী রাকম পন্নরকপদগী মহাক্কী থম্মোয়দা লাম্নে অমা চাক্লক্লিবনি। মওং চাদবা রাকম অসিদা খনবনবগী মৈরি অদু অমুক্তস্থ হেন্না রাংখৎলক্লে। সতীশপু মহাক্না থুপচাননা নুংশিজরমদ্রবদি মসিগী কেকু-লোৎপী পুম্নমক অসি মহাক্কী মকমদা অরোৎপা করিস্ত্ব লৈরম্লোইদবনি, অদুবু নুংশিবগী নুংগী মিৎয়েংবু অদুক তরায়-তরায়না থাদোকপা গুমদ্রে। থৌদোক্তু চপ চানা খঙদহুনস্থ মহাক্কী পুক্লিংনা কমদৌহুনবো অশেংবা রাকমদু খঙবা গুম্বগুমদ্রে। সতীশনা মৈশা লাংনা ঙকচানবগা লোয়ননা সরোজিনীদা য়েংলকই। মহাক্কী খোঙ্গেলদা চেল্লিবা খৎননিংবগী ফাজিনবা স্নুরনা সতীশকী নাকোংদা শাফু কম্না য়৷য়রহুনা সাবিত্রীবু নিংশিংহনগ্রে। অদুবু চৈরক অসিদা সরোজিনীনস্থ মহাকপু নুংশিব' গুম্নমগনি হায়বা অসিগুম্বা রাখল সতীশনা মমঙদা ফাওবা খনঙমজদে। মরম অদুনা মহাক্কী মৈশা চেনবা রাহং-পাউখুমগী ঈচেলগী তাংদাংবা মরম মহাক্না অচুম্বগী মঙালদা উবা ফংদ্রে। মসিবু লাইরিক-লাইগুু রাংনা তম্নবী নুপীগী নাপলগী ওইনবনি হায়না খন্দুনা মহাক মশামকস্থ নুংদা মৈ হৌরক্লে অমস্নুং পাউখুমস্থ মতৌ অদুম্না পীরকই। হায়রকই, "উপেনদাদাগী সমাজ অমদি শিক্ষা অদু কমদৌবগে হায়বা মুন্না খঙলুদে। অদুবু, অদুম ওইনমকস্থ মহাক্তি ইবেম্মখোয়গী তোৎন-তীন্নবা গুম্নবা য়াই; অদুবু অত্তোপ্প কনানা গুমদবদা মহাক্না মদু কম্নিগী গুমদ্রিবনো হায়বগী পাউখুম পীগদবনি হায়বগীদি

করিঙুম্না অর্থ অমতা লৈতে। ওটনিংবা ওইজরসনু, ঐহাক্কপু ঙাকপিয়ু, অসিগুম্বশিংসি খম্ন-নৈনরুবগী করিঙুম্না কাম্নবা অমত্তা ঐদি উদে।"

সরোজিনী চুপ য়ুংনা লৈরম্লে, অমসুং সতীশসু য়া ঙাংদনা মাইথোং নুকচানানা ভুমিন্না লৈ।

পাড়ী অমা লাক্লুনা গেট মম্নাংদা খাম্নরে অমসুং জ্যোতিষবাবুনা খোঞ্জেল হোৌনা সতীশকী মমিং পন্দুনা কৌনা কৌনা মৈ পুদুনা মী খরগা লোয়ননা মাগান্দা চংলক্লে।

মশীং নাইদনা থাগৎপা, নিমন্ত্রণ-আমন্ত্রণ অসিনচিংবা চৎনবী নীতি পাংথোক্লগা জ্যোতিষনা মচলনুপী পুদুনা চৎখিগদবগী তৌরকপা মতমদুদা সতীশনা সরোজিনীদা হংলকই, "পাউ অমা ইবেম্মগী মফমদা ঐ হংখিদ্রে। হারানবাবু কৌবা উপেনদাদাগী মরুপ অমা লৈবদু কমদৌগ্রবগে হায়বা ঙন্বিব্রা ?"

জ্যোতিষনা ঙক্লুনা মদুগী পাউথুম পীরকই, "এঃ তাবিদ্রিব্রা ? মাংদি শিখ্রে।"

পাউদু তাবদা সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না লেপতুনা লৈরুম্নগা হায়রকই, "মাগী মমা, মাগী নুপী, মখোয় কদায়দা লৈবগে খঙবিব্রা ?"

সরোজিনীনা মসিগী পাউখুম পীরকই। হায়রকই, "মখোয় ময়ুমদা লৈ। দিবাকরবাবু মখোয়মী য়ুমদা লৈদুনা কলেজদা তম্নগনি—মহাক (উপেনবাবু) না মখোয়গী ভার লৌরগনি হায়না লেপ্লম্রে।"

জ্যোতিষনা খঙহৌদনা মচলনুপীদা হংলকই, "হারানবাবুগী নুপী ঐখোয়গী য়ুমদা নোংমা লাকখিবা নত্রা ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "হোয়, ফনা কুইনা লৈরম্মী, রারী-রাত্তাই য়াম্না শানখি।"

মহাক মশাগী মরমদা করি ঙাংনখিবগে, মপুরোইবা কায়ন মৈশা লাংলবী মতৈম-বেম্মনা করি হায়না লৌগ্রবগে হায়বা অসিনচিংবা খঙনবগীদমক সতীশনা সবোজিনীগী মাইথোংদা খঙনিংবা মিৎয়েং অমা য়েংলকই। মরমদি, মহাক মশাগী মরমদা খম্ন-নৈনবা ফজদবা মওংদা ওইরমগনি, মসিদা মহাক্না চিংনরুনিংঙাই লৈরমদে। অদুবু ময়েক শেংদবা মঙাল অদুদা সরোজিনীনা মহাক্কী মাইথোংগী ইঙ্গিত খঙবা ঙমখিদ্রে,

মত্থদা নত্তুনা খঙলন্নবস্থ সতীশকী ল্লাংতক্লবথ্ন কোকহন্নবা দরকার ওই থুন্নমদবা য়াই। মহাক্না মবুংদা চৎননবগী দমক খজিক্কং ইল্লগা খোল্লেল তপ্পা হায়রকই, "অমুক পস্থবিরন্থ দাদা, চৎলসি—"

"হোয় ইবুংগো ইবেম্মা, চৎলসি।" অসি হায়রগা সতীশশ্তা নমস্কার তৌদুনা হায়রকই, "অদুগা অমুক হন্না মশীং খিঙমদনা থ্যাগচ্চরি সতীশ-বাবু। হয়েং-হংচিৎ নোংমা আদ্রা থুম্না উফুল তাহনব্রিরো।"

সতীশনা নমস্কার ওক্লুগা শেংকাত্তবা খোল্লেলদা হায়রকপথু ভাব তাদ্রে। সরোজিনী হক্লিল্লক্লুনা সতীশতা নমস্কার মচা অমা তৌরম্লগা চৎখ্রে।

সিঁড়ি অদুগী মথক্তা লেপত্তুনা হন্দক্কি সতীশকী মমিত্তগী মপী শিন্থ-রক্লে। পী তারক্লিবা করিগীনো হায়বা তাংদাংবথ্ন মহাক্লা তশেংনা খঙজবা ঙমদ্রে, অদুবু, কমদোহুননো মকম খঙদবা পুক্লিং নুংশিবা অমনা মঙোন্দা হন্না হন্না খঙহল্লকই, মহাক্কী সাবিত্রী, মহাক্কী মতৈম-বেম্মা, মহাক্কী উপেনদাদা, মখোয় পুন্নমক্লা মতম অমতদা মহাকপু পুন্ধি চুপ্পগী ওইনা ইন্থোকপিরে। অচিকপা য়ুম অসি থাদোক্লুনা মহাক্কী চৎকম অমমুক লৈরে।

## কুন্থ্রা

থা অনিগী মমাংদা হারান শিখিবা মতমদুদা দিবাকর মুমিৎ নিনি-হুন্নিদমক কলিকাতাদা লৈরম্লগা হনখিবা তারম্মী। হন্দক্কি মহাক কিরণ-ময়ীগী মশাইগোন্দা লৈদুনা কলেজদা বি, এ, তন্থদা লেপ্পরবনা মহাক্কী নৌনা লৈবা স্ট্রিটগী তোরঙ্গ অমদা লাইরিক অমস্থং মক্ষি-মরোল হাপতুনা দিবাকর হারানবাবুগী পাথুরেঘাটকী য়ুমদা নোংমা সন্ধ্যা মতমদা লাক্লুনা থুংলরে।

কিরণময়ীনা মহাকপু নৌরিবা মৌপয়াগী মতৌক্তম হুংশিনা লৌশিনবিখ্রে।

মামাগী য়ুমদা স্থরবালা নত্তুনা দিবাকরবু লুনা তৌবিবা কনাস্থ লৈরমদে। অদুগা লুনা তৌবা অদুদী মনুংদস্থ মহেশ্বরীগী অখাবা মিৎ-য়েংদা শনিগী মিৎয়েংগী মতৌক্তম অদ্বাম্বা মতুমদা রস কংশিন্দুনা ম্যাংখি। অদুবু মকমসিদা মদুক্তম। কুরিক্তবা উৎপাত অমতা লৈরমদে।

থৌশাবিরবা গমলাগী উ পাম্বীনা ইথঙ-খঙহৌদনা মালেম  লৈমগী মথাদা চংজকম কংবদা কংঙমত্রবা য়সকী মহাওদা মাগী শুংজিন্দুনা পিক-শিল্লা লৈরম্বা মরাশিংদু লৈনুংদা মশা লিশিং লোংদুনা শন্দোকই, কিরণময়ীগী মশাইগোন্দশু দিবাকর তশেংনমক মতুগী মতৌশুত্রকই।

অচৌবা শহরগী পাক-চাওরবা অমদি মখল মখলগী ঈশিং  জুংশিৎ মরক্তা লৈবদা উনা উনা মহাক্কী ককচিল্লম্রবা আশা অমদি য়াম্না খুজিল্লম্রবা ভুংগী লম্বী পাকথে:ক-চাওথোরক্লে। মশাবু মহাক্লা রাংনা লৌজয়ক্লে। বি, এ, কেল ওইদুনা লাইরিক ঔরাইবগী মহাক্কী হায়গী লীপূন ভৎপ্রবনি, অতুম ওইনমক অনৌবা লীপূনশু হৌজিক মতম য়াৎলি, নুংঙাইরবা অহাংবা মতম অসিদা মহাক্লা মকম খুদিং কোইচৎ চৎতুনা জ্ঞান তানশিল্লি।

মহাক ভ্রামা য়েংলুবদা মঙ মঙই, জু য়েংলুবদা ঙকই, মিউজিয়ম য়েংলুবদা শুমহৎলি, শিবপুরদা সরকারগী বাগাম য়েংলুবদা প্রবন্ধ ই, ফুড়া-দলানগী নিংথিজবা কয়া কয়া উবদা ময়া কাদুনা লৈ ; মমৈদা নোংমা গাড়ীনা মথোঙ শোক্তুনা য়ুমদা হল্লকই।

শোকপদু খজিকথক্তনি। কিরণময়ীনা হাথু হাথু শুনু-য়াইঙং শাহন্দুনা পুরক্লগা তৈবি তৈবিনা মোমোন মোমোন নোক্না হায়রকই, "করিনা শোক্লক্লিবনো ইনাও-ইবুংঙো ? শগোল গাড়ীনরা নত্রগা ষণ-গাড়ীনম্বা ?"

দিবাকরনা মমাই ঙাংনা হায়রকই, "শগোল গাড়ীনা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অতুম ওইনমক হিংলবনি। মতু নৎলম-ত্রবদি থোঙ তেকপা অসিগী মথক্তা অমুক জরিমানা থিবা থানা কানরম-গদবনি।"

দিবাকরনা ঈকাইনা হায়রকই, "থোইনা করিশু শোকপা নত্তে, মসিদি হয়েং অমুক অতুম কজরম্লগনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "কববুদি কগনি। অতুবু থোইনা লাপ্না চৎথোক্লনু। কলকতাদা অঙাং কাবা কাংবু অমা লাক্লে হায়না তাই।"

মতৌ অশুম্না মতম লেল্লকই ; অঘোরময়ী তীর্থ কয়া কয়া কোইক্লরগা নোংমা য়ুমদা হল্লক্লে। মসিগী মমাংদা মহাক্লা দিবাকরবু অমুক অনিয়ক

উথ্রে, মতমত্তুদা মচাগী মৈচাক্লা মহাক্কী থশ্মোয় কাহেন্না তয়ং-মালংদা তাওরম্মী, অত্তুনা, মহাক্কী মশক মমিৎতা উরমদে। গুসি কোই-মুং হৌদবা থোৎ-নৌরবা শক কজবা মাইথোংত্তু উরুবমক্তুদা মহাক্কী মমা ওইবগী থশ্মোয়দা মুংশিবা প্রেম ঈহৌরক্লে। হায়রকই, "দিবু, ঐহাক মমিদা নঙগী মমাবোক থোকই, ঐঙোন্দা ইমাবোক হায়না কৌ নুপামচা।"

মাগীস্তু মমা-মপা লৈখিদ্রে হান্নবা তাবদা মহাক্কী মমিৎ অনিদা ঈরা চেল্লক্লে অমসুং ঈহৌয়ক্লিবা পীরাংত্তু মফি ফিজিনা তৈথোক্লে। হায়রকই, "ঈশ্বরনা ঐগী হায়ানবু যুম্ন্দুনা লৌথ্রবসু লাইবক থিরবী ঐবু হিংহন্দুনা থম্বিরি, মত্তু ওইরবদি হিংলিডৈ নুমিৎ থরনি অসি নুপামচা নঙ ঐবু থাদোক্তুনা কদায়দসু চৎখিগনু।" অসি হায়রগা মহাক্লা মথুৎনা মহাক্কী মকোক শোক্লগা মশাগী থুংশা মতোলদা চুপ্লকই। মহাক্কী রা তাবা অত্তুগা মিৎকী পী উবদা দিবাকর মশাগী মপা উহন্দননবা মমাংদগী লৈথোক্তুনা চৎখ্রে। মসিগী নুমিৎ থরনিদংগী মনুংদা মহাক্লা দিবাকরবু নুংশিবিবা যাত্তুকরগী মায়াগী উপালগুম মশা-মরেং ফন্দোরক্লে। তশেংনা রাদি অসিনি, মচা কায়নরবী মমা অসি মতম থরা মীরমদা লৈরুরবা তুংদা ময়ুমদা হল্লকপদা মচাগী অরাৎপা অত্তু থশ্মোয় থন্না মেনশিল্লবা পাম্মী। য়ুম অসিমক্তুদা থা থরগী মমাংদা মহাক্কী মচানুপা শিখিবা মতমত্তুদা পূময়োৎ য়োৎপা থাংগুমদ্রবা মৈচাক অত্তুনা মহাক্কী মাতৃত্বগী মচিঙ্গাক হুন্দুনা করিগুম্বা মওং অমদা মহাকপু হিংহন্দুনা থম্মম্বনি, হৌজিক মৈচাক অত্তু থোইদোক্লা ময়েং তাররুবদা মহাক্কী থৌরাংলবা মমা ওইবীগী থশ্মোয়ত্তু মচা কায়নবনা তশেংনা কায়রক্লবনি। মচা লৈত্রবা অহাংবা মক্কম অত্তুদা দিবাকরবু মহাক্লা থোইদোক্লা তরান্না থাঙ্গৎতুনা লৌশিনখ্রে।

মাইকৈ অমদনা মহাক অত্তুগা মাইকৈ অমদনা কিরণময়ী—মখোয় অনি.অসিগী মরক্তা লৈত্তুনা য়ুম অসিদা দিবাকরবু লুনা-চান্না তৌবিবদা গুমখৈ অমুক লৈখিদ্রে।

চাক লামদবদা মরম পীবা তাই, হকচাং থক্তিক্তুং গুমদবগীসু হন্না হন্না পাউথুম পীবা তাই, মুংশিবিবগী অসিগুম্বা অথুপ্পা রহস্য পুন্নমক অসি মহাক্কী চহি কুন মপুংফারবা পূন্সি অসিদা থেংনরকখিবা গুপ্লে লৈখিদে।

পুন্সিদা খঙওন ওনবা অসিদা অহানবদা মহাক মুম্নিৎ খরনিদি ইহৈ হৈনিংলমদে, পুন্সি চুপ্পদা হৈনম্বক্কবা অধিকার লৈতবদা অধিকার লৈবা শাক্লবগী চিংনবা ভশেংনা পাক হেক কোকপা ওম্নমদে, অদুম ওইনমক মুমিৎ খরনিগী মনুংমক্তদা মহাক্কী নুংগুক-নুংজানরম্বা থম্মোয়দু নুপী অমি অসিগী মপাল নাইদনা মুংশিবিবদা মশীং খিঙমদবা মওংদা মশা-ময়েং কন্দোরক্লে। মমৈথংদা করিগুম্বা মুম্নিৎ অমদা মহাক্কী মৈশা লাংলবা অরাবা চেল্লবা হৈনবীশিংদু উনশা অকংবগী মতৌগুম্ন হকচাংদগী খঙহৌদনা নাম্থদুনা ভাপ্রে, মদু মহাক্কা খঙবা ফাওবা খঙহৌম্লে।

মাইকৈ সোমদা অস্তুম অস্তুম ম্লেংবা য়াবা মখৈ ম্লেংবা লোইখ্রে। অমুক হন্না গাড়ীনা তক্কনি হায়রবগী অমুক নুংশাথিরুম্লিংঙাই লৈত্রে, মতম অদুদা সভা-সমিতিদা শরুক য়াবা হৌরকই অমস্তুং অহাংবা মতমদনা থাগী চেক্ষোঙ অমদা মপুক্লিং থিংজিল্লকই, অদুগা মশক নাইবা অইবা ওইরক্লে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক ঈহৈ-নোংমাই অমস্তুং সাহিত্যদা মথরায় য়াওরকই। 'হায়' (ওস্তোকপনি), 'আছিল' (লৈরম্মী) অসিনচিংবা হাপচিন্দুনা কবিতা শেম্বা ঙমখি, হৌজিক দিবাকর বন্দোপাধ্যায়গী মমিংদা রারী ইবা হৌরকই। কলেজগী নুপামচা কয়ামরুম পুন্দুনা 'চন্দ্রোদয়' হায়না মমিং থোন্দুনা থাগী চেকোঙ অমা পুথোকখি, মদুমক্তদা দিবাকর ঙাওরি।

হৌজিক মহাক মুমদগী মপাল পাক পাক থোক্লে, মহাক মথৌ য়াম্না চিল্লে। অকায়বা ছাদকী অচিকপা কাচিন্দা খাতা পেন্সিল পায়দুনা শকক্ষম হঙ্গিন্না কমদুনা লৈ—ঈরুজবগী, চাবৃ-থকপগী রাখল চেনখিজ্রে—য়াম্না কৌন-খোৎনদুনা কুমহল্লকপা তাই। রাখলগী লৈবাক্তা তাওবা মহাকী অনৌবা উৎপাতশিং ভসিদা অঘোরময়ীনা নুংশাখিবা মিৎয়েং থমদুনা হায়রম্মী, "মসি মুম অসিমকী দোষনি! ঐগী হারান লাইব্রিক্তা লুপতুনা মথরায় থাখি, মসিমক্তু লায়না অদুমক চেনবা উরে—নত্তে বাপু, মীগী মচা—"

ক্রিরণময়ীনা পুম্নমক উরম্মী, নোক্লুনা হায়, "অদুম্না খনরিক্লনু ইমা, লাইব্রিক্তা মথরায় য়াওবা মহাক অদুগী আয়ু হন্দুরোই, থোইদোক্লদুম শাংগনি।"

মসিগী মতুং মুমিৎ খরনি লৈরগা 'চন্দ্রোদয়'দা 'বিষের ছুরি' (হূগী ছুরি) কৌবা রারী কোঙলক্লে। 'সূর্যোদয়' চেকোঙদা মহুগী সমালোচনা তৌদুনা হায়রকই, বাঙালীগী চাওখোকচনিংঙাইনি, খোইদোক্লা মমিং চৎলবা নহা ওইরিবা অইবা শ্রীযুক্ত দিবাকর বন্দোপাধ্যায়না ইবা প্রেমদা দোষ পক্কবা মমিনি।

অদুগী ভুংদা দোষ পক্কবা মমি অদুদা করি করি য়াওবগে হায়বা সমালোচক মহাশয়না পারুবদা কমদৌনা মপী থিংবা ঙমখিদবগে অমসুং অসিগুম্বা অমগা অমুক উনিংবগী আশাদা মতৌ কমদৌনা থাংঙমদবগে, লোইশিল্লকপদা মহুগী ইঙ্গিতসু পীরি।

ঈকাইবা খঙদবা চিরোন অসিবু মীচং নাইদবা অচুম্বনি হায়না লৌবদা দিবাকরনা খোইদিং মথায় অমা কাওবা নীংহন্নবা লৈতে। অদুগী মরমদি অসিনি, মীওইবগী পুন্সিদা অসিগুম্বা মতাং অসি আশা অমসুং রাখল-মঙলানগী ভম্পাক থাদোক্কুনা লেপচবা ঙম্বা নত্তে, মসি মহাক্কী মতম অদুমক্তি—অহানবা যৌবন। চৈরক অসিমক্তদা মাবু য়াবা মরুপ-মপাং অহুম-মরিগী মতেংনা সাহিত্যগী সনা মচুগী কোকয়েৎ মহাক্কী মকোক্তা য়েৎশিনবিখিবনি, 'সূর্যোদয়' সম্পাদক্লা মহাক্কী মাইকৈ মরিমক্তা অরিবা খুৎই-লাইরিক্কী মালা মপৈ শন্দোক্কুনা থম্বিখি।

অঙকপা কংলবা সাহিত্যগী লুহুপ অসি মকোক্তা উপতুনা দিবাকর নোংমা অয়ুক্তা চাওখোকচবনা মাইথোং লংনা চাকশঙদা চংলকই। মখুত্তা মাগী 'সূর্যোদয়' চেকোঙতু পায়রি।

হায়রকই, "ইতৈমা, য়াম্না চিনবিরিব্রা?"

কিরণময়ী চাক থোংলম্মি, হায়রকই, "চিন্দে, খোইনা চিত্রে ইনাও —লোইশিল্লক্লে। নখুৎত্তা পায়রিবদু করি চেকোঙনো ইনাও-ইবুংঙো অভোম্বা?"

"ওঃ, মসিবুরা? মসি থাগী চেকোঙ— 'সূর্যোদয়' —নৌনা খোয়কপনি। অদুবু হায়নিংবা হায়বিয়ু ইতৈমা, কজনদি ই।"

কিরণময়ীনা সূর্যোদয়গী মরিদা করিসু খঙলমদে, হরাওবগা লোয়ননা হায়রকই, "অচুম্বরা? মহু ওইরবদি অমুক্তা য়েংগে।"

"হৌজিক য়েংবিগদৌরিব্রা?"

"মস্তে হৌজিক নম্রে—ঐগী 'কমুংদা খরা থনজু—মুংখিল য়েংগে।"

মুংশিজদা থবক-ইথাং চাব-থকপা লোইরগা কিরণময়ী সূর্যোদয় কাপ্তোক্লুনা কয়রে।

অতৈ অতৈ অসুম য়েংলম্লদুগী চপ চাবা মকম অতুমক্তদা শিংথেং তারুরে। দিবাকর থংনবা কামক্তদা লৈ, হৌগৎতুনা চঙলগা মঙোন্দা হায়রকই, "কদায় ইমাও-ইবুংঙো, তুগী তুরি, কদাম্নদনো ? সমালোচনাদি উহল্লে, তুনরক্তি অশেংবা পোৎশক্ক পুথোরক্লো।"

দিবাকরনা ইকাইনা নোমজক্লপগা লোক্কননা হায়রকই, রায়ীতুদি থোইদোকপা কসিস্তু নত্তেদ্রা ইত্তেমা—হাথু হাথু ইখিবা—"

কিরণময়ীনা লোক্তুনা হায়রকই, "মতু ওইজসনু পীরকউ।" হায়রগা মশামক্লা মিতুনা 'চন্দ্রোদয়' চেকোঙতু চিংথোক্লুনা লোরগা মকম অতুমক্তদা কাক্লোক্লুনা চৌকি অমদা কয়রে। মহাক্লা মখোল থোক্তনা পায়রক্ট, অত্তবু দিবাকর আশা অমদি তুংনাংথগী অকনবা ঈথক লোৎশিন্নমবা কান্নদবদা লাইরিক অমগী চেনা ফাক্লি। মহাক্তী 'তুগী তুরি' হাথবা রায়ীসিগী নাস্তিকা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা কজবীনি অমস্তুং মপুং-ংরৈ কারবীনি। ঈনাক থুমবা জমিদারগী মচানুপী ওইতুনন্তু বিধিনা তম্রকপনা লাইরবা মশক-মতৌ কজবা পাথং অমবু মুংশিজরম্মী। জমিদারনা থৌদোক অতু খঙলক্তুনা নায়ক বিজয়েন্দ্রকুমারবু মরৈবাক্তগী তাম্হোকখি। অতুমু, নগেন্দ্রনন্দিনীদি করিমতা খঙলমদে—বসন্তগী সন্ধ্যাদা মালতীকুঞ্জদা কমতুনা মপুক্লিং মকালাম্না লৈপরেং লেংলি। অশোমদা শক্তা শুমহৎতুনা মপুং কারবা থাজনা উগী মরুমদা কেকু লোৎপী শাম্নরি, অতুমু অতিয়াদা কাথৎনবগী মথৌনা লৈখিদ্রে। নোংঙাল্লবোই নিংতুনা মরক মরক্তা কোকিলনা কুহু কুহু খোংলক্লি, মথক্তা মীহৌ-চাঙ্গুরা খোইমুনা গুং গুং গুংতুনা নিদ্রাগী তম্পাক্তা য়াতারিবী মালতীগী তুম্বা থুগায়রি। অসিগুম্বা মতম অসিদা তপ্না তপ্না লাক্লিবসি কনানো ? বিজয়েন্দ্র নত্রা ? হোয়, মহাকমক্লি হায়বা য়াই! অতুমু মসি কুরি ফিজেৎনো ? গেরুরা ফিজোল, লাইবক্তা বিভূতি, গুক্তা রুদ্রাক্ষ! নগেন্দ্রনন্দিনীগী মথুক্তগী মালতীগী মালা নাম্থতুনা তাখ্রে। বিজয়েন্দ্রনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা পীরাং থাংবা খোজেলদা হায়রকই, বিদায়! চৎলে!

নুগেন্দ্রনন্দিনীগী ক্লোক্থক্তা খুঙহৌদনা বক্স আয়ুকপগুমল্লে। থবাক্তা কাজপ্পি লাক্ক লাক্কনা চিক্করে। মপুক্লিংদা হিংলকই, থল্লোয় মচেৎ চাম্মা থোক্লা কেন্দ্রিবগুম। মহাক্কী মমিত্তা থাক্কগী মক্কাল অমুবা মচু ওনখ্রে, নাকোংদা কুহ খোঞ্জেল্লা মকুন্না খোংবা ওনখ্রে। কৈশাবীহু লেপতুনা লৈরা অমুক ঙম্মক্রে—লৈমায় 'থক্তা রাম্বত্থনা ভুথ্রে।

মস্থি ফাওবা প্রারপ্পা কিরণময়ীনা খঙহৌদনা মমাই খাঙৎলগা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো অতোপ্পা, শোয়দনা কনাবুনো মুংশিক্লরৈনিনে? নত্রদো?"

দিবাকরনা ঙক্লুনা হায়রকই, "ঐবো?"

"হোয় নঙবুমিনে; শোয়দনমক নঙনা ল্যোয়া কনাবুনো মুংশিক্লরে।"

ইখঙ খঙহৌদনা বদনাম শীরকপ্পসিদা শাথিনা ঙকাইহনা দিবাকর তৌফম খঙখিদ্রে। মিৎকুপকী মতুংদা মপুন্নিং নুংশিনা অমস্থুং খোইরাং-খোইশাওননা য়ানিংদ্রবা কোঙদোয়কই, "ঐবো? নত্তে মত্তে—রামত্থম শোল্লু—কৈদৌঙৈদস্থু নত্তে—করিগুম্বা মওংদস্থু নত্তে—"

"নত্তে! ইনাও-ইবুংঙোদা করিগুম্বা নুমিত্তস্থু কাজপ্পিনা চিকখিদ্রিব্রা?"

"নত্তে—করিগুম্বদস্থু চিক্কখিদ্রি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অঙকপনি! কনাবু করিগুম্বা মতমদা চিকখিবা ফাওবা উখিদ্রিব্র।?"

"নত্তে, মত্থস্থু উখিদ্রি।"

কিরণময়ীনা থোক্লিদোক্লা ঙক্লুনা হায়রকই, "নক্তগী থল্লোয়স্থু করিগুম্বা নুমিত্তা মচেৎ চাম্মা থোক্লা কায়রমগনি হায়বস্থু খল্লুবা ঙমদে। করিগুম্বা নুমিত্তা নুংশিনবস্থু লৈখিদে, কাজপ্পি মচা অমা ফাওবস্থু নমিত্তা উরক্লি, বক্সনা পানবগী চৈনাখোলস্থু কমদৌবগে হায়বা ফাওবা খঙবা নত্তে, অত্থু ওইরবদি কায়নবা হায়রসি অত্থুক তমগী হায়বা কমদৌনা খঙলুরিবনো?"

কিরণময়ীনা মহাকপু মাইকৈ কদোমদ্র ইক্লুনা পুরিরনো হায়রা দিবাকরনা অস্থুম অস্থুম ভাব তারক্লে—মমাই ঙাংনা হায়রকই, "মক্লুব্র খঙবা ঙম্মোইদ্রনে?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মতৌ কমদৌনা খঙলিবনো হায়বা ঐদি ভাষ তাদে—অদুবু ভাবদগী নত্রগা মীগী লাইরিক্কগী হুদুনা ইবা য়াই—য়াকম অদুদি অচুম্বনি।"

দিবাকর ফিঙ্গৎলক্লে। হায়রকই, "ঐবু হুয়াল্লি হায়বিনিংলিত্রা?"

কিরণময়ীনা নোক্লুনা হায়রকই, "মদুমক পাম্মী। হুয়ানববুদি ভশেংলবনি, মদুদা নত্তুনা হুয়াল্লে হায়বা অদু কাওবা খঙজবা ঙমদনা নহাক অদুক হাক্লা মিৎ তাংই। শাওরক্লনু ইনাও-ইবুংঙো, অদুবু কাজল্লীনা চিকপা অদুগা বজনা পানবা নত্তুনা নহাক্কী খুত্তা অতোপ্পা করিগুম্বা পাম্বে অমতা লৈতে; খুৎপায়শেল অসিখক্তং পুদুনা সমুদ্র অসি লানগদৌরিত্রা? নোভেল ইবা হায়বসি অদুক হাক্লা লায়বা থবক মচা-মত্ত নত্তে। অদুম ওইনমক করিগুম্বা চোংতুনা সমুদ্র লানবা পায়বা, মদু ওইরবস্তু ঈশ্বরগী আশীর্বাদ চংই—অস্তুম হেক্তা য়াদে।" হায়রগা নোক্লকই।

থৌওইবিদবা মরৌ থাংবা রাসিদা দিবাকর নুংবংনবগুমখ্রে। মতম অস্তুক কুইবসিদা মহাক্কী মক্কমদগী গুপ্পগী নিংথিজবা অদুগা মধুর চেনবা ফাগী-ফারাং তাদুনা লাক্লি, অদুগুম্বী মহাক অদুগী মক্কমদা থৌওইবিদবা অমস্তুং শিগংননা করেম-কথাইনবগী পাউথুম মহাক্লা করি হায়না পীগদগে, মদু খনবদা লাম্বা কংখ্রে।

ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ইরিবা অস্তুক য়াম্বা মী পুম্নমকসি নুংশিনকুরত্রা, নত্রগা কায়নবগী মৈচাক কংলত্রা? কৈদৌঙৈ মৈচাক থাংবা ঙমগদগে হায়বা অদুগী আশাদা কমদুনা লৈখোকপা ভারবদি খঙলে সাহিত্য নৈনবমক থাদোকপা ভাই।"

মহাক্কী মৈশাদু উবদা কিরণময়ীনা নোকক্কেৎ তৌনা হায়রকই, "মসিমু সাহিত্য নৈনবা কৌত্রা? মসিদি মথৌ নত্তুনা মথৌ শাবা কৌই। ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী নোকমিবা মাইথোংদু ইখঙ খঙহৌদনা থোইদোক্লা কনশিল্লক্লে অমস্তুং মহাক মশামক্কী রাহৈশিংদুদা লুপতুনা থম্মোয়নুং নিক্লক্লুনা ঈ চোৎলক্লুনা লুমথরক্লে অমস্তুং ঙাংলক্লে। মাইথোং মকশিন্না হায়রকই, "ঐগী রাসি নঙ খঙবা ঙম্নরোই ইনাও-ইবুংঙো, অদুগা আশীর্বাদ তৌরি, করিগুম্বা মুমিত্তস্তু খঙলক্কনবা। অদুবু ঐনা নঙোন্দগী

চহিদা অহলনি, ঐগী য়াসিদং তাও ইনাও-ইবুংঙো, নশানা খঙদবা অহু অতোপ্পা মীদা খঙহন্নবা অরেম্বদা খক হোৎনরুগনু। মশক খঙদবা মহাক অহুগী পরিচয় অতোপ্পা মীদ খক তাকউহু।"

দিবাকর রা ঙাংখিদ্রে। কিরণময়ীনা ঙাইহাক ভুমিন্না লৈরগা ফুনগৎলবা চরম শেংদোক্লগা হায়রকই, "অসি শাওবা নত্রগা য়ারোইবগী রা নত্তে ইনাও-ইবুংঙো', মসি লাইবক্কী রানি, মসি য়াম্না লাইবকথিবগী রানি। সংসার অসিদা মী অনি-অহুমদি লাইবক থিবশিংগী অথুপ্পা কিশিগী পরিচয় তাক্লনবা অধিকার ফংহল্লকই, অরুম্বা পোৎলুম অসি মখোয়মক্কী মখুৎমক্তদা শিন্নথোক্লনা অতোপ্পা থবক্তা পুক্নিং থিংজিল্লবদি থবকসু ওইবা য়াই, অশোয়-অঙামসু হস্থনি! অরেম্বদা ছাদকী কাচিন্দা শকক্ষম কায়না ক্ষমহুনা কল্লনা তৌরুবনা কান্নবা ফংলোই, মসি নঙোন্দা ঐনা শেংনা হায়রিবসিনি। গির্ল্টি পীহুনা নঙগুম্বা পোৎশক খঙদবা মীবু ঙাওহনবা য়াই, অহুবু কয়ারক মৈ ইক্লক্লনা সনাগী অশেংবা মশক খঙলক্লবা, অরাবা অসিগী কারবারদা হন্না হন্না ঈরাক্লরক্লবা মীশক্তবু করিনা ঠোগ তৌরুগনি ইনাও-ইবুংঙো।"

দিবাকরনা মপুক্নিং ঈংথরক্লনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি কল্লনা হায়বসি করিস্নু লৈতরা?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "করিস্নু লৈতে হায়বদি ঐ হায়দে, অহুবু কান্নদবদা কল্লনা শাগৎপা করিগুম্বা ঙম্বা থোক্লবস্নু মথরায় হাপ্পদি ঙম্মোই; লাইব্নিক্তদি ঙমগনি, লম্বী তাকপদি ঙম্মোই। লম্বী অহু উননবা মঙাল থিবা নহাক্না ফংস্রিবমখৈ নহাকী কাজল্পীনা শুপ্পগী মহাক্তবু চিক্কনি, অতোপ্পা কনাগী মশাদা য়াখুল তাহনবা ঙম্মোই।"

মহাক্কী অরোইবা য়াহুদা দিবাকর মপুক্নিংদা মৈ হৌরক্লে, অমসুং মাইথোং লুম্না ক্ষমহুনা লৈবা উবদা কিরণময়ীনা অমুক হন্না নোকফেৎ তৌহুনা হায়রকই, "খল্লিবনি ইনাও-ইবুংঙো', নহাক্কী 'সূর্যোদয়'গী মহাশয়হুগী মপী থিংঙমদবগী মরম কম্বিনো? নগেন্দ্রনন্দিনী মমৈথংদা হু চাহুনা শিখিবদি নত্তেদনা?"

শাওম্বিবা দিবাকরনা পাউখুম পীরক্তে।

কিরণময়ীনা ৱায়ীগী অয়োইবা শরুক্তা ঙাইহাক মিৎয়েং থম্লগা হায়রকই, "মসিনিদনা।" অসি হায়রগা হৌনা পারকই, "অদুবু মোং- ক্ষমদা থম্লরিবা অশিবা হকচাং অসি কনাগীনো? কনাগী মতুং ইন্দুনা অস্থক য়াম্বা মীয়াম মথবাক্ত খুদুম্না গুর-গুরদুনা লাকুরিবনো? কনাগী মৈচাক্লা নিংথৌরেলগী মশক ওইরবা মতিক-মথৌনা লৈরবা জমিদার অঙাওবগী পাংথক ওইগ্রিবনো? ওস্তোকপনি! মসি কয়াদা থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা দৃশ্যনো! বিজয়েন্দ্র তপ্পা তপ্পা মাইকৈ অদোমদা চংশিল্লকই।" কিরণময়ীনা অমুক মথা পাথবা ঙমদ্রে। নোক্তুনা লাইরিক্ত দিবাকরগী মথক্ত হুপ্তিল্লগা হায়রকই, "মুমিৎ তাখ্রে, চৎলগে, নহাকী চানবা থৌরাং তৌরগে" হায়রগা নোক্লা নোক্লা চৎখ্রে।

## কুষ্থ্রামাথোই

মুমিৎ মঙা-তরুক্লিগী মতুংদা নোংমা মুমিৎ য়ুংবা মতুংদা দিবাকরনা কিরণময়ীগী কাদা চংলুবদা থোইদোক্লা হাইকেৎ চঙক্লনা য়েংলকই, মহাক য়াম্না মপুক্লিং চংনা লৈমায়দা ক্ষমদুনা খুৎইগী সংস্কৃতনা মুল ওইবা রামায়ণ পারম্লি। কিরণময়ী সাধারণ য়ুম্বানবা ইমুংগী মুপী শিংদগী য়াম্না হেন্না লাইরিক তম্লকই অমস্থুং বাংলা ইংরাজী থরমথৈ চংখোম্না খঙই হায়বা দিবাকরনা খঙই। অদুবু মতুনি হায়দুনা মহাক্লা অরিবা লাইরিকপু অদুক নিংথিনা পাবা ঙমগনি হায়বা অসিগুম্বা রাকম অসিদি দিবাকরনা মমঙদা কাওবা থনঙমদে। মিৎনা কুপ্পদা চঙকুবনা শ্রদ্ধানা নোল্লক্তুনা মহাক মক্ষম অতুমক্তদা ক্ষমথররে।

কিরণময়ীনা মথুক্তগী চেনাদু মক্ষম চানা থম্লগা মমাই থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "খঙহৌদনা অসিগুম্বা মতম অসিদা?

দিবাকরনা হাইক্কেৎ নুংনাংনা হায়রকই, "নহাক পারমগনি হায়বা খল্লুদে ইতৈমা। ঐনা হায়বদি খঙলে—"

"তুম্নমগনি। অদুনা কাতু-কারন খন্দুনা হৌদোকপা লাক্লিব্রা?"

দিবাকরনা ঈকাইদুনা মমাই ঙাংনা হায়রকই, "মতম খুদিংমক্তা অদুম্না করেম্নরবদি ঐ য়ুমসি থাদোক্তুনা চেনশ্লগনি, হায়জহৌরিবসিনি ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা নোক্কুনা হায়রকই, "চেনগনি হায়রগা হেক্কা চেনবা য়াগত্র। ইনাও-ইবুংঙো ? চক্রব্যূহগী থোকফম লম্বী খঙবা তাই। কম্ে, কম্মু কম্মু, শাওতুনা অমুক হোৌগৎখিনু। ঐ খল্লম্লিবনি ইনাও-ইবুংঙো, থোঙ লোনশিল্লগা কমতুনা হুগী ছুরিগী মতুংদা থাংজো-থাংপাক করিনো অ'চৌবা পোৎ অমা শেম্লিমাল্লে। অতুনা ঐনস্ু কৌখিদবনি। মতু নৎলম-ত্রবদি ঐখোয়নষু নুংথিলদা রামায়ণ পানিংগত্রা ?"

দিবাকরনা হায়রকই, "নহাকপু রামায়ণ থাজবিত্রা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "থাজে।"

দিবাকরনা থোইদোক্না চঙক্লনা হায়রকই, "অদুবু অন্নাম্বা মীনা থাজনদে। থাঙ্গেশেংনমক, মসিগী মনুংদা মীনম্বা, ওইথোক্কবা, হায়জিনবা থোদোক অম্ুক হাক্না য়াওই হায়বা রাকম অসি করিগুম্বা মওংদস্ু য়ারুদবা ভম্বা নত্তে।"

কিরণময়ীনা নোকক্কৎ তৌদুনা খুৎই লাইরিক্কু থরা ইম্োকপ্রগা হায়রকই, "মরু ওইবা গ্রন্থদি মসিনিদনা, কদায় ওইবা য়াদবা থোদোক-শিংতু পুথোরকউ য়েংসি ?"

দিবাকরনা হায়বকই, "ঐনা কমদৌনা পুথে ক্কদগে ইতৈমা, ঐদি সংস্কৃত হৈত্তে।"

কিরণময়ীনা হায়বকই, "থঙদে হায়তুনা অত্রুগুম্বা রা নহাক্না শৎ হেক্তা হায়দোকপা ভম্লিবনি। লাইরিক হৈত্রবদি অপঙবনা শাদোংলে। মতুগী কলমক্না মীওইবনা খঙদবতুবু অতে প্রদা খঙতন্নবা হেজ্জিন্না তাকপিবা পাম্মী; ভাব তাবা ভমদবা অতুমক হেজ্জিন্না ভাব তাহনবা পাম্মী। কত্তবা হৈনবীসি থাদোকপা চুম্মী "

দিবাকর থোইদোক্না মপুক্লিং নুংনাংলক্লে। রাতু হায়রুবগী মহাক্কী থোইদোকপা পান্দম লৈখিবা নত্তে। মহাক্না খল্লম্মী, ধর্ম্মগম্বদা শ্রদ্ধা লৈতবা থাজদবা উৎলুরবদি মতৌমনা হরাওগনি।

কিরণময়ীনা নোকক্কৎ তৌরগা হায়রকই, "ইবা কমদৌরিবগে ?"

দিবাকরনা হায়রকই, "ঐদি অমুক ইত্রে।"

কিরণময়ীনা থোইদোক্না চঙক্লবগী ভাব উৎতুনা হায়রকই, "ইত্রবা ? হায়রিবতু করিনো ইনাও-ইবুংঙো ? অতুবু ইখিবা অতুদি ফজদবা নত্তে। করিগী তোক্লিবনো হায়য়ু তাসি ?"

দিবাকরনা হায়রকই, "করিগী ঈকাইবা পীরিবনো ইতৈমা, ঐ মহুগী মহুংদা খন্দুনা য়াম্না য়েংলবনি, নহাক্না হায়বহুমক চুম্মী। ঐনা ইবা অহু মীওোন্দগী হুয়ানবমক নত্তসনু, মতৌ তম্বনি হায়বা তাই। অশেংবদি নত্তে,—ঐনা মুংশিনবা করি খঙহুনা রা অহুক য়াম্না ইক্নরিবা! অহুনা হৌজিক ঐ অমুক ইত্রে খনবদমক খল্লি।"

"খল্লিবা? অহিং-মুংথিলদা করি খল্লিবনো হায়য়ুদনা? ঐবুদি নত্তেদনা?"

দিবাকরনা রাসি মনাদা হাপ্তুনা হায়রকই, "অহুম ওইনমক, নোভেল ইনিংবগী অপাম্বম্ঃ ঐ থাদোকপা ঙম্মোই হায়বা উরে। অহুনা ওসি নহাক্কী নক্মদমক তমগে খন্দুনা লাক্লিবনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐঙোন্দগী করি অমুক তমখিগদগে ইনাও-ইবুংঙো, নুংশিনবা?"

দিবাকরনা শাথিনা ঈকাইবা করিগুম্বা মওং অমদা নমথরগা শকক্ম হুপ্লিন্না হায়রকই, "পূম্নমক তমগনি। দরকার ওইরবদি মহুম্মু তমগনি।"

কিরণময়ীনস্মু মপূং ফানা শকক্ম হুপ্লিনবা শাশিন্নহুনা হায়রকই, "অহুবু মহুদা চক্র অমা লৈ ইনাও-ইবুংঙো। ঐবু ফাহুনা নুংশিনবা তম্নবদি মীনা করি ওাংনখিগদগে?

দিবাকরনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, "চৎলো, ঐ চৎলে, নহাক্কি শুপ্নদগী করেম্নবদনি।"

কিরণময়ীনা মহাক্কী মখুৎ তাপ পায়হুনা ফারগা থোইরুম মোমোন তৌনা হায়রকই. "অহুন্না ময়েক শেংনা হায়য়ুদনা ইনাও, নঙদি ফাগী প্াম্বা নত্তে, অচুম্বা পাম্বনি।"

দিবাকরনা নমহুনা মখুৎ শৎতোক্লগা থুনা য়াংনা মপালদা থোকখ্রে।

কিরণময়ীনা মপুক্লিংদা নোক্না নোক্না মাগী থুৎই-লাইরিক্তু থুম-জিনখ্রে। অহুগী মতুংদা মহু মক্ম চানা থমজিল্লুরবা মতুং ওাইহাক লৈরগা দিবাকরগী কাদা লাক্লে।

দিবাকর মাইথোং লুম্না থোঙনাও মপালদা ভুমিন্না য়েংহুনা ফমহুনা লৈরম্মী, কিরণময়ীনা হায়রকই, "শাওহুনা চেল্লিবা করিগীনো হায়য়ুদনা?"

দিবাকরনা হায়রকই, "অদুগুম্বা কাগী-জোগাইশিংদু ঐ হৈনদে।"

কিরণময়ীনা ওাইহাক তুমিন্না লৈরগা নুংশিবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নওদি ঐগী ইপুরোইবগী মনাওনুপানিনে ইনাও-ইবুংঙো। নগগা লোয়ননা কাগী-জোগাই তৌবা মহৌশাদগী চৎনরক্লিবনি। পুম্নমকপি তৌদনা ঙমদৌনা হিঙ্গদগে হায়রু তাসি ইনাও?"

নুংশিবিবা অথোৎপা খোঞ্জেল অসিদা দিবাকরগী শাওনিংবা কোকথ্রে। ওসি মহাক্না খওহৌদনা অহানবা ওইনা মপুক্লিংগী থল্লকই, অচুম্বমক্লিদনা; ঐনা ঙৈকাইনিংঙাই কল্লিস্নু লৈতে। ঐখোয়গী মরিদি কাগী-জোগাইগী মরিনি। অদুগা রাকমসি মীনম্বস্নু নত্তে, বাঙালী সমাজদা মতৌমগা মনাও-নুপাগগী মরক্তা নিংথিজবা কাগী-জোগাইগী মরিমক লেংদনা লৈরক্লি; অমসুং কদায়দা.কুরিগুম্বা মক্ময়া মদুগী ওম্মৈখে-লৈই লৈবগে অদুম্নু অয়াম্বগী মিৎতা উদে, অদুগা উরুবগী কান্নে হায়রবস্নু থন্নদে। অদুবু দোষ পক্তবা নোক-খেবা কাগী-জোগাইদগী হেঞ্জিল্লুনা অয়াম্বা মতমদা হুগী মরূ কয়া হৈথদুনা তাখি অমসুং মিৎয়েং মরুমদা লোঞ্জা-লোনথুপ্পনা মরূ হুনখিদুনা হু পান্নী ওইখিদুনা মতম অমদা ইমুং-মনুং পুম্নমক্কী লৌপুনবু মশক থিহল্লে, মদুগী হিসাব মী কয়ানা থম্বগে?

দিবাকরনা মমাই লৈথোক্লগা রারোবগী স্নুরদা হায়রকই, "ঐদি তম্বা লাক্লম্বনি, অদুগা নহাক্না করেম-কুথাইনদুনা ঐবু তাম্মোরক্কনা তোক্কে"

কিরণময়ীনা কমুং মচি অমদা কম্লগা হায়রকই, "করি তম্বা লাকখিবনো?"

দিবাকরনা হায়রকই, "হৌজিক্তা হায়খ্রিবদুনি, রারী ইবগী নেশা ঐ থাদোকপা ওুপঙম ওম্মোই।" মদুমক্তা থল্লিবনি, নহাক্না তম্বিরক্কনি, তাকপিরক্কনি, ঐনা ইশিনগনি।"

কিরণময়ীনা নোক্লুনা হায়রকই, "মদুদি ঐমক্তা ইবা ওইরগনি ইনাও-ইবুংঙো।"

"মদু ওইজসনু, অদুবু ঐদি হৈহৌপ্নি। ওুপগী থওবদনুদি য়ারা নত্তে, কোঙদোক্লনবগী শক্তিদু লৈবা তাই।"

"মদুবুদি লৈবা তাবনি: অদুব কনানা কোঙদোকদৌরিবনো হায়রু তাসি?"

"মতুদি নহাক্না হায়গদবনি ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা অমুক হন্না নোক্তুনা হায়রকই, "অতুদি অতোপ্পা মী ফাকুরো ইনাও-ইবুংঙো, থবক অসি ঐগী নত্রে। ঈশিংদা লৈবা ঙানা কয়িগুম্বা মরুভূমিদা মীওইবনা কমদৌনা ঈখোলাংবনা থরায় থাবগে হায়বা খঙনিংলবা, মতু ওইরবদি অতোপ্পা মী দরকার লৈ, ঐগী বিস্তা বুদ্ধিনা খঙগদ্রোই।"

দিবাকরনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইতৈমা, মরুভূমিগী ঈখোলাংবা ঐ খঙদে হায়বা অচুম্বনি, অদুবু ঐদি ঈশিংদা লৈবা জীবজন্তু নত্তে। নখোয়গী মতৌগুম্না লৈকংদা লৈবনিনা ঐস্তু ঈশিং খোয়াংবা কমদৌবগে হায়বস্তু ভাব তাই। অমুক্তং ভাকপিত্নুনা য়েংউদনা খঙব-লাকপা গুম্বরা হায়বা।"

কিরণময়ী রা ঙাংদে। শুপ্নগী নোককেৎ তৌত্নুনা য়েংত্নুনা লৈ।

দিবাকরনস্তু মিনিট অমরোম চপ য়ুংনা লৈক্লরগা হায়রকই, "অদুক কুইনা রামায়ণ পারম্বদায় ইতৈমা, ঐ মতুগী রামক হায়জগে। সীতাগী শর্ক অদুগী মৈদা রাবণ ইমুং-মনুং হুপ্না তুমখি, নুপীগী শক হায়বা পোৎসি করিনো? অদুগা রাবণ মতোমদা নত্তে, অসিগুম্বা রাবণ কয়া কয়া ইতিহাসতা য়াওরি। কবিশিংনা হায়, শক্তী খোয়াংবা। নহাক্সু অদুগুম্বা রাক্ষম অত্নমক পনখি। ঐ নঙোন্দা তর্ক তৌরিবনি হায়বদি খল্লুনু ইতৈমা—ঐ খঙই, নহাক্কী নখোঙ ময়াদা ফমত্নুনা ঐ মতম শাংনা ক্ষম্বা কঙনি,—ঐনা শুপ্নগী খঙনিংলিবদি মসিবু খোয়াংবা হায়রিবসি কয়িগীনো হায়রসিনি। ঈশিং উবমক্তদা মীওইবনা খোয়াংবা কয়িস্তু পোকউদে, অদু ওইরবদি শক উবমক্তদা মীনা খোয়াংবা পোক্দোরিবা করিগীনো?"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা খঙহৌদনা নোকথোয়ক্লে, হায়রকই, "খোয়াংবা পোকপ্রনে ইনাও-ইবুংঙো?"

মীনোক অমদি রাহং অসিগী তাংদাংবা মুংগী অর্থ খঙবা ঙমত্রদুনা দিবাকর মিৎকুপমুক্তি তৌকম খঙখিদ্রে। অদুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা মশাবু ফাথজরগা নমত্নুনা হায়রকই, "তশেংনা পোকই।"

মহাক্কী খণ্ডনিং-উনিংবগী মথৌনানা মতম খুদিংমক্তা অথুপ্পা রারী-ম্নাতাইগী মরক ফাওত্নুনা চৈরক অসিদা কয়া য়াম্না মকোক শাহঞ্জরবগে হায়বা মহাক মশানস্সু খণ্ডজরমদে। হায়রকই, "মত্নু নংলমজ্রখদি সংসারদা য়াংনা থাঙ্গৎত্নুনা শকুন্তলাস্সু ইরয়োইদবনি, য়োমিণ্ড-জুলিয়েতস্সু ইরয়োই-দবনি। অত্নুননি খণ্ডবা পাম্লিবা, ইতৈমা, নুপীগী শক হায়বা পোৎশক অসিগী অশেংবা মশক করিনো ? অত্নুগা নুংশিনবমক মত্নুগা লোয়ননা অস্নুম্না ভৎন-থানবা য়াদবা মওংদা য়েংশিন্নত্নুনা লৈরিবা করিগীনো ?"

কিরণময়ীনা শকক্কম হজিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে, নহাক্কী ফিভম অত্নুক হাক্কা ফত্তবা নত্তে।"

দিবাকরনা মপুক্লিং নুংঙাইরক্রুত্নুনা হায়রকই, "রা পুম্নমক শুপ্নগী নোকথোক্কুনা অরেম্বদা তাহল্লগদ্রা ইতৈমা, অত্নুদি লৈক্লরসন্নু। ঐ অমুক হন্না কম্নিমতা হংলরোই।"

মাগী মাইথোং য়েংলগা কিরণময়ীনা নুংঙাইতবা শাশিন্নত্নুনা হায়রকই, "ঐদি অপঙবী নুপীনি ইনাও-ইবুংঙো, অত্নুগুম্বা অরাংবা য়াশিংত্নু করি খণ্ডগদগে হায়স্নুদনা, শাওরিবদি ?"

দিবাকরনা অতোপ্পা নুমিৎ অমগী রা নিংশিংলক্লে, বেদবু থৌওইদবগা লোয়ননা ঙাংলকপা তাবদা মহাক্কা মনাকোং মেনশিনখিবা নুমিৎত্নু। হায়রকই, "ঐ খঙই ইতৈমা, নহাক কয়া য়াম্না চাওবা পণ্ডিতনো হায়বা। নহাক্কবু পাম্নবদি হীরম খুদিংমক ঐঙোন্দা তাকপিবা ঙমগনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঙমগদ্রা ? ফরে, মত্নু ওইরবদি করিগুম্বা হায়রবদি, নুপীগী শক পুক্লিংগী অরানবা রাখল অমনি। অশেংবদি মসি করিস্নু নত্তে—মরীচিকাগী মতোঙুম মীনম্বনি। থাজগদ্রা ?"

দিবাকরনা হায়রকই, "থাজরোই। মত্নুগী মরমদি, মরীচিকাস্নু মীনম্বা নত্তে—মত্নুস্নু অচুম্বা অমনি। নুংশেলদা মীওইবগী মি তাই। মত্নু মিনি, মী নত্তে, মসিদি খণ্ডনরবা রাকায়। মিবু মীনি হায়ত্নুনা ফানবা হোৎনক্লবমক অশোয়বনি। অত্নুবু শকতি মত্নুগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমতগী মম্নি নত্তে। লিনবু থৌরিনি থন্দুনা পায়ক্লনবা চংশিনবদি অশোয়বন্নি, মন্নীচিকাবু ঈশিংনি হায়ত্নুনা ভান্নক্লবদি অশোয়বনি, অত্নুবু শক্কী মৃত্নুং ইন্দুনা মীওইবনা কান্নদবদা শক্কী খোরাংবদা তাম্নরি ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, হৌজিক্তা সুংশেলদা মি য়েংবগী য়াকম অমা পনখিদনা। শক অদুস্তু মীওইবগী মমিনি, মীওইবা নত্তে—সুমিৎ অদুমক্তদা শুপ্পগী সুংশিনববু থিবা ফজনি। অদুবু মত্তু থম্লমি। হান্নে, শক্তী মতুং ইন্নহনা মীওইবনা তাম্লগিরা কম্নিনো ?"

"মত্তু থগুদে। ভ্রমরবু থাদোক্লুনস্তু গোবিন্দলালনা রোহিণীগী মতুং ইন্দুনা চৎপি, মসিনা ঐঙোন্দা থোইদোক্না অঙকপা ওইনা থোকই।"

"অদুবু মতুগী ফল কঞি ওইখিবগে ?"

"ফল ওইনিংবা ওইজসন্তু ইত্তৈমা, মতুগী বিচারগী থোদাং মীওইবগী খুৎতা লৈত্তে। রোহিণী শক কজে, গুণ চেন্দে। অদুবু শক্তা লোয়ননা গুণস্তু চেল্লমদদি গোবিন্দলাল করি ওইরমগদগে হায়বা ঙমদে।"

কিরণময়ী তুমিন্না লৈ। বি এ কেল ওইরবা সুপামচা অসিদা মহাক্না মপুক্লিংদা শ্রদ্ধা লৈরমদে। শুপ্পগী কেল ওইবগীদমক নত্তে, পাস তৌরম্নবস্তু মখোয়না পারা চিনকা পুরগা পাস তৌবদি ঙমগনি, অতৈ কুরিস্তু তৌরা ঙম্মোই হায়না মহাক্না মপুক্লিংদা খল্লমগদবনি। অদুবু দরকার ওইররস্তু মখোয়না কুংলিবা শিক্ষাদুনা তর্ক তৌরকপা ঙমগনি হায়বা রাখল অসি মঙোন্দা লৈরমদে। হায়রকই, "শকপু মমি নত্তে হায়বা রা অসি অদুক চিংনবা লৈতনা ফিরেপ লৌরগনু। ওইনিংবা ওইরমসু, হায়রসু ইনাও ইবুংঙো, পুম্নমক অসি নহাক নশানা খল্লরিব্রা, নত্রগা মতোল্লা মীনা খনবা রা তাম্বগা হায়রিব্রা ?"

দিবাকরনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "নত্তে, মসি ঐগী ইশাগী রানি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশ্বরনা ঐবু রাখল য়াম্না খলহন্নবা খুদোংচাবা পীবিরকই।"

কিরণময়ীনা মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অদুম ওইনমক অদুক খুদোংচাদুনস্তু শক্তী তত্ত থিবা ফংদ্রি। অদুবু ঙক্লিবদি অসিনি, ইনাও-ইবুংঙো সতীশনস্তু নোংম ঐঙোন্দা রাক্লম অসিমক হংখি। ঐ খল্লিরনি, ঐগী শক উবমক্তদা রাহুং অসি নখোয়গী নপুক্লিংদা লাওরকপ্রা ?"

খঙহৌদনা দিবাকর চঙক্লে। ঈকাইবনা মহাক্তী মঙক কেনুগদোরক্লে, মহাক্না মক লুকথদুনা হায়রকই, "ঐবু ঙাকপিয় ইত্তৈমা, ঐদি খঙজদবনি।"

কিরণময়ীনা মাইথোং মক্কাঙ্গাম্না হায়রকই, "অমুক্তা নত্তে ইনাও, নহাকপু চাম্মরক হন্না ঙাকপিরবনি।" অসি হায়রগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মহাক্না মপুক্লিংদা ফাওরকপা চিংনববু নমথুনা নমথজবগুম্মী; অমসুং নিংথিজরবা মঙক হাইক্কেৎ থাঙ্গৎতুনা কমদোননো মেংনা নুংশিবা স্নরদা হায়বগুম্নকই, "ইনাও-ইবুংঙো, ঙসি নহাক্না হংখিবা ৱাহংশিংদুগী অচুম্বা পাউখুম করিগুম্বা পীরুরবদি ৱাহৈশিংথু ঐগী চাওথোকপা রাঙাং ওইনা ভারগনি। মথুনা নহাকপু লান্না লৌহনগনি। মথু নৎলমত্রবদি নশানা লান্না লৌবনা ঐবু লান্না খন্দুনা পূম্নমক মথক-মথা ওনপ্রগদবনি। ঐগী রাসি ভাব তাবা ঙম্বরা ইনাও-ইবুংঙো?"

দিবাকরনা তুমিন্না মঙক নোম্নকই।

কিরণময়ীনা মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ঐগী হকচাংগী শক অসি শুপ্নদগী নখোয় মুপাশিংগী মিৎতদা নত্তে, ঐ ইশাগী ইমিত্তসু অঙকপা পোৎশক অমা ওইরিবনি। অথুনা মসিগী ৱা ঐ য়াম্না খনগ্রবনি। খনখ্রিবা অথুমক অচুম্বা ওইরম্বা য়াই, ওইরমদবসু য়াই, অথুবু মথু ওইনিংবা ওইজসনু, ঐগী ৱাখল্লোন অসি অতোপ্পা ইনাও-মুপা অমদা তমথোকপদা ঈকাইখিদে, মতম অসিদা নঙোন্দসু নীংহম্নরোই। ঐ ইশাবু য়েংজবদা করি খল্লকখি খঙব্রা? খল্লকই, অঙাং মীয়োম্নবগীদমক খ্বাইদগী হেন্না খুদম মতিক চানা লৈ হায়থুনমক মুপীগী শক লৈম্লিবনি। জগৎ'পূম্বগী সাহিত্যদা, কাব্যদা তৌরিবা বর্ণনা অসি মথুগী শক্কী বর্ণনানি।"

দিবাকরনা নুংবংননা য়েংথুনা লৈ। কিরণময়ীনা মহাক্কী নুংবংননা মাইথোংদা যৌবন্দা নৌনা খোঙদারকপগী নৌনা ঈথৌলাংবা মুর্ত্তি ইখঙ খঙহৌদনা উরকপদা চিংনবগা লোয়ননা ৱা ঙাংবা লেপখিবনি। অথুবু মিৎকুপমুক্তনি, থংনবা মিৎকুপমক্তদা মহাক্না চাওথোকচবগা লোয়ননা মথু লাম্থোক্লগা হায়রকই, "অচুম্বমক্তি ইনাও-ইবুংঙো, মতাং অসিদা শক্কী ঙম্নখৈ অমা ফংবগুম্মী। মসিগীদমক মুপীগী অঙাং ওইরিঙৈগী শক্না মীওইববু চিংশিন্দুনা মাবু ঙাওহন্দে। মহাক অমুক অঙাং মীবোনবা ম্নাবা চহি মতাং লাম্থোকগ্রবা মতম অথুদসু মথুমক্তি। খন্দুনা য়েংঙুদো ইনাও-ইবুংঙো, শুপ্নগী মুপীগীদা নত্তে, মুপাগীসুনি দশা অসি। মাগী শক

লৈরিবা মতম অদুমখৈ মহাক্না সৃষ্টি তৌবা ঙম্মী। সৃষ্টি তৌননবগী শক্তি-মক্তি মাগী শক অমদি যৌবন, সৃষ্টি অসি তৌননবগী অপাম্বা অদুমক মাগী প্রেম্নি।"

দিবাকরনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অদুবু—"

কিরণময়ীনা মরক খৎতুনা হায়রকই, "নত্তে, 'অদুবু' হায়বা মসিগী মরক্তা লৈতে। জগৎকী লেংলি-পাল্লিবা য়েংনিংবা মাইকৈ অমদা হেক্তলা য়েংউ, মসি চপ মান্নবগি ইনাও-ইবুংঙো, সৃষ্টি তত্ত্বগী অথুম্বা রা নখোয়গী লৈশেম-মপূগী ওইনা থমখ্রে। অদুবু মসিগী থবক্কী মাইকৈরোমদা অমুক্তং হন্না য়েংউ। উবা ফংগনি মসিগী মাইকৈদা মশক উবা ফংব-ফংদবা কুপ্পবা শ্যেল ফাওবনা তৎতনা মশাবু নৌহৌননা সৃষ্টি তৌবা পাম্মী। কমদৌ-দুনা মহাক্না মশাবু উখোকচগদগে, কদায়দা চৎলগা, কনাগা তীন্নরগা, করি তৌরগা মহাক অমুকস্তু হেন্না মপাঙ্গল কনগদগে, মসিনি মাগী হনখা নাইদবা থৌরাং। উবদা উদবদা, মনুংদা মপালদা স্নুমিৎ খুদিংগী প্রকৃতিগী অওনবা লৈরিবসি মদুননি, অদুগা মসিগীদমক নুপীগী মনুংদা নুপানা করিগুম্বা খরা উবা ফংই—জ্ঞান তানা ওইসনু, জ্ঞান ভাদনা ওইসনু, মহাক মশাবু অমুক্তস্তু হেন্না ফজহন্না অমুক্তস্তু হেন্না মাইপাকপা ওইনা থাঙ্গচ্চবা ঙমগনি হায়বগী অপাম্ববু মহাক্না করিগুম্বা মওংদস্তু নমথজবা ঙমদে।"

দিবাকরনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মদু ওইরবদি মাইকৈ মরিমক্তা খৎন-চৈনবা হাৎ-শুনবা থোক্লমগদবনি!"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মরক মরক্তা কৈদৌনা থোক্তনি। অদুবু মীওইবগী মীহৌবা নমথনবা শক্তি, স্বার্থত্যাগকী শক্তি, অসিগুম্বা মায়োক্কী শক্তি কয়া লৈ হায়দুননি মাইকৈ মরিমক্তা অমুক্তদা মৈ-চুক্লবা ঙমদ্রিবসি। অদুম ওইনমক, মীওইবগী সামাজিক অসিমক্কী অসিগুম্বা নোংমা লৈরম্মী, মতমদুদা মহাক্না মহৌশাগী ওইবা অপাম্বগী নক্তনা অতোপ্পা কনাগী শাসন অমতা মরা লৌরমদে। শক্কী লৌচিংদা মাগী প্রকৃতিগী ওইবা অপাম্বা অদুগী চৈথেংদা লৈরম্মী মাগী প্রেম,—অদুক হাক্না চওরক্রমু ইনাও-ইবুংঙো, মসিদকপু লুনা-নান্না ফিজেৎ-লৈতেংবিদুনা লেপহল্লবদি উপন্যাসতা মক্তবা নুংশিবা ওইহনবা য়াই।"

দিবাকরনা নুংবংননা হায়রকই, "কদায়দা শারমচৎকী প্রকৃতিগী ওইবা অপাম-মীহৌবগী মৈশা, অদুগা কদায়দা স্বর্গ ওইবা প্রেমগী মীচিং। শারমচৎকী ওইবা অপাম-মীহৌবনা থল্লবা মী অদুনা মক্তবা, শেংলবা, পবিত্র ওইরবা প্রেমগী ঈকাই-খুম্নবা কয়া য়াম্না খঙগদগে? পোৎ অসি মহাক্না কদায়দগী ফংলুগদগে? নহাক্না করিগা লোয়ননা কনাগা চাংদম্নরিবনো ইতৈমা?"

"চাংদম্নদে ইনাও, অনিমক পোৎশক অয়তনি হায়বা অদুদনি হায়রিবসি। ইনাও-ইবুংঙো, মাবু মাংলোমদা ইনবা ওম্লিবা ইন্দ্রিনগী পোৎ অদুমক্না মাবু তুংলোমদা ইস্নোকখিবা ওমগনি, অতৈনা ওয়োই। নুংশিবা ওম্লিবা মহাক্না শুপ্নদগী ফজবা ফজদবা নুংশিবা মথল খুদিংমক্তা মশাবু লুপশিঞ্জহনবা ওম্মী, অতোপ্পনা ওয়োই। নহাক্না গোবিন্দলালগী রূপনখিবদায়, ভ্রমরবু নুংশিহনখিবা মাগী পোৎশক্তুমক্না মাবু রোহিণীগী মাইকৈদা চিংশিন্দুনা পুখিবনি। অদুবু হরলালদি মদু ওমখিদে। মহাক সাংসারিকী অক-ফত্তা, থৌদাং-থৌদাং নত্তবা, খুদোংচাব-চান্নবা চিন্তা তৌদুনা মপুক্লিং রারকচখি, অদুবু গোবিন্দলালনদি ওমখিদে। অদুম ওইনমক হরলাল হায়বা অুপা অদু গোবিন্দলালদগী হেন্না অকবা মীদি ওইরমদে—য়াম্না ফত্তবা মীনি। অদু ওইরবসু মহাক্না তুকচচদুনা থাদোকখিবা মতুমক্তপু অতোপ্পা মীশক অমনা কোকথক্তা থোঙচচদুনা লৌখি। লৌবদু মরম কয়ানা অরেম্বা কান্নদবা ওইবসু য়াই, অদুবু অরাবা নুংঙাইতবা ঈকাইবা খিবিক লাম্থোক্তুনা য়াম্না চাওবা মাইপাকপা অমগী ইঙ্গিত মীশক অমদগী মীশক অমগী মনাক্তা চিংশিন্দুনা পুদে, অসিগুম্বা রাসু অচেৎপা ক্রিরেপ লৌদুনা কনানসু হায়রুবা ওমদে ইনাও।"

দিবাকরনা য়ানিংদবগা লোয়ননা হায়রকই, "নহাক্কী রূপমক ঐ করিমত্তা খঙলুবা ওমদসনু, অদুবু শেংলবা নুংশিববু স্বর্গগী ওইবা নত্তে হায়বা অসিগুম্বা অঙকপা রাসি ঐনা করিগুম্বা মওংদসু য়াক্নবা ওয়োই, ইতৈমা!"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নহাক্না য়াব-য়াদবগা মরি করিমত্তা লৈনদে ইনাও-ইবুংঙো! ঐথোয়গী হকচাং অসিসু থোইদোক্না লেংদবা পোৎশক নত্তে, মপুংফানা মালেমগা মরি লৈনবা পোৎশক্নি, অদুবু মহুৎদি

হ্লারুনবগী মরম উবা ফংদে। অঙাংনা হেক পোকপদগী হৌনা মাগী ইকচাং পোলাং অসিদা সৃষ্টি-শক্তি তানশিল্লিবা অদুকী মখৈ প্রেমগী স্নখোঙ মাগী মাংদা খিংহুনা লৈ। স্নখোঙ অদু মহাক্না প্রকৃতিগী চৈথেংদা লানশিন্দুনা চংই। মদুগী মমাংদা মহাক্না মাগী মমা-মপাবু মচিল-মনাওবু নুংশি, মরুপ-মপাংবুসু নুংশি. অদুবু মাগী পঞ্চভূতকী হকচাংদু চাওথ্রব-মখৈ নহাক্কী স্বর্গগী ওইবা প্রেমদুগী করিগুম্বা মন্না-মপাউ অমতসু খঙলুনবা অধিকার ফংদে। মতম অদু ফাওবদি স্বর্গগী ওইবা লৌচিংনা মাবু খোঙকম অমা ফাওবা লেংহনবা ঙমদে। পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তি মতম চুপ্পদা লৈরিবনি, অদুবু চিংশিনবগী শক্তি অদুদা মশাবু কৎথোকচনবা উপালগী অন্নুনবা উহৈনা ঙম্মী, অশংবনা ঙমদে। মদুগী মখোই-লোইবা, মহৈ মুনবা পৃথিবীগী রসমরুনি, স্বর্গগী রসনা মুনবা নত্তে। নিংথিবা লৈরাংগী শক, মর্নম অমদি খোইহিগী মতেংদগী খোইমুনা চিংথোক্লুনা মহৈ হ্লালহল্লি, মহৈ অদু অমুক মতম চানা লৈবাক্তা কেল্লক্লুনা মক পোকখায়-রকই—মসি মাগী প্রকৃতিনি, মসিংমাগী মহৌশাগী ওইবা ধর্মনি, মাসনি মাগী স্বর্গগী ওইবা প্রেম। বিশ্বজগৎ পূম্বদা মসি তৎন থানবা থাত্রবা লৈশেমগী লীলানি, শক্কী লীলা শান্নরিবনি, স্বর্গগী ওইবা নত্তে হ হদুনা মসিদা হ্লারুনিংঙাই নত্রগা ঈকাইরুনিংঙাইদি করিস্সু লৈবা উদে"

ঙাইহাক লেপকক তৌরগা কিরণময়ীনা হায়রকই, "তশেংনমক অমম্বদা ভূত কীবদগী করিগুম্বা মিৎ উইশিনবদা অকীবা কোল্লুবদি ঐনা নঙোন্দা মিৎ পাংউ হায়রোই, অদুবু, প্রকৃতিগী মহৌশাগী চৈনাদি পামদে, স্বর্গগী ওইবা প্রেম ফংবা পাম্লি—প্রেমগী কায়বার অদুক লাযবা নত্তে।"

দিবাকরনা হংরকই, "পৃথিবীদা মদু ওইববদি মক্তব, প্রেম, তুকচ্চ-নিংঙাই ওইবা প্রেম, অনি অসি লৈরিবা করিগীনো?"

কিরণময়ী নোকখোরক্লে। হায়রকই, "নহাক্কী তর্ক অসি ইনাও-ইবুংঙো সতীশকী মতৌগুম্মী। সংসাব অসিদা অনিদুমক লৈফম থোকই হায়দুনা লৈরিবনি। মীওইবগী পুক্নিং হাযবা পোৎ অসিগী পনখৈ লৈতে হায়দুনমক মদু লৈরিবনি। তুকচ্চনিংঙাইনি হায়রিবদু অশেংবদি অফবা বুদ্ধি রাৎপনি। হায়বদি নুংশিরুবদা মতিক চাদবা মহাক অদুমকপু

লুংশিল্লবনি। চেকশিন্দবদগী উদগী তাহুনা খোঙ-খুৎ তেকপগী মরাল পৃথিবীনা চিংশিনবগী শক্তিদা তাইশিল্লি, মহুগা প্রেমমু হঙ্গোইনিংঙাইনি তুকচ্চনিংঙাইনি হায়বগা চপ মান্নবা রাকম্মি। ইনাও-ইবুংঙো, মতৌ অসুম তৌহুনমক সংসারদা অমগী মরাল অমগী মথক্তা ননশিল্লিবনি।” অসি হায়রগা কিরণময়ীনা ইখঙ খঙহৌদনা তুমিন্না লৈহুনা মশাগী খম্মোয়নুংদা করি রানো হুমহুনা থিরকই। থংনবা মিৎকুপমক্তদা হায়রকই, “নঙোন্দা হান্নবা হায়গ্রবহুনি, জীবগী মশক উবা কংব-কংদবা কুপ্পবা শ্যেল খুদিংমক্তা, ঈ মরিক খুদিংমক্তা মশাগী হেনগৎলক্লিবা শক্তমহু উৎথোক্লিংলকপগী অপাম্বহু করিগুম্বা মওংদমু নুংদা কাজিন্নুনা থম্বা ওম্বা নত্তে। মাগী পোকক্ম ওইরিবা হকচাং অহুদা মহুমক মাগী যৌবননি। মতম অহুমক্তদা মহাক্না অতোপ্পা হকচাংগা তীন্নরগা খোইদোক-হেন্দোক্না মাইপাক্লনবগীদমক লুতোন-লুংদোন্দা ইরাং হৌরক্তুনা প্রলয়গী সৃষ্টি শেম্নকই, মহুমকপু পণ্ডিতশিংগী নীতিশাস্ত্রদা শারমচৎনি হায়রি, মহুগী অর্থ খঙবা ঙমদহুনা রাখল খেনবা পণ্ডিত কাংবুনা মসিবু ভুকচ্চনিং-ঙাইনি হায়, অতোনবা পাপীনি খন্দোক্তুনা মপুক্লিং কাজিল্লে। অহুবু ঙসি নঙোন্দা ঐনা শেংনা হায়রিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, অসুক কনবা লীচিংসি করিগুম্বা মওংদসু অহুক তোম্বা ওইকম থোক্তে। মসি অচুম্বনি। সুমিৎকী মঙালগী মতৌগুম অচুম্বনি! ব্রহ্মাণ্ডগী লীচিংগী মতৌগুম অচুম্বনি! করিগুম্বা মথলগী প্রেম অমত্তা করিগুম্বা সুমিত্তসু ভুকচ্চনিংঙাই ওইবা পোৎশক ওইবা য়ারোই।”

রাসি তাবদা দিবাকর ভশেংনা নুংবংনম্রে। মহাকী পুকনুংদা কমদৌহুননো থুক থুক লাওরক্লে। অসুক মৈশা চেনবা অকনবা খোঙ্গেলদি মহাক্না করিগুম্বা সুমিত্তসু তাখিল্লি, মতৌ অসুম্না মৈশা পুবা ককঙাওনবা মিৎয়েংসু করিগুম্বদসু উখিল্লি।

কীনা কীনা হায়রকই, “ইতৈমা!”

“করিগীনো ইনাও-ইবুংঙো?”

“ঐগুম্বা অপঙবদা পাউতাক পীবদা নহাক্না নশাবু ক্ষাথজবা ঙমজ্রমাল্লে।”

“মহু করি রানো ইনাও-ইবুংঙো, ঐদি খোইদোক্লহুম মুংঙাই।”

দিবাকরনা নোকক্ৎে তৌননবা হোৎনরগা হায়রকই, "নুংঙাইরবদি নহাক্না অসিগুম্বা থক-খা ওন্নবা ৱাশিংসি হায়বিরিবা করিগীনো ? হৌজিক্তা নশামক্না হায়খিবদায়, নুংশিরুবদা মতিক চাদবা মহাক্কুম্ নুংশিরুবগী মমিং লৈখাতাবা প্রেম কৌই, অমুক্তসু হায়বিরি, মসিগী অর্থ খণ্ডগুমদনুনমক অখণ্ড অহেংগী কাংবুশিংনা মসিবু হম্ববা ওইনা শন্দোক্লিবনি —মতু ওইরবদি করম্বনা অচুম্বনো।"

কিরণময়ীনা খুদক্তা হায়রকই, "অনিমক অচুম্বনি।"

"লুথ্রাবী রোহিণীবু নুংশিরুবতু গোবিন্দলালগী অরানবা থবক নত্তব্রা ?"

"নুংশিববু করম্বা থবক অমা ওইতুনা অচুম-অরান লৈগদৌরিবনো ? মাগী নুপীবু থাদোক্তুনা চৎপতুমক মাগী কত্তবা থবক্লি।"

দিবাকর অমুক থিঙ্গৎলক্লে। হায়রকই, "থাদোক্তুনা চৎপদি তশেংনা কত্তবা থবক্লি। লিশিংলক কত্তবা থবক্লি। অতুবু মশাগী নুপীবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নুপী অমবু নুংশিবসিবু থোইদোক্লা চুমদবা নত্তব্রা ?"

মহাক্কী থিঙ্গৎলকপা মওংতু উবদা কিরণময়ী নোক্লকই, হায়রকই, "ইনাও ইবুংঙো, ইশাবু অতুক শক্তি লৈবা ওইনা লৌরুনু, নাপলতু থরমখে থাদোকপা কৈ। নহাক্না খনব্রা, ইশানবু পায়বদি মীওইবনা খুশি হেক্তা তৌবা ঙমগনি ? গোবিন্দলালনা পায়বদি রোহিণীবু হেক্তা নুংশিবা ঙমগনি, অদুগা নুংশিরুদবসু ঙমগনি, মসিরা নহাক্কী রাখল ?"

"নত্তে, মতু ঐগী রাখল নত্তে। পামজবগা জোয়মনা হোৎনবা চংই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "অমুক মতুগা জোয়নমা ঙম্নবা মত্রগা ঙমদনবা পাঙ্গল লৈবা তঙি শুপ্পগী হোৎনবদনা ওইরোই। ছাদ অসিগী কাচিন্দা করিগুম্বা নহাক্কী কোকিথক্তা তৌ হোৎরক্লবা, মতু ওইরবসু মহাক্না কালিদাসকী মতৌগুম্না অতোপ্পা 'মেঘদূত' অমা ইবা ঙম্লোই। লৈচিল উবমক্তদা নহাক্না নোং-নুংশিৎ তৌরক্তব্রা চিংনরক্কনি। অঙাংবা ফুরগত্রা কীবনা নপুক্লিং লাংতরঁরক্কনি—কায়ন মৈচাক্কী অরাবা খল্লুনবা মতম কংলোই। লিশিংলক হন্না হোৎনতুনসু ওইরোই। ঙম্মদবা হায়বা অসি পাকপ্রবা ঈপাক্লি—মসি লাম্হোকপা ঙমজাৎ নত্তে।" অসি হায়রগা কিরণময়ী তুমিন্না লৈখ্রে।

দিবাকরনস্থু পাউখুম পীদে। মরু লুকথহুনা চেক-য়োক লাওনমা ফমহুনা লৈ। কনা কুইরবা কাওরা অমুক কনাস্থু রা মচেৎ অমত্তা ভাংদে। চিক্লবা কাহুগী কাচিন্দগী মায়া মল্লবা উফুল খাংলবা খড়িদগী তেক তেক মখোল থোরক্লি।

য়াম্না কুইনা তুমিন্না লৈরগা কিরণময়ীনা খঙহৌদনা নুংশিবা থোঞ্জেলদা রা ভাংলকই। হায়রকই, "নঙোন্দা অমুক্তস্থু রা অমা অনি হায়নিংই। নুমিৎ অহুদা নহাক্কী 'হূগী ছুরি' গী মতাংদা হায়নিংবা কয়া হায়খিহুনস্থু ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা মসিস্থু উরম্মী, নঙোন্দা পোৎশক অমা লৈ, মহু অশেংবা প্রেমিক্লি, অশেংবা কষিমক্লি। পোৎশক অসিবু করিগুম্বা হাৎতোক্লনা হন্দোকখিবা পামহ্রবদি অতোপ্পবু মরাল লৈবা মীশক ওইহনবদা নুংভাইজবদগী ইশাবু তোংভান্না থমগদবনি। রাক্কম অসি করিগুম্বা নুমিত্তস্থু কাউগনু, কবি বিচারক নত্তে! নীতিশাস্ত্রগী মতকা করিগুম্বা নহাক্কী মতক্তা ময়েক ময়েক্তা চানদসনু, মহুদা ঈকাইরুনু। ঐ খঙই, মীওইবনা অতোপ্পগী অশোনবগা মরালগা কালা অমতদা থাঙ্গৎহুনা ওন্দুনা দণ্ড পী, অদুবু মখোয়গী কালা-নুং রাইহুনা পুরকপনা মহাক্কী থবক্তা চন্নবা য়ারোই। নহাক্ক হন্না হন্না গোবিন্দলালগী রা পনখি। গোবিন্দলাল অহুনা কয়া চাওবা শক্তিগী মমাংদা মাইখিহুনা লৈজবা খিবিক ত্যাগ তৌহুনা চৎখি, সংসার অসিদা কান্নদবদা অক-কক্তগী বিচার তৌনবা থৌদাং লৌরিবা মখোয় অহুগী নত্তে রাহং অসি, রাহং অসিদি নহাক্কীনি। মী হাৎপগী মরালদা জজসাহেবনা লাইবকখিরবা মীহুদা শিরগী দণ্ড পী, মতম অহুদা মহাক বিচারকনি, অদুবু মরাল লৈবা মীগী নুংগী অশোনবহু ভাব তাহুনা দণ্ড কোমথোকপিহুবদি মতমহুদা মহাক কবিনি। ইমাও-ইবুংঙো, মতৌ অহুম্না তৌহুনমক সংসারগী অচুম্ববু কল্লিবনি. মতৌ অস্থুম্না তৌহুনমক সংসারগী অশোয়বা, লমুক্লবা, মরাল খাংহুমদবা ওইরক্লিবনি। কবিনা শুপ্পগী সৃষ্টি তৌই হায়বদি নত্তে, কবিনা সৃষ্টিবুস্থু ভাক-শেল্লি। মহৌশানা ফজরবা অহুবু অমুক্তস্থু হেন্না ফজহন্না ফোঙদোকপা মাগী থবক অমনি, ফজদবা মহুবুস্থু অখিবগী মথুত্তগী কল্লবা মহাকমক্কী অতোপ্পা থবক অমনি।"

দিবাকরনা হাইক্কেৎ খল্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি চুমদবনু য়োকখৎপা ওইরোইদ্রা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ভাংদাংবা খঙদে। ওইরবস্মু য়াই। কন্তবগী মায়োক্তা থোইদোক্লা ভুকচ্চবা পোকহন্নবা শিনবস্মু কবিগী থবক্তি হায়ব্রা করিনো তাখি। অদুবু, অক্কবদা কাহেন্না মীহোৎবা পোকহনবনা মতুদগী থোইনা হেন্না হেঞ্জিনবা থবক ওইরোইদ্রা ? মতুদা নত্তনা পাপপু সংসারদগী মপূং ফানা মাংহন্দ্রিবমখৈ, মীওইবগী থম্মোয় নুং ওলহন্দ্রিবমখৈ পৃথিবী অসিদা চুমদবা অয়ান-অশোক্ত লৈগদবমক্তি, অদুগা মতুবু ঙাকপিদুনা য়োকখৎপস্মু ভাবনি। পাপ তাম্মোকখিনবা মতিকস্মু লৈতে, থাংগুয়নবগী শক্তিস্মু মাংথ্রগনি, খুদোংচাবা করি কঙ্গদগে ইনাও-ইবুংঙো ?"

দিবাকরনা খুম্নকই, "খুদোংচাবদনা পুম্নমক নত্তে। খুদোংচাদবগী মরক্তস্মু ন্যায়-ধর্ম্ম ঙাকপা কৈ। য়াইফবা, অশেংবা, সুমিৎকী মঙালগী মতৌগুম্বা মতুমকপু খ্বাইদগী রাংনা আসন থাবা দরকাররনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নত্তে। পাপ্পা করিগুম্বা মীওইবগী ঈগা তোৎশিন্নদুনা লৈরমজ্রবা, মতু ওইরম্রবদি নহাক্কী য়াসিমক অচুম্বা ওইরমগদবনি। অচুম্বা হায়বসিমা নত্তনা অতৈ করিস্মু লৈবা ঙম্মোইদবনি। দয়া, মায়া, ঙাকপিবা অসিনচিংবা থম্মোয়গী ওইবা য়াখল্লোনশিং অসিগী মমিং কাওবা কনাস্মু খঙনরম্মোইদবনি। নহাক্কা সুমিৎকী মঙালগী অঙৌবা মচুগা অচুম্বগা চাংদম্নরি। অদুবু, অঙৌবা মঙাল অসি মচেক নাইবা লিক্তি মনুংদা মচু মচু ওইরকই, অচুম্বস্মু মতৌ অদুম্না অয়ানবা, অধর্ম্ম, পাপ, মৈচাক্কী মচেক নাইবা লম্বীদা চংদুনা দয়া, মায়া, ঙাকপিবগী মচু মচু ওইনা উরিবনি। চুমদববু ঙাকপিবদি অধর্ম্মবু য়োকখৎপনি, মতু য়ানিংই. অদুবু অধর্ম্মস্মু অদুমক্কী শক্লোন অমা নত্তে, য়াকম অসিস্মু য়ারুদবা ঙমদে। তর্ক তৌদুনা ঐগী য়াসি নঙোন্দা খঙহনবা ঙম্মোই ইনাও-ইবুংঙো, অদুবু ঙাকপিবা হায়বসি নুংশিবগী মনুংদগী পোক্লকপনি, নুংশিবা অদুগী অংম্প্রদু করিগুম্বা খঙলক্রবা মতমদুদদা খঙবা ঙম্নকনি চুমদবা, অধর্ম্ম. অয়ম্ববু ঙাকপিদুনা য়োকখৎপা ধর্ম্মমক্কী য়াথংনি হায়বা। অদুবু সুমিৎ তাঞ্জে ইনাও-ইবুংঙো, ঙসিদি

নহাকপু অয়াম-খোয়াংবা পোত্তরা ?" অসি হায়রগা মহাক তক্লিং তক্লিং কাহুদগী খোকখ্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা দিবাকরনা চাক চাবা কম্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঙসি নুংথিল চুপ্পা ঐ য়াম্না নুংঙাইনা লেনখি। অনৌবা রাকম কয়া তমহৌবা ঙমখি, মহু অমুক রাহৈনা কোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে।"

কিরণময়ীনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "য়াম্না তমহৌত্রা ? মহু ওইরবদি ঐবু নঙগী গুরুনি হায়না লৌবা চুম্মী।"

দিবাকরনা হরাওবা খোন্থোক্তা হায়রকই, "তশেংবনি তশেংবনি। চাম্মরক হন্না নহাকপু ঐগী গুরুনি হায়বা ইশানা য়াজরি। শেংনা হায়জরিবসিনি ইতৈম্না, মতৌ অসুম্না করিগুম্বা পুক্নি চুপ্পা নহাক্কী নাক্তা লৈজবা কংলবদি ঐ অতৈ করিস্ু পায়োই।"

"করিনো হায়রিবহু ! মসিগী মরকসিমক্তদা অহুক ক্লীচিং কল্লত্রা ?"

দিবাকরগী মপুক্লিং অমুক মওং অমদা লুপখ্রে, অচম্বা খোঙ্জেলদা হায়রকই, "নহাকপু থাদোক্নুনা অমুক নোংমা ক্লাওবা কদায়দসু লৈরুবা ঙম্মোই ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা নোকখোক্লগা হায়রকই, "তুমিন লৈয়ু তুমিন লৈয়ু, কুনাগুম্বনা তাথিবা খোক্লবদি ঙরুপ্রগনি।"

দিবাকর ভাব.তারক্লবদা হায়কম খওদবমথে ঈকাইরক্লুনা মমাই পুমঙাং ঙাংশিল্লক্লে।

## কুম্ব্রানিথোই

কম অসুম শেম্মদগী কিরণময়ীনা মহুমক্কী মচি অমদা ক্লমথরগা তপ্না নুংশিবা খোঙ্জেলদা হায়রকই, "নহাক্কী অসি মীগী মখাদা থবক তৌবা নত্রগা কারবার তৌবা হাম্মবহুরা ইনাও-ইবুংঙো, মপুগী অপাম্বা মতুং ইন্না নত্রগা দুকানগী লৈব-য়োনবগী মথক্তা মাইপাক্পা মাইথিবা লেপ্পেকদবা ? মসিদি নশাগী থম্মোয়গী লম্নি। মপালগী মীগী মতিক কয়ি লৈ ইনাও-ইবুংঙো, মসিবু মাইথিহল্লনবা।" হায়রগা মিৎকুপমুক ময়িৎ উইশিন্দুনা লৈ।

দিবাকরনা ভক্তিনা থম্মোয় থুমহৎলক্তুনা কজরবা নিংথিরবা মাই-থোং অতু য়েংতুনা তপ্পা ভপ্পা হায়রকই, "করে ইতৈমা, নহাক্না মিৎ উইশিনবমক্তদা নহাক্কী নপুরোইবগী মশক থম্মোয়দা হেক্তা উবা ফংব্রা?"

কিরণময়ীনা মমিৎ পাংথোরক্লগা হাইফেৎ চঙক্লবগুম হায়রকই, "ইপুরোইবগী? হু, উবা করিগী ফংদনি ইনাও। ঐগী থাঙ্গৈশেংবা ইপুরোইবা মহাক অতুদি অয়ুক-লুমিদাং নাইদনা ঐগী মকম অসিদা লেংদনা লৈ।" অসি হায়রতুনা মহাক্না থম্মোয়দা মথুৎ থিন্দুনা ভাক্লকই।

দিবাকরনা য়াকম অতু অচম্বা মওংদা লৌশিন্দুনা নোল্লুকপা খোঙ্গেলদা হায়রকই,"অতুবু মতু উরগা করি কান্নগদগে ইতৈমা? নহাক্তি ঈশ্বর কাওবা থাজদে, লাইমেন মীরম্নেনস্তু থাজবা নত্তে, শিরবা ভুংদা কমদোনা মহাক্কী মনাক্তা চৎলুগদগে?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "শিরবা ভুংদা ঐ কনাগী মনাক্তস্তু চংলুবা পামদে ইনাও-ইবুংঙো।"

"কদায়দস্তু কনাগী মনাক্তস্তু চৎনিংদবা? তশেংনা মতোমদা লৈবা পাম্বরা?" অসি হায়রগা দিবাকর মবুদ্ধি ফকচিনবগী মতৌগুম য়েংতুনা লৈ অমস্তুং মহাক্কী য়াহং ভাবদা কিরণময়ীস্তু মিৎকুপমুক্তি চঙক্লখ্রে। অতুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা নমতুনা নোকথোক্লগা হায়রকই, "অতুবু মতম খুদিংমক্তা ঐ ইশাগী য়া অমুক হাক্না তানিংলিবা করিগীনো হায়মু-দনা ইনাও-ইবুংঙো?"

"করিগীনো খঙদে ইতৈমা, ঐ য়াম্না ভাজনিংই।"

কিরণময়ীনা কমুংদা মোম্পাকফিদক থাবগী মমিংদা মমাই লৈথোক-লগা হায়রকই,"ঐ মী অমগী মনাক্তা চৎনিংই, অতুবু অশি-তুরেল য়াংমদা নত্তে—সোম য়াংমমক্তদনি।"

দিবাকরনা হায়রকই, "অতুবু মহাক্তি অশি-তুরেল য়াংমদা চৎখ্রে। সোম য়াংমদদি কমদোনা মাবু অমুক ফঙ্গদগে?"

কিরণময়ীনা নোক্তুনা হায়রকই, "ঐগী মহাক অতুদি হৌজিকস্তু সোম য়াংমদা লৈরিবমক্নি। নহাক্না চৎস্তু চৎলম্নগদবনি, গুপ্তগী—"

"গুপ্তগী করিগীনো ইতৈমা?"

"গুপ্তগী করিগুম্বা ঐবু পাম্বী পামদে হায়বা অমুক্তং খঙহনবিয়ম্নবদি।"

দিবাকরনা অমুক চঙক্লরক্লুনা হায়রকই, "সোম রাংমদা কনা লৈবগে ? মহাক্না নহাকপু পাম্মী পামদে কনাক্না হায়রগদৌরিবনো ? নহাক্না হায়রিবহু করি রানোদা ইতৈমা !"

কিরণময়ীগী মাইথোংদা মিৎনা কুপ্পমুক শেংকাত্তবা মমি অমা ডায়রকই, অদুবু মিৎকুপকী মনুংদা মহু মুৎখিহুনা অমুক হন্না মাইথোং 'পুম্বা লংখৎ-লক্লে, অমসুং শাওশিল্লবা সুরদা হায়রকই, "নহাক য়াম্না ঙাওশিন্নে ইনাও-ইবুংঙো ! নচিন কাংহুনা করিসু হায়দোক্লিংদে, শুপ্পগী ঐগী চিন্দগী চাম্বরক হন্না ডাবা পাম্বরা ? চৎপ্রো, মাগী পাউ ঐ নঙোন্দা তম্বা ওম্লোই।" অসি হায়রগা মমাই লৈথোক্লুনা মহাক লোকফেৎ নোকফেৎ ভৌরকই। দিবাকরনা মীনোক অসি উরে অমসুং মকম খঙদবা ইথক অমনা মাহাকী থম্মোয় মিহুস তিং তিং চোংহল্লক্লে। খরমখৈ ক্ষাথরগা হায়রকই, "ঐগী রা করি অমুক লৈগদগে ইতৈমা, চিন কাংহুনা নঙোন্দা হায়রুনবা ?"

কিরণময়ীনা লৈশিল্লক্লগা হায়রকই, "অসুক কন্না অসুক কুইনা তম্বিরকখিবা পুম্নমক ঙন্না অমুক্তং নশাগী থম্মোয়দা মাহুনা থিম্নু য়েংসি, অকীবা কংলবা রাকম অমা মকমহুদা থবো-মালো ওন্দুনা কোইচৎ চৎহুনা লৈরব্রা লৈভব্রা ? শেংনা হায়য়ু ?"

দিবাকরনা মসুনা শুমহৎলবগী মতৌশুন্নমক হায়রকই, "করি য়ানো ? করি তম্বিখিবগে নহাক্না ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই "ঙক্লব্রা ইনাও-ইবুংঙো। চহি মতাং অসিদা অভিনয় হৈরব্রা ? অদুবু, নহাক্না নচিন কাংহুনা হায়দোক্লুবদি ঐসু হায়দোক্লোই, মসিদা ঐগী থম্মোয় কায়গে কায়জসনু, অদুগা নহাকী থম্মোয় কায়গে কায়জসনু।" অসি হায়বমক্না খঙহৌদনা মোম্বরক্লুনা মখদাং পায়হুনা অমুক্তং নিক্লম্নগ কাহুদগী মহাক থুনা য়াংনা থোকক্লে।

দিবাকর চপ য়ুংনা কমহুনা লৈ। কিরণময়ীনা মসি কাওবদা কয়ারক হন্না মওং কয়াদা ক্ষাগী-জোগাই তৌখ্রে, লিশিংলক হন্না লিশিংলক চালাক তৌহুনা মশা শোকখ্রে, অদুবু, ঙসিগী করেম্নবা, মশাদা শোকখিবা অস্নিদা মহাক্কী নাকোংদা কাওজিন্দুনা মশা 'পুম্বগী ঈ সুতোন ক্ষাখিহুনা শক্তি কল্লবা ইলেকট্রিক করেন্ট চেলহনবক্লমক্রে। মশাগী হকচাংগী ঈ মথিক থুদিংমক অসুক হাক্না ঈচেল কনবসি মহাক্লা করিঙম্বদসু- খঙজবা ঙমখিদ্রি।

য়াম্না কুইনা লৈরবগী তুংদা ওসি অমুক অয়ুক্কা অঘোরময়ী লৈফাইগী চহি য়াম্নবী মুপী খরগা লোয়নদুনা কালীঘাটতা কালী দর্শন তৌবা চৎখি। হায়রম্বা লৈ, ইমাগী আয়তি লোইরগা অহিং খরা থেংনা মমদা হল্লকনি।

মুমিদাং চাওরাক্ল পুং নিপাল্লোম তারে। দিবাকর মশাগী কমুংদা তুমিল্লা হিপদুনা লৈ। মহাক্কী লুখুমদা কেগামগী থাওমৈ অমা মুৎশি মুৎশি থাল্লি। মঙাস খবদং অদুগা দুর্গেস-নন্দিনী' লাইরিক্কু হৌজিক্কা পায়রম্বনি; মদুনা মমাইদা কুপশিন্দুনা মপুক্লিংদা অয়েষাগী রাকম্মক খল্লিবা ওইরম্বা-য়াই, কিরণময়ীনা কা মনুংদা চংলক্লগা হংলকই, "ইনাও-ইবুংঙো অত্তোম্বা, তুম্লব্রনে?"

দিবাকরনা মমাইদগী লাইরিক্কু লোথোক্লগা হায়রকই, "তুমদে, কোক চিকই।"

কিরণময়ীনা নোক্লুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি কত্তনা লায়েং-ল্লিদনা! কোক্কতোন্দ্রা থাওমৈ থান্দুনা থম্লবদি কোক চিকপ্রা কগত্রনে ইনাও-ইবুংঙো?"

দিবাকরনা হায়রকই, "লাইরিকসি হয়েংমক পীথোকখিবা তারি, অদুনা লোইশিল্লিবনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মিৎ উইশিন্দুনা আয়েষাবু থন্দুনা লৈবনা লাইরিক পাবা লোইগদবা নত্তে, ইনাও, মিৎনা য়েংদুনা পাগদবনি। মদু নত্রগা চাথোক্লগা লোইশিল্লোদনা— হৌজিক্কি চৎলসি, চাক ইংগ্রগনি।"

দিবাকর হৌগৎনিংদে, মহাক্কা চোকথনা হায়জবগী মুরদা হায়রকই, "হৌজিক ওইখো ইতৈমা। ইমাবোক লাকখিসম্ল অদুগা চাগে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মখোয় কয়া কুইনা লৈরগা লাক্কদগে হায়বগী অরেপ্পা লৈব্রা ইনাও-ইবুংঙো? ওসিদি ঐ ইশাগী হকচাংম্লু মুংঙাইহৌতে। মাগী কাদা চাক থাঙ্গৎতুনা থনম্লগা তুমগে খল্লিবনি। হৌগৎলো, নহাক চাক চাথোকহৌররো লাকও।" হায়রগা মহাক্কা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা লাইরিক্কু মথক্কগী লোথৎত্রে।

থে ইনা লাপ্তনা দিবাকরগী ত্রঙ্গদ্ধ লৈ। কিরণময়ীনা হন্দোক্লুনা মহুগী মথক্তা কমথরগ। অমুক হন্না ভক্তুদুনা হায়রকই, "হোৌগৎলোসে।"

"ঐ হৌগৎনিংদে ইতৈমা। মহুনা শরুকপুদি রান্নী অমত্তম লিয় তাগে।"

"শুপ্নগী রারীনদি পুক থল্লোই ইনাও-ইবুংঙো, মতম চানা চাগদবনি। করি হায়রিবনো?"

দিবাকরনা ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "করে ইতৈমা, ঐনা তুম্ব-চাবগী নহাক্লা অমুক হাক্লা থরায় য়াওরিবসি করিগীনো?"

কিরণময়ীনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "করিগীনো খঙব্রা?"

"হায়দোক্লবদি কমদোনা খঙগদগে?"

"মসি নহাক্কী মীনম্বা রানি। হায়দোক্লবস্থু খঙবা ক্লাই, অদুগা নহাক্লা চপ চানস্থু খঙলিবনি।"

দিবাকরগী মমাই-মমিৎ ঈকাইবনা ভাংলক্লে। মহাক্লা ভাইহাক তুমিন্না হিপদুনা লৈরগা খঙহোদনা কমদোউনো নিংবা কান্নবগী মৈশা লাংবা থুরদা রা ভাংলকই। হায়রকই, "করে ইতৈমা, রা অমত্তা হঙ্গে?"

"অমত্তা করিগীনো ইনাও, চাম্মরক হংউ। অদুবু, হায়না চাথোক-থক্তোক্লুনা ঐবু ছুটি পীখো— অদুগী তুংদা অহিং চুপ্পা নহাক্কী পাউখুম পীগনি। কমদোই য়ানিংলব্রা?" হায়রগা মহাক নোকথোরক্লে।

দিবাকরনা করেম্বা অসিগী ভায়োন্নুনা পাউখুম অমা পীননবা হোৎনদুনা ভৌবিমঙ্গ খঙবা শাশিন্নবা খোম্থোক্লা হায়রকই, "করবনি ইতৈমা। খঙলে নহাক অকনবা উপুদুদা অহিং চুপ্পা কমদুনা ঐগী রাহংগী পাউখুম পীগদৌরিবা ওইরিনিনে?"

কিরণময়ী নোককেৎ তৌরকই, হায়রকই, "মসিগী মথক্তা কম্বদা করিগুম্বা নঙোন্দা মুংঙাইজদনা থোক্লবদি ইনাও-ইবুংঙো, মহু নত্রগনা নহাক্কী অথোৎপা কমুং মথক্তা কাখৎতুনা কমগনি। কমদৌই? মহু ওইরবদি নপুক্লিং চরাংনবা অমুক লৈররোই।"

অমুক হন্না দিবাকরগী মনা ফাওবা ভাংলক্লে। মহাক ঈকাইদুনা মমাই ওস্তোক্লুনা হিপথ্রে।

কিরণময়ীনা হৌগৎতুনা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "সে হৌগৎলোসে—ঐবু ছুটি পীরো, অমুক মাই ওস্থোক্তুনা হিপ্লম্ব।"

চাকশঙদগী মীনাই সুপীগী খোঞ্জেল তারকই—"ঐ মকম অসিদগী ক্বাওবা তাই মমৌ-ইবেম্মা, নহাক্তি তাদত্রনে? ইমানা মখাদা অমুক কম্নাকৌরি-খোৎলিবসে।"

কিরণময়ী হন্দোরক্তুনা তরঙ্গ অতুদা অমুক কয়রে। শাওতুনা হায়রকই, "য়াম্নবু ঙমশিন-লাকশিল্লক্লিনে নঙ। ঐনা খোক্তুনা খোঙ হাংলুগদবা, নঙদি হাংলুবা য়াদত্রা?"

"ঐ থুৎ শংদতুনা হায়জবনি মমৌ-ইবেম্মা!" হায়রগা মীনাইসুপী মখোঙ গম গম থাংতুনা মখাদা কুমথক্লে।

খোঙ হাংদোকপমক্তদা অঘোরময়ীনা ঙাংলকই, "নখোয় পূম্নমক ঙম্না ননা পংলত্রা? পুংখায় অমা ক্বারবনি ঐনা খোঙ থিল্লক্লিবা।"

হন্দক্তি মীনাই-সুপীনসু ঙংলকই, "মনা পংবা মিৎ তাংবা নত্রবদি নখোয়গী য়ুমসিদা মীনাই ওইবা কনানা লাকপিগদগে ইমা? হন্দক্তি মমিৎ তাংদবা, মনা পংদবা কনানো থম্বিরে' ইমা, ঐবু থাদোকপিরো। চাকশঙদগী ঐনবু গেটকী খোঙদগী কৌরকপা তারোইদবা।"

অঘোরময়ীনা ঈংথরক্লতুনা হায়রকই, "মৌ কদায়দা লৈ?"

মীনাই সুপীনা শেংক্বাতবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "মনাও-ইবুংঙোগা নুমিৎ চুপ্পা হরাও-মখোই কাতুনা লৈ—করি অমুক ওইগনি! খোঙ থাংদোকলুনবা হায়রুবদা ঐঙোন্দা মমিৎ ঙাংতুনা চৈ-থাংলকই! হৈমা! ঐখোয়গী বাবুচৌবনিদনা!" অসি হায়রগা মীনাই সুপী তৌক্ষম খঙদনা থৈদোক্তুনা লেপখ্রে।

অঘোরময়ীনা মমাই লৈথোক্লগা হায়রকই, "উপেন, লাকও ইবুংঙো মথক্তা কাখৎলসি।"

"চৎলসি ইদোমচা," হায়রগা উপেন্দ্র অঘোরময়ীগী মতুং ইন্দুনা সিঁড়ি কাতুনা মথক্তা কারক্লে। অতুবু রা পুম্নমক অতু মহাক্কী নাকোং য়ৌথি।

মথক্তা কারক্লগা অঘোরময়ীনা খোঞ্জেল কম্না কৌরকই, "কদায়দা লৈবগে অমুক্তা লাকউদনা ইবেম্মা। উপেন লাক্লিনে—"

অমম্বা কাদা ফম্লিবী কিরণময়ীগী পুক-নুংদু মথক-মথা ওল্লক্লে অমম্ুং ফমুংদা দিবাকর মশা 'পুম্বা পণ্ডথরক্লে, উনগুম ঈংথয়ক্লে।

অঘোরময়ীনা অমুক হন্না কৌরকই, "কদায়দা চৎগ্রবগে ? ফক্লা করিনো অমতদি থারোলাওদনা ইবেম্মা— উপেনবু অম্সুম লেপত্তুনা লৈহল্লগদ্রা ?"

কিরণময়ীনা মপালদা থোরক্লুনা মাঙ্গোলদা ফক অমা থারয়ে। মহাক পাক হেক রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

উপেন্দ্রনা মনাক্তা চংশিন্দুনা নমস্কার তৌরগা হায়রকই, "নুংঙাই-বিরিদনা ইতৈম-বেম্মা ?"

কিরণময়ীনা মশাবু ফাথজপ্রে। মঙক নোমত্তুনা হায়রকই, "হোয়। নহাকপু কমদৌরিবগে ইনাও-ইবুংঙো ? মৌ না-ম্নেক্কেদনা ? পাউকা অমতা পীরক্লনা অম্সুন্না শৎ হেক্তা ?" অত্তুবু খোঞ্জেল অসি তাবদা উপেন্দ্র চঙক্রে। খোঞ্জেলসিদা কদায়দস্মু রস মল্লিক অমতা চেন্দবগুম্মী, অম্সুন্না শিগংনৈ, অম্সুন্না রস য়াওদে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "কেস মপুগী পেসানা লাকপনি ইতৈম-বেম্মা, হয়েং নুংথিলমক হনখিবা তারি। কালীঘাটকী দরকার লোইশিল্লগা থোরকপমক্তদা ইদোমচাগা থেংনৈ। মত্তুদগী কোইচৎ চৎমিন্নরুরিবনি। দিবাকরবু কমদৌরিবগে হায়বিয়ুদনা ? মহাক চিঠিস্মু ইরক্কে, পাউ অমতস্মু পীরক্কে। খঙলে কোইথোকখ্রিনিনে ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মকোক চিকই হায়ত্তুনা ছিপ্পি। কনানা খঙগনি, তুম্নম্বস্মু য়াই।"

অঘোরময়ীগী শাজৎ পুক্সৎ ঙসি মওং অমা ইত্তৌ ত্তৌই। মসিদা মৌগী দোষ উৎথোক্লবগী খুদোংচাববু ফংলবদি মহাক্কা করিগুম্বা ত্তুমিন্তস্মু লেম্না থাদোক্তে, মত্তুদা দিবাকরবুস্মু মাগী থম্মোয়দা পেঞ্জরমদে। অয়ুক্তা মহাক্কা লোয়নত্তুনা কালীঘাটতা চৎমিন্নরুবা পাম্লম্বনি, অত্তুবু থবক চিনবগী মমিংদা দিবাকরনা য়াথিদে। মরৌ থাংবা মওংদা হায়রকই, "হৌজিক্তা নঙদি মাগী কাদগী থোরক্লিবনি ইবেম্মা, মহাক তুমহোই তুমহোদে হায়বা কাওবা খঙদত্রা ?"

"নত্তে, খড়ুবে," হায়রগা কিরণময়ীনা মনেপ্তোক্না হু চেনবা মিংয়েং অমনা য়েংলকই।"

উপেন্দ্রনা খোঙ্গেল হৌনা কৌরকই, "দিবাকর ?"

অমুক হন্না কৌরকই. "দিবাকর তুম্লিব্রা ?"

মহাক তুমদে, কৌরকপা অসি থৌওইরুদবা ঙমদ্রে। থুম্নগা তপ্না তপ্না মপালদা থোরক্লুনা লেপ্লরে। থুরুম্নগা ইক-আক তৌবা খোম্থোক্না হায়রকই, "করম কালদা লাকপগে তামোচা ?"

"অয়ুক্তা। নঙবু নকোক চিকপ্রা ?"

"অকনবা নত্তে।"

অঘোরময়ীনা হায়রকই, "কোক চিক্লোইদ্রদে ইবুংঙো! অহানবদদি অদুম ওইনমক অমবু ওইরবস্থ খরা খরা কোইথোক খোংতোক্লম্মী। হৌজিক্তি ইমুংদগী থুবৈ অমা কাওবা চথোকখিগ্রে। অয়ুক্তা এনা 'দিবু, এগা কালী মন্দিরদা অমুক্তা চৎলুসি' হায়বনি। 'নত্তে ইমাবোক, থবক লৈ।' নঙগী থবক্তু করিনো হায়য়ুদনা ইবুংঙো ?"

দিবাকর অদুম তুমিন্না লেপতুনা লৈ।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "চিঠি ইরকপস্থ তোকখ্রে। করি কলেজদা মিং চল্লবগে ?"

দিবাকরনা খোঙ্গেল পিক্না হায়রকই, "কলেজ হেক হাংবগা চল্লগমি। হৌজিক কাওবা হাংদ্রি।"

"হাংলগা মিং চনগদৌরিবা। হৌজিক কাওবা হাংদ্রিবা।" খাংদমদবা লংবা উপেন্দ্রগী মমিৎ ঈমুক ঙাংলক্লে—"নুমিৎ তরাতরুক-তরাতরেৎনি শুরে কলেজ খুদিংমক হাংব —মতু কাওবা খঙলদ্রিরোইনে ?"

দিবাকরগী মমাই তাইক্লেৎ তাইখ্রে। মহাক উগী মূর্তিগুম চপ লেপ্লতুনা লৈখ্রে।

অঘোরময়ীনা থোইদোক্না ঙাকৈনা হায়রকই, "কমদৌনা খঙদ্র-গনি উপেন ? মথোয় অনি অয়ুক মুংদাং চুপ্না হেদো-হেত্রাও কাহুনা, নোক-খেতুনা, রারী-রাতাই তৌদুনা কমদৌনবু লেল্লিবনো মথোয়দুনা খঙলিগনি! এনা হন্না হন্না হায়বিরবনি, 'ইবেম্মা, মাদি মীগী মচানি, লাইরিক তম্বা লাকপনি, মাগা অয়ুক-নুংদাং চুপ্না অহুক্ হাক্না করিগীনো ?

মনাওঙ্গুপা কনা ওইসনু—মৌ হায়রবসিদি পাখণ্ড কান্নবা মুপা-নহাগী মকমদদি খরমখৈ কোইন-থুপ্না লৈরোইব্রা ? মচুদা কনানা কনাগী রাবু ভাবিবগে।"

উপেন্দ্রদা য়েংতুনা হায়রকই, "নঙ কমচুনা লৈ উপেন—অচুননি—নৎলমচন্দ্রবদি ওসায়না পাইশিল্লকুনা ঐগী শম খুবাম থম্না কোইররগদবনি—মা ঐগী অচুক ভৌণ্ডগী ইমৌনি! ঐ রাশকুনা হায়রবা ওমগনি উপেন, দোষ পুম্নমক ভৌণ্ডগী অসিগীনি।"

কিরণময়ী থোইনা লাপ্তুনা তুমিন্না লেপতুনা লৈ—করিগুম্বা রা অমতগীসু পাউখুম পীদে। তপ্না তপ্না চাকশণ্ডলোমদা চৎখ্রে।

অঘোরময়ীনা অচুম শাওরংনবা খোঞ্জেলদা হায়রকই,"হাই অচৌ-অশাং-নিঙোল। ঐগী ইচাসি নুমিৎ চুপ্না চারক-থরুক্লিবনি—চান-থক্নবা থৌরাং ভৌরোইদৌরিব্রা? অচুম্নকা চৎখিবনদি য়ারোই।"

কিরণময়ীনা হুজিল্লক্লগা অচম্বা সুরদা রা ওাংলকই,"অচুননি চৎলি-বসি ইমা।" উপেন্দ্রদা অতম্মনা হায়রকই, "চেনখি-লাকখিবা য়ারোই-দৌনি ইনাও-ইবুংঙো। ঐনা লুচি থরা হৌরুরগা পুরকপদা মিনিট তরাদগী হেন্না চংলোই।"

নুংবংনরবা, রাম্ববগুম্নবা দিবাকরদা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো অতোম্বা, নহাক অচুম হেক্তা লৌরয়ো—চাকশণ্ডদা লাকও। ইমা, মীনাইনুপীবু হ্রকান্দা অমুক্তা থাবিখিগেরা, ইনাও ইবুংঙোগী অহাও-অথুম থরা লৈহল্লনবা ?"

অঘোরময়ী নক্রগা উপেন্দ্র কনানসু মচুগী পাউখুম পীবা ওমক্রে। মৌ অসিগী অওকপা কংনা মপুক্লিং কাথবা ওম্বা অমসুং ওমখৈ নাইদবা চাও-থোকচবনা মত্তম অমতদা মবুদ্ধি মাংহন্দুনা মখোয়বু ওাইহাক্তি চওক্লনা বক্সনা পানবগুম লৈহনখ্রে।

চাওরাক্লা পুং অমরোম রাম্নী-রাতাই ভৌনরগা অঘোরময়ী মাগী আহ্নিক অমসুং মালা জপ তৌবা লোইশিল্লনবা হৌগৎতুনা চৎখ্রে। কিরণময়ীনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "ঐগী কাদা নচাক্তী চাননবা শিল্লম্নে ইনাও-ইবুংঙো, হৌগৎলো।"

উপেন্দ্র রা ওাংদনা হৌগৎতুনা লাক্লগা থারম্লিবা আসন অচুদা ফম্নরে, কিরণময়ীনা লাপ্তক্লা লৈমায়'থক্তা কমথরগা হায়রকই,"ওসি অমবু

ওইরবস্তু মসি চখোম অনিদং অকউ ইনাও-ইবুংঙো, হেন্না থোরাং তৌঙ্ক-রবদি অরেম্বদা অহিং থেংখিগনি।"

উপেন্দ্রনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। শান্নবা মৈঙাল্দা মহাক্কী মাইথোং নুংগুম কনশিন্না উই। চানবা হায়না পুখমদু মচি অমদ ইস্থোক্লগা হায়রকই, "চাবগী মতাংদি মসিনা য়ারে। অদুগা ঐ চাবা লাকপন্সু নত্তে—অদোমগা চিক্লা রা অনিদং ঙাংনগে লাকপনি।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি, অদুবু চারোই-দৌরিবদি করিনো?"

উপেন্দ্রনা ঙাইহাক মিৎয়েং হোংদনা য়েংল্লা লৈ। মহাক্কী কনশিল্লব মাইথোং অমুক্তা হেন্না কনশিনবগুম উরকই। হায়রকই, "অদোম্না শোকপ। পোৎ চারুগদবা ঐ ঙসিদি হঙ্গোইবগুম তৌই।"

কিরণময়ী রা ঙাংদনা মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈত্রে। অনা কুইনা লৈরগা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মদু ওইরবদি চারুবগী কান্নবা লৈতে।" হায়রগা অমুক মরু লুকথদুনা ঙাইহাক লৈরগা মমাই থাঙ্গৎতুনা নোকুফেৎ তৌরকই। হায়রকই, "হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা রাক্ষসি হায়বা য়াই! অদুবু নহাক্কী নফমদগী রা অসি তাগনি হায়বা ঐনা করিগুম্বদসু খল্লুদে। হঙ্গোইবনা পুখম ইস্থোকপা ঙমগদবা মীশক অমখক্তি লৈ—মহাক অদু সতীশনি। নহাক নত্তে ইনাও-ইবুংঙো।"

উপেন্দ্র শাওবনা তুকচ্চবনা ঙকপনা চমন্নবা য়েংদুনা লৈত্রে। কিরণময়ীনা অদুম ঈ'না অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "নহাক্না শাওবগীবু হায়রো, তুকচ্চবগীবু হায়রো ইনাও-ইবুংঙো, পুন্নমক দিবাকরগী মতাং-দনিদনা? অদুবু লুখ্রাবীগী মফমদদি মহাকসু নহাকসু চপ মান্নে। মাগুম ঐগগী মরি কয়া য়াম্না নকশিন্নগ্রবগে হায়বদু শুপ্রগী নহাক্না ভাবনা শারদনি। অদুবু নুমিৎ অদুদা ইশাগী চিনমক্না নহাকপু নুংশি হায়বা খঙ্গহনখি, মতম অদুদা চানবা লাস্থোকপদদি পুখমদু মতৌ অসুম্না হঙ্গোইদুনা ইস্থোকুনা থম্মিদে। নশাগী মতাংদনা খঙলে লৈখা তারবীগী খুৎনা হোৎবা মিঠাই নুংশিবনা খোইথুমক্না হেনক্লা ইনাও-ইবুংঙো?"

উপেন্দ্রনা নুংঙ্গা শাওনিঙ্গলকপা মথৎনাদ খুরাক্কা হাপতুনা ক্লাথরগা হায়রকই, "ইতৈম-রেম্বা, নিংথিংক্লরিব সিন্নি, অন্নি কাওরা ঐগী পুরবাক্লা

ছিংলি। মহাক্না হায়, 'ঐহাকপু অমুক্তং নুংশিগ্রবা মহাক অদুনা অতোপ্পবু নুংশিরুনবা মতিক লৈতে।' ঐনা মতুমকপু থাজদুনা দিবাকরবু অদোমগী খুৎতা শিন্নখিবনি! ইহীরম অসিদা সুরবালাগী রাখল কৈদৌ-ঙৈদসু অরানবা ওইবোই হায়ন খঙ্গরগ্নি।"

রাতু লোইকাব্রিঙৈমক্তদা কিরণময়ীনা থোইদোক্লা ইখঙ খঙহৌদনা মথুৎ অনি থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "তোকও ইনাও ইবুংঙো, মাগী রাখলদি লাল্লে নঙগীদি লান্দ্রে রাকম অসি অসুক চিংনবা লৈতনা নহাক্লা কমদৌনা থাজক্লবিবনো?"

উপেন্দ্রনা ফুক্ক তোগৎতুনা লেপ্পগা হায়রকই, "অহিং থেংজিল্লক্লে, তর্ক তৌননবা মতম ঐগী লৈতে। ঐনা অদোম্সু মুন্না খঙজে। অদুবু রাকম অসিদি তশেংনা খঙজিনবিহৌগদবনি, অদোম্না কনাবুসু নুংশিরুবা ঙম্লোই—মতুগী মভিকসু লৈতে অদোমগী। শুপ্পগী মাংহন-তাকহনবদমক ঙমগনি। অচ্চা—মহৈ মথংদা দিবাকরমকপু—"

হঙ্গোইবনা উপেন্দ্রগী খোঞ্জেল ফাজিল্লক্লে। অদুমু আংলোম্নদা য়েংলকই, কিরণময়ীগী মমাই শিন-থুংনা অসুম্না কুচু পুমওন ঙনখ্রে—তশেংনা কনাননো মহাক্তী থবাক ময়াইদা নোংমৈ কাপশিল্লকপ ঙমখ্রে।

থোঙজিন মপান্দা লেপতুনা অঘোরময়ীনা হংলকই, "চাবা লোইরব্রা ইবুংঙো উপেন?"

"নত্তে ইদোমচা, ঐ চাদ্রে—হকচাং কয় নু ঙাইতে।"

"হকচাং নুংঙাইতব? কারি রানো? অদু ওইরবদি সিদ'সুম লেকথোকওদনা—অমুক চংখ্রনু নুপামচা।"

"নত্তে ইদোমচা, ঐ চৎতবা য়াদে।" হায়রগা উপেন্দ্র মপালদা থোরক্লে। দিবাকরগী কাগী মমাংদা লাক্লগা কৌরকই, "দিবাকর?"

দিবাকর থাওমৈ মুথুৎতুনা হিপগ্রবনি। মহাক্তী থম্মোয়গী রা শুপ্পগী ঈশ্বরদনা খঙলিগনি। থুমঙদবা খোম্থোক্লা থুম্নগা মথোঙ নিক্লা মপান্দা থোরক্লুনা লেপ্লরে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নঙগী নফি নরোল য়োম্শিল্লো। ঐগা লোয়নদুনা চৎলগদবনি।"

অঘোরময়ীনা ঙক্লা অমসুং ফিঙ্গংমা হায়রকই, "হায়রিবতু করিনো উপেন, অহিং অসিদা অঙাং কদায়দগী চৎপা য়াগদগে?"

"ঐগা চৎমিন্নখিগদবনি, মচুগী য়াকনিংঙাই লৈত্তে ইদোমচা। লোইশিন্নুরোনে. থুনা শৎ লোইশিন্নুরো—ঐ গাড়ী কৌরুখিগে।"

অঘোরময়ীনা উপেন্দ্রগী মখুৎ পায়রুনা হায়রকই, "নত্তে ইবুংঙো, ঙসি থাগিগী অহিংসিদা মাবু পুথিবা শুপেয় য়ারোই। অঙাংনি, অয়ানবা অমা তৌরবশু য়াই,—মফমসিদা থম্নরোই হায়রবস্মু হয়েং-হংচিৎ চচ্চসনু। অদুবু ঙসি অহিং অসিদদি ঐনা মাবু চৎহনবা শুপঙম ঙম্মোই।"

অথিংবা পীরকপত্নদা উপেন্দ্রনা নিংবা কায়রুনা হায়রকই, "অদুবু মাবু অহিং অমা কাওবা মফমসিদা থম্ব ঐ পামজ্রবনি ইদোমচা। করে, ঙসি থাসিগী অহিংসিদি লৈজরসনু, অদুবু হয়েং অয়ুক্তি অমুক থাম্বিরনু— অয়ুক পুং তরা কাওবগী মনুংমক্তদা জ্যোতিষখোংগী য়ুম য়োহনবিরক্কবা য়াদে।" অসি হায়রগা অঘোরময়ীদা নমস্কার তৌরম্লগা থুনা য়াংনা কুমথখ্রে। গেটকী থোঙ ময়াদা অমম্বদা মতুংলোমদগী চাদর মচিদা চিংলকই। মমাই লৈথোরকপমক্তদা কিরণময়ীনা মিৎনা কুপ্পদা কুম্ভুনা মখোঙ অনিদা শোক্লকই—"ঐগী থম্মোয় কায়গদোরে ইনাও-ইবুংঙো, পুম্নমক মীনম্বনি! পুম্নমক মীনম্বনি! অচ্চ, অদুক হম্বনা ঐবু নহাক্কা থনবা ঙম্মবা!"

"তুমিন্না লৈবিয়ু। অভিনয় য়াম্না তৌবিদ্রে—অমুক মথা তারনুসি।" হায়রগা উপেন্দ্রনা থাংঙমদবগা কংনা হঙ্গোইদুনা মকোক্তু থোক লাক্তুনা ইস্থোকখিবমক্তদা মহাক থোঙ থাদোক্তুনা লোংনা চাইথদুনা তাখ্রে।

"নাস্তিক! অমকপী! মবুং-মৌপরা থঙদবী!" হায়রম্লগা উপেন্দ্র হম্না কাওবা য়েংলমদনা থুনা য়াংনা মপালদা থোকখ্রে।

কিরণময়ী নোংথাংমুক য়াংনা ফুক হৌগৎতুনা ফম্মে, করিনো অমা লাও-খোংদুনা মহাক্কা হায়নিংবগুম তৌই, অদুবু চরমদগী খোঙ্গেল থোরক্রে। শুপ্পগী হাংদুনা লৈরিবা থোঙগী মপালদা অমম্বদা য়েংলকই অমম্বুং মমিত্তগী মৈরিক কাপথোরকপগুম্মী।

নুমিৎ কনা কুইপ্রবগী মমাংদা মফম অসিদা লেপতুনা মহাকী মমিৎকী অসিগুম্বা ককঙাওনবা মিৎয়েং, অসিগুম্বা অচাকপা মৈরিক উবা ফংখি, মদু সতীশকা লোয়নদুনা উপেন্দ্রনা অচানবা ওইনা উনরম্লগা থোরকপা মতমদুদনি। অমুক হম্না ঙসি অরোইবা বিদায়গী নুমিত্তসু

মহাক্কী মায়োক্তা মমিৎ অনি অহুদগী মভৌ অহুপ্তমমক মৈরিক কাপথোরকই।

"হো ইমা, মসিদি মমৌ-ইবেম্মনিদনা। মকমসিদা মভৌ অসুম্না কমহুনা লৈরিবা করিগীনো ?"

"নঙ য়ুমদা হল্লবা ওইরিনিনে ?" হায়রগা কিরণময়ীনা তুরোই-ঙায়োই তৌনা হোগৎতুনা ল্লেপ্পগা মখুৎ অনি পায়শিন্দুনা হায়রকই, ঐগী কাদা অমুক্তা চংলুখিসি, নঙোন্দা রা অমতা হায়গে।" হায়রগা নমহুনা মহাকপু মশাগী কাদা চিংহুনা পুরক্লে, অমসুং থাওমৈ ঙানখৎহল্লগা উপু হাংতুনা লুপাগী খোঙগী খুদোপ জোড়া অমা লৌথোক্লুনা মীনাই নুপীদা পীরগা হায়রকই, "নহাক্কী নচানুপীদা শিবিয়ু—নত্তে নত্তে, নহাক্না মসি লৌরবদি ঐবু হাৎপা পাপ পু,—করিগুম্বা নুমিত্তম্বু অমুক হন্না উনখিদবা য়াই।" ঙাংনা ঙাংনা মহাক মপী অর-র শিন্থনা কপ্পক্লে।

"পুম্নমক অসিবু করি থৌদোনো মমৌ-ইবেম্মা!" হায়রগা মীনাই নুপীনা চঙক্লবা মিৎয়েংনা য়েংলকই। কিরণময়ীনা মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "নহাক নত্তনা ঐগী মী কনাসু লৈত্রে! ঐবু কনবিয়ু—ঐবু মকম অসিদগী-কনবিয়ু। মকমসিদা লৈরবদি ঐগী থম্মোয় কায়রগনি।"

মীনাই নুপীনা রা ঙাংদনা কিরণময়ীগী খোঙদগী তোন কাওবা হন্না হন্না য়েংলগা হায়রকই, "পুম্নমক ভার তারে মমৌ-ইবেম্মা, ঐসু নুপীনিদনা! ঐগী মীহুনা পুথ্রীগী সিঁড়িদা কপতুনা হায়খি, 'চৎলে মুক্তো, অমুক উনবা কংদবসু য়াই।' মতমহুদা ঐনসু মাপী মখোঙদা তুহুনা কপতুনা হায়জখি, 'তাবিরিত্রা, ঐবুসু পুবিয়ু! হন্দোক্লুনা থনম্নবদি ঐগী থম্মোয় কায়রগনি।' অহুনা হয়েং অয়ুকমক থঙলে বাবুমচা মকম অসিদগী চৎপ্রগদবা ওইরিনিনে মমৌ-ইবেম্মা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "হু"। অহুবু কলকাতাদা ঐ লৈরা য়ারোই থঙলে। কদায়দা চৎলুগে হায়য়ু য়েংসি ?"

মীনাই নুপীনা শুপথন খম্বদনা শৎ হায়রকই, "অহু ওইরবদি আয়কানাদা চৎলো ইবেম্মা, পুক্লিংসু মুংঙাইনা লৈগনি। ঐগী ইনাও-জুপীসু মকমহুদা লৈ—ঐগী মিং পঙ্গুরবদি নখোয়বু মানা লুনা-চাম্না

ভোগনি। ঙসি লৈবাকপোকপানি—হয়েং অয়ুকমক জহাজ থাগনি। চৎকেরা মমৌ-ইবেম্মা মকমতুদা ?"

কিরণময়ীনা মীনাইনুপীগী মথুং পায়রুনা হায়রকই, "চৎকে।"

মীনাইনুপীনা থাজবা পীতুনা হায়রকই, "অতু ওইরবদি নখোয় থৌরাং তৌতুনা লৈরম্মো, নোংঙানকাৎত্রিভৈদা গাড়ী পুরক্লুনা ঐনা নখোয়বু লৌগনি। উচেক-খায়া কাওবনা থঙবা ঙম্মোই—নখোয় কদায়দা চৎখিবগে হায়বা। চৎলু মমৌ-ইবেম্মা, চৎলু, বাবুমচা কায়নহুনা নহাক হিংবা ঙম্মোই।" অসি হায়রগা মীনাইনুপীনা মকি কিজি চিংখৎতুনা অমুক্তং মপী তৈথোরকই।

"ইনাও-ইবুংঙো ?"

অহিং মতমদুদা নোংঙালগদোরে, দিবাকরনা চঙক্লনা হৌগৎতুনা কপ্পী। মমাংমক্তদা কিরণময়ী লেপতুনা লৈরমে।

দিবাকরনা চঙক্লনা হায়রকই, "করিনো ইতৈমনিমা !"

"হোয় ইনাও-ইবুংঙো, ঐনি।" হায়রগা কিরণময়ী চঙক্লরবা দিবাকরগী তম্পাক্তা খঙহৌদনা মমাই উপশিন্দুনা তাহুনা লৈখ্রে। হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, ঐবু থাদোক্লুনা চৎকদৌরিব্রা ? কদায় চৎলুদনা য়েংসি।"

মতুংগী পাউখুমদা দিবাকরনা রাছে অমতম্তু ঙাংথোকপা ঙমদ্রে—শুগগী মরিৎক্তা মপী ঈরা চেল্লকই।

কিরণময়ীনা হৌগৎতুনা কম্বদা মকি কিজিনা মহাক্কী মপী তৈথোকপিক্লগা হায়রকই, "হৈমা ! করিগীনো ইনাও ?"

"ইতৈমা, ঐ উপায় লৈত্রবনিদ্রে। তামোচানা ঙসি অয়ুকমক ঐ লাক্কবা য়াদে হায়রম্মিবনিনে !"

উপেন্দ্রবু পল্লকপমক্তদা কিরণময়ীনা শাওবনা উংতুনা হায়রকই, "কনা তামোচা ! কনানো মহাক ! মাবু ঐঙোন্দগী কাওবা হেন্না নঙগী ওইবা মীরা ? নঙবু উদবদা মাগী থম্মোয় কায়গদ্রা ? নত্ত্রে ইনাও-ইবুংঙো, সংসারদা কনাগীসু মতিক লৈত্রে ঐখোয়বু অমুক খায়দোক্লহুনা থয়রা ঙমগদবা। মপালদা গাড়ী ঙাইহুনা লৈরে—চৎলসি ঐখোয় চৎপ্রসি।"

"কদায়দনো ইতেম্না ?"

"ঐনা পুতুনা চৎপা মক্মতুদা চৎকদবনি ইনাও-ইমুংঙো।"

"করে চৎলসি", হায়রগা দিবাকর হৌগৎকদবগী ভৌরক্লে। অমুক্তং মপুক্লিংদা খল্লকই, খঙলে মহাক তুম্লিবনি, নিদ্রাগী তম্পাক্তা মঙ মঙলিবনি। অদুবু থংনবা মিৎকুপমক্তদা কিরণময়ীগী মতুং ইন্মুনা তপ্না তপ্না কাদগী মপালদা থোরক্তুনা লেপ্লরে।

## কুন্থ্রামরি

থাঙ্গোল্লেনবীনা কুরাকপু চেন্দুনা পুথ্র মতৌ অদুগুম্নমক থিংঙমত্রবা মাহুমল্লদা কিরণময়ীনা ভথায় ন্নাম্ববগুম্নবা, তব্লং-মালংদা তাওবগুম্নবা, লাইবক থিরবা দিবাকরবু জহাজ-ঘাটতা চিংতুনা পুক্লে অমস্থং টিকেট কক্তুনা আরকান চৎকদবা জহাজদা কাখৎতুনা তোংলরে। জহাজ অসিদা মী চিন্দবনা জহাজগী অচৌবনা মতৈ-মনাওনি খন্দুনা কেবিন অমগী মনুংদা দিবাকরগা কিরণময়ীগগী ভোংফম শিন্দুনা পীবিগ্রে। মকম অদুদা কিরণময়ীবু ক্মহল্লয়গা দিবাকর ডেককী মী চিকপা মচি অমদা রেলিং পায়দুনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরে। অস্থম অস্থম ডেকতা পেসেঞ্জরশিংনা চিল্লম্বা হুম্বরক্লবদা কুলিশিংগী লাংবম্থ লেপ্লক্লে। নোঙ্গর (য়োৎকী উচুক) থাঙ্গৎপগী অয়াকপা মথোলদা জহাজগী মমাংথংবা শরুক অদুগী মতৌগুম দিবাকরগী থম্মোয়-নুংস্থ নিক্লক্লে। ভাইহাক্তদা জহাজ ভাগীরথীগী ময়াইরায়দা তাওথোরক্লে অমস্থং মপাল নাইত্রবা সমুদ্র য়ৌনুনবগী পান্দমদা তপ্না তপ্না খোঙজেন হাপকৎলক্রি। জহাজ চৎলক্লে হায়বা তশেংনা খঙলবা মতম অদুদা দিবাকরগী মমিৎ অনিমক মপীনা থুমহৎলক্লে অমস্থং মহাক্না মথুবাক অনিক্না মমাই চেপ্লেৎ থুমজিন্দুনা করিগুম্বা মওং অমদা কপ্লিংলকপা ফাখতুনা ঈকাইবা নংগদবগী নাম্থোক্লে। নোংপোক থংবা অতিয়াদা মতমতুদা নোংহৌমনা খোঙ্গদোই জুল্লক্লিবা কোরোৌহনবগী ভাঙ্গ্রানবা মঙ্গাল-মশেক ফাওরক্লে অমস্থং মতম অদুদম্থ মহাক্না উপেনদাদা জ্যোতিষ-সাহেবকী যুমদা য়াহৌখিরোই হায়বা চিংনবা লৈতনা খঙই। চেম্নবগী পান্দমদা যুমদগী মপালদা থোরকপদগী হৌনা কাহেম্না পুঙমত্রবা মৈচাক অমা দিবাকরগী থম্মোয়দা ওমখৎলকখি,

মহুগী অরোইবা শরুক অহু কয়াগী মতিক কঙ্জদবা অমদি তমথীবা মশক্লো হায়বা হৌজিক্তা মহাক্কী মমিত্তা তরং তন্নং উরক্লে। শাগৈ-জাত য়াংবা ইমুংগী মৌ অমবু শাগৈগী মপালদা করিগুম্বা মশক খঙদবা লৈবাক অমদা মহাক মশানা পুহুনা চৎলি, অসিগুম্বা ওইথোক্কবা থৌওং অসি খল্লুনবা মহাক্কী থম্মোয়দা ঙসায়মখে চংজকম মচেৎ অমতা কংলমদে। মহাক্কী শিক্ষা, সংস্কার, লমচৎ, স্কুল, কলেজ, মরৈবাক, মরুপ-মপাং অমস্নুং খ্বাইদগী হেন্দোক-থোইদোক্লা মহাক্কী মপাবুংগী পাংথক ওইরবা উপেনদাদা—পুম্নমক অসিদগী মহাক্লা মতৌ কমদোনা নুংশি-হৈতবা মওংদা মরি থদৎহুনা চৎলিবনো হায়বা হৌজিক্তা জাহাজ চৎপা তশেংনা হৌরকপদা চিংনবা লৈতনা ভাব তারক্লে। মহাক্কী উপেনদাদাগী মকমদদি ঙসিম্নু মহাক অঙাং-মচা ওইরিবনি। অহুগুম্বা উপেনদাদা অহুগী মপুক্লিংগী ফিভম অহু পাউ অসিদা করি ওইথিগদগে হায়বা খল্লুবমক্তদা মহাক্কী থম্মোয় মিহুন লেপখিগদৌরক্লে। মকমহুদা খুবাক অনিগী মনুংদা অমাই লোৎহুনা কমথপ্রে অমস্নুং মিৎকুপকী মনুংদা থিংঙমদ্রবা পী অর-র শিন্থহুনা তারক্লে। অসিগুম্বা মতমসিদা কিরণময়ী মহাক্কী নাকন্দা চংলক্তুনা লেপ্লরে অমস্নুং মকোক্তা নানবিহুনা পীরাং থাংবা থোঞ্জেলদা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, কাদা অমুক্তা চংলকউ।"

য়াম্না কন্না হোৎনহুনা য়াম্না কুইনা লৈরবদদা মপী কংশিল্লক্তুনা মরু লুকচাননা দিবাকর হোগৎলক্লে অমস্নুং তপ্না তপ্না কিরণময়ীগী মতুং ইন্দুনা কৈবিন মনুংদা চংলক্লে। কিরণময়ীনা থোঙ থিংজিল্লগা দিবাকরবু মশাগী নাকলদা কনহল্লগা মহাক্কী মখুৎ অনি মশাগী খুবাম-নুংদা পায়শিল্লগা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা থোইদোক্না নুংশি-চানবিবা থোঞ্জেলদা হংলকই, "কপলুরিবা করিগীনো ইনাও?"

য়াম্না তাবদা দিবাকরগী মমিত্তগী মপী অমুক চেম্থহুনা তারক্লে।

কিরণময়ীনা মকি কিজিনা মপী তৈথোকপিরগা হায়রকই, "শেংনা হায়য়ুদনা ভাসি ইনাও-ইবুংঙো, নহাক্লা ঐন্থু নুংশিব্রা নুংশিদব্রা?"

দিবাকরনা করিমতা খুম্বা ঙমদ্রে। থোইদোক্লহুম অঙাংমচাগী মতৌগুম থম্মোয় পুঙমদবা মওংদা কপথোরক্লে।

কিরণময়ীনা মহাক্কী পীনা চোৎলবা মমাইদু মথাদা চিংশিন্দুনা কোনশিন্দুনা থমগ্রে অমসুং তপ্প। তপ্প। মহাক্কী মশমদা থুৎশা খিংজিন্দুনা নাম্বিদুনা মন্না-মনিল নাইদনা থেমজিনবিরকই।

মতৌ অদুম্না কনা কুইনা লেল্লে; কুইনা লৈরবা ভুংদা দিবাকরগী পীগী ঈচেল মতোমদা থকচগ্রে, মহাক থোইদোক্লা মশা খিংনা কম্লে অমসুং রা মচেৎ অমত্তা ভাংদনা থোঙ হাংদোক্তুনা তপ্প তপ্পা মপালদা থোকগ্রে। জহাজ মতম অদুদা তুরেলগী লৈরম্ময়দা ভাথু-থেংথুদুনা থেক্লা থোয়না অতোংবা লৈঙোই থৈদুনা অরুবা ঈশিংদা খোঙজেন তপ্পা সমুদ্র ভম্না চৎলি অমসুং ঙা ফানবা হিজাও-হিনাও অমসুং পোৎ পুবা হি অচৌবা-মচানা যাত্রিশিং থরা-থরা পুদুনা অচৌবা জহাজগী ঈকাই-খুম্নবা চাওনা ভাক্তুনা থৈদোক্তুনা য়াম্না চেকশিন্না চৎলি।

দিবাকরনা রেলিংগী ময়াদা চৌকি অমা চিংশিন্দুনা অমুক কম্নরে অমসুং অরাপ্পদ-অনকপদা, ঈশিংদ-কংফালদা মহাক্কী মমিত্তা উবা ফংবমখৈ অদুগী মফমদগী মপুক্কিংদা থোইদোক্লা মৈচাক্কা লোয়ননা চিরবিদায় লৌনা লৌনা থাংভমদবা অরাবা পুম্নমক খঙলি-উরিবা মপু মঙোন্দা রাকচ্চরকই।

ভাইহাক লৈরগা কেবিন মনুংদগী অমুক কৌরক্লে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নুমিৎ য়াম্না কাপ্পে, ঈরুজথোকউরো। ঐ তাঙ্গাহদা নহাক্কী চাননবা শিনবিরম্নগে।"

মহাক মশামকম্ভ হৌজিক্তা ঈরুজরুবনি। মনঙ্গলদা অচোৎপা শময়ামদু শন্দোক্তুনা কেবিনগী লময়াইদা কমদুনা চফু মথুম হাংদুনা অচা-অথক মথল কয়াগী অরৈ-লৈতা য়েংশিল্লম্বনি। অহিংদা মহাক্লা মীনাই নুপী থাদুনা পোৎ-চৈশিং অসি থোয়াং তোহল্লুবনি।

দিবাকরনা পাউখুম পীরকই, "মহাক চাথোকও, ঐদি করিমত্তা লামদে ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। হায়রকই, "মদু য়ারোই! নহাক চাত্রবদি ঐস্থ চারোই। হৌজিক্তি নহাকমক্লা ঐগী পুম্নমক্কি— নঙোন্দা পীজদনা ঐ করিগুম্বা মঙংদম্ভ চাবা ঙম্মোই।"

ম্বাসি তাবদা দিবাকর ঈকাইবনা শিগদৌরে অমস্নং র অমত্তা ভাংলমদনা মপালদা থোকখিগদবগী তৌরকপমক্তদা কিরণময়ীনা ফাদুনা হায়রকই, "সপ্তরথীগী চক্রব্যূহনি ইনাও-ইবুংঙো, চেনগদৌরিববু কদায়-দনো ? চংননবা লম্বীদি লৈ, অদুবু থোক্নবগী লম্বীবু মীপুম থুদিংমক্না খঙনক্রা ? কবিগুরুনা মচুগী অপাম্বা লৈরবদি নহাক্কী উপেনদাদাগী মকমদগী তক্ষক্লিক্কনা কন্নিগীনো ?"

ভাইহাক্তু ভুমিন্না লৈরগা হায়বকই, "ফাগী নত্তে- ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা হায়রা ইন্দবঃ তৌরন্নু—ঈকজথোকউরগা খরা চাবরো, অদুগী মতুংদা মপালদা রেলিং পায়দুনা খুশি তৌনা কপ্প, ঐ থাম্নোই। অদুবু মন্নিমন্নু হায়হৌগ্নিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, মসিগী মতুংদা মিৎকী পীগী দরকার কাহেন্না ওইরগনি, দরকার লৈতনা অরেম্বদা শিজিন্নথোকপ্রবদি ভুংদা নীংওন্নজবা য়াই।"

দিবাকর খুমদে। থুংলগদৌবিবা মুমিৎকী তমথীবা চাংগী ইঙ্গিত অসি মরু লুরা কোকথোংনদুনা ঈকজরুনবগীদমক ভুমিন্না মপালদা থোকপ্রে। অহাংবা রুপদা কিরণময়ীস্তু নুংবংননা কমদুনা লৈখ্রে। মহাক্কী করেম্নবগী ভাচিন্না শুপ্নগী দিবাকরদদা খিনখিবা নত্তে মদুনা শকক-লিশিং লিশিং হেন্না শাফু কন্না মাগী থম্মোয়দস্তু লেংলৈ।

মপালদা থোরক্লগা দিবাকর তুকক-তুকাই চন্না কোইচৎ চৎলকপদা থার্ড ক্লাসকী যাত্রিকশিংনা কুক কুক ইন্নবা কন্নিবা জহাজগী শরুক অদুদা কুমথ্রে, অমস্নং তোঙান তোঙানবা প্রদেশকী মখল মখলগী যাত্রীশিংগী মরক্তা মশাবু কাউথোকহন্দুনা থম্নবা লম্বী থিরকই। ভারতবর্ষ অসিগী তোঙান তোঙানবা জাতি কয়, মচু মচুগী ফিজেৎ-লৈতেং কয়া, খঙঙমদবা লোন মখল কয়া চৎনরিবা, মসিনা অহানবা ওইনা উবদা দিবাকর প্লোইদোক্লা চঙক্ররক্লে। জহাজগী কাতুপ অসিগী মনুংমক্তদা মীয়াম অমস্নং মখল মখলগী লোনশিংগী য়ানশিন্নবদা ওইরক্লিবা মপাল নাইদনা কজরব রাহে-মপৈ থোরক্লিবা অসিমক কয়াদা নিংথিজপ্রবা। মহাক সিঁড়ি কুমথুদুনা লাক্লে অমস্নং চঙরুনা তিঙক মাইঙরুনা নুংবংননা লৈখ্রে।

মকম মচেৎ অমতং কংন্দনবগীদমক যাত্রীশিংগী মরক্তা ভাইহাক্কী মমাংদা কাহেন্না ইন্ন-খোৎনরম্মী, চৈন থাংনরম্মী, লাওন-খোংনুরম্মী,

মতম অসিদদি মতু নেমথয়ক্লে। যাত্রীশিংনা মশা মশানা কন্নরিবা লম মচেং অতূদা কম পাননবা, পোৎ-চৈ মওংতানা থমতুনা মশাগী খুদোং-চানবা শিনবা লোইনতুনা থংনরিবশিংগী মাইকৈদা মপুক্লিং চংলুনবা মতম ফংনরক্লে। পূন্নমক্ত পূন্নমক্তগী পেন্নিংঙাই ওইবা পরিচয় ফংনিংবনা লাংতক্লরি।

মচি অমদা দিবাকরগী মিৎয়ে ত রুবমক্তদা বাঙালী নুপা অমনা লেপখৎলগ্রগা লাওনা কৌতুনা হায়বকই "বাবুমহাশয়, অমুক্তা সোমদা লেঙশিনবিরকই, সোমদা লেঙশিনবিরকউ—"

নুপাতুগী মনাক্তা মশা ফবী নুপী অমা কন্নি, মহাক্তা থঙনিংব। মিৎয়েংগা লোয়ননা হায়জরিবতুদা হ্রাপাংলকই। দিবাকরনা কন্না হোৎনতুনা মীয়ামগী মীচৈ তানা অমসুং মমিৎ ভাংলকপা খাংতুনা মীয়ামগী মরক খায়তুনা চেকশিন্না মখে ঙ থাংতুনা মনাক য়ৌরকপমক্তদা নুপা অতুনা মনাক্তা লৈরিবা তরঙ্গ উৎতুনা হায়রকই, "ঐগীসি টিনগী উপু নত্তে মহাশয়, অশেংবা য়োৎকীনি,—চিংনবা লৈতনা ফম্বিয়ু। মহাশয়খোয়বু?"

দিবাকরনা হায়রকই, "ব্রাহ্মণনি।"

খুদক্তা নুপা অতুনা মখুং অনি তিংথোরক্তুনা দিবাকরগী খোংউপ মথক্তগী খুয়া-উফুল লৌরগা মরৈদা, চরমদা অমদি কোক্তা হাপ্লগা হায়রকই, "খল্লমলংনি নুমিৎ থরনি অসি অরেম্বদা তারগনি। মহাশয়বু কদায়দা তোংবিবগে?"

দিবাকরনা মথক্লোমদা খুদোংথী থিন্দুনা খঙহল্লক্রবদা মহাক্তা হায়রকই, "কেবিন্দা লৈবিত্র? মকম অমদবু লৈবিরবসু নুমিৎ তারকপদা অমুক্, অমুক্তং খুয়া-উফুল ফংহনবদি ভোকহনবিগন্নু। কদায়দা চৎপিগদৌরিব বনো, রেঙ্গুন্দরা?"

দিবাকরনা মঙক হাইতুনা হায়রকই, "নত্তে আরাকানদনি।"

"আরাকানদদি ঐসু লৈরিবনি। চংথুনফারে মফমতুদা লৈরা, মহাশয়বুদি কেদৌঙৈসু উথিক্রি। মসিন অহানবু ওইনা চৎপিরিব্রা? থঙজরে মফমতুদ কনানো মরি-মতা লৈবিরিনুনে? লৈতে? মতু ওইজসন্থু, অতুবু থরায় রাবিরনু মহাশয়গী অহল লমনগী আশীর্বাদনা মফম অতুদা ঐগী ভাড়াগী য়ুম লৈ, মতুগী কা অহাংবা য়ায়ম লৈ।

মহুদা থুংবিয়ু—ঐগা হেক্তা লোয়নহুনা।" নাকল্দা কয়িবী মুপীহু উৎতুনা হায়রকই, "মহাক য়ুম্বুমুপীনি।"

য়ুমুম্বপীহু ঙসায়দগী মমিৎ কুপ্তুবমথৈ য়েংহুনা লৈরক্লিবনি। থোই-দোক্না খোজেল লুম্না অমদি মখোল চাওনা হংলকই,"অদোমগী ইমুং-মনুং লোয়নবিরক্লিনিনে ?"

দিবাকরনা মমাই ঙাংনা মঙক নোমহুনা করিগুম্বা মওং অমদা লোয়নরকই হায়বা খঙহল্লকই। নুপীহুগী রাঙাং মরৌ থাংই, .লাইবক্তা বিল্দিনা য়েক্লুনা লৈতেংই, শিগ্রেংদা সিন্দুর পাক-শাংনা হাপ্লি, নাভোন্দা নাশিকা হাপ্লি, অমস্তুং মনা অনিদা অপাকপা লৈ য়াল্লি। ফিজিনা মকোক্তা খজিক্তং খুম্মী, লাংতক্লবগী ঈথক্তা মহুস্থ নাম্বহুনা তাপ্লে। হায়রকই, "করবমক্কি। আরাকান থোইনা কন্তবা নত্তে মহাশয় —মগ (আরাকান মচা) গী লৈবাক্কি। অহুবু ঐখোয়গী য়ুমহুদদি কনানম্বু য়য়া খিগৎলবা ঙম্বজাৎ নত্তে—ঐ মহুগুম্বী য়ুম্বুনুপী নত্তে। কামিনীবু কীদবা অহুগুম্বা মীশক অমত্তা লমদমহুদা লৈতে। লৈবিরগদবনি ঐখোয়গী য়ুমহুমক্তদা, চিংনবিরুনিংঙাই করিস্থ লৈতে। ভাড়া লুপা মঙানি, অহুদা ইবুংঙোনদি লুপা মরিদং পীবিরগা য়ারে,—হোয়নে য়ুম্বু-মুপা, নখোয়গী বাংসালদা থবক অমত্তা কংলোইদ্রা ?"

য়ুম্বুনুপানা হাইকেৎ ইক-আক তৌরগা হায়রকই, "মহু—মহু করিগী কংলোইদনি।"

দিবাকরনা হংলকই, "মহাশয়গী মিংবু—"

"হরিশ ভট্টচার্য্য। নত্তে, নত্তে, অহুম্না তৌবিমু—অপরাধ ওইরগনি, ঐ ব্রাহ্মণ নচ্চদে, কৈবর্ত্তনি। শাস্ত্র খরমথৈ খঙই হায়হুনা মীনা চানবিহুনা ভট্টচার্য্য হায়না কৌবিবনি, উরিক পরেং অহুম শি, শা-ঙা থাদোকপ্লে,—অমুক কমদৌক্লনি মহাশয়. কয়া কয়া থেংনরক্লবনি; হৌজিক চাওরাক্তা লুপা লিশিং অনি-অনিমথায় খরচ তৌহুনা চার-ধাম কোইরুরবনি, মুমদস্থ ইমাগী পূজা তৌজরকপা চহি মরি শুরবনি,—অমুক কৈদৌরুনি! অহুনা য়ুম্বুমুপীদা মরক মরক্তা হায়রিবনি, য়ুম্বুপুপী, আয়কান্দা লৈবা পূম্নমক য়োম্বোক-খোৎতোক্লগা কদায়দনো তীর্থ-ধাম অমদা চৎভুবা লৈক্লরসি।" হায়রগা মুপাহু নিংবা কায়না নোংথক্তা

য়েংখৎতুনা তুম্মিন্না লৈরম্লে। য়ুম্নুপীনসু মহাক্কী মহৌশাগী মখোল্লা চাওবা খোজেলসু পাউখুম পীরকই, "ঐসু মতম মক হায়রিবনি। নহাক ওইরিব্রেদা লাইবক্কী ঈরৈদা উৎসুরে, — মহু করিমতা ঐখোয়না চাংদা অমুক শক্লে—ঐসু হায়রিবনি, য়ুম্নুপা, অমুক ওক্লে, হন্দক্কি চৎলুসি।" অসিক হায়রগা মহাকসু নোংখক্লগা য়েংখৎতুনা চপ য়ুংনা লৈরম্লে। দিবাকর মিৎয়েংদ নারম খঙবা মীশক নত্তে, ইতিহাস পূম্নমক অয়ুক্পা মুংগী অথুপ্পা চুম্লোয়দা করিমত্তা লৌশিনবা ঙমজদ্রবা তুমিন্না কমদুনা লৈ।

য়ুম্নুপীনা রা ঙাংলকই। হায়রকই, "হাঁনে য়ুম্নুপা, অহুম্দি হৌজিক চেম্পাক চংমখোল্লুসিরা?"

য়ুম্নুপাগী ধ্যান কায়খ্রে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "পীরকও।"

সংসার মশক খঙদ্রিবা দিবাকরনা ইঙ্গিত অসিগী অথুপ্পা হৌজিক্কী ভাব তারক্লে। হৌগৎলগা হায়রকই, "ঐ হৌজিক্কি চৎলগে,—মতমহুদা অমুক লাক্লে।"

হৃরিশকী মকমদগী বিদায় লৌরক্লগা দিবাকরনা মপুক লায়না ফিজমদা ডেককী আরাম-চেয়ার অমদা হিপ্লে। করম্বা মতমদা জহাজ তুরেলগী অমৈবা ঈশিং লাম্থোয়রকগনিবগে;- করম্বা কালদা মুরৈনবা থুমহি চেনরা ঈপাক ঈয়াইদা তাওথরবগে, মতু খঙবা ফাওবা খঙলমদে। শেংফাওনা লাংলকপদা তুম্না কায়দুনা মাংলোমদা য়েংথোরকই, ঙাঙ্লবা নুমিৎ ভাথরক্লে। মীয়াম্না য়েৎন-খোৎনতুনা মতুমক য়েংলম্লি। নুমিৎ তাঁরকপগী রাকম মহাক্না মসিগী মমাংদা ইংরাজী, বাংলা লাইরিক কয়াদা কয়ারক পাখ্রে, মসি নুমিৎ তাথা অহুমক্কি! মসি তশেংনা সমুদ্রগী অহুমক্কি! মাইকৈ মরিদা ঙমখৈ নাইদনা শন্নোক্লিবা ঈপাকী মাইকৈদা মহাক্না অমুক্তং য়েংলকই, অমসুং খৎনবা মিৎকুপমক্তদা অথিংগদোক্লিবা সূর্যদেবনা থুরুমজরুবমক্তদা মহাক্কী মমিত্তুগী পাী শিংথরক্লে। নুমিৎ তাখ্রে, মহাক য়েংদুনা লৈ, অতিয়া রাঙথাংনরক্লে, মহাক য়েংদুনা লৈ, সন্ধ্যাগী অমম্বা জেঙথরক্লে, মহাক য়েংদুনা লৈ, অসুম অসুম অতিয়া অমদি ঈশিং হেন্না হেন্না অমুবা মচুগী শক্লোন লৌরক্লে, অহু ওইরবসু দিবাকর মতৌ অহুম্না অহুম্মক চেয়ারদা হিপদুনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ।

অহিংগী অঙ্গৈংবা নুংশিৎ হু হু হুমগ্রি, মথকী ভেক অদু চাওরাক্লা মী ভাক্লে, নোংথক্তা থা শিথরক্পগী মঙ্গবা অতিয়া, মথাদা সমুদ্রগী অদুম্না কাহেন্না মুরবা ঈশিং, মদুগী ময়াইদা দিবাকর মশাগী থম্মোয়গী শুক-শুনা অমম্বদুবু লুপশিঞ্জদুনা ভাইহাক্তি পোথাবা কংজবগুম্নকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা কনাগী থোৎলবা খুৎননো শোক্লকপদা মহাক্কী মঙলান অদু কায়থ্রে। লৈথোক্তুনা য়েংলকই, কিরণময়ীনি।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "কৈদোরিবনো ইনাও-ইবুংঙো? নহাক শিরগে হায়না লেপতুনা চরা হেনবগী ব্রত তৌরিব্রা?"

দিবাকর পাউথুম পীদে, ভুমিন্না লৈ।

কিরণময়ীনা ভাইহাক্তং পাউথুম ভাইরগা "কাদা চংলকও", হায়রগা নমদুনা মহাকপু কেবিন মনুংদা চিংদুনা পুশিল্লক্লে অমম্মুং লৈমায়থক্তা থারিবা কমদুগী মথক্তা ফমহল্লগা হায়রকই, "করিগুম্বা করিমতা থঙ্দ্রবসু মসিদি থোইদোক্লদুম থঙবা ঙম্নমগনিনা, চাম্মরক কনা লাও-খোংলুদুনসু জহাজনা নহাকপু নরৈবাক্তা থিনবিগদবা লৈতে। চাদদুনা কংদুনা শিয়বসু ওইম্মোই, সমুদ্রগী ঈশিংদা চোংথরবসু ওইরোই। আরাকান্দা নহাক চত্তবা ইয়ামক য়াব্রবনি। অদু ওইরবদি করিগীদমক্তনো অরেম্বদা নয়াং কংশিঞ্জহল্লিবা, অদুগা ঐবুসু কংশিলহল্লিবা? অপীবা অদু, অফংবা অদু চাগদবনি, অদুগী মতুংদা জহাজ আরাকান্দা থুংলবা মতমদুদা চৎনিংবা মক্তমদা থুশি তৌনা চৎলু, খুশি তৌনা হল্লকউ—নহাকপু পন্দুনা য়াশক্তুনা হায়রিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, ঐ থাম্নোই।" অসি ঙাংনা ঙাংনা কিরণময়ীগী খোজেল তমথীরক্লে অমম্মুং অরাম-খৌরাংবগী মৈশা লাংলবা মমিৎ অনি অদু মৈতাল অরাবগুম লংখৎলক্লে। দিবাকরনা মমাই থাঙ্গৎতুনা চঙক্লবগী মতৌগুম য়েংদুনা লৈ। ঙসি মতম অমুক কুইরবগী ভুংদা মপুক্লিংদা থল্লকই, য়ুথল মক্তমদা মহাক্লা অশেংবা পোংশক্তু ইথঙ থঙহৌদনা উবা ফংলুবগুম। কিরণময়ীগী নিংথিজরবা মমিৎ অনিগী অপাম-নুংশিনা লংখৎলবা মিৎয়েংগী ময়াইদা অতৈ লৈনিংবা লৈজরসনু, মহাক্কীদমক মক্তম অদুদা নুংশিবা বিন্দু অমা ফাওবা লৈতে। অদুম ওইনমক মহাক করিগুম্বা রা অমতা ঙাংদে, ভুমিন্না মিৎয়েং হম্মদুনা থুকউ

অনিদা মথুৎ পুন্দুনা খল্লিবা অদুগী মথক্তা মমাই থমদুনা নুংগী মতৌগুম ফমদুন লৈপ্রে।

থংনবা মিৎকুপমক্তদা কিরণময়ী হৌগৎতুনা চৎপ্রে অমস্যুং চফু অমগী মন্থুংদগী অহাও-অ ুম খরা শেম্পাক মচা অমদা হাপতুনা পুরক্লগা দিবাকরগী মমাংদা থুকউ লৈতানা য়াংলেন তিংখৎনা কম্লরে অমস্যুং নমদুনা মথুৎ নাম্মনা মাগী মথদাং থাঙ্গৎলগা অমমম ওইনা মহাক্কী মচিন্দা ইনবিরকই। মতৌ অস্যুম ভৌদুনা পুন্নমক অদু লোইশিলহল্লগা কিরণময়ীনা মিৎকুপ্তা করি খল্লত্রবননো। লুকথরগা দিবাকরগী চিনবান্দা চুপ্লিরগা থিক থিক নোকথোরক্লে।

মদু চেন্না চুপ্পা অমস্যুং তমথীবা মীনোক অসিবু দিবাকরনা মহাক্কী শক্তি পুন্নমক থোমজিন্দুনা থাংজৈ, অদুবু অহিংদা কমুং অমতদা তুম্লনবা থৌরাং চৎথরক্লবা মতম অদুদদি মহাক অমুক থাংদুনা লৈবা শুপঙম ঙমদ্রে। হৌগৎলগা হায়রকই, "মদু য়ারোই ইতৈমা, মদু ঐ শুপঙম ঙমজরোই। ঐবু থাদোকপিরো, ঐ মকম কদায়দবু ওইরবস্যু মপালদা মচি অমদা লেপ্পরুগে, অদুবু নহাক্কী হুকুম ঙাক্লবগীদমক ঐ কাসিদা অহিং লেনবা শুপঙম ঙম্মোই—শুপঙম ঙম্মোই।"

কিরণময়ী মতমদুদা কম শেম্নি—লৈথোক্লুনা য়েংলকই। দিবাকরনা অমুক হন্না অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "মসি করিগুম্বা মঙংদস্যু ওইবা য়ারোই।"

কিরণময়ীনা অহানবদা নোক্লনবা হোৎনরকই, অদুস্যু নোকপা ঙমদ্রে। হায়রকই, "করি ওইবা য়ারোইদৌরিবনো ইনাও-ইবুংঙো, তুম্বরা?"

মহাক্কী মমিৎ অনি অদু তেম্না পাল্লবা কৈ অমোমগী মতৌগুম লংখৎলক্লে। মহাক্লা ময় থক-খা ক্রক চিল্লগা ভপ্পা ভপ্পা হায়রকই, "নঙনা খল্লিত্রা, মরাল পুন্নমক ঐগী কোকথক্ত ননশিল্লম্লগা কোনশেং শাদুনা অকবা নুপামচাগী মতৌগুম ইরৈবাক্তা হল্লগা উপেনদাদাগী মখোঙ শোক্তুনা হায়জরুরগদৌরিবা, নহাক সাধুনি। মহাক্কী উপেনদাদা মঙক হাইগৎনা চৎপা ঙমগদ্রা? মদু ওইরোই ইনাও-ইবুংঙো। ঐগী রা পুন্নমক থঙবা ঙম্মোই, থঙলুবগ্না দরকারস্যু লৈতে—নহাক সাধু ওইস্যু,

ওইনুং মহাক্কী মক্কস্না থম্লে। অদুবু দোষকী পোৎলুম্না এংগী ওক তৎতুনা কেল্লবা, মতমহুদা নহাক্কী উপেনদাদাগী মওক হাইগৎনা চৎননবা মঙ্গকস্মু তুপাথম থম্লক্লোই—মসি নহাক শেংমনা থম্মউ।" হায়রগা অমুক হন্না কম শেম্বদা মহাক মপুক্লিং থিংজিনখ্রে অমসুং লাপ্তক্লা লৈরিবা বেঞ্চ অদুদা দিবাকর নুংশুক নুংজ্ঞাননা মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈখ্রে।

অঙ্গিংদা মথোয় অনি পুম্না হিপমিখ্রে। লাইবক্কী তঙ্গস্বনা পূন্নমক দানঃ তৌথোকখিদুনা হরিশ্চন্দ্রনা চণ্ডালগী মখুত্তা মশাবু শিল্লজথোকখিবা অদুগী মতৌঙুম তুকচরবা দিবাকরনা কিরণময়ীগী ফুমুং মচি অমদা মশা কথোকচখ্রে। অদুবু হৈনজদবা অসি কিরণময়ীনা খঙদবা লৈখিদ্রে!

অহিং চুপ্পা তুম্বদা মনাকোং মনুংদা ময়েক শেংকাম্তবা মীকপ অমা ঈচেলগী মতৌঙুম চংলকপগুম তৌই অমসুং মতুমকী মরক মরক্তা কনাগী অশাও-নুংশা-মপীনো হৌনা হোজিল্লকপগুম তৌই। নোংঙাল্লকপদা কমদৌহনো মশা হাইরকপা অমদা মহাক জ্ঞান তারকপমক্তদা ভাব তারে, মপালদা অকনবা নুংশিৎ শিৎলি অমসুং জহাজ হাইবা হৌরম্লে হায়বা। মমিৎ পাংথোকপমক্তদা উরক্লে, মহাক্কী থবাক মথক্তা কিরণময়ীগী ওইগী শুৎতু তুম্লিবা অমুবা লিনগী মতৌঙুম তাদুনা লৈরি। তুংদা মিৎকপ থোরকপগা চিক্কদৌরিবনি, চিংনবা আসনা মহাক হৌগৎ-চননবা মথৌনা লৈতবগুম্মী, অমুক হন্না মমিৎ উইশিন্দুনা তাদুনা লৈখ্রে। নুংশিৎ অমদি হাইবগী চাং অম্মুম অস্থম হেনগৎলক্লে অমসুং কিরণময়ী তুম্বা কায়খ্রে। দিবাকরগী থবাক্তা কোমগোম্না থম্লিবা খুৎ অদুনা হাইকেৎ চেৎনা কোনশিল্লগা তপ্পা তপ্পা হংলকই, "মপালদা মসি করিনো—নোংলৈ-নুংশিৎলা?"

দিবাকরনা হায়রকই, "হোয়।"

"অদুদি উপায়?"

দিবাকর খা ঙাংদে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "জহাজ লুপথসনু, প্রার্থনা অসিমক ঈশ্বরদা হায়জরিবা ওইরিনি—নত্রনে ইনাও-ইবুংঙো?"

দিবাকরনা হায়রকই, "নত্তে।"

"ৱাহৈ মৃতেক অমতুং 'নুভ্তে'—নহাকপু মীৱা, নুভ্রগা নুংগীৱা, ইনাও-ইবুংঙো ?" হায়রগা মহাক্না দিবাকরবু মথাদা কম্না চিংশিন্দুনা চেজেৎ কোনশিল্লগা হায়রকই,"জহাজ করিগুম্বদা লুপথ্রবা, ঐখোয় মতৌ অসুম্মক শিরবা। লৈরাম্বদা ভাওশিনগনি, মীনা য়েংনগনি, পাউচেদা য়াওগনি, নহাক্কী উপেনদাদানা পাগনি, মদু ওইরবদি কমদৌই ইনাও-ইবুংঙো !"

ভাবনা শাবা দৃশ্য অসিগী হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা ৱাখল্লোন্দুনা দিবাকরবু খঙ্গটন ইনখৎলক্লে অমসুং কিরণময়ীগী লীপুন্দগী মশাবু কম্না হোৎনদুনা নাম্থোকচহল্লগা তুরোই-শামোই তৌনা মহাক কাহুদগী মপালদা প্লোকখ্রে।

## কুহ্যাম্বঙা

ডেক মথক্তা চৌকি অমদা ফমথরগা মহাক্না মিৎয়েং হোংদনা য়েংলকই। থম্মোয় মুংদা করিনো মওং অমা তৌরকই, মদুবু ময়েক শেংদবা মওংদা ভাবনা লৌশিনবা নত্তনা বুদ্ধি তানা থম্মোয়দা লৌশিল্লু-ননবগী শক্তিদি মহাক্কী লৈয়মদে। জহাজ মথক্তা ঈরিক মপৈ মপৈ ককঙাওনবগী মতৌগুম হাইগৎলক্লুনা তাররি, মদুশিংদু চায়খায়খিদুনা কদায়দনো তীনখ্রি, অমুক হাইগৎলকই অমুক তীনখি—মতৌ অসুম্না হাইগৎ-হাইথগী অঙকপা কুম্মৈনি, দিবাকরনা মপুক্লিং চঙকুনা য়েংদুনা লৈ। মথক্তা নোংপোক থংবা অতিয়াগী শমখৈদগী অমুক ৱাওথাংনবা লৈচিনগী চীংজাওগী মতৌগুম পৈখৎলক্লি অমসুং মদুগী মরুমদা নুমিৎ থোরক্লবা থোরক্লিব্রা, মঙাল-মশেক অমা কাওবনসু মদুগী পাউজেল মথাদা পুথরক্লবা লম্বী কংদে। থংনবা মিৎকুপমক্তদা হিরোইশিংনা মথৌ চিন্না চৎথোক-চৎশিন তৌরি অমসুং মথক্তা কাপ্তানগী শাইলেনগী মখোলনা নিল্লকই। নুংশিৎ অসুম অসুম কনখৎলক্লি অমসুং তুংদা অমুকসু হেনগৎলকখিগনি, ইঙ্গিত অসিনা অতিয়াগী লৈচিন অমসুং সমুদ্রগী 'তরঙ্গ ব্রীজ' গী কাপ্তান্দগীনা মখাগী কামিনী য়ুম্নুপী কাওবা পুন্নমকী মরুমদা ময়েক শেংবা লোন্দা শন্দোকখ্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা হিরোই

অমনা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "বাবু, নোংস্থু থিন্দনা তারক্লগনি, নোংলৈ-লুংশিৎ মরক্তা মপালদা ক্ষমহুনা কৈদৌনবা অরাবা খাংবিগদৌরিবনো, কেবিন্দা চংবিরো। য়েংবিরুদনা, মক্ষমহুদা ওসায়মথৈ করি থোক্লমগদগে হায়বা!"

দিবাকরনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হংলকই, "করি তৌরমগদগে মক্ষমহুদা?"

হিরোই অসি চট্টগ্রামদা লৈবা মুসলমান্নি। নোকক্লেৎ তৌনা পাক হেক লৌশিনবা ঙমদবা খোঙ্খোক্তা হায়রকই, "করিস্থু তৌদে। অহুবু জহাজ কন্না হাইরিদনা—অহুনা হায়জবনি বাবু, চংহুনা য়েংশিনবিরু নুপীশিংনা করি তৌরিবগে হায়বা। অস্থুক কন্না হাইবসি খাংবা লুনা থোকই।" দিবাকরনা হৌগৎহুনা লেপ্পদা হিরোইগী রাসি থোইদোক্লা চুম্মী হায়বা খঙলে। তুগে তৌরকই, মহাক্না ঙাক্লগা হায়রকই, "চৎলসি বাবু, থিঞ্জরমগে।" মহাক্কী মতেংনা করিগুম্বা মওং অমদা দিবাকর কেবিনগী থোঙজিন য়ৌরক্লে। থোঙ হাংহুনা মনুংদা চংবদা উরে, কিরণময়ী ক্ষমুং থাদোক্লুনা মনাক্কী য়োংকী বেঞ্চ মথক্তা উপ্পা হিপতুনা মহুগী মচি অমদা চেৎনা পায়হুনা খাংলি। দিবাকর মকোক ময়াদা চংশিন্দুনা ক্ষম্লরে, হায়রকই, "রারব্রা ইতৈমা?"

কিরণময়ী রা ঙাংদে, মঙক হাউগৎলক্তে, শুপ্পগী মনা-মনিল নাইদনা দিবাকরগী মতম্বাক্তা মখুৎ য়েৎতুদং থম্লগা তুমিন্না লৈ। জহাজ থোক থোক নোম্লক্লে, মপালদা শাওরবা নুংশিংনা ঙংহুনা শিৎলি, অমস্থুং ঈথক্কী রাংনা হাউগৎলকপা ঈশিং মরিক্লা শাফু কন্না থোঙনাও মচাগী অথাবা নুংশেলদা হন্না হন্না ফুরম্লগা শৎ শৎ হাইথম্লি।

মহাক মকোক ঙাওরক্লে অমস্থুং ক্ষমহুনা লৈবা ওইথোক্লরোই খঙহুনা মহাক চপ্লগা বেঞ্চ অহুগী মথক্তা কিরণময়ীগী মকোক ময়াদা মকোক থমহুনা রাম্থবগী মতৌঙুম হিপথম্লে।

কিরণময়ীনা মখুৎ লামহুনা মহাক্কী মকোক শোক্লগা খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "হিপথরব্রা, নকোক ঙাওরৈনিনে?"

দিবাকরনা হায়রকই, "হোয়।"

কিরণময়ীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হংলকই, "করে ইনাও-ইবুংঙো, নোংলৈ-নুংশিৎ অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লি, জহাজ লুপকনি থনব্রা?"

দিবাকরনা হায়রকই, "থন্দে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "হা:, থন্দবা নত্তে,—নহাকপু কোর্টতা সাক্ষী পীরিব্র' ইনাও-ইবুংঙো ?"

অসি হায়রগা মহাক ফনা কুইরবা কাওবা তুমিন্না রা ঙাংদনা লৈ। য়াম্না কুইনা লৈরবা তুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "লুপ্নদি ফবনি। করিগুম্বা লুপত্রবা, অদু ওইরবসু মতৌ অসুম্না ঐখোয়দা মতম কয়া কুইনা চৎনবা য়াগদগে ?"

দিবাকরনা পাউথুম পীরক্তবা উবদা কিরণময়ীনা মহাক্কী মকোক নোমদুনা হংলকই, "তারিব্রনে ?"

"তারি। ঙম্লিবগৈ চৎনবা য়াগনি।"

"অদুগী মতুংদদি ?"

"অদুগী মতুংদসু সমুদ্রদা ঈশিং রাৎলোই, ঙক্কা থুবা য়াবা থৌরিসু ফঙনি। অমবু ওইরবসু অমা হেক্তা থল্লগা লোইরে।"

অসুক কুইরবগী তুংদা দিবাকরগী মচিন্দগী অকনবা রাসি তাবদা কিরণময়ী য়াম্না কুইনা তুমিন্না হিপতুনা লৈপ্রে, অদুগী মতুংদা অচম্বা খোম্থোক্তা হায়রকই, "নত্তে, মদু ভৌরুনু,—য়ুমদা হনগ্রো। তশেংনা থাজে, মদুগী দরকার লৈরোই,—নহাক নশাগী ওইবা মী কনানসু মসিগী মরিদা থিগৎ-লাকখৎপা পাম্লোই।"

দিবাকর তুমিন্না লৈ। অসিগুম্বা রাফম অসি ফনা মীহৌনিংঙাই ওইসনু, মতাক্তা থম্মোয়দা লোশিঙবা ঙমদ্রে। ফনা কুইনা তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অদুগা নহাক্তি ?"

কিরণময়ীনা হান্নগী মতৌগুম অচম্বা অঈংবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঐ ? চৎলিবা মফম অদুদা ঐদি লৈরুবমক তাবনি।"

দিবাকরনা হায়রকই, "কমদৌনা লৈরুগদৌরিবনো, কনা লৈবগে মফমদুদা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "কনাসু লৈতে।"

"অদু ওইরবদি ?"

"অদু ওইরবসু চৎপা তাবনি।"

দিবাকরনা মপুক্লিং লাংতক্লনক্লন' হৌগৎতুনা ফম্লগা হায়রকই, "ময়েক খরা শেংনা হায়য়ু ইতৈমা ? কনাস্থু লতে হায়রি, অহুম ওইনমক লৈরুগদৌরিবদি কমদৌননো, ঐদি খনবদা লাম্বা ফংদে। নহাক মকম-হুদা নতোমদা লৈরুগদ্রা ?"

কিরণময়ী নোকথোরক্লে। মীনোক অসি দিবাকরনা উবা ফংদ্রে, উরম্লবদি খঙবা ঙম্লমগদবনি।

কিরণময়ীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "নত্তে ইনাও-ইবুংঙো, ইতোমদা লৈবা ঙম্মোই,—ঐদি মহুগী চহি মতাং নত্রে। অহুবু নহাক্কী নক্কমদা পূম্নমক অসি নৈনরুবগী কান্নবা লৈতে।" হায়রগা মহাক্না দিবাকরগী মখুৎ ম্বেৎতু মমাইদা থম্লগা মৈচাক্কা লোয়ননা হায়রকই, "অহুবু নহাকপু অবেম্বদা অরাবা পীখ্রে। মহুগীদমক ঙাকপিবা পাম্মী ইনাও-ইবুংঙো।"

দিবাকরহু অমুক মশা চোকথরবগী মতৌঙুম হিপহুনা লৈখ্রে। রা পূম্নমক মহাক্না চিংনরুবা লৈতনা খঙবদি নত্তে, অহুবু মসিদংদি খঙল্লে, য়ুমদা হনবগী অমম্বা লম্বীদা আশাগী মৈরি খজিক্কং ঙাইহাক্কী মমাংদা মুৎশি মুৎশি ঙাল্লম্লনি, মহু অমুক মুৎননবগী মতম য়ৌরক্লে।

মৈ মুৎখ্রে হায়রবদি য়াই, অহুবু মহুগী তমথীবা মৈখু মনমদা দিবাকরগী থম্মোয় নুংদা তশেংনা পোৎলুমগুমখ্রে। মহাক্না ফুনগৎলম্লিবা মুংশা শোরগী মৈচাক্কা ফুক হৌগৎহুনা কম্লগা খোঙেল য়াক্না হংলকই, "নহাকপু ফাগী তৌরিব্রা ইতৈমা ঙসায়মখৈ ?"

ঈকাইখিগন্নবা, ঈকাইজবনা মরু লুকপা দিবাকরনা ইখঙ খঙহৌদনা ফিঙ্গৎলকপা অসিদা কিরণময়ী চঙক্লখ্রে। হায়রকই, "করম্বা ফাগীনো ইনাও-ইবুংঙো ?"

"ঐখোয় য়ুমদা হনবগী রাফম। করেম্নবা অসিগী দরকার করি লৈবগে ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ফাগী করাং করিমতা নত্তে।"

"অহু ওইরবদি মসিবু অচুম্বরা ?"

"অচুম্বা করিগী নত্তনি ইনাও !"

"নতোমদা লৈহৌগদৌরিবা, অহু ওইরবদি মসিমু চুম্নবা !"

"মসিস্থ অচুম্বনি।"

"ওঃ—অচুম্বনিদনা খঙলে আরাকান্দা চৎলিবা! অদুবু কনাগী মনাক্তা কমদৌনা লৈরুগদৌরিবনো ত্তাসি?"

মসিগী পাউখুমগা কিরণময়ীনা শুপ্পগী নুংশা মপী অমতং হোন্দোরকই। মখোয় চেনবগী মতাংসি দিবাকরগী মকমদা কয়াগী মতিক অকী-তুঙ্গং-নিংঙাই ওইরবগে, মসিগী ঈকাইবা কয়াগী মতিক খাংঙমদবগে, মদু পুন্নমক মহাক্না খঙই; অমম্বং শাথিনা মঙং চাদবা কিচ্ছমদা তাদুনা মহাক্কী থম্মোয়দু কয়া য়াম্না খোইগ্রবগে হায়বা কিরণময়ীনা খঙদবা করিস্থ লৈখিদ্রে। দিবাকরবু মহাক্না নুংশিস্থ সুংশিরুদে—চুংশরুবস্থ ওইথোক্তে। অদুম ওইনমক, ঙক্লিবদি অসিনি, মহাকমক্না মপুংফানা খঙশিন-উশিন্নখিদব। অদুদা কিরণময়ীনা মপুক্কিংদা ঙসায়মথৈ মৈচাক ফংলম্লিবনি।

অদুবু দিবাকরনা মহাক্কী অয়াকপা খোঞ্জেলদা অমদি অকনবা রাহংদা সুংদা ফুম্লিবা কল্লক-খনবনবগী মৈচাক থোইদোক্না তশেং তশেংনা ময়েক শেংহনগ্রে, মিৎকুপ অদুমক্তদ। কিরণময়ীগী থম্মোয়গী থুপচানবা মৈচাক্তু হরাওবনা তূ চুংহনখ্রে। তূ চুংবা অসিগী অতোপ্পা মরম অমগস্থ লৈ। মসিগী মমাংদা লৌশিং মপূং ফাদ্রিবা নৌরিবা পাখং অসিনা মহাক্কী অহানবা ওইনা যৌবনগী ফজববু ঈখৌ লাংজকপদা অঙকপনা থল্লবী চনুরা অসিগী ওইথোক্তবা ফংনা ফজবা শক্কী মাইকৈদা থোইদিং মখায় অমম্বম চংশিনখি, কিরণময়ীনা মতমদুদা মদু উদুনস্থ উখিদে, খঙদুনস্থ হন্না য়েংলুখিদে। কমদৌনা মহাক খোইহি চুপ্পা ওইরখিবগে, কদায়দা মহাক্না খোইহি পৈশিনখিবগে, থোইনা থৌশারুদবনা মাইকৈ অদোমদা মহাক্না মিৎয়েং চংলুদবনি। অদুবু, ঙসি চৈথেং ফংবদা ইথঙ খঙহৌদনা খোইহি হৈদোয়কখি, মতম অদুদা, মীচেন ওইবদা মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা মতেং ওইরিবা মীশক অদুমক্কী খোইহি চুপ্পা মচিন্না চেকশিন্না পৈশিন্দুনা থম্মক্লিবা খোইহি-চফু অদুদা কিরণময়ীনা খোইদোক্না চেকশিন্না মিৎয়েং লেংদনা থমখ্রে। নোক্কুনা হায়রকই, "কনাগী মনাক্তা কমদৌনা লৈরুগদগে, মদুগী রাদু তারগা নঙোন্দা করি কান্নগদগে ইনাও-ইবুংঙো? হনখিগদবমক লৈরবা মতম অসিদদি কান্নদবদা লাংতক্কবসিগী করিগুম্বা কান্ননিংঙাই অমতা লৈতে।"

দিবাকর ঙাইহাক চপ মুংনা লৈ। অদুগী তুংদা হায়রকই, "শোয়দনা হল্লগনি হায়বা রাক্ষম অসিদি ঐ অমুক্তম্ভু হায়খিত্রি। মত্তুদি নহাক্তুগী রানি—ঐগী নত্তে।"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "মন্থ অচুম্বনি। অদুবু ঐগী চিন্দগী নহাক্কী নপুক্লিংগী ৱা হায়দোক্লেদনা—" অসি হায়রগা মহাক্না কন্না য়েৎলকনি খন্দুনা ঙাইরকই। অদুবু য়েৎলদ্রে। মহাক্কী খন্নবা মতম পীদুনা কিরণময়ী ঈংথদুনা লৈরে। ফনা কুইনা হোৎপ্রে, মপালদা নোং-মুংশিৎনা লেপ্পা নাইদনা লান্দারকপদা জহাজগী মাস্তুল ফেৎ ফেৎ হাইরক্লে, হিরোইশিংনা ময়েক শেংফাত্তনা লাওন-খোৎনবা মরক মরক্তা নিংথিনা তারক্লে, কিরণময়ীগী তপথবগী মীপূন্দু তৎকদবগী তৌরক্লে, অদুবু উবাক্কী অপিকপা কা মচা অসিগী অচিকপক্লু লেংদনা অদুম্মক লৈ।

দিবাকরনা য়েৎলক্লরোই হায়বদা কিরণময়ীনা শন্না অমা ফাওবা চিংনবা লৈখিত্রে, মতম অদুদা মুংশামপী হোন্দোক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অদু ওইরবদি নহাক হনবগীদমক লেপ্লত্র ?"

দিবাকরনা হায়রকই, "নত্তে।"

কিরণময়ীনা করিগুম্বা রাহং অমতা অমুক হংখিত্রে।

## কুন্থ্রাত্তরুক

অহিং অদুমক্তদা নোং-মুংশিৎ ভপথপ্রে। মুমিৎ চুপ্পা পোথাবা লৈত্তনা তময়ীনা ঈথক হোদুনা অঙাও-চুরম্নবা সমুদ্র নোংঙাপ্পকপদা মপুক ঈংথরক্লে। অদুবু মথক্কী অতিয়াদি হরাওনা উদে—মাইথোং লুম্না লৈ।

অয়ুক্ত ঙাইহাক্তি মুমিৎ থোক্লম্মী হায়বা য়াই, অদুবু জহাজ অসিগী অকী-পরৈ চল্লবা তথ্যায় শিরবা যাত্রীশিংবু খেমজিনবিরম্লগা চৎপ্রে, নত্রগা মমিৎ ঙাংলম্লগা মাংপ্রে, অরেপ্পা খঙবা ঙমদে।

অসিগুম্বা মতম অসিদ দিবাকর মপালদা থোরক্লগা ক্যেম্বিস অমগী আরাম-চেয়ারদা পোপ তাদুনা হিপ্লরে। কনানা খঙগনি করিগীনো, মপুক্লিং মুংশিবগী মৈনা ঙসিদি মহাকপু অমুক মতৌ অদুম্না চাকপন্থু তৌত্রে। ঈকাইবগী ঈপাকম্থু ঙসিদি অদুক হাক্লা লানঙমদবা খল্লুদ্রে—

কদায়দনো অথবা উপাল-য়াপাজনা কোইশিন্দুনা ময়েক শেংদবা তোর্ব্বান মমি-শামি ওইনা মমিত্তা উরক্লে। থম্মোয়গী থাংগমজ্রবা পোৎলুম মতৌ অসুম্ন য়াংলক্লবা মতম অসিদা চুম্না কমদুনা দিবাকরনা অমুক হন্না কিরণময়ীগী তর্ক অতুগী মথক্তা মশাগী পামজবগী থম্মোয় শোকপম্থ তকথোকখিনবা হোৎনরকই। ঙরাং অহিং কিরণময়ীনা অসি হায়তুনা তর্ক তৌরকখি, "কনাগীবু ওইরবসু মহাক্কী কংকম থোকপা অধিকার ম ংহল্লমখিবা মতম অতুদা ঐখোয় চুমদবা থবক তৌগ্রবনি! মরম অতুন, করিগুম্বা থবক অমদা খোঙদাগ্রিঙৈগী মমাংদা মসিমক য়েংহৌবা দরকার ওই, কনাগী অচুম্বগী ওইবা অধিকারদা খুৎ থিংজিন্দগ্রা হায়বা! অমুক অধিকার অসিগী মপাল-খোঙগী অতুগুম মনুংগী মাইকৈ অতুদসু মতুমক্লি। ইশাগী ইথক্তসু ইশাগী অচুম্বা মওংগী অধিকার অমা লৈ। ইশাগীনি হায়তুনা মতুনা কনাদগীসু হম্বা নত্তে। অধিকার অতুদসু মপালদগী কনাগুম্বনা মখুৎ থিংজিল্লকপা থাংতুনা লৈথোকপদি ইশাগী ইথক্তা বিচার চুমগ্রবনি। মসিনি ঐগী রা।"

ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা মহাক্না অমুকসু হায়রম্মী, "ঐখোয়না হুয়ানবা লুট তৌবা অসিনচিংবা তৌতুনা অতোপ্পগী অধিকারদা খুৎ থিংজিনবা চুমদবনি, মতৌ অসুম্না য়ু থকপা মীগী পৈসা থৌরাং তৌবিবগসু চপ মান্নে। করিগীনো হায়ববু মকম অতুদা মহাক জ্ঞান তানা লৈজবগী অধিকারদা খুৎ থিংজিল্লবনি।"

দিবাকর তুমিন্না তারি হায়বা উত্তুনা কিরণময়ীনা অমুক হায়রম্মী, "সামাজিক্তা মীওইবগী মকমদা মীগী মথোদা খুৎ থিংজিনবা থোইদোক্লা শন্দোক্লি, অতুগা কদায়দা মসিগী ভমখৈ লৈবগে, কদায়দা খোঙ থাক্তরবদি মীগী মথৌদা খুৎ থিংজিনবা ওইগদগে, মসিগী মরিদা সংসারদা কনা স্নেৎনসনু, মত কনা খেন্নসনু, অতু ওইরবসু ভমখৈ অমদি লৈ হায়বদিগী হীয়মদদি কনানসু চিংনরুবা লৈতে। ভমখৈ অসি লাম্থোক্লবা কনাগীসু মতিক লৈতে, সমাজগীসু লৈতে। সমাজনা ভমখৈ অসি লাম্থোক্লুনা শুপ্নদগী অতোপ্পথক্কী মাংহনবদা নত্তে, মশাগীসু মপাঙল শোম্থহল্লে— মাং-তাকহল্লে! নহাক্কী থম্মোয় অমুক হাক্ল নুংশুক-নুংজানবগী দরকার লৈরয়োইদবনি ইনাও ইবুংঙো, করিগুম্বা অমুক্তং রাকম অসিমক খম্মতুনা

যেংলম্লবদি, ঐবু য়ুমদগী পুথোরকপদা কনাগী অচুম্বা অধিকারদা খোঙ্গ'ওনব্রা হায়বা। ঐ লুখ্রাবীনি, ঐঙোন্দ কনাগী আইনগী ওইবা দাবী লেতে. নহাকস্মু লুহোংদ্রিবনি, নহাক্কী থ'ম্মোয়দস্মু কনাগী অধিকার লৈতে। মতৌ অস্মুন্না, ঐবু নুংশিবদা • হাক্না অয়ানবা করিস্মু তৌবা লৈতে. রাকম অসি খঙবদদি লুনা থোক্লোই।"

দিবাকরনা মবুদ্ধি ককচিন্ন হায়রম্মী, "মদু করি রানো ইতৈমা, হৌনদব নুংশিববু করিগুম্বা অয়ানবা নত্রবা, অদু ওইরবদি সংসারদা অতোপ্পা অথানবা অমমুক কদাংদা লৈরিবগে?"

কিরণময়ীনা হায়রম্মী, "হৌনদবদি কদায়? হৌনদবনি হায়না পুক্লিংদা খল্লিবা অদু নহাক্কী সংস্কারনি—লেংদবা অচুম্বা নত্তে। করে, নহাক্কী হৌনদবা হায়রিবা পোৎশক্কুনা কবিনো হায়য়ু তাসি?"

দিবাকরনা মখোইদৌ লংখৎকুনা পাউখুম পীরম্মী, "লুহোংবনা শেংহন্দবা নত্রবা—সমাজনা য়াদবা—ইমুং-মনুং মরুপ-মপাংনা তুকচ্চনা য়েংনগদবা, মদুমক হৌনদবনি। মসাদ অচম্বা রানি।"

কিরণময়ীনা নোক্কুনা পাউখুম পীবম্মী, "কদায়দা অচম্বা ওইরিবা? খরা খন্থকুনা য়েংলবাদ অচম্বা রাম্মু অস্মুন্না খোইদ্রিং-খোইদ্রাংই, মদু সংসারগী অখোইবা পোৎশক অয়াম্বনা ময়াইথিরে হায়বা মশানা য়াজরিবনি নঙোন্দদি কয়ারক হন্না হায়গ্রবনি ইনাও-ইবুংঙো, নহাক্কী পবিত্র ওইব-ওইদবা হায়বাস জ্ঞানগী রাখল্লোম্নি,—লেংদবা অচুম্বা নত্তে। সংসার অসিমক্কদা নুপা-নুপীগী অসিগুম্বা য়ুম্বান কয়া কয়া লৈখি, করিগুম্বা মওংদস্মু মক্তে হায়বা য়াদব। ঐনা খুদম উৎতুনা রা অমুক চাওখোকহনবা পামদে ইনাও-ইবুংঙো, নহাক খঙ্গনিংলগনা ইতিহাস-পুরাণ পাহুনা য়েংউ। মদুম ওংনমক, অদুগুম্বা য়ুম্বান পুম্নমক অদুবুস্মু সমাজনা য়ারম্মী, অদুগা তুংদা লুহোংবগী মন্ত্র শোন্দুনা শেংদোকখিবস্মু য়াওই। ইনাও ইবুংঙো, ঐখোয়গী পাথুরেঘাট অদুগী য়ুম মনাক্তা করিগুম্বা কম্বমুনিগী আশ্রম লৈরম্ব থোক্লরবদি শকুন্তলানা থোকহনখিবা খোদোক অদুদা গুপ্তগী মুনিদেংগী জাত-পাত ভাবদা ওইরোই—পাথুরেঘাটকী মী পুম্নমকপু ইস্নোক্কুনা থম্নমগদবনি। কদায়, নুংশি-রাবী অদু পাবদদি কনাগুম্বী সতী-সাধ্বী অমতস্মু ঈকাইহুনা মমাই-মমিৎ ঙাংদেনা!"

"নত্তে নত্তে, ফিঙ্গৎকম্ব ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা সতী-সাধ্বীগী মথক্তা নুংশি-হৈজবা মিৎয়েং চংবা নত্তে; নত্রগা হৌজিক্কী মতমসিগা মতমদুগা চাংদমন্নরুবস্ম নত্তে। হৌজিক্কী মতম হৌজিক্কী ওইনা লৈসন্নু, অদুগা মখোয়না লৈরি লৈরিব মক্ষমদুদা নুংঙাইনা লৈসনু, ঐগী য়ানিংদবা কব্বিস্ম লৈতে, অদুবু মতম অদুগী শকুন্তলাবু করিগীনো মতম অসিগী কনাগুম্বা নুপা-নুপী অমতনা থম্মোয়দা কত্তে হায়না তুকচচরুবা ঙম্নদ্রিবা অসিমক্তি ঙক্লিবদি।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রম্মী "তুকচ্চবা কৈদৌনা ঙমদ্রিবনো, খঙত্র' ইনাও-ইবুংঙো, ঙমদ্রিবসি শুপ্নগী মসিগীদমক্তনি, য়ুম্বানবা মহাক্না মওং অমদবু তৌজসন্নু, য়ুম্বানবগী আদর্শবু মহাক্না খ্বাইদগী শেংনা লৌখি। মিৎকুপকী মনুংদা মশাবু পূন্সি চুপ্পগী ওইনা পুনশিঞ্জখিবা লীপূন অদু অচেৎপা নত্তে হায়না মপুক্লিংদা চিংনবা অমতা, করিগুম্বা নুংশাখিবা অমতা থমখিদে। মদু করিগুম্বা থম্মব্রবদি কলিদাসনা ফনস্ম রাংনা অদুগা ফনস্ম মধুর চেন্না ইজরমসনু, কনাগুম্বা মীশক অমতগী থম্মোয় মতৌ অস্মম্না চিংশিনবা ঙম্নস্লোইদবনি। কদায়দা অশেংবা রা য়াওবগে খিস্তং নিংথিনা খম্বদুনা য়েংউদনা?"

হায়রিবা রাসি দিবাকরদা হৈনদনা থোক্লম্মী। মহাক্না পেঙ্গদুনা হায়রম্মী, "আদর্শ লৈনিংবা লৈজসনু, হৌজিকী মতমগী ওইবা সমাজনা মসিবু য়ারোই। অদুগা, সমাজনা য়ারোইদবা মদু হৌনবস্ম ওইসন্নু, হৌনদবস্ম ওইসনু মদুনা সমাজদা চৈথেং পীবমক ওইগনি। সমাজদা লৈরগা সমাজদা চৈথেং পীবগা আত্মঘাত তৌবগা চপ মান্নবা রাক্ষম্নি।"

কিরণময়ীনা পাউথুম পীরম্মী, "ইনাও-ইবুংঙো, সমাজদা চৈথেং পীবগা সমাজগী অরানবা বিচারদা চৈথেং পীবগা পোৎশক অমতা নত্তে। নঙোন্দদি হান্নমা হায়প্রবনি, পোৎ থুদিংমক্কী অচুম্বা মওংগী অধিকার অমমম লৈ। সমাজনা রাংথৎলক্তুনা মাগী অচুম্বগী ঙমখৈ থুগায়রক্লবা মতম অদুদা মঙোন্দা চৈথেং পীবা মন্তিক চাই। চৈথেং অদুদা সমাজ শিরোই—মহাক জ্ঞান তারক্কনি, মীহৌবা চেনখিগনি। লাইব্রিক ভম্বগীদমকস্ম ওইসন্নু, লৈবাক্কীদমকস্ম ওইসন্নু, বিলাত চথোক-চৎশিন তৌবস্ম সমাজনা য়াবা ঙমদে। মসিগী মতাংদা হন্না হন্না চৈথেং

ফংলিবনি। অদু ওইরবসু অসুঙ্কী মতিক মরিংর্জেন থাউ, ঙসি ফাওবা নাংপল থাদোকপা ঙমদ্রি। মসিবু নহাক্না সমাজগী অচুম্বা রাখল্লোমি হায়না থাগৎলিব্রা ?"

দিবাকরনা হায়রম্মী, "নত্তে, থাগৎতে। অকবনি হায়না খল্লুনিংঙাই মরম লৈতে হায়দুনা।"

কিরণময়ীনা হায়রম্মী, "ঙশেংনা মদুমক্তি। অদুবু, চিংনবা লৈতবা মপ্পেক শেংবা পাউখুম অসি কদায়দগী ফংলিবনো ? নশাগী নবুদ্ধি-নরৌশিংদগীনি—সমাজগী মকমদগীদি নত্তেদনা ?"

দিবাকরনা ফিঙ্গৎলক্লগা খুমম্মী, "অদুবু মী পুম্নমক্না করিগুম্ব থবক খুদিংমক্তা মবুদ্ধি-মরৌশিং শিজিন্নব। পাম্লব।, মদু ওইরবসু সমাজ লেংদনা লৈরোই।"

কিরণময়ীনা হায়রম্মী, "ঐদি নঙোন্দা ঙসায়মখৈ রাকম অসিমক হায়ননবা হোৎনরক্লিবনি। থবক খুদিংমক্ত ইশাগী ইবুদ্ধি শিজিন্নরবসু সমাজ লৈবা ঙমদে, সমাজনা করিগুম্বা মতম পুম্নমক্তা অদুগা থবক পুম্নমক্তা মাগী রাখল্লোনখক্তা শিজিন্নবা পাম্লব', মদুসু মী হিংলোই। মীওইরনদি অশোয়বা থবক তৌবা, চুমদবা থবক তৌবা হৈ, অদুগা সমাজনদি হৈরোইদ্রা ইনাও-ইমুংঙো ? মরানিমক্কী অরেপ্পা ঙমখৈ লৈ—ঙমখৈ অক্ক মরুদা ওইসনু, মহৌশাগী ওইবা লীচিংদা ওইসনু—মওং অমদবু ওইরবসু থুবু থুগায়রবদি অ-ঙ্গলনি। অমঙ্গলদুবু ইম্মোক্তুনা থম্বা ঙমগদব। অদুগুম্বা শক্তিসু নখোয়গী ভগবানগীসু লৈতে।"

মসিগী পল্লউখুম্নদা দিবাকর কংগুম্বা রা অমতা ঙাংদে। কিরণময়ীনসু ঙাইহাক ঙুমিল্লা লৈরগা হায়রম্মী, "অদুম ওইনমক. মসিগী ঙমখৈ অসি করিগুম্বা সমাজ অমতদা মতম চুপ্পদা মকম অমতদা লেংদনা লৈতে; দরকারগী মতুং ইন্না হন্দোক্তুনা চৎখি।"

দিবাকরনা হংলম্মী, "কনানা হন্দোকহল্লিবনো ?"

কিরণময়ীনা হায়রম্মী, "কনানসু হন্দোকহল্লুদে। বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডনা হন্দোক্লিব নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না মসিসু মশানা হন্দোকচৈ। হন্দোকই হন্দোক্লে হায়ব। কনাগুম্বনা মদুদা চেখেং পাক্নব্বা মতমদুদা খঙবা ঙম্মী।"

অশ্নুক কুইবা ফাওবসিদা দিবাকরনা কিরণময়ীগী যুক্তি-তর্কগী পুন্নমক অতুমক চেল্লিব অতুগী মাইকৈগা চাশিন্নতুনা য়েংলুবদা থম্মোয়দা অঁপনবা ফংলম্মী। অমরোমদা থবক অসিবু খ্বাইদগী হেন্না নিন্দা। তৌনিংঙাইনি হায়বদা চিংনবা মরিক অমা ফংওবা লৈরমদে, অস্সুং মরাল পুন্নমক মহাক্না নোঙ্মকপগ লোয়নননা লৌশিঞ্জনবগীদমক মশাবু শেম শাজম্মী ; নাপল চাওবী চন্নুরা অসিন অশ্নুক চাওবা মরাল অসিবু মরালনি হায়না শীংথাবা পামদে, থোইদোক্লদুম সমাজদমক দোষ শিজিনব পাম্লি হায়বা মহাক্না তশেংনা ময়েক শেংন থগলে, মতম অদুদা মহেন্দ্র থ হেমদব ওইরকপগুম তৌরম্মী অদুম ওইনমক অকনব রা ঙালুবস্থু মহাক্না মাইকদগীদি যাম্ন লুনা থোকই। অদুনা মহাক্না শুপ্নগী হাইফেৎ করেম্নবপ তৌনা হায়রম্মী, "অদুগুম্বা সমাজ অদুদা ঐখোযনা চৈথেং পীগনি। তৌজিক য়েংলসি, সমাজগী নাপল অমদি মীহৌবা কয়া ম্বান্না হন্থরবগে। করি হ য়বংগে ইতৈম-বেম্মা ?"

কিরণময়ীনা খুৎনিং শোঁদুনা য়াংলেন তিংথৎন দিবাকররোমদা য়েংদুনা পাউখুম পীবম্মী, "ঐখোয়না চৈথেং পীরুরিবদি কদায় ইনাও-ইবুংঙো ? কৌদুনা চেনবগা লেপতুনা চৈথেং পীবগা কমদৌনা পোংশক অমত্তা ওইদুনা মসিদা সমাজগী নাপল কায়গদৌরিবনো ? মসিদদি মাগী নাপল হেনগৎলক্লিবমক্লি। অতুবু নহাক বি, এ, ফাওবা তম্লবা নত্রা ?" হায়রগা মপাদা ইল্লিবা কিন্থ মক্লোক ফাওবা চিংথৎতুনা হিপথধি।

মপালদা তপ্লগ্না শিংলিবা নুংশিংবী ফাজিল্লবা মীকপ ফাওদোক্লুনা মথক্তা জহাজ্জগী ঘণ্ডিদা বারো ভাগ্রে। নুংশা মপী থক্লক্তা ওমশিন্দুনা দিবাকর ডেকম্মী চেযার অমদা তুমিন্না ফম্লি, থগুহোদমা ফাজিল্লবা খোজেন্দদা কৌরক্লে "ইনাও-ইবুংঙো !"

দিবাকর থংনা কৌগৎলক্লে। হাথু হাথু হায়রকই, "করিগীনো ইতৈমা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই "নহাক হনগ্রো।"

দিবাকরনা খোঙ্জেল লুম্না হায়বকই, "শুপঙম ভগ্মোই।"

কিরণময়ীনা হায়রকই ভগ্মে হদৌরিবা কানীগীনো ? থগুদদুনা অরানব অমা তৌরুরে হায়দুনা থগুলক্লবদস্থু চুংথোক্লরোইদ্রা, পানকী পোংলুম পুদুনা চংলগদ্রা, ঐদি মদুগী ফান্নবা অমুক উদে ইনাও-ইবুংঙো।"

দিবাকরনা হায়রকই, "নহাক্কা উজ্জবস্ন ঐদি উই। মতুদা নত্তুনা হল্লগবু পাপকী পোৎলুম থাংথবা য়াগক্রা ইতৈমা ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঙসিমক চৎঙবা য়াদে হায়বা রাদি নত্তে। অদুবু নুমিৎ নিনিগী মতুংদা চৎপস্নু য়াই "

দিবাকরনা খোঙ্জেল পিক্লা হায়রকই, "অদুবু কদায়দা চৎকদগে ?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নখোয়গী য়ুমদা মরি-মতাশিংগী মনাক্তা। নহাক্কী উপেনদাদাগী মনাক্তা। নহাক্কীদি পূন্নমক লৈরি।"

দিবাকরনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "ঐগী লৈরি হায়রিবদু ঐগী নত্তে, রাক্ষম অসি নহাক খঙলিবনি। লৈরিবদি উপেন-দাদানি, মাবু নহাক্কা খঙদ্রে ? মাগী মনাকমক্তদা ঐবু হল্লো হায়রিব্রা ইতৈমা ?"

"হোয়, মহাক্কী মনাক্তমক হনখ্রো হায়রিবনি।"

দিবাকর ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। অদুগী তুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মাবু নহাক্কা খঙব্রা হায়না খল্লম্লনি। অদুবু খঙবা ঙমদ্রে। ঐস্নু অদুক হাক্কা খঙই হায়বস্নু নত্তে। মাবু মুন্না খঙবা ঙম্লমদবস্নু য়াই। অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাকমক্কী মখুৎতা মী ওইরকপনা খরমখে খঙজবা ঙম্লে, মসিগী মতুংদা মাগী মমাংদা চংশিন্দুনা লেপ্লুগদবগী শরুক ঐগী ইকমদদি মৈন্নুংদা চোংশিনবম্না হেন্না লায়না থোকই।"

খঙহৌদনা কিরণময়ী চঙক্লপ্রে। দিবাকরগী মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "করিগীনো, মহাকপু অদুক হাক্কা তমথীব্রা ? নহাক্কী দোষ নত্তে হায়বা খঙহল্লবা কাওবদস্নু নঙোন্দা চৈরাক পীরক্কদ্রা ? মসিদি কৈদৌঙ্গুংদস্নু ওইকম থোক্কে ইনাও-ইবুংঙো!"

কিরণময়ীনা খঙহৌদনা পাখৎলকপসি দিবাকরনা উরমদে। দেস্নাঙদা থেৎতুনা থাওমৈ থাল্লি, মাইকৈ অদোমদা ওনশিন্দুনা রাখল অমদা লুপ্নগী মতৌঙম তপ্না তপ্না হায়রকই, "মঙোন্দা করিগুম্বা রা অমত্তা তাক্লরুবা য়ারোই। কমদৌদুননো মহাক্কা লোইনমক মুন্না খঙলমগনি, তশেংনমক, নহাক্কী নতৌগুম্মক ঐনা ঐগী দোষ লৈত্তে হায়বা খল্লুবা ঙমদে, অদুবু করিগুম্বা নহাক্কী রাহুমক চুম্লবদি, করিগুম্বা ঐনা ইরাল লৈত্তবা থোক্লবদি নোংমা মাগী মাংদা লেপ্লুগনি, নুমিৎ অদুমক্তদা মহাক্কা

খঙবিগনি। অদুবু লেপ্লুব ঙম্মোই। নহাক্না চৈশ্মাকী রা পনখিবদায়—কমদৌনা খঙগনি ইতৈম, মহাক্না করম্বা চৈরাক পীরক্কদগে হায়বা! ঙসি ফাওবা করিগুম্বা শুমিত্তম্ভ মহাক্না ঐঙোন্দা চৈরাক পীরকখিবা লৈখিদ্রে।"

মহাক অমুক র ঙংবা ঙম্লক্লে। মখুৎ অনিনা মমিৎ থুমদুনা তুমিম্না লৈক্রে।

কিরণময়ী র মচেৎ অমতা ঙাংদে—মমিৎ অনি লাওথোক্লুনা মহাক্কী মশক য়েংদুনা লৈক্রে। মহাক্কী থম্মোয়গী চরাংনবদু শুপ্নগী মাগী ঈশ্বরদনা খঙলিগনি।

ঙাইহাক্তং লৈরগা দিবাকর রা ঙাংলকই। থোইদোক্না থম্মোয় পুঙমদবা খাঞ্জেলদা হায়রকই, "ঙরাং নহাক্না হায়খি, উপেনদাদাবু মরু লুকহনগনি। অতিংদুদা নখোয়না করি রা ঙাংনখিবগে, শাউনিংবা করি লৈখিদুনা রা অসি হায়রিবনো হায়বা ঐ হৌজিক ফাওবা খনবদা লাম্বা ফংদে। মরম নহাক্কী খরমখৈ লৈরম্ব য়াই, অদুবু ওইনিংবা মরম ওইজসনু, মাগী মঙক নোলহনবগী অরাবদু কয়া য়াম্না শাথিবগে হায়বা করিগুম্বা খঙলম্বা থোক্লবদি অদুগুম্বা রাদু পনবা ফাওবা ঙম্লমোইদবনি। মদুদা নত্তনা অদুগুম্বা ঙক অদুনা নোনখিবা তারবদি কৈদৌঙৈদম্ভ ইশাগী ঙক হাইগচ্চদুনা ঐখোয়না মাইকৈ কদোমদবু য়েংলুবা ঙমগদগে? নহাক্না মদু তৌনবা হোৎনবিরুনু। মহাক্না মরু লুকথদুনা ঐখোয়দা য়েংথরক্লিবমখৈ মাগী মঙক লুকথহল্লুনবগী শক্তি কনাগীস্ভ লৈরোই ইতৈমা। ঐনা শেংনা হায়রিবা রাসি থাজবিয়ু।"

থেংনবা অহিং অদুদা পুকচেল তোংঙান তোংঙানবা অনি অদু উপেন্দ্রদা ভক্তি, শ্রদ্ধা অমস্তুং নুংশিবগী হিদেন্দা পুল্লরদুনা খঙহৌদনা অমতা ওইনা তীল্লরে। য়েৎনবা অমতা লৈত্তবা, ঙাংবদগী হেন্না তানিংবা, খঙহনবদগী হেন্না খঙনিংবগী অপাম্বনা মতাংদুদা থোইদোক্লা হেন্না ঈচেল কল্লক্লে।

অয়ুক অঙনবদা করম্বা মতমদনো দিবাকর কমুংদগী হৌগৎতুনা মপাল্লদা থোকখি, তুম্লিবী কিরণময়ীনা খঙলমদে। অদুনা মিৎকপ থোক্লকপমক্তদা দিবাকরগীদমক মপুক্লিং লাংতক্লরকই। ঙরাং অহিং রাগী রাপাদগী কিরণময়ীনা য়াম্না খঙবা ঙমখি। দিবাকর কয়া শাখিনা সহায়

লৈতুবগে, অমসুং মহাক্কী উপেনদাদাগা কায়নরকপসি মহাক্কী মকমদা কম্নাগী মতিক থম্মোয় শোক্লা থোকপগে, মতু থোইদোক্লা চিংনবা লৈতনা থগুলকপদগী হৌনা কিরণময়ী মাগী মুপী ওইবীগী অয়ুপ্পা থম্মোয়-দায়ুমদা খজিক্তা কাওবা লৈতাবা কংলকখিদ্রবনি। তোরবিংবা, নোল্লকপা অচুম্বা ভাংবা অমসুং লমচৎ কজবা পাখং অসিবু মহাক্কী পূন্সিগী মৈ মুরকপমক্তদা মরম চাদনা মাংহন-ভাকহনবগী মরালনা মহাক্লা তুম্লিঙৈ মনুংদম্সু চৈথেং কংহনখি। অতুনা মহাক্লা মিৎকপ থোকপগা তাৎ য়াওদবা নুংশিবিবা অমগা লোয়নননা, থম্মোয়-মৈশাগা লোয়নননা মরাল লৈজদবা মরাইবক খিরবা অতুদা অহানবয়ক্তদা মমাই লৈশিন্দুনা য়েংলকই, দিবাকর লৈরমদ্রে। হৌগৎতুনা মপালদা থোক্লগা য়েংবদা লৈবা উদ্রে। মথোয়গী 'বোয়'বু কৌশিল্লগা খিরুনবা হায়রম্মী, মহাক্লস্সু খিবা কংলদ্রে।

মতুদগী হৌনা কিরণময়ীনা নুংনাংবগা লোয়নননা ভাইরকই। অতুবু ভসি নুংনাংবা অসিগী মরক্তস্সু য়াম্না লাপ্পদগী হুম্নকপা নুংশিবা মনম খজিক্তং কাওরকপগী মতৌগুম ময়েক শেংকাস্তবা মুংভাইবগী মমি অমা উরকপগুম্রক্লুনা মহাক্কী থম্মোয় পোমশাৎনরক্লে।

থোইদোক্লা করিস্সু লৈতবা দিবাকরবু মহাক্লা করিগুম্বা নুমিৎতা নুংশিজরকখিদে, করিগুম্বা নুমিত্তস্সু নুংশিরুবা ভম্লোই, লোশিংগী পোলনা মহাক্কী য়ুম ওইগদৌরিবনি, নুংশিনবগী অভিনয় উৎকদৌম্বিবনি, জহাজদা কাখৎলকপদগী হৌনা খোইদৌ শাওগৎপা অসিনা নুংদদি মহাকপু অভাওবগী পাংথক ওইহল্লরুবনি। অতুগা অমুক মতাং অসিমক্তদা লোই-গদবা নত্তে। নুংশিবা উৎশিন্নবগী লীচিং অসি নোংমদি তৎলগদবমক্লি, তাৎকী লীলাদা নোংমদি মহাক করিমতা হৈনিংলক্লরোইদৌরিবনি, ডাক্তম্ম অনঙ্গমোহম্না পারা অতু চংথোন্না তম্বিরম্নবনি। খুদোংচাদবা মতমতুমক্তদা থম্মোয় শোক্লা তুকচ্ছল্লিংভাই ওইবা লীপূন্না য়েংশিল্লক্লুনা চরম য়োরক্লদৌখি, থোরি অতু মহাক্ল করম্বা খুৎলায়না ককথৎতুনা হুন্দোকখিগদগে হায়বগী অরাবা চিন্তা অসিগী ভমখৈ মহাক্লা কদায়দম্সু উবা ফংলমদে। অতুবু, ভরাং অথেংবা অহিংদা উপেন্দ্রগী রাজসিংহাসন মথাদা কমতুনা মবানিনা সন্ধিগী চেদা সহি তৌনখি, মিৎকপ থোরকপা

মতম অদুদা করিস্নু খঙজদবা মুপামচা অদুগীদমক পোক্লকপা মীনুংশিগী মৈচাক্তা কিরণময়ী মাইকৈ অমদা মৈশা লাংলকপা মতৌ অদুগুম শোয়দনা থোক্লরগদবা ভুকচ্চনিংঙাই ওইবা তমথীবা থৌওং অদুদগী মুক্তি ফংহনা শোর হোন্দোকচবা ফংদুনা হিংলে ।

মতোমদা কা মনুংদা ফমদুনা মহাক্না নুংশামপী হোন্দোক্লগা হন্না হন্না রা অসিমক হায়রকই, 'ঐগী কীরুনিংঙাই অমতা লৈত্রে। নুংশিরুবা ঙম্নরোইদবা মহাক্তুবু থোইদোক্লদুম ইচা-ইনাওগুম নুংশিবিদুনা মাগী থম্মোয়গী অমকপদু মুথৎপিবা ঙম্নগনি।' অদুম ওইনমক চিংনবা অমনা মহাক্কী থম্মোয়দা মুনা মুনা য়েংলরি,—তুংদা মৈগী মীহৌবা ফাজিনবা ঙমদদুনা দিবাকরনা মৈরাম্বীগী মতোগুম চাক্লুনা শিজনবা চোংশিল্লকদবগী তৌরক্লবদি ! মহাকী শক্তী লৌচিংগী শক্তি কয়া য়াম্না তমথীবগে হায়বদু মহাক্না খঙজদবা নত্তে।

নিংশিংলক্লে, মাগী শিগ্রবা মপুরোইবগী রা। থম্মোয় পান্দবা মূর্ত্তিগী মশক ওইবা মহাক্কী বিদ্যাগী চাওথোকচবা অদু ! বিজ্ঞানগী অকনবা শম্বলনা য়াম্না চেকশিন্না খাজিন্দুনা অহিং নুংথিল চুপ্না মশাগী মনীংতম্বু ঙাক্লুনা চৎলম্মী—মহাক অদুমক মপুরোইবনি। মহাক্তুগী মনাক্তা মহাক্না নোংমা ফাওবা নকশিল্লুবা ঙমখিদে, অদুম্নদি ওইরগা মতমদি লেল্লম্মী। ইদুনা পাদুনা, চাক থোংদুনা, মনেম্বোকী মীরা-মীশা তাদুনা, ইমুংগী থবক-ইথাং নোমদুনা মতম লেল্লম্মী ; অহিংদা লাইরম্নেনগী মায়োক্তা আত্মাগী মায়োক্তা লাম্হেংনদুনা, থম্মোয়-মৈচাক খাংদুনা করেম্ন-দুনা, য়ুমগী ফক্লাংশিংদা ফাওবা দোষকী হূ তৈশিন্দুনা, চোকথবনা নৈহৎতুনা করিগুম্বা তাজা অমদা তুমথরম্মী ; অমুক নোংঙাল্লকই, অমুক অহিং ওইরকই, মতৌ অস্তুম্না থা থা হৌখি, চহি চহি ওনখি। য়ুমদা 'ভিক্ষা হাপ্পিয়ু ইমা' হায়দুনা চাক্লিবা লাকখিদে। 'কমদৌরিবগে' হায়দুনা য়ুমথংনবনা রাহং-পাউগংলখিদে ; নোংমতগী ওইনা ফাওবা লুমিৎনা মঙাল পীবিরখিদে, মিৎকুপ অমতগী ওইনা ফাওবা অতিয়াগী নুংশিৎনা লমুক্লদুনা চংলকখিবা লৈখিদে,—অদুম ওইনমক শাংলবা চহি তরা হৌখি। মহাকী মম-মপাগী রা নিংশিংদ্রে। শুপ্নগী পুংকক চাওরকপদা কালনাগী মনাক্কী খুঙ্গং মচা অমগী করিগুম্বা হরাও-তয়াম্বা

অমত্তা চেন্দ্রবা মামাগী ইমুংদগী নোংমা মোৌগী ফিজোল হেোংবিদুনা অমম্বা ম্বুম অসিদা পুশিনবিরকখি। মপুরোইবনা পিক্লিবা ছাত্রীগী মতৌগুম মহাকপু লৌশিনবিখি। মহুদগী হেৌনা নুমিৎ অতু কাওবা গুরু-শিষ্যাগী অকনবা মরি লোইব-খম্বা লৈখিদে। মপুরোইবনা নোংমা কাদোক কাওবা হরাও-তয়াম্না তৌবিরকখিদে. নুংশিবি নুংশিবিদে হায়বা নোংমত্তা কাওবা হায়বিরমদে।

বাংলা, সংস্কৃত, ইংরাজী পাবা তম্বী, পারা লৌথে। পারা চিনক্কা পুত্রবদি চৈ-খাংদবা ফু-চৈদবা মত্তে শাওবা রারোবদা করিগুম্বা নুমিত্তগু থমজিনবিখিদে, কপ্প কপ্পা তুমথপ্রবদা করিগুম্বা নুমিত্তগু কৌদোক্লুনা চাক চাও হায়্রবিখিদে—মসিনি মহাক্কী মোৌগী পুন্সিগী ইতিহাস!

মনেম্বোক্কী পরীক্ষানা অমুক্কম্তু হেল্লি শাখিবা। মকম অতুদা করিস্থু লৈতবা অশোব-মত্তাম কাওবা ঙাকপিখিদে। অঘোরময়ীনা মহাক্কী চাকশঙগী খাবৈ-চেগপ্তগী হৌদুন মৈখাক কাওবা পুন্নমক্কী দাগ মো মচাহুগী হকচাংদা থমখি। নোংমা করিনো মরাল অমগী দণ্ডি পীদুনা মহাক্লা নুপীমচ অতুগী মশম লোইনমক ককথৎপিখি। মথক্সায় নুংঙাই-জদহুনা রারোহুনা মোৌহু চাকশঙগী কাচিন অমদা মমাই খুমহুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পম্মী, মতম অতুদা মঙ্গলদা শী, অচাকপনা নমহুনা অঘোরময়ীনা তুমিন্না লৈনবা য়াথং পীরম্মী। কিরণময়ীগী চাকথেক্লুনা শোকখিবা মক্কমহু ফবদা থা অমা চংখি।

শোকখিবা মকম অতুমক্তদা খঙহৌদনা অনাবা কাওরকপগুম তৌরকই কিরণময়ী মিংকুপমুক ফিঙ্গৎলম্লগা অমুক চপ য়ুংনা ফমত্রে।

করম্বা মতমদা মহাক পুংফক চাওবগী মতাং লানথৎখিদুনা যৌবন্দা খোঙদারখিবগে. রাকমসি মহাক্লা মপুকিংদা নিংশিংত্রে। রাকম অতু নিংশিংহন্নবা কনিঙম্বা নিংশিং খুদম অমতা লৈখিদে। নোংঙাল্লকপগী মতৌগুন্না মনা মনিল নাইদনা মঙাল্দা অয়ুক্কী অরংবা মঙাল ফুদোংলক-খিবা ওইরম্বা য়াই।

যৌবন্না, মশানা খঙজদনা, নাপাল য়াওদনা হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক্তা ফজবা খিবিক্লা মপুং ফারক্লবা মতম অতুদা মহাক্কি মপুরোইবগা লোয়নননা

কুপ্লবা বিচাবদা থৌ চিন্না লৈরম্মী। করিগীনো মহাক্কী হকচাংদা ওৎ-নৈবা তোকখিবা, করিগীনো মহাক য়ুম্মুরেনবী ওইবকখিব', রাকম অসি মহাক্না অমুক্তসু খম্বহনা যেংলুনব৷ ওপ্পা কংলমদে। মপুরোইবনা হায়রম্মী, "নুংঙাইবনা জীবগী অমতা ঙাইবা পান্দন্নি, অদুগা অতৈ পূম্নমক্কি মতেং ওইবদনি! দয়া, ধর্ম্ম, পূণ্য, পূম্নমক অসি মতেং অদুনি। মীরম্নেন্দনি, লাইবম্নেন্দা নত্তে; ইশাগী নত্রগা তরামচাগী ওইবা য়াই; উৎবাক্কী নত্রগা মীবৈবাক্কী ওইবা য়াই—করি উপায়নো নুংঙাইবগী পূম্নমক পাকখোক-চাওখোকহনবা ঙম্লিবমখৈ—মসিমক জীবগী কর্ম্মনি, অদুগা খঙনবু ওইসনু, খঙদনবু ওইসনু, হোৎনবা অসিমক্তদা জীবগী পূন্সি মপুং ফারিবনি; অদুগা মসিমক্না অমতা ঙাইরবা ফালানি, মদুদা হাপচিন্দুনা অক-ফক্ত' খুদিংমক ওনবা য়াই। নশাগী "নত্রগা অতোপ্পগী মাইকৈদসু হন্না য়েংলুনু। কিরণ, নহাক্না শুপ্পগী মসি খম্বহনা য়েংননবা হোৎনগদবনি, মদুদা নুংঙাইবগী চাং হেনগৎলকপ্রা হেনগৎনক্তত্রা হায়বা।"

কিরণময়ীনা হায়বম্মী, "তশেংনা মদুমক; অদুবু ঐগী থবক্তা সংসারগী নুংঙাইবা পূম্বা হেনগৎলকই হায়বা কমদৌনা খঙগদগে? নুংঙাইবগী শক্তমদি মী খুদিংমক্কী মফমদা মাম্নবা নত্তে।"

হারান্না মহাক্কী মঙাল শাম্নবা মিৎতুগী মিৎয়েং য়াম্থরিবা লৈকাংদা ঙাইহাক থম্নগা হাম্নরম্মী, "মচেৎ মচেৎ য়েংলবদি মপূম নত্তে হায়বা য়াই, অদুবু অপূনবা ওইনা য়েংলবদি মপূম অমতনি। নহাক্না মদুদা বিচার তৌগদবনি।"

কিরণময়ীগী মফমদদি নুংঙাইবগী করিগুম্বা শক্তম অমতা ময়েক লাবা নত্তে, মহাক্না হৈনিংদনা হায়রম্মী, "মচেৎ মচেৎ ওইনা, অপূনবা ওইনা পূম্নমক অসি রাগী রা হায়বদুনি। মশাগী করিদা নুংঙাইজবগে, মসিমক য়াম্না লায়না মীওইবনা খঙজবা ঙম্মী; মদুসু মতম পূম্নমক্তা ফিভম পূম্নমক্তা চপ মান্নবা মওং ওইরোই। মশাগী মরম্মক্তদা মীওইবনা অশোয়বা নাইত্রবা; মতমদুদা জগৎ অপূম্বগী দায় মথুত্তা লোননবা মখৌনা কনাগীসু লৈসনু, ঐগীদি লৈতে। আদা, রাংমগী লিমোনগী মিলগী থবকশুবশিং অদুনা মপুক্লিংদা খল্লম্বা য়াই, করিগুম্বা কাগীগী

মন্দির ময়ামদু ক্বাওবা থুগায়রগা শোগ্রী অনাদবগী কায়খানা শেমগৎপা ওয়া থোক্লবদি মীওইবগী নুংঙাইবগী চাং হেনগৎকনি, অদুবু মী পুম্নমক্না মতুম্না খন্নগত্রা ? নুংঙাইবা হায়বসি করিনো হায়বা নহাক্না ঐঙোন্দা ভাব তাননবা তাকপিবা ওমহ্রিরমথৈ ঐ নহাক্কী রা অমতা তারোই।"
অসি হায়রগা কিরণময়ী চৎথিগদবগী তৌরকপমক্তদা হারাম্না মখুৎ পায়্দুনা হায়রম্মী, "ঙাইহাক্ক ক্ষমথো। অসুক হাক্না লাইব্রিক-লাইশু তম্লক্রবা মতুংদসু করিগুম্বা নহাক্না থিত্তংদা অদুম্না শাওগন্নবদি পুম্নমক মরেম্দা তারগনি। য়েংঙোই কিরণ, ঐ নঙোন্দা শেংনা হায়গে,— নুংঙাইবা হায়বদু করিনো হায়বা ঐ তাংদ্রাংবা খঙদে। করিগুম্বা লৈবাক অমদা করিগুম্বা মতমদা খঙনখিত্রা হায়বসু ঐ খঙদে—মদু খঙ্ঙমদব্রা ওইরম্বা য়াই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাইনা মমাংঙৈদা মখল অহুমদা অমাবা-কোক্রবা হোৎনখি—মখল অহুম অদু খায়দোক্লগা কংলিবা পোৎশক অদুমক নুংঙাইবনি—মদুসু হায়রুবা য়াদে।"
মদুগী পাউথুমদা কিরণময়ীনা থোইদোক্না পেল্লক্লদুনা হায়রম্মী, "করিসু হায়রুবা য়াদ্রবা মতম অদুদদি কনাগী নুংঙাইবগী কল্পনাবু করেম্নরুবসু মতিক চাদে, মতৌ অদুম্না সাধারণ ওইনা সংসারগী নুংঙাইবগী চাং হেনগৎহন্নবা হোৎনরুবসু অদুম্না ঙাওচৎনবা থৌওংনি। অককত্তা লেপত্রিঙৈগী মমাংমক্তদা নহাক্কী ফ্রলাদু কের লৈ লৈতে খঙদোকপা পাম্মী। মদুবু কের লৈদ্রোইদৌরিবদি নহাক্কী করম্বা আদর্শননো, ঐ মদুমক খনবদা লাম্বা কংদে।"
হারাম্না ওইহাক তুমিন্না লৈরগ নিংবা কায়দুনা হায়রম্মী, "কিরণ, নহাক্কী নপুক্লিংগী ঊচেল কদোমদা চেষ্টরিবনো হায়বা খঙই। অদুবু, নহাক্না লাইরম্নেনগী রাখল, আত্মাগী রাখল ঈশ্বরগী রাখল অসিনচিংবা কাক্লদবশিংদু থম্মোয়নুংদগী লোকদোক্লনা ছন্দোক্লিরমথৈ নিংজিংমাংজিংনবা নঙোন্দা অদুমক ঙ্গেগনি, নুংঙাইবমক্লা পুক্লিগী অরোইবা প্যান্দম্না অদুগ নুংঙাইরদনা পুক্লিগী অথোইবা মাইপাকপনি, রা অসি খঙলবসু খঙবা ওয়োই। অদুগী পুক্লিংদা থবগনি কনানা খঙগনি, অদু-খরসু লৈরম্বা য়াই। অদুম ওইনমক অদুতে খুম্না অদু করিগুম্বা থুমিত্তসু থিবা কংলোই। মসিনা নঙবু থৌ চিলহন্দুনা থমগনি অদুম

ওইনবমক মঙমদি শালহল্লোই, অপাম-মীহোবদি হেনগৎহনবুগনি, অহুবু অপেনবদি পীরোই। লম্বীগী রারীমক শাগনি, অহুবু করিগুম্বা মুমিস্তম্ম লম্বী তাকপিবদি ওম্মোই।"

মতৌ অম্মুম্না, শিক্ষা অমস্তুং সংস্কারগী মরক্তা কিরণময়ী মী ওইরকখিবনি,—ওসি মহু অমমম ওইনা মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংশিলকই।

মতৌ অম্মুম্না মহাক্কী রাখলগী ঈচেল হৌজিক্কী অরাবদগী য়াম্না থাপ্না লাম্হোক্তুনা চৎথিতুনা হৌগ্রবা মতমগী ওমথৈ নাইদনা পাক্লবা অরা-ঈপাক্কা সমুদ্রদা ঈরাক্লহুনা শিগদোরে, অসিগুম্বা তাঞ্জা অমদা কদোমদগীনে দিবাকর মাইথোং তাইক্লেৎ তাইনা মকশিন্না কেবিন মম্মুংদা চংলক্লে। মহাকপু উবমক্তুনা কিরণময়ীগী অরা-মঙলান মিৎকুপ্ত কায়খ্রে, মহাক্কী মাইথোংহু চানবিবা মীনোক্লা লংখৎহল্লগা চৈবগী খোম্হোক্তা হায়রকই, "করি থৌদোনো হায়যুদনা ইনাও-ইবুংঙো, কদায়দা কোইক্করিবনো, চাররোই-থক্লরোইদ্রনে? অকবা নুপামচানি নহাক্তি!"

মহাক্কী খোঞ্জেলসি তাবদা দিবাকর মতম অম্মুক কুইরবগী ভুংদা অশেংনা চঙক্লখ্রে। ইথও খঙহৌদনা নিংশিংলক্লে, চহি লিশিং কয়া হৌথ্রবগুম্নবনি, মতৈমগী খোঞ্জেল অসি ভাবা কংলকথিদবা। খোঞ্জেল অসিদা মরৌ থাংবা নত্রগা করেম্নবগী মৈশা চেন্দে, মসি অশেংনমক মচা-মনাওবু মুংশিবিবগী ইথিন্দা থোৎ-নৌবনি, মীওইবগী নাকোংদা মতাংসিদা লাম্নমা তারুনিংঙাই লৈতে,—কমদোননো মহাক্লা মহু খঙজবা ওম্বগুম্মী। দিবাকর নুংবংনবগুম তুমিন্না লৈ।

কিরণময়ীনা অমুক হন্না নোকক্লেৎ ভৌনা হায়রকই, "অয়ুক্কগী অম্মুক কুইবসি কদায়দা লৈরুরিবনো হায়যু?"

দিবাকরনা তপ্পা হায়রকই, "মখাদা।"

"মখাদা! অম্মুক থেংলবা ক্যাওবা মখাদা কম্মুরিবা করিগীনো? অমুক্তুং মথক্তা কাখৎলক্তুনা খিক্তং চারনবা কাওবা খঙলে মতম কংলম্নিম্নোইন্নে?"

মহুগী প্যাউগুমুদা দিবাকরনা তপ্পগী মমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলকই—মচিন্দদি রা অমতা ঙাংদে।

কিরণময়ীনা অমুক হন্না হংলকই "করি তৌকরিবনো মখাদা ?"

মহাক্কী মাইথোংদা মচেগী ভুইব ভমকপা পক্কবা চানবিহৈব-মীনোক, খোঞ্জেলদা নুংশিবিবগী অতুগুম্ব' খোইথুম্নববা রস চেনবা, মসি কলিকাতাদা' অহানবা লাকপমক্তদা কংজতুনা দিবাকর লাইবক ক্ষবা ওইখিবা অতুমক্কি। হরাওমন্দুনা মহাক্কী মমিত্তা মপী ঈরা চেল্লকদোরে, মহাক্কা করিগুম্বা মওং অমদা মতু ফাজিল্লগ' হায়রকই, "ইতৈমা, মখাদা বাঙালী অমা ইমুং-মনুংগা লোয়ননা অ্যারাকান্দা চৎকদৌরি, মকমতুদা মখোয়গী যুম কাওবা লৈ—"

কিরণময়ীনা খঙনিংনা হাযরকই, "করিনো হায়রিবতু ইনাও-ইবুংঙো ?"

দিবাকরনা হাযরকই, "অচুম্বনি ইতৈমা, অকবা মীনি মখোয়—"

কিরণময়ীনা র মরক থৎতুনা হাযরকই, "মতু ওইরবদি ঐখোয় মখোযগী যুমতুমক্তনা থুংলুবা য়ারে। মাগী নুপীতুগা ঐগা খঙন-চান্নহনবা ঙম্লোইদ্রা ?"

দিবাকরনা হরাওনা হায়রকই, "করিগী ঙম্লোইদগে ? যুম্নুপীনা হায়রকই, নহাক্কা অমুক্তং —"

কিরণময়ীনা ঙক্কুনা হংলকই. "যুম্নুপীতুনা অমুক কনানো ইনাও-ইবুংঙো ?"

দিবাকরনা কামিনীগী শম্নপ্প পরিচয় পীরগা হায়রকই, "হরিশ-বাবুনা অতুম্না হায়তুনা' মাগী নুপীবু কৌই। যুম অমা মখোযগী লৈমাল্লে।"

অসি ভাবদা কিরণময়ী তুমিন্ন' লৈ প্র। মরমদি 'যুম্নুপী' হায়বা রাহৈ অসি মহাক্কা ম'সগী মমাংদা কলিকাতাগী মীনাই নুপীশিংগী মকমদগী যুমগী মপু ওইবী অতুগুম্বী নুপীশিংদা রাহৈ অসি শিজিন্নবা ভাখ্রে, মখোয় কনাসু অকবা ইমুংগী যুম্নুরেনবী নত্তে। অতুনা দিবাকরনা মহাকপু মকম অসিদা কৌরুনবা তৌরকপা মতম অতুদা কিরণময়ীনা নোকফেৎ তৌতুনা খোইথুম্নবা খোঞ্জেলদ হায়রকই, "মহাক অকবা মীনিদনা ইনাও-ইবুংঙো ?"

দিবাকরনা খুদক্তা মঙক নোমতুনা ইচং খৌবগা লোয়ননা হায়রকই, "অঙকপা মীনি মখোয়তু ইতৈমা ! অমুক্তং য়ারী শানরবদি—"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঙসিদি তোক্লসি ইনাও-ইবুংঙো। অতে প্লা নুমিৎ অমদা—"

দিবাকরনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে ইতৈমা, নখোঙদা ভূজগে, মহাক হৌজিক লাকপা পামহৌই। মখোয়গী মমুমদা চৎদুনা লৈরুবমক তাবনিনা মতমসিদা—কৌরুরগে ইতৈমা?" অসি হায়রগা মহাক তপ্থব ঙমল্লুবগী মতাঙ্গুম হৌগৎলক্লে অমসুং মহুগা লোয়নলোয়নন মহাক্কী মমাই-মমিৎ, খোঙেলগী মরক্তা কাওরক্লিবা মৌপরাগী নুংশিবা পামজবনা মাগী অশোয়বদুদা মৈ ইক্লবা তানা লেংবগী মতৌঙুম কিরণময়ীগী থম্মোয়দা য়ুবরে। খঙহৌ না খঙক্রুক ফুকৎলকপা নুংশা মপী চরম য়ৌনা কাখৎলকই অমসুং ঈহৌরকপা খিংননবা মমাই লৈখোক্লগা করিগুম্বা মঙং অমদা হায়রকই, "ঙরে, অদুদি চৎলুরে—"

রাফম অসি অচুম্বনি, মশক খঙদবা লম অমদা চৎপদা লম্বীদা মরুপ-মপাং ফংবদি হন্দনা লাইবক ফবা নত্তে। মমৈথংদা মসিমক খল্লুনা ওইরম্বা য়াই মহাক্কা দিবাকরগা কম্না হায়জবদু য়াথিবা; অদুবু মহাক তশেংনমক মহাকপু কৌরুনব হাথু হাথু থোকখিবা মতম অদুদা মশাগী কিডম নিংশিংজরুবদা কিরণময়ী থম্মোয় নুংদা শাথিনা ঈকাইবা অমা কাওরকপগুম তৌরকই। লাকদৌরিবা মহাক অদু বাঙালী নুপীনি, মহাক চহি য়াম্লবনি—কনানা খঙগনি মহাক্কী মমিত্তা উফুল চাইরুবা ঙমগদ্রা ঙম্লোইদ্রা! দিবাকরগা য়েংনরুবদা মহাক মশাগী চহি মতাংদু মতৈ-মনাওনি হায়বদা বাঙালী সমাজদা অন্থুম্না মিৎ নানিংঙাই ওইগদবা নত্তে হায়বা রাফম অসি খল্লুবদা কিরণময়ীগী থম্মোয় নুংনাংবনা লৈকম চাকম খঙলক্লে।

ইকুই কুইদনা দিবাকরগী মতুং ওইনা য়ুম্বুনুপীদু চংলক্লে। মঙোন্দা য়েংলুবমক্তদা কিরণময়ীনা খঙলে, মহাক অক্ষবা ইমুংগী নুপী নত্তে। কলিকাতাদা মীনাই ওইদুনা কোইচৎ চৎলিবা মখোয়দুগী মরক্তা অমনি। মহাক্কী থম্মোয়দগী পোৎলুম অমা থাংথখিবগুমগ্রে, মোমোন তৌনা হায়রকই, "চংলকউ, কম্মো লাও।"

মশক উবদা য়ুম্বুনুপী ঙাইহাক নুংবংনদুনা লেপতুনা লৈ, অদুগী তুংদা মঙক্তা মফি য়েৎতুনা থুরুমগা খোঙজিন ময়াদা কমথরগা

হায়রকই, "বামুগী মকমদগী তাবদা য়ুমুমুপানা হায়, 'চৎলুচো য়ুম্বুপী, বামোন-ইবেম্মদা অমুক্তং খুরুমজরু।' মগকী লৈবাক্তা চৎলিবনি হায়বদি য়াই মমৌ-ইবেম্মা, কামিনী য়ুম্বুনুপী ঐগী য়ুমদা চেক-মোক লাওরবা শুমগদবা অদুগুম্বা মচা কনাসু লৈতে। শুমজিৎনা হু শিত্তোকপা য়ারোইরা ?" হায়রগা শুমজিৎ য়াওদবনা য়ুম্বুনুপীনা মখুৎ থাঙ্গৎত্তুনা অমুক্তং হাইরকই।

কিরণময়ীনা হরাওদুনা হায়রকই, "হিংলবনি ইবেম্মা, অনৌবা লমদা চৎপসিদা য়াম্না কীরুরবনি, ঐখোয় অনি য়াম্না থরায় রারুরবনি।"

য়ুম্বুনুপীনা হায়রকই, "কীরুনিংঙাই করি লৈগদগে ? ঐহাক আরাকানগী মমিং চৎপা য়ুম্বুনুপীনি। ইমিং পনবদা যম ফাওবনা লম্বীদগী হন্দোক্লিবনি। মদুদা চৎলুসিদনা ইবেম্মা, ঐখোয়গী অদুদা করিসু রারুনিংঙাই লৈরোই। ভাড়া লুপা মঙাদদা শাল্লিবনি, মদু নখোয়নদি মরিখক্তং পীয়ু; অদুগী তুংদা বাবু থবক-ইথাং অমা পায়রবা মতমদুদা মদু খন্নবা হায়বত্তুনি। মদুগীদমক্তা অমুক চিন্তা তৌবিরুনু মমৌ-ইবেম্মা, ঐখোয়গী য়ুম্বুনুপানা চৎত্তুনা সাহেবতা হায়জরুনি, মানবু অমুক য়ারোই হায়রকত্রদো। নখোয়গী অহল-লমনগী আশীর্ব্বাদতবু অদুগুম্বা মিংচৎ ফংলোইত্রদো।" হায়রগা কামিনীনা মরৈ ভিংখোক্তুনা য়েংলোমদা অমুক ওইরোমদা অমুক মঙক চৎলকই।

কিরণময়ীনা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ঈশ্বরনা নখোয়গী য়াইফহনবিগনি ইবেম্মা।"

মহাক্কী মাইথোংদা য়ুম্বুনুপীনা খওহৌদমা য়ুন্না অমুক্তং য়েংলগা হায়রকই, "তৌরিবা মতৌসি করিনো মমৌ-ইবেম্মা! অদুম্না নশম হাৎত্তুনা শিংগ্রেংগী সিন্দুর ফাওবা কোকহল্লেদনা! কৌটাদু অমুক্তা পীবকউ, হাপ্লিরমগে!"

কিরণময়ীনা মদুগীদমক হান্ননা খোরাং তৌরক্লবনি। মখুৎ ওইদু উৎত্তুনা হায়রকই, "নত্তে ইবেম্ম, শম হাৎপদা নত্তে। খুজিগা সিন্দুরগা ইমা-কালীদা কৎশিল্লুনা থম্লক্লিবা চহি ফারবনি। হৌখিবা চহিদা বাবু হিঙ্গনি হায়ব আশা অমুক লৈরুত্রবনি,—খুজিগা সিন্দুরগা কৎশিল্লুনমক অনি অদু করিগুম্বা মওং অমদা ভেক্ত-কায়দনা থমজব শুম্নিবনি ইবেম্মা।"

অসি হায়রগা মুংশা মপী অমা চোন্দোকশিন্নরকই, অদুগা মমিৎ কুপ্তুবমখৈ দিবাকরদা য়েংলকই. মহাক ঈকাইবনা নুংনাংবনা তপ্লেংনা কুচু থোক ওনখ্রে।

"মদুনিনে হায়রিবসি মমৌ-ইবেম্মা।" হায়রগা য়ুম্মুনুপীনম্মু মীনুংশি উৎতুনা হায়রকই, "অদুগা ঐখোয়গী আরকান্দম্মু কালী-মন্দির লৈ। য়োবগা পূজা-পাঠ অঙম্বা তৌজদুনা খুজিগা সিন্দুরগা লোশিল্লু মমৌ-ইবেম্মা. মদু নত্রবদি মীনা মওং মওং খল্লখিবম্মু য়াই। অদুগুম্বা হৌন-খঙদবনা থল্লবা আরাকানগুম্বা লম্মু মরোল অহুমসিদা লৈরমখিগদ্রনে। শুপ্পগী ঐখোয়বু কীবমক্কা শাসন থরমখৈ মরৈরিবনি, নত্রবদি—"

কিরণময়ীনা নোক্কুনা হায়রকই. "রাকম অদুমক্তনিদনা বাবুগা ওসি নিনি অসি খন্নরক্লিব।। নখোয়গী মিংচৎ কয়াগী রারী মহাক্কা শারৈ, মদু অমুক নহাক্কী মাংদা কমদোনা তমগনি। জংহাজদা কাখৎলকপদগী হৌনা ঐখোয় অনি কীবনা লোইরম্লবনি ইবেম্মা, করি থোক্লগদগে খনবদা। মদুদা ঈশ্বরনা—"

রাসি লোইশিনবা ক্ষংখিদ্রে, "কীরুনিংঙাই করি লৈ মমৌ-ইবেম্মা।" হায়দুনা কীবা ক্ষহন্দুনা য়ুম্মুনুপী চাওথোকচবনা মাইথোং মকা লাম্লক্লে অমস্তুং উনা উনা মবানি য়ুম্বান-কৈবান অরা-নুংঙাইগী রারীদা মুনখ্রে, কনানা হায়বা ঙমগনি মিনিট তরাগী মমাংদা শক কাওবা শুপথঙ খঙনরমদে হায়বা।

লাপ্তক্কা লৈরিবা চৌকিদা দিবাকর চংলকপগা কল্লখিবনি, অমুক হৌগৎখিদ্রে। কিরণময়ীনা মীনম্বা কয়াসি মতৌ কমদোননো চিংনবা লৈতনা চেনা পন্দনা ঙাংবা ঙম্বসি তানা তানা মহাক মওং অমদা পঙথরবগী মতৌগুম চপ্ য়ুংনা লৈ. অম্মুক কুইরবগী তুংদা খঙহৌদনা জ্ঞান তারক্কুনা মহাক হৌগৎতুনা মপালদা থোকখিগদবগী তৌরকপ-মক্তদা কিরণময়ীনা হায়রকই, "নুমিৎ চুপ্পম্মু চাবিদ্রে, অমুক মপালদা থোকপিরবোইরে?"

মদুগী পাউখুমদা দিবাকরনা হায়রকপা অদু ভাবা ক্ষংদে, অদুম্মু ভাবতি তাখ্রে। কিরণময়ীনা ক্ষিংনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মদু য়ায়োই।

মপ্লালদবু থোকপ্রবদি থুনা থক হঞ্জিল্লক্লোই হায়বা ঐ মূন্না থঙই।" য়ুম্মু নুপীয়োম্মদা ওনশিন্দুনা মাইথোং মকাদাম্না হায়রকই, "ইনেম-ইকু লৈত্ত্রে, লুহোংবদগী হৌনা মতম চুপ্পদা নুংঙাইজরক্লিবসি মতুগীনি! চাব-থকপগী-দমক হাৎন-শুনবস্তম্মী ইবেম্মা।" অমুক নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "ঐদনদি যেশ্বা উপায় তৌদুন নম-হাদুনা পীজবা ওম্মী য়ুম্মুনুপী, অতোপ্পা কনাগুম্বী নুপী অমা ওইরম্লবনি মচাক শুপ্পগী মপী ভাদুনদা লৈরমগনি, অদুগা চরা হেন্দুনা শর্দদা ভাইরমগনি।"

থাংওমদবা ঈকাইবনা দিবাকরগী মওক তশেংনা নোম্ন্থ্রে।

য়ুম্মুনুপীনা নোক্কুনা হায়রকই, "হঁানে বাবু, মভৌ অম্লুম তৌদুনা থওলে নথোয় অনি য়ুম্বানগদৌরিবা! ঐথোয়গী য়ুমদদি মদু য়ায়োই বাবু, মমৌ-ইবেম্মবু ওৎপ ঐ শুপয়া য়ায়োই, মদু হায়জহৌরিবসিনি।"

কিরণময়ীগী মাইথোংদা য়েংদুনা থওতৌদনা হংলকই, "হোয়নে মমৌ-ইবেম্মা, বাবুনা থওলে নভোন্দগী চহি হল্লিবোইনে, চহি লোঙ্গা মাল্লি,—মল্লা?"

কিনণময়ীনা থুদক্কা মওক নোমদুনা নোক্কুনা হায়রকই, "শ্যাগৈ-জাভূ অরাংবা মচান; ঐমক্কা হল্লমদবসি ঐগী লাইবক কবনি! মদু হোয়, চাওরাক্লা চহি লোঙ্গা কারগী ওইদান! মহাক পোকপনা শজিবুদনি, ঐ পোকপনা ইভাদনি—চাওরাক্লা থা অনিদুদগী হেন্না হনবা নত্তে। মী অয়াম্বুনা ঐমক্লা চহি হল্লমগান হায়রিবনি! হো ইমা! কয়াদা ঈকাইজগ্রবা!" হায়রগা কিবণময়ী থিক থিক নোকথোরক্লে।

য়ুম্মুনুপীদি নোকপা অসিদা য়াওশিল্লক্তে। থোইদোরদুম শককম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "শাগৈ-জ ত কবা ওমুংদবু ঈকাইনিংঙাই কঁরি অমুক লৈগনি মমৌ-ইবেম্মা! চহি তরাগী বরদা চহি য়াঙ্কেগী হনুবী লুহোংবম্ম য়াওই হায়না তাই। মদু ওইজ্রসনু মমৌ-ইবেম্মা, মদুগী নত্তে অদুদি ওইয়গা য়ৌবগা পূজা তৌদুনা থুজি শিজিল্লু. সিন্দুর হাপপু, নত্রবদি নুপী ওইবী ঐথোয়গীদি লৈমজদে হৌজিক অদুদি হৌগৎপ্রগে, নথোয় চাথোক-থক্তোক্লো. অমুক হন্না সন্ধ্যা মতুংদা লাক্লগা লাকপা হায়বদুনি।" হায়রগা য়ুম্মুনুপী কিরণময়ীগী থুয় উফুল লৌদুনা মকোক্তা হাল্লগা থোকপ্লে।

সতীশকী উমংদা বাস তৌবগী ফিভমদু ওসিস্ন চাংগুম অদুম লৈরি হায়বদি য়াই, অদুবু মহ ক্কী বৈরাগ্য সাধনাগী ঈচেলদুদি চৈরক অসিদা কয়া শাথিনা লম্বী ওন্নদুনা হাইদোক্কুনা চেনখ্রবগে হায়বা অদু মহাকপু থা অনিগী মমাংদা উখিবা মহাক অদুমক্কী মমিত্তা ঙেক্কা উগনি।

মশানা পামজনা লোইথাবগী দণ্ডি মশানা লৌজদুনা অচিকপা মরুপ-মপাং লৈত্তব, মকমসিদা মতোমদা লৈররিবা মীশক অদুমক্কা ফিজেৎ-ফৈতেংগী মাইকৈদা ইখঙ খঙহৌদনা অপাম্বা পোক্লকপগী মরম্মক্কা করিনো অমম্বুং কংগীদমক্কা উচেক্কী ঈশৈগী মহুত্তা ম চাক্কী ঈশৈগী খাত দু অমুক হন্না তংঙ্গ মম্নুংদগী মপালদা থোরক্লিবনো. বেহালা, সেতার, বাঁশী-নচিং-বা খোংননব যন্ত্রশিংদুমক করিগীনো, পৈশিন্দুনা লৈরম্বা মক্ষদু থাদোক্কুন মহৌশাগী মতৌগুম টেবিল মথক্কা লাক্কুনা পুল্লরিবা, মহাক্কী মমাই-মমিত্তা ভাবম্বা রাওথাংনবা মমিদুমক কমদৌদুনো মাংখ্রিবা—পুম্নমক অসি খল্লনিংঙাইনি হায়বা য়াই।

মক্ক ওইনা থা অনি-অহুমগী মমাংগী সতীশ অদু হৌজিক পাক হেক মশক খঙবা লুনা থোকপগুম্মী!

অদুবু অম্মুন্না শাথিন্না অঙকপা ফংবা য়াওল লাকপা অসিগী মরম অদু মকম অসিদা শুগায়না তমদ্রবস্নু য়ারম্বনি, অদুবু তুংদা সাঁওতাল-পরগনাগী মপাল নাইদবা ঈশিং-নুংশিৎকী মগুণ মীহৌদুনা অপঙবগী কাংবু কয়ামক্কুম চেনশিন্নরকদ্রা, মসিনি শুপ্নগী কীরিবদি।

মম্বম অদুনা ইঙ্গিত খরদং অসি হায়হৌবা দরকারনি, করিগুম্বা মাইকৈ অমতদগী লুহোংবগী রাকমদু হৌজিক ফাওবা ময়েক শেংনা হৌদোরক্লি, অদুবু মরি-মতা মরুপ-মপাংশিংগী মকমদা সতীশকা সরোজিনীগগী মপুক্লিংগী রাকমদু ময়েক লানা উনদবা লৈত্রে।

সরোজিনীগী মমা জগৎভাবিণীগী মথরায় য়াওজবমক্কা হীম্নম অসিদা খ্বাইদগী হেল্লি হায়বা অদু চহি অময়োমগী মমাংদা কলিকাতামক্কদা থঙলবনি। অদুবু থরায় য়াওজবা অমদি খোইরাংজবা খ্বাইদগী হেল্লি ছায়দুনা ওইরম্বা য়াই ময়ামল্লী মথক্কা তশেংনমক মহাকমক্কী থম্মোয়দা

চিংনজবগী মমি অমা তারিরা, কনানা খঙগনি লাইরিক হৈবগী ময়াইদা চাওথোকচরিবী মচানুপীনা মতম চুপ্পদা হৈনজরক্লবা সমাজ অমদি সংস্কার থাদোক্লুনা সতীশপু লৌশিল্লু হায়বা য়ানিংগদ্রা য়ানিংলাইদ্রা! হন্দক্তা মহাক মাগী মপাম শান্তিপুরদা চৎলুই, হেক হল্লকপগা রাক্‌ম অদু মহাক্কা লোইশিল্লগনি হায়বা অসিগুম্বা ইঙ্গিত অমা চৎলমদায়দা জগৎ-তারিণীনা ক্ষোঙদোক্লম্মী।

অয়ুক্কা সতীশনা বেহালাদা ভার নৌনা তিংলি, বিহারীগা লোয়নদুনা ভদ্রলোক অমা লাক্লুনা থুংলরে। মহাক জ্যোতিষবাবুগী য়ুমগী সৎকার হিসাব শুবা মী) নি। জগৎতারিণীগা লোয়নদুনা শান্তিপুরদা চৎলুবনি, মহাক্কা লোয়নদুনা অমুক হল্লকমিন্নবনি।

সরকারনা নমস্কার তৌবগা খঙহল্লকই, "ইমানা অদোম্বু ঙসি লুক হাবিরনবগী নিমন্ত্রণ তৌবা থাবিরকপনি।"

পাউ অসি তাবদা সতীশকী থম্মোয়দা তিং পানখ্রে, হায়রকই, "মহাক কৈদৌঙৈ হল্লকপগে?"

সরকারনা হায়রকই, "ঙসি হুম্নি শুরে।"

চাওরাক্ল ঙসি তরুক-তরেৎনিমুক শুরে সতীশ মাইকৈ অদোমদা চৎলুদবা! মখোয়গী মরিদু থোইদোক্লা ময়েক শেংলকপা মতুংদগী জ্যোতিষবাবুগী য়ুমদা মতম নাইদনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা মঙোন্দা ঈকাইনা থোকখি। হায়বকই, "ফরে. ঐ পুং তরা-তরামাথোইগী মমুংদা য়ৌরক্কনি হায়না ইমাদা তম্বিয়ু।"

"ফনি আজ্ঞা", হায়বগ নুপা অদু নমস্কার তৌরম্লগা চৎখ্রে।

সতীশতা নিমন্ত্রণ তৌহনবা থাগ্রবসু চান-থরুবগী কবিগুম্বা মওং অমতগী থৌরাং তৌদনা জগৎতারিণী নিংঙাইদনা লৈখোক্লম্মী। মরমদি সতীশ সন্ধ্যা মমাংদা লাক্লোই হায়না মহাক্কা থাজরম্মী। হৌজিক সরকারগী মচিন্দগী পাউ তাবদা মহাক খিঙ্গৎলক্লে অমসুং শাওগৎলক্লে।

ঙসি একাদশীনি। মহাক মশাগীদমক্তদি কনিগুম্বা মওং অমতদা থৌরাং তৌরুবগী দরকার ওইদে. মহাক্কী চাক ঈশিং থোং-থাকপগী থবক তৌরিবী লুপ্রাবী বামোন নুপীদুসু নুমিৎ নিনি-হুম্নিদগী শান্তিপুরগী কল্যাণদা ম্যেলেরিয়ানা নাদুনা হোগৎখিজ্রে।

থোইদোক্না রাবোরক্লুনা সরকারদা হায়রকই, "নহাক্না অয়ুক্তা চাম্বনবা রা হায়রুরিবা করিগীনো? নহাকপু নবুদ্ধি করিমতা লৈতব্রা?"

সরকারনা কৌথি-কিরুম্বনা হায়রকই, "ঐনা হায়জরুবা নত্তে, মহাক মশামক্না অয়ুক্কী র' তাকপিরকপনি।"

জগৎতারিণীনা মতমদুদা শাওদুনা য়াথং পীরকই. "অদু ওইরবদি নহাকমক চৎলুরো ইবুংঙো, ঙ মশা নাদবা কদায়দগীনো খরা থুনা লৈরুচো!"

ঙসি অয়ুক্তগী হৌনা মহাক্কী মপুরিং চরাং-থোইরাংনরকপগী মরম লৈ। সতীশত নিমন্ত্রণ তৌহল্লুনবা থাগ্রবা মতুংদা ঙরাং অহিং খণ্ডহৌদনা শশাঙ্কমোহন অমুক হন্না ফুৎ ফাওরক্লুনা লেরি হায়বা পাউ অসি মহাক্না ফংলম্মী। মুপা অসিবু হেঙ্গিন্না সাহেব শাবগীদমক মহাক্না কারগুম্বা নুমিত্তম্মু হন্না য়েংনিংলুদে, অমম্মুং মরু ওইনা মহাক্না সরোজিনীবু লুহোংবা পাম্মী হায়বা তাখিবা মতম অদুদগী মুপা অসিবু মহাক্কী মমিত্তা হু ওইরক্লিবনি। নুমিৎ কুম্লিরোমগী মমাংদা করিনো থোদোক অমগী মমিংদা কলিকাতাদগী মফম অসিদা লাকখিবা মতমদুদা জগৎতারিণীনা মঙোন্দা মওং অমদা ময়েক শেংনা হায়বিগ্রবনি, মহাক্কী মচানুপীগা লুহোংবা ওইথোক্লোই হায়বা। অদু ওইরবম্মু ঈকাই-নাইদবা মুপা অদু রা-লাং ঙাংদনা অমুক লাক্লুনা লৈররে তাবমক্তদা থম্মোয়দা চিংনবনা চক চক থিল্লক্লবনি। মতুদা নত্তনা, পাউ অসি অয়ুক খরা ঙন্না খঙলম্বা থোক্লবদি ঙসি সতীশতা নিমন্ত্রণ তৌহল্লুবা থারমদবা য়াই। পাউ অসি মতম চানা মঙোন্দা করিগী খঙহল্লক্লিদ্রে-নো হায়দুনা মহাক্না জ্যোতিষতগী হৌদুনা মীনাই-মীশল ফাওবা পূম্নমক্কী মথক্তা ব্রারোরক্লিবনি। সরোজিনী মপালগী ড্রোইং রুমদগী থোবক্লগ করিগুম্বা মওংদা মমাগী মিৎয়েংদগী নাম্থোক্লুনা মথক তম্না চৎলকই— শশাঙ্কমোহন লাকপা মহাকম্মু খঙলমদে। অদুবু জগৎতারিণীনা হঙ্গিল্লক্লুনা লেপ্লগা খোঙদগী তোন ফাওবা ঙাইহাক তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্লগা ফোঙদোক্তবা অশাওবগী খোম্থোক্তা হায়রকই, "কোইরুরেদনা? হৌজিক খোঙউপ-নোংউপতু মিৎকুপ অমতম্মু থম্মুদমা নুপীমচা! সতীশ ঙসি সিদা চাক চারগদৌরিবনি, ঐ ইশানা থোংলুদ্রবদি নখোয়গী খ্রীস্টানগী য়ুমসিদা মহাক ঈশিং ফাওবা

থকউ য়ারোই। চৎলো, ঘাগবা-নুংঙ্গরাদু হোংদোক্লগা ঐগী চাকশঙদা লাকউ। হন্নুবী নমাগী মতেং খিত্তং পাংলবদা নথোয়গী যীশুখৃস্টনা শাওরক্লোই নুপীমচা, চৎলো।"

মমানা শাওরক্লবদি মতৌ কমদৌনা মৈগী মূর্তি লৌরকপগে অমসুং অচুম-অরান বিচার থিদনা মচিন্দা থোম্বকপা ঙাংলক্লদগে, মদু খঙনদবা কনাম্ম লৈতে। সরোজিনীনা নুংশুক নুংঙ্গাননা হায়রকই,"ঐ ডৌজিকমক্ লাক্লগে ইমা।"

অদুবু মমাগী অশাওবা মদু শম্না অমা কাওবা ঈংথদ্রে ; হায়রকই, "লাক্লুনা ঐগী কোক শায়বিরগে হায়রিব্রা ইবেম্মা? চহি তরাতরেৎ-তরানিপাল হায়রবী নিঙ্গোল নঙনা হৌজিক কাওবা চেং খুয়া অমতসু লৈবা হৈত্রি। ঐ খায়সু লাইরবা ইমুংগী নিঙোল নত্তে ইবেম্মা, অদুবু চহি মতাংদুদা য়ুম পুরবনি। বামোন নুপীদু ঙসি করিগুম্বা তোকখিবা তারবদি ঐহাক চাব-থকপা ফংদদুনা বংশি লিগনি। য়ুম পানবদা ধর্ম্ম-কর্ম্ম লৈত্রবা য়ুমদ ইচ-ইশু পোকউবসি অরেম্বনি।" অকনবা রা অসি থোইদোক্লা কনশিন্ন ঙংদুনা জগৎতারিণী মচিন পৈনা চৎখিদুনা চাকশঙদা চংখ্রে। অদুবু মশাগী মচানুপা নুপী অমসুং ইমুংগী আচার-ব্যবহারগী মথক্তা অসুক থম্মোয় শোক্ল রারোরিবা করিগীনো হায়বা মহাক্কী হৌখিবা ইতিহাসতগী কন য়াম্না খঙবা ঙমগনি।

জগৎতারিণীগী নোঙ্গাব্রবা মপুরোইবা পরেশনাথ উকিল ওইদুনা মপাল নাইদনা শেল তান্দু সু চহি য়াম্লক্লবদ কাহেম্না শেল তান্নিংবগী আশাদা বেরিস্টর ওইননবা অচেৎপ রাশক লৌখি, মতম অদুদা মাগী নুপীনা কপচ-লাওক্লদুনা, চরা হেন্দুনা মরাইবক শুগায়জদুনা লোইবা নাইদনা মঙংদ অপংব পানবা ফনা হোৎনদুনসু মাইপাকপদি ঙমখিদে। পরেশনাথন কবিগুম্ব র অমতা তাবিখিদে। জগৎতারিণীবু চহি তরানিথোইদা ঙাইরিবা মচানুপা জ্যোতিষ অমসুং চহি তরুক্তা ঙাইরিবী মচানুপী সরোজিনীগ লোয়নন মরৈবাক্তা থনমদুনা বিলাত্তা চৎখি। অহানবা নুমিৎ থরানদি জগৎতারিণী তশেংনমক ঙাওরি-ফৈরিবগুম্মী, অদুবু তুংদা হাংগী কিভমদা হুঞ্জিল্লক্লুনা নায়েব-গোমস্তাগী মতেংনা বিষয়-সম্পত্তি য়েংশিনবগী থবক তৌরম্মী। অদুবু, মপুরোইবগী

মাগী থম্মোয় পুন্সিগী ওইনা কায়খি। মতম খরগী মতুংদা পরেশনাথ বেরিস্টর ওইত্তুনা হল্লক্লগা আশা তৌরম্বত্তদগী হেন্না শেল তাল্লম্মী, কলকাতাদা নৌনা বিল্ডিং অমা শাহুনা অনৌবা মওংদা কা-মুং লৈতেংবা হৌরম্মী, বোয়-বাবুর্চি থম্লম্মী, অত্তুবু জগৎতারিণীদি মনা-মনিল নাইদনা খায়দোকখিরম্মী মপুরোইবগী ইমুংগী থবক্তা শীংফৈ অমা ফাওবা য়াও-খিদে। মতৌ অশুম তৌহুনা নোংমা মতৈ-মনাও কায়নবগী শাথিবা মওং লৌরকখি, রা ভাংন-শরুবদি হান্নানা লেপথ্রবনি। পাউ লৌনবা ফাওবা চাওরাক্লা তে'ক্লরকই।

নোংমা জ্যোতিষনা চংলক্লগা হায়রম্মী, "ইমা, বাবানা ঐবু বিলাত্তা থাবা পাম্লি "

চিংনবা অসিদি মমাগী লৈরক্লিবনি, মহাক্লা থোইদোক্লা পুকচেল কনশিন্ন হায়বম্মী, "কৈদৌঙেনো ?"

জ্যোতিষনা হায়রম্মী, "থা অনিয়োমগী মনুংদা ওইরবা য়াই।"

"ফরে." হায়রম্রগা মমা মাইথোং মকশিন্না অতোপ্পা মকমদা চংখি। বিলাত চংপগী নুমিৎ অত্তু মহাক থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মী, থিংলিবা থোঙ-হুগী মপালদগী খুরুমহুন জ্যোতিষ খিদায় লৌরগা চংখি। পরেশনাথ সরোজিনীগা লোয়নহুনা বোম্বাই ফাওবা থিন্দোকলুই, হল্লকপদা জগৎ-তারিণী শান্তিপুরদ, মপামদা চংগ্রে হায়বা তারম্মী। মরম থিজিনবদগী খঙলম্মী, চৈয়ক অত্তুদা মহাকী মকুবোক অতোম্বা গোবিন্দবাবু উনবা লাক্লম্মী, অত্তুবু য়ুম অসিদা চাখি-থকখিদে। মরম অত্তুনা মাগী নুপীনা য়ুম থাদোকখিবগী মরম খঙবদা মঙোন্দা মতম চংখিদে।

লৌহল্লুনবা মী থারম্মী, অত্তুবু জগৎতারিণী লাকখিদে। পরেশ-নাথনা সরোজিনীবু বোর্ডিংদা থমখি অমসুং প্রাকটিস থাদোক্লুনা অহাংবা য়ুমহুদা অঙকপা থোঙং তৌবা হৌখি। জগৎতারিণীনা মপামদা লৈবদা মপুরোইবগী লৈখা তারকপগী রারী পুম্নমক তাবম্মী, অত্তুবু থাম্মুনবা শুপহোৎ হোৎনখিদে। মহাকপু ইমুং-মনুং অমদি সমাজগী মপালদা চিংহুনা পুথোররক্লগা হুন্দোক্লুন। চংখিবা মপুরোইবগী মথক্তা জগৎ-তারিণীনা রারৌবগী শুমথৈ লৈখিদে।

মতৌ অম্ন্না শাংলবা চহি মঙা হৌখি। জ্যোতিষনা হল্লক্লগা মমাবু লৌরবা চৎলুই, অত্তুবু মমা থোঙকম লেংখিদে, য়ুমদা হল্লকখিদে।

কপতুনা হায়রম্মী, "পূম্নমক তারেদন। জ্যোতিষ, হৌজিক নখোয়না শুংঙাইগদবা মওংতুদা লৈরুরো নুপামচা, অদুবু ঐবুদি নরক অদুগী মরক্তা অমুক চিংলয়রম্মু—মদু ঐ খাংবা ঙম্মোই।"

জ্যোতিষনা হায়রম্মী, "ঐখোয় তোংঙান্না ভাড়াদা লৈগনি ইমা, নহাকপু য়ুম অদুগী মম্নি ফাওবা নেংহল্লোই। ঐনা তাল্লকপা শেল খরতুনা ঐখোয় রারবস্নু-নংলবস্নু করিগুম্বা মওং অমদা লেনবা য়াগনি, নহাক লাকও।"

য়াম্না রানা হোৎনরবা তুংদা জগৎতারিণীনা য়ারম্মী অমস্তুং মচানু-পাদা কলিকাতাদা তোংঙান্না লৈফম থিনবা হায়রগা চৎনবা থৌবাং তৌরম্মী। জ্যোতিষনা চয়োল অমগী মতুংদা হল্লক্তুনা লৌরগনি হায়রগা মমাগী মফমদগী বিদায় লৌতুনা চৎখি। অদুবু অদুক হাক্লা থিম্নরুবগী দবকার ওইখিদে। সুমিৎ মঙানিগী মতুংমক্তদা মহাক হল্লকখি, অদুবু মখোংগদা করিমত্তা তোংদে, ফুব্বিৎ লিৎতবা হকচাংদা শাল অমা য়েৎ-শিন্দুনা ইল্লি, মদু উবদা জগৎতারিণীনা খঙলাও লাওনা কপখৎলকখি। জ্যোতিষ কলিকাতাদা থুংলুবা সুমিৎ হুম্নিশুবগী অহিংমক্তদা ইখঙ খঙ-হৌদনা থম্মোয় লায়নানা পরেশনাথ শিখি।

খাংঙমদনা রায়ৌতুনা নোংমা জগৎতারিণীনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবম্নি, শাংলবা চহি মঙাগী মতুংদা নোংমা অমুক কপ্পা কপ্পা। ময়ুমদা হল্লকখি, অদুবু মপুয়োইবম্মা মীরল্লেন অসিদা অমুক উনখিদে।

মচানুপীবু স্কুলদগী তোকহন্দুনা য়ুমদা পুবকখি, অমস্তুং মহাক্কী খোঙদগী তোন ফাওবা হন্না হন্না য়েংলুবদা নু শাখিবনা ঙকপনা নুংবংনখি। জ্যোতিষপু মরুমদা কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "নচলনুপীবু করম্বা কালদা লুহোংবিগদৌরিবনো হায়বু তাসি ?"

জ্যোতিষনা মমাগী মপুক্লিংগী ভাব খঙতুনা নোক্তুনা হায়রম্মী, "মঙোন্দগী য়াম্না হেন্না চাওরবা নিঙোল ফাওবা লুহোংলি ইমা, নহাক চিন্তা তৌরুম্নু।" জগৎতারিণীনা চঙক্লনা মমিৎ য়েংখৎলক্লগা হায়রকই, "চিন্তা তৌদনা কমদৌনা লৈগনি ! নখোয়গী পাবুংনা তৌখিবা অদুদি হজিনবা য়ারোই হায়বা খঙই. অদুবু ঐনা হিংতুনা লৈরিঙৈদা বামোন নিঙোলবু মুসলমান খ্রীস্টানশিংগী মখুত্তদি শিন্নবা ঙম্মোই, মদুদা ইচানুপী

লুহোংবা ফংলে ফরে অদুগা ফংদ্রে ফয়ে। নহাক্কীদমক্তদি থদ্রে, প্রায়শ্চিত্ত অমা তৌরগা য়াগনি— মদুগী নিয়ম ঐ কাকাগী মফমদগী খণ্ডলক্লবনি, অদুবু প্রায়শ্চিত্ত লিশিংলক তৌরগা নিঙ্গোলগী চহিদু হঙ্গহনবা য়াগদ্রা ? মদুগী উপায় লৈখিগদ্রা ?"

জ্যোতিষনা হায়রম্মী, "নহাক্না চহি হঙ্গহনবিরুদবা য়ানি ইমা, অদুবু নুমিৎ নিনিংংদি ঈংথবিখো। ঐনা অক্ষা বামোনমচা পুরক্লনি, নহাক মুসলমান খ্রীষ্টানগী য়ুমদা থিরুদবা য়াগনি।"

জগৎতারিণীনা শাওদুনা হায়বম্মী, "অমুকন্তু ঈংথখো হায়রিব্রা জ্যোতিষ ?"

জ্যোতিষনা খুম্নম্মী, "দোষ ঐগী নত্তে ইমা, ঈংথবিখো হায়জবদুম অরানবা ওইগনি। দোষতি নহাক্না বাবাগগীনি। ঐদি মীরৈবাক্তা লৈরুবনি।"

রা অসি অচুম্বনি, মদু জগৎতারিণীনা মপুক্লিংদা খঙ্জৈ, অদুবু অফবা বামোন মচা কদায়দা কমদৌনা থিবা কঙ্গদগে হায়বস্তু খনবদা লাম্বা কংলমদে। হায়রম্মী, "সুম্না কৈ খনবদু তৌ নুপামচা, অদুবু ঐদি মসি পূম্নমকসিগী মরক্তা লৈতে হায়বা হাম্মনা হায়বিরিবসিনি।" হায়রগা থম্মোয় পুঙমদনা মথোদা চৎখি।

প্রায়শ্চিত তৌরগা জ্যোতিষনা মপাবুংগী শ্রাদ্ধ শোনখি।

মদুদগী ইকুই কুইদনা বর ওইবা য়াবা বিলাত্তগী বাঙালী সাহেব অমা থেংনখি। বেরিস্টর পাস তৌরগা মহাক চহি অনিগী মমাংদা মরৈবাক্তা হল্লকখিবনি।

শশাঙ্কমোহন কুচু মুই, সোনচৎতি বৃটিশনি—মহাক বাংলা ঙাংবা ময়েক শেংদে, ইংরাজী ঙাংবা লাল্লি। মতম থরদংগী মনুংদা নিয়ম নাইনা চংথোক-চংশিন তৌরম্বদগী নিয়ম নাইরকখিদে অমসুং সরোজিনীগী মাইকৈরোমদা মপুক্লিংগী ভাব ময়েক শেংলমদবগী ময়েক শেংলকখি।

জগৎতারিণীনা পর্দা মরুমদগী ওইরগদৌরিবা ময়ানুপাদু উরুবদগী শাওবনা মৈ তৌখি ; অমসুং মদুগী অশাওবদু মচানুপীগী মথক্তা হৈথখি। মহাকপু অচিকপদা কৌশিল্লগ চৈদুনা হায়রম্মী ; "নঙনা ঈকাই-খঙদবাগী মতৌঙুম মীতোপকী মমাংদা হেক্তা থোক্লিবসি করিগীনো হায়য়ুদনা ?"

সরোজিনী ঈকাইবনা তৌকৃম খঙদনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরম্মী। শাওরবী মমানা অমুক করিমঙা হায়রমদন। খোঙথাং কন্না থাংতুনা অত্তোপ্পা মকমদা চৎখি। অদুগী তুংদা শশাঙ্কমোহন কয়ারক হুন্না লাকখি, অদুবু মহাক্না মশুংলাংগীদমক লাকচরিবা মীশক অদুদি উবা ফংলমদে। মমাগী অচেৎপা রারক নিংশিংদুনা সরোজিনী থোইদোক্না চেকশিন্না মকুমদা লৈখি। জ্যোতিষনা মদু উদুনা নোংমা মচলনুপীদা হায়রম্মী, "সরো, হন্দক-মরক নঙ অস্নুম্ন কেৎচেন চেন্দুনা লৈরিবা করিগীনো?"

সরোজিনীনা মকু লুকথদুনা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা হায়রম্মী, "ইমা —" অতৈ করিস্নু হায়নিংঙাই লৈখিদে. জ্যোতিষ তুমিন্না চৎখি। য়ুম অসিদা রাহৈ অসিমনা লোইরে।

চাওরাক্লা থ অনিগী মতুংদা নোংমা অয়ুক্তা নুপা অদুগী মাইকৈগী ওইনা রাকম অদু পুদুনা জ্যোতিষনা মমাগী মনাক্তা চংলুবদা মহৌশাগুম মীয়া-মীশা তারম্মী।

মচানুপা তুমিন্না লৈখিবা উবদা মমানা খজিক্কং মপুক্লিং ঈংথরক্লুনা হায়রম্মী, "ফরে, নখোয়স্নু বিলাত্তা লৈরুইদনা নুপামচা, অদুবু মাগী মতৌগুম্নকপ্রনে?"

জ্যোতিষনা তপ্না তপ্না হায়রম্মী, "পূম্নমক মওং অমতা ওইবা নত্তে ইমা, কনা কনাগুম্বনা খরমখৈ মওং অম তৌখিবস্নু য়াওই। অদুবু মদুনি হায়দুনা অসিগুম্বা মীশক খুৎতগী নাম্হোকহনখিবদি ফত্রা? শশাঙ্ক বেরিস্টর পাস তৌরবনি, মসিগী মরক্তা মীতৌ খরমখৈদি তম্নক্লে, লুহোংবদা সরোজিনী মতিক চাদবগী মখুত্তা তাখিবা ওইগনি হায়বদি ঐদি খন্দে ইমা। লোনচৎ-শাজৎতা খরমখৈদি খেন্নৈ, মদুখক্তু করিগুম্বা ঙাকপিবা গুম্নবদি ইমা, তুংদ য়াইফবা ওইরকপস্নু য়াই।"

মমানা হায়রম্মী, "ঐনা হায়রিবদি জ্যোতিষ, মসি করিগুম্বা নুমিত্তস্নু ফরকদবা লৈত্রে। মদুগী মথক্তা মীরৈবাক্তা চৎলুরগা মীরৈবাক মচা ওনথ্রবা মাবুদি ঐনা করিগুম্বা মওংদস্নু থাজরুবা ঙম্মোই। অদুগা মসিনা করি রানোনে, হিন্দুস্থান্দা চৎলবদি হিন্দুস্থানী ওইগদবনি, কাবুলদা চংলবদি কাবুলি ওইগদবনি, কটকতা চৎলবদি উড়ে ওইগদবনি— নত্তে নত্তে জ্যোতিষ, নঙনা মাবু বিদায় পীথ্রো নুপামচা। মা মী নত্তে—

য়োংগনি। য়োংগী মখুত্তদি ঐ মাই ওগায়হনা শিজবা তাবহন্দ্রু ইচাস্কুগী পীবা ওন্দ্রোই।"

কনাগী মরমদা মত কোত্তদোকপন্দু জগৎতারিণীদা মতম চংদে, মতৌ অশুম্বা মহাক্কী কোত্তদোক্লিবা মতামত মপুংফন্দু নিংজিং-মাংজিংনবা ওপচেন চেন্দে। মতুদা নত্তনা, মহাক্না মপুরোইবমকপু কাওবা থাদোকপা ওমগ্রিবা মরাল অদু মহাক্না করিগুম্বা মীহৌবা অমত্তদস্থু থাকপিরোই হায়বা তশেংনা খঙদুনা জ্যোতিষ তুমিন্না চৎখি, অদুবু ওাইহাক্কং লৈরগা হল্লক্লগা হায়রে, "ইমা, ঙা অমদি অদুম ওইনমক খন্থদুনা য়েংনিংঙাই লৈ।"

মমানা হংলম্মী, "করি ঙানো?"

জ্যোতিষনা হায়রম্মী, "সরোজিনীদা নখোয়না পীবিরক্লিবা শিক্ষাগী মতুং ইন্না মাগী অয়াবা য়াওত্রবস্থু থবক চৎনবা য়ারোই। মতুনা থাইদগী ফত্তবা থবক ওইগনি। অতাং ওইরিতেদগী মাগী থৌদাং নখোয়না লৌরকখিদে, মীরৈবাক মচা মেমশিংগী মখুত্তা শিন্নরকখি। হৌজিক চাওরাক্লবদা মাগী মপুক্লিংগী লৌচিং মাইকৈ কদোমদা লৈবগে, মতু খঙবদি অরুবা নত্তে ইমা।"

জগৎতারিণী তুমিন্না লৈরম্মী।

রাকম অসিবু মহাক্না মপুক্লিংদা য়ানিংলুদবস্থু ওন্নমদে, অদুম ওইনমক, কোত্তনা য়াক্লবস্থু ওইথোক্কে।

ওাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রম্মী, "করেনে জ্যোতিষ, নখোয় পুম্নমক করিগুম্বদা সাহেব-মেম ওইবা পাম্নবদি ওইরো, অদুবু মতুগী মমাংদা ঐখু কাশীদা থিনবিয়ু। ঐ অসি য়োনা খাংলক্লবনিনা মসিস্থু খাংবা ওমগনি।"

জ্যোতিষনা থুনা য়াংনা নোম্থদুনা মমাগী থুয়া-উফুল লৌথদুনা মকোক্তা ছাপ্লগা হায়রম্মী, "মতু ওইরবদি ঐস্থু কাশীদা চৎতুনা লৈরুগনি। ইমা থাদোক্তুনা ঐ কদায়দস্থু লৈবা ওন্দ্রোই, মতুদি ইরৈবাক্তা হেক হল্লকপদগী লেপ্লবনি ইমা।"

জগৎতারিণীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। মহাক্কী মপুক্লিংগী মৈচাক পুম্নমক মিৎকুপ অমতদা মুৎখিদুনা ঈশিং ওনগ্রে। য়াম্না লুংশিবিবগা লোয়ননা মচানুপাগী মশক য়েংদুনা ওাইহাক লৈরগা লুংশা মপী

হোন্দোক্লগা হায়রম্মী, "নত্তে মুপ্পামচা, মগুনা ঐখোয়গী কাশীগী য়ুমহু খালি তৌ হায়দুনা চিঠি ইখো। ঐ পুন্সি চুপ্পা লৈশিন্দুনা ইশাগী মত মতুং ইন্না নখোয়বু ওৎতুনা লৈবা অদুগুম্ব চুমদে, দরকারম্ব ওইদে।"

জ্যোতিষনা নোক্তুনা হায়রম্মী, "মদুমক করবনি ইমা, চৎলসি, ঐখোয় লোইনা চৎতুনা কাশীদা লৈরুরসি।"

মমা-মচানা কলিকাতাগী য়ুমদা মথক্কী অসি ঙাংনখিবা নুমিৎ অদুগী মতুং খরনিদং লৈবগা উপেন্দ্রনা সতীশপু পুদুনা জ্যোতিষকী য়ুমদা লাক্তুনা থুংলখিবনি। মদুগী মতুংগী রারীদি পাবিরিবশিংনা খঙবিদবা নত্রে।

জগৎতারাণীনা সতীশপু য়েংলম্মী। মহাক্কী ঙকশমদা উরিক অচৌবা শি, মহাক সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌই, মহাক মুসলমান্না শোকপা পাউকটি বিস্কুট চাদে, মহাক মতিক-মযাই লৈ, আচার-ব্যবহার নাই, মহাক্কী মপাগী লনয়াম অমা পৈদুনা লৈ—জগৎতারিণী তশেংনা নুংবংনত্রে। অদুগী তুংদা অসুম অসুম ইঙ্গিতনা করিন ভাব ভাবম্মী, মহাক বিলাত্তা চৎতুনা পাস তৌরুদ্রবস্মু, অদুদা নত্তনা অসুক হাক্সা কুসংস্কার লৈদুনসু মচানুপীগী মপুক্লিংদা য়াংদবা লৈতে হায়বা, কন্নানা খঙগনি ওইরম্বা য়াই মহাক্না মপুক্লিংদা—মতম অদুদগী হৌনা জগৎতারিণীগী মমিত্তা চিংনবগী শক্লোন অমুক হোংলকখি অমসুং মতম অদুক কুইনা ওমদুনা লৈরক্লবা মৈচাকসু অচম্বা লম্বীদা কাখৎনবা লম্বী ফংখি। সতীশনা ইমা হায়না কৌবা মিঙ্গৌসু মাগী লাইবক্তা ফংখি।

অদুবু মদুগী মতুংদা ফনা কুইরবা ফাওবা সতীশপু অমুক উবা ফংখিদে। মদুগী নুমিৎ খুদিংমক অদুন জগৎতারিণী অকা-অপূন্নরম্মী, অদুম ওইনমক মশানা খাংঙমজদবা ওইদুনা মসিগী মরমদা করিগুম্বা উপায অমা থিদুনা পুবরবগী হোৎনবসু তৌখিদে। মহাক্না যাম্না কীজবা অমা লৈ, ফনবা হোৎ কুবদা তুংদা থোইদোক্না নুংশাইতব পাউ তাগদ্রা হায়বগী।"

মহাক্না মপুক্লিংদা খঙজবম্মী লুহোংবগী অক-ফত্তা পূন্নমক মহাক্কী মচানুপীগী মতামতকী মখ পোন্দে। মবমদি সতীশকী অহল ওইন্নবা মপাকু হৌজিকসু হিংলি। কন্নানা খঙগনি, মহাক্না করি হায়রকদগে। মদুদা নত্তনা সতীশ মশামক বিলাত্ত য়োক্লববা হমুংগী নিঙোল লুহোংবা পামদদুনা তুংহল্লখিরোই হায়রুগীসু থেইদোক্না রুরিস্ম অরেপ্পা লৈব নত্তে।

মতৌ অমুম্ন' মতম শাংন্না য়ানা. অমদি মুংন্মাংনা .লেল্লকবদা নুমিৎ অতুদা খঙহৌদনা .বৈদ্যনাথতা লাক্লপদা সতীশ্ন কমত্থুনা য়ারী শাত্থুনা লৈরম্মা থেংনরকই, মতম অতুদা হয়াওবনা মহাক্না মমিত্তুগী পী শিন্থরকই। সতীশন' চংশিল্লক্লগা খুরুমত্থুনা খুয়া-উফুল লৌরে।

মহাক কলিকাতাদগী চেল্লক্লুনা লোন্না বাস তৌত্থুনা লৈরি। সুরোজিনীমক্না মহাকপু থেংনরকখিবনি হায়বা জ্যোতিষন। য়ারী লিত্থুনা মমাদা তাহল্লি। মচানুপীগী খুদোংথিবগী য়া তারগা মহাক্না সতীশকী মকোক্তা মখুৎনা নানবিত্থুনা মশীং থিওংদনা আশীর্ব্বাদ পীবিরকই, অমসুং থোদোক অসি ইংরাজী তমত্থুনা ইংরাজগী মতৌ তম্ববু লিশিংলক চৈরগা হায়রকই,"ইবুংঙে, সতীশ. নহাক্না ইচানুপীবু কনবিখি হায়বা য়াকম অসি মখোয়ন করিগুম্বা নুমিত্তসু কাউদব; ওইসনু। অত্থবু জঙ্গল মমুংদা নতোমদা লৈরিবদি করি দরকারগীনো সতীশ? নহাক্তি ইমুং অসিগী অঙাংনি, ঐখোয়না মকম অসিদা লৈরিবমথৈ য়ুমসিদা লাক্লুনা লৈরক্রিবা করিগীনো?"

সতীশনা নোক্লুনা হায়রকই, "নুংঙাইনা লৈ ইমা। ঐগী য়ুমত্থদা করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমতা লৈতে।"

জগৎতারিণীনা হায়রকই, "নুংঙাইম্নোই হায়বগী নত্তে ইবুংঙো, ইতোমদা লৈবা হায়বসি খুদোংচাদবা য়াম্ন' লৈ য়ুম অসিদা কা য়াম্না হাংত্থুনা লৈ, নহাক লাকও। ঈশিং-নুংশিৎসু মকম অত্থগা মকম অসিগা অমহানি।"

সরোজিনীনা হায়রকই."মত্থ ওইরবদি মহাক্তি জাত তারগনি ইমা!"

জগৎতারিণীদি মতম অত্থ ফাওবা মমুংগী য়া খঙলমদে, মপুক্লিংদা য়ারৌত্থুনা হায়রকই. "নুঙদি য়াম্না খঙ-হৈবী নুপীমচানিহাই সরো! করিগীনো. ঐখোয়না করি তৌত্থুন' জাত তাগদোরিবনো? নত্তে ইবুংঙো সতীশ, নহাক মাগী য়া থ'ঙরুন্ন। অত্থগা মত্থ করিগুম্বা ওইবা তারবদি, উপেন্না মৌ পুবক্লুনা ঐখোয়গী য়ুমদা অত্থক কুইনা লৈরখিবত্থ কমদোনেনো? কদায় মখোয় জাত তারিবদি? নঙন' অত্থম্না ওইদবদা মাবু চিংনহনগনু হায়রিবসিনি"

সরোজিনীনা মমাই লৈথে'ক্লুনা নোক্লকই; সতীশনা হায়রকই, "নত্তে ইমা, জাত তাগদোরিবা করিগীনো? ঐদি চাওরাক্না নুমিৎ খুদিংগী জালিক্লিবনি, মুংদাংগী চাকসু ঐদি য়ুম অসিমক্তদা চারিবনি।"

অসি ভাবদা জগৎতারিণীনা মক্তুক্কিং পেঙ্গরহুনা হায়রকই, "মহুক্ লাক্কদবনি ইবুংঙো। মক্ক ওইনা ঐ লৈরিবমখৈদি ঐগী নাক্তা মহাক খুংঙগী চাক চারগদবনি।"

অসি হায়নগা মহাক খুদক্তা চানবা লাংলুনবা অতোপ্পা মকমদা চৎথরবদা সরোজিনীনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা ঈশৈ ওন্থিগনি হায়খিবদায় ?

সতীশনা হায়রকই, "ঐদি নুমিৎ খুদিংগী লাক্লিবনি, ওমগে হায়রবদি য়াবনি।"

সরোজিনীনা হায়রকই, "অদোম্বু লাক্লবদি ভদ্রলোক খুদিংমক অদোমগী ঈশৈ তাবা লাকই— মহুগী মরক্ত খঙজয়ে তম্বা য়ানিবে ?"

সতীশনা নোক্লুনা হায়রকই, "নৌ এডমিশন হায়হুনা থোঙ্গালদা চৌকিদার কর্মহন্দুনা থম্বিগ্রিবা করিগীনো ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "মহুগী শক্তকপুদি ইমামা হায়রমহু ভৌবিয়ু। জঙ্গল মহুংদা লৈবিরুরম্বু।"

অহুবু জঙ্গলদা লৈবগী দরকার অহু অতোপ্পা কনাগী মকমদা হায়দোকপা য়ারবম্বু সরোজিনীগী মকমদদি ওমথোকলুবা য়াদে। সতীশ তুমিন্না লৈপ্লে।

সরোজিনীনা অমুক হন্না হায়রকই, "করে, দাদা নুমিৎ মখি-মঙানি লৈরগা কলকাতাদা চৎকনি হায়রি, মতমহুদা কমানা ঐথোয়বু য়েংবি-থিবিগদগে ?"

সতীশনা হংলকই, "নুমিৎ কয়ানি চৎপিগদোরিবনো ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "য়ামল্লবদা নুমিৎ তরেৎ-মিপালনিদি মহাক মকমহুদা লৈরকনি।"

সতীশনা হায়রকই, "মহু ওইরবদি মহুগী থৌরাংশু মহাক্তা শিনবি-রমগনি। অহুগা অহুক হায়রা বীরিবনা করিগীদমক্তনো ? ইবেম্মথোয়দি ঐথোয় হিন্দুগী মতৌগুম নুমিৎ মশক উবা য়াদে হায়বা লৈবা নত্তে, অহুনা য়ুমদা নুপা-নহা লৈত্রবদি খুদোংচারোই হায়বম্বু নত্তে। ইবেম্মথোয়দি থোইদোক্লতুম নুপা-নহা কয়াগী—"

সরোজিনীগী মখাই মিৎকুপমুক ওাংলকই, হায়রকই, "ঐথোয়না করি ভৌবগে হায়বিয়ু তাসি ? নুপাগী মনা কক্কুনা লৌক্লরব্রা ? নত্রগা হিন্দ ইমুংগী নিঙোল নত্তত্রা ঐথোয় ?"

সতীশনা ঈকাইরদুনা থুনা য়াংনা রাদু থৈদোক্লবগীদমক মমাই থাঙ্গৎ-লকপমক্তদা উরে, মাংদা শশাঙ্কমোহন বেরিস্টরবু পুশিল্লক্তুনা জ্যোতিষ ইমুংদা চংলক্লি। অতৈ নুমিৎকী মতৌগুম ঙসিস্ু মহাক্না স্টেশনদা কোইথোকপা চৎলুবদা উরম্মী, বেরিস্টর সাহেব ফাস্ট ক্লাসকী ডাবাদগী কুমথরকপা।

ইমুংদা মখোঙ থাংজিল্লকপগা শশাঙ্কমোহনা সরোজিনীরোমদা মখুৎ ভিংথোক্তুনা থুনা চংশিল্লক্লগা খুৎ শোক্লরগা য়াইফরিব্রা হংলকই অমসুং মহাক্না মতৌ অসুম্না খঙলাক লাকপগী মরম খঙহনবগী মঙংদা হায়রকই, করিগীনো খঙদে, ইখঙ খঙহোদনা মহাক লৈকম-চাকম খঙলক্তবগুম তৌরকই, করিগীনো খঙদে রাখল করিমতা তৌদনা স্টেশনদা শৎ লাক্লগা দেওঘরগী ফাষ্টক্লাসকী টিকেট অমা লৌরগা কমলুই, মদুগী মরম মশামক হৌজিক ফাওবা খঙজদ্রি। অদুগী মতুংদা মনাক্তা চৌকি অমা চিংশিল্লগা বেরিস্টর সাহেবনা চেনা পন্দনা ঙাংথরকই, অদুবু সরোজিনীদি মাইথোং মকশিন্না অচম্বা রাহৈ অম-অনি খুন্বা নত্তনা রা ইঙাং ঙাংদে।

মিনিট তরারোমগী মতুংদা সতীশ ফুক হৌগৎতুনা চৎখিবদা মহাক্কী মিৎয়েং অদোমদা চিংশিনখিদুনা হাইফেৎতং চপ মুংনা লৈক্লরগা ঙকপগী খোম্বোক্তা সরোজিনীদা হায়রকই, "মাবু কদায়দনো উগ্রব্রা নিংশিংবা থোক্লে।"

সরোজিনীগী মকশিল্লবা মাইথোং হাইফেৎ লংখৎলক্লে। শমুপ্পা হায়রকই, "হায়জবা ঙমদে কদায়দা উবিবগে হায়বা?"

ঙাইহাক্কী মতুংনা জগৎতারিণীনা চাক শিল্লগা সতীশপু কৌহনবা থারকপা মতমদুদা সতীশতি কনাদস্ু করিগুম্বা রা অমতা হায়রমদনা চৎখিরম্লে।

মসিগী মতুং নুমিৎ হুম্নি ফাওবা সতীশপু অমুক উবা ফংদ্রদুনা জগৎতারিণীনা লুংদা ওম্লক্লিবা অশাওবা অমদি লাংতক্লবা ফোঙদোরকই। মচান্নুপাবু মরুমদা কৌশিল্লগা হকচিন্না হংলকই, "নুপাসি কয়া কুইনা অমুক লৈথিগদৌরিবনো জ্যোতিষ? থোইদোক্লদুম ঐদি হায়রিবসিনি, নঙগী মীসিদা ময়েক শেংনা খঙহনপ্রো, মা লৈবগী কান্নবা লৈরোই হায়বা।"

ইমাগী ম্যাথংদু জ্যোতিষনা মঙো কপ্পদোক্না ওাকথিবগে হায়রবা ওয়দে, অদুবু চংখিদ্রিবৈগী মমাংদা শশাঙ্কমোহননা চিংনবা লৈতনা ভাগ্রে, মহাক্না লাক্লিবা মরমদুগী আশা তৌরুনিংঙাই মরিক অমতা লৈত্রে অমসুং সতীশমক লাইবক ফবা মীশক অদুনি হায়রবসু খঙথিবদা মঙোন্দা চিংথবা লৈখিদ্রে।

সাহেবকী মাইথোং কাহৎপ্রে, অদুবু চৈথেং অদু মহাক্না হৌন-খঙবা মঙংমক্তদা থাংখি। মদুদা নত্তনা, চৎলম্বদায়দা মহাক্না সয়োজিনীগা উমনবা হোৎনরা কাওবা হোৎনখিদে।

ট্রেন্দা কাখৎহনবা কয়গা বিদায় লৌজিল্লগ মমাংগী মিৎকুপমক্তদা খঙহৌদনা জ্যোতিষতা হংলকই, "সতীশবাবুবু কদায়দনো ভাক্তর তম্নবা হোৎনরম্বদায়, মদু কমদৌপ্রবগে?"

জ্যোতিষনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "তোক্লমাল্লে। হোমিওপ্যাথি স্কুলদা মতম খরা তম্লহনি।"

"ওঃ, হোমিওপ্যাথি স্কুল!" হায়রগা শশাঙ্কনা অতোপ্পা রা ঙাংলকই।

## কুহ্‌ানিপাল

খঙহৌদনা মবুং নাবগী টেলিগ্রাম ফংদুনা জগৎতারিণী হাথু হাথু শান্তিপুরদা চৎপা তাখিবনি। মরম অদুনা সতীশকী মফমদা রাকম অদু হৌদোকলুনবা মতমদুদা তাঙ্গ ফংখিদে। ওসি মাবু নিংথিনা পীক্ত-পীথক্লগা রাকমদু হৌদোক্কে হায়না মপুক্রিংদা ফিরেপ লৌদুনা অয়ুক্তা য়াহৌরকপগা লিমক্তল তৌহন্নবনবা সরকারবু থাখিবনি। চৈরক অদুদা খনঙমদবা থৌদোক অসি থোকখিবনি। লাকপদা খ্বাইদগী পেম্নিংঙাই ওইদবা শশাঙ্কমোহন অদু ইখঙ খঙহৌদনা অয়ুক্কী ট্রেন্দা লাক্তুনা থুংলরে তাবদা জগৎতারিণী য়ারৌবগী ওমখে অমুক লৈখিদ্রে। মীওইবগী থৌটদোক্না পামজবা পোৎশক্তা খঙহৌদনা অপনবা থোক্লরবদি মদুগী চিংনবগী হিসাব অমুক লোইশিনবা ওয়দে। মরম অদুনা তশেংনা মতম অদুমক্তদা মপালদগী সয়োজিনী চংজকপা উবদা নহাক্কী হকচাং পুম্বদা হুগী মৈচাক কাওরকপগুম খনখি, খঙহৌদনা শশাঙ্ক লাকপগী মগুংগুদা

মখাইবক খিরবী মচানুপী অসিগী খুৎ চংলম্ম্ব ম্লাই। মচানুপা বেরিস্টরবু মহাক্লা করিগুম্বা নুমিত্তম্ মপুংফানা থাজক্লবা ওম্লমদে। মরু ওইনা মওোন্দা দোষ তৌরুবস্ম য়াদে। হিন্দুগী আচার-বিচার লৈতবা মচানুপাগা মচানুপীগনা সতীশকী অচার-ব্যবহার নাইবা অন্নদা য়ানিংবা মিৎয়েংনা য়েংবা ওম্লগনি, য়াকম অসি মহাক্লা থম্মোয়দা লৌশিঞ্জবা ওম্লমদে।

নচানুপীদা খিনা চৈরম্লগা মহাক চাকশঙদা চংলক্লুনা মীনাইনুপীদা খোং-থাক্লবগী খৌরাং লোইশিন্নব: য়াথং পীরম্লগা ঈরুজবা চৎখ্রে। অদুবু পুং অমরোমগী মতুংদা হল্লকপদা মচানুপীগী মশক উবদা মমাগী মমিৎ কুপখিত্রে।

চৈরক অতুদা থুনা য়াংনা মহাক ঈরুজক্লরগা য়েশমগী ফিপেং শেংদুনা মমাগী চাকশঙদা চংলক্লগা মথুৎমক্লা ইস্থাং শেম্লিবনি অমস্তুং মীনাই নুপীনা মনাক অতুরাইদা ফমদুনা তাক্লম্লিবনি।

জগৎতারিণীনা তুমিন্না ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "হিন্দুনুপীদদি অতোপ্পা করিগুম্বা অমতা পকচদে, নঙবু উবদা ঙসিদি মহু থঙবা ওম্লে নুপীমচা। নহাকপু উবদা অস্থুক হয়াওবদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা নুমিৎতম্ অমুক্তা থোকখিত্রি।"

সরোজিনী ঈকাইরদুনা মরু লুকথদুনা থবক তৌদুনা লৈ; মমানা মঙোন্দমক কোচিথাংদুনা হায়রকই "পূম্নমক খঙই নুপীমচা, পূম্নমক খঙই। মহুদা মহাক পাসন্ম কয়া তৌরসহু, য়োংনি হায়বা নঙনা মাবু ঐনা করিস্তু হায়নিংদে। অদুগা কনাগী ইঙ্গিত ফংদুনবু ওইরবস্তু ঈকাইনাইদবহু অমুক লাক্কে লাকচসনুনা কৈদৌনি, ঐ লৈরিঙৈদা মহু য়ারোই, মহু শেংনা হায়হৌরিবসিনি নুপীমচা!"

হাইবেৎ লেপকঁক তৌদুনা লৈক্লরগা অমুক হায়রকই, "জ্যোতিষনা হায়, অঙাং ওইরিঙৈদা ফংলকখিবা শিক্ষা মওং অদুগী মাইকৈদা পুক্লিংস্থ চিংশিল্লি। অদুবু মহুনা কম:দোনা অচুম্বা ওইগদৌম্বিবনো? অহিংনুংথিল চুপ্পা সুট-টাই তৌদুন। লৈরব্রবদি পাম্বিরোই হায়বা অসিনা করম্বা শাস্ত্রদবু য়াওবগে নুপীমচা?"

থৌরাং মপূংফানা লোইশিল্লগা জগৎতারিণীনা চাক থোংবা ফম্লগা মতম অমদা হায়রকই, "ঐগী পুক্লিংদা পামজরিবসি করিগুম্বা মপূং ফাহল্লখদি, নঙ য়েংজৌ নুপীমচা, মহুনা নঙগী য়াইফবমক ওইগনি।"

সরোজিনীনা মাইথোং লুকচাননা মমাগী মপুক্লিংগী অপাম্বহু ময়েক্ত শেংনা তানিংবগী আশাদা মনা শিংনা লৈরকই, জগৎতারিণীনা মহু কোঙদোক্তুনা হায়রক্রে, রাথল অমদা চাক থোংহুনা লৈ। মহাক্না তুমিন্না মপুক্লিংদা করি খল্লিবনো হায়বা সরোজিনীনা ভাব তারে অমম্তুং স্যুট-টাই তৌবগী মমমদা ঈকাইনিংঙাই ওইবা বদনাম পীরিবা ইঙ্গিত অহুনা অঙোন্দা য়ৎহল্লকই, মহুগীম্তু য়ানিংদবা কোঙদোকপদা লুনিংঙাই লৈজে, অহুবু মতম চুপ্পদা পেপ্পদবা মঙংদা লৈরিবা জগৎতারিণীদা করিগুম্বা রা অমতম্তু অয়োইবা ফাওবদা তাহল্লুবা য়াদে হায়বা খঙহুনমক্ত মহাক চপ মুংনা ফমহুনা লৈখ্রে।

অয়ুক্কী পুং তরা তারকপা অসিগুম্বা মতমদা ইরাং অমা থোকখ্রে। সরকার মহাশয়না কোইথি থিরুহুনা কদায়দগীনো য়াম্না চাওবা রৌ অমা পুহুনা লাকই। জগৎতারিণীনা চাকশঙদগী মঙক লিৎথোক্তুনা য়েংবদা হরাওহুনা হায়রকই,— "বাঃ—ঙা ওস্তোক্লা কজখ্রে, অহুবু—"

সরোজিনীনা হায়রকই, "সতীশবাবু লাক্কদবা হৌজিকম্তু রাৎলি ইমা, হৌজিক পুং তরা ফাওবা তাদ্রি।"

জগৎতারিণীনা হায়রকই, "পুং তাব-তাদবগী রা নত্তে নুপীমচা, ঙসি ঐদি একাদশীনি। ঐদি ঙা পায়রোই। খল্লিবনি, নথোয়গী বামোন-ঠাকুরহুনা থোংবা হৈগদ্রা? করে য়েংলুচোদনা এলোকেশী, অসোমগী ফাদা থোং-থাকপহু কয়া য়াম্ন চংশিল্লবগে।"

মীনাইনুপী চংখিবগদবগী তোরকপমক্তদা সরোজিনীনা ঈকাইনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "নহাক্ত তাকপিরবদি ঐ থোংবা হৈরোইদ্রা?"

জগৎতারিণীনা ঙক্লা হায়রকই, "হৈগদ্রনে নঙবু?"

"হৈরোইদ্রনে? নহাক্না তাকপদদি তাকপিয়ু।"

মীনাইনুপী চপ লেপখ্রে। উবদা অম্তুক ফজরবা অচৌবা রৌ অসি করিম্তু লৈতবা মীগী মথুৎতা তাহুনা পূম্মাং মাংলগদ্রা হায়বগী চিংনবনা মহাক পাখৎলক্লে। হায়রকই, "মহু কদায়দগী য়াগদগে ইবেম্মা, মপালগী মীনা চারগদৌরিবনিনে।"

জগৎতারিণীনা মিৎকুপ খরা কল্লিনো ৎক্সুনা য়েংলগা হায়রকই, "মচু ওইসনু, ঐগী সতীশ মপালগী মী নত্তে, মাদি ঐগী ইমুংগী অঙাংনি। নং নঙো-নয়া কাহুনা লেপত্তুনা লৈরনু এলোকেশী, অসোমথংবা লৈরংসি নিংথিনা তৈথোক-খোৎতোক্লয়গা ঙা শেম্মু:চো। নঙসু থবক অমা তৌ মুপীমচা। রেশমগী কিচু শেৎলবদি য়ারম্লোই—ফরে মচু ওইরসনু, কিজিচু তাশিন্দুনা নখাংদা য়েপশিল্লু।" নোক্লুনা হায়রকই, "ঙসি নখুৎমক্লা থোংহনা নঙগী তম্বা হোবা ওইরসনু, সয়ো, আশীর্ব্বাদ তৌরি, নপুন্সি চুপ্পা ঙসিগী মতৌঙুম নখুৎমক্লা থবক তৌবা ওমসনু।"

আশীর্ব্বাদ অসিদা সরোজিনী মরু অমুকস্নু খরগা লুকথরে। পুং অমরোমগী মতুংদা জ্যোতিষনা মমাগী মনাক্তা কল্লিনো থবক অমগীদমক চাকশঙগী খোঙজিন ময়াদা চংলকপদা থোইদোক্লা ঙকপনা খম থেংগ্রে। মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "অসিদা চাক থোংলিবসি কনানো ইমা? সয়ো নত্রা?"

মমানা নোককেৎ তৌনা হায়রকই, "হায়মুদনা তাসি, মশক খঙবা ঙম্বরা!"

"শক খঙবা ঙম্মোইদবা য়ানি ইমা। অদুবু, মাবু তশেংনা চাক থোংলিব্রা, নত্রগা নহাক্লা খোংলগা মানা থোংবা শাহুনা লৈরিব্রা?"

মমানা অরোনবা ইঙ্গিত অমা তৌরগা হায়রকই, "থোংব-থাকপগী থবক হিন্দু নুপীদি হৈবা তাবনিনে, মসিদি ঐখোয় পোকপদগী লোয়ন-রক্লবনিনে। অদুবু—"

"কল্লিনো ইমা?"

মচানুপাবু মরুম খরা ওইনা পুথোক্লগা জগৎতারিণীনা হায়রকই, "অদুবু ঐ হৌজিক খল্লিবনি, সতীশনা খঙথিবা থোক্লবদি কনানা খঙগনি মথুৎ চাবিগদ্রা চাবিয়োইদ্রা!"

জ্যোতিষনা নোকথোবকপমক্তদা সরোজিনীনা মমাই লৈথোক্লুনা য়েংলকই। জ্যোতিষনা হায়রকই, "ইমা, নহাক্লা সতীশপু অথোইবা মনু-পয়াশরগী কাংলুপকী মী ওইনা খনবিরিবা করিগীনো হায়বিয়ু?"

মমানা হায়রকই, "মানা নখোয়দগীদি হেন্না কৈদনা?"

জ্যোতিষনা হায়রকই, "অদু শুম্বা অকথা করি লৈবগে হায়বিয়ু ? সরোজিনীনা মখোয়গী চাক-ইস্থাং থোংবিবদগী অহিং অদুদা চাথা কংখিবনি, মদু নংলমগ্রবদি চম্বা হেম্জুনা লৈরমগদমনি,— মহুনা খঙবিদগ্রা ?"

মনামী হুম্বাঙজবনা চঙ্কুবনা ফিঙংলজুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ-নোমনে ?"

জ্যোতিষনা অহিং অদুগী রারী পূরক শিং শিংনা তম্নে।

জগৎতারিণীনা নুংঙাইজবমা মূংবংনবগুলক্লুনা রারোবগী স্থরদা মচানুপীদা হায়রকই, "ধন্যমি ইম্বাগী ইবৈম্মা নঙসে ! ঐদি মতমমহুদা খনথদা শিগদোকুরবনি; অদুগা নঙমা ভুমিম্না লৈথোক্লিবা ?"

জ্যোতিষনা মোক্লুনা হায়রকই; "মানবু কমদোমা খঙলুম্নদগেদো ইমা, নহাক ম্বাখলমা থম্মোয় কুল্লে হায়র্থা ? অদুবু মহুদদি চাবা কংখিদে, ঙসিদি চাদুনা য়েংবা হায়বহুনি ঙাংগন-শকন্দবীসি পোকপদগী কমদোনা থোং-থাকপা হৈরকপগে হায়রবা।" অসি হায়রগা নোক্লা নোক্লা চৎখ্রে।

জগৎতারিণীনা মচানুপীগী ঈকাইজবনা লুকথরিবা মাইথোং য়েংহুনা য়াম্না নুংশিবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "ঈকাইরিবা কনিগীনো মুপীমচা ? ইশাগী মীদা থোং-থাক্লুনা পীজবা মসিদগী হেম্না লাইবক কবা নুপী ওইবীগী অতৈ করি লৈরি। ঐ চৈরকসিদা লাইথুক্লম্বা লোইশিল্লুরগে।" হায়রগা ঙাইহাক্কীদমক মপালদা থোকখ্রে।

অদুগী মতুংদা নুমিৎ চুপ্পা হোৎখ্রে, অদুবু সতীশকী মশক উবা ফংদ্রে। লাক্তবগী মরম কনাদসু খঙহল্লক্তে। নুমিৎ চুপ্পা খোইরাং-খোইশাওননা লেল্লগা জগৎতারিণীনা সন্ধ্যা মতুংদা জ্যোতিষপু কৌশিল্লগা হায়রকই, "মহাক শোয়দনা করিনো মা ভৌরম্নগনি, কনাবুনো পাউ অমুক্তা লৌহল্লুদ্রিবা করিগীনো ?"

জ্যোতিষনা থোইদোক্লা হৈনিংদনা খুম্নকই, "কনাবু অদুক লাপ্না অমুক থারুগনি ইমা।"

জগৎতারিণীনা উক্লুনা হায়রকই, "করিগীনো চৌকিদার থারুবা য়াদত্রা ?

"দরকার করি লৈ ইমা ?"

"নত্তনা হায়রিবত্থু করিনো জ্যোতিষ ? মাবু না-য়েকপ্রা নত্রগা করি তৌরবগে, অমুত্তং পাউ লৌরুবস্থু দরকার লৈতপ্রা ?"

"করি কাম্নগদগে ? মহাক ঐখোয়গী ময়ি মতাম্নু লত্তে, মরুপস্থু নত্তে, মাগীদমক্ত খন্নত্তুনা থবায় য়াকুবগী দরকার ঐদি করিমত্তা উদে।" হায়রগ্রা জ্যোতিষ মপালদা থোকখ্রে।

সতীশকী মমখদা মচানুপা গী মচিন্দাগী পাউথুম অসি তাবদা জগৎ-তারিণী তুকক-তুকক চনখ্রে।

শুপ্নগী অথুক-নুংখিল অমগী মতুংদা সতীশকা মখোয়গা ময়ি করিমত্তা লৈনখিপ্রব্রা ? মহাক্কী চিংঙক্তা মচানুপাদা খুনকপা উশিং-থোওইদবা পাউথুম তাবদা ঙাইহাক্তি মহাক্কী মকমদা মঙলাননুম থোকখ্রে। মকম অহুদা লেপত্তুনা মিৎকুপ থরদদা চরা হেমবনা চোকখরবা মকোক্তা করি করিনো কয়া কয়া চেনশিল্লকই, মত্থু শুপ্না ভাব তারুবস্থু উত্রমদে।

তপ্না তপ্না মথক্তা কাখৎতুনা মশাগী কমুংদা হিপ্লগা সরোজিনীবু মনাক্তা কৌশিল্লরগা জগৎতারিণীনা মচানুপীগী মাইথোংদা য়েংথোকলুবদা অমুক্তা হেন্না নুংশাথিরক্লে। ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "সরো, সতীশ লাক্তুবা করিগীনো খঙব্রা ?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "খঙদে।"

মচানুপীগী অশম্বা পাউথুম অসিদা জগৎতারিণীনা হোৎনত্তুনা কপ্লগা হায়রকই, "খঙদবা! করিগুম্বা খঙব্রবাদি মী থাত্তুনা করি তৌরবগে হায়বা খঙদোক্লব্রা ? মসিবু ঐনা হায়নখিবা তাপ্পিব্রা ?"

সরোজিনীনা খোঙৈল তপ্না হায়রকই, "দাদানা মী থারুবগী দরকার লৈতে হায়।"

"করিগী লৈত্রিবনো, মত্থুমক খঙনিংই। চৎলো হৌজিকমক চৌকিদার থাখো, মাগী পাউ লৌরসন্নু।"

"মাদি লৈতে ইমা, দাদানা মাবু উপেনদাদাদা টেলিগ্রাম ভৌহন্নবা থাখি।"

"উপেন্দা! খঙহৌদনা মত্তোন্দা টেলিগ্রাম তৌরিবা করিগীনো ?"

"ঐ রা লোইনবাদি খঙদে ইমা, নহাক্কী দাদাদা হংউ।" হায়রগ্গা মমাবু মঙং অমদা থোওইদনা সরোজিনী চৎখ্রে।

হন্দক্তি জগৎতারিণীগী মপুক্লিংদা খঙহৌদনা সতীশপু শ্রোয়দনমক চৈষক অসিদা থিংথিবা ওইরমগনি হায়ন খল্লক্নে। মসিগী মরম করি লৈহ্নুনো হায়বত্থু কনানস্মু মঙোন্দা তাকথোকপা পায়মদবা য়াই. অদুবু মদু অরুবা রাকম ওইরমগনি হায়বদস্মু মহাক্না চিংনক্লবা করিমতা লৈত্রে; অদুগা শাথিনা মাংহন-তাকহল্লিবা অসিগী মরুদি শশাঙ্কমোহন অদুনি অমস্মুং কত্তবা লৌশিং অসি তৌদুনা মহাক অমুক হন্না লাক্লিবনি হায়বদস্মু মহাক্না চিংনক্লবা করিমতা লৈখিদ্রে। অদুবু, মরম কনস্মু মঙং চাদবা ওইসনু, মহাক মশামক লৈনা লৈনা কাওবা মচাশিংনা মহাক্কী য়াথং লৌদনা সতীশপু চংহনখিদ্রিবনি, মসি খল্লকপমক্তদা মহাক্কী থম্মোয় শাওনিংবনা ফুনগৎলক্নে। খুদক্তা এলোকেশী থাদুনা জ্যোতিষপু কৌহল্লুরগা হংলকই,"ওঙনা সতীশপু য়ুম অসিদা চংলক্তনবা থিংখিব্রা?"

জ্যোতিষনা ঙক্লুনা হায়রকই, "থিংখিদে, মসি ইমাদা কনানা হায়বগে?"

"উপেন্দ্রনা ঙঙনা সতীশকী রা পন্দুনা টেলিগ্রাম তৌখিব্রা?"

"হোয়।"

"সতীশনা করি তৌরবগে?"

জ্যোতিষনা লেপকক তৌরগা হায়রকই, "তৌরিবা অদুনা করিগুম্বা অচুম্বা ওইরম্লবদি মাগা ঐখোয়গা করিগুম্বা মরি অমতা থয়রোই।"

"পাউ অদু নঙোন্দা কনানা তম্লবগে শশাঙ্কমোহন্নরা? কত্তবা মীনি, মাগী রা ঐদি থোইদিং মখায় অমা কাওবা থাজদে।"

জ্যোতিষনা হায়রকই, "ঐদি থাজে। অদুবু মদুগী তথ্যায় কাওবদং করিগুম্বা অচুম্বা ওইরম্লবস্মু ঐদি হায়রিবসিনি ইমা, সতীশকী মমি নেৎলুবা কাওবা ঐখোয় হঙ্গোইবনা চুম্মী।"

মচানুপাগী মৈশা চেল্লবা খোঞ্জেল তাবদা জগৎতারিণীনা ঈংথরক্লুনা হায়রকই, "করেনে, ঐঙোন্দা শেংনা হায়য়ুদনা করি তৌরম্লবগে হায়বা। সতীশনা হুরান-চিম্থি করিস্মু তৌরুবা নত্তে, মী হাৎতুনা চেনবস্মু নত্তে, মমি নেৎলুবদা হঙ্গোইবা য়াবা। নুপামচানি, মপুক্লিং রায়কপা ঙমদনুনা দোষ-নুং খজিক-খরাক তৌরম্বা য়াই—অসিগুম্বসিদি মীওই কয়া কয়ানা তৌনরিবনি—চুমথোকপদা কয়া কুইনবু চঙ্গদগে?"

জ্যোতিষনা মঙক হাইদুন হায়রকই, "নত্তে ইমা, মরাল পুম্নমক অহু ঙাকপিবা য়াবা নত্তে। থোইদোক্লহুম সরোজিনীনা ঙাম্মোই, মসি নুঙোন্দা ঐনা শেংনা হায়জরিবসিনি।"

জগৎতারিণীন রাখল ঙাইহাক তৌরগা হায়রকই, "মরাল করিনো তাসি ?"

"হয়েং তাবিরো ইমা। উপেনদাদাগী চিঠি কংদ্রিবা ফাওবদি মসি নৈনরুবগী কান্নবা অমতা লৈতে।" হায়রম্লগা জ্যোতিষ রা অনিশুনা হায়রক্লিরৈঙগী মমাংদা মপালদা থোকখ্রে।

ঙসায়মখৈ ফিঙ্গৎপগী ঈথক্ত জগৎতারিণী ফমুংদা হৌগৎতুনা ফম্লম্বনি, মচানুপা চৎখিবগা মহাক তশেংনা থরায় পান্দবগুম ফমুংদা তাহুনা লৈখ্রে, নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "হে ঈশ্বর! কলিগী মতম অসিদা নাবুস্ম থাজরুনবা নঙনা উপায় লেহনবিদ্রে প্রভু।"

ইঙ্গিতনা ভাবনা মহাক রা য়াম্না খঙলবনি। অদুনা শুপ্নগী সতীশ-খক্তগী নত্তে, মপুবোইবগী রাকমস্ু নিংশিংলজুনা মহাক্কী মমিগুগী পী হৌজিক জর-জর শিন্থরক্লে।

অহিংদা মচান্নুপীবু কৌহনবা অমুক্কং থারুই, সরোজিনী খুম্নক্লহুনা এলোকেশীনা হল্লক্লগা খঙহল্লরে, "মচল-ইবেম্মা তুমথখ্রে।"

অসি তাবদা মহাক্না মরাইবক্তা খুহুম্না শুজরকই। অম্নুক শাখিবা অরাবা রাক্ষম অসি তাজুনম্নু তুম্ব চংলবা, হায়বদি সতীশতগী খোং অসিবুনা হেন্না খোইদাজম্বিবা, রাক্ষম অসি খল্লুবদা মচান্নুপীবু শাওনিংবা অমদি য়ানিংদবগী ঙাখৈ লৈখিদ্রে।

মথং নুমিৎকী চাওরাক্লা পুং অহুম্লোম তাবদা গেটকী য়ুম্বীদা সাইকল ঙাশিন্দুনা থংম্লগা সতীশ লাক্তুনা মপালগী ড্রোইংরুমদা চংলক্লে।

মহাক্কী মমাই তাইফেৎ তাই, মশম-মনা ফাই, লৈরিবা পুম্নমক্কী মিৎয়েং চিংশিন্নরকই। সবোজিনীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, অদুবু রা ঙাংদে। জ্যোতিষনা হংলকই, "অদোম্নু নাবি-য়েকপিরুরব্রা সতীশবাবু ?"

সতীশনা নোকফেৎ তৌনবা হোৎনহুনা হায়রকই, "নারুদে।"

কনানস্থু রা অমুক ঙাংলক্তবা উবদা সতীশ মপুক্লিংগা ঙক্লক্লে। মহাক্না খন্না খন্না লাক্লিবনি, ঙসি য়েৌবমক্তদা পুক্লৌ-রায়েৌবা রাকৎ-স্থংকৎকী লোইব-খপ্বা নাইরোই। অদুনা, মহাক্না মতমদুদা য়ুমগী মন্নুংলোমদা চঙ্গদগী তৌক্লরগা মশামক্না হায়রকই, "ঙরাংগী ইরালগীদমক ইমাগী মক্কমদা ঙাকপিনবা হায়জরুখিগে, অদুগী তুংদা অতৈ থবক।"

শশাঙ্কনা ঙসায়মখৈ সতীশতা খানা য়েংলক্লিবনি, মহাকমক্না রা ঙাংলকই। হায়রকই, "ইমা হৌজিক তুম্লি, মাবু হৌদোক্তুনা ঙাকপিন্নু হায়গদৌরিবা, অস্থুক হাথুবিরিবা করিগীনো? ঙাইহাক্তা কল্বিয়ু, অদোমগা খন্নগদবা খরা লৈ।"

মহাক্কী রাঙাং মওংদুদা সতীশনা থোইদোক্লা চঙক্লদুনা হায়রকই, "ঐগা খন্নগদৌরিবা?"

শশাঙ্কনা হায়রকই, "মানি হোয়, লাইবক থিবনা খন্নগদবা লৈদনা।"

জ্যোতিষপু উৎতুনা হায়রকই, "অদোম্না শেংনা খঙবিরিবদুনি, ঐ মহাক্কী অথোইবা মরুপ অমনি হায়বা—না'স্ত নত্তে, অদোম হৌগৎ-পিখিগনু—মদু করিনো, ময়াম চেনবিগ্রবদি কমদৌনা য়ারগদগে? ঐগী রাকম অদু ময়ামগী মাংমক্তদা থপ্বা পাম্মী। অনিমক কল্বিয়ু—" অসি হায়রগা সরোজিনীরোমদা মুন্না য়েংলকই। অদুমু সরোজিনীদি অদুম লুকথদুনা লৈ, মহাক্তি মদু করিমতা উরমদে।

শশাঙ্কনা মাগী টেবিল মথক্ত খুদুম্না অমুক্তং শুরগা হায়রকই, "অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐগী স্বভাবতি অস্থুম্না তৌরকই, মুংশিনরিবা মখোয়গী মরমদা করিশুম্বা মওংদস্থু থৌশাদনা মিৎ উইশিন্দুনা লৈথোকপা থক ঙম্লক্তে। অদুনা হৌখিবা তানফম অদুদা তাবগা ইপুক্লিংদা হায়জখি, মসিদি অক্ববা রা নত্তে। সতীশবাবুনা অচিকপদা বাস তৌবা অসিগী পাউ অমা লৌবা চুম্মী। অদোম্না শাওবিরকপস্থু য়াই সতীশবাবু, অদুবু ঐদি ইশাগী স্বভাবকী মায়োক্তা লৈবা ঙমদে। করি হায়বগে জ্যোতিষবাবু?"

জ্যোতিষ রা ঙাংদনা মক্ল লুকথদুনা লৈ। সতীশস্থু তুমিন্না কমদুনা লৈ। তারিবা ময়ামগী তুমিন তুমিন লৈনবা মরক অদুদা শশাঙ্কগী ফিজৎপগী ঈথক মশা মতোমদা হস্থজরক্লে। মহাক্না কাহেম্না মপুক্লিং

লাকশিন্নবা খোম্থোক্লা হায়রকই, "জ্যোতিষ ঐগী মরুপ্নি হায়ব্রুনমক অদোমগী মক্কমদা রাহং কয়ামরুম হংননবা ঐগী অধিকার লৈ। অদোমদি খঙবিরিবত্রুনি "

রা ময়াইদা থৎতুনা সতীশনা মকোক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐদি মরুপ ওইবগী রা করিমতা খঙদে, অদুবু অদোমগী রাহং করিনো তাসি ?"

শশাঙ্কনা মতিন অমুক্তং য়োৎথরগা হায়রকই, "অদোম্না মক্কম অসিদা লাকপিরিবা করিগীনো হায়বা খঙজনিংই।"

সতীশনা হায়রকই, "ঐগী অপাম্বনি। অদোমগী অনিশুবা রাহংদি ?"

শশাঙ্কন ইক-আক তৌরগা জ্যোতিষতা য়েংহুনা হায়রকই, "সতীশ-বাবুগী কলকাতাগী লৈফম থিরুবদা ঐখোয় য়াম্না রাখি। রাখালবাবুবু মহাক্না খঙবনি, মহাক্না হায়রকই—"

সতীশকী মমিৎতা মৈ হৌরক্লে, হায়রকই, "কাম্নদে রাখালগী রা। অদোম ইশাগী রাহুম হায়বিয়ু।"

হন্দক্তি জ্যোতিষনা মমাই থাঙৎলক্লগা হায়রকই, "সতীশবাবু, ঐনা হায়জবদগী শশাঙ্কনা অদোমগী মক্কমদা রা হংলিবনি। অদোম্না খুম্নিংলগা খুম্বিয়ু খুম্নিংব্রগা তোকপিয়ু, অদুবু মঙোন্দা ঈকাইবদি পীবিরোইদবনি। ঐখোয়গী ইক্কমদা অদোম্না উৎপিরিবা ব্যবহার মতাহুদদি করিগুম্বা রা অমতা হংদবমক্লা চুম্বনি, শুপ্নগী ঐগী ইমাগীদমক অদোম ইশামক্তদগী অমুক্তং তাবা দরকার ওই। ফরে, ঐমক্লা হংলগা হংলবা হায়বত্রুনি, সাবিত্রী কনানো ? অদুগা মাগা অদোমগা করি মরি লৈনবগে ?"

সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না য়েংহুনা লৈ, অদুগী তুংদা হায়রকই, "সাবিত্রী কনানো ঐ খঙদে জ্যোতিষবাবু। অদুবু মাগা ঐগা করি মরি লৈনবগে, মদুগী পাউথুম পীবস্থু দরকার ওই হায়না ঐ খন্দে।"

"করিগীনো ?"

"মরমদি, হায়রুয়বস্থু অদোমখোয়না খঙবা ঙম্বিরোই।"

"অদুবু মদু মওং অমদবু ওইরবস্থু ঐখোয়না খঙবা থে'ইদোক্লা দরকার ওই। ফরে, মাবু কদায়দা পুরক্লুনা থম্বিরবগে, পাউ অসি তাক্লবদি খঙবা ঙম্বস্থু য়াই।"

সতীশনা জ্যোতিষকী মাইথোংদা মহাক্কী চাক্লবা মিৎয়েং লেংদনা থমহন্না খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু জ্যোতিষবাবু, ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তুম্ব নে-নে তৌহনা ইমু-সিগা নকশিন্নবা হোৎনখিদে, মরুম অহনা রাহং-পাউখুমগী মমিংদা ফজদবা রা ককথোক-ককশিন কয়ামরুম তৌনব দরকার ওই খন্দে। ঐ ভাব তাজরে, করি খোল্লবগে হায়বা। মরম অহনা ময়াম্না খঙবা দরকার ওইবা থরমখৈদু ঐ ইশামক্না খঙহঞ্জরি। সাবিত্রী কদায়দা চৎখ্রবগে হায়বা ঐ খঙদে। করিগীনো, অহুগা মহু শন্দোক্না হায়রক্লবা, পূম্নমক অহু দরকার শুপওই ওইদে। অহু ওইরবস্থু রাকম অসিদি য়াম্ন চুম্মী, সাবিত্রী ওইনিংবা ওইজসম্মু, করিগুম্বা মহাক মশাগী অপাম্বা মতুংইন্না চৎখিরমদবা থোক্লবদি ঐনা হিংলিবমখৈ মাবু কোকথক্তা খে ঙংৎলমগদবনি। রা অসি ময়ামগী মমাংদা নত্তে পৃথিবী অপূম্বগী মমাংদা ইশানা য়াজবদসু ঐ ঈকাইনা লৌরোই। মসিগী মতুংদদি ময়ামগী করিগুম্বা রাহং অমতা অমুক হংনিংঙাই লৈরম্লোই হায়মা আশ তেংদে। লৈরম্লবসু ঐ পাউখুম পীবা ঙমজরোই।"

সতীশকী ময়েক শেংলবা অমসুং থোইদোক্না শম্লবা পাউখুম অসিদা ময়াম পূম্নমক উংহনা মমিং লাওথোক্লুনা নুংগী মূত্তিগী মতৌগুম ফমহনা লৈরে। সরোজিনীগী মাইথোংমক্তদা মহাক্কী শারমচৎকী ওইবা, থম্মোয় পান্দবা, নাপল চাওবা মতৌ অসিনা মহাক্কী ঙমখৈ নাইদবা ঈকাই-খুম্নদবা ফাওবা য়াম্না থাপ্না লাস্তোক্লুনা চৎখ্রে।

য়াম্না কুইনা উচুক্কী মতৌগুম ফমহনা লৈরুরগা জ্যোতিষনা য়াম্না কন্না হোৎনহনা মশাবু জ্ঞান ও ইন্দ্রিয়গা মথক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, অদোমগী মফমদা ঐগী হংনিংঙাই অমুব করিস্থু লৈত্রে। লৈরম্বা খবরু উপেনগী পাউখুমদা মপূং ফাদে। মসি য়েংবিয়ু।" হায়রগা মহাক্না টেলিগ্রামগী চেহু মমাংদা লংথোরক্লে।

"উপেনদাদাগী টেলিগ্রাম কদায় য়েংসি।" হায়রগা সতীশনা ফিংনা তাপ পায়হনা লৌখৎলে থুপ্লবহু হাদোক্লগা তপ্না তপ্না পারগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। অহুগী মতুংদা নুংশা মপী অমা হৌন্দোক্লগা হায়-রকই, "পূম্নমক অচুম্বনি। ঐগী উপেনদাদাদি করিগুম্বদসু মীনম্বা

মাংদা অমুক হন্না মাই উৎলরোই—ঐবু ময়াম্না কাউথোকপিখ্রো।"
হায়রম্নগা তপ্না তপ্না মপালদা থোকখ্রে।

জ্যোতিষনা নাকন্দা নুংশাথিনা য়েংলকই, সরোজিনীগী কোক্তু মহাক্কী থুকউ ময়াদা লেকথখ্রে। "—হাই, হো সরো!" হায়না লাওতুনা হৌগৎলকফাৎত্রিবৈডমক্তদা সরোজিনীগী লেকথরবা মখুৎ চেয়ারগী পান্থোমদগী নাম্থখিবগা মহাক কার্পেট মথক্তা রাম্থতুনা তাখ্রে। রারোইবা অমদি ঈকাইবা নংবগী শাওনিংবনা জ্যোতিষকী মবুদ্ধি শাথিনা ককচিনখি, সভীশপু বিদায় পীখিবগী মতাংদু সরোজনীগী মমাংদা থোক্লবদি চৈথেং অদু মডোন্দা খাংডমদনা থোক্কনি হায়বা রাখল অসি মহাক্কী মপুক্কিংদা খল্লুদে।

অদুনা, য়াম্না কন্না সেবা-নুংবা তৌরবা মতুংদা সরোজিনী জ্ঞান তারক্তুনা মহাক নিক্না নিক্না তোলহাইননা কাদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে, মতম অদুদা জ্যোতিষকী কোকথক্তা সনজিং নিংখায়দুনা নম্থরক্লে।

মচল্লনুপীবু মহাক্না শুপ্নগী মথরায়দগী হেন্না নুংশিজৈ মদুদা নত্তে, মহাক্কী রূপ-গুণ চংখোল্লবী লাইরিক হৈবী মচল্লনুপীগী চাওথোকচনিংডাই ওইরবা মশানা মশাবু থাজবগী জ্ঞান্দসু অ্ুক হাক্না মহাক্কী মপাল নাইদনা থাজবা লৈরম্মী। অদুবু নুংদা থুপ্না মহাক্না অসুক হাক্না নুংশিরমগনি, অদুনা পূম্নমক অসি করিগুম্বা থবক অমতদা চম্নরোই, পূম্নমক খণ্ডদুনম্থ মহাক্না লমচৎ নাইদবা ওক্তবা অমগী মরালনা কাহেম্না থল্লবগী থুয়া-খাদা পূম্নমক কৎথোক্তুনা জ্ঞান মাদুনা অকংবা নাপী মতৎকী মতৌগুম লেকথদুনা তাগনি, মসিগী মৈচাক্তি মহাক্না কল্লনা ফাওবা ভৌরুদে। মচল্লনুপীগী মাইখোংদা মৈচাক্কী মমি ময়েক শেংনা তাবা মহাক্না হৌজিক্তা মমিৎমক্না উথি, মদু কয়া কনবগে হায়বা শাগৎলুনবগী শক্তি অমসুং খণ্ডলু-উক্লনবগী জ্ঞান মহাক্কী লৈরমদে, অদুম ওইনমক মহাক্না ফনা কুইরবা ফাওবা রাম্থবগী মতৌগুম ফমদুনা লৈরুরগা শশাঙ্কমোহোন্দা য়েংদুনা হায়রকই,"অদোম্সু ওসি অহিংগী ট্রেনমক্তদা কলকাতাদা হনবিরগদবা ওইরিনিদে?"

শশাঙ্কনা হায়রকই,"হল্লোই, অদুগুম্বা অথুবা থবক করিস্থ লৈহৌদে মক্কমদুদা।"

জ্যোতিষনা অমুক করিগুম্বা হংজরদনা হৌগৎতুনা মতুংলোমদা চৎখ্রে অমম্ভুং মশাগী কাদা চংলগা থোঙ লৈমশিন্দুনা হিপখ্রে। অহিং অদুগী তিনমক্তু শশাঙ্কমোহোন মতোমমক লোইশিল্লে, মরমদি, জ্যোতিষকী মন্না-মপাউ অমত্তা ডশেংনমক তাখিল্লে।

জগৎতারিণীনা অমমম ওইনা মচানুপাগী মকমদগী পুম্নমক তারবদা শাংলবা মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা য়াম্না কুইনা চপ য়ুংনা লৈরম্মী, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "পুম্নমক অসি ঐগী থিরবা ইরাইবক্কী ফলনি, জ্যোতিষ।" মোঙ্গাখ্রবা মপুরোইবব্বু নিংশিংজরগা হায়রকই, "ইমাদি পূর্ণিং চুপ্পা মৈচাক্লা চাক্তুনা কাহৎলবনি, লেমহৌরিবা থরক্তু ইচাশিংগীদমক করিগুম্বা কাথেক্লবদি পাপকী প্রায়শ্চিত কদায়দগী মপূং ফারগনি! করে সুপামচা, নখোয়না পাম্বা মীশক্তুদা নচলমুপী লুহোংখোকপিখ্রো, ঐ অমুক রা ওাংলমোই।"

নুংশা মপী অমা অমুক হোন্দোক্লগা হায়রকই, "পুক্লিংদি অন্তর্যামীনি—অহনবি খঙহৌদনা মা লাকই অবদা নুমিৎতুদা ঐগী থম্মোয় ফুনগৎলকখিবনি জ্যোতিষ।"

অদুবু জ্যোতিষনা করিগুম্বা রা অমতা ঙাংদে। মহাক্না মপুক্লিংদা খঙজরে, থৌদোক অদু অর্থক হাক্লা অরায়বা নত্তে হায়বা। মরম অদুনা হৌখিবদি হৌখ্রে, মসি হায়দুনা মিৎ উইশিন্দুনা লৈথোকপমক য়ারোই, নোংমা লমচৎ নাইদবদুবু মশামক্লা চৎতুনা থেমদুনা নৌদুনা পুরকপা তারবা য়াই।

ওরাং মুমিৎ চুপ্পগী মমুংদা মহাক্না সরোজিনীবু কাদগী মপালদা থোরকপা ফাওবা অমুক্তা উখিদে, অদুবু ওসি মুংথিল জ্যোতিষনা চা থকপা মপালগী কাদা চংলকপদা উরে, সরোজিনী ওাইহাক্কংগী মমাংমক্তদা লাক্লম্লে অমস্তুং শশাঙ্কমোহোনগা তপ্পা তপ্পা রারী শারম্লি।

জ্যোতিষ মনাক্তা চংলক্লগা চেয়ার অমা চিংশিন্দুনা ফম্লরে। মচলমুপীগী মঙাল শাম্লবা মকশিল্লবা মাইথোং উবদা মহাক্না খঙদবা করিসু লৈখিদ্রে, অদুম ওইমমক থম্মোয়দগী লুম্নবা নুংত্তম অমা থাংথখিবগুমদ্রে।

চাব-থকপা লোইরবা মতুং ফনা কুইরবা ফাওবা রারী-রাতাই চৎথরি, অদুবু মুমিৎ অদুগী ইঙ্গিত অমতা ফনানসু উৎলক্তে। সন্ধ্যা

ভাংদবনি। ভশেংনমক ঐ অক্রব। মী নত্তে; ভশেংনঙক ঐপা তোৎন-তীন্নবস্থ চুপ্পা নত্তে। রাকম অসি ইশানা ভাব তাজারক্লে হায়ুন। ওইরম্বা য়াই জঙ্গল অসিগী মনুংদা মতৌ অহুম্না নোংমা ঐ চেল্লকখিব। ।" অসি ভাংনা ভাংনা মহাক্কী খোঞ্জেল করিগুম্বা মন্ত্রগী শক্তি অমগী মতৌগুম্না পীরাংনা থুমহুৎলক্লবগী মতৌগুম ইক ইক লাওরক্লে। অদুবু কনাগুম্বা করিগুম্বা রা অমত্তা ভাংলক্তে অমসুং সতীশ মশামকস্থ চপ মানংনা কমদুনা লৈরক্লে। থংনবা মিৎকুপমক্তদা থম্মোয় কান্নরবা নুংশা মপী অমা হৌন্দোকপগা লোয়ননা থল্লকই, য়াম্না নুবা সমস্যা। অমা ওসি খোইদোক্লা অওকপা মওংদা কিশি খোকখ্রে। ওরাং অয়ুক্তস্থ জগৎতারিণীগী নিমন্ত্রণ ফংবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী থম্মোয়দা রাখল কয়া কাওরকখি। সরোজিনীগী থম্মোয় ফংনিংবগী আশা খণ্ডহৌদনা কৈদৌঙে মহাক্কী থম্মোয় নুংদা অহানবা ওইনা পোক্লকখিবগে, ভাইহাক্কী মমাংদা রাকম অদু মহাক্না নিংশিংলুবা ওমখিদে অচুম্বনি, অদুবু থুপ্নবা থম্মোয় নুংদা মদুগী আশাদি তৌরম্লিবমক্লি! মতু নৎলমত্রবদি অস্থুম্না খোকল্লিবসি মতৌ কমদৌহুননো? অমৃত অসি ফংগ্রিবা অসি করম্বা সমুদ্র নৈক্লহুননো? সাবিত্রীবু মাংজখিবদগী হৌনা অচুম্বা অসিগা মহাক মায়োক্লরকখি, মখোক কারক্লিবী চনুরাগী থম্মোয় ফংবনা অমনি, অদুবু ফংলিবদু থবক্তা শিজিন্নবনা তশেংনা পূমতোপ তোপ্পা পোৎশক্লি। মরমদি, ফংবদি নুপা-নুপীগী অচিকপা থম্মোয়নুংদা লোম্ননি, মনা-মনিল নাইদনা থন-গৎলকই, মপালগী সংসারদা মতু উবা ফংদে, অদুবু সংসার অসিগী অয়াবা য়াওদনা অমুক খোঙকম অমা ক্ষাওবা চংশিল্লনবা উপায় লৈতে, নুমিৎ অদুমক খাংঙমদবা অয়াবা নুমিৎনি। ফংবা অসি কয়াদা লুবগে, য়ত্ত্ব অসি কয়াদা ফংঙমদবগে, মপালগী সংসারদি বিচার অসিগী মাইকৈদা চৎভে—মাদি শুপ্নদগী মাগী শাস্ত্রগী মতুং ইন্না সমাজগী মতুং ইন্না মাগী চৎনরোলগী মতুং ইন্না য়ানিংদবা খোঞ্জেলদা লাওনরকই, অপনবা পী, অরেম্বদা তাহল্লি—শুপ্নগী মসিনি মাগী থবক। সরোজিনীনা মাবু নুংশিরম্বা য়াই। মাইকৈ অদোমদস্থ প্রতিদাম্না করিগুম্বা মতৌ অস্থুম্না মমাই লৈথোক্লনমক লৈপ্রবদি মদুবু মহাক্না কন্দায়দা লাৎলুগনি!

মবানিগী সমাজ ভোংঙাল ভোংঙাল্লি। ঙরাংস্থ মহাক্কী অহল ওইরবা মপাবুংগী রাখলনা শকক্ষম কায়রবা মাইথোংঙু হন্না হন্না নিংশিংলকখি, উপেনদাদাখোয়গী য়ুমগী য়াঙ্গংলবা ভট্টাচার্য্যগী শিগংননা লুম্নবা খোঙ্গেল লিশিংলক হন্না মাগী নাকোংদা য়্রৈরখি, লৈকাইগী য়েক্লব-মরূপ পুম্নমক্কা শাথিনা মঙক হাইরকপদা মহাক্কী থম্মোয়দা হন্না হন্না তিং তিং পাল্লখি, অদুম ওইনমকস্থ মায়োক্তা জগৎকী মী পুম্নমক্কা পুন্দুনা 'নত্তে' 'নত্তে' হায়রবা ঈয়াওখোল মরক্তা শুপ্পদগী মনা-মনিল নাইদবা সরোজিনীগী ঈকাইজবনা লুক্চানরিবা মাইথোং অসিমক্কা মহাকপু মপাঙ্গল ময়েং তাহল্লকখিদবনি।

অদুবু ঙসিদি অমুক কীরুনিংঙাই করিস্থ লৈত্রে। নোংমা খনঙমদবা উপায়দা লীপূন পুম্নমক্কী অরাবা রাখল পুম্নমক্কী শান্তি ফংলে। হিংলে!

রাসি মশাগী মপুক্লিংনা হায়জবমক্তদা মহাক মঙফাওনরক্তুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, ময়াম পুম্নমক তশেংনা অদুম মাইথোং লুক-চাননা ফমদুনা লৈ। সরোজিনীগী মাইথোংলোমদা মহাক্কা য়েংলকই, অদুবু, চাওরাক্কা অয়াম্বা শরুক উবা ফংদ্রে। মতম অদুদা মঙোন্দমক অতম্নবা হায়রকই, "নহাক—অদোম্না ঐ লৈরম্বা য়ুমদুদা নোংমা ফৌদুনা লৈরম্বা উবিরকখিবা ক্ষিদু সাবিত্রী হায়রিবী অদুগীনি। নোংমা ইশামক্কা রা পুম্নমক অদোমগী মকমদা তমগে হায়না ঐ থঞ্জরম্বনি, অদুবু করিগুম্বা নুমিত্তস্থ মদুগী তাঞ্জা ফংখিদে, থৌনা ফরুবস্থ ঙমখিদে।" হায়রগা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "জ্যোতিষবাবু, দোষ ঐগীনি। মসি ঐ নুমিৎ খুদিংগী ভাব তাখি, অদুমক্কা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা লৈরমদবনি।" অসি হায়রগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মহাক্কা হায়রকই,"অদুম ওইনমক, ঐনা করিগুম্বা হীরমদা কনাদস্থ ঠোগ তৌখিদে, পুম্নমক অদু ঐ খঙস্থ খঙদে। অদুম ওইনমক ঐগী হায়নিংঙাই কম্বিস্থ লৈতে।"

জ্যোতিষনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা করিনো হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু চরম ফুনগৎলক্তুনা খোঙ্গেল থোরক্লে।

সতীশ মশামকস্থ অকনবা নুংশা মপী অমা কাজিনখিবগুম তৌই। হায়রকই, "ঐ চৎলে, ঐনা হায়জরমগদবা অমা লৈ, ঐগী রা খন্নবিদুনা ময়ামগী পুক্লিং মকহনবিরুস্থ। ঐ করিগুম্বা চালাক অমা তৌদুনা ময়ামগী

মতুংদা মপুক্লিং ফনা মকা লাম্না মচল্লমুপী চৎখিবা উবদা জ্যোতিষনা মপুক্লিংদা খল্লকই, থুদোংথীবদু মহাক্না খল্লম্বা অদুক শাথিবমক্তি নত্তে। মতম খরদংগী মনুংদা পুন্নমক ফরকপা য়াই, মহাক্না অদুম্মা আশা তৌরকই।

নুমিৎ অদুদা অহিং ফনা থেংর্লব ফাওবা মরুপ অনিগী রারী-রাতাই চৎথরকই। জ্যোতিষতা মহাক্না আশা তৌরিবা রাফমদু ফাওবা ইঙ্গিতনা ফোঙদোরকই। মরু ওইনা সরোজিনীন মহাক্কী অহানবা চৈনাখোলদু কোকপ্রবা মতুংদদি সতীশকী অদুক হাক্না তুকচনিংঙাই ওইবা শাজৎতুগা মপুক্লিংদা শশাঙ্কমোহনগীগা চাংদম্নদুনা য়েংলোই, মসি মওং অমদা ওইথোক্তবনি হায়না মবানিনা খল্লকই।

থংনবা নুমিৎকী মুমিৎয়ুংবা মতুংদা চাবা থকপা লোইরবা তুংদা সরোজিনী মহাক্কী মথক্কী তুম্ফম কাগী হাংদুনা লৈরিবা থোঙনাও ময়াদা চৌকি অমা চিংশিল্লগা লম্বীরোমদা য়েংদুনা ফম্লি। খঙহৌদনা উরুরে, খরা লাপ্পা পোৎ-চৈ হোন্দুনা চৎলিবা ষণ-গাড়ীগী মতুং ইন্নদুনা মুপা অনি মকোক্তা ছাতিন তুপতুনা তপ্পা তপ্পা চৎলি, মতুগী মরক্তা অমদি বিহারীনি। সরোজিনী চেকশিন্না থোঙনাওদা লেংলিবা মচৈদু পায়দুনা হৌগৎলক্লে। গাড়ী অস্নুম অস্নুম মহাক্কী থোঙনাও ময়া নকশিল্লকপদা মুপা অমনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকপমক্তদা মহাক বিহারীনি হায়বা তশেংন উরে। সরোজিনীনা মখুৎ থৎতুনা ইঙ্গিতনা কৌবমক্তদা বিহারীনা মহাক্কী লোয়নবদুদা চৎখৎনবা হায়গ্রগা ছাতিন থুপচিন্দুনা থোঙনাও মপাদা চংলক্তুনা লেপ্লরে।

সরোজিনীদা হায়রকই, "বিহারী, চংবগা ওইথংবদা সিঁড়ি লৈবনি। মথক্তা কাখৎলকউ।"

মতম অদুদা মী পুন্নমক নুংথিল তুম্লি, বিহারী ইকুই কুইদনা সিঁড়ি কাখৎলক্তুনা সরোজিনীগী মথক্কী কাদ চংলকপগা মঙোন্দা খুরুমদুনা খুয়া উফুল লৌদুনা মরৈদা, খৌরিদা অমদি মকোক্ত হপ্লক্লে।

সরোজিনীনা মপুক্লিংদা মঙোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌরগা হায়রকই, "নখোয়গী গাড়ীদি হোম্বেন অহিং পুং তরামাথোইগী মতুংদনি—হৌজিক মদু মতম য়াম্না রাংলি। বামোন ঠাকুর লোয়নম্রি, মহাক্না পোৎচৈ মুতিয়াবু থাংথংজনি, নঙ ডাইহাক্তা ফমখো।"

হুংল্লবস্মু সতীশ মকম অসিগী লৈকম থাদোক্তুনা অতোপ্পা মকমদা চৎখ্রিবনি হায়রবা খঙলে। বিহারীত্থু মাগী ইল্লিবা কি মচিনা হুমাং ভৈথোক্লগা লৈমায় 'থক্তা' শুমথখ্রে।

ভাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "ক্ষরে বিহারী, নঙদি কৈদৌভৈদস্মু বামোন নুপীগী মকমদা মীনম্বা রা ভাংদবনি।"

বিহারীনা মরৈ চিক্লগা হায়রকই, "হরি হরি! মহু ওইরবদি অম্বুক হিংখিগদ্রা মচল-ইবেম্মা! মপোক ভরেৎলক কাশীদা লৈরুহুনস্মু পাপ অসিদি কোক্লরোইদবনি।"

সরোজিনিনা চানবিবা মিৎয়েংনা খুঙ্গং মচা ধর্ম্মদা লুপচবা অহল অসিগী মাইথোংদা য়েংহুনা নুংশিবিবা মীনোক্তা হায়রকই, "মহুবুদি খঙই বিহারী, নঙদি করিগুম্বদস্মু মীনম্বা ভাংদে, অহুবু ঐনা হংলিবসি নহাক্লা কনাগী মকমদস্মু হায়দোকউবা য়াদে—নখোয়গী বাবুগী মকমদস্মু য়াদে।"

বিহারীনা হায়রকই, "মীভোন্দা হায়দোকউরগা ঐভোন্দা করি কায়গনি মচল ইবেম্মা!"

সরোজিনীনা ভাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অশেংবা রা হৌদোরকই, হংলকই, "ক্ষরে, সাবিত্রী হায়রিবী নুপীহুবু কনানো বিহারী?"

বিহারীনা সরোজিনীগী মাইথোং য়েংলগা হায়রকই, "ঐগী ইমা সাবিত্রীগী রা হংবিরিব্রা মচল-ইবেম্মা? খঙদে মচল-ইবেম্মা, ঐগী ইমা অহু কনাগী শাপ্পনো পৃথিবীদা পোক্লহুনা অম্বুক হাক্লা অরাবা নংলরি। ওঃ, ইমাহু লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিমক্তি!"

মতম য়াম্না কুইখ্রে বিহারীনা সাবিত্রীগী মমিং কাওবা মচিন্দা পল্লুনবা তাঙ্গা ক্ষংলকখিদবা। মহাক্কী খোজেল ইক ইক লাওরকই অমত্তুং মমিত্তা পীরাং থাংলক্তুনা মশেল-মরাং উরক্লে।

সাবিত্রীবু পল্লুবমক্তদা হন্নুবা অসিনা অম্বুক হাক্লা মওং অমা তৌখিবসি উবদা সরোজিনী চওক্লখ্রে।

বিহারীনা মখুৎনা-মপী ভৈথোক্লগা হায়রকই, "ঐগী ইমাহু নোংমা রাখালবাবুগী বোর্ডিংদা মীনাই ওইবা লাকখি, মতমহুদা মী পূম্নমক মহাকপু উবদা ভক্লখি। মচিনবান্দা নোকপগী মমি তাহুনদা লৈ। রাখালবাবু ম্যেনেজরনি, অহুগা ঐদি মীনাইনি, অহুবু ইমাগী মকমদদি

মী খুদিংমক চপ মান্নে—পূম্নমকপু চপ মান্ননা লুনা ভোই। একাদশী নুমিত্তা ব্রত চেৎনা তৌদুনসু করিগুম্বদসু ইমাগী মাইথোংদা শাওবা থক উদে মচল ইবেম্মা।"

হনুবনা থম্মোয় শিৎ হুনা রা ভাংলিবগুম্মী। অদুনা মহাক্কী তাৎ য়াওদবা ভক্তিনা থুমহৎলকপা অসিদা সরোজিনী ভকখ্রে অমসুং মহাক্কী য়েংথিবগী মৈচাকসু তন্দ্রায় শোদোকখ্রে। বিহারীনা হায়রকই, "মচল-ইবেম্মা, শাস্ত্রদা ইরি, ইমা লক্ষ্মীনা অমুক্তি করিনো মরাল অমা লংশিল্লদুনা নারায়ণগী য়াথংনা মীনাই স্থপী ওইনা পোকখি, ঐগী ইমাসু তশেংনা মতৌ অদুম্না করিগুম্বা দোষ অমদগী মীনাই ওইবা লাকপদা অরাবা কয়া কয়া নংলগা মমৈথংদা চৎখ্রে। চৎখিবা নুমিৎ অদু ঐগী থম্মোয়নুংদা ঙসিসু ওমদুনা লৈরি মচল-ইবেম্মা!"

সরোজিনীনা ভপ্পা ভপ্পা হংলকই, "মহাক হৌজিক কদায়দা লৈবগে বিহারী?"

বিহারীনা মসিগী পাউখুম পাক হেক পীবা ঙমদ্রে, মাইথোংদা য়েংদুনা লৈখ্রে।

সরোজিনীনা অমুক হন্না হংলকই, "খঙদব্রা বিহারী?"

বিহারীনা হন্দক্তি মঙক নোমদুনা হায়রকই, "তাংদাংবদি খঙদে হায়বা য়াই, অদুবু, মদু ওইরবসু খঙই। অদুবু রাকম অদু তাকথোক্কনু হায়না ইমানা থিংলম্মী মচল-ইবেম্মা, ঐদি হায়দোকচবা ঙম্মরোই।"

সরোজিনীনা হংলকই, "থিংলম্লিবা করিগীনো?"

থিংলম্লিবা করিগীদমক্তনো হায়বা বিহারী মশামক্কসু খঙ্গবদা ভাংদাংবা খঙলুবা ঙম্রমদে। অদুম ওইনমক থিংলম্বা অসি মপূন্সি চুপ্পা ঙাক্লা চৎপা, মহাক কমদোনা লৈম্লিবগে হায়বা খঙবা ঙমদবা, মহাকপু পূন্সি অসিদা অমুক হন্না উবা ফংদবা, পূম্নমক অসি বিহারীগী মকমদা কয়া রানা থোক্কপগে হায়বা শুপ্নগী মহাক মশাদনা খঙজরমগনি। মরু ওইনা করিগুম্বা রারী-রাতাইদা মহাক্কী মমাগী মায়োক্তা সতীশকী শাথিনা মঙং চাদবা ইঙ্গিত ফংলকপা মতম অদুদা রা পূম্নমক হায়দোক্লিংবনা মহাক্কী থম্মোয় নুংদা খাংঙমদবা ঈথক হৌরকই, অদুবু মদু কাওবদা হনুবনা ঙসি কাওবা মহাক্কী রাশক কায়হল্লক্লি। করিগুম্বা নুমিত্তা খাংবা ঙম্রক্রবা

মতম অতুমক্তদা মহাক্না রাকম অসিমক নিংশিংজে, সাবিত্রী মশামক্না অহুক চাওবা কলঙ্ক তুমিন্না কোকথোক্লমরি, মতম অসিদা তশেংনমক মনুংদা অসিগুম্বা করিনো অমা লৈরমগনি, মহু মহাক্কী বুদ্ধিগী রাংমচনি। সাবিত্রীবু মহাক্না থাজবা অমদি শ্রদ্ধা লৈবগী ভমথৈ লৈতে।

অদুম্বু, হৌজিক অমুক মী অমনা রাকম অহু খঙম্নিংবমা লাংতক্কুবা ফোঙদোয়কই, মতম অসিদা রাকম পুন্নমক হাযদে। ক্লিংবনা মহাক্কী থম্মোয় খ্রো খ্রো খোৎলক্লে। ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "চায়দোকপা ওয়গনি মচল-ইবেম্মা, নহাক্না করিগুম্বা ঐগী বাবুদা হায়দোক্লোই হায়রবদি।"

সরোজিনীনা মপুরি-দা শাথিন ওক্লক্লে। বিহারীনা খঙই, অহুম ওইনমক সতীশনা খঙদে অমসুং মঙোন্দমক খঙহন্দনবা সাবিত্রীগী থোইদোকপা অথিংবা—সিগী মরম মহাক্না খনবদা লাম্বা ফংদ্রে। হায়রকই, "নত্তে বিহারী ঐ কনাদসু হায়দাব্লোই, হায়রো।"

বিহারীনা মিনিট অনি মপূং ফানা চপ য়ুংনা লৈহুনা রাখল তৌহুনা য়েংলম্বা য়াই, মসিদা রাশক ভাক্তবগী পাপ মহাক্না পুগদ্রে পুরোইদ্রা হায়বা, অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না ইতিহাস পূর্ন্নমক মহাক্না অমমম ওইনা তম্লকই।

সাবিত্রীনা সতীশপু মথরায়দগী হেন্না নুংশিজে অমসুং মসিগীদমক রাখালবাবুনা কলঙ্ক খনবন্দুনা খৎনবা হৌবনপাংগী ব বু বোডিংদগী বিদায় লৌহুনা চৎপা তাথি অমসুং সতীশবাবু মবক মনক্তা য়ু থক্লম্মী হায়বা অসিনচিংবা কাবিগুম্ব রা অমতা মহাক্ন লোৎতে।

অদুগুম কুপ্তবপু সরোজিনী মত্রনা ওমহৎকপগী মতোংগম ফমহুম্না রা তাথি। ওইবম্মা য়াই ওসুম্না থম্মোয় লুপশিনবা, অমুক হাক্না পুক্নিং চংনা অক্তে কনানমসু কৈদোংদুসু কনাগী রা ভারংদবা। শশাঙ্কমোহন্না পাউ লৌরিবা মীশক রাখালবাবু অহুগী ইতিহাস পূর্ন্নমক খঙহৌদনা ডসি সরোজিনীনা খঙদবা লৈখিদ্রে।

সাবিত্রীগী য়ুম কন্দায়দনো, নত্রগা মহাক্কী মপাম অমদি নুপা-মচুম কন্দায়দনো, পূর্ন্নমক অসি বিহারীনা তাকপা ওমত্রবসু মহাক ব্রাহ্মণ নিঙোনজি, লুম্বাবীনি, শককজে, লাইরিক হৈ—লাক্লবক থিবদগী

মীনাইগী থবক তৌবা লাক্লম্বনি হায়রবা রা অসি মহাক্না হন্না হন্না পল্লগা হায়রকই, "অদুক হাক্না নুংশিরিবনি, অদুবু অদুম ওইনমক বাবুনা ইমাপু কৈগী মতৌগুম কীরম্মী মচল-ইবেম্মা। য়ু থক্লগা বোর্ডিংদা চংলক্লবা মথৌনা ফাওবা লৈরমদে। বিপিনবাবুনা হায়, বাবুগী মরূপ যম-কাল অমা লৈ, মাগা তীম্নরগা বাবুস্থু ঈশৈ-নোংমাই তৌবা ফত্তবা মফম অদুদা চংথোক-চংশিন তৌরম্মী, ইমাগী নাকোং য়োখিবমক্তদা মফম অদুদা চৎপা মহাক পূমতোক তোকখি। ঐগী ইমা সাবিত্রীবু থৌওইদনা মফমদুদা অমুক হন্না চৎলুনবা মথৌনা ফরুবা ঙমখিদে!" হায়রগা বিহারীনা চাওথোকচবগা লোয়্ননা সরোজিনীগী মাইথোংদা য়েংলকই।

সতীশকী মথক্তা অতোপ্পা নুপী অমগী অধিকার অদুক চাওনা লৈ হায়বা পাউদুনা সরোজিনীগী থম্মোয়দা তাগী মতৌগুম লেংলরে, অদুম ওইমমক মহাক্না তপ্পা তপ্পা হংলকই, "ফরে বিহারী, মাবু অদুক কীরুনিংঙাই দরকার করি লৈবগে?"

বিহারীনা থঙজরিবা মঙংদুদা অদুম হায়রকই, "ঐগী ইমা অঙকপা ফংনা চীংলেম্বা মীশক্তি মচল-ইবেম্মা! শুপ্নগী ঐখোয়গী বাবুখক্তা নত্তে, বোর্ডিং 'পূম্বগী মীনা মাবু খি খি কীনরিবনি। নোংমগী রা তমজগে। নুমিৎ অদুদা অহিং য়াম্না থেংনা বাবু কদায়গীনো য়ু থকউরগা য়ু লিক্লি অমা পুদুনা বোর্ডিংদা হল্লকই। অহিং থেংলবনিনা ইমা সাবিত্রী শোয়দনা মাগী লৈফমদা হনখিরম্লগনি হায়না খনবিমাল্লে। ঐ তুমজিং, থোক্ত হাংদোকলুই। হংলকই, সাবিত্রী চৎখ্রেনিনে বিহারী? ঐনা হায়রম্মী, চৎক্তে বাবু, ঙসিদি মহাক চৎখ্রে—'সিদা 'স্থুম লরে। মহু তাবগা য়ু লিক্লিদু লম্বীদা হুন্দোকখ্রগা তপ্পা তপ্পা হুরানবগী মতৌগুম লৈফমদা চংলকই। কীবনা নেশাকক্না মিৎকুপ্তা মাংখি। হায়বিয়ুদনা মচল-ইবেম্মা, মহাক্না নত্তনা বাবুবু কনানা অমুক করিগুম্বা নুমিত্তা রারকপা ঙমগদগে?"

সরোজিনীনা রা ঙাংদনা ঙাইহাক ফমদুনা লৈরগা হায়ম্নকই, "সতীশবাবুবু হৌজিকস্থু য়ু থক্লিব্রা বিহারী?"

বিহারীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "থক্তে। অদুবু অমুক হৌরকপদা মতম কয়া কুইনা চংগদগে মচল-ইবেম্মা? অদুনদি ঙসি নুমিৎ নিনি

চুপ্পসি শুপ্পদগী খল্লক্লিবা, অরাবা মতমসিদা ঐগী ইমা সাবিত্রী অমুক্তং লাক্লবদি হায়না ।।”

সরোজিনীনা খঙনিংনা হংলকই, “করিগীনো বিহারী ?”

বিহারীনা হায়রকই, “ঐ তত্তনা উরক্লবনি, বামুনম্বু মপুক্লিংবু সুংঙাইত্রবদি য়ু থকপা হেক্তা হৌরকই । অমনা উপেংবাবুবু কী, মহাকম্বু করি তৌনগ্রবগে খঙদে । অহিং অতুদা মহাক্না লৈকমদা চংলকপদা সাবিত্রীবু উরুবমক্তদা অহুম হনখি, মতুগী মতুংদা কনানম্বু কমাগী মমিং পল্লখিদে । অতুদি হায়বিয়ুদনা য়েংসি মচল-ইবেম্মা, ইমানা নত্তমা বাবুবু অমুক য়ারক-য়াতেম্বিরবা ভমগত্রা ?”

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, “নাবগী পাউ হেক কংবদগী মুমিৎ মত্তা-তরুক্কি অসি বাবু কমদৌনা লেল্লকপগে হায়বা ঐ উরবনি । নহাক য়াহৌরকপগা মখোয়গী পাউ কংবদা উপ্পা তুখিবদগী নুমিৎ চুপ্পা অমুক হৌগৎলকখিদে । অতুগী মতুংদা নুংদাংগী পাড়ীদা মযুমদা চৎখি । ঐঙোন্দা য়া অসিদমক হায়রম্মী, বিহারী, লোইনমক য়োমশিন-খোৎচিল্লগা নখোয় য়ুমদা লাকউ ।”

সরোজিনীনা ক্ষিংনা হংলকই, “কনা নারবগে বিহারী ?”

বিহারীনা ঙক্তুনা হায়রকই, “চৎপা থোরকপদা বাবুনা নখোয়দা তাক্লমদব্রা মচল ইবেম্মা ?”

সরোজিনীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, “তাক্লমদে । কনানোনে নারিববু ?”

বিহারীনা সুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, “অহু ওইরবদি কাউদুনা অহুম চুমদ্রিংনা চৎখিবা ওইরমগনি, য়ুমসিদা চংলমদবা । অয়ুক্তা বার্তোন কংদুনা সিদা চাক চাবা লাক্কদবা নুমিৎ অহুমক্তদা বাবু-হল নাবগী চিঠি থংলৈ অহুনা চাক চাবা লাকপা ঙমখিদবনি । টেলিগ্রাফ তৌগ্রগা মশামক নুমিৎ চুপ্পা পোস্টাফিসতা লেপদুনা লেল্লুই । অহুবু করিগুম্ব পাউ অমতা লাকখিদে । অহুগী তুংদা নহাক অমুক পুম্নোই লোইবা পাউ থংলৈ । নুংদাংগী পাড়ীদা বাবু মযুমদা চৎখি ।”

সরোজিনীনা চঙক্লদুনা হায়রকই, “সতীশবাবুগী কাবা শিঙত্রা ?”

বিহারীনা হায়রকই, “হোয়, মচল-ইবেম্মা ।”

"কমদৌনমো ?"

"য়াম্না অহল ওইগ্রে. শুপ্নগী খোঁদোক অমগী মমিংদা মথক্লায় শাইথোকখিবদনি।" অসি হায়রগা বিহারীনা ঈহৌরক্লিবা পীরাং তৈথোক্লগা হায়রকই, "অতৈ করিমতগী রাদে, অদুবু, অহল অদু নত্তনা বাবুগী মীনি হায়নিংঙাই অতৈ কনাস্থু লৈহৌদ্রে। অদুনা ঙসিমিৎ নিংসি অসি অশুম্বদা থল্লক্লিবনি, হৌজিক্তগী হৌনা মঙৎ কমদৌনা লৈগদগে হায়বা ইমা-ইবেম্মা ডুর্গাদনা খঙবিরিগনি।" হায়রগা অহল অদুনা চাদর মচিনা মমিৎ অনিমক্তা থুমহৎলক্লিবা মপী অমুক্তা লিংখিনা ভেথোরকই।

সরোজিনীগী মতিক্তস্থু ঈরা চেল্লক্লুনা শিন্থরক্লে। হায়রকই, "হন্দক্তগীদি সতীশবাবু ফরকপস্থু য়াই। ফক্তবা ওইরকনি হায়বগী অকীবসি নঙোন্দা কমদৌনা পোক্লিবনো বিহারী ?"

বিহারীনা রাখল অমদা ভাওবগী মতাগুম হায়রকই, "কনানা খঙগনি।" অদুগী মতুংদা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "নহাকপু নুংঙ ই-য়াইফবা ওইহনবিসনু মচল-ইবেম্মা, বাবু অফবা ওইসনু—অদুগা মাইকৈ অদোমদা মমাই ওনশিল্লুদসনু। অদুবু চৎলমদায়দা গাড়ীদা কাখৎলগরা করিনো হায়রম্মী, 'ফরবনি, মঙৎ অমদা হিংলবনি বিহারী, সংসার অসিদা অমুক কনাগীস্থু খল্লু-রাক্লনিংঙাই লৈররোই।' নঙোন্দা তশেংনা হায়রিবসিনি মচল-ইবেম্মা, মদুদগী হৌনা হেক খল্লু খল্লুবা মতমদা থম্মোয়সে হাহাকার লাওরক্লবনি। মখুত্তা শেল য়াম্না কংলগদৌরি—বাবুগী মরুপ-মপাংস্থু লোইনবা অফবা নত্তে—কত্তবা লম্বীদা চৎপ্রবদি হৌজিক কনানা থিংবিরগদগে ? থিংবা ঙমগদৌরিবদি শুপ্নগী ইমাদনি।" অসি হায়দুনা বিহারীনা মশানা খঙজদনা অমুক্তা হন্না মহাক্তী রা তারিবীগী থম্মোয়দা মচিন মৈ হৌররা তাক্তা খিল্লিল্লগা মখুৎ অনি লোম্নদুনা মকোক্তা থাঙ্গৎলকই।

সরোজিনীনা চৈনাখোল থাংলগা খোঙেল পিক্না হায়রকই, "করবনিনে বিহারী, মঙোন্দমক লাকউ হায়দুনা চিঠি ইথিত্রিবা করিগীনো ?"

বিহারীনা হায়ম্বকই, "ঠিকানাদি খঙদে। ইশামক করিগুম্বা অমুক্তং চৎলুবা গুম্বা থোক্লবদি যেশা-উপায় তৌতুনা থি-হুমতুনা পুরকপা ওয়মগদবনি, অদুবু ঐগীদি মদু উপায় লৈতে ; বাবুবু মতোমদা হুন্দোক্তুনা থনমতুনা চৎপসু পুক্লিংদা য়ানিংদে। মতুগী মথক্তা ঐদি করিগুম্বদসু কাশীদা চৎলুদ্রি,—লম অদু মশক খঙদে।" অসি হায়রগা মহাক্না উপায় লৈতবগী মতৌগুম সরোজিনীগী মাইথোংদা য়েংলকই। ময়েক শেংনা খঙলে, সতীশকী থোইদোক্লা য়াইফনবা খঙ্গ্রিবা অহল ওইরবা মনাইনা মবুংঙোগী শোয়দনা থোক্লরগদবা অমঙ্গলগী চিংনজবনা লৈতাকম খঙদতুনা লৈরি। অদুবু সরোজিনীনা মঙোন্দা পুক্লিং চাওখৎনবা করিগুম্বা আশা অমতা পীরক্তে. তুমিন্না অদুম লৈখ্রে।

"ঙসি অদু ওইরবদি য়ৌজপ্রগে মচল-ইবেম্মা।" হায়রগা বিহারী হৌগৎতুনা চংশিল্লক্লগা কুম্ভতুনা খুরুম্নরে অমসুং খুয়া-উফুল লৌরগা কাতুদগী মপালদা থোকখ্রে। অদুবু, খংনবা মিৎকুপমক্তদা খঙহৌদনা শৎ হুঞ্জিল্লক্লগা মখুৎ লোম্নতুনা মমাংদা লেপ্লরে।

"কম্বিনো বিহারী ?"

"রা অমতা হঙ্গচ্চগে মচল-ইবেম্মা ?"

সরোজিনীদা য়াম্না রানা খিতং নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "করি রানো ?"

বিহারীনা অদুম মখুৎ লোম্নতুনা থোঙ্গেল নৌথনা হাযরকই, "ঐদি শঙ্গোম জলোনবা লৌউবা মচানি, মদুদা হম্বুরবা মীনি। করিগুম্বা হায়গদবা রানা হায়দতুনা হায়রোইদবা রান। হায়দোকখিবা থোক্লবদি ইরাল ঙাকপিগদ্রা ?"

সরোজিনীগী মমিত্তুগী মপী শিন্থরক্লে। অদুবু মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা মদু থিংলগা মঙক নোমতুনা অসুম্নদা হায়রকই, "ঙাকপিগনি।"

মহাক্কী মচিন্দগী 'ঙাকপিগনি' হায়বা রাহৈ অসিদং তাবমক্তদা বিহারী মঙকাওনরকপা ঙমখ্রে। মহাক্না মশাবু লৌউবা অসিনচিংবা হায়জতুনা মশাগী মবুদ্ধি রাৎপগী পরিচয় জিশিংলক পীতুনসু মহাক তশেংবদি অপঙবা নত্তে। মরম অদুনা করিগীনো সরোজিনীনা সাবিত্রীগী রা হংননবা মহাকপু লম্বীদগী কৌখৎলিবা, করিগীনো মহাক্না অসুক

লুপশিন্না মপুক্লিং চংবগা লোয়ননা মহাক্কী য়ারী তারিবা, য়াকম পূম্নমক মহাক্কী মকমদা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মুমিৎকী মণ্ডালগী মতৌগুম তরু তরুরক্লে। অমসুং খণ্ডদহুনা লৈশাবী অসিদা অমুক কুইনা থম্মোয়দা গুহুম্মুনা চৈনা-খোল অমুক হাক্লা কংহল্লক্লি, মতুগীদমক থরায় মুংঙাইজদবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মতম অদুদা বিহারীনা থোইদোক হেন্দোক্লা থোৎন-মেংলবা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "ঐ খণ্ডজে নহাক্কী রাসু কৈদৌনুংদা হিক্তোকপা ঙম্মোই হায়বা—নহাক্কবু পাম্নবদি বাবুবু খুদোংচাদবা মতমসিদা কনবিবা ঙমগনি। অদুবু ঐগী পুক্লিংনা হায়রি, নহাকস্ন মহাকপু থাদোকপিয়-মাল্লে ইমা ?"

বিহারীনা অহানবা ওইনা সরোজিনীদা ইমা হায়না মিঙ্গৌরকপনি। 'ইমা' হায়না মিঙ্গৌদুনা থবক পাংথোক্লনবগী লৌশিং তৌবা হন্নুবনা য়াম্না হৈ।

সরোজিনী মপী থিংউ হায়বা অমুক য়াখিদ্রে, মিৎলু অনিদগী পাথো-রক্লুনা মপী মতুম মতুম জর-জর হন্নুবগী মমাংমক্তদা তারক্লে। অদুবু শং তৈথোক্লগা হায়রকই, "নত্তে বিহারী, ঐগী মতেংনা করিস্নু ওইবা য়ারোই —ঐগা মাগা অমুক করিগুম্বা মরি অমতা লৈনখিদ্রে।"

বিহারীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "ইমা হায়না কৌগ্রবনি, ঐ মহাক্কী মচানুপাগুম্বনি। ইরাল-ইহুই লৈরম্বা থোক্লবদি লাল্লে হায়বা ইশানা য়াজরি।"

অসি হায়রদুনা বিহারীনা সরোজিনীগী খুয়া-উফুল লৌদুনা মকোক্তা হাপকৎলগা হায়রকই, "অদুবু নহাক্তি ঐগী বাবুবু খণ্ডবিদনা ? খুদোংথীবা মতম অসিদা য়ারৌবিদুনা মাবু নহাক্লা হাৎপা, মদুদি ঐনা শুপ্তৌ তৌহল্লোই ইম্না।"

সরোজিনীগী থাংঙমদবা য়ারৌবা মহি চেল্লক্লুনা সতীশপু ঙাক-পিনবগীদমক অমুক্তং মমাই থাঙ্গৎলকই হায়বদি য়াই, অদুবু মদুগা লোয়ন-লোয়ননা হনুবনা হায়খিবা সাবিত্রীগী য়া পূম্নমক নিংশিংলক্লুনা মহাক্কী মহি চেল্লম্নবা থম্মোয় খুদক্তা কংশিল্লক্লুনা নুংঙম কনগ্রে। মহাক্লা মঙক হাইদুনা তপ্না অচেৎপা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "নত্তে বিহারী, নঙ কীরুনু, সাবিত্রী হেক লাকপগা অমুক পূম্নমক কজথিগনি। অদুবু, ঐগী ইতেংনদি নখোয়গী করিগুম্বা য়াইকবা অমতা ওইরোই।"

নুংশি হৈতবা পাণ্ডিপুম অসিগীদি বিহারীনা তশেংনমক শেম-শাংহৌদে। মহাক মশাগী মকম খুদিং অয় ভোৗগমরা নুংশিরগী মতুমদা অকুংবা খোঞ্জেল অহুনা অকনবা চৈথেং পীরম্লে, অহুনা মহাক মিৎকুপ থরদি নুংবংনবগী মতৌগুম য়েংহুনা লৈ। অদুগী মতুংদা অমুক রা অমত্তসু ঙাংলমদনা অমুকা পুরুম্লগা মপালদা থোকম্লে।

## কুন্থ্রামাপল

সন্ধ্যার থুংলবী নুপী পুহুনা উপেন্দ্র থা মঙা-তরুক নৈনিত্তালদা লৈরুরগা বক্সাদা লাক্কুনা লৈরবা নুমিৎ থরনিদা মঙাইরি। মসি সুরবালাগী অরোইবা অপাম্বনি। নুমিৎ অদুদা, সন্ধ্যা মতুংদা মেংলবা মৈঙাল্লোমদা য়েংহুনা ফনা কুইনা তুমিন্না লৈরগা লাইরম্লেনগী যাত্রী অসিনা তপ্না তপ্না মপুরোইবগী খুৎ মথক্তা মথুৎ য়েৎ থম্লগা হায়রকই, "নহাক্কী রাদা কৈদোঙৈদসু করিগুম্বা নুমিত্তসু অমুক চিংনরুবা লৈথিদে। ঙসি ঐঙোন্দা রা অমা শেংনা হায়বিগেরা? কাউবিরোইদ্রা হায়রিব্রা?"

উপেন্দ্রনা শিগ্নদোরবী নুপীগী মাইথোং ময়াদা লুকথরগা হায়রকই, "করি রান্নো পঙ?"

সুরবালানা মিৎকুপম্মক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "নহাকপু ঐনা অমুক ফংজগনিদনা?"

উপেন্দ্রনা মাগী নুপীগী লাইবক্তা তারিরা অচোয়বা শম্বাংশিংদু হাইগৎপিরগা ঈংনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "কৈদোনা ফংদনি।"

"করে, নুমিৎ কয়ানি লৈরগা ফংজগদগে? ঐদি থুনা চৎগ্রগনি, অদুবু নহাক লাক্লিবা ফাওবা কদায়দা নহাকপু ঙাইহুনা লৈরুগদগে?"

"স্বর্গদা লৈগনি। মফম অদুদগী ঐবু মতম খুদিংমক্তা উগনি।"

"অদুবু, ইতোমদা কমদোনা লৈরুগদগে? করে, ডাক্তর পুন্নমক্না খুৎ থারত্রা? অসিগুম্বা করিগুম্বা হিদাক অমতা লৈতব্রা, ঐ হিংনবা? ঐ চৎপ্রবদি নহাক য়াম্না রাহৌবা য়াই।"

পী মরিক অমদি উপেন্দ্রনা করিগুম্বা মওং অমতদা থিংবা ঙমখিদ্রে —ভোপ লাওনা সুরবালাগী লাইবক্তা তাথোকখ্রে।

মহাক্কী থম্মোয় 'পুন্না নৈহুৎতুনা য়াকৎনা নিল্লক্লে, হে ঈশ্বর। ইপুরোইবগী থম্মোয়দা অমুক হাক্লা নুংশিবদমক পীবিরি, অদুবু নুংশিবগী মশক ওইরবা মহাকপু নোংম্রা ফাওবা চোম্থনা কোন্দুনা থম্মনবা শক্তি অদু ফাওবা পীবিব্রে।

সুরবালানা কংলবা মখুৎতু থাঙ্গৎতুনা মপুরোইবগী মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "নহাক্কী কপ্লসি ঐ খাংবা ঙমজদে,—ঐগী অভোপ্পা রা অমগা ঙাকপিগেরা ?"

উপেন্দ্রনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "ঙাকনি।"

সুরবালানা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐগী ইনাও-নুপী শচীগা ইনাও-নুপা অভোম্বগা লুহোংবিয়ু. ঐ মাবু উরক্কবা য়াম্না কুইরে, নুমিৎ হুম্নি-মরিনিদংদা লাইরিক তম্ব। অদুক হাক্লা কায়গত্রা,—অমুক্কং কল-কাতাদগী লাক্লবা টেলিগ্রাফ থাবিখো।"

উপেন্দ্রগী থম্মোয়দা অমুক: তাশোন্না থিল্লরে। দিবাকরবু সুর-বালানা কন্নাগী মতিক নুংশিবিবগে হায়বহু মহাক খঙই। অদুম ওইনমক মহাক্কী অরোইবা অপাম্বহু থুংহন্নবা করিগুম্বা উপায় অমতা উদে। দিবাকরগী অথোইবা মগুণহু মতম চুপ্পদা মহাক্লা মহাক্কী নুপীগী মফমদা লোৎলক্লিবনি, ঙসিস্থু ফোঙদোক্লে। টেলিগ্রাফ থাখিনবা হায়রকপহু লৈথোক্লুনা হায়রকই, "অদুবু মঙোন্দা শচী লুহোংবদি অহানবদা নহাক্লা পাম্নমদবদায় পশু। শুপ্পগী ঐগী অপাম্বহুদা মমৈথংদা নহাক্লা অয়াবা পীরকখিবনি। হৌজিক ঐ ইশ্নাগী মত হোংলে, শচীগীদমক অফবা নুপা কন্না কন্না ঐনা থিহুনা পুরকপা ঙমগনি, অদুবু মসিগী লুহোংবা অসিদদি কান্নবা লৈতে সুরো।"

সুরবালানা হায়রকই, "নত্তে, মহু য়ারোই। ইনাও-ইবুংঙো অতোম্বমক্তদা শচী লুহোংবিয়ু।"

উপেন্দ্রনা হাইফেৎ ঙক্লা হায়রকই, "করিগীনো হায়য়ুদনা!"

সুরবালানা হায়রকই,"মহাক্কী মশক উবদা নহাক করিগুম্বা সুমিত্তস্থু অমুক ঐথোয়দগী মীতোপ ওইখিবা ঙম্মোই। মহুদা নত্তনা মহাক্লা য়ুমদা লৈরবদি নহাকপুস্থু য়েংবি-থিবিবা ঙমগনি।"

উপেন্দ্রনা য়াখল অমদা তাওবগী মতৌগুম হায়রকই, "ফম্নে, করিগুম্বা ওইথোক্লবদি লুহোংবিগনি।"

মসিগী মুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা পাউ কংহুনা উপেন্দ্রগী অখিংবা লৈহুনসু মহেশ্বরী লাক্লে। সুরবালানা মহাক্কী তম্পাক্তা মকোক থমহুনা হায়রকই, "ঐ চৎপ্রবদি মঙোন্দা ম্নিৎয়েং খরা থম্বিয়ু ইনম্মা। ঐদি থঙই, মহাক অমুক হন্না কৈদৌঙৈদসু লুহোংলোই, অহুবু য়াম্না রাহৌর-গনি। নখোয় ময়াম্না মাবু খরা য়েংশিন-খোৎচিনবিয়ু, নখোয়গী নকমদা মসিনি ঐগী অরোইবা হায়জবা।" হায়রগা মহাক্কী মমিত্তগী মপী শিন্থরক্লে।

মহেশ্বরীনা মহাক্কী মথাদা লুকথহুনা কপ্লকই, অহুবু মচিন খোক্লদি করিগুম্বা রা অমতা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

মতৌ অসুম তৌনা অমুক্কসু নুমিৎ মরি-মঙানি লেপ্লে, অহুগী মতুংদা নোংমা অয়ুক্তা মপুরোইবগী ভম্পাক'থক্তা মকোক থমহুনা লৈকাই 'পূম্নবু কায়ন-মৈচাক্কী সমুদ্রদা লুপশিন্দুনা সতীসাধ্বী স্বর্গ কাপ্লে।

উপেন্দ্রনা তপ্না ঈংবা মওংদা মপুরোইবা ওইবগী অরোইবা থৌদাং পাংথোক্লম্লগা মহেশ্বরী পুহুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। উপেন্দ্রগী মপাবুং শিব-প্রসাদবাবু মচানুপাগীদমক থোইদোক্লা মুংনাংলম্মী, অহুবু হৌজিক মচানুপাগী মশক উবদা অরাবা খরমথৈ কোক্লে। মপুক্লিংদা হায়জরকই, নত্তে কীক্করিবা অহুক হকপা মওংদুদি নত্তে। অহুদা নত্তনা মহাক্না ইকুট কুইদনা নৌরিবী মমৌনুপী অমা য়ুমদা পুশিল্লক্লবগী আশাসু থম্মোয়দা য়োক্লকই। অহুবু ঈশ্বরদনদি মশক উদনা লৈহুনা হনুবহুগীদমক মুমিৎ-ভুদা নুংশা মপী হোন্দোকখিরম্বা য়াই।

নুমিৎ থরনিগী মতুংমক্তদা উপেন্দ্রহু সোরজ মকোক্তা উপত্নুনা কোর্ট চৎকদবগী থোরকপা উবদা শিবপ্রসাদ থোইদোক্লা পেজরবগুম্লকই। মহুদা নত্তনা মিৎকুপ্তা থঙহৌ হৌরকপা রাখলনা মচানুপাবু ঙাইহাক মনাক্তা কৌশিন্দুনা সংসারগী লেপ্পা নাইদবগী মরমদা অক্কবা পাউতাক কম্না পীরগা অকোনবদা হায়রকই, "উপেন, নঙোন্দা করি অমুক হায়না তাকলুগনি ইবুংঙো, নহাক নশামক্লা পুম্নমক খঙলিবনি, পুম্নমক ভাব ভারিবনি। সংসার অসিদা অয়েপ্পা করিসু লৈবা নত্তে—ঙসি লৈরিবা অহু হয়েং লৈরোই, ওরাং লৈরম্বহু ঙসি লৈত্তে—কনাসু কনাগী নত্তে—পুম্নমক মীনম্বনি, পুম্নমক মায়াগী লীলানি। রাক্কম অসি মতম খুদিংমক্তা

কাউগনু ইবুংঙো, কৈদৌঙৈদসু হৌজিক হৌজিক্কী পুন্সি মাংহল্লোইদবনি ! থরায়-হকচাং য়াওনা চাওখৎনবা হোৎনগদবা মতম অসিমক্তি। কনানা কনাগীনো ! শাস্ত্রদা লৈ, চলাচলমিদং সর্ব্বং কীর্তির্যস্য স জীবতি। অর্থদি মসি ওইরমাল্লে, ইজ্জৎ হায়রো, তৌব-ঙম্বা শক্তি হায়রো, পূম্নমক শেলদগী ওইরক্লিবনি। পূম্নমক শেল তানবগী মথা পোল্লি। য়েংউদনা, সতীশকী মপাবুংনা শেল কয়া য়াম্মা থনম্নগা চৎখিবগে হায়য়ুদনা তাসি ?" হায়রগা য়াম্না চীংলেম্না মঙক নোম্লকই।

উপেন্দ্রনা মাইথোং লুক্না তুমিন্না পুম্নমক তারগা "মতুনি আজ্ঞা" হায়রম্নগা ওক্সিনতা চৎখ্রে।

কোর্টতা সতীশকী ময়াম্বা থেংনৈ, মহাক্না খুদোংথীবা অতুগীদমক থোইদোক্না অরাবা ফোঙদোক্লগা মমৈথংদা সতীশকী রা কাংথোরকই। উপেন্দ্রনা খল্লম্বনি, সতীশ মপাবুং শিবদগী ময়ুম্মক্তদা লৈরমগনি, অতুবু হৌজিক তারে, মহাক য়ুমদদি লৈ হায়বদি য়াই, অতুবু মকম অসিদা নত্তে, খুঙ্গংগী য়ুমদনি। টুনুবাবু সতীশকী মমা তীম্নদবা ময়াম্বনি। করিগুম্বা তুমিত্তসু মঙোন্দা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংদে—য়ুম অমতদা লৈমিন্নরবসু করিগুম্বদসু মহাক্কী মরা-মপাউ লৌরুবা দরকার ওই খন্দে। মরু ওইনা সতীশকা মহাক্না মরি অমত্তা লৈনদে হায়বা ফাও-বদা অরানবা ওইরোই। মপাবুং শিথ্রবা মতুংদা সম্পত্তি তথ্থায় লৌতুনা মহাক্না ময়াম্বগী অথাবা মিৎয়েং অমুক্তসু হেনগৎহনখি। হায়রকই, "মসিগী মরক অসিমক্তদা চাওরাক্না লুপা লিশিং কুন্থ্রা-নিফু খরচ তৌতুনা অচৌবা ডিস্পেন্সরি অনি হাংদোকখ্রে, থাগী লুপা চাম্মা পীতুনা ডাক্তর অমা পুরকই, মতুদা নত্তনা য়ুমতু কাওবা হাসপাতাল ওম্লোকখ্রে।"

উপেন্দ্রনা ইচম চম্বা মওংদা হায়রকই, "হোয়, মতুগুম্বা রাখলতুদি মহাক্না থঞ্জরকপা মতম কুইরবনি, শুপ্নগী শেল লৈতবমক্না অমুক কুইবসি তৌরক্তবা ওইরম্বা য়াই।"

টুনুবাবুনা করেম্নতুনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "মতুবুদি ঐসু খল্লম্বনি উপেন! অতুবু ডিস্পেন্সরি হাংবগী রাক্মদনি নহাক্না খঙলিবদি, অতুবু, মাগী সাধন-ভজনগী রাক্মতুদি অমুক খঙলিরোইনে ভায়া।"

উপেন্দ্রনা গুজুনা হংলকই, "খাখল-ভজন মওং কমদৌবা ?"

টুনুবাবুনা হায়রকই, "হায়বদি ময়াম থোমজিন্দুনা-শা-ঙা চাবা, থু থকপা, ঙাওশিন্নবা, নুপীদা গুক্রবা অসিনচিংবা। থুপ্লগী ফিলাসথে পিস্ট নপ্তেনে, 'সতীশস্বামী' হৌজিক অরাংবা থাক্কী সাধক অমনি॥ পেরুরা ফি-জোল, শম কোয় খাকপা, রুদ্রাক্ষ মালা, লাইবক্তো সিন্দুর নম্বা— মতম খুদিংমক্ত মিৎয়েং চুমদবা। মাগী-সই অমা লৌননবা-রাসবিহারীবু থারুবনি, মহাক্তি কৌহনা নুমিৎ নিনি মনাক নকলুবা গুম্রকখিদে— অহুগা চিঠি অসি পাহুনা য়েংউ, মাগী মীনাই বীহারীনা ঐগোন্দা ইহুনা থারকপনি—পাউখুম হৌজিক কাওবা পীখিদ্রি, অহুনা পকেটতা অমুম য়াওরিবসিনি।" হায়রগা মহাক্না নাপু মচুগী থুপচিনবা চে অমা লৌথোক্লগা উপেন্দ্রগী মাংদা থম্লে।

উপায় লৈত্রবা বিহারীনা সতীশকী পোকমিল্লবা ময়াম্মগী মফমদা উপায় ভৌবিনবা হায়জহুনা চিঠি অসি থারকপনি। থোইদোক্লহুম ওইরম্বা য়াই, খুঙ্গং অদুগী ফনাগুম্বা লাইরিক তম্বা নুপামচা অমবু চিঠি অহু ইগল্লকপা। হৌবদগী লোইবা কাওবা চাওরাক্না চিঠি অদু পাবা য়াদে হায়বা য়াই, অদুবু পাবা য়াবা খরমখৈ অহুনা উপেন্দ্রবু মতম য়াম্না কুইনা নুংবংনহন্দুনা থমখ্রে।

মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী মুংশিজররুবা মীশক, মহাক্কী মনাও-নুপা —সতীশ অহু গুসি লৈখ্যতাবগী কাহেম্না হম্বা থাক্তা কুমথগ্রে, খুঙ্গং মজুংদা কোঙনা অকী-তুজুংনিংঙাই ওইরবা থৌওং পুম্নমক অসি ভৌহুনা চৎপদা ঈ মাইববুদি খঙত্রবমক্তি, থোইদোক্তহুম ধর্ম্মসাধন তৌরিবনি থন্দুনা মথরায় চাপ্রথোকচবা পোক্লিবনি। লৈখ্য-তারবী মীনাই নুপী অহুসু লোয়নহুনা লৈরম্বা য়াই। মহুদা নপ্তনা বিহারীগী চিঠিগী মওংহুদা মসি খঙবা ওম্লে, খুঙ্গংগী ওক্রবা মীওই কয়াম্রুমম্ত মহাক্না লোয়নরি হায়বা।

রাখল অমসা তাওহুনা উপেন্দ্রনা চিঠি অদু পকেটতা হাপচিল্লগা কোর্টতগী ময়ুমদা হল্লকই, টুনুবাবুনা মহু পীথোক্লমগী রা মহাক্কী মপুক্ত নিংদা নিংশিংখিদ্রে।

বিহারীন, চিঠি থাখ্রগা অহানবদা হুমিং কয়ানিরোমদি তশেংনা টুনুবাবুগী আশাদা মপুক্লিং লৈতানা লৈবম্মী, অদুগী তুংদা চিঠি পাউথুম-গীদমক মপুক্লিং লাংতক্লনা মতম লেপ্লকই, অদুবু নোংথা নোংমা অসুম হেৌথ্রি, লাক্তে কাবুচোম্বা, লাক্তে মহাক্কী পাউথুম মচেৎ অমত্তা।

থোইদোরবুম 'থাকোবাবা'গী ভাওশিন্নবা থৌদোদা বিহারী পেল্লক্রে। মহাক তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনি, সিদ্ধ পুরুষনি। সতীশকী মন্ত্র গুরুনি। পুং কুনমবি যু অমদি গঞ্জাদা লুপতুনা লৈ, লোনচৎ দুর্ব্বাসাদগী কাওবা হেন্না তমথী। য়াম্না কাহেন্না রাহৈ থোনফম থি, গুপ্নগী শাওবদা নত্তে, মহাক্কা কমদৌরিবগে হায়না হংঅবা কাওবদা নাকোং মেনশিনবা তাই।

অদুবু মসিমক্লা করিনো তাখিবা সিদ্ধ-পুরুষকী খুদম হায়বত্থু। মতুদা নত্তনা সতীশকী গুরুনিদনা!

বিহারী মশাগী মাইকৈদগীসু মভোম্মা ভক্তি-শ্রদ্ধা থোইনা হন্থনা লৈবম্ব নত্তে; অদুবু হান্ননা হায়খ্রে, সতীশকী করিগুম্বা মথলগী অমাং-অতাগী মনম্মু ফংলবদি বিহারীগী অক-ফত্তগী জ্ঞান মাংবা মশানা তাবনি হায়বা।

'গুরুবাবা'না ওঝা ওইবগী থৌওংদা সতীশ অমসুং মহাক্কী কাংবুনা অহিং নোংয়াইদা লোন্না চক্র-সাধনা তৌবা অদুগা মতুদগী হেন্না লোন্না-থুপ্না তৌবা মীওইবনা হৌনদবা থৌওংনচিংবদা অসুক কুইবসি বিহারী করিগুম্বা মওং অমদা খাংলক্লিবনি, অদুবু নোংমা নুংথিলগী মতমদা সতীশনা যু অমদি গঞ্জা 'বাবা'গী প্রসাদ ফংলম্মী, দৃশ্য অদু মনাই অসিনা করিগুম্বা মওংদসু খাংজবা ঙম্লমদে। সতীশ লৈজবা মতমদা মহাক্না গুরুবাবাগী কাদা চংদুনা মহাক্কী খুয়া-উফুল লোয়রগা মথুৎ লোন্ন-ছুনা ভক্তি লৈনা হায়রকই, "বাবা, অদোম্না অযুক-নুংথিলগী মতমদা বাবুদা গঞ্জা যু পীথোকপিগনু।"

মৈদা ঘি হৈথখ্রে। 'বাবা'না মিংকুপ্তা মৈ ফুং ছোম্বদুনা লাও-রকই, "থোরাবী নওনা যু হায়রিবা!"

বিহারীনা নোম্লুকপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "কমানা খঙগনি, ঐথোয়গী লমদদি মতুবু যু হায়।"

'বাবা'না-হায়রকই, "যু! অদুবু লোম্নবী নওগী নথৌ করি-লৈ? নওগুম্বনা ভাংলবা য়াব্রা?"

বিহারীসু পেঞ্জরক্লে, মহাক্সু অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঐ বাবুগী মীনাইনি।

"হাই ঐগী মীনাই !" হায়বগা লোয়ননা 'বাবা'না খোঞ্চোপ থাংহুনা চৈরগা মথা চিক্লুনা হায়রকই, "অদুবু ঐদি নঙগী বাবুগী বাবানি, মহু খঙউ !"

বিহারী কম্লস্বনি ; ফুক হৌগৎতুনা লেপ্লগা লাও-খোংতুনা হায়রকই, "খবরদার ! ঐগী মাংদা অহুঙস্বহু ঙাংজনু, মহু হায়বিরিবসিনি !"

থাকোবাবাদি অসুম্নমক অহিং-নুংথিল মনুংদা অম্বাম্ব। মতমদা জ্ঞান তানা লৈত্তে, বিহারীনা চৈরকপহুদা তশেংনা মাইকৈ খঙদনা জ্ঞান মাংখ্রে। "কন্নি তৌগে হায়রিবনো থোরাবী !" হায়রগা মাংদগী খুড়ুমহু তাপ খুনগৎলগা বিহারীগী মকোক তম্না শাফু কন্না লংখ্রে।

বিহারীগী নাতোন্দগী ঈ অর-র ভারক্লে অমসুং মিৎকুপ্তা মহাক থম্মোয়গী করম্বা অরোনবা মকমদগীনো চহি নিফুগী মমাংগী অশাবা ঈ তশেংনা থোপ্তা শৎ হাউগৎখ্রে। মহাক্না কাহুগী কাচিন্দা 'বাবা'গী খুহুপ মরি শাংবা য়োৎকী ত্রিশূল মিৎনা কুপ্পদা তাপ পায়হুনা পুরক্লগা 'বাবা'গী কোকথক্তা খিস্বগদবগী তৌরক্লে। কীবনা মখুৎ অনি মাংলোমদা থাঙ্গৎতুনা 'বাবা'না হুইনা খোংবগুম লাওরক্লে, অমসুং খোনকম কায়না লাওরকপা অহুদা বিহারী মশামকসু ভাব তারক্লে। মখুত্তগী ত্রিশূলহু মকম চানা থনম্লগা মহাক মনাতোনগী ঈ তৈথোক তৈথোক্লুনা চৎখ্রে।

পুং অমরোমগী মতুংদা সতীশনা হায়রকই, "অচুম্বরা ?"

বিহারীনা হায়রকই, "হোয় ।" অদুবু মহাক্না মশাগী ঈ থোকপদি পনখিত্রে।

সতীশনা মিৎকুপমুক্তং চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "নঙবু য়ুমসিদা লৈহনবা অমুক্ক ঙম্নরোই। অদুবু নঙবু তানসু তাম্মোক্লোই। লুপা চনি পুহুনা নঙ নয়ুমদা চৎপ্লো, নঙগী থাগী তলব ঐনা থা থাগী নয়ুমদা থাবিরক্কনি।"

বিহারীনা মক্ক লুক্কা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "কনি আজ্ঞা।"

মহাক্না ব্বারৌবা কোঙদোক্তে, ঙাকপিয়ুসু হায়জদে, লুপা চনিহু কুপ্তা মভোন্দা কিশিল্লগা মবুংঙোগী খুম্না-উফুল লৌহুনা মকোক্ক। হাপ-কৎলগা সন্ধ্যা মমাংদা খুঙ্গংহু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

সতীশনা মথক্কী মাঙ্গোলদগী উরিবমখৈ মঙোন্দা য়েত্নুনা লৈ।

অস্নুম অস্নুম বিধু পালগী তুকান মরুমদা মহাক্কী হৃকচাংদু লৈশিনখিত্নুনা উবা কংখিল্লবা মতম অত্নুদা শুপ্নগী নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "চচ্চথ্রসনু—অস্নুক কুইরবগী তুংদা বিহারীত্নুস্নু চৎপ্রে!"

হন্দক্তি লাংবনগী অহানবা চয়োলমক্তদা মহামায়াগী পূজানি। হৌজিক মত্নু রাৎলি, অত্নুম্নু সতীশকী মরুপ কাংবু মরক্তা থম্ন-নৈনরকই, হন্দক্তি দেবীগী করি করি তৌগদগে। মহাস্টমীগীদমক হৌজিক্তগী হৌনা শেম শাবা হৌবা চুম্মী। অত্নুবু থরানগী থাম্নাই অত্নুরাইদা ম্যেলেরিয়াগী লাইচৎ থোইদোক্লা কনখৎলকখি; লায়থেক হাপকৎলক্তুনা অনাবা অহুম-মরিগীদমক ডাক্তরবাবুগীদা কোইচেন-চেন্নবা ফাওবা হৌরকখি।

ঙসি নুমিৎ থরনিদগী সতীশ মশা ইনুং মুংঙাইত্তবগুম তৌরকই। বিহারী চৎখিবা মুমিৎ অত্নুগী অহিংদা মশা ঙম্নক্তবগী খুদম ময়েক শেংনা ফাওরকই। একাদশী ওইবত্নুদা তৌবা ওইবমাল্লে থন্দোক্তুনা মহাক মথংগী নুমিৎকী অম্নুক্তা থৌশাদবা ম্নাই, অত্নুবু অচুম্বা অত্নুগীদি মপাঙ্গল লৈ, মত্নুবু তরায় তরায়না থৌশারুদবা ম্নাবা নত্তে। মুমিৎ চুপ্নত্নুদা মশা ঙমত্রে নারে হায়বা মহাক্লা ম্নাজবা তারে

নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা, মহৌশাদগী চৎনরকবা মতুং ইন্না ঙসি চতুর্দশীগী অহিংদস্নু পূজা চাওনা তৌননবা থৌরাং তৌরম্মী, অত্নুবু সতীশ মশামক ম্নাও হায়বা হন্দক্তি ম্নারক্তে। মুংথিলদা গুরুবাবা লাক্তুনা সতীশকী মকোক্তা শান্তি হাইদোক্লগা কমণ্ডলু উৎতুনা নোক্তুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, মসিদদি যমগী অধিকার লৈতে। মত্নুদা নত্তনা, নহাক্তি থৌবুরেম্নি, মহাক ম্নাওরবদি পূম্নমক অবেম্বদা মাংলগনি।"

গুরুজীগী রা সতীশনা হিক্তোকপা ঙমত্রে, অত্নুনা মশানা ম্নানিংদনা ম্নাপ্রে। মরু ওইনা বিহারীবু বিদায় তৌপ্রবা মতুংদা রা পূম্নমক মপুক্লিংদা থন্দুনা য়েংবদা পূম্নমক অসি মহাক কব্রিমতা পাম্নক্রবনি। অত্নুম ওইনমক, করিগুম্বা মওংদস্নু মহাক্লা থাজবা ঙমদে, বিহারী তশেংনা চৎপ্রে, অমুক লাক্লরোই, অত্নুম্নদি ওইরগা মহাকপু থুনা হল্লকহন্নিংবনা মহাক্কী মপুক্লিং লৈত্তাকম থঙলক্রে। মত্নুদা নত্তনা, 'অমুকস্নু' চিন্তা অমনা মহাকপু

সতীশকী মপুক মনুংস্থ মথক-মথা ওল্লক্লে। তাইহাক চপ চপ য়ুংনা লৈদুনা মশাবু কাখজয়গা খোপ্পেল কংনা হায়রকই, "অদুনা ঐগী য়া তাদনা মকমতুদা চৎলুবস্থ নত্তগী অকবা থবক নত্তে। মখোয়দি ইজ্জৎ-সম্মান, ঈকাই-ইকী জ্ঞান লৈবা নত্তে,— অপত্তজাও নত্তবু কংবদা নত্তগী নত্তুং ইন্দুনা করিত্তব। লাক্লবা খোক্লবদি তসি নত্ত কয়াদা খুদোংথীবা নংলমগদগে হায়রুদনা ?"

বিহারী তুপ্রিপ্পা লেপতুনা লৈ।

সতীশনা মতমতুদা অমুক হায়রকই, "য়ুমসিদা চংহন্নয়োইদবনি,— খোঙ্গাঅদগী চৌকিদারবু তাংখোকহল্লমগদবনি। মাবু পুন্ননা অহিং অসিদা নত্ত কয়াদা নুপ্নমগদগে থম্মুনা য়েংউদনা ? করি মরমদগী মীনা নখোয়বু অপাত্তবা মখলা (পক্লোম য়োনবা) হাপ্পনরিবনো থম্মু! করে চৎলে', চান-থক্লবা: তৌক্লরো চৎলো॥ কালীচরণ, থরা চাওবা পেক অমতা পীরকউদনা তায়া॥"

য়াম্নং মংবমতুদা কালীচরণনা "কারণ" (তান্ত্রিকশিংনা শিজিন্নবা য়ু) পাত্র অমা খোক্লুরেম সাথকী খুৎতা লানশিন্নকই॥

বিহারীনা খোজেল তম্না হায়রকই, "বাবু, ঈমানা অমুক্তা লাকপিয়ু হায়রি।"

সতীশনা পাত্র চিনবাল্দ" থাজৎলকই, থত্ত্রোক থংনা হায়রকই, "কনানা লাকউ হায়রিবনো ?"

বিহারীনা হায়রকই, "ঈমানা॥"

সতীশনা তৌবম থত্তাকপী মঙদা মপুক্তগী পাত্রস্থ শিকদানি (পানাকোদাংনচিংবা অখোক্লবা পাত্র) দা উপাশিন্নগা হায়রকই, "নত্তা লাকম্নিরক্রো ? মস্থ হান্না হাপ্পন্নিবদি করিগীনো ?"

বিহারীনা মহুগী পাউখুম পীদনা অমুক হায়রকই, "মহাক্লা হৌজিক অমুকস্থ লৌরি।"

সতীশনা খৌদেমস্থনা চরম খিত্তং পোৎদোক্লগা হায়রকই, "নত্ত হায়খোদনা বিহারী, বাবুদি নাম্মুনা চৈ, অদুনা মাগী মরমদা থারা উবনা লাক্লি॥ পুংথায় অমম্রোমগী মতুংদা লাক্লদি হায়রফেো চৎলো॥"

বিহারীনা মখুৎ ময়াগী খোঙছু মমিৎকী ইঙ্গিতনা উৎত্তুনা তপ্প তপ্পা হায়রকই, "ইমাদি সিদা লেপ্লি, অমুক্তা খোুকপিরকউ।"

সতীশনা চঙক্লনা রা-লাং ঙাংদনা মখুৎনা ইঙ্গিত ভৌহুনা হংলকই, "কা অসিদা?"

বিহারীনা মঙক নোমহুনা খুম্লকই, "হোয়, সিদগীসিনি।"

সতীশনা লবঙ্গ এলাচি অনি মচিন্দা থোক হুঞ্জিন্দূনা হৌগৎলগা তপ্পা তপ্পা থোরকপদা উরে, মনাক্কী থোঙজিন মরুম্মক্তদা সাবিত্রীগী ফিজিন। মহাক মনাকোংমক্লা পূম্নমক তাখ্রে, মহুদা করিস্থ চিংন-রুনিংঙাই লৈত্রে। মহাক্লা অপঙবা বিহারীগী মখজায় অনিদা ফজনা খুহুম্মা শুনিংলক্লে।

সাবিত্রীনা মঙক লিৎথোরক্লগা তুমিন তুমিন হায়রকই, "কাসিদা চংবিরকউ।"

খোঞ্জেল অসিগী স্থুরদা মহাক্কী থম্মোয়গী তারশিংহু পুন্দুনা লৈরম্বগুম্মী, পূম্নমক অমুক্তদা তেংতেং লাঙনা মখোল থোরক্লে। মহাক কাহুদা চংলকপা মতমদা সাবিত্রীনা হায়রকই, "হকচাং ঙমদে হাল্লখিব নত্রা?"

সতীশনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হকচাং ঙমত্রবনিনে?"

"কদায় য়েংসি?" হায়রগা সতীশকী মনাক্তা চংশিল্লগা মখুৎ ভিংথোক্কুনা সতীশচী লাইবক্তা শাবগী চাং যেংবদা চঙক্লহুনা হায়রকই, "হোয়, তশেংনা লাইহৌনিদনা। মৈ হৌনা শাই,—লাকও ঐ ফম শেমজগে, কাদা চংহুনা হিপ্পিররো। বিহারী বাবুগী কাদা মৈ অমতা থাল্লকউ। হায়গ্লগা সাবিত্রী অছুমগুবা ময়োলগী সিঁড়রোমদা চংশিনখ্রে। মহাক্লা ইমুংদা চংলকপগা সতীশবাবুগী তুম্ফম কাহু বিহারীদা হংহুনা খঙদোকপ্রবনি।

কাংথোল মথক্তা ফম থাহুনা লৈরম্মী, শুপ্পগী ফিজিনা অমুক্তুং নাম্থোক-পমক্তদা সতীশ মপুকচেল ঈংবা নুপামচাগী মভোঙুম ফমুংদা কাখৎহুনা হিপ্লয়ে। লুথুম অমস্থং খুয়ারোমগী খোঙনাও অনিহু থিংজিল্লগা বিহারীদা হায়রকই, "সাধুহু করম্বা কাদা লৈবগে?"

বিহারীনা থংনবা কাদু উৎলবদা সাবিত্রীনা হায়রকই, "মাগী কম্নি কদি লৈবগে মহুদা, মখাদা পুথগ্রো বিহারী। মপাল্গী কা পরেং অমদি অন্নুম হাংদুনা লৈরি—মহুগী অমদা হোক্তা লৈবা য়াই মহাক।"

বিহারী থোকখিবা উবদা সাবিত্রীনা কৌশিল্লগা হায়রকই, "চুম্না 'সুম বাবুগা উনবা লাক্লিবা মখোয়স্ম য়ুমদা চৎখিনবা হায়গ্রো; হায়য়ু, বাবু মশা য়াম্না ওমজে, অমুক কুমথরকপা ওম্নরোই।"

সতীশ ৱা য়চেৎ অমত ঙাংদে, মমিৎ উইশিন্দুনা হিপতুনা লৈ।

বিহারীনা অকন-অথৌগী মওংদা য়াথং ঙাক্লনবা চৎগ্রবদা সাবিত্রীনা হায়খ্রকই, "অমুক হৌগৎপিরোইদবনি। ঐ চাননবা শিন-লাংবা লোইশিল্লখিগে।" হায়রম্লগা থোঙ ঙাশিল্লম্লগা খোঙথাং মখোল থোক্লনা চৎগ্রে।

সাধুবাবানা ইরাং হৌরক্লগা হায়না চিংনরম্বনি, অদুনা লোম্না লাক্লনা থোঙ মরুমদা লেপতুনা লৈরুবনি।

থংনবা মিৎকুপমক্তদা বিহারীনা চংলক্লগা খোজেল লুম্না হায়রকই, "ইমানা হায়রকই, মম্নাম য়ুমদা হনবিগ্রো। বাবু মশা ওমদবা থরা হেজিল্লে, ওসিদি অমুক মখাদা কুমথবা ওম্নরোই।" থাকোবাবাদা য়েংদুনা হায়রকই, "নহাক্কী পোৎ-চৈশিংদু ঠাকুর, মখাদা নিবারণগী কাগা থংনবা কাদা থম্মুনবা ইমানা য়াথং পীম্লকই। নহাক মফমদুদা লৈবা তারে।"

'বাবা'না ফিঙ্গৎপা উৎলক্লে। মহাক্না অঙম্না মওংদা হংলকই, "ইমা হায়বদি কনানো বিহারী?

বিহারীনা খোজেল কম্থা-করুম্লনা হায়রকই, "মহু থিগৎপগী নহাক্কী নথৌ কম্নি লৈবগে ঠাকুর? হায়রিবা অসিদুম তৌ,—মখাদা কুমথগ্রো।" মপুক্লিংদা হায়জরকই, কনানো হায়বা অদুম ভাব তাজরক্লনি। শেল তিংদনা য়ু গপ্পা থকচিল্লগা খুড়ুম্না থাখিবগী নহাকপু হয়েং ঐনা তাম্বোক্লনি।

মম্নাম পুম্নমক বুদ্ধি চমম্নবগী মতৌওম অমনা অমগী মশক য়েংনদুনা হৌগৎনবা তৌনরক্লে। কনানস্মু খওজমদবা য়াই, অদুবু য়াথং অদু কনাগী মচিন্দগীবু পোরকসনু, মীওইবনা মসিবু থৌওইরুদবা য়ারোই হায়বা কমদৌহ্ননো ওশেংনা খওবা ওম্বগুম্মী।

বিহারীনা চংলকপদা ট্রকই, সাবিত্রীনা বামোন ঠাকুরবু শংগোম ভোথোকুহনগদবগী থোয়বং ভোরি। হায়রকই, "মুমিৎ তারপু, নহাক্তি হৌজিক কাওবা ঈরু-মাইথরক্তি, আহিক ভৌজি ইয়ু। মুমিৎ চুপ্পা গাড়ীদা ঈশিং মরিক অমা কাওবা লৈত্তোন তংদে—চৎলসি, হান্না নহাক্তী ঈরুজকম ভাক্লমগে, মহুগী মনুংদা ব্যবুগী শঙ্কোমহন্না ভোবা লোইজরমগনি, হৌজিক চৎলুসিদনা।" হায়রগা সাবিত্রীবু মওং অমদা নমহুনা পুহুনা চৎখ্রে।

মহাকপু থাগ্রগা বিহারীনা বাবুগীদমক হিদাক হাল্লগা হিদাকফু পুহুনা মনা-মনিল নাইদনা থোঙ হাংদোক্নুনা ব্যবুগী কাদা চংলক্লে। সতীশ তুমিন্না হিপতুনা লৈরম্মী, মমিৎ প্যাংথোক্লগা হংলকই, "কনানো বিহারীরা ?"

"হোয় বাবু, হিদাক হান্দুনা পুজরক্লে।"

"চংলকউ। মাবু কদায়দা লৈবগেনে ?"

বিহারীনা হায়রকই, "হৌজিক কাওবা ঈশিং মরিক অমতন্ন মুয়াদা ভাক্রি। অহুনা নমহুনা ঈরুজবা থারমগা লাক্লিকনি বাবু !"

সতীশনা হায়রকই, "মহু করবনি। ঐন নঙবু থিরম্লিবনিনে বিহারী।"

বিহারী মপুক্লিং লাংতক্লরক্লে—"কয়িগীনো বাবু ? হকচাংবু হৌজিক কমদৌবিক্লিবগে ?"

সতীশনা মঙক ছাইহনা হায়রকই, "নুংঙাইতেদা বিহারী। অহুনা নঙবু ঐনা থিরম্লিবনি। থোঙ লোনশিল্লগা ঐগী নাক্তা ঙাইহাক্লা কম্মো।"

থোঙ লোনশিল্লমগা বিহারী মপুক্লিং চিংননা মথোঙ ময়াদা চংশিল-লক্নুনা লৈমায় মথক্তা খুকউ লৈতানা কয়রে।

সতীশনা হংলকই, "করে বিহারী, নঙবু লাংকম থাজরা ?"

বিহারীনা ঙক্নুনা হায়রকই, "লাংকম ? লাংকম্মু অমুক থাজরোইদ্রা ? পাঞ্জিকাদা ইরম্বু করিগুম্বনা মীনম্বা ওইবা য়াগদ্রা বাবু ?"

সতীশনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "হন্দক্তি ঐগী অচৌবা লাংকম অমা লৈরে বিহারী।"

বিহারী মতু চুংলক্লে ; হায়রকই, "নত্তে নত্তে, অহুগুম্বা রা হায়বিগনু বাবু।"

সতীশনা মশাগী রাখল্লু অমুদা মঙক অনিয়ক হাইয়ুগা হায়রকই,
"ঐ খুদম ফংলবনি বিহারী, লায়না অসিনা ঐগী অরোইবা লায়নানি,—হন্দক্তি ঐ অমুক হিংলরোই।"

মিৎনা কুপ্পদা বিহারীনা মবুংঙোগী মখোঙ অনি কোল্লুনা হায়রকই, "মতুগী রাহু চিন্দা পনবিগনু বাবু, ইবুংঙোগী ফও-হৌগি পুন্নমক পুহনা ঐ শিখিবা ওইসনু, ঐগী আয়ু লৌরুনা হিংহুনা লৈবিয়ু বাবু, মহু ওইরবদি ঐখোয় লোইনবক শিরগনি, জীব অমা ফাওবা হিংলরোই।" ঙাংনা ঙাংনা বিহারী হিক হিক কপথোক্লে।

সতীশনা শককম হঙ্গিন্না হায়রকই, "শিব-হিংবগী রাদি হায়রুবা ওমদে বিহারী, করিগুম্বা হিংদবা তারবস্থু নঙোন্দা হংরা রাহংগী পাউথুম শেংনা পীগদ্রা ?"

বিহারীনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "ইবুংঙোগী খোঙ শোক্লুনা রাশক-চরিবসিনি বাবু, মীনম্বা রা অমতা ঙাংজরোই।"

"করিমত্তা লোৎলোইদ্রে হায়য়ু ?"

"নত্তে বাবু, রা অমতসু লোৎলোই।"

মতম অহুদা সতীশনা হায়রকই, "করে, কম্মুসে।"

বিহারী মপী তৈথোক্লগা হান্নগী মফমদা হন্দোরক্লুনা ফম্লরে, সতীশনা হংলকই, "করে, সাবিত্রীগা কদায়দা থেংনরকপগে হায়য়ু তাসি ?"

"হায়রুখিবা অহুনি কাশীদা।"

"মফমহুদা বিপিনবাবুগা নঙগা উনরকপ্রা ?"

বিহারীনা মরৈ চিক্লগা তুকচ্চবনা থম্না হায়রকই, "রাম! রাম! ঈকাই-নাইদবা মাবু ঐগা করি থোক্লহুনবো মাগা উনরুগদৌরিবদি বাবু!"

সতীশনা হায়রকই, "অহুবু নঙনা মমিৎমক্লা মাবু মাগী ফমুংদা—"

বিহারীনা মথুৎ অনি থাঙ্গৎলুনা সতীশকী রাহু লোইশিলহনখিত্রে। খঙহৌদনা কাহেন্না ফিঙ্গৎলক্লুনা মশাগী মথজায়দা মচিন্দা খুবাক্লা শেৎ শেৎ কয়ারক হুন্না থাজিজহুনা হায়রকই, "মতুগী দণ্ডি মসি! মসি! মসি! অহুম ওইনমক খঙদহুনা হায়রুবনি হায়রহুনা হৌজিক ফাওবা মীগী

মমাংদা মাই উৎপা ওল্লিবনি, মতু নৎলমল্লবদি ঐগী জৈসি নহালনা পৎতুনা কেনখিরম্নগদবনি।"

সতীশনা ওক্কুনা হৌগৎতুনা কম্নগা হংলকই, "কম্নি তৌরবগেনে নওবু ?"

বিহারীনা ঈকাইরক্কুনা মতমতুদা চুম্না কম্নগা অমমম ওইনা তম্নকই। খজিক্কুসু হেনগৎনা হায়জিন্দে, বিন্দু অমতম্নু লোৎলুদে। মশানা খরমখৈ খওজবা, মোক্ষদাগী মকমদগী তাখিবা, চক্রবর্ত্তীগী মকমদগী তাখিবা, সাবিত্রী মশামক্তী মকমদগী খরমখৈ তাখিবা, পুম্নমক অদু অমমম ওইনা তম্নকই।

সতীশ নুংগী মূর্ত্তিগুম চপ মুংনা কমতুনা লৈ। বিহারীগী মচিন্দগীসু হায়নিংঙাই রা অমুক লৈত্রে।

কনা কুইনা লৈরবা তুংদা সতীশনা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "অম্নুক কুইবসি অসিগুম্বা রা পুম্নমকসি অদু ওইরবদি হায়দোক্লিবা করিগীনো বিহারী ?"

বিহারীনা হায়রকই, "কম্নারক হায়দোক্লিংবনা ঐগী পুক অসে প্রোক প্রোক চাক্কপ্রবনি বাবু, অদুবু করিগুম্বা মওংদসু চিন কাংদুনা হায়দোকপা ঙমখিদে।"

"করিগীনো হায়য়ু ?"

"ঐগী ইমা সাবিত্রীনা মাধু হাৎপা পাপ পু হায়দুনা অখিংবা পীরম্মী বাবু।"

সতীশনা ঙাইহাক অমুক ভুমিল্লা লৈরগা হায়রকই, "করে, মদুমুদি ওইজরসনু বিহারী, অদুবু নুমিৎ অদুগী অহিংদা সাবিত্রী মশামক্তা বিপিন নত্তনা মহাক্তা কনাবু খোয়দাদে,—মাগা লোয়নদুনা মহাক চৎলিবনি হায়রম্মী। মদু করিগীনো হায়য়ু তাসি ?"

বিহারীনা হায়রকই, "রাকম অসি ঐ ইশামকসু ভাব তাবা ঙমদে বাবু। অদুম ওইনমক 'ঐ তশেংনা খঙই, মসি মীনম্বনি! মীনম্বনি! তশেংনা শাখিনা মীনম্বনি! মসিনা করিগুম্বা মীনম্বা ওইরমদ্রবদি ঐগী ইচা অমতসু হিংলয়োইদবনি বাবু! ইমানা চৎলমদায়দা কপতুনা হায়জখিবনি, করিগীনো মীনম্বা কলঙ্ক অসি নশানা কোকথোংনজদুনা

পুবিরিবনো ইমা ? অদুম ওইনমক ইমানা ঐঙোন্দা হায়দোক্কনবা য়াথং পীরম্মী। ঐঙোন্দা মশামকুম্নু কপতুনা হায়রম্মী, বিহারী, ঐবু হাৎপা পাপ পুগনি হায়রম্লিবসিনি, বাবুদা রা পুম্নমক অসি নহাক্না হায়দোক-উগন্নু! মহাক্না ঐবু তুকচ্চসনু, মহাক্না কৈদৌঙৈদম্নু ইশক অমুক হুন্না য়েংনিংদসনু, অদুগা মদুনম্নু ঐঙোন্দা থোইনা হেন্না কৈ, অদু ওইরবম্নু মঙোন্দা থক হায়দোক্লোইদবনি, ঐনা ইশাগী ইখোঙদ শীংজংনা য়ান-শিঙ্গরগা চৎখি হায়বা।" অসি হায়রগা বিহারী অহিং অদুগী রা নিংশিংলকপগী মৈচাক্না মপী জর-জর শিন্থনা কপ্লক্লে।

অদুবু, মবুংঙোগী মমিত্তগীম্নু মপী অর-র চেন্থরক্লে, হন্নুবা মনাইনা মদু উবা ফাওবা ফংখিদ্রে।

ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা সতীশনা লোন্না মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "নঙনদি ভাব তাবা ঙমদ্রি বিহারী, অদুবু ঐদি খঙই, করিগীদমক্তা মহাক্না মশাগী মখোঙদা শীংজংনা য়ানশিনজগ্রিবনো হায়বা। অদুবু মীনম্বনদি ওইবা য়াদে বিহারী—"

মপালদগী থোঙ থিল্লক্লে—"মাবু থোঙ লোন্দুনা তুমগ্রব্রনে ? থোঙ হাংদোকউ।"

বিহারীনা মবুংঙোগী মাইথোংদা য়েংলকই, অদুবু মবুংঙোদি পাউথুম পীদনা মমিৎ উইশিন্দুনা হিপখ্রে।

মপালদগী অমুক হন্না খোঞ্জেল তারকই—"থোঙ হাংদোকপিরোদনা, খুৎ পোক্কদৌরেমি।"

বিহারীনা হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোক্লগা থৈদুনা চৎথোকখ্রে।

## নিফু

শঙ্গোম অশাবা গিলাস অমা মথুক্তা পায়দুনা সাবিত্রী কা মনুংদা চংলক্লগা মদু হাথু হাথু টিপয় মথক্তা থম্লরে। ফিজেৎতা তরু তরুবা রেশমগী শাড়ী, হৌজিক্তা ঈরুজরুবনা চোৎলিবা শাংলবা শম-য়াম চায়থোক্লা নিংথুদা য়ৈররি। চোয়জায়নবা শম্লাং খরা মমাইদা লাইবক্তা হাইথদুনা তাররি, সতীশনা মমিৎ কুপ্তবমথৈ য়েংলি। খঙহৌদনা মহাক্কী

মপুক্লিংদা খল্লকই, সাবিত্রীবু ওসি মহাক্না মসিনা অহানবা ওইনা উবশ্রুম।

অদুবু মহাক্না সতীশকী পীরাং থাংবা মিৎলু মঙাল শান্নবা নৈঙাল অসিদ্দা উবা ফংদে। মনাক্ক খরা নকশিল্লক্লগা খোইরুম মোমোন তৌনা হায়রকই, "থোঙ লোনশিল্লগা মপু-মনাই ফম্মিন্নদুনা করি রা তানম্মি-বনো? ঈকাই-নাইদবী লোইরং-শীংখোংদুবু কমদোরগা কোম্বোং রাংমা লান্না তাম্বোকখিব। য়াগদগে, মসি ওইরিনিনে?"

সতীশ খুম্লক্তে। তুংদা রা ঙাংলুবদা খোঞ্জেলদা নুংগী অশোনবা খঙখিগদ্র., মসি কীবনা তুমিন্না লৈপ্রে।

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অঙাং ওইরিঙৈদা হৌদোংগী ঙকশমদা শরিক য়ানবগী রারী অদু পারকইদনা? ঐস্মু উজনিংই, মতাং অসিদা শরিক য়ানবা কনা চংলকপগে হায়বা। নহাক নশানম্বা নত্রগা নহাকী সাধুজী অদুনরা!"

অদুম ওইনমক সতীশ রা ঙাংদে, তুমিন্না লৈবা অদুম্না অদুম লৈখ্রে।

চৌকি অমা চিংশিল্লগা সাবিত্রী মনাক্তা ফম্লরে। অদুবু মহাকী কাগী ভেবগী অচম্বা খোঞ্জেল অদু চীংলেম্লক্লে। হায়রকই, "কাগী-জোগাই তোক্লসি, থৌদৌসি করি'না ঐঙোন্দা ভাব তাহনবিবা ঙমগদ্রা? উপেন-দাদাগা খংনখোকপিখ্রে, মমৈদা সরোজিনীগা ফাওবা খংনরগ লাকপি-রমাল্লেনে! মদুবুদি নোংমা কনরকপম্মু য়াই খঙই," অদুবু তৌরিবসি করিনো? ঐগী ইশা পায়দুনা য়ু শোক্লরোই হায়দুনা রাশকপিখি, মদু য়ুগী রাম্মু লৈজরসনু, গঙ্গা থকপা হোরে। মদুম্মু ইচম চম্না নত্তে,— লৈরিবা ঙাওশিন্নবা কাংবু পুন্নমক পুন্দুনা গেরুবা কি শেৎতুনা যন্ত্র-মন্ত্রগী মরুম থুপতুনা ফোঙনা পুক কংখৎপমখৈ থক্লি।"

সাবিত্রীগী মচিন্দগী সরোজিনী পল্লকপদা সতীশকী ঈ শাগৎলক্লে। বিহারীনা তম্বদা করিম্মু চিৎথবা লৈত্রে হায়বা মহাক্না খঙলে। অমুক্তং চিনবান মনুং ফাওবা ফুকৎলকই, মশুংলাংগী ঐ মাং-তাক্লিবনি—নঙমক ঐগী শনিনি! অদুবু রা অসি থুপচানখিদুনা গুপ্পগী তপ্পা লুম্নবা খোম্বোক্তা শম্নপ্পা হায়রকই, "পুক কংখৎপমখৈ য়ু গঙ্গা থকপদা দোষ কম্নি লৈ!"

"দোষ করি লৈবগে হায়বা নহাক খঙদত্রা ?"

"খঙদে।"

"ক:র, মহু করিগুম্বা খঙত্রবসু মসিদি থঙইদনা, ঐগী ইশা পায়হুনা থক্লরোই হায়হুনা রাশকপিখিবদো ?"

"নঙবু ঐগী কনানো, করিগুম্বদা নমহুনা রাশকহনখি হায়হুনা মহুনা অচৌবা পল ওইরগদবা!"

সাবিত্রীনা করিগুম্বা মওং অমদা নোক্লিংবা খাংলগা হায়রকই,"ঐবু কনাসু নত্রবা ? তশেংনমক কনাসু নত্রবা।"

সতীশনসু মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে!"

"অদু ওইরবদি য়ুগী পাত্র পিগদানিদা হৈজিনপ্লগ এলাইচি শায়-শায়হুনা লাকখিবদি করিগীনো ?"

"মহু শুপ্লগী নঙনা ঙাংগদ্রা হায়বা কীবদগীনি।"

সাবিত্রীনা নোকথোক্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবা ফাওব সাবিত্রী কনাসু নত্তবা। করে, হৌজিক শঙ্গোম খরা থক্লগা তুম্বিরো।" অসি হায়রগা হৌগৎতুনা শ:ঙ্গামগী গিলাসতু পায়হুনা সতীশকী মাংদা লেপ্লরে। সতীশনা য়ানিংদবা তৌদ্রে, হৌগৎতুনা ফম্লগা শঙ্গোমহু লোইনমক থকচিল্লগা হিপথখ্রে।

সাবিত্রীনা গিলাসতু পুহুনা চৎখিবদা সতীশনা কৌশিন্দুনা হংলকই, "নঙগী ল'ইথুক্লম্বা লোইশিল্লব্রা ?"

সাবিত্রীনা হজিল্লক্লুন লেপ্লগা হায়রকই, "হোয়।"

"করি চারবগে ?"

"হৌজিক চাখ্রি। হৌজিক চৎলগা করিনো খরা হেক্তা চারুরনি।"

"কদায়দা তুমগদগে ?"

"য়েংবা হায়বহুনি, কোম্থোং রাংমদা কদায়দনো জাগা-মুঙ্গা খরা ফং-লাকপ্রা! নত্রবদি উখোংদা।" হায়রগা নোককেৎ তৌরগা হায়রকই, "করে, রাহৈশিংহু হায়দোকপদা খজিক্লসু রাদত্রা ? ধন্যানি নহাক!" হায়রগা থোইদোক্লা মুংশিবিবগা লোয়ননা সতীশকী লাই-বক্তা হাইথরক্লিবা শম্লাংশিংহু মখুৎনা হাইগৎনবা হোৎনরুবদা মহাক্কী লাইবক্কী মৈশা ফংবদা চঙক্লখ্রে।

বিহারীনা কাদা চংলকপদা হংলকই, "ইমা, নহাক্কী ফম্মু—"

সাবিত্রীনা থংনবা কাদা মথুৎ খিল্লুনা হায়রকই, "কা অসিমক্তদা ঐগী ফম শেমগনি বিহারী, বাবু মশা শাগৎপা খরা হেনগৎপগুম তৌই—ঐ থংনবা কা অসিমক্তদা হিপকনি। মরক্কী থোঙত্থু হাংদোক্তুনা থমগদবনি—নঙস্থু কা মনুংসিদা লৈমায়দা হিপকদবনি।" সতীশভা হায়রকই, "অমুক অহিং তুমদবা তৌরনু, খরা তুম্নবা হোৎনৌ।" হায়রগা তপ্না তপ্না থোকখিত্নুনা থোঙ ঙাশিল্লগা চৎখ্রে।

ঙাইহাক্তংগী মতুংদা অচম্বা করিনো খরদং চারগা হল্লক্তুনা মহাক থংনবা কামক্তদা কক অমা থাত্নুনা হিপ্লরে অমস্তুং চোকথবনা মমিৎ অনি অত্থু উনা উনা উইথরক্তুনা ইশি শিনা তুমথখ্রে।

অয়ুক য়াম্না ওন্না মিৎকপ থোরকপগা সাবিত্রীনা তিংলি-য়াংলিত্নুনা হৌগৎলগা সোমগী কাদা য়েংলকই, কমুংদা সতীশ অনা-চৈনাখোলনা ফর ফর হাইরি। লাইবক্তা মখুৎ থমত্নুনা য়েংবদা শাবনা পোক্তদোরে। মহাক্কী অঙ্গংবা খুৎনা থেংলুবমক্তদা সতীশ মমিৎ পাংথোরকই—মমিং অনিমক জুবাকুশুমগুম ঙাংই।

অনাবগী মওং উবদা সাবিত্রীনা চিংনত্নুনা কমুংত্থুগী মথক্তা ফমথখ্রে, হংলুনবা মথৌনা ফাওবা মহাক্কী লৈখিদ্রে।

সতীশনা মহাক্কী মথুৎ চিংশিল্লগা মৈ হৌরব লাইবক্তা পায়শিন্দুনা থমত্নুনা হায়রকই, "ঐ ঙবাংমক খুদম ফংগ্রবনি। ঙরাংমক ঐনা বিহারীদা হায়গ্রবনি—লায়না অসি ঐগী অরোইবা লায়নানি—হন্দক্তি ঐ অমুক হিংলরোই।"

অকনবা অনা-চৈনাখোলনা মহাক্না মতৌ অম্মুম্না শদৌ থোংনা রাশিংসি হায়রকপনি, সাবিত্রীনা মহাকপু থেমজিনবিগদ্রা, থাংঙমদনা কপ্লিংবনা মশামক্কী চরম ফুনগ্রে; অমস্তুং অহিং চুপ্পা নিংঙাইদনা তুমত্নুনা লৈথোকলুই হায়বগী নুংন্নাংবনা মহাক মশাগী মকোক থুগায়জনিংলক্লে।

সতীশনা হায়রকই, "ঐগী থৌনা অমত্তং লৈরিবা হায়ববু নঙনা ঐগী নাক্তা লৈবা অসিনি।" হায়রগা মহাক অসোমদা ওয়োক্তুনা হিপক্লে।

ঙরাং অহিং মহাক্না ম রৌহনা নাপল তৌনা 'নঙবু ঐগী কনানো' হায়গ্রবা মহাক অহুমক্না ঙসি মতাক্কী খ্বাইদগী অচৌবা মঁডেং ওইরি।

অহুবু ঙাইহাক্কি সাবিত্রীগী থৌনা অসি ফাওবা লৈখিত্রে. বিহারীবু হৌদোক্লগা ডাক্তর কৌহল্লনবা। শুপ্নগী সতীশকী খাঙ্গৎলক্লিবা মথুৎ নাম্মা অহুদা মথুৎ থমহুনা নুংগী মূর্ত্তিগী মতৌগুম ফমহুনা লৈগ্রে।

ঙাইহাক লৈবগা সতীশ সোমদা অমুক য়াওল্লক্লে অহুগা সাবিত্রীগী মথুৎ পায়হুনা চিংশিল্লগা মথবাক্তা থমহুন হায়বকই "ঐস্মু থজিক-থরাক্তি ডাক্তর ভয়কই, হোরেল নুংথিল ফাওবা ঐ জ্ঞান তাবক্তবা য়াই হায়বা ঐ তশেংনা খঙই, অহুবু হৌজিক ফাওবদি ঐ নিংথিনা ভাব তারি। অহুবু ঐ করিগুম্বা জ্ঞান তারকখিদবা থোক্লবদি উহৈপনদাদাদা হায়য়ু, দেরাজ অসিগী মনুংদা ঐগী উইল লৈ। মহাক্না ঐগী ইশক য়েংবিরোই হায়বা খঙই, অহুগা মসিমস্মু খঙই, ঐ শিগ্রবা তুংদা ঐগী অরোইবা অপাম্বন্ন নহাক্না ঈকাইবা পীরোই হায়বা। সাবিত্রী, সংসারদা নহাক অমা নগুনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমতা মহুদগী হেন্না নকশিন্নবা ঐগী মী লৈরমদবা য়াই।"

উইলগী রা পল্লকপদা সাবিত্রীবু থম্মোয় পুঙমহল্লক্লে, অমস্মুং অস্নক কুইরবগী তুংদা মহাক্কী মপুক্লিং ফাজিনবগী পলহু ঙসি মিৎকুপ অমতগী ঈথক্লা নমথায়খ্রে। সতীশকী মথাদা উপ্পা তাহুনা মহাক ভশেংনা অস্তাংগী মতৌগুম কপ্লক্লে।

বিহারী চাওরাক্লা অহিং চুপ্পা মিৎশেল থাংহুনা লৈরম্লগা নোং-ঙাল্লমদায়দা তুমথখিবনি, মহাক্লা চঙক্লন হৌগৎহুনা ফম্লগা মবুদ্ধি ফকচিনবগী মতৌগুম য়েংহুনা লৈ।

মতম অহুদা সতীশনা মথুৎ অনি চহুনা নমহুনা সাবিত্রীগী মমাই থাঙ্গৎলগা ঙাইহাক মিৎয়েং হোংদনা য়েংহুন লৈরগা পাংগুমত্রবা পীরাং থাংলবা মিৎতু মশাগী মৈ হৌনা শারবা চিনবান মথক্লা চিংশিল্লগা থমহুনা মনা-মনিল নাইদনা লেংদনা লৈগ্রে।

মহাক্কী মমাই, মহাক্কী খদাং, মহাক্কী খোরি সাবিত্রীগী মমিত্তগী চেস্থ-রক্লিবা পীনা ভাওগ্রে, অমস্মুং ঈচেল অহুনা মহাক্কী মথরায়মক্তগী চঞ্জরবা অনা-লোয়রবা মীশক অহুগী অকনবা মৈশা অহু কয়া য়াম্না চোৎহন্দুনা

সাবিত্রীনা হায়রকই, "খল্লবনি বিহারী ! ঐ য়ুমসিদা কদায়দবু ওইরবস্নু লোৎভুনা লৈরগা ঐগী থবক পূম্নমক তৌবা ঙমগনি, অদুবু উপেনবাবু লাক্লবদি য়াবা নত্তে ! মদুদা নত্তনা ঐদি মুপীমচানি, খুদোংথীবা অসিদা অক-ফম্ভা কয়াবু মুন্না খঙলুগনি ! নত্তে বিহারী, মহাক লাকপিসন্নু ।"

বিহারীনা মঙক হাইর-হাইরদুনা হায়রকই, "উপেনবাবুগী রা ঐ খঙদে ইমা, অদুবু বাবুগী রাদি খঙই । ঐ অপঙবনি হায়বদি য়াই, অদুবু চহি ছক্ষ, চুপ্পসি সংসার উরক্লেদনা । করম্বা নুপানা নঙোন্দগী কয়া হেন্না অক-কত্তা খঙগদগে ইমা ? অদুনা মদু ওইনিংবা ওইজসন্নু, নহাক্না লৈথোক্লুনা লৈগ্রবদি খোঙচৎ অসিদগী বাবুবু কলহৌবা ঙম্মোই, রাক্ষম অসি ঐনা নখোঙ পায়দুনা রাশক্লুনা কাওবা হায়বা ঙমগনি । অসিগুম্বা থবক তৌবিগন্নু ইমা, নহাক ঐগী বাবুবু থাদোক্লুনা কদায়দস্নু অমুক চেন্দুনা লৈবিরুনু ।"

রাক্ষম অসি বিহারীদগী সাবিত্রীনা হন্থনা খঙবা, মদু নত্তে, অদুবু তুমিন্না লৈ । মহাকপু মনাক্তা উদ্রবদি সতীশকী লাংতক্লবা কয়া য়াম্না হেনগৎকদগে হায়বা অদু সতীশতনা খঙজিগনি ; অদুবু কন্না নাম্বুনা কমুংদা লৈরিবা সতীশপু উদনা সাবিত্রী মশামক কমদৌনা হিঙ্গদগে ? মখোয়বু উপেন্দ্রনা তুবচ্চে হায়বা মহাক্না খঙলুবদা নত্তে । মহাক লাক্লবদি মাদি লোৎপমক তাবনি, মদুদা খঞানক্লনিংঙাই মরম অমত্তা লৈতে—পূম্নমক মহাক্না খন্দুনা য়েংগ্রবনি, অদুবু মহাকীদমক অম্নুক কুইবসি অরাবা অম্নুক হাক্না থাংলক্লিবনি, মশুংলাংগীদমক অরাবা অসিম্নু খুাংবা তাবনি ; মসি খন্দুনা মহাক্না উপেন্দ্রবু অনাবগী মরম পূম্নমক শুগায়না ইদুনা লাকপিনবগীদমক হায়জখিবনি ।

সাবিত্রীনা অচেৎপা খোজেলদা হায়রকই, "নত্তে বিহারী, মদু ওইহনবা ঙম্মোই । মহাক হংচিৎ কাওবগী মনুংদা য়োরক্লবদি নহাক নশামক চৎলুনা মাবু কৌরুগদবনি ।"

বিহারীনা মাইথোং মক্লা হায়রকই, "অদুম্না হায়বিরিবা করিগীনো ইমা ? ঐদি মীনাইনি, ঐঙোন্দা পীখিবা য়াথং অদুমক ঐনা ভাকপা তাখনি । অদুবু ঐহাকসু মীনিদনা ! নহাক্না হুরানবগী মতৌগুম

ঙোৎতুনা লৈবা করিগুম্বা মুমিত্তা ঙম্লক্তবা থোক্লকপদি ইমা; ঐঙে দ চৈবিবা ঙম্মোই, অদুম ওইনমক মতু হায়নবা হায়হৌরিবসিনি।" হায়রগা মপুক্কিং নুংঙাইত্তনা চৎখ্রে"

অদুবু, সাবিত্রীগী চিঠি অদু উপেন্দ্রগী মখুত্তা তাখিদ্রে। মপাবুং অমদি মহেশ্বরীনা হন্না হন্না হায়বদগী মহাক থা অমরোমগী মমাংদা মশাগী অপাম্বগী মপুংফানা মায়োক্তা ফাওবা ঈশিং নুংশিং ওন্ননবা পুরীদা চৎপা তাখি। মকম অসিগা কন্নাগম্মু পরিচয় লৈনদে হায়দুনা অহানবা অহিংদু মহাক অপিকপা মও গী হে টেল অ দ চংজখম লৌবা তারম্মী। মথংগী অয়ুক্তা অকবা মকম অমা থিক্লবগী অপাম্বা লৈরম্মী। মপু ওইরিবা ভূবন মুখুয্যে মহাশয়না অদুম ওইনমক তরাম্না তৌবদ ঙমখৈ থমখিদে—তোংঙানবা কাদা কম শেম্মী, মতুদম্মু নত্তনা লৈনিংজিবমখৈ মকম অসিদা লৈবদা যতন তৌবদা অশোয়বা লৈরোই হায়বগী থাজবা ফাওবা পীরম্মী।

অয়ুক্তা মীয়াই চল্লবী মুপী অমনা কাদু রাইশিং-রাইশেংবা লাকপদা উপেন্দ্রদা হন্না হন্না য়েংলগা মমৈথংদা ঙমজিংতু হন্দোকপগা কুপ্পদুনা খুরুম্লগা হায়রকই, "বাবুর নাক্কু-লাকুউরা? অনাগক য়াম্না য়াম্না উই! শক অদু য়াওদ্রে, কুচু অদু য়াওদ্রে—"

উপেন্দ্রনা হংলকই, "নঙ ঐবু শক খঙব্রা?"

মুপীদুনা হায়রকই, "ঐ মোক্ষদানিনে রাবু অদোম্মু খঙলোইদ্রা?"

উপেন্দ্রনা নিংশিংলক্লে, মহাক্কু মতম কুইনম্মী মমাংদা সতীশপোয়গী য়ুমদা থবক তৌরম্মী মোক্ষদা অদুনি। হায়রকই, "খঙলে নঙ সিদা থবক্কু তৌরিবা ওইরিনিনে?"

মোক্ষদানা ঈকাইজবা মওংদা হায়রকই, "নত্তে—হোয়—মসি মওং অমদা থবক তৌবনিদনা! মুখুয্যে মহাশয়না হায়, কলকাতাদা অদুম তাদুনা লৈগদৌরিবা করিগীনো, থোইদোক্লদুম চংসি করিগুম্বা তীর্থস্থান অমদা চৎতুনা লৈরুরসি। অমবু গুইরবসু হোটেল-নুংদেল অমা ভোৌদুনা—"

উপেন্দ্রনা য়ায় ময়াইদা থংতুনা হায়রকই, "অদুগা হোটেল নিংথিনা চৎথরিদনা?"

মহাক্নী রারৌবা মওংহু মোক্ষদাগী মিৎয়েংদগী নাম্বোকথিন্ত্রে। হায়রকই, "অস্মুম মওং অমদা চৎথরি। অহুদা বাবু, চহি মতাং অসিদা ঐনা থবক তৌবা হায়রবসি করিগীদমক্তনো, অহুগা মুখু থ্যমক্নীবু মমি নেচ্চরুগদৌরিবা করিগীনো? সুপীমচা অহুবু হায়রবদি ঐমক্তনিদনা মওং অমদা মী ওইননবা শেম্বিরকখিবা। ইদোমচা হায়না কৌই, তশেংনা মদোমচা অমা ওইনা মাবু ইথাদা কোল্লকখিবনি, মসি থওদবা কনা লৈবগে? সাবিত্রীন' হায়, ইদোমচা, পূন্নমক অসি তৌরোই, ঐনা থবক তৌহুনা ইদোমচাগা ঐগা পুক থম্নবা হোৎনগনি। মহুমক তৌরম্মী। বাবুশিংগী বোর্ডিং অমদা থবক তৌহনবিখি, বাবুশিংনা মীনাই সুপী ওইনা থল্লমদে, যুমগী যুম্মুরেনবী ওইনা লৌনরম্মী। চৎথিরম্লোই-দবনি মহাক, ঙসি থবক অসি তৌরম্লোইদবনি ঐহাকসু। অহুবু হায়নিংবা হায়বিয়ু বাবু, ঐ অশেংবা রা হায়জগনি,— ঐখোয়গী বাবুমচাগী হাক্তকুগীমরিদনা ঙসি ঐম্না অস্মুক রাবা নংলিবসি।"

উপেন্দ্রনা খওনিংনা হংলকই, "বাবুমচা হায়বদি কনানো? ঐখোয়গী সতীশ নত্র?"

মোক্ষদানা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়। সুপীমচাহুনা করম্বা ম্নিৎয়েংনবু বাবুমচাদা য়েংলুবননো' মাগীদমক পূন্নমক থাদোকখি! অহুগা মহুমক্লি, বাবুমচামকপু শোকহন-লাকহনখিত্রা? মহুসু তৌহন্দে। বিপিনবাবু লাক্ষপতি জমিদারনি। ঐগী লৈকমহুদা অহিং-লুংথিল নাইদমখৈ ঙাইহাক লৈতনা লাক্তুনা কপ্পমখৈ হায়জ-নোঞ্জরবদা ইখোঙ থাকম কাওবা লৈহনখিত্রবনি। মহাক্লা মণি-মুক্তা থাম্নবা লিক-কোলদদা লুপা লিশিং তরা পীবা পাম্লম্লিবনি, অহুবু সুপীমচাহুনদি মাগী মশক কাওবা হম্না য়েংবিদে। সুপীমচাহু কয়াদা মরিংজেন থাদ্রবনো ইবুংঙো, লুপা লিশিং তরাগী মায়াবু চেগায় মচেৎকুম খোঙগাওনখি, মশাগী ময়ুম-মকৈগী মপোৎ-মচৈ কাওবা হুন্দোক্লমহুনা মফি অনি শুদনা চৎখি, চেতলাগী বামোন অমগী যুমদা থাঁ তরুক থবক তৌহুনা শু-নোম্বদা মশাহু শরুদা উনানা কুপ্পদা ঙাইনা মমৈদা কদায়দনো চৎথি, ইমা-ইবেম্মা দুর্গানদি খওলমগনি, লাইবক থিরবীহু হিংলিত্রা নত্রগা শিঞ্জত্রা হায়বা!" হায়রগা মোক্ষদানা হৌখিবা নিংশিংলকপগী ঈথক্তা তারকপা মপী মফি ফিজিনা তৈ:থারকই।

উপেন্দ্র তুমিন্না য়েংহুনা লৈ।

মোক্ষদানা মপী থৈভোক্লগা কপ্লিং কপ্লিং তৌবা খোম্থোক্না হংলকই, "হুঁ বাবু, বাবুমচা হৌজিক কদায়দা লৈবগে ? অমুক্তং উনরবদি হঙ্গনি, মাগী লৈকম-চাকম করিগুম্বা থঙ-লাকপ্রা !"

উপেন্দ্রনা খোঞ্জেল পিক্ল হায়রকই, "সতীশতু হৌজিক তাংদাংবা কদায়দা লৈবগে, মহু ঐগী থঙদে। মখোয়গী খুঙ্গংগী মুমদা লৈ হায়নদি তাখি। করে, সাবিত্রী হায়রিবা নুপীমচাদু কনানো মোক্ষদা ?"

মোক্ষদানা মিকুপ্তা মাইথোং লংখৎনা হায়রকই, "কনা ! শাগৈ-জাত কবা বামোন নিঙোলনি বাবু, তশেংনা শাগৈ জাত কবা বামোন নিঙোলনি ! মহাক চহি মাপলদা লুপ্রাবী ওইদুনা মমুমদা অদুম লৈরম্মী, মমাই পান্দবা বামোনমচা অমনা লুহোংগনি, রাণী ওইহনগনি হায়জিন্দুনা তাওহন্দুনা পুথোরক্লগা মমৈদা পোৎপু থাদোক্লুনা চেন-খ্রিবনি। ঐদি অমা অমা খিদে,— মহু নত্রবদি মা বামোন নত্তে মুচিনি ! মুচিগী মখুত্তগী ঈশিং থকপদি য়াইদনা, মাগীদি য়াদে।"

উপেন্দ্রনা ভাব তাদহুনা হায়রকই, "কনাগী য়ানো হায়রিবহু মোক্ষদা ?"

মোক্ষদাদা শাওরপ্না হায়রকই, "ঈকাই নাইদবা ভুবন মুখুয্যে অদুবুনি। নত্রবদি মাগুম্বা মুচিবু সংসার মরোল অশুম অসিদা অতৈ কনা লৈবগে, মহাক মচে অহলগী নুপানি, মাগী থোদো অসি করিনো ? এঃ !"

উপেন্দ্রনা থোইদোক্না ওক্লুনা হংলকই, "হোটেল অসিগী মপুহুরা ? মহাক ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "হোয় বাবু, হোয় লক্ষ্মী চেন্দবা চানিংঙাই লৈতবা বামোন অসিনি।" অদুগী মতুংদা মকমহুদা লৈতবা মুখখিদা হায়রকই, "অদুবু করি তৌরুবা ওম্বগে মঙোন্দা ? ঈপাক্তা তাউহল্লয়ে, মহু নত্তনা কহিগুম্বা নুমিত্তা মাগী মশা শোকউবা ঙমখিব্রা ? পুবিরক্লগা ওসি হয়েং হায়দুনা থা অমরোম লেল্লগা লুহোংবা য়ারোই হায়খি, নুমিৎ অদুমক্তদা মমাইদা খি থৈশিন্দুনা তাম্থোকখিবনি ! জ্ঞান য়াওত্রিবী রাখল খৈনবী নুপীমচানি, অদুম ওইনমক অমুক হন্না করিগুম্বদা মাগী থোওজিন

কানশিল্লুবা ওমথিত্রদো ! মহাক্তি মোক্ষদা ঐগুম্বী নত্তে, চিয়োল অনিদং ভৌরম্বা হেক্তম ওাওহনবা য়াগদবী ! মহাক্তি সাবিত্রীনি ! লুপা লিশিং জয়াগী খুদিংমুক্তা খাম্নবা লিক-কোল খোঙপাওনমমগা চংথিবনি— মহাক্তি।"

উপেন্দ্রনা ক্ষনা কুইনা তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "মহাক্তী মুখুয্যে মহাশয়দু ভুমুক্তা কৌরবা য়াগজা, রা অনিদা হঙ্গে ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "মহাক বাজারদা চংখি।" ওাইতাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "মরকসিদা নোংমা অমুক্তি চক্রবর্তী ঠাকুরগা থেংনৈ। ঠাকুরনা তম্নকই অদুগা কপম্ন কপ্নি—ইবেন্দবু ঐখোয় পূম্নমক্কা মুংলি। রূপ-গুণ চংখোনবা অদুম্না দয়-মায়াম্ন লৈদনা !"

উপেন্দ্রনা হংলকই, "চক্রবর্তী-ঠাকুর কনাবো ?"

মোক্ষদানা হায়রকই, "মহাক বাবুশিংগী বোর্ডিংদ চাক থোংলম্মীদনা, ব্রাহ্মণ পূম্নমক খঙই। বিচারীগী মকমদগী তহুনা ঐঙোন্দ পূম্নমক তম্নকই। চেতনাগী বাখোনগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা নাহুনা ঐগী মুপীমচাহুনা ছুটি পীয়ু হায়রুবদা—ক্ষরে বাবু, বাখোন হাম্নবা মথোস অদুক হাক্না তমথীব্রা ? মহাক্না থোশাদনা হায়, নঙগী হিদাক লেবদা লুপা তারেৎ চংখি, মদু পীরম্নগা চংখিবা য়াদি। শেল খরদু শিংনবগীদমক সাবিত্রী সতীশকী লৈকম্ন তাম্না মখাওমা লাকই মহদ বাবুমচাগী লোনচংতি মাইকৈ অমদদি য়াম্না রাংইদনা— শেল-খুমই রাবু পম্নরুবদি কন য়াম্নম্ন ওইনদু লৈত্তে নুংদে খক্ হায়দেদনা। অদুবু য়াম্না শুাখিম, মরাইরক থিথি, আহং অদুমওদা বাবুগী কনানো তোন-খঙদবা মরুপ অমা ইমুং-মন্নুংগী লোয়নবা লাক্তুনা থুংলে। তুমিৎ চুপগী মতুংদা ইরুজরগা মপী-মচাহুনা কা অদুদা চংলকপ মতমদুমক্তদা মখোয় থুংলৈ। মরুপ মপাংলি, লাক্লে, অহিংদু লেক্লো ! মদু নত্তে শাওহুনা ইমুং-মন্নুংগী মথুং শমহুনা লোৎ লেৎ তোনা খোরুক্লি। বাবুমচাদি চঙরক্রবনি অদুবু, ঐগী সাক্ষিত্রীদি য়াম্না বাক্রৌ-লুক্রৌ চওক্নী মুপীমচান্নি। মাম্না ইকাইবা লংবদু খাওমম-গম্নদো ! ঈশ্বিং ক্যাওবা থক্তনা মুপীমচাদু থোকুখিবনিহুনা, মহুদগী মপ্পী কম্নিওম্না মরা-মপাউ অমতা তাখিদ্রে।

উপেন্দ্র চুপ য়ুংনা কমহুনা লৈত্রে। মহাক্তী অহিং অদুগী তম্পীরুবা ইতিহাস অদুমক্ মিৎমাংদা তুরং তরং উররে ; অমম্নং হম্না হম্না মপুক্রিংদা

খল্লকই, মোক্ষদাগী রারীসিনা করিগুম্বা তথায়ুদস্থ চুম্নবা থোক্লকুরি মমিং তাবা ফাওবা মহাক্লা তুচ্চরক্রিবা মহাক অদু কয়াদা অঙক্লপা ফংলবা সুপীনো।

মোক্ষদা মশাগী মথৌদা চৎখ্রে, অদুবু উপেন্দ্র মকমদুদা মথরায় পাম্পবগী মতৌগুম কমদুনা লৈখ্রে। থা তরুক্তী মমাংদা মহাক্লা রাকম পুম্নমক অসি মনাদা ফাওবা হাপ্লমদে। অচুম্বা নত্তবা, মীনম্বা, কলঙ্কগী মনিল মখিক অমতংবু পক্লবা মদু মতম চুন্নদা মহাকী মকমদা হুগী পাংথক ওইরম্মী। সতীশপু কায়নবা গুমখিবা মহাকমকী মমিত্তা ঙসি মোক্ষাদাগী রাদা মপী ঈরা চেল্লক্লে অমস্তুং মিৎয়েং মশেল-মরাং ওইরক্রে। মহাকী লমচৎকী মতৌগুম অমরুপা পক্কবা থম্মোয়দু নুংগুম কনশিল্লম্মী, অদুম ওইনমক করিগীনো ঙসি শককথঙ্গদবী সুপী অমগী কলঙ্ক পক্লবা নুংশি-সৈচাক্কী রাঙীদা কলঙ্ক পক্কবা অহৌবা চেবাংগুম্বা থম্মোয়দুদা মমি তার-রিবা, মদু খম্বদুনা য়েংলম্নবদি অশোনবা অসি অস্তুক কুইবসি নুং অদুমক্লা নুনশিন্দুনা লৈরম্মী হায়রবা থঙলমগদবনি,—সুরবালানা মহাক্কী শক্তি ভখায় অমা হুদুনা পুদুনা চৎখ্রবা মতম অদুদা থুদোংচাবা কদুনা অকনবা ঈচেলগী মতৌগুম মহাক্কী নুংঙ্গু থুগাযদুনা মপালদা চেম্বগ্রকনি। সুর-বালানা মহাকী শক্তি কয়রগী মতিক মাংহনগঙবগে হায়রবা থঙজকা ওন্নবদি উপেন্দ্রনা ঙসি কীরমগদবনি।

অদুবু মাইকৈ অদোমদা মহাক্লা য়েংশিল্লুদে। মহাক শুপ্লগী মিৎয়েং তরুং-মালংদা তাওনা মাংলোমদা য়েংদুনা কমদুনা লৈ, অমস্তুং করিমতা থঙলুদবা সাবিত্রীগী নুংশিনবগী ইতিহাস অদু মাগী সুরবালাগী অরোইবা মিৎকুপকী থম্ননিংঙাই লৈতনা নুংশিরবা মমিং অনি অদুগী মতৌগুমখি-দুনা মহাক্কী মিৎতা মিৎয়েং থমদুনা নুংবংননা লেপ্রে।

ভূবন মুখর্যিগী খোঙ্গেলদা মহাক মঙফা ঙনখ্রে। সুপাদুনা কৌদুনা ইমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "বাবু, ঐবু কৌবিত্র ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "কদু। মহাক সাবিত্রীবু খঙব্রা ?"

মুখর্যিনা মরু লুকথদুনা হায়রকই, "খঙজে আজ্ঞা।"

"মাগী মরমদা অথঙবমুথৈ ঐঙোন্দা তম্বা য়াব্রা ?"

"য়ানি আজ্ঞা", হায়রগা ঈকাই খুমদবা নুপাদুনা মহাক্কী তমথীরবা মরালগী ইতিহাস অমমম ওইনা তম্নগা মমৈদা হায়রকই, "ঐম্ব

ভদ্রলোক্কী মচানি বাবু, অদুবু হায়না করিগুম্বা মাবু মশক খঙলম্লবদি লম্বী অসিদা খোঙ থাংজিন্দুনা ওসি মীয়েবাক্তা হোটেলগী চাক-থোংবা বামোনগী থবক তৌদুনা মতম লেপ্লম্লোইদবনি। গুপ্তগী ঐনা পেঙ্গ- ন্নিবদি অসিনি, মাগী মশাদা মথরায় লৈরিবমখৈ কনানস্থ মাবু মাঙহনবা ওস্মোই।"

উপেন্দ্রনা হংলকই, "মদুদা নহাক্কী অপেনবদু করিনো?"

মুখর্যিনা হায়রকই, "অদুম ওইনমক লাইরম্লেন্দনি মহাক ইঙ্গং মাংদে হায়দুনা পাউথুম পীরুবা ওমগনি।"

মহাকপু বিদায় পীগ্রগা উপেন্দ্র অদুম্না অদুম মশা পঙথরবগী মতৌগুম কন্দদুনা লৈ, মঙোন্দা মপুক্লিংদা পোত্থাবা লৈতনা অসি হায়দুনা চৈথেং পীরকই, নহাক্লা তৌখিবদু অকবা নত্তে উপেন, তৌখিবদু অকবা নত্তে। উপায় লৈজদ্রবী নুপীদুনা অদুক হাক্লা মীহৌনিংঙাই ওইববু লায়না জয় তৌদুনা চৎখিবা ওম্লি, মঙোন্দা ঈকাইবা পীরুনবা অধিকার নহাক্কী লৈতে।

নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংমক্তদা উপেন্দ্র ভূবন মুখর্যিগী আশ্রয় থাদোক্তুনা অতোপ্পা মকমদা চৎথ্রে।

অদুবু করিগুম্বা মওংদস্থ সমুদ্রগী ঈশিং-নুংশিৎনা মহাকপু লেপহন্দুনা থম্বা ওম্রক্রে। নুমিৎ লৈথরক্লপগা লোয়ননা মন্নাই-মমিৎ শাগৎলক্তুনা লাইহৌ লাকই অমম্বং নুমিৎ খুদিংগী মহাকপু থোইদিং অমমম ওইনা মহাক্কী লাইরম্লেন্দা তীনগ্রবী মপুরোইবা শেৎনরবী সুরবালাগী মাইকৈদা চংশিনগ্রি, মসিমক মহাক্লা থম্মোয় নুংদা ময়েক শেংনা থঙজবা ওম্বগুম্মী।

মতৌ অম্মুম্না সমুদ্র মপালগী অচিকপদা লৈবা অসিদা মীরম্লেনগী মিয়াদ নোংমা নোংমগী লোইশিল্লক্লি, অসিগুম্বা মতম অসিদা অমুক অমদা ডাকতা বিহারীগী চিঠি ময়ুমগী ঠিকানাদগী অমুক হন্না থারক্তুনা উপেন্দ্রগী থুক্তা থুংলরে।

নিংশিংবুবদদা মহাক্কী থম্মোয়দা ভূম্না যুবগী মশক ওইরিবা, মহাক্লা মতম খুদিংমক্তা থানরক্তুবা মরুপ অদুবু ঈকাইবা পীদুনা কায়নখিবগী অরাবদু মহাক্কী থম্মোয়দা পুংজা খুদিংগী কয়া য়ায়া হেনগৎলকপগে হায়বা ঈশ্বরদনা উরমগনি, অদুবু, ওসি মহাক অদুমক কন্না ন্নাবগী পাউ

পুথুনা বিহারীগী চিঠিদা লায়েংবা অমদি সেবা রাৎপগী হায়জররক্লি, মতম অতুদা কুইরবগী মতুংদা উপেন্দ্রগী চিনবান্দা নোকপগী মখি তারয়ে। লাইবক থিয়বা মহাক্তুনদি খঙদে, মুমিংশিংতু কাওবা খুং থেক্তুনা থিবা য়ারবা মহাকমক্তী মথুক্তা মানা অতোপ্পা মী অমগী অরুবা থৌদাংতু শিন্নতুনা মাংহনবা পাম্লি হায়বা। অতুম ওইনমকক্ষু উপেন্দ্র মুমিৎ অক্ষুমক্তদা বেডিং য়োমতুনা পুন্নী থাদোকখ্রে।

## নিফুমাথোই

জ্যোতিষনা হাইকোর্টতগী হল্লক্তুনা ময়ুমদা খোঙ থাংজিল্লকপমক্তদা উরে, মাংদা মাঙ্গোলদা আরাম-চেয়ার অনিদা শশাঙ্ক অমস্তুং সরোজিনী মাম্লোক্তুনা য়ারী শারম্লি।

শশাঙ্কনা হৌগৎতুনা লেপথৎলক্লগা নোক্তুনা হায়রকই,"ওসি থবক-ইথাং থরা ওন্না লোইশিল্লে, থল্লম্লিবনি চা থক্লগা মকম অসিমক্তগী ক্লবতা চৎমিন্নগে হায়না।"

"করবনি, করবনি।" হায়রগা জ্যোতিষনা হাইকেৎ নোক্লিংবা লোৎ-তুনা ইমুংলোমদা চংলকই।

সরোজিনী মবুংগী তুং ইন্দুনা চৎকদবগী ভৌরকপমক্তদা জ্যোতিষনা মমাই লৈথোরক্তুনা লেপ্লগা চৈশিন্নবা সুরদা হায়রকই, "অতিথিবু মথন্দা থনমতুনা—মসি নঙগী করি বুদ্ধিনো হায়য়ুদনা সরো?"

সরোজিনী মমাই ওাংলপ্পা অমুক হন্না চৌকিদা কমথক্লে। মচল-মুপীগী মমাই ওাংবা অতুথক্তু জ্যোতিষকী মিৎয়েংদগী লাম্লোকখিদ্রে।

মমাগী য়াথংনা মহাক কোর্টতগী হল্লক্লগা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা মমাই-মমিৎ তাথোক্লবা অতুদদা থক্লি-চারিবনি। মমাগা থেংনবমক্তদা হায়রকই, "শশাঙ্ক লাক্লি, ওসিদি চাননবা মপালদা পুথোকহনবিরকউ ইমা।"

মমানা হায়রকই, "করে। মপালদা সরো লৈরিনিনে?"

জ্যোতিষনা লৈ হায়বা মওক নোমতুনা খঙহল্লকই। ওাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "করে ইমা, অসিওম্বা মীশকপু কদায়দা ফজ-দগে, মশাদা দোষ পক্তবা, গুণদমক লৈবা?"

জ্যোতিষনা ওাইহাক তুমিন্না থল্লকই, মাকমগ্নি করিগুম্না মসিমক য়োরবনিনা ইমানা রারোরবসু ওসিমক অরেপ্পা অমা থঙদোকপা চুম্মী। মরমদি, মথোয়গী ক্লবতা, লাইব্রেরীদা রাকপ অসি হন্দক-মরক অয়াম্বদা খম্ন-নৈনম্নি, অদুম ওইনমক অরেপ্পা করি ওইরগদগে হায়বসু থঙখ্রে ওমদ্রি। মুমদসু রা অসিমক 'অয়াম্বনা'হোৌদোক্কে হায়বদি য়াই, অদুসু অসুম তৌহুনা মথা হেক্তা তানখিদে—খুমাং চাওশিনব য়াদে। শশাঙ্ক-বুসু মতৌ অসুম্না অরেপ্পা লৈতবা মওংদা মতম কুইনা থায়াইনহনা থম্বসু য়াবা নত্তে। মরম অদুনা বর-কন্যাগী লেপ্পরবা অপাম্বগী মায়োক্তা মমাগী ময়েক শেংলবা য়ানিংদবসু জ্যোতিষনা মকোক্তা থোঙৎতুনা অমবু ওইর-বসু করিনো অম্না হৌজিক লেপথোক্লবগীদমক হায়রকই, "মদু ওইরবদি ঐ থল্লিবনি ইমা, মরুপ-মপাং অহুম-মরিদংগী মমাংদা হংচিৎ নোংমাইজিং-মক্তদা রা লোইথোক্লগ্রসি—করি হায়বগে ?"

মমানা হায়রকই, "ক্ষমরনিদনা।"
সরোজিনী তপ্না তপ্না মাগী ক্নাদা চৎখ্রে।

নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা জ্যোতিষকী ড্রোইং রুমদু মরুপ-মপাংশিংনা চিৎন-চাইনবা ওমদ্রে। বর-কন্যাগী জুহোংবগী রা লেপ্পরবা মতুংদা মকমসিমক্তদা অমুকী চাক্লেনগীসু থোরাং অমা চথরি। ওসি শশাঙ্কগী মক্কি-মরোল থোইদোক্লা তরু তংহল্লি মহুদা নত্তে, মমাই-মমিৎসু ওসি থরমথৈ লংই—মহুনা মহাকপু শক ক্ষজনা উহল্লি। মহিলা থরসু য়াওরি, অদুবু য়াওক্রিবদি শুপ্নগী সরোজিনীদনি। মীনাই থাহুনা কৌহল্লরবা মতুংদা জ্যোতিষ মশামক চৎতুনা মহাক্কী কাগী থোঙ থিন্দুনা থোরক-মবগীদমক হায়রম্নগা লাক্লে। অতোপ্পা মুমিৎ অমা ওইরম্লবদি মহাক্কী লোনচৎ অসি চুমদবনি হায়না লৌরমগদবনি, অদুবু ওসিদি ভাকপিবা য়াবগী অধিকার লৈ হায়দুনা চানবিবগা লোয়ননা কাগী তৌদুন জ্যোতিষ-মক্তদা শুপ্নগী তক্লবদনি।

অদুগী মতুংদা কৌথোক-কৌশিন কয়া তৌনরবা মতুংদা অয়ুক পুং তরারোম তারবদা সরোজিনী লাক্লে, মতম অদুদা মহাক্কী মশক উবদা তীল্লিবা মী পূন্নমক তীওক-মাইওক্লক্লে। মহাক্কী মনাই তাইফেৎ ভাই, মিংথা মুশিল্লি, অহিং চুপ্পা মমিৎ কঙ্কা অমা ফাওবা উইশিন্দবা মাল্লি।

জ্যোতিষনা চণ্ডক্লত্থুনা শুপ্পগী মচলনুপীদা ম্নেংথুনা কমথুনা .লৈ,—শকওং অত্থু উবদা মহাক তৌকম খণ্ডদবগুমগ্রে।

অত্থুবু, মসিদগী শরুক চাম্মা হেনবা অচৌবা অণ্ডকপা অমা মিৎকুপ-মুক্কী মতুংমক্তদা মহাক্কী লাইবক্তা তম্লি হায়বা মহাক্লা খণ্ডলমদে। শাথিবা অণ্ডকপা অত্থুনা উপেন্দ্রগী হায়গী মখি পুত্থুনা মাংগী পর্দা হাই-দোক্তুনা কাদা চংলক্লে। জ্যোতিষ চণ্ডক্লনা হৌগৎলক্লে, হায়রকই, "মসি করিনো, উপেন নত্রনে?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "উপেনবাবু!"

মরু ওইনা, অমুক-মুংখিলগী মতম ওইরমত্রবদি মহাকপু মশক কাওবা খণ্ডলুবা ওন্নমদবা য়াই। খণ্ডহৌদনা মশাগী মমিৎমকপু থাজবা ওমদবগুম্মী— মীওইবগী হকচাং মত্তৌ অম্মুম্না শোকচিনগনি হায়বা খনওমদবগুম্মী। উপেন্দ্রনা চৌকি অমদা কষথরগা হায়রকই, "হকচাংসি কয়া মুংওাইত্রে,— পুরীদগী লাক্লিবনি। ওসিগীসি করি থৌদোক্লো?"

সরোজিনীনা হৌগৎতুনা চংশিল্লক্লগা উপেন্দ্রগী মখুৎতু মশাগী খুবাম-মুংদা পায়রগা মাইথোংদা ম্নেংথুনা হায়রকই, "ওন্বিক্লত্রা উপেনবাবু?" হায়বমক্তদা মাগী মমিত্তা পীনা থুমহৎলক্লে।

উপেন্দ্রনা মহাক্কী কুচু য়াওত্রবা চিনবান মতায়দা নোকক্ষেৎ তৌরগা হায়রকই, "লায়না অমথক্তা নত্তে ইচল।"

উপেন্দ্রনা ওসিগী অসিনা অহানবা ওইনা সরোজিনীদা মচল ওইনা মিঙ্গৌবনি। সরোজিনীনা থুনা য়াংনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "চৎলসি, অসোমগী কাদা কম্মুসি।" হায়বগা মহাক্কী মখুৎ পায়থুনা চিংথুনা মীনা চিৎন-চায়নবা ওমত্রবা কা অত্থুদগী ভপ্পা ভপ্পা মপালদা থোকপ্রে। মত্থুগা লোয়্নন-লোয়্ননা কা অসিদা হরাও তয়াম্বা পুম্নমক ভশেংনা পুম্নমুৎ মুৎখিবগুমগ্রে।

জ্যোতিষনা লাক্লগা সরোজিনীদা হায়রকই, "উপেন ওাইহাক পোথাহৌখিসত্থু, নহাক অসোমগী কাদা অমুক্ত: লাকখো।"

সরোজিনীনা মতম অত্থুদা মণ্ডক হাইথুনা হায়রকই, "ওসিদি ভোক্লসি দাদা।"

জ্যোতিষনা তৌকম খণ্ডদনা হায়রকই, "কমদোনা ভোকদোম্বিবনো?"

. সরোজিনীনা অদুম মওক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, গুসিদি তোল্লসি!"

জগৎতারিণীনা পাউ কংদুনা কাদুদা চংলক্লগা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই, "কমদৌদুনা অমুক হাক্লা নয়াং কংলিবনো ইবুংঙো। অদুবু, অতৈ কদায়দসু নহাক লৈরুবা য়ারোই উপেন, ঐগী নাক্তা লৈদুনা ডাক্তর য়েংহনগদবনি। মদু নত্রবদি নাবসি করয়োই।"

সরোজিনীনা খোঙেল চেৎনা হায়রক্কই. "হোয় উপেনদাদা, নহাক ঐখোয়গী নাক্তমক লৈরগদবনি।" মহাক্তসু গুসিনা অহানবা ওইনা উপেন্দ্রদা দাদা হায়না মিঙোইরিবনি। লায়েংনবগীদমক উপেন্দ্র পুরীদগী লাক্লিবনি হায়বা হংদ্রবসু ময়াম্না ভাব তানপ্রে।

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "হল্লক্লগা ইমাখোয়গী নাক্তমক লৈরগা লৈরবা হায়রবদুনি, অদুবু গুসিদি ঐবু পুং অমগী মনুংদা থাদোকপিবা তারে।

জগৎভারিণীনা চওক্লনা হায়রকই, "গুসিমক হৌজিকমক? করি-গীনো উপেন?"

উপেন্দ্রনা সতীশ কয়া নাবগী রাক্ষম পল্লগা মাগী লেয়া লায়েংবা লায়েংশঙনচিংবগী পাউ অখণ্ডবমখৈ তয়গা পকেটভগী বিহারীগী চিঠিদু সরোজিনীগী মখুত্তা পীরগা হায়রকই, "পুং তরামাথোইদা ট্রেন লৈ. অমবু ওইরবসু করিনো থরা চারগা ঐ মহুমক্তদা চৎতবা য়াদ্রে। করিগুম্বা হল্লকপা ওয়বদি, মতমদুদা মফমসিদা চংজক্ষম লৌদুনা লৈয়গনি।"

জগৎতারিণীগী মমা ওইবীগী থম্মোয় নৈখায়রক্লনা অমুক হয়া মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। সতীশপু মহাক্লা মপুক্লিংদা থোইদোক্লা মুংশিবি—সতীশ অদুমক ওসি নাত্নি, অদুবু উপেন্দ্রগী হকচাং মত্তা অসিদা মহাক্কী সেবা তৌবা চৎলিবনি হায়বা তাবদা মহাক্কী থম্মোয় কায়গ-দৌরক্লে। মহাক মপী তৈথোক-তৈথোক্লা উপেন্দ্রগী চাননবা শিন্নুনবা কাত্তুদগী মপালদা থোকপ্রে।

সরোজিনীনা চিঠি অদু অনি-অহুমক পায়গা পীথোকপ্রে, অদুগা ভাইহাক নুংবংননা কমদুনা লৈ, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "নহাক্তা লোয়-নদুনা ঐসু চৎকনি!"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মুংশা হাইগৎলক্লবা মতমসিদা অরেম্বদা স্টেশন্দা চৎকদৌরিবা করিগীনো ইচল?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "নত্তেশক্তা নত্তে," সতীশবাবুনি যুমদা ঐবু লাক্কা থক্তা পুক্লিবু।"

উপেন্দ্রনা ওক্লুনা হায়রকই, "মাওনক্তা? মহাক মফম অমুদা ক্যদৌনা চৎকদগে?"

"মহাক্তা লোয়ননবুনা।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে, মতু হেক্তা য়াত্রা? অশোয়বনা নঙবু কৈদৌনা চৎহনগদৌরিবনো, অদুগা মহাক চৎকদৌরিবনা করিগীনে।"

সরোজিনীনা মঙক কয়া হাইদুনা অয়ুমদা হায়রকই, "নত্তে, ঐ শোয়দনা চৎকনি।" হায়রগা চৌগৎল্লে।

ওফিস কাদা সোফা অমদা ফমদুনা জ্যোতিষ শশাঙ্কগা চিক্লা য়ারী শায়রি, মসিমক থগরিবা শুইরম্বা য়াই, সরোজিনীনা তপ্পা তপ্পা চংশিন্দুনা মবুংগী মনঙ্গল মক্লাদা লেপতুনা মহাকী লেংবান্দা মথুৎ থম্ব-মক্তদা মহাক্তা চঙক্লনা মমাই কৈথোরক্লগা হায়রকই, "করিগীনোনে সরো?"

সরোজিনীনা মবুংগী নাকোং ময়াদা লুকথদুনা খোঙেল পিক্লা হায়রকই, "সতীশবাবু য়াম্না কয়া নারে।"

জ্যোতিষনা মঙক নোমদুনা নুংঙাইতনা হায়রকই, "মদুদি তারবনি। উপেন পুং তরামাথোইগী গাড়ী অদুমক্তদা চৎকদৌরিব্রা?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "হোয়, ঐসু মাগা লোয়ননা চৎকনি।"

জ্যোতিষনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "নঙ চৎকদৌরিবা? কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "মফম অদুদা।"

জ্যোতিষনা ওন্থোরক্লনা কয়গা হায়রকই, "মফমদুদা হায়বগী অর্থদি? সতীশকী য়ুমদরা?"

সরোজিনীনা হায়রকই, "হোয়।"

শশাঙ্কনা ওক্লুনা মমিৎ লাওথোক্লনা য়েংদুনা লৈ। জ্যোতিষনা ফিজংপা খোঙেলদা হায়রকই, "নঙবু ভাওরব্রা নে? মা নারগা নঙগী নথৌ করি কৈবগে? নঙ কৈদৌরুগে হায়রিবনো?"

সরোজিনীনা তপ্পা অচেৎপা খোঙেলদা হায়রকই, "ঐনা চত্রবদি কনানা চৎকদগে? নত্তে দাদা, মহাক কয়া নারে, ঐ চৎতবমক—"

মহাক্না অতিক বা মথা তাথা উৎনখ্রে। কম্লিংবমা টরম কুইগইদগী অতুন। অমুংগী লেংবান্ধা মমাক্ত লোক্তুনা হিক হিক কপখোমল্লে। ।

জ্যোতিষকী মমিত্তগী অতম কুইগ্রবা অমুখা পর্জ। অমা অকনবা লোংবৈ-খুংশিংনা শেগায়দুনা শুমদুনা পুখিবগুমল্লে তাক্তহাক বা ভাংদনা কমদুনা লৈরগা মচনলুপীগী মকোক্তা তপ্পা তপা নানবিদুনা হায়রকই, “ফল্লে চৎলো। শীনাক্তলুপীগা চৌকিদারগা লোয়নখো। কমদোনা নাথিবনা হায়রবা হেক মোবগা চৌকিদারক তৌরকই - ঐ হয়েংহংচিং ময় ওইরবদি রমণী ডাক্তর পুহুনা লাক্কনি।” অসি হায়রগা খক্তিক্কং মমাংদা চিংশিন্নবা হোৎনরুরমক্তদা সরোজিনী মখুৎ অনিনা মমাই খুমদুনা কাদগী হৌদুনা চেম্থোকখ্রে!

শশাঙ্কনা ইপণ্ড পণ্ডবগী মতৌগুম য়েংদুনা লৈরম্লগা রাহং অসিমক হংলকই, “সতীশবাবু নারি, মহুদা মহাক্না চৎকদৌরিবা কন্নিগীনো, মসিদি ঐ ভাব তাদে জ্যোতিষবাবু? অসিগুম্বা থৌওং পুম্নমক অসি কন্নিনো হায়বিয়ুদনা?”

জ্যোতিষকী নাকোংদা রা অসি চংখিত্রা চংখিদত্রা হায়রুবা লুনা থোকই। মহাক মণ্ড-হাগী মতৌগুম ডাংনা ডাংনা থোকখ্রে—“মাগীদমক অত্তক হাক্না মপুক্কিং লাংজরুগনি হায়বসি মওদা কাওবা খল্লুদে! মখোয়সিনা হায়বনা মওং অমা—তৌথোরকপনা মওং অমা—মসি পুম্নমক অসিবু কন্নি থৌদোনো।”

স্টেশনদা কুমথরগা উপেন্দ্রনা ভত্র ওইবা শাখং অমগী মকমদা সতীশখোয়গী খুন্দংগী লম্বী হংলম্মী, লাক্তবক কবনা কুপামচা অমু মহাকমক্তী ডিস্পেন্সরিগী কম্পাউণ্ডর ওইরম্লে. মখাগী কন্নিনো খবক অমগী স্টেশনদা লাক্কম্বনি। বাম্বুগী মুম্মক্তদা থুংলুযদৌরিবদি হায়বা ভাবদা মহাক্না কোক্তচেন চেম্দুনা দোলাই অমখক্তি থৌরাং তৌরকপা ভাগ্ন অমন্তুং উপেন্দ্রদা হায়রকই, “আদা উরিবা অসিনি মহেশপুর, লেওলসিদমা বাগী শানা শানা থোওনা চৎলসি,—চৎপদ পুংথাম অমদগী হেল্লা চংলোক্ত। মহু নওনা যণগাড়ীদা চৎলবদি য়াম্না কুইনা চঙ্গনি।”

থোওনা চৎপা য়াথগী ফিভম উপেন্দ্রগী ওইদে, অদুবু যণগী থোওথাং তম্লবু কীদুনা থোওনা চৎপদমক য়াদ্রে।

সম্বোজিনীবু দোলাইদা তোংহনপ্রে অমম্বুং চৌকিদারগা মিন্নাইনুপীগা পুত্নুনা উপেন্দ্র নুপামচাত্নুগা লোয়্ননা খোঙশাল্লক্লে। 'মহাক মশাগী চহি ভরাভরেৎ-ভরানিপালদগী হেল্লমখিয়োই,—য়াম্না চালার্ক লৈনা হৈ-শিংনা উই, মম্নিং এককড়ি কৌই। মহাক্কী থাজব্বা লৈ, চহি অমরোমগা কন্নিগুম্বা মওং অমদা মখোয়গী পাস তৌবা ডাক্তরবাধুগী মতুং ইল্লবদি মহাকসু প্রেক্টিস তৌবা ঙমগনি। মহাক্কী মত্তা ডাক্তর তম্বা কন্নিসু লৈবা নত্তে, মত্নুদা শুপ্পগী থরমথৈ খুৎ-শা হৈ-শিংবা চংবদনি। মত্নু নত্রবদি ছিঙ্গদবা মহাক্তু হিংই, শিগদবা মহাক্তুদি হিংদে।

উপেন্দ্রনা মঙোন্দা খজিক্তসু মত খেন্ননা লৈতে হায়বা খঙহল্লগা হংলকই, "নখোয়গী বাবু হৌজিক কমদৌরিবগে?"

এককড়িনা হায়রকই, "বাবু? ঙসি নুমিৎ কুপ্লিথোইনি শুরে, হৌজিক্তি ফরবনি। মহাশয়, হিদাক পুম্নমক ঐমক্না পীরিবনি।" অসি হায়রগা মহাক্না মথবাক্তা পোপ পোপ থাজরকই।

উপেন্দ্রনা অরাবা রাখল ফনা য়াম্না কোল্লত্নুনা হংলকই, "অনাবা কনশিল্লুরব্রা এককড়িবাবু?"

এককড়িনা হায়রকই, "কনশিনবা? মহাক্তি শিবু শিক্লুরবনি। ইমা-বেম্মা লেঙলক্লমত্রবদি মহাদেব ফাওবনা কনবা ঙম্বগী মতিক লৈরোই। নারোইত্ত্রনে মহাশয়? অহিং-নুংথিল নাইদনা থাকোবাবাগ; লোয়ননা য়ুগা গঙ্গাগদা লুপত্নুনা লৈ, কালীসিদ্ধনি হায়ত্রা কন্নিনো। উৎ তৈ! পুম্নমক অত্নু ঐখোয় ডাক্তরশিংনবু থাজত্রনে মহাশয়? ঐখোয়দি সায়েন্টিফিক মেননি। অত্নুবু ইমা-বেম্মা লেঙলকপদা থাকোবাবাগী মগুণ চম্মখি—চিংথোক্তুনা ত্রিশূল-নুংশুল লংথোক্তুনা তাম্হোকখি। মানা নুমিৎ কয়ানি হম্বনা ইরাং ভোরম্বা নত্তে! মহাকমক বাবুগুম্মী,—অমবুম্ব অমবুম্ব তাম্নত্নুনা হাৎকদবগী তৌই,—নোংমা ইচম চম্বা রাদা মহাশয়, ঐঙোন্দা অত্নুম্না মম্না খিগৎত্নুনা হোগৎলকই! ঐদি থোইদোক্না অকবা মীনিদনা, কনাগম্সু খৎন-চৈনক্নবা পামজদে, মত্নু নৎলমদত্নুনা অতোপ্পা অমা ওইরম্নবদি নুপাত্নু নুমিৎত্নুদা মকোক ফায়রমগদবনি।" হায়রগা এককড়িনা ছাতিম্দু অহাংবদা অমুক্তং হাইরকই।

উপেন্দ্রনা হাইকেৎ ওক্লা হংলকই, "ইমা-বেম্মা হায়বর্দি কনানো ?"

এককড়িনা হায়রকই, "মহু কমদোনা খঙগনি মহাশয়। ময়াম্না ইমা-বেম্মা হায়না কৌনৈ, ঐমম্বু ইমা-বেম্মা কৌই।"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "নহাক মাগী মশক উরব্রা ?"

এককড়িনা হায়রকই, "হোয়, মহু মওং অমদা করিগী উদনি।"

উপেন্দ্রনা হংলকই, "মহাক চহি কয়া শুরম্লগদগে হায়বা খঙব্রা ?"

এককড়িনা হাইকেৎ খল্লগা হায়রকই, "মহু চহি নিফু-য়াথৈ শুটরম্বা য়াই। মহু নব্রবদি বাবু কনানা রারকপা ওমগদগে মহাশয় ? ডাক্তরবাবুনদি মহাক লাক্লমদ্রবদি লোইরম্লগদবনি হায়।"

এককড়িগা লোয়ননা উপেন্দ্র সতীশকী য়ুম য়োরকপা মতম অহু নুমিৎ তানিং-তামাং তৌরে। সরোজিনীদি হান্না য়োরম্লে, মহাক্কী দোলাই কোম্বোং মপালদা খোংনাং বট মখোঙদা থাহুনা চৌকিদার ওাইরম্লি। মমাংমক্তদা লেম্না লায়েংবা লায়েংশঙহু লৈ, মকম অহুদা মী অঙকপা ফংনা তীল্লম্মী।

এককড়ীনা মখোয় ময়াম্বু পুশিল্লক্তুনা মথাগী ড্রোইংরুমদা কমহল্লগা বিহারী কৌবা চৎখ্রে, অহুবু মহাক্কা উনখ্রে। ডাক্তরবাবুসু মপালদা অনাবা য়েংবা চৎখি, মীয়াম তীন্দুনা নহাকপু ওাইনরি।

উপেন্দ্রনা ইমা-বেম্মা'সিগী মরিদা খোইদোক্লা চিংনজবা লৈ, অহুনা সরোজিনীবু মকম অহুমক্তদা ওাইননবা হায়রম্লগা চুমদ্রিংনা মাংগী সিঁড়ি কাখৎতুনা মথক্তা লাক্লে।

সতীশ ফমুংদা ভুম্লি। মহাক্কী লুখুমদা ফমহুনা সাবিত্রীনা অনাবগী চেহু মপুক্লিং চংনা য়েংহুনা লৈরি। অসোম থংবা খোঙনাওদা কাওজিল্লক্তুনা নুমিৎ তারমদায়গী ওাঙ্ নবা মঙাল লৈমায়দা শন্না তারি।

অসিগুম্বা মতমদা খোঙগী অথাবা পর্দা হাইদোরকপগী মখোলদা সাবিত্রীনা মমাই থাঙৎলকপমক্তদা উরে—মশক খঙদবা ভদ্রলোক অমা চংলকপা।

তৌফম খঙদনা মকোক থুমহুনা হৌগৎকদবগী তৌবমক্তদা চংলক্লিবহুনা মনাক্তা চংলক্লগা হায়রকই, "ইবেম্মা হৌগৎপিগনু—ঐ উপেন্দ্র। ইবেম্মা সাবিত্রীনিদনা ?"

সাবিত্রীনা মঙক লোমচুনা মাসি হায়বা খঙহল্লকই। অদুবু কীজবনা ইকাইজবনা, থিংথিং-মাংথিনরনা তঙেংনা থিমমগুম্বী।

উপেন্দ্রনা হংলকই "সতীশ তুম্লিব্রা? হৌজিক কমদোনিবগে?"

সাবিত্রীনা হায়রী মতৌগুম মঙক লোমহুকা মদা খুল্লাইরে হায়বা খঙহল্লকই।

উপেন্দ্রনা মতমচুদা তপ্পা তপ্পা চংলক্লগা কাংথোক্ক মচি অমদা কম্লরে। মশাগী মথোদাং হায়রনা লেপখোরক্লরবনি, হায়রকই, "ঐগোন্দা চিঠি অমু ইবেম্মনা ইবিরকপনি হায়বা গুরা তাক্লরে। ঐবু লাকই হায়রুনা নশাগী অরা-মুংঙাই, অফ-কত্তবু চৈন্নরা কয়াগী মতিক কন্না লৈতনা লৌবিরি, মতু ঐ খঙদে হায়রা খল্লবিগনু। মসিনিদনা পামজরিবা। মসিনিদনা নশাগী পরিচয়।"

সাবিত্রীনা মপুক্কিংদা খল্লকই, খঙলে মহাক মঙ মঙলিরবনি। মসি খঙলে অতোপ্পা কনানো অমনি, মসি খঙলে সতীশকী উপেনদাদা অমু নত্তে।

উপেন্দ্রনা ওয়াইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "নঙোন্দগীদি ঐনা চহিদা অহলনি। নহাকপু ঐনা সাবিত্রী হায়না কৌরগনি, নহাক্না ঐগোন্দা দাদা হায়না কৌ; ঙসিদগী নহাক ঐগী ইচল ওইরবনি।"

সাবিত্রীনা তুমিন্না হৌগৎলক্লগা মচুক। শিঙ্গি মেৎতুনা উপেন্দ্রগী মখোঙ ময়াদা খুরুম্লরে অমসুং মথুৎ অনি চংথনা উপেন্দ্রগী খোঙউপ মরি খোক্না খোক্না মাইথোং লুকচাননা হংলবই, "লাকপদা অমুক কুইথবিরক্লিবা কন্নিগীনো? চিঠি মতম চান্না কংবিদব্রা?"

উপেন্দ্রনা সাবিত্রীগী থবক্তা অপনবা পীদে। অচম্না মওংদা হায়রকই, "কংদে ইবেম্মা, কংদে। ঐ নহাক্না পুন্নীদা চিঠি কংহনা মাক্লিবনি। অদুবু নহাক্কী য়াম্না লুম্বা অকনবা থবক অমা লৈরি, ইচল,—" রাসি মতাং অসিদা উপেন্দ্রগী মচিন্দা পনখ্রে।

সাবিত্রীনা খোঙউপ জোড়া অমু মচি অমদা থমথ্রগা মোক্না লৌথোক লৌথোক্না হায়রকই, "করি থবক্কে দাদা?"

অদুম ওইনমক উপেন্দ্রনা হায়দোকপা অমুক ওম্লক্লে। অদুগী তুংদা নমতুনা মুংগী চিংনবা নমথবগুম হায়রকই, "অদুবু নহাক্না নঙনা অতোপ্পা

কনানসু থবক অদু তৌরুনবা শক্তি লৈতে। ঙমগদবা অতোপ্পা মীশক অমগা লৈরম্মী, মহাক সুরবালা—"

সাবিত্রীনা ভুমিন্না ঙাইহনা লৈরি হায়বা উদুনা উপেন্দ্রনা হায়রকই, "সরোজিনীগী মমিং তাব্রব্রা ?"

সাবিত্রীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "তারে।"

"পুম্নমক তায়রিনিনে ?"

সাবিত্রীনা অদুম মঙক নোমদুনা খঙচল্লকই, মদু পুম্নমক তারে হায়বা।

মতম অদুদা উপেন্দ্রনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "সতীশ নাই তাবদা মাবু করিগুম্বা মঙংদসু কাদুনা থম্বা য়াদ্রে, ঐগী তুং ইন্দুনা মহাক লাক্লে। মথাগী কাদা ফমদুনা লৈহৌরি,—মদুগী করিগুম্বা উপায় অমত্তা তৌ ইচল।"

সাবিত্রীনা ফুক হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই,"মহাক লেঙবিরক্লিবা! ঐ হৌজিক চৎতুনা—অদুবু ঐবু মাগী মনাক্ত চংলুবা য়াগদ্রা দাদা ?"

ইঙ্গিত অসি উপেন্দ্রনা খঙই। মিৎয়েং মকালাম্না অচম্বা খোম্মোক্লা শৎ হায়রকই, "নহাক্না চংলুবা য়ারোইদবা ? ঐগী ইচলনুপীবু সংসারগী কনাদগী হস্থবগে সাবিত্রী, কদায়দবু ঙইরবসু মানা মমাই থাঙ্গৎতুনা লেপলুবদা চিংনকুনিংঙাই লৈগদ্রা ? ঐগী ইচল, পৃথিবীদা মদুবু অচম্বা পরিচয়রনে ইবুংগী ইরেম্মা।"

সাবিত্রী অমুক খাংদুনা লৈবা ঙম্রক্লে, মিৎনা কুপ্পদা মহাক্না উপেন্দ্রগী মখোঙ অনিদা মমাই থমদুনা তশেংনা উপথুননা তাপ্লে। খুইজিল্লবা মখোঙ অনিদুদগী থুয়া-উফুল হন্না হন্না লোদুনা মকোক্তা হাপকৎলগা হৌগৎতুনা চুম্না লেপখ্রে, মতমদুদা মহাকী মাইদা মাইথুম য়াওক্লে, মমিৎ অনিদগী পী শিন্থরি। পীনা চোৎলবা মাইথোংদুদা নুপীগী লমচৎকী অথোইবা গুণ উপেন্দ্রনা মিৎনা কুপ্পদা উবা ফংব্রে।

মপী তথোক্লগা সাবিত্রীনা কাদুদগী থোকখিবা মতমদুদা উপেন্দ্রনা মতুংদগী হায়রকই, "চৎলো ইচল, মহাক অদুগী মচলনি হায়না মাগী মফমদা পরিচয় পীরুগদবনি, মঙোন্দা হায়য়ু, ঐখোয় ইচিল-ইপরা অনিনা ঙসি কাওবা করিগুম্বদসু সংসারদা হস্থবা থবক তৌখিদ্রে।"

সাবিত্রী চৎল্লবদা মহাক্না ভুমিন্না সতীশভা য়েংদুনা লৈরুরগা কৌরকই, "সতীশ, হাই সতীশ ?"

মিৎকপ খোরক্লুনা সতীশনা তিংলি-য়াংলিদুনা হোগৎলুনা কময়া মমিৎ নোইদুনা য়েংলকই।

"নঙগী উপেনদাদানি—ঐবু শক খঙবা ঙমদ্রব্রা ?"

উপেনদাদা। সতীশ শংত্রিক য়েংদুনা চঙক্লনা লৈখ্রে।

"করিনোনে, হৌজিক কাওবা শক খঙবা ঙমদ্রিব্রা ?"

সতীশনা তশেংনা মঙদা ব্রা ঙাংবগী মতৌঙুম ঙাংলকই—হৌজিক কাওবা মহাক্কী মঙত্রং চুবা কোক্রিবগুম্বী—মতৌ অদুম্মক হায়রকই, "শক খঙবা ঙম্রে। মহাক লাক্লব্রা উপেনদাদা ?"

"হোয় ইনাও, লাক্লে।"

"অদু ওইরবদি খোঙ অনিদু থাঙ্গৎপিরকউ উপেনদাদা, নহাক্কী খুম্না-উফুল কোক্কো হাপ্না কংজরক্কবা মতম কুইরে।"

উপেন্দ্রনা মখুৎ অনি তিংথোক্লুনা মহাক্কী পুন্সিগী মরুপ অদুবু মথাদা কোনখৎপ্রে। কনা ক্লইরবা কাওবা জ্ঞান য়াওদবা মূর্তিগী মতৌঙুম অমগা অমগা চেজেৎ কোনশিন্নদুনা লৈরম্নবা মতুংদা উপেন্দ্রনা তপ্না তপ্না হায়বকই, "অমুক শাংথরক্লুনে সতীশ, খন্না থুনা কদুনা হোগৎলক্লো ইনাও, ঐগী থবক ময়াম অমনা নঙবু ঙাইদুনা লৈরি।"

"করি থবক্লো উপেনদাদা ?" হায়বগা সতীশনা খোঙথাং মখোলদা মতুংলোমদা হম্না য়েংথোকউবদা তশেংনা নুংবংনপ্রে। সাবিত্রীগা খুৎশম্নদুনা সরোজিনী চংলক্লি।

মহাক্না অমুক্কুং উপেন্দ্রয়োমদা ওনশিন্দুনা য়েংলকই, অদুগা অমুক্কুং নিংথিনা মমিৎ নোইরগা চম্লরা অনি অদুগী মাইথোংদা তুমিন্না য়েংদুনা লৈখ্রে। মহাক মশাগী মমিৎমক্লা উরিবা অদু থাজরুনবা মথৌনা লৈত্রে হায়বা উপেন্দ্র অমস্তুং সাবিত্রী মবানিমক্লা ভাব ভারে।

সরোজিনীনা মিৎকুপমুক সতীশকী শরূদা ঙাইরবা খুইজিল্লবা মাইথোংদা মিৎয়েং তারুবগা পর-পরপ চংশিল্লক্লুনা মহাক্কী মখোঙ ময়াদা কমুং মথক্কা মমাই উপশিন্না তাদুনা খোজেল হৌনা কপ্লিংবা কাথনবা হোৎনরকই। কনাস্তু রা ঙাংদে, অদুবু মীকপ অসিগী মতুংদা কয়া য়াম্না মৈচাক চেনবগে অমস্তুং ঙাকপিনবা হাজরিবগে হায়বা কনানস্তু খঙবদা চিথবা লৈখিদ্রে। সতীশ চঙক্লনা উনা শাবা লাইঙুম কমদুনা লৈ,

মহাক্কী থম্মোয়গী মচি অমদা ফোংঙমদবা ফুংঙ্গাই-ঈপাক্তা ঈথক হৌরক-পগুমপ্লে, মতৌ অদুম্না অতোপ্পা মচি অমদনা তমথীরবা সমস্যাগী চৈথেংদা মীপাইরকই, ককঙাওনরকই। ফনা কুইরবা ফাওবা কনাস্থু রা ঙাংদে, —সুম্মিৎ ভারকপগী মমশিল্লক্রবা অচিকপা কা অসিগী মন্থুংদা শুপ্পদগী সরোজিনীগী থিংঙমত্রবা মীকপকী ঈচেল মহাক্না মথরায় থুবাক্তা হাপতুনা নমথবগী মখাদা লৈদুনা তনিক তনিক্রকপা হেনগৎলক্লে। অচিকপা অসি উপেন্দ্রগী খোঞ্জেলনা থুগায়রকই। মহাক্না সরোজিনীগী মকোক্তা মথুৎ য়েং ভপ্পা থমদুনা হায়রকই, "মরাল কনাগীসু ওইজসনু সতীশ, ঐগী ইচল অসিবু্দি ঙসি নঙনা ঙাকপিয়ু। মাগী থম্মোয়দা মতম কয়াদগী পৈথৎলক্রবা অরাবা কয়ানা ঙসি নঙবু সেবা তৌজনবগীদমক ঐগা লোয়ননা থারক্লিবনি। অদুবু সাবিত্রী, ইচল নঙনা মতৌ অম্সুম্না নমাই মকশিন্না লেপতুনা লৈম্নবদি য়ারম্লোই! নহাক্কী অশি-মাইকৈ তম্লক্রবা নবুং ঐগী উৎপাত কয়া থৌদাং কয়া ঙসিদগী হৌনা নহাক্না লৌরগদবনি ইচল। লাও, ঐগী নাক্তা চংলক্তুনা ফম্লো।"

সাবিত্রীগী মমিং তাবদা সরোজিনী ঈকাইবা, হঙ্গোইবা, মৈচাক পূম্নমক কাওথোক্তুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। ঙসাইমখৈ মহাক্না মহাকপু উপেন্দ্রগী কনাগুম্বী মরি-মতা অমনি হায়না খল্লম্বনি।

সাবিত্রী রা ঙাংদনা চঙলক্তুনা উপেন্দ্রগী মখোঙ ময়াদা লৈমায় 'থক্তা ফম্লে। উপেন্দ্রনা মহাক্কী মকোক্তা মখুৎ থমদুনা হায়রকই, "নহাক্না নপুক্লিংদা খল্লুনু ইচলসিদি, নহাক্কী নকমগা লাল্লে হায়জদুনা নহাকপু ঐনা ঈকাই-খুম্নরোই হায়না। অদুবু সতীশ, নহাক্না ঐবু ঙাকপিয়ু। নঙনা ঈকাইবা নংখিবা থুদিংমক, অমাং-অতা থোকহনখিবা থুদিংমক ঐনা তৌখিবনি, পূম্নমক অদু ঙসি কাউথোকপ্রো ইনাও।"

সতীশনা কন্নি হায়রক্লগনি, মহাক চঙক্লদুনা মমিৎ কুপ্তুরমখৈ য়েংদুনা অদুম লৈপ্রে।"

উপেন্দ্রনা খিতং নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "ঐ ভাব তারে, সতীশ, নখোয়না করি খল্লিবগে হায়বা। উপেনদাদা অদুমক্না অঙাংমচাগী মতৌগুম চবেং চবেং ঙাংলিবা কন্নিগীনো হায়না নখোয়না খল্লি! অদুবু নখোয়না খঙদে ইনাও, মতম কয়া কুইনা নখোয়গী উপেনদাদাগী চিন

অসি কাঙ্খিন্দুনা লৈরুই হায়বা। অদুনা, পৈখৎলক্তুনা লৈরম্বা পুন্নমক অদু ঙসি য়ুঙাওবগী মতৌগুম ঙাংথোরক্লিবনি, কমদোনা থিঙ্গদগে হায়য়ুদনা।"

উপেন্দ্রগী রাঙাং মওংদুদা সতীশকী পুকন্নুংদু করিনো মওং অমগী মফম খঙদবা অকীবা অমনা ওংথায়রক্লে, করিনো রা অমা খঙম্লু খঙনিংলকই, অদুবু, মহাক্কী রাহংদু মপুক্লিংদা নিংশিংখিদ্রে, মচিন্দগী রাহে অমতা থোরক্রে। মহাক য়েংলিবা অদুম্না অদুম য়েংদুনা লৈ।

থংনবা মিৎকুপমক্তদা উপেন্দ্রনা সরোজিনীগী মাইথোংদা য়েংলুরগা সতীশতা হায়রকই,"নঙদা করে, আশীর্ব্বাদ তৌরিবসিনি, নখোয় নুংঙাই-য়াইফৌ,—ঐদি ঐগী ইচলনুপীসি পুন্দুনা চৎহ্রগনি।" হায়রগা উপেন্দ্রনা তপ্না তপ্না সাবিত্রীগী মকোক্তা খুৎশানা তাক-তাক থারগা হায়রকই, "নঙনা নত্তনা ঐগী থোদাং লৌবিনবা অতোপ্পা কনাম্তু লৈত্রে ইচল। অদুদা নাবা অসিদা অতৈ কনাবুম্তু ইনাক্তা কৌশিল্লুনবা থোনাম্তু লৈত্রে, থোনা লৈরুবম্তু চুমদবনি। নঙগুম্বা গুপ্নগী মীগীদমক হিংদুনা লৈরবী, ঐগী অদুগুম্বী ইচল অদুদা ইশাবু শিন্নথোকপা পাম্মী। চৎকত্রা ইবুংগী ইবেম্মা ঐগা লোয়নদুনা? সতীশপু থাদোক্তুনা চৎপদা রাগনি,—মদু ওইরে ওইজসনু। মসিদগী কয়া হেন্না অরা অনা ঈশ্বরনা মীওইববু খাংহন্দুনা মী ওইনবা শেম্বিরিবনি ইচল!"

সতীশকী থম্মোয়নু'দা ঙসায়মথৈ চঙরুরক্লিবা রাহং অদু নোংথাং কুপ্নগুম খংঙান ঙানখ্রে। মহাক্না খঙহৌদনা হায়রকই, 'উপেনদাদা, ঐখোয়গী ইতৈম-বেম্মা পশু কমদৌরিবগে? মহাক নাবগী পাউ ভারগা লাকখিবনি।"

উপেন্দ্রনা মিৎকুপমুক ময়ানা মচিনবান কন্না চিকশিল্লকই, অদুগী মতুংদা হৈনবী মতুং ইন্না অমুক্তং মথক্লোমদা য়েংখৎলগা হায়রকই, "পশু লৈখিদ্রে—শিগ্রে।"

সরোজিনীনা লাওরকই, "ইনম্মা সুরবালা লৈখিদ্রবা?"

উপেন্দ্রনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "লৈখিদ্রে।"

সতীশ মোন্দুমদা ভাথদুনা রাম্বগী মতৌগুম ভরং-মালংদা তাওনা গ্রেংদুনা কপদুনা লৈপ্রে।

সুরবালা লৈখিত্রে, মহাক শিত্রে। পাউ অসি উপেন্দ্রগী মুশিন্দগী য়াম্না চম্বা মওংদমক হায়দোরখি ; অদুবু লৈখিত্রে' মসিদা করি লৈখিত্রিবনো, চৎখিবা করি চৎখ্রিবগো হায়বসি সতীশতগী কনানা হেন্না খঙলুগনি! সরোজিনীদগী কনান হেন্না উরমগনি! সাবিত্রীদগী কনানা হেন্না তারমগনি!

অদুম ওইনমক সুরবালা লৈত্রে—মহাক শিত্রে সতীশকী মাইথোংদা য়েংদুনা উপেন্দ্রনা নোংমকৈ তোরগা হায়কই, "ঈশ্বরনা লৌশিনবিখ্রে, মদুদা রাকৎ করি অমুক লৈরি! অদুবু মতম অসিদা দিবাকর হায়বা নুপামচাদু করিগুম্বা ইনাক্তা লৈরম্লবদি ফম্মগদবনি। মমা-মপা লৈত্রে, অঙাং ওইরিঙৈদগী য়োক্লকুনা অসুক চাওরক্লিবনি, মাসু কদায়দনো চৎখ্রে! কনানা খঙগনি, শিত্রিঙৈগী মমাংদা মাবু অমুক্কং উবা ফংগদ্রা ফংলরোইদ্রা!"

সতীশনা অদুম রাম্ববগী মতৌগুম লৈনা লৈনা হংলকই, "দিবাকরবু কৈদৌগ্রবগে উপেনদাদা?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "কনানা খঙগনি মহাক করি তৌগ্রবগে! কলকাতাদা হারানদাদাগী য়ুমদা লাইরিক তমহন্নবা থমখিবনি—ঈকাইনিংঙাই ওইবা রা অসি কনাদসু তমথোকলুবা য়াবা নত্তে, তমসু তম্লিংদে—য়ুমদদি মহাক কলকাতাদা লাইরিক তমদুনা লৈরি হায়না লৌনরিবনি, সুরোনা মাবু য়াম্না নুংশিবিবনি মানদি খঙদবনিনা শিত্রিঙৈদা উনিংখি, অদুবু মাগী অনিংবদু থুংহনবা ঙমখিদ্রে। হারানবাবুগী নুপীগা লোয়নদুনা কদায়দা চৎখ্রবগে হায়বা অদুগীসু তাংদাংবা মক্কম খঙখিদ্রে।"

র তাক্লিবা মখোয় অহুম্না চপ মান্নবা য়ক লাদবা খোম্থোক্তি করিনে অমা হায়দুনা লাঙরকই, অদুবু করিমত্তা ময়েক শেংদে।

অদুগী মতুংদা মখোয় পুম্নমক কুমিন্নলে। কা পুম্বদু অহাংবা মোংফমগী মতৌগুম চপ চপ য়ুংনা লৈবগুম্বা।

কনানসু উপেন্দ্রগী মশক য়েংলুবা ফাঙবা ঙমদ্রে, অদুবু মখোয় থুদিংমক্কী মপুক্লিংদা খল্লকই, মখোয়না অসুক কুইনা অরা অনা নংলকখিবা, ইজ্জৎ মাংলকখিবা, ঈকাইবা নংলকখিবা পুম্নমক অদু থম্মোয় কায়রবা মৈচাক অসিগী মক্কমদা তশেংনা করিসু লৈতবগুমদ্রে।

সাবিত্রীনা সতীশকী মকমদগী হ্না পুন্নমক তাগ্রবনি। হ্নাকম পুন্নমক থগুই। মহাক্না থল্লকই, মপাল নাইদবা অহাংবা অসি—হ্নুপ। অসিনা করিনা ফুজিনথিবগে! চৈথেং অসি মহাক্না কমদৌনা নোংমা নোংমগী খাংহুনা পুন্সি ঈচেল মরক্তা অস্নুক লায়না তাওথন্নিবনো। থন্মোয়নুংদা অস্নুক শাথিনা হাহাকার লাওরি, মপালদা মহুগী ইঙ্গিত থজিক্তস্নু উবা ফংদ্রিবা করিগীনো। মহাক্না করি ফংগ্রবগে! কনানা মহাক্কী অরা-নুংঙাইবু মতৌ অস্নুমা অচম্বা খাংঙম্বা ওইহনগ্রিবনো!

মহাক্না মখোঙদা তপ্না তপ্না মথুংনা নোইনা নোইনা হায়রকই, "দাদা, অসিগুম্বা হকচাং ঙদমবা মতমসিদা নহাক্কী হকচাংদদি চী্গী নুংশিংনা য়াম্না পক্লগনি, নত্রা?"

উপেন্দ্রনা মহাক্কী মকোক্তা মখুৎ থমহুনা হায়রকই, "হোয় ইবেম্মা, মহুবুদি ডাক্তরশিংনা হায়রিবনি, অহুবু ঈশ্বরনা কৌরক্লবা মীহুগীদি করিগুম্বা কান্নবা অমতা লৈতে।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মহু ওইজসনু দাদা, অহুবু ঐখোয় চীংদা চৎহুনা লৈরুগদবনি।"

উপেন্দ্রনা নোক্তুনা হায়রকই, "ফয়ে, অহুম্না তৌবা হায়বহুনি।"

মহামায়াগী পূজ নকশিল্লক্লে অমস্নুং সতীশ মপুংফানা কন্দ্রিটৈ মমাংদা বাঙালীগী খ্বাইদগী হরাও-ভয়াম্নিংঙাই ওইরবা নুমিৎশিংহু নুংঙাইবা মঙলানগী মতৌগুম তৌখ্রে। অমুক্তস্নু মতম থরগা মকম অসিদা লৈখিনবগী হ্নাকম লৈবনি, অহুবু উপেন্দ্রগী হকচাংগী য়েংহুনা সাবিত্রীনা ত্রয়োদশী নুমিত্তা যাত্রা তৌননবা নুমিৎ লেপখ্রে। উপেন্দ্রগী য়ানিংদবগী মায়োক্তা অনম কন্না হায়রকই, "মহু য়ারোই দাদা। সতীশবাবু মশা ঙমদবা অমুক নত্রে, অহুবু মাগী মশা কনখৎলকপা ঙাইহুনা লৈরবদি নহাকপু অমুক হন্না থিবা ফংলরোই। হংচিৎমক ঐখোয় চৎতবা য়াদে, নহাক য়ানিংদবা তৌরমু দাদা।"

উপেন্দ্রনা নোককেৎ তৌনা হায়রকই, "ফয়ে, মহু য়েংবা হায়বহুনি। অহুবু, মহু ওইরবদি ঐবু থিবা ফঙ্গজনে ইচল?"

সাবিত্রী তর্ক তৌরমদনা থবক্তা চৎখ্রে। উপেন্দ্র মকম অসিদা শান্তিদা লেল্লম্মী, অহুনা চৎননবগী হাথুবা মঙোন্দা লৈরমদে অমস্নুং

ঘাল্লা তৌবগী মুমিৎ ভশেংনা অমুক হাক্লা নকশিলহল্লক্লে হায়বত্থু মহাক্লা থাজরমদবা য়াই, অদুবু সতীশকী মাইথোং কাহৎখ্রে। মরমদি, চক্রি অসি মহাক্লা য়াম্না মুন্না খণ্ডই। মসিদা অথিংবা অমতা মন্না লৌয়োই অমসুং মসিগা মরি লৈনন্নিবা মহাক অদু মমৈদা মরু লুকপদা তাগনি হায়বা মহাক্লা মুন্না খণ্ডই। মরম অদুনা ত্রয়োদশীদগী লাম্ছোকপা করিগুম্বা মওংদম্থু ওইথোক্লোই হায়বদু মহাক্কী চিংনবা মন্নিক অমতা লৈত্রে। অদুবু, করিগুম্বা রা অমা কাওবা ঙাংখিদ্রে। মথংগী নুমিত্তম্থু মসিগী মরদা মহাক মপুংকানা পঙশিন্দুনা লৈখ্রে। মমাংমক্তদা বিহারীনা মপী ঈয়া চেন্না সাবিত্রীদা "কৈদৌঙৈ অমুক উনগদগে ইমা," হংলকপা মতম অদুদম্থু সতীশ তুমিন্না অদুম লৈ।

সাবিত্রীনা সতীশকী মাইথোংদা মুন্না য়েংদুনা চীংলেম্মা হায়রকই, "নহাক্কী বাবুগী লুহোংবা নুমিৎ অদুদা অমুক উনগনি বিহারী। তশেংনা নহাক্কী বাযুনা থৌজালবিদুনা লৌহনবিয়রবদি।"

নুমিৎ ভয়ানিগী মমাংদা সরোজিনীবু লৌরবা জ্যোতিষ মশামক লাকপদা উপেন্দ্রনা ময়াই লেপতুনা লুহোংবগী রারী-রাতাই লোইশিন্নখি।

সতীশনা য়ানিংদবা করিমতা উৎখিদে, অমাংবা মতম লাম্থোকপগা লুহোংবদা লেপ্নখি। সাবিত্রীনা হৌজিক ইঙ্গিত অদু তৌয়রকপনি, অমসুং সতীশনা তুমিন্না ভাই।

চৎকদবা নুমিৎকী অয়ুক্তা উপেন্দ্রনা হাইক্কেৎ রাখল তৌনা হংলকই, "নহাক্কী নশাদু অদুক হাক্লা মুংঙাইনা উদেনা সতীশ? ওয়াংদগী নহাক য়াম্না শোম্বনা উই।"

সতীশনা নিংবা কায়বা খোম্থোক্তা হায়রকই, "নত্তে, হকচাং য়াম্না মুংঙাই।"

উপেন্দ্র চৎপ্রবদা সাবিত্রী কাদা চংলকই। মহাক্কী মমিৎ অনিমক ঙাংই, মিৎপান চোৎলি, পোমখৎনা উই, মদু য়েংলুবমক্তদা উবা ফংই। রাশকথিবগী রাকম হন্না হন্না নিংশিংলগা হায়রকই, "মদু ঙাক্কনিদনা?"

সতীশনা হায়রকই, "ঙাকনি।"

"য়ু গঞ্জা খুৎনা কাওবা কৈদৌঙৈদম্থু শোক্লয়োইদনা?

"শোক্লয়োই।"

"ঐঙোন্দা হংদনা তন্ত্র-মন্ত্রগী মাইকৈদা চংশিল্লোইদনা?"

"চংশিল্লোই।"

"হকচাং মপুং ফানা ফৎত্রিবমথৈ নুমিৎ নিনি নিনি খন্নানা চিঠি ইরকনিদনা?"

"ইরক্নি।"

"মহুদা ফির্বিগুম্বা মরু অমতা লোৎলোইদনা?"

"লোৎলোই।"

"অদু ওইরবদি চৎলগে", হায়রগা নমস্কার তৌরগা সাবিত্রী পর-পরপ মপালদা থোকখ্রে।

সতীশ ফমুংদা ফম্লম্বনি, হিপথখ্রে। বিদায় পীরুনবগীদমক মথাদা কুমথরকবস্থ তৌদে।

মপালদা দোলাই জনি থোবাং তৌহুনা লৈ। মতুগী ময়াদা লেপতুনা উপেন্দ্র ডাক্তরবাবুগা তপ্না তপ্না ৱারী শানরি, অথাব। চাদরনা মকোক খুমহুনা সাবিত্রী খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংহুমা লাক্লগা অতোপ্পা অমহুদা কাখৎকদবগী হোৎনবমক্তদা বিহারীনা চেপ্থোবক্লগা তুমিন তুমিন হায়রকই, "অমুক্তা হঞ্জিল্লুখিসি, বাবুনা করিনো অরুবা দরকার অমা লৈ তাকপিরকই।"

সাবিত্রী হঞ্জিনখ্রে, উপেন্দ্রনা র ঙাংনা ঙাংনা মহু শেংলকই।

সাবিত্রীনা তশেংমা মসমক কীজরল্লিবমি। কাদা চংবদা উরে, সতীশ অসোমদা ওন্দুনা হিপতুনা লৈরম্ব। ফমুং ময়াদা চংশিল্লগা মেক্লুনবা হোৎনশিন্নহুনা হায়বকই, "করি তৌরবগে?" ঐখোয়গী ট্রেন কেন ওইহনগদৌরিব্রবে?"

সতীশনা মমাই ওপ্থোরক্লগা তশেংনমক মখুৎ তিংথোক্লুনা সাবিত্রীনা ইল্লিবা চাদরহু চেৎনা পায়হুনা হায়বকই, "ফম্মু। ঐনা নহাকপু চৎহল্লরোই। মসি ঐগী খুদনি, ঐগী য়ুন্নি—ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা নহাকপু নমহুনা পুখিবা ওম্বগী মতিক অহুদি উপেন্দ্রদাদ তরাগীন্দু লৈতে।"

সাবিত্রী চৎল্লখ্রে। মরু লুবদা উরেং সতীশকী মমিত্তা অসিগুম্বা হিংসাগী তমথীরবা মিৎমেং অমা, অহুবু কারিগুম্বা অঙৎদম্ভু মহৌশানি ইরল্লবা রুদে।

সাবিত্রীনা নম-হাব য়ারোই হায়বা থঙলে ফমুংগী মচি অমদা কমথরগা নুংশিনা চৈবগী খোপ্থোক্তা হায়রকই, "হৈমা, মহুবু কল্পি ৱানো। মহাক্পা ঐবু নমহুনা পুবা নত্তে—মাগী নুপী লৈত্রে, মচিল-নমাও য়াওদে,

নহাকন্সু য়াওদে—অস্থুক শাথিবা লায়না অসিদা সেবা তৌবিনবা কনাস্থু লৈতে। অদুনদি মহাক্না ঐবু নহাক্কী নকমদগী হায়জদুনা পুদুনা চৎকদৌরিবসি। মসিবু নম-চাবা কৌত্রা ?"

সতীশনা য়াম্না কন্না মঙক হাইদুনা হায়রকই, "মসি মীনম্বা রানি—তাৎনি। মহাক্না মাগী মরূপ জ্যোতিষবাবুগী মাই য়েংদুনা শুপ্নগী নহাকপু পুথোকখিবা পাম্লিবনি। নুমিৎ নিনি অসি ঐ অহিং-নুংথিল চুপ্পা থন্দুনা য়েংলক্লবনি, তুমিন্না লৈদুনা খাংলিবা মঙোন্দদা ময়াম চংদুনা ওৎ-নৈ। মদুগী মরম কনাগী করি লৈগে লৈজসন্থু, ঐনা নঙবু চৎহল্লরোই। কাম্নদে মসিগী মতাংদা য়েৎন-খোৎনদুনা কোক শাহনবা ঐ পামদে—বিহারী মখাদা থাদুনা নহাক চৎলরোই হায়হনপ্রো। বিহা—"

সাবিত্রীনা থুনা য়াংনা মখুৎনা মহাক্কী মচিন মেন্দুনা হায়রকই, "নহাকপু ঙাওরব্রা ? করে, মাগী অক্ষবা রাখল্লোনগীস্থু ওইদসনু, অদুবু নহাক্না ঐবু থম্নগা কৈদৌনগদৌরিবনো হায়য়ু ?"

সতীশনা মিৎকুপমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "করিগুম্বা লুহোংগনি হায়রবদি !"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদুগা ঐনা করিগুম্বা মদুদা ইশাগী মত লৈত্তে হায়রবদি ?"

সতীশনা হায়রকই, "নহাক্কী মতামত্তা করিস্থু অকায়বা লৈত্তে।"

সাবিত্রীনা নুংশাথিনা নোক্নুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নমদুনা লুহোংগদৌরিব্রা ?" অসি হায়রগা নোকমিবা মাইথোং অদু শকক্ষম হজিল্লগা মহাক্কী লাইবক্তা হাইথরিবা খোইখোইবা শন্নাংশিংদু য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা তপ্না তপ্না মকোক্তা হাইগৎপিরদুনা হায়রকই, "হৈমা, অসিগুম্বা রাদি কৈদৌঙৈদস্থু শোয়দুনবু ওইরবস্থু পুক্নিংদা খল্লুনু। ঐদি লুপ্রাবীনি, ঐদি জাত ভারবীনি, ঐদি সমাজদা লৈখা তারবীনি, ঐবু লুহোংবগী অরাবদু কয়াগী মতিক শাথিবগে হায়বা অদু নহাক খঙদে হায়বদি য়াই, অদুবু পোকপদগী অমকপা পন্নক্রুবা, কায়না-মৈশানা চাকথেক্নুনা হীরাগুম তরু-তরুরবা মহাক্না খঙবি হায়দুনমক লাইবক থিয়বী ঐবু চংজকম পীবিনবা পুবিগদৌরিবনি। মহাক্না য়াইকবা পাম্লিবদু ওসি নহাক্না অপাম-মীহৌবনা থুমহৎতুনা উবা কংলরোই, অদুবু

মহুনি হায়রহুনা মঙোন্দা ওইদবা দোষ পীশিন্দুনা ইরাল লৌশিনবিগনু।” অসি ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মমিত্তুগী মপী শিন্থরক্লে।

মিংকী পী অ'সন সতীশপু ঙ'স ঈংথনবা ঙমদ্রে, থোইদোক্নহুম মহাক্ক ফিঙ্গংলক্লুনা হায়রকই, “পূম্নমক মীনস্বান। নচাক্না মস্তৌ অস্মুম তৌদুনা নশাবু ঐগী ইনাওগা থাপ্পা থমদুনা ঐগী মাংতারবা ৌরিবনি। উপেনদাদান হায়খ নহাক সংসারদা কনাদগীন্সু হস্থব' নাত্ত- মসি অচুম্বা রানি।”

সাবিত্রীনা হায়রকই, “নত্তে মদু নাত্তে। দাদাদি হৌজিক স ।জগী রাংমদা মীবম্নেনগী রাংমদ লৈরবনি, অদুনা মানা হায়বা র দু অত্তোপ্পগী মক্কমদা অতোপ্পগী দববায়দা অচুম্বা ওইদবা য়াই নহাক্ক। হায়রক্কনি, অচুম্বা ওইসম্নু, মীনস্ব ওইসনু, ঐ সমাজ পামদে, নহাকপু পাম্মী। অদুবু ঐদি মদু হায়বা ঙমদে। সমাজনা ঐবু য়াদে হায়রবা থঙই, অদুবু ঐনদি সমাজবু পাম্মী,ঐদি মাবু য়াই। ঐদি থঙই, শ্রদ্ধা যাওদবা নুংশিবনা মশা মত্তোমদা ক্লেপচবা ঙমদে। সমাজনা ঈকাই-খুম্নবগী আসন থাবিত্রবা অংগুম্বী নুপীগুবু কংগুম্বা মপুরোইবা অমতনা নমদুনা অগুম্বা আসন অদুদা থাঙ্গৎলুনা থম্ব ঙমদে। তাবিরিব্রা, ওইথোক্লোক্লইদবদা হোৎনবা হায়বদু তৌবিরুনু!”

সতীশনা মথুৎ অনি চংদুনা সাবিত্রীগী মথুৎ অনিমক চেজেৎ পায়শিল্লগা হায়রকই, “সাবিত্রী, অসিগুম্বা রাশিংসি তাননবা ঙসিদি ঐ তপথবা ঙম্নত্রে, তৌশিন্নব শক্তি লৈত্রে, ঙসি শুপ্পগী ঐঙোন্দা পায়দুনা নহাক্ম অচুম্বা রাদু শেংনা হেত্তা হায়মু, ঐবু নহাক্না নুংশিব্রা নুংশিদত্রা?” অসি হায়রগা মহাক্না মাগী ইন্দ্রিয় পূম্নমক হুকচাং পুম্নমক তাংদোক্লুনা সাবিত্রীগী মাইথোংদা য়েংদুনা লৈরে।

থোইদোক্না মৈশা লাংলবা ল্যাংতক্লুরবা মমিৎ অনি অদুদা য়েংলুব্রা সাবিত্রী অমুক হন্না মপী তারক্লে। হায়রকই, “নুংশিব্রা নুংশিদব্রা! মদু নৎলমত্রবদি হক পরি লৈদুনা নহঙোন্দা ঐগী অধিকার অম্মুক চাওনা লৈরিবনো? কবিগীদমক ঐনা অম্মুক হাক্না নুংঙাইজরিবনো, কবিগীদমক ঐনা অস্মুক হওক্না র'ম্নিবনো? তাবিরিব্রা, অদুননিনে নঙোন্দা অম্মুক হাক্না অম্বাবা পীশিনবসি, অদুবু করিগুম্বা মওংদম্মু ঐগী হুকচাং অসি লাম্থোক্কচবা

ঙমদ্রিবা !” অসি হায়রগা ক্ষিজিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, “ঙসিদি ঐ নহাক্কী নক্ষমদা করিগুম্বা ব্রা অমতা লোৎলরোই। হৃকচাং অসি ঙসি ফাওবা ইজ্জৎ মাংদ্রি হায়বদি য়াই. অদুবু নহাক্কী থুয়া-খাদা কৎপদা মতিক চাবম্ব মসিদা লৈত্রে। ঐগী হৃকচাং অসিগী মতেংনা ঐনা ইশানা পাম্না মী কয়াগী থম্মোয় ঙাওহনখ্রে, মসিদি ঐনা করিগুম্বা মওংদম্ল কাউথোকপা ঙম্মরোই। মসিগী মতেংনা অতোপ্পা কনাগী সেবাদা চন্নব্রবস্মু নহাক্কী পূজাদদি চন্নরোই ! ঙসি কমদোনা নঙোন্দা রাক্ষম অসি খঙহন-গদগে। অদুক হাক্লা করিগুম্বা নুংশিজবমদ্রবদি মতৌ অস্তুম্না নহাকপু ঙসি থাদোক্লুনা ঐহাক চৎপা ঙম্নমদবা য়াই।” হায়রগা সাবিত্রীনা হন্না হন্না মপী তৈথোবকই।

সতীশনা নূংবংননা ঙাইহাক পোপ তাদুনা লৈরুরগা ইখঙ খঙহৌদনা হায় ক‍ই, “অদু ওইরবদি অমুক পামদ্রে। অদুবু নহাক্কী থম্মোয়দি ? মদু তুনা নহাক্লা কনাবুস্মু কৈদোঙৈদস্মু ঙাওহনখিবা লৈতে। মসিঙ্গি ঐগীনি।”

সাবিত্রীনা খুদক্লা হায়বকই, “পীখিদে. মসি পীদুনা করিগুম্ব নুমিত্তুস্মু কনাবস্মু ঙাওহনবা পামখিদে—মসিদি নহাক্কীগ্রক্কি। মক্ষম অসিদদি নহাক্তনা মতম চুম্নদা মপু ওইদুনা লৈরগনি ” অসি হায়রগা মহাক্ল মথবাক্লা মখুৎ থমদুনা হায়নকই, “ঈশ্বরনদি খঙলিগনি, হিংলিমমখৈ, মওং অমদবু লৈরবস্মু মসিদি পূন্সি চুপ্পা নহাক্কী মনাই নুপী ওইদুনা লৈরগদবনি।”

সতীশনা মহাক্কী খুৎত মখুৎ য়্রৎনা তাপ পায়দুনা চিংশিল্লগা হায়বকই. “ঈশ্বর পন্দুনা ঙাস নশানা য়াথিবা অসিমক্লা ঐ পেল্লে। মসিদগী হেন্না করিস্মু পামদে।”

মহাক্কী রাঙাং মওংসিদা সাবিত্রীগী মপুক্লিংদা অমুক চিংনজয়রক্লে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা বিহারীনা মপালদগী কৌদুনা হায়রকই, “ইম্মা, বাবুনা মতম অমুক লৈত্রে হায়রকই ”

“চৎলম্মো লাক্লগে,” হাইদুনা সাবিত্রী হৌগৎকে ক্কোয়রকই, সতীশনা নমদুনা ফাজিন্দুনা থম্লগা হায়রকই, “কৈদোঙৈদস্মু নঙোন্দগী করিমতা পীয়ু হায়খিদ্রি—ঙসি চৎলমদায় অসিদা ঐঙে ন্দা ভিক্ষা অমত্তা পীব্রস্মু।”

“ঐগী করি লৈদুনা নঙোন্দা পীগদোরিবনো ? অদুবু করি পাম্বগে হায়য়ু।”

সতীশনা হায়রকই, "ঐনা ভিক্ষা অসি পাম্মী, কনাগুম্বন' করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা ঐখোয়গী মরমদা রা হংলবদি, ঐবু নপুরোইবনি হায়বা নশানা য়াজগনিদনা।"

সাবিত্রীনা মসিমক তশেংনা চিংনম্নম্লিবনি, অদুম ওইনমক অঙকপা কংলবা হায়জবা অসিদা নোকখোয়রক্লে। হায়রকই, "করিগীনো হায়য়ুদনা? সাক্ষীগী মতেংনা মমৈথংদা নমদুনা য়ুমদা কাজিন্দুনা থম্বিগদৌরিব্রা?"

সতীশনা হায়রকই, "নহাক নশাগী থক্সোয়গী ঈশ্বরমক্তা ঐখোয়গী সাক্ষীনি—অতোপ্পা সাক্ষী ঐখোয়দা দরকার লৈতে। অদুগা, মপালগী সাক্ষীগী পাঙ্গলনা মমৈথংদা য়ুমদা কাজিন্দুনা থমগদ্রা, মসিরা নহাক্তা কীরিবা? অদুবু ঈশাগী পাঙ্গলনা ওসিমক করিগুম্বা য়ুমদা কাজিন্দুনা থম্লবদি কনানা থিংবা ঙমগদগে হায়য়ুদনা?"

সাবিত্রীনা পাউখুম পীদে।

সতীশনা হায়রকই, "নহাক্তা মকম অমদা অমদা খুশি তৌনা লৈবা ঐ পামদে!"

সাবিত্রী মাইথোং অস্নুম অস্নুম তাইক্তেৎ তাইশিল্লক্লে, অদুবু ফিভম অসিনা সতীশপু ফিঙ্গৎহনবা ওইনা থোকখিগদ্রা হায়না চিংনবনা মহাক তুমিন্না লৈপ্রে। সতীশনা হায়রকই, "উপেনদাদাদি নুংনা শাবা লাইনি, মদু নপুদুনা ঈ-তোংশানা শাবা ওইরম্লবদি ঐনা মাগা চৎমিন-নহনখিরোইদবনি। করে, ঙসি চৎকে হায়বদি চৎলো, অদুনু মতম শাংনা মকম অদুদা থম্বদি ঐগী থুদোংচাদবা য়াই।"

"নহাক্তী অপাম্বনি", হায়রগা সাবিত্রী নমস্কার তৌরম্লগা মপালদা থোকপ্রে।

## নিফুনিথোই

নুংখিল পুং মঙা-মথায়দা উগী কারখানাদগী ছুটি থাদুনা দিবাকর আয়াকানগী লম্বী অমদা লাক্লি। উকুলগা উ কুপকনা মহাক্তী মশা'পুম্বা থোয়ে। মঙক্তা কক্সোতি য়েৎতে, ফুরিৎতু য়াম্না মল্লে, মোৎলে, মচি মচিদা ফোৎলে, শেৎলিবা ফিদুম্নু শেৎপদা মতিক চাদ্রবনি, মখোঙ য়েৎকী খোঙপদু থুগা তৎতুনা হোয়ে, মখোঙ ওইগী খোঙবীগী থুজিন্দু খোঙউপ মতোলদগী লিৎথৎতুনা উরে—হেক উবদা পাক হেক মশক

খঙবা ওয়রোইদবগুম্মী,—নুমিৎ চুপ্প মপুক হাংলক্লি—ক্ষিভম্ব অসিদা মহাক হাইরং হাইরং কামিনী য়ুম্বুনুপীগী য়ুমদা লাক্কুনা থুংলরে। থাদা লুপা মরিগী ভাড়াদ' মথাগী মরোলদা কা অমদা মখোয় লৈ। পাক্তবা মাঙ্গোলতুগী মচি অমদা চাক থোংনৈ, মচি অমদা শীং, ষষ্টি অকংবা, ঈশিং-বালতিন অসিনচিংবা কৃক-কৃক ইম্ননা থম্লি।

দিবাকরগী খোঙথাং মখোলদা মনাক্তী ক অমদগী থোরক্লগা য়ুম্বুনুপীনা খুজি মখোল থোকহল্লগা হায়রকই,"হল্লক্লব্রা? মহু ফজেনে, নখোয়গী পুন্নমক অসি ক্তরিনো ইবুংঙো। চাক থোং-খোৎপা তৌদে, ঈরু-মাইথজদে, চাদে-থক্তে—শুপ্পগী অহিং-নুংথিল কাংদনা খৎনবগা চৈনবগা ঙংনবগা খিগৎনবগা—মসিদি ঐখোয়গী ফাওবা লক্ষ্মী তাম্থোকখিনবা করিনো থোদৌ অমা তৌবেদনা নখোয়।"

দিবাকর মমাই মকশিন্না মক্ত লুকথতুনা লৈ। মহাক নুমিৎ য়ুংবদা চাক চাবা হল্লকপদা কিরণময়ীগা খৎনরগ ঈরুজদবা মপুক হাপ্পা ক্ষিভমদা অমুক হন্না মহাক্তী থবক মকমদা চৎলুবনি; হৌজিক ছুটি থারবা তুংদা লৈকমদা হল্লক্লিবনি। অহুবু মাগী মতৌ উবদা য়ুম্বুনুপীগী শাওনিংবা কোক্লে, মহাক্লা অমুক হন্না হায়রকই, "নখোয়গী 'সিদি লুচোং-খোংদোংবা নত্তে ইবুংঙো, অহুক হাক্লা অকন-অরিং শিংলুবা য়াবা! ময়ুমদগী চেন্দুনা পুবিরক্লে হায়হুনা মাস্তু অহুম্না ধর্ম্ম ঙাকচরি। হৌজিক নহাকস্তু অমবু ওইরবস্তু থবক-ইথাং অমদি মতৌম্বে—হৌজিক্তি থাদোক-পিরম্লো। অহুগা করিগীনো ইবুংঙো নঙনা মঙোন্দা অরাবা পীরিবা! মাগুম্বী যৌবনগী নিংথিবা খিবিক্লা লৈতেংলবী নুপীবু শেৎপা-চাবা ফংহনদহুনা তশেংনা ময়াং কংত্রিক কংগ্রবনিনে!" লেপকক তৌরগা হায়রকই, "মহু নত্রবদি মাগীদি খল্লুনিংঙাই করি লৈ? লাকপদগী হৌনা মাড়রাড়ি মহাজন বাবুনা ঐঙোন্দা নুংত্তিগী মী থারক্লিবনি। সনানা মশা 'পুন্বা য়োমগে হায়রিবনি। অহুগা নঙগীবু নুপী-নহাগী অমুক রারু-নিংঙাই লৈখিগদ্রা ইবুংঙো? চাক চায়খায়রবদি কাক্তী অরাৎপা লৈতে হায়নবদায়নে। চৎখ্রোদনা, থাদোকপিরম্লো। ঐগী রা লৌ, নুমিৎ কয়ানিদগী হায়রক্লিবনি, অহুগা নখোয় তীন্নবস্তু য়াররোই।"

দিবাকরনা খামহুনা হায়রকই, "তোকও তোকও, ঐগী রা কান্নদে। অহুবু মাগীস্তু অপাম্বা মহুমক্লা! নহাক্লা মহু ওইরবদি মাগী উকিল শারিবা!"

মতম অসিমক্তদা কিরণময়ী মহাক্কী কা মনুংদগী মপালদা খোরকই। কিভম হোংলকপদা মীওইবগী হকচাংগী ওইবা অমদি পুক্কিংগী ওইবা মওং খুদিংমক মওং কমদোনা কয়াগী মতিক থুনা হোংলকপগে হায়বা অদু উরবদি ওক্কনি।

ওসি মহাকপু উবদা মহাক অসি ফজবগী মূর্ত্তিগী মশক ওইবী কিরণময়ী অদুনি হায়বা কনানসু পাক হেক ওয়োই! থা তরুক্কী মমাংদা নোংমা মহাক্কা সমাজবু ধর্ম্মবু কয়েমন্দুনা মীওইবগী লোনচৎপু খোঙ্গাওনদুনা অপওবা ভুংগী উদবা পাখং অমবু শক অমদি মুংশিবগী মীহৌ-জাং থাক্কনা মহাকপু মাইপাকপা মখল খুদিংমক্কগী নাম্মোকহন্দুনা পুরকখিবনি, মহাক অদুমক্কা ওনখৎলক্কুনা কিরণময়ী মশামক্কী ওক্কা ফাঁসি-খৌরি ওইনা থুরদুনা লৈরি।

পাপকা লোয়ননা ওইদবা লীলা শান্নব' হোংনক্কবদা দিবাকর অদুমক্কী পুক-নুংদগী ওসি খোরক্কিবা অপাম-নুংশিগী হিংচাবা অদুদগী মশা কপ্পনবা হোংনবদা মহাকমক্কা অহিং-নুংথিল নাইদনা ফুন-চৈনবদা কিরণময়ী ওসি ঈহিং-নাহিং শারি।

মহাক্কী কোক্কী শময়ামদু কারে, খোইজু লোল্লে, মফি মোৎলে অমসুং মল্লে, মাইথোংদু কবিনো মওং অমগী খোগংনবা শদোখোংবগী অরোইবা ওমথৈ য়োবগুমল্লে. মশা 'পুম্বদু মোৎপনা শক-চু খোক্কবনা য়োমশিন্দুনা উবদা মিৎ নাব' পোক্লে—অদুগুম্বা মূর্ত্তিগী মশক ওইবী অদু লক্ষ্মী চেন্দবীগী মতৌগুম তপ্পা তপ্পা লাক্কুনা মাঙ্গোলগী উখোঙ অমদা ওাত্তনা মবানিদা য়েংদুনা তুমিন্না লেপ্লরে।

মহাক উবমক্তদা চারাম্নবা দিবাকরনা ওংলকই।

ঈকাইবা খওদবগী ওমথৈ লৈরম্রে। মমাই পুওমজদবা দিবাকর অদুনা ওসি ভাড়াগী য়ুমগী মীয়াম মাংদা লোন অদু পন্দুনা ওাংলকপা ওমগনি হায়বা খাজব' অরায়বা নত্তে। অদুবু তশেংনমক মহাক্কা লাওদুনা হায়রকই. "করিনো ইতৈম', মতুরনে? হৌজিক মাড়ৱাড়ি, মুসলমান, মগ, মাদ্রাজী—মখোয়সি দরকার ওইরব্রা? ওঃ—অদুনরা অহিং-নুংথিল নাইদনা খৎনব' হৌরিবনি? অদুনা ঐবু নমিত্ত' হু ওইরব্রা?"

কিরণময়ী অহানবদা করিস্থ খওনা ওমদবগী মতাওুম অদুম্না অদুম য়ে'ত্তুনা লৈ। অদুবু মতুগী পাউখুম য়ুম্মুনুপীনা পীরকই। মহাক্কা খোওকম

অমা থাংজিল্লক্লগা মখুৎ-মশা জগোই শাহুনা মমিৎ-মনা চৎতুনা হায়রকই, “করিগী পাম্লোইদৌরিবনো হায়য়ু ? ঐখোয়স্তু য়ুম্বানবা ইমুংগী মমা-ইবেম্মকা অমুক ওইজ-লাকচবা নত্তে নুপা অমতদা কোন্দুনা লৈগদবা। ঐখোয়দি নুংঙাইবা থিবীনি—ললোনবীনি। মানা মানা নুংঙাইবা ফঙ্গদবা, সনা-লুপা ফঙ্গদবা মহাক্কুগী মফমদা চৎকদবনি। মসিদা ঈকাইক্লনিংঙাই করি লৈ, অতুগা অয়োন-অথুপ তৌরুগদৌরিবনা করিগীদমক !”

দিবাকরনা শাওবনা মৈ হোৌরক্লুনা মঙোন্দা ধমকা তৌরকই, “নঙ তুমিন লৈয়ু চিন্থিবী। খুম্ফম থোকপা মীশক্লা খুম্নকসন্থু।”

হন্দক্তি য়ুম্বু নুপীনস্তু শাওহুনা নোংমৈ মক্লগুম ক্ষাপথোরক্লে, ঈকাইবা খঙদনা হায়রকই, “করিনো ! ঐগী য়ুমদা লেপতুনা ঐঙোন্দকা চিন্থিবী হায়রিবা। চৎখ্রো চৎলো ঐগী য়ুমদগী !”

দিবাকরস্তু ফিঙ্গৎলক্লে। থা তরুক্কী মমাংদা মহাক্কী থোইদোকপা অরাম্বা মঙ ফাওবদা কল্পনা তৌরুবা ঙম্নমদবা য়াই, অতোন-অতা ওক্কবী অমগী মফমদা অস্তুক হাক্লা ঈকাইবা নংলবস্তু মফি ভাখৎতুনা চিন্দা পাউদানহুনা খৎনরি ! অদুবু, মহাক্তি উপেন্দ্র অমস্তুং সুরবালানা লুনা-চাম্না, রারক-রাভেমহুনা য়োক্লকপা দিবাকর অহু অমুক নত্রে। অহুনা, মহাক্লস্থু মমাই-মমিৎ ঙাংনা ঙংলকই, “করি ! ঐবু চৎলো ভাল্লিবা ? ভাড়া চাদ্রা নঙনা ?”

য়ুম্বুম্বুপীনা তশেংনা অদুম্না ঙংহুনা হায়রকই, “ইস্! ভাড়া দেনে-রালা ! নঙবো—তুকচৈচে ! নঙক্তা থুনবা থোরি ফংজত্রনে ? চৎখ্রো হায়রিবসিনি, নত্রবদি শুমজিৎনা কন্দুনা তানগনি।”

“ফরে, তাম্ভোকপ্রগে !” হায়রগা দিবাকরনা মথদাং চিক্লুনা ঙাও-চৎনবগী মভাঙুম শৎ পাইশিনখিহুনা চঙক্লরবী কিরণময়ীদা শাফু কপ্পা থোক লাক্লুনা ইনপ্লে। নুমিৎ চুপ্পা অরাম-খোরাংবনা চোকথরবী, তুশোম্নরবী কিরণময়ীনা শক্ল অহু খাংবা ঙমদ্রে, অহানবদা মহাক রংগী অহাংবা বালভিন্দা তুশিল্লুরগা অনুক ওনখিহুন। ষষ্ঠি অকংবা মপৈদা মমাই শুজিনপ্রে।

ককঙাওনরবা দিবাকরনা হায়রকই, “চৎপ্রো চৎলো। কনানো নঙগী মাড়রাড়ি অমা লৈ হায়বদায়—থাপ্পা চৎপ্রো।” অসি হায়রগা কা মনুংদা চংপ্রে।

য়ুম্বুনুপীনা উরাও-থরাওরক্লে। কারখানাদগী হুল্লকপদা ঙাউরিবা মুপা কাংখুহ্ন মমাই-মমিৎ মখুৎ-মশাদা তৈরিবা হামুক হায়মদোক্লরম্বনি, লাওনরকপহ্নদা চঙরক্লহ্ননা মখুত্তগী সাপোন হুন্দোক্লমহ্ননা চেম্নরক্লে।

য়ুম্বুনুপীনা খোঙ্গেল কন্না মনাংতোন ঙংহ্ননা রাকৎলকই,—"হো মৌসিবু হাৎতোকপিগদৌরেমি! লমতেংনবা মুপাসি নখোয়না ফুহ্ননা খরা তাম্বোকপিখো—অমুক হন্না ঐগী য়ুমদা চৎলক্কনবা।"

য়ুম্বুনুপীগী য়াথংদা মখোয়ময়াম পুন্না কাদা চঙ্গদবগী তৌরকপ-মক্তদা কিরণময়ীনা মকোক খুমহ্ননা হৌগৎতুনা কম্লগা অচেৎপা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "খৎন-চৈনবা কনাগী য়ুমদা থোক্লবগে? ঐঙোন্দা খুৎ থারগা নখোয়দা কৈদৌরবগে? নখোয় নশা নশাগী কাদা চংথ্রো।" হায়রগা খুদক্তা ফুক হৌগৎতুনা মশাগী কা মনুংদা চংথ্রগা থোঙ পোয়োন থাক্রে।

মুপাশিংহ্ন অকন-অথৌ উৎননবগী খুদোংচাবা ফংজ্রহ্ননা মপুক্লিং নুংঙাইহ্ননা হন্নখ্রে। য়ুম্বুনুপীনা মপালদা লেপতুনা মচুবা মেৎতুনা অম্মুন্নদা হায়রকই, "অঙকপা থৌওংনি!"

থোঙ লোনশিল্লগা কিরণময়ীনা মৈখেৎ লৌথোক্লগা থাওমৈ চুখৎলে। উবাক্কী কাহ্ন পাক-চাওত্রবস্মু রংই, নাকল অমদা থৌরিগী চাম্বপাই মথক্তা দিবাকরগী কম থাহ্ননা লৈ, অসোম থংবা উবাক্কী কাংথক্তা কিরণময়ীগী কম থাই। খুয়ারোমদা চফু কোল-লিক কয়ামক্লম লোনখৎতুনা থম্লি অমস্মুং কাচিন অহুমক্তদা উবাক্কী শিকাদা চাক থোংননবা চফু উয়ান খাং অর্সিনচিংবা থাঙ্গৎতুনা থম্লি। মসিমক্তা মখোয়গী য়ুম্বানবগী মপোং-মচৈ পুম্নমক্লি।

মৈ থাঙ্গৎলগা কিরণময়ী থোঙজিন ময়াদা লৈমায়দা চপ য়ুংনা কম্লরে। কনাম্মু রা ঙাংদে, চাবপাই মথক্তা দিবাকর মরু লুকথহ্ননা তুমিন্না ফম্লি, মতৌ অস্তুম্না ফন কুইনা মবানিমক কমহ্ননা লৈরবা তুংদা কিরণময়ীনা হৌগৎতুনা তপ্না তপ্না চংশিল্লত্তুনা মমাংদা লেপ্লগা অচম্বা খোম্থোক্তা হায়রকই, "চফুদা চাক লৈ, খিবিক্লরগে, চাথোকও।"

দিবাকরনা ফুনগৎলবা খোঙ্গেলদা হায়রকই, "চাম্বোই।"

মহাক্কী খোঙ্গেল তাবদা মহাক ঙসায়মখৈ তুমিন্না কপ্লম্বা মাল্লি।

কিরণময়ীনা হায়রকই,"করিগী চারোইদৌরিবনো? তুমিৎ চুম্না চারক্লে, ঙসি চাত্রবস্মু হয়েংদি চাবা তাবনি। চান-থকপদদি শাওবা য়াদে—নখুৎ-নশা হামদোক্লগা অয়াবা খরা চাশিল্লু—ঐ চাক থিক্লরগে।"

দিবাকর থুম্বা ফাওবা ঙমদ্রে। ঈকাইবনা মপুক্কিং সুংশিবনা মহাক ওমচাক্লরবনি। মহাক্না তশেংনমক কিরণময়ীবু মুংশিজরক্পনি।

মফম অসিদা লাকপদগী মুমিৎ ফনা কুইরবা ফাওবা মপালগী মী কনানসু থঙবা ঙমদ্রবসু, মনুংদা থোইদোক্না লোম্না অপাম-নুংশি অমসুং ৱারোৗবগী মনা-মনিল লাইদবা লান মবানিগী মরক্তা নুংতিগী শোক্লখিবা পূম্নমক অদুগী চৈং দিবাকরনা তুম্নিন্ন, থাংলম্মী।

মুমিৎ থরনিগী মমাংদগী লান অসি মপাল থোরক্কই অমসুং থোইদোক্না ফজদবা মওং লৌরক্লবা মরক্তসু মতৌ অসুম্না ফিঙ্গৎপা কন্নারক থোকপ্রবনি, অদুবু, ঙসিগী মমাংদা করিগুম্বা মুমিত্তসু মহাক্না মতৌ অসুম্না মশানা মশাবু থঙজদবমথৈ অসুক শাথিনা শারমচৎ চৎথিবা লৈতে। মরু ওইনা, করিগুম্বা মম্নম অমতদা করিগুম্বা থাংঙমদবগী ফল ওইনা মহাক্না কিরণময়ীগী মশাদা খুৎ থাবা ঙমগনি অমসুং তশেং তশেংবমক হৌজিক্তা খুৎ থাদ্রে হায়বা হৌজিক ফাওবা মপুক্কিংদা চপ চানা থাজজবা ঙমদ্রি। অদুনা, কাদা চংলক্লগা মহাক মঙ-হাঙুম মহাক্কী ফম্মুংদা চংলক্লুনা ফম্লথিবনি। অদুবু ঙাইহাক্তংগী মমাংমক্তদা কিরণময়ীনা মশাগী নুংঙাইজদবা থিবিক থাদোক্লুনা য়ুমদুগী মুপা ময়াম হৌদুনা লান্দারকপা অমদি ওৎ-নৈরগদবদগী মহাকপু কনবিনবা কাদা চঙলক্লুনা থোঙ লোনশিল্লখি, মতম অদুমক্তদা মহাক জ্ঞান তারকখিবনি। কিরণময়ীগী ৱা লোইরম লোইকাব্রিঙৈমক্তদা ঈথক্লা চীংথোঙদা ফুরগা, শৎ হাইথরকপা অদুগী মতৌগুম কুপ্থদুনা চনুরা অসিগী মথোঙদা বোম তুহনা ঈহৌরকপা ঈথক্তা কপথোরক্লে। হায়রকই, "ঐ শানি, ঐবু ঙাকপিয়ু ইতৈমা।"

কিরণময়ীনা ঙাইহাক তুম্নিম্না লৈম্নগা হাম্নগী মতৌগুম্না অচম্বা থোম্মোক্তা হায়রকই, "নহাক নতোমদগী দোষ নত্তে, মীওইবশিংনা অসিগুম্বা শারমচৎকী থবক অসি তৌনরিবনি। ঐসু থোইদিং মথায় অমা ফাওবা হন্থনা শা ওইদবা নত্তে ইনাও-ইবুংঙো!"

দিবাকরনা মঙক কন্না হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, অতোপ্পা কনাগী রাদস্থ ঐগী ইথৌ লৈতে, ইতৈমা, অদুবু ঐগী ঙসিগী ইরাল অসিগী প্রায়শ্চিত্ত করি তৌরগা ওইগদগে? ঐঙোন্দা তাকপিয়ু—ঐনা মহু থরায় থুবাক্তা হাপত্তুনা তৌজগনি।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ময়াংলনা অমুক করিনো? তাদ্রা, মসিদদি মীনা মীবু হাৎলি হায়বা? নহাক্কি ওপ্পগী চৈন্থুবদনি,—ইরাজ ঐগীদ্রি লৈত্রা? পুম্নমক নহাক্কী নৎরমদ্রা? অস্তুবু, ত্তোক্লসি পুম্নমক অসি। রাকৎ-নুংকৎ পুম্নমক অসি লোইথ্রে—মসিদি নহাক্কী তুংগী পুন্সিদসু অমুক দরকার ওইরোই, ঐগীসু ওইরোই। হৌজিক চৎলো নখুৎ-নশা হামদোক-উরগা চাক চাথোক্লরো। ঐ অমুক লেপতুনা লৈবা ওম্বকবগুম তৌই।"

দিবাকর ওপ্পা হৌগৎতুনা কয়ে। কিরণময়ীগী খোঞ্জেলছু তাবদা মহাক্না খঙলবনি, অমুক য়ারী-য়াতাই শাবা কাওবা মহাক পামদ্রে হায়বা।

নুমিৎ চুপ্পা চয়া হেল্লক্রবা তুংদা দিবাকর চাবা লোইত্তুনা মপালদা চিন তেংবা থোকখ্রে। মহাক্কী মপুক্লিংগী মৈশাহুন্নু হন্থ্রে। চিন তেংলগা মপুক্লিং মকালাম্না কাদা চংলকপদা হাইকেৎ ওক্লা য়েংলকই, কিরণময়ীনা মাগী কমুং কোনশিল্লগা চারপাইদগী মখাদা থাংখতুনা থনম্মি। হংলকই, "থাংথরিবা কম্নিগীনো?"

কিরণময়ীনা অচেৎপা খোম্থোক্তা হায়রকই, "হায়া হায়রবদি নহাক চাক চাও হায়বা য়ারমদবা য়াই, অতুনা হায়দবনি। ওসিদগী ঐখোয় অনি অমুক উন-খোৎনরোইদবনি। হৌজিক অহিং থেংজ্রি, ওসিগী ওইনা কালী মন্দিরদা চৎতুনা লেকউরো, ছয়েং খুদোংচাবা মতুং ইন্না লৈকম অমা থিয়ু। অতুগা করিগুম্বা লৈবাক অসিদা লৈনিংঙ্গবদি হংচিৎ স্টিমর লৈ, ঐনা শেল্লা পীগনি, ইরৈবাক্তা হনখ্রো। চাওরাকপা য়াদি, নশানা পাম্বদা তৌ, অমুক ঐপা নহাক্কা করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনরোই।"

দিবাকর জ্ঞান য়াংবগী মতৌগুম য়াশিংসি তারিবনি। নহাক্কী মপুক্লিংদা খল্লকই, কিরণময়ীগী য়ম্বতা মরিক অমত্তা চেন্দবা য়াহৈ অমমম্না অকনবা নুংঙ্গুমগী মতৌগুম মখোয়গী মরক্তা পুক্লিগী থুগায়বা ওম্নরোইদবা পল চনথৎলক্লি।

মহাক্কী য়া লোইশ্রবদা মহাক্না মঙ-হাগুম হায়রকই, "অতুগা নহাক্কি?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "ঐগী য়া তাবগী নহাক্কী কাম্ররা লৈতে, অদুদি ওইরগা করিগুম্বা লৈরাক অসিদা লৈরবদি হয়েং-হংচিৎ তাবা ফংলক্কনি।"

দিবাকরনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি য়ুম্নুংগী রাস্কমক চুমব্রা—মরোল-ইরোল তীন্নদবা মাড়রাড়ি অদুমক—"

কিরণময়ীনা খোঞ্জেল শিগংননা পাউথুম পীরকই, "ওইবসু য়াই। অদুবু, ওইনিংবা অমা ওইজসনু, নহাক্কী লেংবান্দা য়ান্দুনা ভথায় চন্না লৈথ। তারে হায়দুনবু মদুগী অয়োইবা থাক য়ৌবা ফাওবা নঙোন্দমক চংজকম লৌদুনা কুমথগদবনি, মদুগীদি অরিগুম্বা অর্থ অমতা লৈতে। ঐ হকচাং মুংঙাইতে, হৌজিকমক হিল্লগনি—নহাক অরেম্বদা অমুক খিন্দুরমু, চৎপ্রো! হয়েং অয়ুক নহাক্কী পোৎ-চৈ ননাক্তা থিলহল্লকনি।"

দিব্যকরনা হায়রকই, "অম্মুক থুনা। ঙসি অহিংদগী ওইনা ফাওবা ঐবু নঙনা লৈহল্লরোইদ্রা?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "লৈহল্লরোই।"

দিবাকরনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "মদু ওইরবদি শুপ্নগী ঐবুদা মাং-তাকহন্নবগীদমক থুদোংথিবা অসিদা চিংশিন্দুনা পুরকখিব্রা? করিগুম্বা নুমিত্তম্মু নুংশিখিদব্রা?"

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নুংশিখিদে, অদুবু নঙগী নত্তে অতোপ্পা মীশক অমগী মাং-তাকহনগে খন্দুনা নঙগী অমাংবা থোকহনখিবনি। অদুগা ঐগী? কান্নদে ঐগী রা। পুম্নমক চাওরাক্লা হৌবদগী লোইবা ফাওবা শোয়খ্রে। অদুগা শোয়খিবা অসিগীদমক ঙসি নহাক্কী নথোঙ পায়দুনা ঙাকপিয়ু হায়জরি ইনাও-ইবুংঙো।"

ফিভম কায়রবা নুংগী প্রতিমাগী মাইথোংদা য়েংলদুনা নিংবা ক্লায়না মুংগা হীপী হোন্দোক্লগা দিবাকরনা হায়রকই, "ঐগী মাংজক্কী মহুং হক্লা খঙদে, অদুননি নহাক্লা অম্মুক লায়না ঙাকপিয়ু হায়জব্রা ঙম্লিবা। অদুবু, মাংজরিবসিদগীসু ঙসি ঐগী নুংশিজবনা য়াম্না হেন্না রাংই, অদুনা হৌজিক ফাওবা হিংলিবনি, নৎলমদ্রবদি পুক পোকথায়দুনা শিরম্লগদবনি। অদুবু রা অমদি ঐঙোন্দা ভাব তানবা হায়য়ু। মনাক্তা চৎলুগদোরিবা মহাক্কুসু নহাক্ক নুংশিবা নত্তে, মশক ফাওবসু খঙলমদবা য়াই, অদুম ওইনমক ঐবু থাদোক্লুনা মকম ঙহুদা চৎপা পাম্লিবা করিগীনো? ঐনদি করিগুম্বা নুমিত্তসু নহাক্কী মাংননরা অমতা তৌখিদে। অদুবু তশেংনমক চৎলগব্রা?"

কিরণময়ীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "তশেংনমক চৎলগনি।" অদুগী তুংদা ফনা কুইনা লৈমায়দা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরগা মমাই

থাজংতুনা হায়রকই, "নত্তে, ঙসি অমুক লোৎলরোই। ঐ ঈশ্বর থাজদে, আত্মা থাজদে, হন্না হন্না পোকপা থাজদে, স্বর্গ নরক পুম্নমক করিমত্তা থাজদে—পুম্নমক অহু ঐগী ইকময়দদি তাৎনি, তশেংনা মীনম্বনি। থাজরিবদি শুপ্নগী ছিংজিঙৈগী মতমদদনি, অহুগা হকচাং অসিবু। পুম্নিদা শুপ্নগী মীশক অমথক্তী মকমদা নোংমা মাইথিবা ইশানা য়াজখি—মহাক্তু শুরবাজানি। অহুবু রাকম অহু লৈরসনু। শেংনা হায়রিবসিনি ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা থাজে ছিংজিঙৈ মতম, অহুগা ফজবা হকচাং অসিবু। অহুবু ঐহাক শাথিনা লাইবক খি, মসি লাম্বোক্তুনা অনঙ্গী মতৌশুম্বা মৈরাস্বীহুগী মকমদম্মু নোংমা মহাও তংবা পামখি।" অসি হায়রগা নুংশা মপী অভেনবা অমা হোন্দোক্লগা কিরণময়ী নুংবংননা লৈগ্রে।

মিনিট অনিরোম চপ মুংনা লৈরুরগা মহাক্না ইখঙ থঙহৌদনা মিৎকপ থোরকপগী মত্তাঙুম হায়রকই, "অহুগী মতুংদা নোংমা তশেংনমক মুংশিজখি ইনাও-ইবুংঙো, মুমিৎ অহুমক্তদা খঙজবা ঙমখি, করিগীদমক্তা ঐগী হকচাং কয়াৎ থুদিংমক্ল; অম্মুক কুইবসি মতৌ অহুম্না মসিগী ইথৌ লাংনা ঙাইরক্লিবনো হায়বা!"

দিবাকরনা লাংতক্তুনা হংলকই, "কনাবু মুংশিরুরিবনো ইতৈমা?"

কিরণময়ীনা নোককেৎ তৌনা মশাগী মপুক্লিংদা হায়জরগুম হায়রকই, "থল্লম্মী, ঐগী মুংশিবা অসিগা চাংদ্রমরুনিংঙাই খঙলে নথোয়গী স্বর্গদম্মু লৈরোই। অহুবু নাপস অহু কুইখিদে। মুমিৎতুদা মহাভারতকী রারীগী মতাংদা মুপী অহুগী মকমদা মাইথিহুনা হল্লকখি, অমুক হন্না মাগী মকমদমক মাইথিবা ইশানা য়াজবা তাখি—নুংশিবগী তানকমদম্মু ঙক নোম্না হল্লকখি। মীহৌবগী নেশা কোক্লকপদা ময়েক শেংনা উবা ফংখি, মাবু শক্তী মভেংনা ঙাওহনবা ঙম্নবা ইতিক অহু ঐগী লৈতে হায়বা।"

দিবাকরনা অমুক্তং মপুক্লিংদা খল্লকই, মহাকী শুক-শুনা মন্নম্বহু খঙলে ঙাম্বোরক্লে।

কিরণময়ীনা হায়রকই, "নুপী অহুগী মকমদগী পোৎ অমা তম্বা য়াম্না পামজখি—মহু ঐগী ইশাগী ইপুরোইববু নুংশিবনি—তম্বম্মু ঙল্লম্বা য়াই, অহুবু, ইরাইবক অম্মুক থিনা তম্নম্মী, লম্বী অহুম্মু মুমিৎ নিনিদা থিংখি। মুংঙাইবা রানি, করিনো হংখিবদায় ইনাও-ইবুংঙো, নহাকপু মুংশিজ্রিবা করিগীনো? কনানা হায়বগে মুংশিদে? করিগী মুংশিদনি! অহুবু চহিদা ঐনা অহুলনি, অহুনা নহাকী উপেনদাদানা ঐগী খুত্তা শিন্নরকখিবা মুমিৎ অহুদগী হৌনা নহাকপু ইপরামক্তী মভোঙম মুংশিখি। অহুবনিদনা

থা তরুক অসি ইশাগী লৌনমদা ঐ ঈহিং-নাহিং শায়রবনি। নহাক্তী ঈথৌলাংবা মিৎয়েং, নহাক্তী চিন্দগী নুংশি-নুংঙনগী হায়জরকপা জাবদা ঐগী ইশা পুম্নমক হঙোইরবনা ঈকাইব্রবনা কমদৌহুনদো ত্তু চুংলকই, মদু কদায় নোংমতম্নু থঙবা ঙমখিদত্রা ইনাও ইবুংঙো? চৎলো, হন্দক্তি নহাক নাম্মোক্তুনা চৎপ্রো। ঐগী পাপ পুণ্য স্বর্গ-নরক লৈতসনু, অদুবু হকচাং অসিদা য়েংলিবা মহাক্তী চারায়রবা মিৎয়েং অদু ঐ অমুক থাংবা ঙম্ররোই।" অসি ভায়রগা মহাক্লা বেডিং অদু থাঙ্গৎতুনা পুররুগা দিবা-করগী মমাংদা বোম থাদরগা হায়রকই, "নহাকপু থাজরুবা অমুক ঙম্মরোই। ঐগী অতোপ্পা ইপরা অমা ঙসিস্নু হিংলি। সতীশ অদুগী মাই য়েংদুনা ওইরবস্নু ঐ পুন্সি চুপ্পা নহাক্তী নক্কমদগী ইশাবু কঞ্জবা তাবনি। নহাক চৎপ্রো—"

অমুক য়েৎলুবা তৌদনা বেডিংদু থাঙ্গৎতুনা দিবাকর মপালগী অমম্বদা থোকখ্রে।

## নিফুহুমদোই

অমুক্তা কিরণময়ীগী চোকথরবা শোম্বরবা হকচাংনা থবক তৌরি, কামিনী য়ুম্বনুপীনা লাক্তুনা থোঙজিন্দা লেপ্লগা নোক্তুনা হায়রকই, "চৎপ্রত্রা মুপামচাদো? খুদোংথীবা কোক্রবনি। ঙরাংদি ঐঙোন্দবু ফুরগদোবঙম্মী। অদুদনে, নঙগী নথৌদি নুপী-নহা অমা থম্বনা চুমত্রা? সনা লৈরবদবু য়াইঙংনা কৈদৌনরুনি।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হংলকই, "কনানা মহাক চৎপ্রে হায়বগে?"

য়ুম্বনুপীনা মমিৎ কোইরুপ কোইরুপ য়েংলগা হায়রকই, "হৌজিক অমুক তৌশিন্নবা কান্নররোই। কনানা হায়গদগে? ঐ য়ুম্বনুপীনি, ঐঙোন্দবু অমুক কনানা ভাক্লখিগদগেনে? লুমহুনা ইনাকোংমক্লা তারবনি। মদু নত্রবদি অসুক কুইবসি য়ুম অসি থম্বা ঙম্মমখিগত্রা, নহালনা ভূত মম্নাম চংলক্তুনা চাথোকখিরমগনি হায়বা থঙব্রা?"

কিরণময়ী ভুমিল্লা ইমুংগী থবক নোমহুনা লৈ; পাউথুম ফংত্রতুনা য়ুম্বনুপী মশামক্লা হায়রকই, "কয়া কুইরক্রবনোদো হায়রক্লিবসি ইবেম্মা,

ঙাংহোকখো লোইরং-শীংখো.হ্র। মহু ভোদে, লৈজসসু কদায়দা চৎকদগে! য়েংঙোই, কদায়দা চৎকদগে মহু ঐনা খঙলুগদ্রদো। অতুক হায়রা খঙ্গিল্লবর্বদি য়ায়রোই। চাও, শেৎলু, ভৈয়. লিক-কোল শিজিল্লু, মহুগা লোয়ন-লোয়ননা নুপাম্বু ঙাংনথোকউ। অতুগা মসিবু করম্বা লৈবাক্তা চৎনদবা নুংশি-নুংঙ্গয়ো ইবেম্মা!"

কিরণময়ী অমুক্তং মমাই থাঙৎলল্লগা অমুক মিৎয়েং হুম্বথ্রে। য়ুম্বু নুপীনা খঙলে, মহাকী তুং য়োনা উবা পাউতাক অহু থবক্তা চল্লরে! থৌনা কনা হায়রকই, "অতুগা মসি করিনো ইবেম্মা, নহাকীবু মুরুপ্পী থম্বা মতম্রা? মপুং-মরৈ কারবী নিঙোলনি, হৌজিক্তি শুপ্পগী খুৎ অনি থাহনা খোৎচিনহৌগদবনি। অদুগী তুংদা নখুৎতা পৈসা পায়রগা চহি য়ামশিল্লরবা মতমহুদা কমদেংহনা নুংশিনৌ, কনানা নঙোন্দা থিংলগনি! খুৎতবু শেল পায়রবদা নুপাগীবু অরাৎপা লৈব্রা? কয়া য়াম্মা পাম্বগে? নখোঙদা তুনরবদা হৌগৎপা কাওবা ঙম্মোইদবনি।"

কিরণময়ী উংহনা লৈপ্রে,—কনানা খঙগনি রা পূম্নমক অসি মাগী মনাকোংদা চংলমগদ্রা চংলম্লোইদ্রা! অদুবু মহাক করিগুম্বা রা অমতা ঙাংদে।

য়ুম্বুনুপী মশাগী ইমুংগী থবক মতমহুদসু লোইশিন্দ্রি। অহুনা অমুক পম্বৈবা ঙমদ্রহনা নুংথিলদা অমুক লাক্লিংবগী অপাম্বা কোঙদোক্লম্লগা চৎখ্রে।

য়ুম অসিদা লৈবা মী অয়াম্বমক কারখানাদা থবক ভৌই। অয়ুক্তা চৎখি, নুমিৎ য়ুংবদা চাক চানবা ছুটি কংহনা য়ুমদা হল্লকই অমসুং ঈরুজহনা চাক চারগা অমুক হন্না থবক চৎলুরগা সন্ধ্যা মমাংদা নুমিৎ অহুগী ওইনা পোথাবা কংই।

ঙসিসু অয়ুক্তা থবক চৎনপ্রবদা নুংথিল পুং অনি-অনিমথায়গী মতুংদা য়ুম্বুনুপী লাক্লনা অমুক থোঙ ময়াদা লেপ্লরে। খোঞ্জেল নুংশিনা হায়রকই, "চাব-থকপা লোইরব্রা ইবেম্ম? করি থোংবগে?"

কিরণময়ীনা ঙসি লৈরংদা মৈ কাওবা হৌগৎতে, অহুম ওইনমক য়ুম্বুনুপীনা হৎলকপহুদা মতক মোমহনা হায়রকই, "হোয়, চায়ে। চৎলকউ কয়োঃ!"

য়ুম্বুনুপী খোঙজিন মনুংদা ফিদা লৌথুনা ফম্লে। মহাক্কা কাদা চংলকপমক্তদা কিরণময়ী মপুক্কিং থুংঙাইতে হায়বা খঙগ্রবনি, অদুনা মীথুংশি খঙবগী খোম্বাক্তা হায়রকই, "মহুবুদি করিগী পুক্কিং থুংঙাইগদগেদো ইবেম্মা, থুমিৎ নিনিদি পুক্কিং থুংঙাইরোই। শা-উচেক অমা লোইরুবা ফাওবদা পুক্কিং কৈনোমা তৌরিবনি, মহুদা মসিদি মীনি। মওং অমদসু ওইসনু. থা তরুক-তরেৎ য়ুমসু পাম্মিন্নরক্লবনিদো। অদুনা থুমিৎ নিনি অসিদি—থুমিৎ হুম্নি শুবকপদদি কনাগীসু অতুক মনম-মহা ফাওবা লৈররোই ইবেম্মা, মিৎতা শেল কয়া কয়া উরক্লনি।"

কিরণময়ীনা নমথুনা খজিক্কং নোকশিন্নরগা হায়রকই, "মহুবুদি অচুম্বমক্রি।"

য়ুম্বুনুপীনা মমিৎ-মনা চৎথুনা খুদক্তা খোম্বাং য়ৈথুনা হায়রকই, "অচুম্বা নত্রনে? নহাকমক হায়য়ুদো ইবেম্মা, অচুম্বা নত্তব্রনে? অমুক অনৌবা মী অমা লাকসনু, নৌনা অমুক হন্নাও-তয়াম্মু,—অচুম্নি পুম্নমক করগদবনি। করি হায়বগে, মসি নত্রা?"

কিরণময়ীনা মঙক নোম্লকই হায়বদি ম্নাই, অদুবু মওং চাদবা ম্নানী অসিদা মহাক্কী থম্মোয় অশুম অশুম ককওাওনম্লক্লে।

ইখঙ খঙহৌদনা য়ুম্বুনুপীনা মমিৎ-মনা তুকথনা অমদি খোঞ্জেল লৈমথুনা হায়রকই, "অকবা ম্না অমা নিংশিংলক্লে মমৌ-ইবেম্মা, মাড়রাঙ্গি থুপাহুদদি অয়ুক্তমক পাঙ পীগ্রবনি। থুপাহু অমুক পম্বা খাংগ্গমজব্রবনি, মী-পোং থবক চৎনখ্রিক্তে থুংখিলমক্তদা লাকনি হায়রক্লবনি। কনানা থঙ্গনি, হৌজিকমক ম্নোরক-খোৎলক্লগদ্র.—"

কিরণময়ী তৌকম থঙলক্লে—"মকমসিদা করিগীনো?"

য়ুম্বুনুপীনা ম্নাহুবু খোইদোক্লা কাগী-কারাং ওইনা থন্দুনা শাওশিন্নথুনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি শিজয়ো ইবেম্মা, মহাক লাম্লব্বদি নঙনা মকমহুদা চৎলুগদৌরিব্রা? নঙগী ম্না তাবদা নোক্লিংবনা পুক্লি তৎথিগদোয়ে।" হায়বগা কংনোক নোক্তনা হরাওবা হৈথহুনা ভগেংনা কিরণময়ীগী মথক্তা ভুশিল্লক্লে।

কিরণময়ী ম্না ঙাংদে, শুপ্নগী থিক্তং হন্দোক্তনা ফম্মী। য়ুম্বুনুপীনা হুকতিম্না চায়বগী ঈথক্তা ওসিনা অহানবা ওইনা মঙোন্দা 'নঙ' হায়না শিজিন্নরকপনি।

অহুবু, হন্থবা থাক্কী নুপী অসিগী মচিন্দগী মতা ওইবগী থোইদোক্লা হেঞ্জিনবা মিঙ্গৌ শিঞ্জিন্নরকপা অসিদা কিরণময়ীগী নাকোং মনুংদা তশেংনা তেনগী মভৌগুম্ব য়ুররে। মহাক্কী থম্মোয়মনুংদা ওসিন্থু অঙকপা ফংনা রাম্থবগী মভৌগুম তাহুনা লৈরিবা অহু রাহৈ অমখক্তং অসিগী অকনবা খোঙগাওদা মিৎকপ থোকখ্রে অমম্বুং মিৎকুপকী মনুংনক্তদা অরাংবা থাক্কী নুপী ওইবীগী লুপশিন্দুনা লৈক্লরবা ইজ্জৎ মহাক্কী থম্মোয়-মুংদা ফুং ডাল্লক্লে। অহুবু, মহু ওইরবসু মহাক মপুক্লিং কাথজহুনা তুমিন্না অহুম লৈখ্রে।

য়ুম্বুনুপীনা মহু কন্নিমতা য়েংলমদে মহাক্লা মশাগী ময়াই অমদা তাওহুনা হায়রকই, "নঙ উদ্রা হাযযু মমৌ-ইবেম্মা, থা তরুকী মনুংদা নঙগী লাইবক হঞ্জিলহনবা ঙমজ্রবদি ঐগী ইমিং কামিনী য়ুম্বুনুপী নত্রে। নঙ শুপ্নগী ঐগী রা মতুং ইন্নদ। চৎলু—অহুগা ঐদি করিসু পামদে।"

কিরণময়ীনা মপুক্লিংদা খল্লকই, নুপী অহুনা মহাক্কী নাকোংগী শিংলি পূম্নমক্তু মৈ ইক্লবা কাতি অমনা চপথৎলগা মপালদা চিংথোরক্লবগুম্বী, অহুবু মহু থিংলুনবা রাহৈ অমতসু মহাক্লা মচিন কাংহুনা হায়দোকপা ঙমখিদ্রে। শুপ্নগী তুমিন্না লৈহুনা তাবদমক ত্তারকই।

য়ুম্বুনুপীনা হায়রকই, "হিন্দুস্থানী মাড়য়াড়িনি, পৈসা পায়। পামজবদা লুপ্লবনি, নখুৎ অনি থাদুনা খোৎচিলহৌ; অহুগী তুংদা মাগী মরল-মথুম ভুমজসনু,—অমুক কয়া কয়া লাকনি। অসুম্না তৌগদবমক্লি,—মহু নত্রবদি নঙগী শক অহুবু অচম্বা শক্লনে মমৌ-ইবেম্মা।"

অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা মপালগী মাঙ্গোল মচিন্দগী খোঞ্জেল খোয়না কৌরক্কই, "য়ুম্বুনুপী!"

"মসিমক্লি পাম্লিবা", হায়না থুম্নগা য়ুম্বুনুপী মপালদা থোকখিগদবগী তৌরকপমক্তদা কিরণময়ীনা মথুৎ অনি তিংথোক্তুনা মহাক্কী কিজিদা কল্লা য়াল্দুনা হায়ম্লকই, "নত্তে নত্তে মকম অসিদা শুপয়া য়ায়োই—কা অসিদা কনাসু চংহল্লকপা য়াদে।"

য়ুম্বুনুপীনা মবুদ্ধি চমম্নহুনা হায়রকই, "করিগীনো? কনা লৈবগে মকম অসিদা?"

কিরণময়ীনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "কনা লৈসনু, লৈতসনু—মকমসিদা য়াদে—শুপয়া য়ায়োই—"

চংলক্লিবা নুপাদুগী খোঙথাং মখোল অস্নুম অস্নুম নকশিল্লক্লে।

য়ুম্থুনুপীনা চঙক্লনা হায়রকই, "অদুগা নঙদি শাগে অমগী মৌস্থু নত্তে! নুপা-নহা নঙগী কাদা চংলক্লদবনি, কম্নগদবনি, মদুদা কীরিবদু কনাবুনো হায়য়ু? নঙদি বেশ্যা ওইরিবনি।"

কিরণময়ীনা লাওডংলকই, "ঐবু করি? ঐবু বেশ্যা?"

মহাক্কী মপু ক্লিংদা খল্লকই, বজ্রগী মৈনা মহাক্কী মখোঙদগী হুৎনা চাকথংলক্তুনা লরাইদা কাওদোকখিদুনা মপালদা থোকখ্রে।

মহাক্কী ভাংলবা মমিৎ অমদি য়াক্লবা খোঞ্জেলদা য়ুম্থুনুপীনা ওক্লুনা অমদি রাবৌদুনা হায়রকই, "মদু নত্রবদি করিনো হায়য়ু? ভাওশিন্নবা উরবদি ইশাদা মৈ হেক্তা হৌরকই—হৌজিক ঐখোয়স্থু মদুনি, নঙস্থু পোৎশক অদুমক্নি। ভদ্রলোক লাক্লে, কাদা কৎলু।"

ভদ্রলোক অসিগী মকমদগী য়ুম্থুনুপীনা শেল চাথ্রবনি অমস্থুং অতৈ খরগস্থু আশা তৌখিবনি। ভদ্রলোক থোঙজিন ময়াদা চংলক্তুনা লেপ্লরে, অমস্থুং ময়া খিগৎতুনা নোল্লগা হায়রকই, "করিনো য়ুম্থুনুপী, পাউ পূম্নমক ফৈদনা?"

য়ুম্থুনুপীনা মফি ফিজি চিংখৎতুনা মকোক খুম্নগা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়রকই, "নখোয়গী থৌজালননি। চংলো, ইমুংদা চংলগা কম্মুরো—ঐ কা তপলুখিগে।" নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "হৌজিক য়ুম-কৈ পূম্নমক অসি নহাক্কী ওইরবনি বাবুজী; নিংথিনা শেমজিন শাজিন-বিগদবনি হায়বা হায়জহৌরিবসিনি।"

"করে করে, মদু পূম্নমক তৌগনি।" হায়ব্লগা নুপা অদু চিংনবা মরিক অমত্তা লৈতনা কা মনুংদা চংলক্লগা চারপাইদা কমগদবগী চংখ্রে।

কিরণময়ীগী কোক্কী শিংলিগী খাংবা কনবদু ইস্পাত্তগী কাওবা হেন্না কল্লি, অদুনা ওসায়দগী হৌজিক কাওবা খাংবা ওম্নক্লিবনি, অদুবু অমুক ওম্নক্রে। মহাক্কী শক অমদি যৌবনবু লৈবা লাক্লিবা মশক খঙদবা হিন্দুস্থানী অদুনা কাদা চংলকপগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক জ্ঞান মাংদুনা মরুদা তিন্না চিকথৎপ্রবা লফু পাম্বীনা তুবওম লৈমায়থক্তা বোম হাইথখ্রে।

নুপাদু চঙক্লনা হন্না য়েংথোরকপমক্তদা খঙহৌদনা খুদোংথীবা থোকপদুদা মবুদ্ধি চককখ্রে। য়ুম্থুনুপীগী অকনবা খোল্লাওদা খুমদুগী নুপী

পূন্নমক কাবক কাবক ভুমবন্নম্বদগী মিৎকপ খোরঙ্কুনা মিৎযুপ্তু। চেন্নরক্লে অমমুং কনানা ঈশিং কনানা হুমাই পুন্থুনা লাইবক থিরবী অহুগী সেবা তৌবদা থো চিন্নগ্রে।

অহুগা য়ুম্বুনুপীনা থোঙজিন্দা কমহুনা খোঙ্গেল হৌনা লেপ্না লৈতনা শন্দোক্লি, মহাক থবক অসিদা মশম ভৌরক্লে হায়বা য়াই, অহুবু, হৌজিক কাওবা হৈ-শিংবা রাংলি, অহুক হাক্লা পোমিৎ খঙলুবা ঙমজ্রি। মীওং য়েংলগা চুশিন্নবা লৌশিং মহাক্লা শিজিন্নবা হৈতে।

ইখঙ খঙহৌদনা থোক্লিবা খুদোংথীবা অসিগী মরক্তা অমুক্লা অনৌবা ইরাং অমা তাঁয়ক্লে। গেটকী থোঙদা কনানো বাবু অনৌবা অমা লাক্কুনা দিবাকর অমদি মতৈম-বেম্মগী মমিং পন্দুনা ইন্নাং তৌরয়ে হায়বা পাউ লাক্লে। মীনাইহুগী মকমদগী য়ুম্বুনুপীনা লাক্লিবা বাবুহুগী পরিচয় মুন্না লৌরিভৈদা নুপা অরাংবা অমা শউনগী ব্যেগ অচৌবা অমা মথুৎ ওইদা য়াম্না তায়না থান্দুনা মাংদা চংলক্লগা খোঙ্গেল লুম্না কৌরকই, "ইতৈম-বেম্মা!"

মহাক্কী খুৎ য়েৎকী খুদোম্বীদা শিরিবা হীরাগী খুদোপ অচৌবহুগী রবিগী মঙাল্লনা ইরং লংলি, য়ুম্বুনুপীনা তৌকম খঙদনা লেপত্তুনা হায়রকই, "কনা থিরিবনো?"

"দিবাকর সিঁদা লৈব্রা?"

য়ুম্বুনুপীনা হায়রকই, "লৈতে!"

"ঐগী ইতৈম-বেম্মদি? ইতৈম-বেম্মা কিরণময়ী? করম্বা কাদা লৈবগে?"

য়ুম্বুনুপীগা লোয়ননা অতৈ নুপী অহুম-মরিম্মু মপুক্লিং লাংভরুনা মঙক থিন্দোক্কুনা য়েংলি, কনানো অমনা হায়রকই, "হৌজিক্তা রাম্বখিবা অহুনিদনা।"

"রাম্বগ্রে? কদায় য়েংসি!" হায়রগা চংলক্লিবা ভদ্রলোক অহু অহুন্নক চৌকান কান্দুনা মীয়াম ভস্থে'ক্কুনা ইমুংদা চংখ্রে। জ্ঞান য়াওজরবী কিরণময়ী মতমহুদা লৈমায়দা তাহুনা লৈরি। মশা 'পূম্বা ঈশিংনা চোৎলে—মমিৎ উইশিল্লি, মমাই তাইকেৎ তাই, অচেৎপা শময়ামহু চোয়জায়মৈ, মশাদা শেৎলিবা কিন্থু মওং চাদনা—

চংলক্লিবসি সতীশনি। মহাক্কী মিৎয়েং হিন্দুস্থানী অহুদা তাক্লরে। ৎসোয়রগী মহাক্লা চংশিন্নক্লগা অমি কুপ্তবমথৈ কিরণময়ীদা য়েংহুনা লৈম্নি।

সতীশনা গুল্লা অমদি থোইদোক্লা শাওরংননা হায়রকই, "হাই, মঙ কনানো ?"

মহাক্কী ওইনা য়ুম্বুনুপীনা পাউথুম পীরকই, "মহাক্কি ঐখোয়গী মাড়রাড়ি বাবুনিদনা। মহাক্কি—"

অহুবু পরিচয় পীবা লোইস্লিনৈমক্তদা সতীশনা নুপাহুদা থোঙ উৎতুনা হায়রকই, "মপালদা থোকপ্রো—"

মাড়রাড়িহু শেল পায়বনি, মহাক অনৌবা প্রেমিকনি, মরু ওইনা নুপী অমুক য়াম্বা অসিগী মমাংদা মহাক ভোম্থনা থোকখিবগু ওমল্লে, মরম অহুনা মথৌনা ফুদোক্তুনা হায়রকই, "কনাকুনো ?"

পেল্লবা সতীশনা উবাক্কী কম্পাক্তা মখোঙ থিন্দুঁনা ধমকা তৌরকই, "মপালদা থোকপ্রো হৈ ষণ !"

মীয়াম পুম্নমক্কুগা লোয়ননা য়ুমহু কাওবা চঙল্লক্লে, অমুক য়ানিংদবা তৌরমদনা মাড়রাড়িহু মপালদা থোকপ্রে।

সতীশনা কিরণময়ীগী মশাদগী নাম্থহুনা তারিবা কিহু কুপশিনবিরগা মশামক্লা হুমাই কয়া হুয়কই অমস্তুং মখোয়দা কোইশিন্দুনঃ লৈরিবা নুপীময়াম অহুনা মওং কয়াদা লাংমরকই। মখোয়না মখল মখলদা ঙাংন-শক্লম্নিবহু তাবদা সতীশনা ঙাইহাক্কংগী মনুংদা অয়াম্বা রাকম খঙবা ঙম্লে। য়ুম্বুনুপীনা নুংঙাইতবা অমস্তুং থোইদোক্লা অঙকপা ফোঙদোক্তুনা হয়া হয়া হায়রকই, মহাক্লা মাগী মপাবুংগী হাক্তক্তা কাওবা অসিগুম্বী লৈশেমদগী ভায়োলয়বা নুপী উরক্লি, বেশ্যাবু বেশ্যা হায়রগা মহাক্লা মমিৎ-মনা শংদোক্তুনঃ ময়া খিগৎতুনা কায়কই।

মিনিট কুনলোমগী মতুংদা জ্ঞান তারক্তুনা কিরণময়ী মকোক্তা মফি কুপতুনা হোৌগৎতুনা ফম্লে। ঙাইহাক মিৎয়েং হোংদনা য়েংহুনা লৈরগা থোঞ্জেল শোয়া হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো ?"

সতীশনা থুক্কমহুনা থুর উফূল লৌহুনা মকোক্তা হাপ্লগা হায়রকই, "হোয় ইতৈম-বেম্মা ঐনি। অহুবু মতৌ অসি করিনো হায়রুদনা। কিজেৎ-চাকচা, য়ুম্লে-কৈরৈ, অহুম্না শকস্নু— কনানা হায়বা ঙমগদগৈ নহাকপু সতীশকী মচেনি ! কদায়দগীনো কনাস্নু লৈজদবী অঙাওবীগুম্বী অঙাং শাবা হেনমল্লে, হৌজিক্তি হয়েংগী জহাজদা য়ুমদা চৎলসি।"

মুপীশিংদুদা য়েংদুনা হায়রকই, "অমুক দরকার লৈত্রে, নখোয় নয়ুমদা চৎনপ্রো।"

কিরণময়ীনা লেংদনা নুংগী মূর্ত্তিগুম মরু লুকচাননা য়েংদুনা লৈরি। মহাক্কী থম্মোয়গী রা ঈশ্বরদনা খঙ্‌ংগনি, অদুবু মপালদা মরিক অমা ফাওবা ফোঙদোরক্তে।

মুপীশিংদু মপালদা থোকখ্রবদা সতীশনা হায়রকই, "লমহুইদুদি কদায় ইভৈম-বেম্মা?"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎলক্তুনা হায়রকই, "নহালমথৈদি সিদা লৈরম্বনি, গুরাং অহিং অতোপ্পা মফমদা চৎপ্রে।"

"করিগীনো?"

"ঐনা চৎপ্রো হায় হায়দুনা।"

"অদুবু কৌরুবদা অমুক্তা লাকউ য়ারক্লোইদ্রা?"

"কৌহল্লদুনা য়েংসি", হায়রগা কিরণময়ী মপালদা থোকখিদুনা য়ুমগী মীনাইবু মন্দিরদা থাগ্রগা অমুক হজিল্লক্তুনা ফম্লরে। হায়রকই, "নহাক লাক্কনি হায়বসি ঐদি মঙদা ফাওবা থাজরুদে ইনাও-ইবুংঙো।"

সতীশনা হায়রকই, "ঐনা লাক্লিবসিবু ঐ ইশামক্কী মঙদা থাজরু-নিংঙাই ওইগদ্রনে ইতৈম-বেম্মা?"

"মহু ওইরম্বা য়াই", হায়রগা কিরণময়ী মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈখ্রে। মহাক্কী রা খঙদোকপা য়াম্না দরকাররনি, সতীশনা মখোয়গী য়ুমগী মীনাইনুপী মুক্তগী মফমদা থিগৎলগা লাকপনি, মদু খঙবা অরুবা নত্তে, অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা অমুক কুইরবগী তুংদা অমুক লাপ্পা লাকপগী অশেংবা মরমদু ভাবনা শ'রুবা তশেংনমক লুই।

অদুবু লাকপগী মরম সতীশ মশামক্তা অমুম অমুম ফোঙদোরকই, হায়রকই, "হয়েং জহাজ লৈ. নখোয়বু লৌরবা লাক্লিবনি ইতৈম্মা।"

কিরনময়ীনা মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো উপেন্না থারক্লিবনিদনা? করে, দিবাকর পুম্মুনা চৎপ্রো। মহাক চৎসি হায়বা ম্নারক্লবা ঈশ্বরদা থুরুমজরি।"

সতীশনা হায়রকই, "শুপ্পগী মীগী য়াথং ভাক্কবগীদমক অমুক লাপ্পা লাকপা নত্তে, ঐ ইশাগী মাইকৈদগীমু থোইদোক্লা পামজবা লৈ। অদু

ওইরবদি অসুক কুইরবগী ভুংদা কয়িগুম্বা হায়না খল্লিব্রা ? পাউ জাদে। অদুগী মতুংদা বাবা শিখি, ইশামকসু চংলমগদৌরে, অসুক হক্না উনবা ফংলমদকা য়াই।"

কিরণময়ীনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। মহাক্কী মমিৎ অনিদুগী জগৎকী নুংশিবিবা পুম্নমক সতীশকী মশা পুম্বদা হৈথরকপগুম্মী। ভাইহাক্তং লৈরগা থম্মোয় পুম্ভনব্রবা খোঙ্গেলদা হায়ৱকই, "ঐবু কনাগী মনাক্তা চংকদ্রগে ইনাও-ইবুংঙো, ঐগী কনা লৈবগে ?"

"ঐগী নাক্তা চংকদবনি ইতৈম-বেম্মা, ঐ লৈদ্রি।"

"অদুবু ঐবু চংক্নম পীবা অকবা ওইগদ্রা ?"

সতীশনা পাম্নরকই, "নহাক নিংশিংজব্রা ইতৈম-বেম্মা, মতম কুইরবগী মমাংদা অক-যক্তা অসি নোংমা পুন্সিগী ওইনা লেপথোকগ্রকচুদি, ঐঙোন্দা নৌপর: ওইন কৌবিখিব নুমিৎ অদুদা ? করিগুম্বা অরামবা থরমথৈ তৌরবসু মদুগী জবাব নহাক্না পীগদবনি, অদুবু ঐনদি জবাব পীকম থোক্তে, মরমদি ঐদি নৌপরানি, নহাকপু বিচার তৌননবগী অধিকার ঐগী লৈতে।"

য়াসি তাবদা কিরণময়ীগী মপুক্কুংদা পাম্নকই, কদায়দনো চেনশিন্দুনা অমুক্তং থম্মোয় পেল্লা কপথোকচরবা, অদুবু মপুক্কুং কাথজরগা হায়রকই, "অদুবু ইনাও-ইবুংঙো, সমাজ লৈদনা ?"

সতীশনা থামদুনা হায়ৱকই, "নত্তে লৈতে। শেল লৈবা মুপাঙ্গল কনবা মহাক অদুগী মায়োক্তা সমাজ লৈতে। প্রোৎ অনিমক ঐনা থরমথৈ থৌরাং তৌদুনা লৈ ইতৈম-বেম্মা।"

মহাক্কী রাঙাং মঙংদুদা কিরণময়ীগী মচিন্দা নোক্লিংলক্রে। ভাইহাক্তং তুমিল্লা লৈরগা হায়ৱকই, "ইনাও-ইবুংঙো, শেল অমদি হকচাংগী পাঙ্গলনা নহাক্না সমাজবু য়ানিংলমদবা য়াই, অদুবু ইশাগী শ্রদ্ধা লৈত্তবগী মথুত্তগী পাপ চেল্লবী ঐবু কমদোনা কনগদ্রগে ?"

সতীশনা ভপথবা ওমক্রুদুনা হায়রকই, "ঐ লাইরিক হৈতে, ঐদি করিসু খঙদবা অপঙবা মীনি ইতৈম-বেম্মা, অদুক হাক্না তর্কগী পাউখুম পীরুবসু ঙমদে, অদুক হাক্না শম্না মশীং থিদুনা মীগী অক-যক্তা বিচার তৌরুবসু হৈদ্রে। অদুগা মসিবু সত্য যুগলনে, পৃথিবী হুম্না মী পুম্নমক

উপেনদাদাগুম্বা যুধিষ্ঠির ওাক্কা ওইরগদ্রা ? মসি কলিগী মতম্লি, অঁরানবা হৌনদবা থবক্তি মীওইবনা তৌনরিবনি। মতুগী কনানা অমুক জমা-খর্চ কমতুনা গুরিবগে ? ঐগী মথক-মখা ওন্নবা বিচার, মতু অফবনি হায়রু অতুগা কত্তবনি হায়রু ইতৈম-বেম্মা, ঐ য়েংলিবনি কনানা করি থবক তৌবগে হায়বা। হারাণদাদা শিবা মতমদা নহাক্না নপুরোইবগী সেবা তৌবতু ঐ ইমিৎমক্না উগ্রবনি। মহাক অতুমক সত্তী নত্তবা ! মসিদি ঐ শিরবা কাওবদগুম থাজবা গুম্মোই। মতু ওইনিংবা ওইসম্মু, নহাকপু ঐনা শোয়দনা পুতুনা চৎকনি। নারুবতুদা খরমথৈ শোম্বরে হায়বা য়াই, মতু ওইরবসু লৈকাই অসিগী মীগী মতিক লৈতে, নহাক্কী মীচং চংতুনা ঐগী খুত্তুগী নহাকপু মুল্লগদবা। হয়েং নহাকপু ইনঙ্গলদা থোঙ্গৎতুনা পুতুনা জহাজ মথক্কা থাঙ্গৎকনি, মতুদা নহাক্না কনম্মু য়াদবা তৌজৌ কৈদৌবগে !"

কিরণময়ী নোকথোরক্লে। মরালগী হামুক পুন্নমক কোকখিত্নুনা অচম্বা অথোৎপা মীনোক্কা মহাক্কী মাইথোং শিন্না লংখৎলক্লে। ওাইহাক্কী ওইনা মহাক্না খল্লকই, মহাক্না করিগুম্বা কত্তবা থবক অমতা তৌখিদবগুম; গুম্লগী শাওতুনা নুমিৎ নিনিদং মন্নুমদগী মপামদা লাকপগুম, নুংশিরবা মনাও-মুপানা অমুক হন্না পুখিনবগীদমক হন্না হন্না থেম্নবগুম।

অসিগুম্বা মতম অসিদা থোঙজিন রাংমদগী কৌতুনা দিবাকর চংলক্লে। হায়রকই, "ঐবু কৌহনবিরা ?" হায়রগা মহাক্কী চারপাইদা মিৎয়েং তারুবমক্তদা ভূত ওক্লবগুম চঙ্করুপ্রে। মপালগী মঙালদগী ইমুংগী অমম্বদা চংলকপদা অহানবদা মহাক্না সতীশপু উবা ফংলমদে। হৌজিক শক খঙলবদা মাইথোংগী কুচু থোক ওনপ্রে।

সতীশনা মোক্তুনা হায়রকই, "ঐ উপেনদাদা নত্তেনে, সতীশদাদানি —কত্তবা থবক্কী নিংথৌ। ঐবু উবদা অচুম্না শককম কায়না নুংবংনরুবগী দরকার লৈত্তে। লৈতে বস, বস। উপেনদাদাগী সমন পুতুনা লাক্লিবনি, হয়েং অয়ুক পুং তরুক-মথায়গী মমাংদা জহাজ থাগনি হায়বা কাউরোই-রবনি।"

দিবাকরনা মকম অতুদা ফমথরগা খুকউ অনিগী কারক্তা মমাই লুকখতুনা কনা কুইনা লৈরগা হায়রকই, "ঐ চৎলোই সতীশদাদা।"

সতীশনা হায়রকই, "নঙগী নঙক কেঞ্জনি। উপেনদাদাগী য়াথংনি—হিংনা খঙদে শিনা খঙদে, ইরাং হোৌবা দিবাকরগী মকোক পাম্লিবমক্কি।"

দিবাকরনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐগী অশিবা কোকমক পুহুন্না চৎপিরো সতীশদাদা। মদু ঐ হয়েং অয়ুক পুং তরুক ফাওবগী মনুংদা নঙোন্দা য়াম্না লায়না পীবা ঙমগনি।"

সতীশকী মচিন্দগী খোজেল অমা থোয়রকই, হায়রকই, "কীজরেদা, লুপামচাগী অশাওবসি য়েংউ। অদুবু চৎনিংজ্রিবদি কম্বিগীনো?"

দিবাকরনা হায়রকই, "নহাকপু ঙাওরব্রা সতীশদাদা? সংসারদা কনা লৈরিবগে, মসিগী মতুংদা মনাক্তা চংজনা মাই থাঙ্গৎতুনা লেপ্লুবা ঙমগদবা?"

সতীশনা হায়রকই, "করবনি, মাই থাঙ্গৎপা য়ানিংদবা লৈরবদি নোংম্থনা চংলগা লেপ্পু। অদুবু নহাক চৎতবা য়াদে। য়েংঙোই, নঙনা অসিগুম্বা করি তৌরুরবগে ঈকাইবনা শিগদৌরিবদি? ঐনা মসিগী মরকসিদা তৌথিবা থৌওং পূম্নমক অদু য়োৌরগা তায়ো। শা-ঙা, য়ু, গঞ্জানচিংবা হৌরম মঙা ফাওবা! ভূত-সিদ্ধি—বেতাল-সিদ্ধি—মমিং পূম্নমক অসি কম্বিগুম্বা ফাদা তাপ্রব্রা? সে, চৎসি, উপেনদাদা অদু অমুক নত্রে—ঐখোয় ময়াম্না মাবু মওং অমদালেপ্পরগা পুম্বকপনি। ইতৈম-বেম্মা, চৎলো য়োমশিন-খোচিন্নবা তৌরুরো. ঐ টিকেট লৌবা চৎলুরগে।"

মহাক্কী অয়োইবা রাত্রু কিরণময়ীগী নাকোংদা তিং লাওনা পানপ্রে, হংলকই, "লেপ্পরগা পুরকপা হায়বদি করম্বা মওংনো ইনাও-ইবুংঙো?"

সতীশনা নোকশিন্নহুনা হায়রকই, "য়োৌরগা উবা ফজনি ইতৈম-বেম্মা।"

মহাক্কী কংনোক অদু কিরণময়ীনা উত্নুনা ঙাইহাক চপ মুংনা লৈরগা হায়রকই, "অদুবু ঐদি নঙোন্দা হায়প্রবহুনি ইনাও-ইবুংঙো, ঐ চৎপা ঙম্মোই।"

দিবাকরনসু অচেৎপা খোম্থোক্তা হায়রকই, "ঐসু করিগুম্বা মওংদসু চৎলোই সতীশদাদা, নহাক্তা অরেম্বদা ঐগীদমক শেল মাংহনগনু।"

সতীশ হোৌগৎলক্রম্নবনি, নিংবা কায়বা মওংদা ফমথপ্রে। উপেন্দ্র নাবগী পাউ হোৌজিক ফাওবা মহাক্তা লোৎতুনা থম্লক্লিবনি, অদুবু অমুক

থবা য়ারক্কে, হায়রকই, "ঐ নখোয়গী পুরকানি হায়রুনা য়ায়া চাওখোকচনা লাকপনি। ঐগী মাই নখোয়না ওাক্লিংজরবসু ওাকনু, অদুবু মহাক্কা নুখোয়গী নকুমদা অসিগুম্বা কুরম্বা য়ায়া শাপ্লিনা লানখিবা য়াওজরবগে, মতুনা মৈচাক অমি মখোয়দা পীগদৌরিবদ্রি? ঐ থুং হাংনা হনজরবদি মহাক কয়া থীনা খম্মোয় শোক্কদগে, মতুদি ঐ ইমিৎমক্কা উয়রক্লবনি। দিবাকর, অদুক হাক্লা থর্দ্ধ লৈতবা ওৗগম্বনে! নওবু উনিংবগীদমক মাগী থরায়হু হৌজিক কাস্তবা কাক্তিন্দুনা থমহৌরিবনি, মদু নওলমজরবদি নহাকনা চৎখিবরগনি।"

তারিবা মখোয় অনিমক্তা শেংকাওনা লাওরকই।

সতীশনা হায়রকই, "রাকচিংগী লোইশিল্লকপদা যম্মানা মাহুনা ইভেবা পত্ত স্বর্গ কাপ্রে, মতম অতুমক্তদা থওলবনি উপেনদাদাগী চৎরগনি হায়বা। অদুবু মাগী চৎমনবা সমন অমুক থুল্লা থুংলগনি হায়বসি ঐখোয় কনাসু খওলমদে। মতম খুদিংমক্তা রা কয়া ওাঙ্কন্নবনি,—স্বর্গগী দোলাই খোওজিন্দা থুংলরবা কাওবদা পাউ অমা কাওবা পীরক্কে, মহাক্কী খৌরাং 'পুন্না লোউরে হায়বা। নঙ্গী কীরনিংওাই লৈতে দিবাকর, চিংনবা লৈতনা চৎলসি। ঐখোয়গী উপেনদাদা অদু অমুক লৈরে। হৌজিক জিশিংলক লাল্লবসু অমুক দোষ লৌরোই,—ওপ্পগী নোক্কনি লোকনিদা তৌই, হৌনদে হৌনদে, উফুল মরক অসিদা অদুম্না হিপথগনু ইতৈম-বেম্বা। কয়ে, ঐখোয় মপান্দা থোকগে, নহাক ওাইহাক্তা ভুমু—হোগৎকনু।" অসি হায়রগা কুক হৌগৎতুনা চংশিল্লগা সতীশনা প্রখোঙ থজিক্তং ইনশিল্লবদা থওলে, কিরণময়ী ক্তান মাংতুনা হাইহৎতুনা তাখিবনি—মশানা থওনা লৈমায়দা হিপথখিবা নত্তে।

সতীশ অমসুং দিবাকর মবানিমক অমনা অমগী মশক য়েংতুনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ। মিৎকুপ খরা লৈরগা সতীশনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "তশেংনা অকীবা অসিমক ঐগী লৈরম্বনি দিবাকর। পাউ অসি মহাক খংলম্লোই হায়বা ঐ খওই।"

দিবাকনা চওরুতুনা সতীশকী মাইথোংদা য়েংলকই, সতীশনা ওক্তুনা হায়রকই, "অমুক কুইনা মনাক অমুক নক্লা লৈরবদসু নও রাকম অসি ওাব তাদরা দিবাকর? অমুক কীরিবনি, খওলে ইতৈম-বেম্ববু

হাৎতোরবগীদমক ঐনা পুগদৌরিবনি। অতুবু, মতু ওটরবন্থ পুন্নুমা চত্তবা য়াদে। অদম অসিগী মীশক্ক অনিদি মৈচাক অসি খাংবা ওপ্লোই? অতুবু অমদি ম্বর্গ কাপ্লে, অতুগা অমনা—অতুবু চৎলো, ঈশ্বিং লৌরুচো দিবাকর, ঐ ছমাই ছন্নমগে—মতু করিনোনে, রা ভাংজিবা করিগীনো?"

ইথত্ত খণ্ডহৌদনা দিবাকরগী খোঙদগী ভোন কাওবা হন্না হন্না মতু চুংলক্লে, থংনবা মিৎকুপমক্তদা মহাক্না রাম্বরিবা কিরণময়ীগী মথোঙ অনিদা উপ্পা তাশিন্দুনা হায়রকই, "ঐ পুন্নমক খণ্ডজরে ইতৈমা, নহাক ঐগী পূজা তৌনিংঙাই ওইবা গুরুজন্নি, অতুদা করিগীনো অম্মুক্ক কুইবসি লোৎতুনা ঐবু নরক্তা লুপহল্লিবা। ঐগী মহাপাপ অসি কৈদৌরগা কোক্কদগে ইতৈমা!"

## নিফুমরি

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "সাবিত্রী, ঐগী শরীর মচেৎ খরতু গঙ্গাদা থাদগদবনি ইবুংগী ইবেম্মা,—মৈচাক কয়ানা চাক্লে, অদুম ওইনমক খরমথৈদি ঈংগনি।"

সাবিত্রীদা হন্দক-মরক করিগুম্বদা 'নহাক' করিগুম্বদনা 'নঙ' হায়-দুনা মচিন্দা থোরক থোরকপত্থ কৌই। সাবিত্রীনা মহাক্কী অরোইবা অপাম্বতু থুংহন্নবা অমম্ভুং অরোইবা লায়েংগীদমক কলিকাতাগী জোড়া-সাঁকোগী ভাড়াগী য়ুম অমদা পুরকপনি। ওসি সন্ধ্যা মতুংদা নোং-মুংশিৎ মরোল অমা তৌগ্রবত্থ অতিয়াদা অমুবা লৈচিন হায়দোকখিজ্রি। উপেন্দ্রনা কনা কুইনা লৈরপ্পা চোকথরবা মমিৎ অনিতু পাংতুনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মাংদগী থোঙনাওসি খজিক্তা হাংদোকউনে ইচল, থরাম্মিচাক অচৌবতু অমুক্তা য়েংগে।"

সাবিত্রীনা হাইথজিবা খোইরবা শন্না খরতু তপ্পা তপ্পা হাইগৎপিতুনা হায়রকই, "হকচাংদা লিক্লা থাংবা মুংশিৎনা য়ৈগনি দাদা।"

"য়ৈজসমুদা ইবুংগী ইবেম্মা। মতুদা ঐগী কীরুনিঙাই করি অমুক লৈরিবগে?"

মহাক্কী অকীবা গুপ্পগী ওসিদা করিগীনো, মুরবালা চৎখিবা নুমিৎ অতুদগী লৈরক্রুবনি। অতুবু মতু হায় হাক্কতুনা সাবিত্রীগী অকীবদি কোক্তে। মহাক্না খণ্ডজরবনি শোর তৎত্রিবমথৈ হিংখিগনি; অতুনা অশিবনা লুথুম

ময়াদা মহাক্কা মান্নবা আসন দখল তৌহুনা কমগ্রবনি, মতম অসিদস্মু করিস্মু লৈত্তবা লিক্লা থাংবা মুংশিৎ কাওবা কা মনুংদা চংহল্লক্কবা মথৌনা ককবা ওমদে। য়ানিংদবা খোম্বোক্তা হায়রকই, "অহুবু থরাম্মিচাক্তি উবা কংদে দাদা, অতিয়াদা নোং মংইনে।"

উপেন্দ্রনা শায়বা মমিৎ ইচং থৌনা পাংথোক্লহুনা হায়রকই, "নোং মংবা? নুংঙাইস্বেদা, মতম চাদনা মংবা নোং ইচল, হাংদোকউ, হাংদোকউ—অমুক্তা য়েংগে, অমুক হন্নদি য়েংবা কংলরোইদবনি।"

মপালদা লিক্লা থাংবা নুংশিৎ শিৎলি; সাবিত্রীনা লাইবক্তা থবাক্তা মথুৎ থমহুনা য়েংলকই, লাইহৌ হেনগৎলক্কি; নোঞ্জহুনা হায়রকই, "কদা কবিখো, লৈচিন কয়া কয়া উখিগনি দাদা,—মপালদা মুংশিৎ কম্না শিৎলি, ওসিদি ঐ থোঙনাও হাংদোকপা ওমজরোই।"

মহাক্কী মথুৎতু মশাগী খুবাম-নুংদা চিংশিল্লগা উপেন্দ্রনা শাওরংননা হায়রকই, "য়াইকবা পাম্নবদি হাংদোকউ সাবিত্রী, নত্রবদি নোংজু-থাদা লৈচিন থাংলকপা মতমহুদা কপ্পদদা শিজ্জগনি হায়বিহৌরিবসিনি। ঐনা অমুক হন্না য়েংলনবা মতম ফংলরোই।"

সাবিত্রীনা অমুক য়ানিংদবা তৌরুদনা মপী ঈরা তৈথোক্লগা থোঙ-নাও হাংদোক্লরে।

হাংদোক্লবদা খোঙনাও অহুগী মপালদা উপেন্দ্রনা মমিৎ কুপ্পুবমখৈ য়েংলকই। অতিয়াগী করিগুম্বা উবা কংদবা মচি অমদগী মিৎকুপ খুদিংগী নোংথাং কুপ্লক্লি, মহুগী কুকেৎ-কাকেৎপা মঙালহুদা মম্না-থারবা লৈচিন মমেক শেংনা উরি, য়েংলিবমখৈ উপেন্দ্রনা করিগুম্বা মওংদস্মু অপেনবা থক নাইরোইদবগুম নিংলকই।

সাবিত্রী মশামকপু খোঙনাও মচেদা পায়হুনা মাইকৈ অদোমদা য়েংহুনা ভুমিম্না লেপ্লি, উপেন্দ্রগী মিৎয়েং খঙহৌদনা মঙোন্দা তাক্লবমক্তদা মপুক্লিংদা নোককেৎ তৌরগা হায়রকই, "করে থিংজিল্লো, খোঙনাও থিংজিল্লগা ইনাক্তা চংলক্লনা কম্মো লাও। অহুবু অস্মুক হাক্লা মাম্না লৈবদি অশুবা নস্তে ইচল। হুকচাংদা মুংশিৎ খজিক্তং কাওবা য়ৈহম্নিংত্রি, অহুবু ঐ চৎগ্রবদি কমদোগদগে হায়হুনা?"

সাবিত্রীনা খোঙনাও থিংজিল্লগা হজিল্লক্লনা কম্লগা হায়রকই, "নহাক্লদি ঐঙোন্দা থবক শিম্নবিরমগনি হায়বিখি। ঐ মহুমক পুম্সি

চুপ্পা ভোত্থনা লেনগনি। নহাক্কি ঐগী মিৎ-মাংদা অহিং-নুংথিলদা লৈগনি।"

"নঙ ঙমগদ্রা ?"

সাবিত্রীনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই,"করিগী ঙম্লোইদগে দাদা ? নহাক্কী রাদা মহাক্কা কৈদোঔঙেদস্থু ঙম্মোই হায়গদবা লৈতে।"

উপেন্দ্রনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "মহাক হায়বদি কনানো ? সতীশনিদনা ?"

সাবিত্রী মরু লুকথত্থনা তুমিন্না লৈখ্রে।

উপেন্দ্রনা মহাক্কী ঈকাইরবা, মাইথোংদা য়েংত্থনা নুংশা মপী হোন-দোরকই। হায়রকই, "সাবিত্রী, সতীশ ঐগী কনানো হায়বা খঙবদা লুনা থোক্কনি। মপালদা উরিবা অত্থদদি ঐগী লোয়নবা, ঐগী পূন্সিগী অথোইবা মরুপ। অত্থবু উবা ঙংদবা মরি অত্থদদি সতীশ ঐগী ইনাওন-নুপানি, ঐগী শিষ্যনি, ঐগী মতম খুদিংমক্তা থানদবা সেবক্কি। অহিং অত্থদা নঙমক্তা করিগুম্বা ইচল, নশাবু ফোঙদোক্তুনা ঐখোয়বু কৌশিন্দুনা পুশিল্লম্লবদি ঐগী অরোইবা পূন্সি অসি অমুক হাক্লা রানা লেল্লম্লোই-দবনি। দিবাকরস্থু ঐঙোন্দা অমুক হাক্লা মৈচাক পিননবা তাঞ্জা ফংলমদবা য়াই।"

সাবিত্রীনা পীরাং থাংনা হায়রকই, "ঐনা নখোয়বু কৌশিনবা পামজখিবনি দাদা, অত্থবু মহাক্না করিগুম্বা মঙংদস্থু থোকহনখিদে, থোঙবা অনিদা মখুৎ পায়ত্থনা ঐগী লম্বী থৎতুনা থমখি। হায়রকখি, ঐ নখোয়গী মাংদা থোকউরবদি নখোয়বু ঈকাইবা পীবা ঙইনা থোক্কনি।"

"মাগী অপাম্বনি", হায়রগা উপেন্দ্রনা মথক্লোমদা য়েংখৎলগা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা তুমিন্না লৈখ্রে।

য়ুমদা উপেন্দ্রগী মপাম্বুং শিবপ্রসাদ নাত্থনা কমুংদগী হেন্দনা লৈ, মহাকপু অমস্থুং ইমুংগী থবক থাদোক্তুনা মহেশ্বরী লাকমিন্নবা ঙমখিদে, অত্থবু অহুমশুবা মনাওনা য়ুম্বুরেন শক্লা কলিকাতাগী লৈকমত্থদা লৈরে, মহাকা অতোপ্পা নুপা অমগা সিঁড়ি কারকপগী খোঙথাং মখোল তারক্লে।

থংনবা মিৎকুপমক্তদা মহাক কবিরাজগা লোয়নত্থনা কাত্থদা চংলক্লে। কবিরাজনা উপেন্দ্রগী মিহুল য়েংলগা অশাবা চাংয়েং লোরগা হিদাক

ওম্হোক্লনবা রাকম হৌদোরকপমক্তদা উপেন্দ্রনা মখুৎ লোমহনা হায়রকই, "মসিদদি ঐঙোন্দা ঙাকপিবা তারে কবিরাজ বাবু। অদোমা খণ্ডবিদবদি করিস্ন লৈবা নত্রে—অদু ওইরবদি, চৎলমদায়দা অমুক করিগী অরাবা পীরিগদৌরিবনো ?"

অহল ওইরবা কবিরাজগী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে, হায়রকই, "ঐখোয়দি লায়েংবনি, ঐখোয়গীদি অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা নিংবা কায়গদবা নত্তে ইবুংঙো, মহুদা নত্তনা ঈশ্বরনা আশা পুন্নমক লোইহনপ্রবস্ন চৈন্নাখোল ঙাকথোক্লবগীদমক হিদাক থাবা তাই।"

উপেন্দ্রনা অমুক য়েৎলুদনা তুমিন্না লৈরে।

মতম অদুদা হিদাক ওম্হোক্লগা, মঙৎ তাক্লমলগা থঙ-হৈরবা লায়েংবদু চৎখ্রে। মহাকস্ন থাজবদি বিন্দু অমা ফাওবা লৈত্রবনি, অদুম ওইনমক মম্বেক শেংনা ভাব তাপ্রে, অনাবগী শিবগী মিৎকুপ থোইদোক্লা অথুবা খোঙথাংদা চংশিল্লক্লে হায়বা।

সুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা নিংথৌকাবগী অমুক্তা সাবিত্রী মখুত্তা টেলিগ্রাফ অমা পায়দুনা চংলক্লগা হায়রকই, "ঙরাং অমুক মখোয় জহাজ তোংলক্লে।"

"কনাগীস্ন মমিং পল্লক্ত্রা সতীশনা ? কদায় য়েংসি ?"

উপেন্দ্রগী তিংথোরক্লিবা মখুত্তা সাবিত্রীনা চেদু হাপখ্রে।

চেদু মহাক্লা ওম্হোক-ওনশিন তৌদুনা য়েংলগা সাবিত্রীদা পীথোক-প্রপা শুপ্নগী সুংশা মপী মতৎ অমা হোন্দোরকই, সুংশা মপী অদুথক্তগী অর্থ সাবিত্রীনা খঙদবা লৈখিদ্রে।

চৎলম্রদায় মতমদা সতীশনা মহাকপু অচিকপদা কৌশিল্লগা হায়রম্মী, কিরণময়ীবু থেংনরবদি মহাক্লা মঙৎ অমা তৌদুনবু ওইরথস্ন মহাকপু পুত্থনা লাক্কনি। মখোয়গী মচিল-মৌপরাপ্পী মরিহুস্ন মহাক্লা পল্লম্বদা চিৎথরা লৈখিদে।

অঙকপনা থল্লবী চম্নুরা অদুবু অমুক্তং মমিত্তা উল্লিংবনা মতম কুইনগী মমাংদগী সাবিত্রীগী মপুক্লিংদা লাংতক্নরক্লিবনি, অদুবু, ভুংদা অফ-ফত্তা জ্ঞান য়াওদবা সতীশনা মহাকপু য়ুম অসিমক্তদা পুশিল্লক্লা হায়বগী চিংনবা অসিমস্ন মঙোন্দা থোইদোক্লা ফাওরকই। হায়রকই,

"মহাক্তি মাইকৈ খুদিংমক খন্থরগা থবক তৌদে ; ঐদি চিংনৈ দাদা, ভুংদা ইনম্মা কিরণবু মহাক্না মফম অসিদা পুশিল্লক্কদ্রা হায়না।"

উপেন্দ্রগী ভাইরবা চিনবান্দ' মৈচাক্কী কংনোক্কী মমি খিক্তুং তারকই, হায়রকই, "থুম সিদা মহাক করিগী লাক্কদগে ইচল ? লৈবাক অসিদা করিগুম্বা মহাক লাকপা তারবস্থু মথু মাগী অতোপ্প মরমগী ওইরমগনি, অত্থবু মাদি সাবিত্রী নত্তে, মাদি অক্তক অপঙবী নত্তে, নঙগী নতৌগুম মীরম্লেন লাইরম্লেন খঙনা চৎপী নত্তে, মহাক্না করিগীদমক মশানা পাম্না ভমথীবা ফংলবা লাইথুংগী জেল মনুংদা চংলক্কদৌরিবনো হায়য়ুদনা ?" অসি ভাংনা ভাংনা সাবিত্রীদা য়েংলর্তুনা নুংশিবিবনা, শ্রদ্ধানা, পুক্লিং নোরকপনা, মৈচাক্না মহাক্কী থম্মোয় তনিল্লক্লে।

সাবিত্রীনা মিৎয়েং হন্থরন্তুনা ৱানা কপ্লিংবা থাংলকই। মপুক্লিং থরমথৈ ফাথরগা উপেন্দ্রনা হান্নগুম হায়রকই, "অদুম ওইনমক অঙকপসি য়েংউ সাবিত্রী, মতম অমদা মহাক্না তশেং তশেংনমক ঐবু নুংশিখি হায়ব্রা করিনো।"

অসি তাবদা সাবিত্রী তশেংনমক চঙরক্লে, মরমদি রাক্ষম অসিদি মহাক্না সতীশকী মফমদগী তাখিদে। হায়রকই, "মহাক্কী মফমদগী তাখিবদি মাগী মপুরোইবা সেবা তৌবগী রারীনি—মসি অদু ওইরবদি অচুম্বা নত্তব্র' দাদা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রক্কই, "মতুস্থু অচুম্বনি ইবুংগী ইবেম্মা। মদু অঙকপা থৌওং অমনি। নঙবু অমদি সুরোবু খঙলমদ্রবদি ঐগী পুন্নিংদা খল্লম-গদবনি, অদুম্না সেবা তৌবস্থু খঙলে অতোপ্পা কনাগুম্বী অমতনা ঙম্মোই, মপুরোইববু অদুক হাক্না নুংশিরুবস্থু খঙলে অতোপ্পা কনাগী মতিক লৈম্মোই।"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "অদুবু, পৌৎ অসিদি করিগুম্বস্থু তৌশিল্লবা ওইবা য়ারোই দাদা"

উপেন্দ্রনা খুদক্তা পাউথুম পীরকই, "নত্তে, তৌশিন্নবা নত্তে। মহাক্নদি কৈদৌঙৈদস্থু কনাদস্থু উহনবা পামদে, করিগুম্বদস্থু কনাগী মফমদস্থু ফোঙদোক্তে। মাগী মপুরোইবা সেবাগী সাক্কী শুপ্নগী ঈশ্বরমক্তি, অদুগা ঐখোয় অনিগদনি—সতীশকা ঐগা।" থংনবা মিৎকুপমক্তদা ডাক্তর

অনঙ্গমোহনগী রা নিংশিংলক্লে। ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "ঙসিদি ঐহাক কনাদসু রারোবা লৈত্রে, তুকচ্চবা লৈত্রে, পেন্দবা লৈত্রে —ঙসি ঐগী অকনবা মৈচাক্কা লোয়ননা করি খল্লকপগে খঙত্রা ইচল,— খল্লিবনি, মহাক মপুল্লিদা ঙপ্পগী মখুৎ মাহুনদা লৈগনি, অদুবু করিগুম্বা মুত্থিত্তসু কব্রিসু কংলোই, ঐবুসু মহাক্কা করিগুম্বদসু নুংশিখিদে। খজিক্কং নুংশিরম্বা থোক্লবদি কনানা মৈচাক অসুক হাক্কা পীবা ঙম্মগদগে ? দিবাকর ঐখোয়গী কনানো, মহুদি মহাক খঙলিবনি। মাগী মখুৎমক্কদনি মাবু শিন্নখিবা। খল্লম্বনি, ঐগী নুংশিজবা পোৎশক অদুবু মানসু নুংশিবিবা মিৎয়েংনা য়েংবিগনি। উঃ—কয়াদা শাথিনা লাননবা।"

উপেন্দ্রনা ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "মহুমক্কা খল্লিবনি, সতীশনা ভাব তাদহুনা লোয়নমক পুহনা মকম অসিমক্কদা থুংলগজ্জা।"

সাবিত্রীনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, মহু করিগুম্বা মওংদসু ওইবা য়ারোই দাদা, মহাক্কী মচেগী লৈকম মহাকমক্কা শিপ্পসনু, অদুবু মকম অসিদদি য়ারোই।"

উপেন্দ্রনা করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু মচিনগী রা মচিন্দা অদুম লৈখ্রে. অঘোরময়ী কমদোনম্মো নাবগী পাউ কংহুনা উপেন্দ্রগী মঙুণ পরেং ময়াম শিংথাহুনা নাত্তোন ঙংবা খোঙ্গেলদা মচিন্দা চবেং চবেং ঙাংহুনা কপ্পা কপ্পা ইমুংদা চংলক্লে।

নাবা অসি য়োনা কনশিল্লে হায়বা মুন্না খঙলুবা মহাক্কী থোইদোকপা করিসু লৈতে, অদুম ওইনমক অসি হায়হুনা বিলাপ তৌরকই, থিরবা মাইসি উৎহুনা ভিক্ষা। নিরুনবা লক্ষ্মীসু ভৌঙক্ষীহুগী হাক্কক্কগী মাংজখ্রে, অমসুং করিনো অমত্তং থোকপদা চাবা ফংদহুনা কংশি শিবা শোয়ত্রবা মতম্ম অসিদা উপেনগী কত্তবা পুম্নমক মহাক্কা পুহনা শিত্রিবা করিগীনো? অসিনচিংবা।

অসুক হাক্কা অরাবা অসিদসু উপেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়রকই, "চাবা ফংলোইদৌরিবা করিগীনো ইদোমচা ?" সাবিত্রীবু উৎহুনা হায়রকই, "ঐ চৎপ্রবসু ঐগী ইচলনুপী অসি থনমগনি, নখোয়বু মানা করিমত্তা রাহল্লোই।"

অঘোরময়ীনা সাবিত্রীবু মসিগী মমাংদা উথিত্রি। মরম অদুনা মহা ঙ-নোম্বা অমসুং থোইদোক্লা মপুক্লিং রাবনা শক-চু থোক্কবী শক

গুপখণ্ড খণ্ডদবী মচল নুপী অদুদা য়েংলুবদা মহাক্ গুকপগী গুমখৈ লৈখিদ্রে। অদুব. খণ্ডনিং-তানিংবগী অপান্বা উরকপমক্তদা সাবিত্রী খবকী মামংদা কাদু খাদোক্তুনা চৎখ্রে।

শগোলশেল নুমিৎকী অয়ুক প্লুং তুরা-তম্নামাথোইগী মতমদা সতীশ জহাজ-ঘাটতা কুমথরক্লগা ভাড়াগী গাড়ী ঙাংনরি, বিহারী লেপতুনা লৈরম্বা উরক্লে। মবুংঙোবু উবা কংলদুনা মহাক মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা খুরুম্নরে। কিরণময়ী লাপ্তক্লা লেপতুনা লৈ, বিহারীনা মহাকসিরা হায়না অমুক্তং চিংনরক্লম্বা য়াই। মহাক্লা হায়দি কৈদৌঙৈদম্নু অমুক্তা উখিস্রি, গুপ্নগী মহাক কাহেন্না ফজে হায়দবনি তাখিবা। অদুম ওইনমক শক্তী খোইদোকপা করিস্নু কি অমোৎপা শেৎপী অচম্বা নুপীসিগী মশাদা খিবা ফংদ্রদুনা মহাক্লা নুপী অদুবু অতোপ্পা কন্নানো অমনি খন্দুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, “বাবু, ইমানা মৌ অদু করিগুম্বা লাক্লবদি মাবু অতোপ্পা মকম কদায়দনো খনম্নগা বাবুখোয় মী অনিদমক লৈকমদা লাকপিয়ু, লোয়নবিরক্তনু হায়রকই।”

সতীশনা অরাম-খোরাংবনা চোকথবদুদা অদুম ফৎ শাওগৎলকক্লে, বিহারীগী ঈকাইবা নংনিংঙাই ওইবা রাকম অদু কিরণময়ীগী মমাংমক্তদা তাবদা মৈ হৌরক্তুনা হায়রকই, “করিগীনো হায়য়ু? মাবু উখোংদা কমহল্লম্নগা ঐখোয় মাগী লৈকমদা চৎকদবা? হায়রুচো চৎলো, ঐখোয় কনাস্নু মকম অদুদা লাকপা পামদে।”

বিহারীগী মমাই মুশুক মুশিনখ্রে। কিরণময়ীনা মতম্ অসিদা চংশিল্লক্লগা হাইফেত্তং নোককেৎ তৌরগা হায়রকই, “মসিদি অচুম্বা রানি ইনাও-ইবুংঙো। মসিদা শাওরুনিংঙাই করিস্নু লৈত্তে। হৌজিক বাবুবু কমদৌরিবগে বিহারী?”

বিহারীনা পাউখুম পীরক্তিক্রিঙৈগী মমাংদা সতীশনা হেক্তিম্না শাওগৎ-লক্তুনা হায়রকই, “কনানা নঙবু মসি হায়ক্ত হায়দনা শাগক্লিবনো,— সাবিত্রীনরা? মানা অম্নুক ঙমশিল্লক্লবা!”

সাবিত্রীদা অকনবা রা খারকপনিদা মথরায় মুংঙাইজবা বিহারীনা কিরণময়ীগী মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই, “তাকপিরিবদু অচুম্বনি ইমা। বাবুনা ভাব তাদদুনা শাওবিরিবনি। অসিগুম্বা লোনগনবা অনাবা

লৈবা মকমত্থদা কনানা চংনিংগদগে ? উপেনবাবুনা ওরাং অহিং ইমা সাবিত্রীবু কৌশিল্লগা তাকপি, মুংশাথিরুনিংঙাই লৈতে, ইতৈম-বেম্মা কিরণনা ঐ নাবগী পাউ তারবদি য়ুম অসিদদা নত্তে. লৈকাই অসিদা কাওবা চংলক্লোই। ইমা সাবিত্রীগী মতৌগুম মী পুন্নমক্তি অমুক শিব-হিংবগী—"

কিরণমন্নীগী মকশিল্লবা মাইথোংহু মৈচাক্লা তশেংনা কুচু পুমওন ওনখ্রে। হায়রকই, "রা অসি বাবুনা তাকপিরকপ্রা বিহারী ?"

বিহারীনা মঙক নোমহুনা মখোনা ক্ংলহুনা করিনো অমা হায়গ-দবগী তৌরকপমক্তদা সতীশনা ধমকা তৌহুনা হায়রকই, "নঙ তুমিন্না লৈযু জ্ঞান য়াওদবা গধা।"

চৈহৎলকপা অহুদা বিহারী ভৌকম খঙখিত্রে, কিরণমন্নীনা হায়রকই, "মঙোন্দা শাওকুরগা করি কান্নগদগে ইনাও-ইবুংঙো।" অহুগী মতুংদা বিহারীদা য়েংহুনা হায়বকই,"মখোযগী বাবুদা কীরুনিংঙাই লৈতে হায়য়ু, মহাক্কী য়াথং ক্ংদনা ঐ মকমতুদা লাক্লোই হায়য়ু।" সতীশতা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, ঙসি ঐবু হোটেল অমদা থনম্মো—য়ুম মচা অমা কন্নিমা ভাড়াদা ক্ংলোইত্রা ?"

সতীশনা ক্সিঙ্ংপা মওংদা হায়রকই, "কলকাতা শহরদবু য়ুমগী য়াকুনিংঙাই করি লৈ ইতৈম-বেম্মা, পুং অমগী মনুংদা ঐনা পুন্নমক মওং চানা শিনগনি। লাকওদনা দিবাকর, খোঙ থয়া কন্না থাংহুনা লাকও।" হায়হুনা কৌনগা মহাক্লা কিরণমন্নীবু গাড়ীদা থাঙ্ংলগা মশামক কোচবোক্সতা কাখৎতুনা ক্মখ্রে।

গাড়ী চৎপ্রবদা য়ায়োবব ঈকাইবা নংলবা বিহারী মমাই মকশিন্না তপ্পা তপ্পা লৈকম তান্না চংখ্রে।

তাঙাবু ক্ংলবদি সাবিত্রীনা অযুক্কা গঙ্গাদা শং চংতুনা অমুক্তং চুপ লুপ্লই। সতীশ হন্নকপা মতুং নুমিৎ খরনি অসি মহাক মু তিগী গঙ্গাস্নান তৌবা চংলি।

নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা নোংমা অযুক্কা মহাক ঈরুজরগা কাথংলক-পমক্তদা উত্রে, বাট্টু মথক্কা চরাংনবা অমা তৌরি। ব্রাহ্মণ হন্নুবা অমা ঈরুজরগা নামাবলী ইন্দুনা মন্ত্র শোন্দুনা ময়ুমদা হনখ্রি, কদায়দগীনো

অঙাওবী অমা লাক্লগা মহাক্না লম্বী থংলম্লে। তুংদা শোক্লক্তুনা গঙ্গাস্নানগী পূণ্য পুন্নমক অরেম্বদা তাহুনখিগল্লা। হায়রগী-মুংশাথিরুনা হনুবা অতু তৌকম খঙলক্লে। থাম্বা য়াদবমখৈ অঙাওবীহুনা অঙক অঙকপা রাহং হংলকই, "ঠাকুর. ঈশ্বরবু থাজবিব্রা? মাবু শোঞ্জরবদি মহাকে লাকপ্রা? কমদৌনা অজ্ঞা-খায়না মাবু কৌবগে? ঐনা ভমজ্রিবা করিগীনো? ঐনা থাজক্রিবা করিগীনো?"

মতুগী পাউথুমদা ব্রাহ্মণনা শোক্লক-খোৎলক্লগা চিংনবনা তৌকম খঙদনা হায়রকই, "ম্লেঙ্গেরা চিনগনবী, পুলিশ কৌরা? লম্বী থাদোকউ হায়রিবসিনি।"

মীয়াই চল্লবী নুপী অহুম-মরিস্তু মনাক অতুরায়দা লৈপতুনা কুম্মে ম্লেংদি, কনানো অমনা হায়রকই, "ভাওবা নত্তে, ভাওবা নত্তে, উল্লনে, মা অহিং চুপ্পা য়ু থক্লমগনি।"

মতু তাবদা অঙাওবীহুনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই "ঐ ভদ্রলোক নিঙোলম্লিনে, ঐ য়ু থক্তে। অদুদগীসি ঐগী লৈকম্বি—ঐ শুপ্রগী নখোয়গী নকমদা খুৎ লোম্নহুনা হংজরি, ঈশ্বর তশেংনা লৈব্রা? নখোয়না মাগী রাখল থল্লুবা ওম্বরা? ভক্তি লৈবা ওম্বরা? ঐনা ভমজ্রিবা করিগীনো? ঐদি নহাক্লগী মাবু কয়া কয়া শোঞ্জরক্লিবনি।" অসি ভাংকা ভাংনা মহাক্না মমিৎ অনিদগী মপী জর-জর শিঙ্হুনা তাম্লক্লে।

সাবিত্রীনস্তু মাবু অঙাওবীনি হায়না লৌরম্মী, অদুবু, অদুম ওইনমক অঙাওবীগী থম্মোয় শোকপা মীকপ অমদি অঙকপা কংনা মপুক্লিং লৈতাকম খঙদনা হায়জরিবতু তাবদা মহাক মৃশায়ক্না মৈচাক চাম্মনা চেল্লবা থম্মোয়দা হাহাকার লাওরকপগুমথে, অমম্বুংমিৎকুপ্পা মহাক্না মমিত্তা মপী ঈরা চেল্লক্লে। অঙাওবীগী মিংথেংং খঙহৌদনা মাইকৈ সোমদা তারকপমক্তদা মহাক্না হনুবতু থাদোক্তুনা সাবিত্রীগী মমাংদা চংলক্লগা হায়রকই. "নহাকস্তু পূজা-আহ্নিক তৌইদনা, নহাক ঐঙোন্দা ভাকপিবা ওমগন্না?"

অকোইবদা মী ভীল্লকপা উবদা সাবিত্রীনা মহাক্না মথুৎ তাপ পায়রকপমক্তদা মহাক্না চঙক্তুনা হায়রকই, "ঐবু অদোম্না শোক্লরা?"

সাবিত্রীনা হায়রকই, "মসিদা দোষ করিমত্তা লৈত্তে য়ুমদা চৎলসি, লম্বীদা চৎনা চৎনা পাউথুম পীজগনি।" হায়রগা লাইবক থিরবীহুগী মথুৎ শমহুনা লম্বীদা থারক্লে।

মা অম-অনিদং ঙাংনবদা সাবিত্রীনা ভাব ভায়ে, মুপী অসি অঙাওবী নত্তে, অদুবু করিগুম্বা মাইকৈ অমতদস্তু মপুক্লিং চংলুবা য়াবা থম্মোয়গী ফিভমদু মহাক্কী ওইদে, মা ময়াইমক্তদা মহাক্না খঙহৌদনা হায়রকই, "ঐনা ঈশ্বরদা অহিং-মুংথিল অনিমক্তা খঙহঞ্জরিবনি, মাগী চরণদা ঐ য়াম্না লানগ্রে, অদুনা মাগী লায়নাদু ঐগোন্দা পীরগা মাবু কহনবিয়ু। করে ইনাও, মসিবু ওইবা য়ারোইজ্রা? চম্না হেন্দুনা অহিং-মুংথিল অনিমক্তা নিংজরবদি মহাক্না ভশেংনা থৌজানবিগদ্রা? নহাক খঙব্রা?" হায়রগা নহাক্না সাবিত্রীগী মাইথোংদা শংত্রিক য়েংলকই।

সাবিত্রীনা পাউখুম করি পীগদগে হায়বা খনবদা থোক্রে। অদুবু কুইনা খল্লুবগী দরকার লৈখিগদ্রা, থংনবা মিংথুপমক্তদা মহাক সাবিত্রীগী মখুৎ থাদোক্লগা হায়রকই, "চৎলগে ঐ গঙ্গাস্নান তৌরুখিগে। গঙ্গাস্নানদা পাপ য়াম্না কোকই—নদ্রা?" অসি হায়রগা মহাক পাউখুমগী ঙাইরম্বা ফাওবা ভৌদনা লাকখিবা লম্বী অদুদা হন্দুনা পর-পরপ চৎত্রে।

## নিফুমঙা

সাবিত্রীগী মমিৎ অনিদগী পীগী ঈচেল চেম্বরক্লি। ওসি মহাকমক্কী তম্প্রাক'থক্তা উপেন্দ্রগী মৃত্যুশয্যা থাম্নি। কংশিল্লবা ঈংলবা মখোঙ অনিদুগী মথক্তা মমাই থমদুনা দিবাকরনা মখোল থোক্তনা কপতুনা থম্মোয়গী খাংঙমদবা অরাবা পাউদমজরি। মহাক্কী মিংঙমদবা, মহাক্কী মৈচাক ঈশ্বর নত্তনা অতোপ্পা কনানা খঙগনি! অসোমগী কাদা মহেশ্বরীনা লৈমায় 'থক্তা ছিপতুনা থম্মোয় কায়বা খোম্থোক্তা কপ্লি। থম্মোয় পুঙমঞ্জবা কায়না মৈচাক্কী মমুং অসিদা শুপ্নগী সতীশ মতোমদদি চপ মুংনা নাকন্দা কমদুনা লৈ।

ঙসি অমুক্তগী উপেন্দ্রগী মচিন্দগী ঈ হেক হেক ওথরকই, জিশিংলক হোৎনদুনস্তু মদু থিংবা ঙম্মদে। শোয় হোনবা অমুম অমুম রাশিল্লক্লে অমসুং শদৌ থোংলক্লে। মদুমক্কী খাংঙমদবা অরা-চৈনাদু খাংদুনা উপেন্দ্রনা মমিৎ পাংথোক্তুনা সাবিত্রীগী মাইথোংদা য়েংদুনা শেংকাৎতবা খোঞ্জেলদা ভপ্পা ভপ্পা হংলকই, "অহিং কয়া য়াম্না থেংলবগে ইচল, মসিমু লোইবা লৈররোইজ্রা?"

সাবিত্রীনা মক্কি কিজিনা মহাক্কী চিনবান্দগী জৈ ভৈথোকপিরগা লুকথতুনা হায়রকই, "থোইনা অমুক কুইররোই দাদা। হৌজিকপু য়াম্না ন্নায়ত্রা ?"

উপেন্দ্রনা হায়রকই, "ন্নাদে ইচল, ময়ামগী তৌনবহু তৌবদনি, করিগী হেন্নগদগে ?"

ডাইহাক অদুম্না অদুম লৈরগা হায়রকই, "সতীশ, ইতৈম-বেন্মা থিবা ফংত্রব্রা ?"

ঙসি নুমিৎ মরিনি শুরে কিরণময়ী মপুং কানা মফম খঙথিদবা। কলি-কাতাদা থুংলবা নুমিৎ অদুমক্তদা সতীশনা মনাক অদুরায়দা য়ুম ভাড়াদা লৌতুনা মীনাইনুপীগা থনম্নগা. দরকার ঙইবা পুম্নমক থৌমাং চপ চানা তৌরম্নগা লাকখিবনি। অদুবু উপেন্দ্র নাবা থোইদোক্না হেন্গিল্লকপদগী মহাক নিনি-হুম্নিদি মশানা চৎতুনা য়েংশিন-থোচিল্লবা ঙমখিদে। নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা চৎলুবদা উরে, করিগুম্বা পোৎ অমতা মহাক্না শোক্লমদে। চফু অহনবা অমা লৈরুম্বগা থনমখিবা মফম অদুমক্তদা মহু মচি লেংদনা ভাহুনা লৈরম্মী। মৈফুগী লৈরংদা হামুক্তী দাগ বিন্দু অমা কাওবা পক্তে।

মীনাই নুপীনা লাক্লগা হায়রকই,"থবক কনাগী তৌগদগে বাবু ? মমৌ-ইবেম্মদি হেক লাকপগা থোঙনাওগী মচৈ পায়তুনা লম্বীরোমদা ওন্দুনা ফমখিবা অদুদগী অমুক হোৌগৎলকখিদে, ঈরুজদে, জীশিং কাওবা প্রক্তে—থাহুনা লৈম্নিবা কম তাহুনা লৈ, হোৌগৎলগা চংহুনা অমুক্তা হিপ্লে। অদুগী মতুংদা ঙরাং অয়ুক্তা চৎখিবদগী অমুক উবা ফংক্রে। পোৎ-চৈসি কৈদোগদগে তৌবিরো বাবু, ঐ অহাংবা য়ুম শংহুনা লৈবা ওম্নরোই।"

পাউ তাবদা সতীশ মকোক্তা মখুৎ হাপতুনা কমহুনা লৈপ্লে, মমৈথংদা মীনাই নুপীগী মখুত্তা অমুকম্মু লুপা মঙা পীরম্নগা হল্লকখি। মহুদগী হৌনা মী থাহুনা থিহনবদা অশোয়বা লৈখিদে, অদুবু কল কংদে।

ন্না পুম্নমক উপেন্দ্রগী নাকোং য়ৌগ্রবনি।

সাবিত্রীনা থোইদোক্না কল্লবা মৈশাগা লোয়ননা মরক মরক্তা থল্লকই, নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা গঙ্গাগী ঘাটতা উখিবা মহাক অদুমক কিরণময়ীদি নত্তেদনা ? অদুম্বু কিরণময়ীদি চাংদম্নিংঙাই লৈতনা কজবীনি। অঙাওবী অদু থরমথৈ মশক কজরবন্নু মহাকপু কজবী কৌবদি য়াদেদনা।

"অদুবু মহাক করিগী চংগ্রিবনো, করম্বদা চংগ্রিবনো, করিগীদমক চংগ্রিবনো ?"

উপেন্দ্রগী রাতংগী পাউখুমদা সতীশনা মঙক হাইদুনা অম্বন্দা হায়রকই, "খঙদে।"

মহাক্না অমুক হন্না করিগুম্বা অমতা হংদ্রে, অমসুং পংলবা মিৎকুপ-মক্তদা খুম্বখপ্রে। মতৌ অসুম্না রাৎলিবা অহিংগী শক্রুক অদু লেপ্লে।

অয়ুক পুং তরাগী মতুংদা অমুক হন্না মমিৎ পাংথোকতুনা য়েংলকপদা খাঙহৌদনা মীশক খঙবা ওয়কপগুম খোঞ্জেল পিন্না হায়রকই, "মদু করমানো, সরোজিনীরা ?"

সরোজিনী কপ্পাংঙা খুকউ লৈতানা কমদুনা ফমুংদা-মমকই লোৎতুনা কপ্লক্লে। উপেন্দ্রনা তপ্পা তপ্পা মখুৎ য়েৎ তিংথোক্লগা মহাক্না মকোক্তা থম্লগা হায়রকই, "কাক্লব্রা ইচল ? নহাকমকপু ঐনা পুম্নংনা থিরম্লিবনি, অদুবু করিমত্তা নিংশিংবা থোক্লমল্লবনি—ঙসি লাক্লমত্রবদি অমুক হন্না উনবা ফংলরোইদবনি।" অসি হায়রগা ঙাইহাক করিনো চিন্তা তৌরকই। মসেক খেংনা খঙজবা ওয়ে, ঙসি অমুক রা পূরমক নিংশিংলুনবা শক্তি মহাক্তী লৈত্রে হায়বা। নিজনিং নিংশিংলকপগী মতাংগুম কোরবই, "সতীশ কদায়দনবানে ?"

অলোপ্পী নাকল্বা খোঙলাও পায়দুনা সতীশ মপালদা য়েংদুনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরম্মী, অমাক্তা চংশিনলক্তুনা লেপ্লবমক্তদা উপেন্দ্রনা হায়রকই, "মথোয়গী নুংহোংবা অগী শিৎনদি য়ের্শনবা মত্তম ফংলরোই সতীশ, অদুবু ঐগী ইচলমুপী লম্মী অসিবু নহাক্না করিগুম্বা নুমিৎতদু অরাবা পীদদু। মচাগী নখুৎ য়েৎতু অমুক্তা পীরকউ কদায়দোনে, চাশিল্লকউ, ঐমক্তা মথোয়গী পুরোহিতকী অহানব মথৌ পাংথোকপিরক্লগে।" অসি হায়রগা শক্লমক্তা ওইরবা মখুৎ মখোমদা খাজংলকই। সাবিত্রীগী লুকথরিবা মাইথোংলোমদা য়েংলুকদা মিৎকুপমুক্তি সতীশকী মথোয় নুংদা থুক লাউরকই, অদুবু থানবা মিৎকুপমক্তদ মহাক্না মখুৎ তিংথোক্লুনা উপেন্দ্রগী শিক্লবা মখুৎ তু মমাগী কিল্লবা মপুৎ য়েৎনা পায়শিনপ্রে।

উপেন্দ্রনা অপুক্লিংবা অপাঙবা রাস্তীশা ব নিংশিংলক্লুনা হায়রকই, "সতীশ নহ সরোজিনীগী, মমাবুদি খক্লইদুনা। মাগী মক্তমদা, ঐনা ইচংথোনা হায়দোকউরে, ঐগী ইনাও সতীশপু নঙোন্দমক শিন্নগনি।"

য়েংঙোই, ঐ শ্রিষ্ণুবা তুংদা ঐগী রা নঙনা ঙাক্তে হায়্রনা কন্নানুম্ব হায়হল্লোইদবনিকো।”

সতীশনা মমিত্তগী মূপী অমুক থিংবা চুম্লক্রে, কপতুনা হায়রকই, “নুংক্রে উপেনদাদা, রা অসিদি কনানসু হায়বা ঙম্মোই, নহাক্কী রা ঐনা হিক্তোকই, অদুবু, অদুম ওইনমক লোৎপদি য়াদে—ঐগী য়্যা পূম্নমক কোঙনা হায়দোকপা দরকার ওই। ঐ অকবা মী নত্তে দোষ য়াম্না লৈ, ইরাল য়াম্না লংশিল্লবা মধ্যাক্ত লেকা মীশুক্লি—অসিক্কা কময়দোনা সরো-জিনীনা ঐবু লোশিনবিরমদপে! থোক্ইদোরদুম ঐঙোন্দা নহাক্কা অধিকার অসি পীবিরম্মু. কনাবু কীবদগী করিগুম্বা শোন্থবা অমদগী ঐঙোন্দা নুংশিন্না মথক খঙহনখিবা মহাকপু ঐনা য়াম্নিংলুবা তৌদনবা—”, অসি হায়রগা মহাক্কা সাবিত্রীগী মাইথোংদা য়েংলুবমক্তদা মঙোয় অনি মিৎকা মিৎকা মিৎচানখ্রে। অদুবু খুদক্কা মবান্নিমক্কী মিৎয়েং হুম্বখ্রে।

উপেন্দ্র নোক্লকই, হায়রকই, “ঙসিসু রাক্ষ অদু ঐনা খঙবদা অরাংপা লৈরিব্রনে সতীশ? ঐ পূম্নমক খঙই। পূম্নমক খঙহুননি ঐনা নখোয়বু অমতা ওইনা পুনশিল্লুন' থন্নবা।”

সতীশনা হায়রকই, “অদুবু ঐগা লৈমিন্নবদা সরোজিনী নুংঙাইবা ফংগনা?”

পাউখুম পীগে তৌবদা উপেন্দ্রনা সাবিত্রীগী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলুবমক্তদা সাবিত্রীনা ঈহৌরক্লিবা ঈথক্তা হায়রকই, “মহুগী থোদাং ঐনা লৌজগনি দাদা,—নহাক চিন্তা তৌবিরুন্নু।”

উপেন্দ্র রা ঙাংখিদ্রে, শুপ্নগী মমিৎ কুপ্তবমথৈ মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈরে।

ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, “য়ুম্বামবগী লীপূন্দি নহাক্কী নত্তে, সাবিত্রী। লাইবক থিবদগী নহাকপু করিগুম্বা শাগৈগী মপালদা পুথো-রক্লিবনিনা ইচল, অমুক হন্না মহুগী মপুংদা চংব পাম্মুরনু। পূন্সি চুপ্পা মপালদা লৈদুনা অদুম মাবু থম্মোয়দা অম্বু, মসিনি ঐনা হায়রামগদবা।”

অসি ভাবদা নুংগী মূর্তিগী মঙোৎশুম সাবিত্রী মক্ক নুকথহুনা ঙমহুনা লৈরে। ঙসি সতীশ অতোপ্পা মী অমত্তী ওইরে, মঙোন্দা মহাক্কী অধিকার মরিক অমা কাওবা অমুক্ত লৈখিদ্রে। মগী অঙক্লকম, মাগী নুংশি-নুংঙাইনব, মাগী মথোয়ইবা নুংঙাইবা, মাগী কাহেল্লক অরাবা, মাগী থাংওমদ-মৈচাক ঙসি মাগী মিৎ-মাংমক্তদা লৈতোন চৎলক্রে, অদুবু নুংথা মপী মচা অমম্ম কাওবা

মহাক্না হোন্দোক্তে। চৈনাখোলনা থম্মোয়নুংত্ত মথক-মথা থোক থোক ওল্লক্রে, অদুবু পুন্নমক থাংবা গুম্বী মালেম লৈমনা মাগী লাকওম-কাওঃ ত্রবা মৈগী চীংবু মুংদা ফুমদুনা খাংবা অদুগী মতৌগুম্নমক সাবিত্রীন মাইথাং কুচু হোংদনা পুন্নমক খাংদুন চপ য়ুংনা কমদুনা লৈ।

উপেন্দ্রনা মহাক্কী লুপথিবিবা মাইথোংদা অমুক হন্না মিৎয়েং থম্নদুনা হায়রকই,"ঐ পুন্নমক ভাব তাই ইবুংগী ইবেম্মা, পুবা গুম্নোইদবা লৈরবদি থৌদাং অসি নঙোন্দা শিন্নরমদুনা চৎকত্ত্রবে?"

মদুগী পাউখুমদা সাবিত্রীনা গুপ্পগী মহাক্কী লাইবক্তা হাইথরিবা শম্না খরদু হাইগৎপিরকই।

খঙহৌদনা সতীশনা খংলাও লাওরকই, "এঃ, মসি ইতৈমনিদনা?"

সাবিত্রীনা চঙরুদুনা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, মসি গঙ্গাগী ঘাটকী অঙাওবীদুনি। মখোও কাংনা কাংনা খাংদুনা থোইদোক্না চেকশিন্না ইমুংদা চংলক্লি। মিৎনা কুপ্পদা কাদু তশেংনা চঙরুবনা থনগ্রে।

কিরণময়ীগী শাংলবা কারবা শম্নাং ময়ামদু মাইদা মিৎতা নঙ্গলদা মকম খুদিংমক্তা চোয়জায়ননা হাইথরি, শেৎলিবা ফিদু শেগায়রে মোংলে, মিৎয়েং তম্নং-মালংদা তাওনা লুরাক্নবা য়েংই—মসি কনাগুম্বী ককঙাও-নরবী কায়ন-মৈচাক্কী মূর্ত্তিনা ইমুং লময়াইদা চংলক্নুমা লেপ্পবগুম্মী।

সতীশতা য়েংদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়রকই, "খিবদ অমুক কংগ্রে ইনাও-ইবুংঙো। মী কয়াদা হংলুরে, কনানম্বু য়ুমসি কদায়দা লৈবগে তাকপিবা ঙমদে। ঙসি কালী মন্দিরদগী লাকপদা লাইবক কদুনা বিহারীগা থেংনৈ—অদুনা মাগী মতুং ইন্দুনা লাকপা ঙম্নিবনি।"

উপেন্দ্ররোমদা লৈশিন্দুনা য়েংদুনা হংলকই, "ঙসি কমদৌরিবগে ইনাও-ইবুংঙো?"

উপেন্দ্রনা মখুৎ হাইদুনা মুংঙাইতে হায়বা খঙহল্লকই।

কিরণময়ীনা থোইদোক্না মৈচাক্না লোয়ননা হায়রকই,"শিরগদবা! সুরবালা লৈখিত্রে তাবদা ঐ কপ্পদা হিংত্ত্রবনি। মহাক্লিদনা ঐগী গুরু! মহাক্লিদনা ঐঙোন্দা 'ঈশ্বর লৈ' তাকপিখিবা! মতমদুদা করিগুম্বা মাগী রাদু থাজরম্নবদিকো!" খঙহৌদনা মাগী মিৎয়েং দিবাকরগী তাইফেৎ তাইরবা মাউথোংদা তারুবমক্তদা হায়রকই, "ঙস্থোকপনি। করিগীনো নঙনা অদুক মকশিল্লিবা, ইনাও-ইবুংঙো, নঙোন্দা মখোয়না ঈকাইবা

পীত্রা ?” হায়রগা উপেন্দ্রদা লুরুক্লবা মীৎয়েং থমদুনা হায়রকই, “মঙোন্দা নখোয়না অন্নাবা পীরুম্নু ইনাও-ইবুংঙো, ঐগী থুত্তা মাবু শিন্নখিবা অচুম্বা অদু নোংমতম্নু থুগায়খিদে—মাবু থরায় থুবাক্তা হাপত্নুনা কন্দুনা পুরকপনি। অদুবু ঐগী মতম অমুক লৈত্রে—হৌজিক্তি মাবু নহাক্না লৌশিলহোল্লো।”

খঙহৌদনা তপথরক্তুনা খোঙেল ঈংনা হায়রকই, “ঐগী কিজিদা ইমা-ইবেম্মা কালীগী প্রসাদ য়োম্লক্নি ইনাও-ইবুংঙো, খজিক্তং চাগেরা ? ক্ষয়কপম্নু য়াই। অসিগুম্বা মীওই কয়া ক্ষয়কখি হায়না তাই।”

নোংমা শক্তম্নু ঙমখৈ লৈরমদবী, বিদ্যা-বুদ্ধিদম্নু অন্নাৎপা লৈরমদবী কিরণময়ী অদু মহাকসিনি, ঙসি মহাক্না করি হায়রিবনো হায়বা মহাক মশানা খঙঙদে।

সতীশ অমুক থাংবা ঙম্লক্তুনা “উঃ” হায়দুনা মপালদা থোকখ্রে অমস্তুং অস্থুক কুইরবগী তুংদা কিরণময়ীগীদমক উপেনগী মমিত্তগী মপী শিম্থরক্লে।

কিরণময়ীনা লুকথদুনা মফি ফিজিনঃ মপী ভৈথোকপিরগা হায়রকই, “নত্তে, কপকনু ইনাও-ইবুংঙো, ক্ষয়ক্ষখিগনি।”

হন্দক্তি সাবিত্রীয়োমদা মহাক্কী মিৎয়েং তারক্লে। ভাইহাক মুন্না য়েংলগা হায়রকই, “নুমিৎ অদুদা নহাক্কা গঙ্গা ঘাটতা উনখিবা নত্রনে হা ? খজিক্তা হন্দোকউদনা ইনাও, নহাক্কী নতৌগুম্না ঐস্নু ইনাওম্নুপাবু কোন্দুনা ভাইহাক্তা ক্ষমগে !”

সরোজিনীনা মহাক্কী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, “ঐবু শক খঙবা ঙম্বিরিব্রা ইনম্মা ?”

কিরণময়ীনা থোইদোক্না অচম্বা খোঙেলদা হায়রকই, “করিগী খঙদনি। নহাক্তি সরোজিনীনি।”

সরোজিনীনা হায়রকই, “চৎলসি ইনম্মা, ঐখোয় অসোমগী কাদা ৱারী খরা তৌরুসি। হায়রগা মঙং অমদা নম-হাদুনা থংনবা কাদা চিংদুনা পুখ্রে।

মখোয় কাদগী থোক্লম-থোকক্ষাংত্রিঙৈমক্তদা উপেনগী জ্ঞান মাংখ্রে। ঙাং-শকপদা ৱাবা অদুগা পাথৎখিবদা মহাক্না থাংবা ঙমদবনা ওইরম্বা য়াই। সাবিত্রীনা অদুন মতম্পাক্তা কোন্দুনা ক্ষমদুনা লৈখ্রে, অদুগা মহাক্না ঈশিং খজিক্তং কাওবা ময়াদা তাহন্নবা হোৎনখিব্রে।

মুংখিল চুমহু জ্ঞান তাদকা কিন্তমদা লেপ্লে, অদুবু সন্ধ্যা মতুংদা লাইহৌ কনখৎলকপগা লোইননা মহাক অমুক জ্ঞান তারক্লে।

মমিং পাংলকপগা অহানবমক্তদা সাবিত্রীবু উরকই। খোঙ্গেল য়াম্না পিক্না হায়রকই, "কমদুনা লৈরিব্রা ইচল ? নঙবু থাদোক্তুনা চৎপদা ঐগী মিৎতগী পী তারকই, সাবিত্রী।"

সাবিত্রীনা কপতুনা হায়রকই, "ঐবুস্থ নহাক্না পুবিয়ু দাদা।"

উপেন্দ্রনা মহুগী পাউথুম পীদনা সতীশতা হায়রকই, "ইতৈম-মেম্মা কদায়দা লৈবগে ?"

সতীশনা হায়রকই, "মথাগী কাদা তুম্মি, মাবু ঐনা ইমিৎমক্না উরক্লবনি।"

"মিৎমাংদদা থম্মু ইনাও, অমুক হন্না হান্নগী কিন্তমদা হল্লিক্লিক্রবমথে। অদুবু নঙগী কৌনিংঙাই লৈতে সতীশ, মাগী মুংগী চৈথেং কয়া য়াম্না অরাবগী মশক্লো হায়বা অদু খঙবা ঙম্নবগী শক্তি লৈতে ঐখোয়গী, অদুবু মহাক কনা ঙাওচৎনবস্থু ওইসনু, অদুক হাক্না লৈবা মবুদ্ধিদু পুন্সি চুপ্না মহাক্না নৈহৎতুনা থম্বা ঙম্মোই।"

সতীশনা হায়রকই, "ঐ মদু খঙজে উপেনদাদা।" ভাইহাক্তং ভুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "নহাক্কী দিবাকরগী ভারস্থু ঐনা লৌরগনি কন্নিন্তনা থাজনা পীবিয়রকদি।"

মহুগী পাউথুমদা উপেন্দ্রনা ওগ্নগী খিঙং নোক্লমবা হোৎনরগা মমাই ওম্ফোক্তুনা হিপপ্রে। রা কয়ানা, পাখৎপা কয়ানা পুন্সি থাউমৈগী অরোইবা থাও মরিক অদুখক্তু কাওবা চাকথেকহমখিদুনা পুম্নোই লোইপ্রে। ভাইহাক্তংগী মনুংদমক মহাক্কী মচিন্দগী ঈ হাথরকপা উয়ে, শোয় লৈস্বিত্রা লৈক্রব্রা চিংশিংঙাইমি।

পায়ন-খোৎনহুদা ময়াম চংতুনা মথাদা থাংথতুনা থম্লে—উপেন্দ্রগী পাপ পন্দ্রবা কায়ন-মৈচাক্না নৈহৎলবা মহাক্কী থরায়দু সুরবালাগী মনাক তম্মা চঙব্রে।

মতম অদুদা ময়াম পুম্নমক্না থম্মোয় কায়রবা খোঙেন্দা অভিনয় থেম্না কপ-আওম্বাদা য়ুম পুম্নমহ নিরক্লে, অদুবু কিরণমঞ্জীদি মথাগী কাদা [illegible]তনা তুম্মি।



লোইরবা